

# ভগবান শ্রীসত্য সাই বাবা

( ১৯২৬—২০২১ )

ওসিফাওবদা ভক্ত চা কয়া কয়াদা নরসিংহ, শ্রীবাম,

গোপাল কৃষ্ণ, বেজগী কৃষ্ণ, বিষ্ণু, শিবা, শ্রীগনেশ, দুর্গা, লক্ষ্মী,

সরস্বতি, ইযু খ্রাইট, বুদ্ধ ওইনা দর্শণ পিনবিব্রে

# গীতা বাহিনী

ভগবান শ্রীসত্য সাই বাবা

হন্দোকচবা

আই. এস, অকোইজম



ফোংজবা :—

ষ্টেট প্রসিডেন্ত
শ্রীসত্য সাই ওর্গেনাইজেসন
এন: ই: আর: শিংলোং ।

স্বত্ত পুন্নমক অফোংবগীনি

কোপি মশিং ১০০০

মমল :— লুপা ৭৫/-

চেখুম য়েকপা :—

শ্রীএল: মুক্তা সিংহ
থৌবাল রাংমতাবা

নম্ফম :— রেডা প্রেস কৈশামথোং, ইম্ফাল ।

# য়াওফম-তাকপা

| হিরম | | লমায় |
|---|---|---|
| ১। অভিনন্দন শ্রীএন: কস্তুরী | — | ( i ) |
| ২। য়াহৈ অমা-অনিদং পাইনত দেবেন | — | ( iv ) |
| ৩। খুরুমজবা আইঃ অসঃ অকোইজম | — | ( vii ) |
| ৪। তাঙ্কক — ১ | — | ১ |
| ৫। তাঙ্কক — ২ | — | ১৪ |
| ৬। তাঙ্কক — ৩ | — | ২৪ |
| ৭। তাঙ্কক — ৪ | — | ৩৭ |
| ৮। তাঙ্কক — ৫ | — | ৫০ |
| ৯। তাঙ্কক — ৬ | — | ৬০ |
| ১০। তাঙ্কক — ৭ | — | ৭২ |
| ১১। তাঙ্কক — ৮ | — | ৮৩ |
| ১২। তাঙ্কক — ৯ | — | ৯৫ |
| ১৩। তাঙ্কক — ১০ | — | ১০৮ |
| ১৪। তাঙ্কক — ১১ | — | ১১৮ |
| ১৫। তাঙ্কক — ১২ | — | ১৩৩ |
| ১৬। তাঙ্কক — ১৩ | — | ১৪৭ |
| ১৭। তাঙ্কক — ১৪ | — | ১৬১ |
| ১৮। তাঙ্কক — ১৫ | — | ১৭৫ |
| ১৯। তাঙ্কক — ১৬ | — | ১৮৭ |
| ২০। তাঙ্কক — ১৭ | — | ২০০ |
| ২১। তাঙ্কক — ১৮ | — | ২১৩ |

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ২২। | তাঙ্কক | — | ১৯ | — | ২২৫ |
| ২৩। | তাঙ্কক | — | ২০ | — | ২৩৭ |
| ২৪। | তাঙ্কক | — | ২১ | — | ২৫০ |
| ২৫। | তাঙ্কক | — | ২২ | — | ২৬১ |
| ২৬। | তাঙ্কক | — | ২৩ | — | ২৭৩ |
| ২৭। | তাঙ্কক | — | ২৪ | — | ২৮৮ |
| ২৮। | তাঙ্কক | — | ২৫ | — | ২৯৫ |
| ২৯। | তাঙ্কক | — | ২৬ | — | ৩০৪ |
| ৩০। | তাঙ্কক | — | ২৭ | — | ৩২৩ |

নোট : — গীতাগী তাঙ্কক ১৮, শ্লোক ৭০০ তা য়াওবা ঈচেলদগী হেন্না মরাং কাইনা য়াওবা, শুগায়না-প্রমাণ-পান্দৈগা লোয়ননা তাকপী-তম্বীবনা গীতাগা গীতা-বাহিনীগা ক্রোস-রিফরেন্স তৌবা মুংঙাইত্তবা অসিমদি পাবিরিবশিংনা শরুক য়াবিয়ু।

# অভিনন্দন

ভগবান শ্রী সত্য সাই বাবা অসি, গীতা শাস্ত্রবু আদিত্যদা তাকপী-রম্বা অমুগা মনু মনু অমসুং মিংথৌ ইক্ষাকুবু খঙহনবদা মতেঙ ওইহল্লম্বা, মতম পূম্বদা সারথি অমুম ওইরবা, সনাতন সারথি হায়বমুনি ; ইবুংঙো মহাক অসি কুরুক্ষেত্রদা অফবা অমসুং ফত্তবা ( ধর্ম্ম অমসুং অধর্ম্ম ) অনীগী মরক্তা থেংনখিবা লাণ্ডাও অমুদা অর্জ্জুনগী দলাই-থৌবা হায়বমু ওইখি। লাল্লোক্লবমুগী তুংদা-ওইরকপা-য়াবা-শক্তম অমুদা থরায়-য়াম্না রাবনা দলাই-তোংলিবা মীশক, অর্জ্জুনবু লাকথুরবা মতমদা, কনাগুম্বা অমগী মশামুগা পূম্নমক্কা 'অমত্তা-ওইবা-মত্তৌবু' খঙবগী বিজ্ঞান্দুগী ( একাত্মবিদ্যামুগী ) লমদা কৃষ্ণনা মহাকপু তাকপী তম্বীরম্মী, অমুগা থরায়-য়াম্না-রাবা অমসুং অকিবা অমুবু কোকহনবিরম্মী।

ঐথোয় মীপূম তিংনমক্কীদমক, ইবুংঙো মহাক্না হৌজিককাওবা সারথি ওইবিরি ; অরা-নংম্রিম্নরিবা তাইবং-মরূপ অমা ওইনা অমসুং শিষ্য ওই-মিন্নরিবা তাইবং-মরূপ অমা ওইনা, ঐনা নথোয়বু তরাম্‌-তরাম কৌজগে। মমুগী সিম্বা অমুদা, খেন্নবা উবা ঙম্বা অথোবা বুদ্ধিগী চুপ্নীশিং লাকখত্তুনা অমুগা বৈরাগ্যগী শাজৈ-চৈথা কনখৎহন্দুনা, ধর্ম্মনা ইন্দ্রি-সিংলবা অমসুং প্রেমনা মঙাল নাইহল্লবা সত্যগী লম্বেল পরীঙদা, শান্তিগী পহ্‌ং পাংনা, ইন্দ্রিয়শিংগী শগোলশিংবু চংহম্নবা ঐখোয়না ইবুংঙো মহাকপু শক-খঙবা অমসুং ইবুংঙো মহাকপু রাবমক তাই।

মমুগী সিম্বা অমুদা অর্জ্জুন-না ভগবান ইবুংঙো মহাক্না হায়বমু লৌরম্মী ; ঐখোয় মত্তৌ অমুম্না লৌজসি। তাইবং-মত্তৌদা রাম্নরুখবা তৌগদবা ইথোগী লম্বীদা রৈথাম্নরবা মতমদা, অচাউরম-কানীংবগী মত্তৌনা

মীমুংশিগী মমীৎশিংহুবু উহন্দ্রদা মতমদা, 'মুংশিবা' হায়বহুনা কৌবা খোঙ্গেলবু য়েংথী-তুকচবনা নাকোং মেনসিন্দুনা তাহন্দ্রবা মতমদা, ঐখোয় গীতাদা পুক্নীং-চঙনা তাসি। ইবুংঙো মহাক্না কম্বাল-লাংলিবা মলাই-থকুদগী ইবুংঙোনা ঐখোয়বু তাকপী-তম্বী। অদুগী তুংদা, ইবুংঙো মহাক্কী খঙঙম-উঙম্বা পাঙ্গল অমসুং ইবুংঙো মহাক্কী তৌবা-ঙম্বা শক্তিবু ইবুংঙো মহাক্না য়া-য়া নোং-চুথবগুম হৈথবী, অদুগা লাম্থেংনবদা অমসুং জয় তৌবদা মতিক চাম্বা অথৌবশিং ওইনা ঐখোয়বু শেম্বী।

মগুণ লৈরবা লাইরিক অসি কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা তম্বীখিবা গীতা অদুগী নৈনবা পরেং নত্রগা ইশম-শম্বা য়াবোল অমা নত্তে। মীওইবা ঐখোয়না হৌজিক থেংনরিবা লাল অসিদা মায়পাক্কবগীদমক্তা, ভগবান-না হৌজিক হৌজিক ঐখোয়বু তম্বীনীংলিবা পায়া অদু পুক্নীংদা হাপ্পনবা অনৌবা লোল অমা অমা তঙ্বগী নত্রগা অরিবা লাইরিক অমা অমা পাক্কবগী ঐখোয় দরকার ওইদে। 'গীতা বাহিনী' অসি. হৌজিক মতমগী মরৈ-য়েংনবা হৈবা তর্ক-বিদ্যাগী লাংদা থুম্বা, হৌজিক মতমগী বিজ্ঞানগী নাপন্দা থুম্বা, হৌজিক মতমগী মপাম্থোংদতা চংখিহুনা মীওইবগী অক-গুণবু য়াদবগী করেম্নবা মতৌদা থুম্বা মীওইববু নোহৌনা হিংগৎহন্নবা হিংগৎহনবীবা লাই অদুমক্না পুরকপা নৌহৌনা তেকথৎহনবা অমসুং তিঙ (পাঙ্গল) হাপ্পা ঈচেল অদুমক্নি। মফমসিদা লাম্থোক্লিবা পাউতাক অসিনা মুংঙাইহনগনি, পুক্নীংবু থেমজনগনি, অদুগা পাঙ্গল অমসুং ধর্ম্মদা থাজবা পীগনি।

লানফম অমগী চরাং-খোইরাংনবা মরক্ত-ক্যাণ্ডবদা, অর্জ্জুন-না লৈখিবা চোকশিনবা অমসুং পুক্নীং-থিংজিনবা মতা অদুক য়াম্বগা লোয়ননা য়াশিং অনিদা ঐখোয় পুক্নীং-চঙনা তায়সি; অদুগা (লাইরিক অসি পায়কপদা) মসিগী অরোইবা লামায়শিং য়ৌসিল্লকপা মতমদা, "ঐগী সেয়াপ্পনা থাজবা,

পঙ-থাক অহু তাকখ্রে—তুমখ্রে, ঐগী অশেঙবা অওইবা মতৌ, লাই ওইবমু ঐহাক খঙলক্লে," হায়না ঐখোয়মু লাউথোক্লনি।

অকবা-কত্তবা অনী চিংথায়নরবা থম্মোয়শিংনা ( মীওইশিংনা ) কৌরকপা অহুদা নঙোন্দা অমসুং ঐঙোন্দা য়াওরিবা য়েলহৌঙেদগী লৈরক্লবা সারথি অহুনা পাউখুমখ্রে ; পারাশিং (পাউতাকশিং ) অসি প্রশান্তি নিলয়মদগী কোংবা "সনাতন সারথি"গী মমুঙদা ইবুংঙো মহাক্না পীবিখি মখোয় অহু, নহাক্না পাগে মখৈ তোয়না পাবা ওন্নবা নত্রগা ওন্নিবমখৈ তোয়না পাবা তাবা লাইরিক অমা ওইনা, চেথুমশিংগী মরক্তা, নহাক্না হৌজিক লোয়নহুনা লৈমিন্নরে।

লাইরিকী লামায়শিং অসি নহাক্না মুন্না কুপ্না য়েংবা ( পাবা ) হৌরকপদা লোয়নবা থাজবা অহু নোংম-নোংমগী হেনগংলকপা ওইরসনু ; অমতা-ওইবা-মশক, মহৃদি শক্লোন-ময়াম - ময়াম অসিগী যুক্ষম ওইবা অহুবু থবক ওইনা খঙলকপগী লাইরমলেনগী ওইবা অথোইবা চীওলেম্বা মঙাল অদোমদা লাইরিক অসিনা উহল্লিবা পাক্লনতা অহুম লৈরবা জ্ঞানগী লমশাঙ-পরীঙ তুংইন্না নহাকপু চিংবিবা ওইরসনু।

গোকুলাষ্টমী

০৮—০৯—১৯৬৬

এন কস্তুরী

সম্পাদক, সনাতন সারথি

# "ব্রাইট্ট অমা-অনিদং'

লাইব্রিক অসিবু পাগে লেপউবা কৃপা ফংবা হৌরবনি মরমদি ওসিগী সংসারদা ফংলিবা গীতাশিংগা পাবিগে লেপ্লিরিবা গীতা-বাহিনী অসিগা মান্নদে।

গীতা, শ্রীভগবান্না হুমিং-তা, হুমিংনা মচা মমুদা, মমুদগী মথং মথং ভগবান শ্রীরামচন্দ্রগী মপা মপুশিংদা মতুংদা ওসিদগী চহি ৫২০০ মমাংদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মসেল-মরূপ-অথোইবা ভক্তস্থ ওইবা অর্জুনদা তাক-পিখি। চহি ৫২০০ রোমসিদা খণ্ডকম থোকপা কয়া অসি অয়াম্বা মাণ্ডপ্রবা, খণ্ড-নত্রবনা অমুক হন্না মীওইবা ঐথোয়বু খণ্ডহনবীগে হায়দুনা শ্রীভগবান মশামক্কা শ্রীসত্য সাই বাবা ওইনা লেংবিরক্লুনা শুগায়না, নিংথিজরবা খুদম, অমদি প্রমান কয়া পীবিদুনা তাকপীরি। শ্রীভগবান মশামক্কা তাকপীবা "গীতা-বাহিনী" অসিগা মীথোই-মীহেন ওইবা কয়ানা তাকপীবগা খেননবা মশানা তাবনি। চুমই, অদোম্না হংবিরিবা! শ্রীসত্য সাই বাবাবু শ্রীভগবান মশামক্কি মতৌ কয়ম হায়রিবা? খুদম, সাক্ষী কয়া লৈগ্রে। চহি লিশিং কয়া মমাংদা ইবিরম্বা, চহি চা কয়া মমাংদা লাইওই-রবা মীওই কয়ানা তাকপীরম্বা, মশিং য়াম্নবা ভক্তশিংদা শ্রীকৃষ্ণ ওইনা হন্না হন্না দর্শণ পিনবিরিবা, শ্রীবাবা মশামক্কা মহাক কৃষ্ণনি, মীওইবনা হেক নিংনেরিবা ঈশ্বরপুম্বা মহাকপুনি তাকপিরিবা, শ্রীকৃষ্ণনা সিরম্বা কৌইবা মনি অহাংবা অতিয়াদগী লৌরগা মনাই ভক্তশিংবু পাইদুনা য়েংহনবীরিবা, শ্রীকৃষ্ণনা পোকপা অমদি শিবগী তাং পন্দুনা পীবিরিবা, হান্নাময়াম্না খঙন-রমদবা ঈশ্বরগী ওইবা রাকম কয়া তাকপীরিবা কয়া অসিনা ভগবান শ্রীবাবাবু কনানো হায়বা তাক্লি। নোংমা-নিনি নত্রগা মতম খরা অকাওো-লাই শাবগী রাকম নত্তে; চহি ৬০ দগী হেনবসিদা পৃথিবী সিন থুংনা লৈরিবা

মী কোটি কোটি কয়ানা মহাক-মহাক্না নিংনরিবা ঈশ্বরশিংহু ওইনা পুজা তৌনরক্লিবা অসিবু, খাংলবা মতম অসিদা উৎপীগ্রিবা লিলা কয়া, পৃথিবী সিন থুংনা লোন কয়াদা লাইরিক ৬০০-৭০০ ফোংহ্নুা লৈরিবা অসিবু তয়াই তয়াই লৌরবদি নত্রগা খঙত্রবদি কয়াদা লাইবক থীবা ওইরবনো ?

শ্রীসত্য সাই বাবাগী "গীতা-বাহিনী" অসিগা অতৈগা খেন্নবা মরু ওইবা খরদি :—

১। গীতা-বাহিনীদা স্লোক ৭০০ অহু য়াওদে ।

২। গীতা-বাহিনী তাম্বক ১৮ দা লোয়দে, তাম্বক ২৭ শুই।

৩। অর্জ্জুনদা তাকপা নত্তনা "হে লাইরিক পারিবা" হায়না পাজরিবা ঐখোয়দা হাকথেংননা তাকপী।

৪। ঐখোয়বু খঙহন্নবা তাকপীবা হোৎনবদা হৌজিক হৌজিক সিজিন্নরিবা, টি-ভি, এরোপ্লেন, ত্রেন, ইলেক্ট্রোনিকসনচিংবা কয়া পুসিন্দুনা খুদম—প্রমাণ পীতুনা তাকপী।

৫। অতৈদা থেংনদবা শ্রীকৃষ্ণ অমদি অর্জ্জুনা লৈনখিবা, য়েংনখিবা, মথুং মশানা সোরুখিবা, পাইনখিবা কয়া পন্দুনা শ্রীবাবানা তাকপী। মশানা শ্রীভগবান ওইদুনা মতমদুদা ডাংখি-তৌখিবহু নিংশিংদুনা তাকপীরিবনি নত্রগদি হেক য়াবা, ওইখোকপা য়াবা নত্তে ।

৬। পার-পারগা অস্নুক শেংনা-কন্না ফুল ওথোরিটিপা লোয়ননা তাকপীরিবা অসি লাইরিক লাইশু হৈবনদি য়ারোই হায়বা রাখল অমা থম্মোয় মুংনা চেংনা কাওবিগনি।

৭। ইরিবা মওং অসিগুম্না কনা অমত্তনা ইখিত্রি, কোংখিত্রি।

মত মায়দবা য়াই, ঈশ্বর মশামক্না তাকপীরবা কাওবদা য়ানিংখিদবা, য়াথিদবা কয়া য়াওখি। শ্রীরাম্না রাবনগা লান থেংনখি। শ্রীকৃষ্ণপী শান্তিগী নিংথিজরবা রাকম কৌরব কাংবুনা লৌখিদে, যুদ্ধেব হু পীজদুনা য়ানিংদবা

কাওবুনা হাংখি, ইমু-থ্রাইষ্ট য়ানিংদবা কাংবুনা পাং তিংতুনা হাংখি, হজরত মুহামদস্যু তত্তুনা লাম্থেংনবা তাখি। মী মীতুগী তৌজরকপা কর্ম ফল মতুং ইন্না, মুংগী ওইবা সেংবা চাংগী মতুং ইন্না; কোল্লিং কাবা অমদি কাদবা য়োংকা য়োংচাবিগা লৈনবা মরীগুম লাইরিক অসি পাবিরগা খংবিগনি। মত মান্নদবা কায়দে।

লাইরিক অসিগী মতিক মগুণ, নিংথিবা, মুংশিন্নবা ঈচেল অসিবু ইমালোন্দা মরামদা ফংহন্নগে কন্না খল্লকপা মতমদা শ্রীআইঃ এসঃ অকোই-জম্না গীতা অমা মৈতৈলোন্দা কোংলবা মতুংদা "গীতা-বাহিনী"গী কা হেন্না নিংথিজবা কয়া অসিন্যু ইমালোন্দা হন্দোক্লবা খন্নখি, লাইরিক অসিগী শক্তম লেপখি। মশাগী রাখলদগী ইথোকপা নত্তবা হন্দোকপা ওইবনা লোন অনিগী মরক্তা খেননবা কয়া লৈবনা মরক মরক্তা নিংবা থুংবিদবা থেংনবিবা য়াই। "মসি নত্রব্রনে, মহু নত্রনে ——" তত্তুনা হংবিবা য়াওবনা অমদি হন্দোকচন্নিবা অইবনা অরিবা মৈতৈলোনবু পামজবা মীওই ওইবনা মৈতৈলোন্দগী মৈতৈলোন্দা অমুক হন্দোকপা তোয়না থেংনবিবদা মুংঙাই-তবা পোকপীরগদি রারোবিরোই।

লাইরিক অসিনা ঐখোয়গী সাহিত্যগী পুকৈদা হেনগৎহন্নগা লোয়ননা ভক্ত-বৈষ্ণবশিংগী মফমদা থোইদোকপা খুদোল অমা ওইগনি হায়না ঐনা চেংনা থাজজে। পোৎশক অসিমা শ্রীভগবানগী চরন্দা কৎচন্নিবা শ্রীআইঃ এসঃ অকোইজমবু ভগবান্না থৌজানবীবা ওইসনু।

জয় সাই রাম

থৌবাল
তাং ০১। ০৭। ৯৫

শ্রীসাই চরন্দা সেবা কংজন্নিবা,
পাইলক্ত দেবেন
( ক্লিং কমান্দর একে দেবেন্দ্র সিংহ )

# খুরুমজবা

অহানবদা অমৃতগুম্বা অতুপা অরোইবদনা হুগুম্নকপা ঙাইহাক ঙাইহাক্কী হকচাঙগী মুংঙাইবমু কন্না পামসল্লুবনা, মপানগী অপোবা অউবা পোংশিংগী ময়াইনা লাকহৎখিবনা, শিয়গা মাঙখি তাকখিগদবা মতম খরগী ওইবা হকচাঙবু শিবা নাইদ্রবা ভগবানগী মশক ওইরিবা আত্মাগা আত্মানি হায়না লান্না খোরুবনা অময়ুং মশক, মওঙ, মচিংনচিংবা খেন্নজরবসু 'অমতা ওইনা লৈরিবা' অসিবু 'ময়ামনি' হায়না শেরান্নবা থাজরুবনা ঐহাক্কী মায়াগী শুম্মং-লাংদা থুরবনি অতুগা রাখল-মুংখল করি অমত্তা খুনবা ওমদবমখৈ পঙথরবনি। জ্ঞানগী শক্তিসু অজ্ঞানগী শক্তিনা পুমকুপ কুপসিনখ্রবনি। তাইবং পূন্সীগী ঈচেল অসিদা ঐহাক্কী মান্না রানা অমুক লূপথ, অমুক ফাওগৎ তৌরি। পুন্সীগী য়েক্রুবশিংগী মশক লৌরিবা 'অপাম্বা', 'মিহৌবা', 'অশাউবা', 'চিংনবা', 'অকিবা' অসিনচিংবনা মথামাংশিং লাউনা লাউনা কাথোক্তুনা ঐবু য়োংশিল্লগে মতাগুম মহৈ মহৈ তাঙ্গা য়েংত্তুনা লৈরিঙৈ মতাং অসিদা ভগবান শ্রীসত্য সাই বাবাগী মগুণ লৈরবা 'গীতা বাহিনী'বু পাপ চেল্লবা ঐনা ইমাবোন্দা হন্দোকচবা ইতিক ওইজদে। অতুবু লাইবক ফবনা ভগবানগী থৌজাল ফংজবগী লম্বী অমদি ইথা-থাজদনা উবা ফংজখি। ভগবান সত্য সাই বাবাগী থৌজাল ফংলবা ঐগী ইতোন, বাবাগী সেবা তৌজরগে হায়না মপুক্কীং চপ-মাংনা লেপ্পুনা মতম শুদনা পাইলত ওইবগী থবক্তগী পোত্থারবা, শ্রীদেবেন অকোইজমনা 'গীতা বাহিনী'গী কোপী অমা ঐঙোন্দা পীরগা ঐগী পুক্কীং থৌগংপীত্তুনা হায়খিবি, "ঐহাক্না লাইরিক অসি নহাক্কী মিংদা অমুবাদ তৌনবা মরীলৈনবা ওথোরিটিদগী অয়াবা য়াথং লৌরে। নহাক্না থবক অসি তৌ। থবক অসি তৌবদা নীংহম্নগনু। ভগবান-না শোয়দনা নহাক্কী নত্তেঞ্জ

পাওগনি। চিংনবা লৈজনা থবক চথরো।" অশেংনা ভগবান মপান্না ঐগী অরাবা অসি উবিদুনা অরাবা কোকহনবিনবগীদমক্তা ইবুংঙো মহাক্কী দূত ওইনা ঐগী ইত্তোনবু থাবীরকপনি হায়না ঐনা খল্লে। মসি ওইদুনা ওইকয় থোকই। পূর্নমকসি ইবুংঙো মহাক্কী অনীংবগী মথা পোনবনি। অদুনা করিগুম্বা লীচিঙ অমদগী, ভগবানগী অনীংবা অমগী মথা পোম্না, ইতিক-ইপা চাই-চাদে খঙজদনা মপাল নাইত্রবা থূদম-চাংদমগা লোয়নবা পাউত্তাকশিংনা থল্লবা লাইরিক অসিগী অনুবাদ ঐনা অপঙথোকপা ওইনা তৌরগে হায়না খল্লি। খঙদবা মীদদি অরুবা অমম্বং অরাইবগী থেম্নবা লৈজে। কীভয়সিনক ঐঙোন্দা থোক্লম্লে। লাইরিক অসিগী তাক্কক থরগী অনুবাদ হৌজখি, অদুবু ইতিক-ইপা নত্তবা থবক অসি তৌরগা ভগবানগী মকমদা অচৌবা ইপাপ অমা লংসিনবা ওইরগত্রা, খজদুনা ঐহাক্না থবক অদুদা মথা তানাখুং-থাবা ঙমজখিদে।

অঙকপনি। ঐগী পাঙ্গল-থৌনা মাঙপ্রবা মতম অসিদা, ভগবান শ্রীসত্য সাই বাবানা গেরুরা ফীজোল থোম্দুনা ঐগী মঙলান্দা নোংমা লেঙবীরকখি অদুগা মুংশিবা মীৎয়েং অমম্বং শুন্নৎপা মীনোক্তা লোয়ননা ঐঙোন্দা হায়বিরম্মী, "কৈদৌরে, নহাক্কী নথৌ তৌত্রবদি ? কদাই কদাই কয়া য়াম্না লোইরবা ঐ য়েংগে — পুথোরকউ।" ঐনা ইকিং-খিংনা অঙাওবগুম অনুবাদ হৌরুরবা তাক্কক থরদু পুথোক্লুনা য়েংহল্লরম্মী। মোমোন নোকপা মীনোক অমগা লোয়ননা ইবুংঙো মহাক্না হায়রম্মী, "লোইদবশিং অদু থুনা লোইশিল্লো, নীংহন্নগদু—মতম লৈত্রবনি।" মীকপ খঙথোক থোকখি, মঙফাওনরকখি। ইশাদা হয়াও-তুজুং ফাওদুনা, অনৌবা থৌনাগা লোয়ননা, ভগবানগী য়াথং ঙাক্লগে খজদুনা কজ-কজদবা খিদনা লাইরিক অসিগী অনুবাদসি লোইশিন্নবা হোৎনজখিবনি। ঐহাক্কী করিগুম খঙজদবনি। ঐহাক্না য়াম্না হৈ-শিংদুনা অনুবাদ অসি তৌজরবা নত্তে। ঐনা পঙজবনিনা অরাম-অহুই য়াম্না য়াওরম্বা যাই। লাইরিক

অসি খর থুনা কোঙদোকপা পামখিবা মরুমনা শেমদোক-শেমজিন তৌনবগী মতমসু মতিক চানা ফংজখিদে। লাইরিক অসি য়াম্না থুনা নমখিবনসু, মসিদা বনানগী অয়ানবা, চিংথ নাম্বা অমসুং অশোয় অঙাম খব য়াওগ্রে। মসিগীদমক লাইরিক পাবিরিবশিংনা ঙাকপীগনি। অশোয়বশিংবু চুমথোকপীদুনা লৌবিনবা অমসুং চুমথোকপীরকুবা তোল্লবা ঐগাক্না হন্না হন্না থুরুমজরি। অদুগা মথংগী খুৎনমদা চুমথোকচরগা লান্দনবা হোৎনজরক্নে।

ভগবান শ্রীসত্য সাই বাবা অসি ধর্ম্ম অমসুং শান্তি রক্ষাগীদমক্তা অবতার ভৌবিরকপনি। অবতার হাযবা অসি মীওইবনা ইন্দ্রিয়শিংগী শক্তিগী রাংমদা লৈবা অরাংবা অদুদা কা নবা ঈশ্বরনা অনেন্দ কুমথবিরকপনি। ইবুংঙো মহাক্কী রাহৈ খুদিঙমক, পাউতাক খুদিঙমক মীওইবদা য়াম্না কান্নবা পীবা অঙকপা অমসুং ফজবা ঙাক্কনা পীক থনবনি। ইবুংঙো মহাক্কী জীব পুন্নমক্কী আত্মাদুনি। 'গীতা বাহিনী'দা পীরিবা পাউতাকশিং অসি নৈনরসি। পুক্নীং অনী লোঙদনা ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা ভক্তি থম্নসি অদুগা জীবাত্মাগা পরমাত্মাগা তিন্নদুনা অমতা ওইসিন্নরিবা ফীভম অদুদা পেন্দুনা লৈবা ঙম্বা, ঙমখৈ নাইদবা আনন্দ অদু ফংনবা তাল্লসি।

কৈন্দা গার্লস হায় স্কুলগী ওজা, ঐগীদি মুংশিরবা মরূপ. শ্রীলৈতাম্বেম য়াইমা সিংহনা মহৌশাগী মহৌশাগুম লাইরিক অসি অনুবাদ তৌবদসু শীংথাবা ঙমদনা তেংবাংবিখি। শ্রীঅরিবম গোকুলচন্দ্র শর্ম্মা থৌবাল ওক্রম, মহাশয় অসিনসু লাইরিক অসিগী সংস্কৃত রাহৈ ময়াম অদু ঐঙোন্দা তাকপীদুনা খঙহনবিখি। মথোয়গী শিংবা ঙম্নরোইদবা লমন তোনসিজরে।

অদুগা য়াম্না মরুওইবা অমদি লাইরিক অসিবু পুথোক্নবগী দায়িত্ব পুন্নমক ঐগী ইতোন পাইলত দেবেন্দ-না লৌবিখিবসিনি। লাইরিক নম্বা হায়বা অসিমসু অরাইবা থবক অমা ওইদে। অদুগীসু মথক্তা, লাইরিক অসিবু থা অনীগী মনুঙদা নম্বা লোইথোক্লগা তাং ১২।০৭।৯৫ ইং, গুরু

পুন্নিবা হুমিত্তা কোঙদোকপা ওন্নবা হুমিৎ খুদিঙগী থৌবালদগী ইম্ফালদা লৈবা 'রেদা প্রেস'তা নোংমত্তা কাওদনা লৈহন্নবা চৎপীখিবা অহুংগা প্রেসতা প্রুপ লৌবিহনা নিতিগী পুং ৫/৬ লেঙদনা লৈবিখিবা ইতোনবু ঐহাক্না ওক্ষবা অমসুং থাগত্তবা ওমজরোই। 'রেদা প্রেস' পুম্নু লাইরিক অসি নম্বদা অকনবা থৌদাং লৌবিখিবগীদমক্তা হন্না হন্না থাগচরি। লাইরিক অসিগী মতেংনা ভগবান শ্রীসত্য সাই বাবাবু লমদমসিগী য়ুমথোং খুদিঙদা য়োহঙবা ওন্নবদি ঐখোয়গী অপেনবা ওইগনি খল্লে।

'গীতা বাহিনী' হায়বা অসি 'গীতাগী ঈচেল' হায়বনি। পুন্নমক্কী হুংঙাই-য়াইফনবগীদমক্তা, ঈচেল অসিনা মালেমসিদা অমগা অমগা হুংশি-ননা লৈমিন্নবা মতৌ, মরাঙ-কাইবা, চাওখৎপা, শান্তি, মতম পুম্বগী ওইবা হুংঙাইবা, অরাবগা লোয়নরক্তবা অয়োবী মনুংঙাই, 'আনন্দ', অসিনচিংবা তাইবংগী হি-য়াই ওইবশিং অসি পুথরকপা ওইরসন্নু।

ওঁ শান্তি, ওঁ শান্তি, ওঁ শান্তি।

ময়ামগী সেবাদা
আই, এস. অকোইজম
থৌবাল।

থৌবাল
তাং ১১। ০৭। ১৯৯৫



# তাঙ্কক ১

গীতাগী অর্থতুবু খঙ্গে হায়রবদি, ভক্তিগী মওঙদা চঙজবা হায়বথুনা ভঙ্গাইথত্রবনি । নহাক্না নোমুকপা মওঙদা অমস্তুং খঙলকপা য়াইবা হায়বা আশা তৌবগী কীভমদা গীতাবু খঙনবা নৈনবগী থবক পায়থং-কদবনি । মরমদি গীতা হায়বা অসি 'ষয়াও' অর্জ্জুনগী মতেঙপা লোয়ননা যঙ্গেমহা কৃষ্ণনা 'পণ্ডতক-সুদকপা বুদ্ধি চেঙবা মীওইশিংনা' থক্লনবা অহুগা মতুদগী হকচাঙগী মচি কাহনবা হায়হুনা ওমথরকপা উপনিষদকী "শজোম" অহুনি । মহাভারতকী শরুক অমা ওইরিবা গীতা হায়বা লাইরিক অসি ধর্ম্মগী কবিতা অমা ওইনা মহাভারত লেংঙবা মতুঙদগী কোম্ভনা মীওইবগী লৌশিংদগী শেমজিন্নকপনি হায়না মরৈ-য়েংপা মী খরা লৈ ; অহুবু গীতা হায়বা ধর্ম্মগী লাইরিক অসি লেংখিবগী মরমদা হায়নীং-হায়নীংবা হায়জরবস্থ, গীতাগী য়ুম্ফম গুইরিবা মরুদ-মরু-ওইবা অচুম্বা অমস্তুং মসিনা তম্বীরিবা হীরমশিং অহুদি য়ায়া লিরে, নত্তে, লৈরকখিবা মতম অহু তারিখ খঙদবমথৈ লিরে হায়বসিমদি ঈশোয়-শোয়দনা ওইরে । মরিতবা তাঙ্ককী অহানবা স্লোক অহুমগী মমুংদা, প্রভুনা ইহান-হেক হায়নবদা সূর্য্যদা ( বিবস্বান্দা ) অহুগা মতুংদা ( হুমিং বিবস্বাম্না ) মচানিপা মহুদা গীতা তম্বীখিবহু পল্লি ; অহুগা মমুদগী মহুনা ইক্ষাকুদা য়োরকপা অমস্তুং মহুদগী অতৈ-অতৈশিংদা মথং মথং য়োরকখিবা রাফম অহু পল্লি । মত্তৌ অসুম্না, গীতাদি মতম-নাইবা কাঙলুপশিংগী য়াংমদা লৈ অহুগা হৌরবা নত্রগা হৌজিক হৌজিকী ওইবা মতমগী অকরুবা মতাং অমগা মরী লৈনহনবা ওমদে ।

গীতা হায়বা অসি লাইনীং-লম্বী তাল্লিবা সাধকশিংগী লাইরিক্নি, মরমদি মসিনা সাধনা অমস্তুং লাইনীং পূকচেল্লবু অতৈ অমা অমদগী হেন্না চেংশি-নহল্লি। শান্তি অমস্তুং পূক্নিং লৈতানবগী থুংনকম অহু য়ৌনবগী উপায় অমস্তুং থৌওঙশিংচুবু তাক্কক খুদিংঙা হৈথাল্লি। অচুনদি হৌজিক, সাধনা হায়বসিদি হেন্না কগংনবগীদমক্তা, অথোবা অমস্তুং অচেংপা আশাগী পোৎ-থোক্নি। অয়াংবা আশা তৌরিবা মীন' শোয়দনমক্কী য়াংনা কাগনি, নীংবদি কায়রোই। মহাক উইন কনগদবনি, থু-না মায়পাক্নবগীদমক্তা লাউথোক-লোয়দবনি ঈয়াঙ লাওলোইদবনী। গীতা হায়বা অসি মীওইববু মশা-মশানা শেমজবা অকাঅপুনগী কিভমতুদগী মাগী মশাগী লৈথোল ওইজবা নীংতম্বা অচুদা লানবিয়কপা হিং অমগুম্বনি। মহাকপু অমম্বদগী অঙানবদা, অমকপদগী অয়ুংবদা পূবিয়কই। গীতানা, মীওইবগীদমক, পোকপা অমস্তুং শিবগী উপ্পচুনতা লৈবা স্নুংশি-হৈতবা কাঙথোং অচুদা মহাকপু পুল্লিবা 'বাসনা'গী (মা-মাগী হৈননা চংচরিবা মরমচং অমস্তুং পূক্নিং-ঈহুলগী) অমকপা দাগশিং অচুনা চুহনবা ঙমদবা অচুম্বা থকশি-খাশি নাইবা হৌন-চংনরোলশিং অমস্তুং মথৌশিং অচুবু থা-চুনা য়াথং তাওথরি।

শৈনা হায়য়বদা, মীওইবনা কর্ম্মক্ষেত্রদা (থবক-ইনথাঙগী লৌবুক্তা) মশামক থবক তৌনবথক্তা খোঙদারকপনি, অসিগুম্বা থবক অসিগী মহৈ: ফংনমবগী দমক্তা নত্তে। মতু গীতানা তম্বী-তাকপীরিবা হীরমনি, মচুগী মুক্তম ওইরিব পাররানি। গীতানা বেদ পূম্মক্কী অর্থগী চিশল্লকপা মচিনি। বেদগী হৌরকপা শরুকশিংদা মপানলোমদা পুথোরকপা থবক ইনথাঙগী মশক ওইবা যাগ অমস্তুং যজ্ঞগী মরমশিং পল্লি; মুং-লোমদা মীৎয়েং থম্লিবা 'উপাসনা'গুম্বা পূকীংগী থবক-ইনথাঙশিংবুনা কোম্না পল্লি; অদুগা জ্ঞান যোগবুসু পূক্নীংদা অস্তুম্না তশেং-তশেংনা উহন্না অমস্তুং মক্তন গুগায়না তাল্লি।

কনা কনাগুম্ব মীদো, মহৈ য়াম্না হৈবা মী ওইগে ওইজসন্থ, মহাক্না শে-রান্ননা থাজবদগী (মায়াদগী) নাম্থোকপা ওন্নোই অদুগা মরম অদুনা মহাকপু থবক-ইনথাওদা অপনবগী মশক অমগুম্না থবক তৌরিবা অন্নাবদুদা তাহল্লি। য়াম্না থৌবা অথৌবা, য়াম্না চাউনা থাদোকপা ওন্বা অমস্তুং লৌশিং য়াম্না লৈবা অর্জ্জুনদু লালগী অকিবা ফংলবা তৌদবা য়াদবশিং অদুনা রাথল লান্না পুহল্লি অদুগা মাগী অৱাবা অদুনা মাগী থবক-ইনথাওদস্থ অপনবা পী। হকচাও অমস্তুং আত্মা অনীসিগী মরমদা মহাক চমন্নরম্মী; মহাক্না অনীমক্তু অম্মানি হায়না খনবা হৌরকই। মহাক্না (মতম পুম্বদা লেওদুনতা লৈবা অমসুং হোংদুনা লৈবা সংসারগী ওইবা মতৌ-মরাংশিংনা শোক্তুবা) আত্মাদা ওইদবা অমস্তুং ওাইহাক্কী ওইবা লৈথোলশিংবু পানসিল্লি, অদুগা মসিগী শেরান্ননা থাজবা অসিবু অওইবা অচুম্বা) ওইনা লৌই। অদুগুম্বা হকচাওগা আত্মাগা অনীসিবু অম্মানি হায়না লান্না লৌবা অদুনা য়াৎলকপা মাগী মথৌশিং অদু মাগী আত্মাধর্ম্মনি হায়না মহাক্না থাজে। মসি অর্জ্জুন খক্তগী অৱাবগী মশক ওইবা থৌদোক নত্তে, মীওইবা পুম্নমক্কীস্তুনি। মরম অসিনা গীতা হায়বা অসি তাইবং পানবগী ওইনা অমদি অরোই-অথম লৈতনা কান্নবা পীবা পোত্তুনি। গীতাবু নৈনবা হায়বা অসি মায়াগী সমুদ্রবু ঈবোইদুনা লাম্থোকপগী মহৈবু তম্বা হায়বনি। গীতাসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী খোঞ্জেলদুমক্নি। মসিনা মী লাক্ষ লাক্ষ কয়ামুক অৱাবা কোক্নবা পুক্নীংবু থেমজিনবি অমস্তুং মুক্তি ফংহল্লি হায়বা অচুম্বা রাফম অদুনা মসিনা ঈশ্বরদগী তৌরকই হায়বগী সাক্ষীনী। মসিগী অচুম্বা অসিদা খর হন্থবা পুরুষনদি থাজবা য়াবা প্রমান অদু পীবা ওন্নম্নোই।

মসিনা হৌরিবা মওও অমস্তুং মসিনা লোইরিবা মওও—মদুনা শুগায়না তাক্লিবা হীরম অদুগী লংলা-লংজিল পী। অহানবা শ্লোক অদুমক ধর্ম্ম হায়বা রাহৈসিনা লুচিংবা রাহৈ ওইরগা "ধর্ম্মক্ষেত্রে কুরুক্ষেত্রে ··· " হায়বা

ৱাহৈশিংনা হৌই। অরোইবা তরানীপানশুবা তাক্কী অরোইবা শ্লোক্তা 'যত্র যোগেশ্বর : কৃষ্ণ' হায়না হায়ৱি অদুগা তাক্লিবা ধর্ম্ম অদুবু 'যোগেশ্বর' হায়বা ৱাহৈসিন' কুপ্পা নৈনৱি। মতৌ অসুম্না, গীতাদা তম্বীৱিবা হীরম চুপ্পী পান্দমদি 'ধর্ম্ম নির্ংশিংউ', ধর্ম্মবু ইতংতত্তনা ঔরাইম্ম' হায়বা অসিমক্কি হায়ৱবসি তশেং তশেংলে। ৱাহৈ অসি কয়াদা অর্থ লৈত্রবনো? শাস্ত্র পুম্নমকসি ধর্ম্মগী লৈখোল অমসুং মন্ত্রগী খণ্ডবদা লুবা অকুপ্পা মগুণশিং অদুবু পৈথে ককপদা অমসুং মশক তাবপদা শীজন্নে। গীতাদা মসিগী মনৈনা অমসুং মসিগী মচল ময়াম খায়দোক্তুনা-য়েংবা-মীংয়েংসি লোয়না মন্নুণ্ড চন্না য়াওই। মসি যেংলু-য়েংলু পুম্নমক্তা ধর্ম্মগী তম্মনবা লাংরিক্তু। মসিনা ধর্ম্মদা য়ুক্ষম ওইবা নিয়মশিং অদুবু নৈনৈ।

অর্জ্জুনসি জীবী অদুনি তোপ্তোপ্পা মীশক অদুনি। হকচাঙ অদুনা দোলাইনি অদুগা দোলাই মন্নুণ্ডদা লৈৱিবা গুরুদুনা তাইবং মপু শ্রী-কৃষ্ণনি। দোলাই থৌৱিবা সারথি অদু তাইবং মপুনি, অরাংবা বুদ্ধি পোকহনবীৱিবদুনি, গায়ত্রী মন্ত্র "ধীয়ো যো নঃ প্রচোদয়াৎ" (অফ-ফত্ত খণ্ডবগী লৌশিংবু য়াকাইহনবীয়ু, হে প্রভু অদুগা ঐবু লমজিংবিয়ু) হায়বা অদুদা য়াওবা মীওইবনা নীজবা অদুগী পাউথুম ওইনা অরাংবা বুদ্ধিবু পোকহনবিৱিবা ব্রহ্মদুনি। কৌরব হায়রগা হিংচা-য়াইতম্বগী মরমচংপু শকই, পাণ্ডব হায়রগনা লাইগী ওইববু শকই। মখোয়দুনা অসংনি, অমসিনা সংনি; অমনা কত্তবনি, অতোপ্পদুনা অফবনি। অনীসিগী মরক্তা লাল অমদি অদুম থেংনদুনতা লৈরে মায়ওক্ননা শক্তি অনী অসিগী মরক্তা থেংনৱিবা লাল অসিদা কৃষ্ণনা (শাথোবনা, আত্মানা) মতম চুপ্পদা ধর্ম্মগী মীচণ্ডদা লৈ—ধর্ম্মগী চৈথেং ওাকপা ওম্বা অচুম্বগী মীচণ্ডদা লেপ্পী, তেমথেং পীবা মায়াগী মীচণ্ডদদি লেপতে। ভগবানবু নহাক্কী নাকল্দা নহাক্কী লমজিংবা ওইনা লৈহন্বা পাম্নবদি লাইগী লৈখোল (দৈবী সম্পৎ) ওইবা ধর্ম্মগী গুনশিং অদু নশাদ' চেলহল্লু। মরমদি ধর্ম্ম লৈবা মফমদা ভগবান লৈ।

অওইবমক, ঈশ্বরনা মতম অমত্তদা মকম পুন্নমক্তা লৈতে হায়বদি মসিনা হায়বা নত্তে...... ! মাখোন হায়বসি, শজোম মপান্ন কাইনবগী অমসুং শজোমদগী মাখোন চিংবগী পরমখক্তনা শজোম অতুগী চপ-চাবা মকম অমদা ময়েক-শেংনা মতুবু পান-গী মীৎনা উবা ঙম্নবসু. শজোম অতুগী মশাদা শীন থুংনা য়াওই । অসুম্না শীন-থুংনা লৈরিবা তেংবানবগী মপু অতুবুসু ধর্ম-সাধনাগী পরম্না মকম অমদা সুং-গী মীৎনা ময়েক শেংনা উবা ঙমই । "যতো ধর্মষ্টতো জয়": ধর্মনা লৈবা মকমদা, মকমতুদা মায়পাকপ ফংই„ । অর্জ্জুনদি পোৎশক ওইনা লৈবা শওঙ-শক্তাদা লুপ্তুনা লৈরম্মী, অতুনা আত্মাগী মশক অচুম্বা অরেম্মা হায়বতুগী জ্ঞান অতু মঙোন্দা পীনখিবা দরকার তারম্মী । মরম কয়ামুক্তা পুন্নগা মশক অমত্তা ওইনা লেপ্পীবা সাধনাগী চনৈনবা মচেৎশিংদগী শাগৎলকপা মপুম অতু আত্মা য়াকায়রোন ময়েক-লাইনবরোমদা অমসুং মতুদা পুক্নিং চপ য়ুংবরোমদা পথাপ নাইনা চাশন্নহল্লি । কৃষ্ণনা তম্বীরিবা হীরমদি মসিমক্তি; অচুম্বা রা ওইনা হায়রবদা, মসি অচুম্বা থিবগী ঈরু অতুনি ।

অর্জ্জুনবু ল্যাং থাক্লিবা. অতুগা মহাক্নদি ফোঙদোকপা ঙমহৌদবা, চিংনবা ময়াম অতুবু কোক্লবা কৃষ্ণনা পাউমেনবিরম্মী, 'হে অর্জ্জুন ! নখুত্তা নহাক্কী মরী-মতা-থোকপা নিংথৌশিং অমসুং নিংথৌমচাশিং শিগদোরে হায়হুনা নহাক্না পুক্নীং য়ারি । নহাক্না ধর্মগী মরমদা ওইসু ওইদবদা অপন-অয়াক লৈতবমথৈ ব্রেং ব্রেং ঙাওগি । অতুবু, নীংশিংউ অশিংবশিংদি অহিং-বাশিংগীদমক্তসু নত্রগা অশিবশিংগীদমক্তসু পুক্নীং থক য়াক্নদে । করিগীনো হায়য়ুরা ? ফরেনে, শিরগা মথস্তনা মাঙজখিগদবা হকচাঙতুগীদমক থজুরগা করিগীনো নহাক্না নপুক্নীং য়ারি । হকচাঙ অতুনা হকচাঙতুমক্তা অওনবা কয়া চত্থিবা মতমদা নহাক্না য়াখিবরা ? অঙাং নরানা চাউরক্তুনা নিপামচা ওনপ্রে, মিপামচানা মথোংকাখংলক্তুনা পাখঙ ফাপ্রে, পাখঙনা লিশন্নক্তুনা মীয়ায়

চনখে, মীয়ায় চল্লবনা চহি য়াম্লকুনা হমুখে অহুগা হমুবা অহু শিরপা শীদোক্তুনা মাঙখে । অশুক কুইনা হকচাঙহুদা থোকহল্লক্লিবা অওনবা কয়ামুকুশী মরমহুদদি নহাক্না কৈদৌমুংদা কপখিদ্রি ; অহু ওইরপা অওনবা অমংবকসিগীদমক (শিবখকসিগীদমক) নহাক্না করিগী কপা ? নহাক্না নিপা মচা অমা ওইরিবৈঙে মতমদা লৈরম্বা হকচাঙগী শওঙ-শাদা অহুবু, ঙসি, নহাক্না ওইহুনা লৈরিব্রা ? ধৃষ্টদ্যুম্নবু নহাক্না পুনবা মতমদা নহাক্না লৈরম্বা শাহৌ অহুনা কদাইদা লৈখ্রে ? নহাক্না মহা-পাঙল অহুবুদি হৌজিকক্কাওবা অহুম নীংশিংনি; ভৌইগুম্বস্তুং মহু চেল্লম্বা হকচাঙগী কীভম অহুদি হৌজিক্তি লৈত্রে । অস্তুম্না নহাকী হকচাঙনা অওনবা কয়া থেংন-থেংননা, আত্মা, অশেঙবা লৌশিংগী অরাবা অহুদি, মঙাল শিবা নাইদনা অহুম লৈ । মসিগী জ্ঞান অসিদা চেংনা কায়হন্দনা রাখল শাগংপা হায়বা অসি অশিংবা মীগী, জ্ঞানীগী থৃদমনি,' অস্তুম্না কৃষ্ণনা হায়বিরম্মী ।

চহি কয়া চুপ্না চংমিন্নরম্বা অমস্তুং লৈমিন্নরম্বা হকচাঙশিং অহুম্না উথিত্রবা মতমদা কনাগুম্বা অমনা থম্মোয়দা অরাবা ফাওরোইদ্রনে হায়না নহাক্না হংবা য়াই । অহুবু, অহুম্না রাবা অসি রাকম থোকই হায়না লৌরবদি, নহাক্না কয়া য়াম্নদি তেংথাবা তারিবা ! মহুগী মরমদা নহাকপু খঙহনরব্রা ? মুংঙাইবা অমস্তুং অরাবা হায়বা অসিদি 'অয়ুক-মুংথিল' অমস্তুং অহিং,গুম্বনি । মখোয়সি খাওবা তাই, থেংনবা তাই । নহাক্না য়াত্রগনা, মখোয়দি থোকপা লেপ্লোই; নহাক্না য়ারগনা, মখোয় থোক্লক্লোই । মখোয় অনীমকসি মশক নাইরবা পোৎশিংগা, পোৎশিংহুবু শাগৎপা মচাকশিংগা—হায়বদি হকচাঙগা মরী লৈনৈ, মখোয়না থম্নায়দুবু, য়াই বীহুবু (আত্মাহুবু) শোকহল্দে । নহাক্না মখোয় অনী অসিদগী নাম্থোক্লকপা মীংকুপ অহু—মহুগী মীংকুপ অহুদা নহাক তাইবং-ঈপাক লাল্লবনি, নহাক মোক্ষ ফংলবনি ।"

## গীতা কাহিনী—১

মৃসিগী অচুম্বশিং অসিবু তাক্লিবা গীতাগী অহানবা রাক্কী রাক্সাই শামবগী তাক্কক অদুবু অর্জ্জুন-বিষাদ যোগ, অর্জ্জুনগী পূক্নী-হনবা হায়দুনা মশিং থোল্লি। মদুনা শ্রী মদ্ভগবদ গীতা হায়বা অচৌবা নম্লগা য়েমলবা দল্যাল (মহল্) অদুগী মৃক্ষম অদুমক্লি। মৃক্ষম অদুনা কল্লবদি, মল্লুবা শাগৎলিবা দলাল অদুসু কুইনা চৎকনি। চহি ৫০০০ হী মরাংদা, মৃক্ষম অদুদা শাখিবা গীতাগী মহল অসি হৌজিক কাওবা লেপ্পদনা অমসুং লেঙবা ঙমদবমখৈ লৈরি। মসিদগী নহাক্না গীতানা লেপ্তুনা লৈরিবা মৃক্ষম অসি কয়াদা কনগ্রবনো অমসুং মৃক্ষম অসিবু থোনরীয়রিবা পুক্তব অদু কয়াদা শিংগ্রবনো হায়বদুগী রারোই অমা তাবা ঙমগনি।

“পূক্নীং-হনবা” অদুগী মশক্তোনা মদুদা নখোয়না রাপুরিয়ে! তৌইগুম্বসুং মদুগী “পূক্নীং-হনবা” হাযনা হায়রিবদুদি য়ামা অর্থ লৈনা কাম্বনিঙঙাইনি, মদুবু মীয়াম্না ঈচম চম্না লৌনরিবা “থৌনা-রাংপা” হায়বদুদি নত্তে। মবমদি মদুনা মহাক্কী থম্মোয়-শোংবা-মতৌ অমসুং পূক্নীং-চেংপা মতৌদুবু চাং যেংখি; মদুনা মহাকপু জ্ঞান তাহন্দুনা ভগবানগী মফমদা য়েংনীংঙাই লৈত্রবা চঙজফম লৌহনখি। মদুবু ‘যোগ” হায়না মিং থোয়দুনা মতিক ময়াই হাপত্রিবদো অরমসিননি। বিষাদ-যোগনা হৌবা গীতা অসি সন্ন্যাস-যোগনা লোইশিল্লি। বিষাদনা মৃক্ষমদুনি অদুগা সন্ন্যসনা মদুগী মথক্তা শাবা শঙলেম্লি। বিষাদ না মক্নি অদুগা সন্ন্যাসনা মহৈনি।

রাহংসি হংবা যাই—অশেংবা থম্মোয়থক্তনা গীতাগী মমুঙদা তাকপী তম্বীরিবা লৌশিং অদু ফংবদা মতিক চাই হায়রিবা অদুগী অরুবা লৈথোক অদু গেল্লে হায়দদ। অর্জ্জুনবু মতৌ কয়ম্না মমায় ওইহনগদৌরিবনো? অরুবা, কজবা (মিংচৎ থীদবা) অমসুং অঙৌবা হায়বল্লি “অর্জ্জুন” হায়বা রা'হৈশিনা

খওহল্লি-য়াম্না-চু-ননা মাবু মিংথোক্লি অমসুং মাবু কৌরিবা মখিং অহু তাক্না মহাক্না হিংলম্মী । ভগবান কৃষ্ণনা খুদক খুদক্তা মাপী মমাওদা তানখিররিবা অহুবু মতৌ করম্না মহাক্না কংবা ঙমখিবনো হায়রবহু মহুননি, মাঙ্গেমসিদা গীতাবু মনাঃ ওইনা শ্রীবিনবগীদমক্তা অর্জুন-না করম্না খুংলাই ওইখিবগে হায়রবহু মহুনি ।

কৃষ্ণনা গীতাদা "যোগ" হায়বা বাহৈ অসি য়াম্না তোইনা তোইনা শীজরৈ, যোগ তৌরিঙৈ মমুঙদা কনাগুম্বা মীশক অহুনা (নত্রগা জীব. অহুনা) লৈগদবা কীতমহুসু তাক্লি; অহুম অহুম ওইনমক, কৃষ্ণনা শীজম্নরিবা বাহৈ অহুগা চুম্নগী ঈচম-চম্না ময়াম্না শীজম্নরিবা অসিগা অনীসি মায়দে হায়রবা চিংনবা অমা গীতাবু পাবা মীওইশিংগী মপূক্লীংদা পোক্লকপা য়াই । লাইরিক অসিগী ( গীতাগী ) লামায় থরদনা কৃষ্ণনা বৈরাগ্যবু ( সংসারগীঃ পোশকশিংদা মিতাদববু ) য়াম্না বাংনাথাঙ্গংলি । লামায় ( মকম ) থরদনা অমুক, ঈশ্বরবু পূজা তৌবনা থাইদগী হেন্না নীংতম্বা অহু কংবা ওন্মি হায়না ইবুংঙো মগাক্লা মরামদা থওনবা লাওথোক্লি । আত্মাগী ওইবা নুংঙাইবা অয়ৌবীগী ( আনন্দগী ) ইথোই-থোইবা কীতম অহু কংননবগী নিয়ম মখল-মথলশিংবু কৃপা পল্লি । নীপালওবা বারী-বাতাই (তাত্তক) অদুদা রাজ-যোগগী শক্তাক-রারোল য়াওরি, অহুবু গীতা হায়রবা অসি রাজ-যোগবু তম্বীবা লাইরিক অমনি হায়না হায়রদি অচুম্বা ওইরোই ।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা পৃমচঙ-চঙজবা, পোং-চৈনা শাপ্পংপা শান-গী ওইবা তাইবংদা কনাগুম্বা অমবু পুনসিন্দুনা থম্লিবা অহুম-লোওবা থৌরী-কোঙ্গ্রোয় (গুন অহুম) অহুদগী নাম্থোয়রকপা, অফবা থবকশিংদা পূক্লীং চঙবা অমসুং লীচং-চুম্বা থৌগললোনশিং ঙাকপা- মথোয়শিং অসি গীতাগী মমুঙদা মক্র-হঙ্কা পল্লিবা মকোক-থোংবা অচুম্বশিংনি । ভগবান-না মথোয়শিং অসিবু মপূং ফাগংলক্লবা তম্বগী অমসুং লুং বু ঙালহন্নবগী

( চাওখংহন্নবগী ) খ্বাইদগী লুথনা লৈবা অথুপ্পশিং অমস্তুং মপুংফাওহনরবা তম্বগী খ্বাইদগী কন্নবা মওঙশিং ওইনা লাখোকপিরি ।

গীতাগী চপ-চাবা অশেঙবা অর্থ অহুদি পুন্নমক্কা লাকসিনবা ওয়ে। মশিং-চংপা পণ্ডিতশিং অমস্তুং অইবশিংনা, মীয়ামদগী হেনবা বুদ্ধি চেঙয়বস্তু, গীতাগী পাউতাকী খঙবা ওমদনা লৈরিবা অওকপা অথুপ্পা অহুবু হায়দোকুনা ময়ামদা খঙহনবা ওমখিত্রি । আলোচনা তৌবশিংনা অহোংবা পুন্নমকী মরক্তা মপুং ফানা মান্নবা খল থম্বগী নিয়মশিংগী মরমদা নত্রগা নীংখা-তম্বা ফংবগী মরমদা অতৈ অমা অমদগী হেন্না মরুওইবা ওইনা মত পীরি। অমরোমদনা, খর অমনা অমূক মখোয়না খঙবা নোংচুপলোমগী দর্শন- সাস্ত্রগী লাইরিকশিংগা গীতাগা চাংদমনৈ অহুপা মহুদগী পীশল্লকপা শাস্তু অদোমদা রাখল-পুক্লীং নৌরিবশিংবু তম্বীবা হৌরম্মী । থাজৈশেং-নমক, পুমথা থাদোকপা হায়বা অসিদি য়াম্না পান্নীংঙাইনি। অহুবু মী খজিকখক্তনদা মহুবু অভ্যাস তৌবা ওমই । করিগুম্বা অকক্সবা ধর্মগী পাউতাক অমা খ্বাই ময়ামগী অয়াবা ফংবা তারবদি, মীপুম খুদিঙমক্কা হৃত্তিগী পুন্সীদা অমস্তুং মহুগী থবক ইথাওশিংদা ইনবা অমস্তুং খঙবা ওয়গদবা চংনরোলশিং লৈগদবনি ।

স্ব ( মশাগী ) ধর্মবু লিংজেল ফনা ইনবা হায়বসিনা মী খুদিঙমকী খ্বাইদগী মাংবা ধর্মনি । সমস্যা অসিগী মতাংদা, ধর্ম অমস্তুং হৌন-লমচংকগী মরক্তা মুংনবা অমদি লৈ । "গহনা কর্মনো গতি" কর্ম তৌবা হায়বা অসি খুদোংথীনিংঙাইগী মশক্তি, খুদোংথীবনা পীক থন্নি" হায়না অচুম-অয়ানগী রাজকবাতেম্বগী মতাংদা ওাওতহুনা ভগবাননা হায় । করম্বা থবকপুনা ধর্মনা য়াম্নিবনো, করম্বনা য়াদবনো ? করম্বা থবকপুনা লমচং-পুচংনা তৌবা য়াই হায়না হক পীবনো, করম্বনা পীদবনো ? চিংনবশিং অসিবু রা-লেপ্পা ওয়বা, মীশিংনা কন্না হোংনখি অহুগা হৌজিকসু

কল্লা হোৎনরি। ভৌইগুম্বসুং পাওথোকপদা মতিক-চাবা থবকশিংগী মথল অহু মথাগী শ্লোকশিং অসিগী মরুওদা কৃষ্ণনা পল্লি:—

মন্মনা ভব মদ্ভক্তো মদযাজী মাং নমস্কুরু।
মামেবৈষ্যসি সত্যং তে প্রতিজানে প্রিয়োঽসি মে।
(১৮:৬৫)

সর্ব্বধর্ম্মান পরিত্যজ্য মামেকং শরণং ব্রজ।
অহং ত্বাং সর্ব্বপাপেভ্যো মোক্ষয়িষ্যামি মা শুচ:॥
(১৮:৬৫)

"ঐঙোন্দা নঙাখল অহু চেৎনা থম্মু, ঐবু থুংশি- চাননা নীংজবা ওইয়ু; ঐবু পূজা তৌ; ঐঙোন্দা শ্রাধঞ্জলি কৎলু; নহাক্না ঐবু ক্ষংগনি। অচুম্বা মতৌ অমবু ঐনা নঙোন্দা খওননবা চেৎনা হায়রবনি, মরমদি নহাক অসি ইফমদদি য়াম্না চানবনি। মসি ঐগী পাউতাকনি, ঐগী ৰয়নি (থৌজালনি)।" "মসিনা ঐঙোন্দা লাকৰগী চৎন-লমটীনি। ধর্ম্ম মথল খুদিঙমক থাদোক্লো; ঐঙোন্দা চঙজবো, রাগম্মু; ঐনা নহাকপু নহাক্কী থবক পুম্নমকী ফলশিংদগী নীংতমহনগনি।"

ও! শৈরেং-তাক্কক অনীমুগী অর্থ অমসুং ঈরা অহু খওউ। মসিগী চঙজবগী থবক অসিনা মথোয়বু তাইবংসিদা পোক্লকপগী — শৈরম্বগী (হিংলম্বগী) তাইবংসিদগী চৎখিবগী (শিবগী) কাঙথাও অসিদগী মুক্তি কংহৰদা মতিক চাদবরা? 'তন্মনা'— হায়বদি, থরায় পানবা খুদিঙদা ইবুংঙো মন্মক লৈরা উবা, পুন্সীগী মীৎকুপ খুদিঙদা ইবুংঙো মহাকপু লৈ হায়বা খঙবা, উবখঙবা অসিগী আকন্নদা রূপসিন্দুনা লৈবা; 'তদ্ভক্ত'— হায়বদি ইবুংঙো মহাকপু থুংশিবা অমসুং চেৎনা নীংবনা থোকহনবা মরী অচুম্বা তিনসিনবা;

অন-মাকী'-থরক পুম্বা, চাউরা অমম্তুং পীকপা, ইবুংঙো মঙ্গোলা, কুরুক্ষেত্র, (অপ্লাম্বা, মনাংবা, ফজবা কৌভম-মতা, থবক ইথাঙ, থবকী ময়ে :, তুং-তাবা ফল) খুদিঙমক হৌবদগী লোইবফাওরদা কথোকপা, ইশ্বগী কামনবা মান্ত্র-নকবা পুম্বা থাদোকপা অদুগা ঈড়াংপগী মশক ওইবা করিগু মিতাক্লদবগী পূক্‌চেলদা থবক পুম্বা পাঙথোকপা — মসিবুনি ভগবান না নবকসগী পাম্নিবসি ।

অওইবগীদি, মশাগী ওইবা পুম্বা পুমকং-কথোকপা হায়বা অসি ওইহনবা লুই । অদুবু মাথকৈ অশোমদা মী অমনা খজিক্কুংদংদা ওইরবস্থু হোৎনজরবদি, ভগবান মশামক্তা অরোইবা অদুফাওবা মসিবু ফংগে তাম্নবদা থৌনা হাপ্পিগনি । ইবুংঙো মহাক্লা মরূপ অমগুম মাগা চৎমিন্নগনি, অদুগা মহাকপু মতেঙ পাংবিগনি , ইবুংঙো মহাক্লা লমজিংবা অমা ওইনা মহাকপু লমজিংবিগনি ; ইবুংঙো মহাক্লা কণ্ডবা অমস্তুং মিহৌহনবদগী মহাকপু কনবিগনি ; ইবুংঙো মহাক্লা মহাকী চৈশু অমস্তুং য়োকথৎ-শৌগৎপীবা ওইগনি । ইবুংঙোনা হায়রীখোৎপীরম্মী, "স্বল্পম অপ্যস্য ধর্ম্মস্য ত্রায়তে মহতো ভয়াৎ ।" (থবকী লীক্লম অসিনা, মসিদা খজিক্কুংদা কাওববু চঙশিল্লরবদি, কিহল্লিবা অকিবা অচৌদগী মাবু কনবিগনি ) । ধর্ম্মবু ইনবা হায়বসিমক মুংঙাইবগী হৌরকফম অমনি ; খুদোংখীবগী পলশিংনা লাং ইথাক-থাক্তবা লম্বী অদু অসিনি । ভগবানগী পাউতাক অদু মথুনি ।

"মামেবৈষ্যসি" - —"নহাক ঐঙোন্দা নকশিল্লকনি, নহাক ঐ তম্না চঙশিল্লকগনি ;" হায়বদি, নহাক্লা ঐগী অথুপ্পা অদু খঙলকনি, নহাক্লা ঐগী হকচাঙশুংদা চঙলকনি, নহাক্লা ঐগী ইহৌশাবু ফংজগনি । মুক্তমশিং অসিদা, সাদৃশ্য (লাইগী ওইবা হৌনশাবু ফংজবা ), সালোক্য ( ঈশ্বরগী

মহৎকৈটাওনুংদা লৈজবা ) অমসুং সাযুজ্য ( ঈশ্বরদা তিনুবা ওইজবা ) হায়-বশিংসি উৎলি। কনাগুম্বা অমনা জীব খুদিঙদা লৈরিবা লাইগী মগুণ অহু থওবগী থাক অহু য়োয়বা মতমদা, জ্ঞানগী খুৎলাই ( ইন্দ্রিয় ) খুদিঙমক্না লাইগী মগুন অহুবু থওবগী লৌশিং চেন্নক্লবা মতমদা, মহুতবু উজবা, মহুতবু তাজয়বা, মহুতগী মহাউ লৌজয়বা, মহুতগী মনম নমজবা ফংজয়বা অমসুং মহুতগা শন্নজয়বা মতমদা, মীওইবনা চিংনমিংঙাই লৈজনা ঈশ্বরগী হকচাওগী শক্লক অমা ওইরকই অহুগা ইবুংঙো মহাকী হকচাওহুংদা লৈবা অমসুং তিন্নবা ওই। ভৌগদবা থৌ অসিবু নহাক নশাগী চাওখৎ-নবগী মায়কৈদা পায়খৎলকপা মতমদা, অহানবা হৌগৎলকপহুমক্তদা নহাক অমৌবা পাগল অমা ফংগনি; নহাক অনৌবা অমসুং হেন্না শেংলবা মুংঙাইবা অমদা চৌং-লাওবা পোকনি; নহাক্না মতম পুম্বগী ওইবা মুংম্বাইবা অয়োবীগী ( আনন্দগী ) মপুং অহুবু মহাউ তংগনি; নহাকপু অনৌবা অশেংবা ল্যাইরয়েনগী মতৌ অমনা তেকখৎহনগনি।

অসিগী থম্ম অসি মীওইবশিংগী মরক্তা থোইদোক-হেন্দোক্না ফঙ্গবা কাওবুদিনক্তা শেম্বীবা নত্তগা তাকপীবা নত্তে। ময়াম পুম্নমক্না খুংনা লাম্বা ফংবগী মহুংদা লৈবনি; মরমদি মী পুম্নমক ঈশ্বরবু ফংনীংবগী অরাম্বহু লৈ, অঙনবা পুম্নমকসিগী য়ুথল মরুমদা করিগুম্বা মরু ওইবা থন্না থুপ্তুনা লৈ হায়বসি পুখোকপা ওন্নবা মী পুম্নমকী অচুম্বা মাথল-ফিরেপ লৈবসি। খ্বাইদগী তমথীবা পাপ-চেনবা-মী অহুকাওবা মাগী থম্মোয় থুনমক শেং-দোকপগী হক লৈ অমসুং থম্মোয় পুঙমদবা অমুতাপ অমদা ভগবানগী চরনদা চঙজহনা থম্মোয় শেংলকপা ওইখৎলকই।

মরম অসিনা মী খুদিঙমক্না মহাক মহাকীদমক য়াতুনা থন্নিবা তোপ তোপ্পা থর্ম অহু ইনগদবনি হায়বসি ভগবানগী চীংঙ্ ময়াথৎনি; মী খুদিঙ-মক্না মহাক মহাকী মশামকী সংস্কৃতিগী, থর্ম্মগী ওইবা য়ুম্ফমশিংগী মতুংইন্না

## গীতা বাহিনী—১

মশাগী মপূর্ণী লেম্বা থুংশিন শীনশদবনি ; মহাত্মা মপাম্বোংগী মীংয়েং থাদোকদবনি অদুগা ঈশ্বরগী খোঞ্জেল অদু মুন্না তাপদবনি ।

ভারত্তা পোকইবা মখোয়শিং অদুনা ভারতকী নুচিংবা অদুগী— - গোপালগী – খোঞ্জেল অদু পুক্নীং চঙনা তাশিন্দুনা মীওইবদা পীশিনবা থুদোংচাবা অসি লৌবদা মতিক চাই হায়বদু উথোকদবনি অমসুং মখোয়না তাঙথোক্লকপা য়াইহে থুদিঙদা, মখোয়না ইথোয়কপা চিঠি থুদিঙদা, মখোয়না য়োকথংপা অশা থুদিঙমক্তা, মখোয়না শাগংপা বাখল থুদিঙদা, অদুগা চীঙ্খাক নত্রগা লৈকম নত্রগা হকচাঙ ফবগুম্বা অপৌবা পোংলমশিং ফংনবগীদমক তৌবা থবক থুদিঙমক্তা, মখোয়গী মশাদা য়াকাইদনা থুত্তুনা লাইগী লৈরিবা ওইবা মগুণ ( কীতম ) অদু ফোঙদোকদবনি ।

মদু তৌরবতদা ভারত জাতি অসিনা, য়াম্না লিয়বা ধর্ম, সনাতন ধর্ম অসিগী চঙখোল্লবা মগুণবু অমসুং মীওইবা জাতিদা লাম্বোক্লিবা অসিগী তোপ-তোপ্পা থুদোল অদুবু মালেমসিদা প্রমাণ তৌদুনা শেংনা উংপা ঙমগনি অদুগা মীওইবা পুম্নমকী শান্তি লিংবা শোয়হল্লোই । অদুগী ধর্মদুগা মরী লৈনবা থবকশিংথক্তনা পূর্ণীগী অরুবা পুম্বা মায়য়োক য়াবা ঙমহনবা অমসুং মায়পাকপা ফংবা ঙমহনবা পুক্নীংগী মপাঙ্গল অদু পীবা ঙমগনি ।

ধর্মগী শেংলবা লাইরিক গীতা হায়বা অসিনা মদুগী বর অদু, ফাংনবা লম্বী অদু শেংনা তাকপীদুনা, পীবি ।

---

# তাঙ্কক ২

অহানবা তাঙ্ককসি "কৃষ্ণ গীতা" হায়বদগীহেন্না চা-ননা "অর্জুন গীতা" হায়না মিংথোল্লি। থবায়-রাবা অমস্তুং শেয়ান্নবা থাজবা হায়বা অনীসিনা পাঙ্গল শোলহন্দুনা, অর্জুন লাল অদুদগী পূক্লীং লৈথোক্লে অমস্তুং মাগী খুংলাইশিংদু নাকন্দা থম্লে। মায়য়োক্করিবা শক্তি অনীসিগী মরক্তা নীংজিং-মাঙজিংনদুনা মানা মাগী দোলাই মনুঙদা নীংবকায়দুনা লৈরে; চমন্নবা অমস্তুং মশাগী কীভম কায়না থানা মায়কৈ খুদিঙ কোইয়েং য়েংঙ্গী; মানা মাগী মরী-মতাশিংগী মায়থোঙশিংবু মীৎয়েং শাংখৈরি; মহাক মীতুমশিনা লাকহৎলে, মহাক্তী মমিং লৈরবা লীকং অদু মাগী মেৎলবা খুবাবদগী লাক্ছে; মহাক শোনমনখিবনা লেপ্পা নত্রগা কস্বকাওবা ওমলক্লে; মহাক্তী অপূক্লীং অদু 'পুর্বগী মাংসা' গী রাথল-শাথায়রোমদা ঙাওচৎনর্ব্বে। মহাক লাল তৌরোই হায়না রাশকথ্রে। মীৎতাংবা নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রদা সঞ্জয়না রাকব অসি তমখিরবা মতমদা, মহাক হন্নাওবনা মথূম-মন্নাঙ হোরকই, মরমদি মায়পাকপা হায়বদু খূৎনা লাম-বা কংলে হায়দুনা! মহাক মাংজোনননা উবস্তু নত্রগা শাং-না উবস্তু ওন্নমদে; য়াম্না রাংলগী, লাইগী ওইবা উবা ওস্বগী পাঙ্গলদো; মরম অদুনা মাগী হস্বরকপা লৈত্রবা সত্রাজ্য অমগী মঙ অদু রাক্রদনা চুম্লে হায়দুনা মুংঙাইবা কাওরগী।

অদুবু ঈশ্বরগী ওইবা উবা ওস্বগী পাঙ্গল লৈবা সঞ্জয়না মথম্মোয়দা কাওরগী, "করিনো, মসিবু মঙোন্দা পূক্লীং খোয়রাংহল্লিবা ঙাওরি-কৈরিবা মুংঙাইবা হায়বদুরা? ভগবান মশামক্তা পাণ্ডবগী নাকন্দা লৈরবদা, নিংথৌসিগী মবুক-কত্তবা থৌরাঙ অসি করম্না মায়পাকপা ওমগ-

দৌথখনো ?" অহুদগীদি লাল অহুদা চৌংশিন্নরিবা অর্জুনগী অকিবগী মশক ওইবা ফুং-তাবা কলশিং অহু মহাক্না মশামক্তা তাবনা শাকরম্মী।

তৌইত্তবসুং অর্জুনদো পীরাং মরীকশিনো মখক্তারশিংদা শীহরম্মী। মহাকী মমীৎশিংদা পীরাংগী ঈরৈশিং লৈরম্মী। ভগবানমক কাওবা মতৌহ লৈংহুনা হুশিন্না লৈথোকপা ওয়দে। ইবুংঙো মহাক্না অর্জুনগী মিহুল-মহন্দু য়েংলম্মী অহুগা লায়না অহুগী লাইওং লেপ্রম্মী। ‘মোহ’গী অভাও লায়নানা ( লান-না মমল লৈহনুবা হারবহুনা থোকহল্লকপা শেরায়না থাজবা হায়বহুনা ) মহাকী হকচাঙ অহনদাঃ অপোবা, কৃপমনবদগী থওবদ লুবা অমসুং মরমগী ওইবা হায়হুনা লৈরিবশিংহুদা চঙব্রে হায়বসি তাইবং মপু মহাক্না মীৎনা কৃমর্দা থওলম্মী। অর্জুনবু উমশিল্লিবা মীন্নুংশি অহু " তশেংবা " ওইরমদে হায়বা অসি ইবুংঙো মহাক্না উরম্মী। মরমদি তশেংবা মীন্নুংশি হায়বহুদি দৈবী সম্পদ ( লাইগী ওইবা থাক রাংখংহনবা পুক্নীংগী ঈথিল-হুংথিল অমসুং থবক তৌনীংবগী য়াথঙ ) ইরাং-রাত্তনা চেনগদবনি ; মহুনা ভগবানগী য়াথংশিংবু হীত্তোকপা তৌরোইদবনি। মহু তশেংনমক মীন্নুংশিগী কুয়াংবান্না কৃপা ইশাগীতা য়েংবা ( মীন্নুংশি শাজন্নবা ) হায়বহুমক্তি। মতৌ অস্থুন্না ভগবান-না মহাক্পু ‘ অশোনবা ’ অহুদগী কনবীরগে হায়না লেপখি। " কৃপয়াবিষ্টম " হায়না গীতানা হায়রি। অর্জুনসি পাম্বে লৈত্রে, মীন্নুংশীনা লাকহংখিবনা, —অহুনা লায়না অহু ফইনবা তারম্মী।

থৌ-লাং তৌহুনা ( নত্রগা মন্ত্র শোন্দুনা ) কনাগুম্বা মীশক অমদা চত্তলিবা ভুতপু মাগী মশাদগী তাম্থোকপা তাবগুম অর্জুনবুসু অকিবা অমসুং মীকিথী ওইবদগী কোকথোকপীবা তাই। মরমদি মহাকী নাকন্দা ভগবান্না লৈরিবা মহাক অহু কিরুনীংতাই দরকার লৈতে। করম্বা ভুত অমবা পঞ্চভুত পুম্বগী ( পোংচাক মতাগী ) মপু ওইরিবা কনাগুম্বা অমহুদা কনি তৌজরবা ওয়গনি ? "বৈদ্য নারায়নো হরি।" ভগবানদি অথোইবা

ডাক্তরদুনি। অর্জুন-না দরকার ওইখিবা অমসুং ফংজখিবা ডাক্তর অদু নারায়ন-না ওইখি।

কয়াদা মরাদবক কপ্রবনো অর্জুনসে! অরাবগী থম থেংবশিংদুদগী কাওবা, ফুংজাই-ঈপোম হৌরকনি। অনীশুবা তাককী ১১ শুবা শ্লোক কাওবদা মাওরিবসি "মাগীনি হায়না থমনীং-পায়নীংবা অদু"গী কন্ন ওই-রিবা অর্জুন গী পুক্নীং-হনবগী মায়নি। মসুবুনি "জ্ঞানগী লম্বী ওইবা সাংখ্য যোগনু শন্দোক্না অমসুং শুগায়না তাকপা অদু"না লায়রেংবদুদা অহানবা খোঙ্গথাঙ অদু ওইরক্লিবা মরমসে।

কৃষ্ণগী 'অমৃতোপদেশ' ( শিদয়াই পীবা পাউতাক ) অদু ১১ শুবা শ্লোক অসিদগী হৌই, থাদেশেংনমক, ভগবদ গীতাসি মতাং অসিদগী হৌই। মতাং অসি য়েংবা ফাওবদি খঙদবদগী অমসুং বুদ্ধি-পঙতক-শুদক তৌবা মতৌদগী পোকপা অর্জুনগী শেরায়না থাজবগী মরমদা মাহেনা কোঙদোকপ মশক্লি। কৃষ্ণনা সাক্ষীগী শক্তম লাংলগা, অর্জুনগী পুক্নীং-হনবদুনা হেক্তিল্লকপা অমসুং চমমসিল্লকপা অদু মতম থম্বগী ওইনা য়াবিরম্মী। মমৈদা অর্জুন-না লীরুঙ থাদপ্রবা অমসুং লান্জোক্রবা য়াখি-ত্রবদা, মহাক্না অচুম-অয়ানগী মাখল পুম্বা মাঙপ্রে হায়না মশানা য়াজরবা মতমদা, মহাকী অরুবা সনস্যাশিং অদু থ্রাইদগী নিংথিনা কোক্রবা লম্বী অদু কৃষ্ণনা তাকপীনবা হায়জরবা মতমদা, মদুগী মতুংইন্না, কৃষ্ণনা চোঙ-থোক্লম্মী অদুগা হায়রম্মী :—

"অর্জুন! নহাক্লমথৈ নঙনা মুংশেলগুম লুনা অমসুং মায়থোং মকা-লায়া লৈরক্লগা, হৌজিক্তা মতৌ করম্না তুকচনীংঙাই ওইবা কম্রিশু কায়দবা অরম্বগী উরুমসিনা নঙবু লাংশিনবা শুমগদৌরিবনো? নঙনা ওইরিবা অথৌবা অদুদদি য়ায়মক পকচখিত্রে। অর্জুন হায়বা মাহে অদুদি লু·রবা, মক্রবা লমচংপু হায়বনি। অদু ওইরগদি মসিগী অরাবসিদি করিগী?



লালদি থরাক-থরাক য়ান্দুনা লৈরে। লালগী লৈচিনশিং [illegible] অদুগা থাক লাওরি। মাঙদা লৈরিবা য়েক্কবশিংসিনা লাল শোক্কবা অদুদা চোঙশিনগদবা মীংকুপ অদু ঙাইহনা লৈরি। মখোয়না মশীঙ-শাকতমজবা চুমদবা অমম্থুং মুংশি-খঙদবা থৌওঙশিং কয়া নখোয়গী নথক্তা পৈশিন্দুনা লৈরে অদুগা নখোয়গী হক ওইনা পোয়দনা কংজগদবা লম অদু মুন্দুনা লৌনবা মখোয়না গৌজিক শেম-শান্দুনা লৈরি। মখোয়না নখোয়গী নথক্তা হৈথখিবা অরা চৈনা পুম্বা নখোয়না খুজীলমুক্কুম্বা মচাং অমকাওবা লেওহন্দনা থাওহনা লাক্লি। মখোয়না নমশিল্লকপা কীভমশিং নখোয়না পাঙথোক্তুনা মনীং থুংহল্লে অদুগা নখোয়বু বন-দা থাবগী লেপ্পম্বা চহিশিং অদু নখোয়না লাস্থোরক্লে। য়াশিন্নবা অমা পুরক্কবা নখোয়না হোৎনরম্বা ময়ামদু অরেম্বা তাখি, লানফমদা খুংলাইশিংচায়নবা হায়বদুদি নহাক্না হীক্তোকপা ঙমগ্ররোই। ঐখোয় হেক ঙম্বমথৈ ঐখোয়গী হক থাদোক্তুনা য়েংলক্লে। হৌজিক্তি মবুক ফজরবা দুর্য্যোধনগী মমীংশিংদু পাঙহন্দুনা মহাক মশাগী য়োনা ফত্তবা মতৌদু উহম্বগী অমতা ঙাইরবা লম্বীদি লাঙ্গ তৌবনি।

"লাল অসি, য়াম্না কুইনা চ্যোকশিন্না খম্নবা তুংদা তৌবা হায়না রায়েপ তাগ্রবনি। মসি খওশাউ-শাউবদগী তহা-তহানা লৌখিবা রায়েপ অমদি নত্তে। দায়ীত্ব লৈবা মশক-নাইবা ) অহল-লমনশিংনা অফবা অমম্থুং ফত্তবগী খল ওনগ্রবনি অদুগা ইকোন কোনবা পাম্বে ওইনা 'খুং-লাইগী মতেঙ লৌনবা হায়বসি লীংফত্রবনি' হায়বা রায়েপ অদুদা লাকগ্রবনি। নহাক অমম্থুং নহাক্কী নচিন-ননাওশিংনা পুম্নমকসি য়াগ্রবনি অমম্থুং রায়েপ অদু চুমই হায়না শীংথাগ্রবনি। লাল অসিগীদমক্তা নহাক থরায় য়াওনা শেম-শারক্লি। থাঙ্গৈপেংনমক, অতৈ-অতৈশিংদগী নহাক্তা হেন্না মসিদা পুক্নীং লুপগ্রবনি। হৌজিকপু 'মায় লৈবা' হায়বসি নহাক্কী-দমক্তদি কয়াদা লানবা ওইগবা ?

লাল অসি মীৎমা কৃপা অমদা নথক্তা খঙলাক থংগুমদা তাশিনখিবা নম্বো। নহাক্না কুইনদগী দরকার ওইবশিংছু খোমজিন্নক্লিবনি। ভগবান শিবগী মফমদগী 'পাশুপত অস্ত্র' খুৎলাই ফংননবগীদমক্তা মতৌ করম নহাক্না য়ানা হোৎনরকপা, চারা শীংলকপা অমসুং বনগী উচৈ-রাচৈ অমসুং উরু-উপাল চাহুনা হিংখিবা, লাল অসিগীদমক্তা লাইগী য়াই-ওইবা তেঙ্গেশিং ফংনবগীদমক্তা লাইশিংগী নিংথৌ, ইন্দ্রগী লোক ফাওবা লাপ্পা মতৌ করম নহাক্না চৎখিবা নীংশিংউ।

"অদুবা কৌরব চাগোক্তা পোকপশিং অদুগীদমক্তা, মখোয়না ফংকম থোকপা মখোয়বু মরুফংনা মাঙহনবগী নোংদম চৈরাক্কী নীংকূপ অদু লাক্লবনি হায়না ঐদি খল্লুই ; তৌইগুম্বসুং নহাক্কী হৌজিক শেৎন-কাইন-নপৌরো হায়না তেংথা-ঙ্গশৈ শকপা কৌরে। করিগী অসিগুম্বা অমঙলগী খোজেল তাহল্লিবনো? ক্ষত্রিয় শাগৈগী মীশক অমা ওইনা নহাক্কী তৌগদবা নপৌ অদু খল্লু ধর্মবু কনখৎপা, অচুম্ববু ঙাকপা (কনবা) হায়বদো। নহাক্কীদি থৌনা, অকি-অখং-খঙদবা স্বায়-স্বায় লাউবা অঙকপা থৌদো অমসুং পরৈ-চেৎপনা নরলনি। অদুবু নহাক্কী মীমুংশিংগী ওইনা য়েংবগী দরকার ওইদবা অঙকপা বৈরাগ্য অসিনা লাকহৎলে।

"অয়ম্বা মতৌ অসিনা নহাকপু অমসুং মিংচৎ য়াম্না হেনবা পারোল-পুরোলশিং ফাওববুস্তু ইকাইবা নংহনগনি। থীদা নঙসে। য়েংনীংদেনে হায় নঙবু? নহাক্না ক্ষত্রিয় শাগৈবু মিংচৎ-থীবদা চিংথরে। নঙগুম্বা মথলগী মীওইশিংদমক্তদি লাল হায়বা অসিনা স্বর্গ তাবা লম্বী, সনা লম্বেলনি। হৌজিকপু নহাক্না লানফমদগী হন্দোকপা তারো, করম্না নহাক্না মিংচৎ থীবদগী মাঙ্খোকপা ওমগনি? নহাক্কী পাম্বোমগী হৈ-শিংবা পাঙলনা 'বিজয়' হায়বা মিংথোল অদু ফংখিবনি। পূনী চুপ্পা অমা হোৎনদুনা

নহাক্না তাল্লকপা অক্ষবা ম্নিংচৎ অহু মকসিলহনগম্মু। নহাকপু তুকথহল্লিবা অনম-অহা-চুবা মতৌসি থাদোকউ।

"ঐনা হায়বসি মুন্না তাও; অম্নরাবতীদা কবি থোকখিবগে হায়বহু নতোমতা নীংশিংউ। উর্বশী কৌবী লাই-লৈশাবী অহুনা হায়জবশিংহু নহাক্না থৌওইবিখিদে অহুগা মহাক্না নহাক্কী থৌজালদা মচানিপা অমতং ফংজবা পাম্নবা মতমদা নহাক্না পাউথুমবিখি, "ঐসে নচানিপা ওইনা ফংজরো।" মহুনা নহাকসি চাংদমনীংঙাই লৈতবা অথৌবা অমগুম উৎলি। লাই-লৈশাবী অহুগী থৌরাঙ পুম্বা দুগায়বীবহুদা, মহাক্না য়াম্না খোয়রাও—খোয়শাউনা নঙোন্দা তৌখিবা শাপ অহুনা, রাজকুমারিশিংবু জগোয় তম্বীহুনা, বিরাট নিংথৌগী দরবারদা নপুংসক অমা ওইনা মতম লেনহন-খিবদা নহাকপু মতেঙ পাঙখি, মহু নভ্রনে?

"মহুগী অথৌবা মতৌহু ক য়দা চংথ্রে, ঐঙোন্দা হায়যু। পাণ্ডবা মতৌ অসি করম্না রংচাউনা কনবা, পুকচেল-লেপ্পা-গুম্বা অসিগুম্বা মীওইহু অমগী মফমদা লানশিল্লক্লিবা? নহাক ঐঙোন্দা লাকখি অহুগা লাল অসিদা নতেঙ পাঙবিনবা নঙনা হায়জনা অহুদা ঐবু তুম্বা থুগায়খি, হৌজিক্না নহাক মহুদগী চেল্লে। মসিদবু ঐনা নতেঙ পাঙবা তারিব্রা? নঙনা কিহুনা চেল্লগা ঐ য়েংবা তারিব্রা? মসিগী অনম-অহা চুবা মতৌ অসি হেক্কু মক-ফুক্কংল্লু; অকিবা অসি উৎনা থাখৈনখো। অমুক অথৌবা মীশক অমা ওইবক্লো" মহৌ অস্নুম কৃষ্ণনা কন্নহেকমক চৈ-বোই-থৌজনবোই ঙাঙলম্মী।

রা-মতাং অসিদা রাহৈ মরিথক কৃষ্ণনা শীজলৈ: কশ্মলম (অশঙবা—খঙদবা), অনার্য্য-জুষ্টম (খুদিঙমক্তা লৈরিবা ঈশ্বরগী ওইবা লৈখোলবু মাঙহননীংঙাই ওইবা লমচৎ-শাজং), অস্বর্গ্যম (মীওইবদা লৈরিবা ঈশ্বরগী ওইবা মতিক-ময়াইবু মাঙহনবা গুন) অহুগা অকীর্তিকরম (মতম কুইনা লৈগদবা লন-থুম্নু অস্নুম অস্নুম মাঙহল্লকপা গুন)।

ক্ষত্রীয় অমগী ঈৱু শাগৎহনগদবা অসিগুম্বা মতিক-ময়াই হাপ্নিবা ৱাহৈশিং অসিনা অর্জুনদা য়াম্না চাউবা কান্নবা ফল পীরম্মী। অর্জুনবু কৃপাশিনবিরম্বা অপঙবগী অথাবা লৈচিল অমু থজিন্নং পাথোকপা হৌরক্লমই। মহাকপু অচুম্বা কাউহল্লিবা তম : গুন অমু চথোকখ্রে, রজঃ গুন হল্লক্লমই অদুগা "কথম" (করম্না) হায়ন। হংননবা ৱাহৈশিং ফংজখি। ৱাহৈ অদুনা অর্থ য়াম্না ফোঙদোকই। গীতানা গুপায়না করি তৌগনি হায়না ঈচম-চম্না তাকপদা নত্তনা, মতুবু করম হায়না তৌগনি হায়বা কাওবা গুপায়না তাকই হায়না মতুনা খঙহল্লি।

অর্জুন-না কৃষ্ণদা হঙজচরম্মী, "হে মধুসূদন। ঐগী ৱাহৈশিং অসি মুম্না তাবিয়ু—লাম্মী পরেংগী মাঙজিন থাম্নিবা মখোয় পুম্বা পূজা তৌজবদা মতিক চাবা ঙাক্লি। ঐখোয়গী পম্মৌ লৈখিত্রবা মতুঙদা মগুন-চাউবা তীথনা ঐখোয়বু য়েংশিনবিরম্মী অমসুং অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা তাকপী-তীকপীরম্মী, অদুগা ঐখোয়না হৌজিক ওইরিবসি মহাক্না ওইহনবিরক-পনি। মহাক ঐখোয়দদি পম্মৌ অমা হেক ওইবগুম্বনি, ঐখোয়গী থারাগী মগুন লৈরবা অহল অমনি। অদুগা দ্রোণগী মরমদা ঐনা করি অমুক হায়রকনি? মহাক্না মহাক মশামক্কী মচানিপা অশ্বত্থামা মুংশিবদগী ঐবুনা হেম্না মুংশিবিরম্মী; মাগী অথাকপা লৈতবা মুংশিববু ঐনা ফংজখি। মহাক অসি, মুংশিবা অদুনা চিংদুনা, ঐবু মাগী অচানবা শিষ্য (সেবক) অমা ওইনা লৌখিবা অমসুং ঐনা হৌজিক লীরুঙদা হৈনবা মীশক অদুমা ওইজরিবা অসিবু ওইহনবিবা গুরু অদুনি। মাবু মায়থীবা পীনবা মানা তম্বীরকপা ইহৈ-ইশিং অসি হৌজিক ঐনা শীঙ্গনবা ইবুংঙো নহাক্না পামবিব্রা? ভরতকী মচা অমা ওইনা অসিগুম্বা থবক অসি তৌবা অচুম্বা ওইগদরনে? লালদদি ঐখোয়না ঐখোয়গী য়েক্লবশিং হাৎপা তাই, মসি

নত্রনে ? নত্রগা, অচেৎপা ভক্তি তৌজবদা মতিক চপ-চারবা পম্মোশিং অমসুং গুরুজনশিংসিগা ঐখোয়নালাল-থেংনবা ওমগদরনে ?

"লাল শোক্লবনা স্বর্গ ফংবা ওমগনি হায়না ইবুংঙো নহাক্না তাকপীরি। ঐখোয়না য়াম্না লুনা নীংজবা গুরুজনশিং অসি হাৎলগা করম্না স্বর্গ ফংগদৌরিবনো হায়বতু ঐ লৌশিনবা ঙমদ্রে। মসিগী রাথক্লোন অসিনা সরা-সল্লবদি, গুরু থরদমক হিংহৌবা ওমগনিদো। ইবুংঙো নহাক্না হায়বী-নীংবমথৈ হায়বিখিবা য়াই, মসিমদি ইবুংঙোদা হল্লচগে: মসিগী উপায়শিং-সিনা সুংঙাইবা অমসুং শক্তি তানগদবগী শরুকপুদি য়ুমথোং য়ুমথোংদগী নিরকপা ভিক্ষানা হিংজবনা হেন্না ফৈ হায়না ঐনা পুক্নীংদা ফাওজে। অসিগুম্বা মীশকশিংসি হাৎলগা তাল্লকপা চীথাক অছুদি মখোয়গী ঈ তোৎলবনি অতুনা মরম ওইতুনা ভিক্ষা নিরগা ফংলকপা চরা অতুনা ঐনা হেন্না পামজৈ। ফরে, নীংজিং-মাওজিংনবশিং পুম্নমকসি থাদোক্লবা অছুগা লাল তৌরফাওবদা, করম্না মাযপাকপা হায়বতুবু কওগনি হায়না থাজবগা লোয়নন আশা তৌবা ওমগদৌরিবনো ? মায়পাকপা অসি ঐখোয়রোমদা লাকপা য়াই হায়না নীংলগা, ইথক-থোংবশিং অসিবু হাৎনবা অছুগা মরোল অনীমকপু মাওহম্নবা ঐনা মতৌ করম্না পুক্নীং লেপ্পা ওমগদগে ? তাঙ্গা চাথিতুনা মখোয়না মায়-পাকগ্রগদি, মতুনা ঐখোয়বু হেনফদনা ভিক্ষা নিহনগদবর্তন ; ঐখোয়না মায়-পাক্লগনা, মতু মায়থীবমুক ফক্রে, মরমদি, ঐখোয়না পীরিবা মায়পাকপগী মমল অতু শাগৈ-নাতৈ হাৎপনা ওইরবদি মতুগী মায়পাকপতুবু করি কান্নবগীনো ? লেমহৌরিবা পুন্সী চুপ্পা অসিগী ওইনা পুক্নীং থেমজিনবা ওন্নরোইদবা অরাবা অতুতমক ঐখোয়না ফংহৌ-গনি। হে কৃষ্ণ! লু-রবা সমস্যা অসি কোকহম্নবা পাম্বৈতু ঐনা লাম্বা ফংজদ্রে। ঐগী বুদ্ধিসু ঐবু থাদোকুনা চৎপ্রে। ঐগী ইওড-ইভোসু

পূর্বহৌং হোংগ্রে; করি মরমগী নো ঐহাক খঙবা ঙমগ্রে। ঐহাক্না অচুম্বা অমসুং অরানবা, ধর্ম অমসুং অধর্মবু তোঙান তোঙান খন্দোকপা ঙমগ্রে।

"ঐগী ক্ষত্রিয়গী ঈ অসি ইবুংঙো নহাক্না অচুম্বা চক চক থিনগাইরকপা মতমদা য়ানীংদনা ঈ-কারকই; মহুনা ঐবু লাল তৌনবা থৌজল্লি। লাংনঙাই ওইবা অহল-লমনশিং হাংপা মীহাংপা অমহ তারকনি কিবনা ঐবু ক্লুংহুলহল্লি। ঐহাক উপায় লৈত্রে। ইবুংঙো নহাক্না দোলাই অসি থৌবিষ্বিবনি, (ইবুংঙো নহাক্না দোলাই অসি থৌবিবগুম) ঐবুসু লমজিংবিরো, অদুগা ঐঙোন্দা লম্বী অমহ উৎপীরো। অদুগীসু মথক্তা, ঐদি সংসারগী চাওখৎপা-মতৌ অদুগা মরী লৈনদ্রে; ঐদি আত্মাগী ওইবা চাওখৎ-থোঙখাং অদুখক্তবু য়ায়া পামজরে;" মহাক্না হায়জরম্মী।

মীৎকুপ অদুদগী হৌনা কৃষ্ণনা গুরু হায়বহ ওইখি অদুগা অর্জ্জুন-না শিষ্য। অর্জ্জুন-না পোকম অমহ তা-নবা হায়জরম্মী অমসুং মহ মহাক্না কংজখি। অর্জ্জুন-না শিষ্য অমা ওইবগী মতৌ অমহ লৌত্রিবৈ ফাওবদি মহাক্কী থম্মোয় অমহ অহংভাব অমসুং অশোয়বনা পীক থল্লম্মী। অথৌবা মহাক অমহ শূন্য অমা ওইখি। কৃষ্ণনা লৌরিবা ফীভম অদুগী হেকমক ওয়্রৈনবা ওইবা ফীভম মতা অমা মহাক্না লৌখি।

পুম্নমক অসিগী মরমদি, ফীভম অসি নখোয়না মমুৎতানা নৈনরবদি, "মশাগী য়েংবা" হায়বহ নত্তনা অতৈ করি অমত্তা নত্তে। "প্রেম" হায়বসিনা কৃষ্ণনা য়েংবা মীৎয়েংনি, অদুগা 'ভ্রম' হায়বসিনা (শেরাননবা থাজবনা) অর্জ্জুনগীনি। মহুনা মরম ওইহুনা, মহাক্না পুক্নীংগী চৈনাকংবনি। কোম্বংদদি ইশাগীদা য়েংবা মতৌনা হেন্না খঙদবা অমসুং চময়বখল্লদা লমজিংই হায়বসি মহাক্না খঙখি। মহাক্না মহাক্কী বাখল-বিচার

লমজিংবিনবা ভগবানদা শিন্নথোকপ্রে অদুগা মশামকপু পাণ্ডবী কনজখি। ঈশ্বরগী মথৌত্তদি মহাকসি খুৎলাইতমক ওইবনি হায়না মহাক্না হায়খি। মশাগী অন্নানবা খণ্ডজবা হায়বা অসিনা অকপা শিষ্য অমা ওইবগী মকোক-ইথং-থংবা চঙখোনবা গুণ অদুনি; মদুনা লৌশিংগী অহৌবনি। অপণ্ডবা মীশিংনেতা মখোয়না লোয়না খণ্ডই হায়না পুক্নীংদা ফাওগনি অদুগা থোয়চং-ব্রাংচংনবা মশাবু ব্রাংবা লৌজবগী কিনিণ্ডাই-ওইরা লায়না অদুনা নাগনি।

---

"পুন্নমকপু মুংশিন্নু, পুন্নমকী সেবা তৌ"।

বাবা

# তাক্লক ৩

ছাত্রশিংদমক্তদি মহাক মশামক্কি মরালশিংবু, মখোয়ন্থ কোকহনগে হায়রবা মীৎয়েং অমগা লোয়ননা, হন্দুনা থিবনা মহাক্না পূক্নীং য়াম্না হন্নাও-হুংঙাইনবা চঙখোনবা গুনশিংবু ফংনবা হোৎনবদগী হেন্না কায়ে। মসিবু তৌবা ঙম্লবা ছাত্র অমনা খোঙসৈ থুনা চাউখৎপা ঙমই ; মহাকপু অকিবা নত্রগা হুংনাঙবনা তুং-হন্না কম্ন' শোয়ে়া শোয়ে়া চিংবা ঙমদে ; মহাক্কী পোৎলুম পূম্নমক থোনগৎলবা ভগবানদা থাজবগা লোয়ননা মানা পুন্সীগী খোঙচৎ মাঙদা চঙশিনবা ঙমই। মহাক্না উন-ন্নাইমুক চীকপা পূক্নীংগী কীভম অমদা য়ৌই, মহু অচুম্বা ৱাংনা কানীংবা মীগী খূদমনি। অর্জ্জুন-না মহুগী থাক অহুদা য়ৌখি অহুগা মমৈথংদা কৃষ্ণনা মঙোন্দা .. ...
( অহুগা, মাগী খুৎথাংদা, মীওইবা জাতি পূম্নমক্তা ) অমম্ন ফংহনবা ঙম্বা পাউতাক পীবিখি।

কনাগীদমক্তা গীতা অসি তাক্লম্লিবনো ? মহুগী মরমদা মীৎকূপ অমত্তং থম্লৌ। শঙ্গোম হায়বসি মনবীশিংগীদমক্তা থোম-ঙমকমদগী ঙম্লকপা নত্তে, মরমদি যনবীশিংদি মখোয় মশা-মশাগী শঙ্গোম থক্তে, মননাওগী মশক লৌগ্নিবা অর্জ্জুন-না মপূক থন্না থকচখি, কৃষ্ণদি অহুম পেন্দুনতা নৈ অমম্নুং মহাক্কী করিঙম্বা অমত্তা দরকার নৈতে, শঙ্গোমদি লাইরহুনা ! গীতা অসি ফংনবা কৃষ্ণনা উপনিষদপু মখোম ঙমখি হায়বসি কনা মঙৎলাং-গীনো ? কৃষ্ণনা হায়, মসি "সুধীজন" শিংগীদমক্তনি, সুধীজন হায়বদি "সু—ধী" চেনবা মীশিং হায়বনি ; সু ধী হায়বদি, অফবা গুন-না মেঙ-হল্লবা বুদ্ধি হায়বনি ; অমরোমদ। ধর্ম্মনা লাকশিল্লবা বুদ্ধি হায়বনি।

অহুগা ( গীতাগী ) পাউত্তাক অহু গীখিবা মফমহুগী মরমদনা করি ? মায়য়োক্সরিবা লাম্মী-ভেজোল অনীগী মরক্তা ! মহুরাইদা লৈরে গীতাগী লুরবা ঈরাসে। নাকল অমদনা ধর্ম্মগী লাম্মী- মপৈশিং ; অতোপ্পা নাকল অমদনা, অধর্ম্মগী লাম্মী মপৈশিং ; নাকল অমদনা, অকৎবা; অতোপ্পা নাকল অমদনা, ফত্তবা ; চিংনরিবা শক্তি অনীসিগী মরক্তা, তোপ্পোপ্পা মীশক অমদি, করম্বা খোঙচঙদা চঙশিনগনুগে লেপ্পা ওমদহুনা, নীংথ্রা-কায়না হীক্লা হীক্লা কপ্পী। অহুগা ভগবানদি অসিগুম্বা কপ্লিবা মীওই পূম্বদা গীতা তম্বীরি অমম্মুং মথোয়দা মঙাল অমম্মুং থোনা পীবিরি। অর্জ্জুনগী অরাবা অসি মহাক মশাথক্তগী থৌদোক্কি, মশাথক্তগী সমস্যানি, অতৈ কনাগীম্মু নত্তে খনগমু। মসি মালেমগী মীওইবা পুম্নমক্কী ওইবা সমস্যানি।

মরমদি অর্জ্জুন-না কৃষ্ণদগী তানজখিরম্মী, প্রেয় নত্তবা শ্রেয় খক্তবু - -প্রেয় হায়বদি, নুংঙাইবা, মালেমগী ওইবা তুং কোইদবা শক্তি অমম্মুং ফমথোল অহুগা লল-থুমগী মিংচৎপুনি ; শ্রেয় হায়বদি, মপুংফানা নুং-ঙাইবগী তুং-কোইবা মিংচৎপুনি। মহাক্কা হায়খি, "প্রেয় হায়বসিদি মীওইবনা হোৎনরগা ফংবা য়াই ; মসিদি কর্ম্মনা নত্রগা মীওইরগী, থরক-ইনথাঙশিংনা ফংবা ওমই। ঐগী হোৎনজমন্না ফংবা ওম্বা অহুগীহক্তা করিগী ঐনা ইবুংঙোগী নকমদা য়াম্না কম্না হায়জগদবগে ? ঐদি অমুক হাক্তা পঙবদি নত্তে। ঐনা হোৎনবদা য়োবা ওমদবা 'শ্রেয়'হু পীনবিয়ু। 'শ্রেয়' হায়বসিদি কর্ম্মগী মহৈ : নত্তে, মসিদি থৌজালগী মহৈ : নিদো !" অমুম্না অর্জ্জুনহু, 'প্রপত্তি' কৌবা ফীভম, মপুংফানা মশানা ঈশ্বরদা চঙজবা শরণা-গতিগী অরাংবা থাক অহুদা হায়গৎখি।

শরণাগতিগী মরমদা হায়নীংঙাই য়াম্না লৈ। মীওইবনা মাগী সম্মান অমম্মুং ফমথোলবু অতোপ্পা মীশিংদা তোঙান - তোঙানবা পূগীগী

পান্দমশিংবু : লল-থুম, মিংচৎ, পোংচাক-থুমচাক পায়বা, ময়াং-কায়বা-উটংপা মউৎ, শক্তি, অসিনচিংবশিংবু- ফংনবগী দমক্তা থাদোকই। তৌই-শুবস্নুং ভগবানবু ফংনবগীদমক্তদি মহাক্তা ভগবানদা চঙজবগী তাঞ্জাদি ইয়ৌ লৌদে। ‘আধার’ নত্তবা অহুগা ‘আধেয়’বু কয়া আশা তৌরি-মখৈদি মহাক্তা মতৌ করম্না তাইবং মপুদা চঙজনীংবগী প্রোক প্রোক চাক্তা পামজবা অহু ফংবা ঙমগদগে ? মহাক্তা পোংশক অহুতা মপাম্মী, তৌইশুবস্নুং পোংশক্তুনা লৈরিবা য়ুম্ফম ( ভুমি ) অহুবুদি পাম্মুদে। কয়াম কুইনা য়ুম্ফম য়াওদবা পোংশক অমনা পেলহম্নবা য়ুংহুনা লৈবা ঙমগনি ? পীরিবা পোং অহু মহাক্তা পাম্মি, অহুগা পোং অহু পীবিরক্লীবা অপীবা মহাক অহুবুদি পাম্মুদে ! ..... শারবা পোংশিং অহু পাম্মি, পোংশিং অহুবু শাবিরক্লিবা অশাবা অহুবুদি পাম্মুদে, থুত্তগী পোংশিংহু পাম্মি তৌইশুবস্নুং পোং-পীরিবা থুত্তুদি পাম্মুদে। মহাক্তা লৈত্তবা পোংপু ফংগে তাম্নরি। ‘হান্না লৈরম্বা মরম অমা য়াওদনদি, পোংশক অমা ওই-রকপা ঙস্ত্রা ? ঙমদে, মরম অমা লৈরবদি, মহু মরম অমত্তনা ওইহল্লক্রবা ঈশ্বর অহুত্তনা ওইগনি। মরম অসিনা, ওইহনগদৌরিবা মরম অহুদগীদি ‘ওইহল্লবা’ অহুনা হেন্না পাম্না, থবক্তা ওইহল্লকপা মীংকুপকী ওইবা পোখোকশিং অহুগীদমক্তা মহাক মশামকপু লান-থোকপা হায়বসি মহা-মুর্খগী মত্তৌনি। হেন্না পাম্না চঙজয়ো য়ুম্ফমহুদা, মরমহুদা অমস্নুং পুম্নমক্কী মক্ক-হৌফম অহুদা, সর্ব্বেশ্বরহুদা। মহু অশেঙবা শরণাগতিনি।

শরণাগতি মথল অহুম শুই : ‘ত্বৈবেবহম’ ( ঐসি নহাক্কীনি ), ‘মমৈবত্বম’ ( নহাকসি ঐহাক্কীনি ), অহুগা ‘ত্বমেবহম’ ( নহাকসি ঐনি )। অহানবহুনা চেংনা হায়, ঐহাক নহাক্কীনি ; অনীশুবহুনা হায়, নহাক ঐগীনি ; অহুগা অহুমশুবহুনা শোয়ত্রে হায়রবা উত্তুনা হায়, নহাক অমস্নুং ঐহাক অমত্তনি, অদ্বানি। খুদিঙমকসি মথং মথং কাখৎলক্লিবা সিদ্ধি-

পরেংগী থাক অমমনগী মতৌগুম্বনি অদুগা অয়োইবা অদুনা পুন্নমক্তগী খ্বাইদগী ইরাং -ল্লাংবা থাকনি।

অহানবা থাক "তম এব-অহম" দদি, ঈশ্বর মপুং-ফানা নীংতম্লি অদুগা ভক্ত অদুবু মপুং-ফানা পুল্লি। মসিদি হৌদোং মপী-মচাগী মতৌগা অন্নানি; মপী অদুনা নীংঙক-নীংঙকপগী মতুংইন্না মচাদুবু কোইচেন-চেন্দুনা মকম হোংই; মচা অদুনা ঈচম-চম্না খোংবতমক খোংই অদুগা তৌরিমথৈ য়াই। মসিগী কাইদা অসিদি য়াম্না মেংই অমসুং মীপুম খুদিঙমক্না ঈরায়-লায়না লাম্বা ফংই। অনীশুবা থাক অদুদি, "মম-এব-ত্বম" দদি মপু অদু "মনীং-তমদ্রে," ভক্ত অদুনা ইবুংঙো মহাকপু পুল্লে। ভক্ত সুরদাস কীভন মতা অসিগী চপ-চাবী খূদম্লি। "হে কৃষ্ণ! ঐনা পায়রিবা অসিদগী, পাম্বোমশিং অসিনা কোনশিন্দুনা থম্লিবা অসিদগী নহাক নাম্থোকখিবদি য়াই; অদুবু ঐগী থম্মোয়দগী নহাক নাম্থোকপা ঙম্লোই, মকম অদুদা (থম্মোয়দা) ঐনা নহাকপু পুন্দুনা থম্লে," মসি হায়রদুনা সুরদাসনা শীংনরম্মী। ভগবান-না মোমোনতমক নোক্লম্মী অদুগা য়ারম্মী; মরমদি, "ঐদি ঐগী ভক্তশিংনা পুনবনি," ইবুংঙো মহাক্না মশাগী ইজ্জং করি অমত্তা মাঙহনবা তৌদনা অসুম্না হায়খিবনি। মশাগীদা থনবা রাখলবু মাঙহনবা অমসুং লাকহংপা ঙম্বা ভক্তি হায়বদুনা মরম ওইদুনা, ভক্ত অদুনা মাগী প্রেমগা লোয়ননা ভগবানবু পুনশিনবা ঙম্মী। মীওইবনা অসিগুম্বা মখলগী ভক্তি অসি মপুংফানা চেল্লবা মতমদা, মহাক্না দরকার ওইবা খুদিঙমক ভগবান মশামক্না মঙোন্দা পীবিগনি; ইবুংঙোগী থৌজালনা মহাকী অরাংপা পুম্নমক ফংহনবিগনি। গীতাদা ভগবাননা শকথিবা রাশক অদু মতাং অসিদা নশামক নীংশিংউ, "যোগাক্ষেমম বহাম্যহম," "ঐনা নহাকী নুংঙাই-য়াইফগী পোৎলুম পুই"।

মথংদা, অহুমগুবা থাকী মরমদা অমুক — "মামেবহম্ প্রীতি ক্রিয়া," মসি তোঙাম্না থাইদোকপা য়াত্রবা অবিভক্ত ভক্তি হায়বত্নি। ভক্ত অহুনা অরেবা পূম্বা অথাকপ চৈতন্য ভগবানদা কখোকই, মশামকম্ য়াওনা, মরমদি মহাক্না মশামকপু কাক্সিন্নুনা থম্না গুমদে হায়বসি মহাক্না মপুরোইংদা কাওর্কমী। মহুনা মহাকী ঈশ্বরদা চঙজবা অত্থু মপুং ফাহল্লি।

মমেবহম অনুভব হায়বসিদি, পুম্নমক অসি ( ইদং ) বস্তুদেবনি অমসুং য়াম্নমক্তা য়াক্নে, অতোপ্পা করিগুম্বা অমা নত্তে হায়না থজবদা মুক্ষম ওইবা অদ্বৈত শরণাগতি হায়বত্নি। দেহ নত্রগা হকচাঙ হায়বসিগী য়াথল চৈরিঙথৈ ভক্তনা সেবাগী ওই অহুগা ঈশ্বরনা মপু ওই। তোপ্পোম্না কনাগুম্বা অমনা মহাক অসি অতোপ্পা কনা-কনাগুম্বশিংদগী তোঙাল্লি হায়না পুক্নীংদা কাওরিম্নথৈদি, ভক্ত অহুনা শরক-মচেং অমা ওই অহুগা মপু অহুনা মপুম অত্থু ওই। মহাক্না হকচাঙগী অহুগা "ঐ" অমসুং "ঐগী" হায়বা গুমথৈগী য়াংমা লাল্লবা থাক অহুদা চঙশিল্লকপা মতমদা, অহুদগীদি খেল্লবা হায়বত্থু চৈথিদ্রে, ভক্ত অমসুং ভগবান অম্মা ওইদ্রে। রামায়ণদা, হনুমন্তনা, ভক্তিগী মতেংনা, অহুমগুবা থাক অসি ফংথি।

চপ মান্নবা হীরম অসিবু গীতাগী অনীগুবা তাঙ্ককী তরেংগুবা শ্লোকতা পন্নুনা হায়রি। মফম অহুদা শীজন্নরিবা "প্রপন্ন" হায়বা য়াহৈসিনা অর্জুনসি ভক্তিগী মচাক ওইবা মগুণ অত্থু, থৌগল্লোন অত্থু চেল্লি হায়না তাকই। অহুগীসু মথক্তা, অর্জুন-না মহাক মশামকী মন্নালশিং অত্থুবু থঙনবা মচা থায়না ম্নেংথি অহুগা মখোয়বু অস্নুম্না তশেংনা লাল্লবনি হায়না খঙজথি। অমুক হন্না, মহাক তমঃ গুণদগী হৌগৎলকথি, হৌগৎলকপা মীংকুপ অহুনা কৃষ্ণনা মহুবু শীংথারম্মী। মহাক্না হায়রম্মী, "নহাকপু গুড়াকেশ হায়না কৌনৈ, মরমদি নহাক্কী 'জিং নিদ্রা'নি। নিদ্রা নত্রগা ভুম্বা হায়বসি তমঃ গুণগী মচংনি, মহু ওইরবদি মতৌ করম্না মহুগী তমঃ

গুণ অদুনা হৌজিক নহাকপু মমহৎপা ঙমমদৌরিবনো ? মসি মতম থরগী ওইবা থাক্কি ; মসিনা কৈদৌঙ্গদেস্ নহাকপু কয়া পুনবা ঙম্লোই ”।

অর্জুন-না, মা-মংশাগী হোৎনজমম্না, মাগী ইন্দ্রিয়শিংবু খুদুমচনবা ঙমজঙ্রবদি অদুগা গুড়াকেশ হায়বা মিংথোলবু তাঙ্গ্রবদি, কৃষ্ণদি ইন্দ্রিয় পুম্বদা কংথাল লাংবিরিবা লাই, হৃষিকেশ হায়বদুনিদো ! কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা অনীমক দোলাই মশা অমতদা তোংই, অমনা পড়োয়ানগুম (ছাত্রগুম) অদুগা অতোপ্পদুনা ওজাগুম !

য়ায়িবা পুম্নমকসিগী মরমদু করিনা তশেংনমক ওইবনো ? মদুদি অয়াববু অমম্বুং মদুগী হকথেংনবা দূতশিংবু : মুংশিবা অমস্তুং তুকচনবু, পোকহল্লিবা হকচাঙদা নপসিন-পকসিল্লুবদুনি । মথোয় অনী অসিদি পোৎশিং অমদি ফীভমশিং থরবু কাম্নবনি হায়না, অদুগা অতৈ অতোপ্পা পোৎশিং অমস্তুং ফীভমশিংবুনা কান্নদে হায়না বুদ্ধিনা লৌরুবগী ফলশিং অদুনি । মসিদি শেয়ান্নবা থাজবা অমনি, কান্নে অমস্তুং কান্নদে হায়বগী বাখলসিনি । অদুম ওইনমক কান্ননি হায়না থল্লুরিবা পোৎশিংদুদা নহাক্না পকশিল্লুরি অদুগা অতৈ অতোপ্পা পোৎশিংবুনা তুকচরক্কি । অদুবু খ্বাইদগী য়াংবা মীৎয়েংদা য়েংলগা হায়রবদা, অনীমক অমম্ম অমম্ নত্তে, থেম্নবা অদু অর্থ লৈতবমক্কি । অনী হায়বা শুক্লে লৈতে ; অদু ওইরগদি করম্না অফবা অমদি ফত্তবা হায়দুনা (অনী থোক্পা) লৈবা ঙমগদ্রা ? অমথক্তা লৈরিবা মফমদা অনী উবা, মদু মায়ানি নত্রগা থঙদবনি । অর্জুনবু অয়াবা ঈপাক্তা লূপশনহল্লিবা অপঙবা (থঙদবা) মতৌ অদু মসিগী মওঙ ওইরম্মী...... অমথক্তা লৈবদা, ময়াম থোক্পা উবা ।

'তৎ-ত্বম' মশক থঙদবা হায়রবা অসি থঙদবা (অপঙবা) পুম্বগী ময়ম ওই ( নিয়মবু ভাক্নবা শীজন্নরিবা য়াহৈ 'তত্ত্ব' হায়রবসিনা অচৌবা দর্শনসিগী

ওইবা পাউতাক অসিবু অশেংবা ওইনা থম্বীরম্মী )। মসিগী অচুম্বা অসিবু খঙজরবদি, মীওইবনা অরাবগী সমুদ্র-ঈপাক্তা অমুক তাওথং অমুক লাকসিন তৌবা তাই। অদুবু, মসিবু খঙলবদি অদুগা মীওইবনা মহুদা মশানা জ্ঞান তানা লৈজরবদি; অদুদগীদি, মহাক অরাবদগী নাম্থোকপা ঙমগনি। ইনগদবা নিয়ম কয়া ফৈ হায়না পীরে, শীজন্নরে, ফোঙদোক্লে অদুগা শাজিন্নবা মীশিংনা তেন্নরাগুম হন্না হন্না চীনফাদা থীরে। তৌই-গুম্বস্নুং মথোয়দি রাফমদুগী থোয়রকফম তান্না চথত্রি, মথোয় অদুদি চাক-খাউদা নাবা অনাবা অদু ফনবা মিত্তা তৈবা মোলোমশিংনি। লায়না অদুগা হীদাক অদুগা মরী গুক্লে লৈনদ্রে। অনাবা অদুগী মকম হান্না খঙদোক্কদবনি অদুগা মশক লেপথোকদবনি অমস্নুং হীদাক অদু অনাবা অদুবু কোকহনবা ঙমগদবা অদুগুম্বা হীদাক ওইগদবনি। মদু ওইরবতদা, মদু ফহনবা ঙমগনি। অদুম হায়না অনাবা কোকহনবা ঙমগদবা অমথক্তা ভাইবা হীদাক-লাওথক্নী ওইনা হৈ-শিংলবা ইবুংঙো মহাক অদুদি নরায়ণ-নি। অদুগা, ইবুংঙো মহাক্না অর্জ্জুনগী অনাবা অদুগী লায়ওঙ মশক মুন্না লেপথোকখ্রে অমসুং লায়য়েংবগী থবক অদু তৌরগে হায়দুনা রা-লেপখ্রে।

মপান্দা মোলোম তৈরগা ফহনবা ঙম্মোইদবা অশোকপা অদুদি মুং-দা ওইনা থাগদবা হীদাক শীজন্নরগা ফহনবা তাই। মরম অদুনা কৃষ্ণনা অর্জ্জুনবু রাহং কয়াগা লোয়ননা থীন্দুনা হংলম্মী, "মীকিথী অমগুম নহাক্না করিগী কপ্লি? ভীষ্ম, দ্রোণ অমদি অতৈ অতোপ্পা মীশিং অসিবু হাংক-দোক্লে হায়বহুগীরা? নত্তে মথোয়শিং অসি "নহাক্কী মীশিংনি" হায়না নথম্মোয়দা কাওবা মরম্না নহাক্না কপ্লি। নহাকপু কপহল্লিবা অসিদি নশাগী য়েংবা রাখলননি। (অতোপ্পা মীশিং ওইরবদি করি অমত্তা চিংনবা লৈতনা হাংকে হায়বনি)। মীয়াম্না অতোপ্পা অশিবশিংগীদমক্তা কপতে, অদুবু অশিবা অদুনা "মথোয়গী" ওইরবদি কপ্লি। "নহাক্কীনি হায়বা

নত্তবা" মী ময়াম অম। হৌজিক ফাওবদা নহাক্না হাংখিল্লব্রা? নহাক্না হাংখিবা মখোয়গীদমক্তদি নহাক্না পি মরীক অমফাওবা তাখিদে। নহাক্কী মাঙদা নহাক্না উরিবা মখোয়শিংসে মরম অমনবু ওইরবসু, অমনবু ওইরবসু থোইদোক-হেন্দোকপা মওঙদা ' নহাক্কী মীওই ওাক্তা ওইরে" হায়বগী লৌনম লাংদা নহাক্না থুখিবা মরম্না, ওসিদি নহাক কল্লে। নহাক্না তুম্বা মতমদা, "ঐ" অমসুং "ঐগী" হায়বা রাখল অসিনা নহাকপু শোকপা ওমদে, মতৌ অসুম্না, তুম্বা মতমহুদা নহাক্কী হকচাঙহুদা নত্রগা "নহাক্কী মীশিং" অসিগী হকচাঙশিংদা করি থোকপগে, নত্রগা নহাক্না মপু ওইরিবা লল-থুম অমম্না তুমত্রিঙৈ মতমদা নহাক্না লুনা-চান্না পুক্নীংদা কাউদনা থমজবা থোইদোকপা পোংশিং অতুদা করি থৌদোক থোকপগে হায়বতু নহাক্না খঙবা ওমদে। "ঐগী" হায়বা রাহৈ অসি "ঐ"না মপু ওইবগী মওঙহুবুনি ("ঐগী" হায়বা রাহৈ অসি 'ঐ'গী পোজেসিব কেইস অতুনি) অমসুং মতৌ অসুম্না মতুনা মহুগী থোঙ্গল লীতুনা লাকই। ম্নাম্না অহানবা ওইনা খঙদবা হায়বতুদি, হে ঐগী অচানবা অপঙবা (অর্জ্জুন), নশামকপু নহাক নত্তবা করিগুম্বা অমগা হায়বদি হকচাঙগা মশক অমতনি হায়না লৌবা অতুনি। দেহদি (হকচাঙদি) আত্মা নত্তে; মহুবু আত্মানি হায়না নহাক্না (লাম্না) খাজে। মসি কয়াদা মফম্মারাঙ-খঙদবা (চনৈনবা) জ্ঞানগী মচেং অমনোদো। মসিগী অ-জ্ঞান অসি কোক্লবা ঐনা জ্ঞানমক ওইবা হীদাক অতু শোয়দনা থারনি।

অসুম্না অহানবমক্তদা, কৃষ্ণনা মঙোন্দা খ্বাইদগী মহৈ: ম্নালহনবা ওম্বা হীদাক, জ্ঞান হায়বতু পীবা হৌরক্লম্মী। মসিবু অনীশুবা তাক্কী তরামাথোইগুবা শ্লোকুগী হৌনা শুগায়না রারোল পীরি। মসি গীতাগী ছোক্লৈগী মশক ওইবা শ্লোক্নি। হকচাঙনা মাঙ-তাকপসি আত্মানা মাঙ তাকপা নত্তে অমসুং মহাক্না রাকম থোক্কম্বা মখোয়শিং অতুগীদমক্তা মহাক্না

য়াকিদি হায়না হায়রম্বুনা অর্জ্জুনদা মতম কুইনা খৈরম্বা য়াম্নাংদবা য়াকম অনীম্বু করি অমত্তা থাক্কমখেং ইকোং কোংনা কৃষ্ণনা নিন্দা তৌই। "প্রজ্ঞাবাদাংশ্চ ভাষসে : অশিংবা মী (পণ্ডিত) অমগুম্না নহাক্না ভাঙবোককই। ধর্ম অমসুং অ-ধর্ম অনীগী খেন্নবহু কমম্না খল্লোকনি খঙবদৌনা নহাক্না মসিনা ধর্ম্মনি অহুগা অতোম্বহুনা অ-ধর্ম্মনি হায়রি," কৃষ্ণনা হায়রম্মী।

মতাং অসিদা অচুম্বা য়াকম অমদা পূক্নীং-চঙবা তাই। অর্জ্জুন হৌজিক্কি পও-থাক্লি মখল অনীদগী অয়াবা নংলি : (১) ঈচম-চম্বা, অমসুং (২) ঈচম-চমদ্রবা। শোয়হুনা মশামক হকচাঙবু ওইরবোই নীংলুবা অহুগা মহাক মশাদা করিগুম্বা অমা থোকখিবগুম হকচাঙগীদমক্তা পূক্নীং লাওজরুবা হায়বসিনা ঈচম-চম্বা পও-থাক্লহুনি। কনাগুম্বনা মশামকী ধর্ম্মবু (মতাং অসিদদি, অর্জ্জুনগীদমক্তদি, ক্ষেত্রিয় ধর্ম্মবু) অধর্ম্মনি হায়হুনা পামদহুনা লংসেকপা হায়বা অসি ঈচম-চমদ্রবা অয়ানবা থাজবা অমনি। কৃষ্ণনা অহানবহুমা মাওহনখ্রে অহুগা অনীগুবা অহুসু লৈহখ্রে। অহানবা অহুদি অনীগুবা তাককী শ্লোক ১২ গুবদগী ৩০ গুবা ফাওবদা লৈলৈ ; অনীগুবা অহুদি কৃষ্ণনা থোইদোক-হেন্দোকপা সমস্যা অমা ওইনা হৈং-শিংনা থেংনরা তাথি অহুগা অর্জ্জুনগী মক্তমদা মগ্যাগী ধর্ম্ম, স্বধর্ম্মগী মুং মী ওইবা য়াকমহু শ্লোক ৮ দা শন্দোক্না তাকই। মথোয়শিং অসিবু পূক্নপ্না পূক্নপ্না 'ধর্ম্মাষ্টক' হায়না মমিং থোল্লম্মী। স্ব ধর্ম্মনা কনাবুসু সংসার অসিদা পুল্লু অমসুং মসিনা মথুংগী মপোককসু তমদে ; মসিনা মুক্তিগী মায়কৈ-য়েংমহু লমজিংবা ঙমই ; মসিদি কর্ম্ম-যোগ ওইনা মহৈ : খিরকনা পাঙথোক্লমগনি। অনীগুবা তাককী লোয়রমদাইদা, শেংলবা মুং-হক্তিম্না উম্বা বুদ্ধিম্না, স্থিতপ্রজ্ঞদা মশামকপু পূক্নীং খৈত্তাহনবা অহুগুম্বা মাক-

পাক্লবা অরান-খুভম্ আশা তৌজন্নিবা মীওই অদুগী মওং মতৌ থা-বম্ য়াওরি ।

কৃষ্ণনা ইবুংঙো মহাক্কী 'ধর্মগী পাউতাক পীবগী য়ায়ী অদু মথা চথরম্মী, ''অর্জুন ! নহাক কনানো অদুগা নহাক্না তৌগে হায়না পুখং-লিবদুনা করিনো হায়বদু ঙাইহাক্তং খল্লু। লোয়না খওই হায়না নহাক্না ময়ামদা লাউথোকই, অদুম ওইনমক উপায়-লৈজত্রবী নুপী অমগুম নহাক্না হীক্না হীক্না কপ্পী । নহাক্না ঙাওলিবা য়াহৈশিংনদি নহাক অসি পণ্ডিত অমনি হায়না কোংনা হায়রি, অদুবু নহাক্না তৌথোরক্পা থবকনদি নহাকপু থম্মোয়-শোনবা অপঙবা মী অমা ওইনা উংলি ! নহাক্না ঙাওবসি তারগা কনাগুম্বা অমনা নহাকসি জ্ঞানী অমা ওইনা লৌগনি, তৌইগুম্বসুং নহাকপু উরগা, কনাগুম্বা অমনা নহাকসি অজ্ঞনী অমনি হায়বসি খঙপ্রগনিদো ! নহাক্কী ফীভম অসিদি, শম্না হায়রবদা, তুকচৈ ( পামজদে )। ফরে, ঐনা নঙবু পণ্ডিত অমনি হায়না লৌরবদি, মদুগী মীৎয়েং অদুগা নহাক্কী শীন্থরিবা পিরাংশিংদুগদি চুশিন-চাশিন্নবা য়াদ্রে ; মরমদি পণ্ডিত-শিংদি হিংবা অমসুং শিবগী মরমদা করি অমত্তা য়াদে। মখোয়না য়ারবদি, মখোয় পণ্ডিতশিং নত্রে । পণ্ডিতশিংদি করিনা শোয়ফন্দবা অচুম্বনো হায়বা পুথোকপা ঙম্বগী শক্তি লৈ । পোৎশক ওইনা লৈরিবশিংগী অথুপ্পবু খঙবা অদুগা আত্মাগা মরী লৈনবশিংগী অঙকপবু খঙবা মখোয়শিংদু,— মখোয়শিংসিতবু পণ্ডিতশিংনি হায়না কৌবা য়াই । অদুদগীদি মখোয়না করম্না হকচাঙনা ফীজেৎনরিবশিং নত্রগা হকচাঙনা ফীজেৎনত্রবশিংগী মরমদা কপ্পুগদগে ? মখোয়দি কনা য়াম্না য়াই-চিন্নবসু নত্রগা অন্না-অনা নংলবসু, সুং-গী অচীকপবু তুং-ওইনরগা চংলোই ।

''মপুং ফানা পঙলবশিং অমসুং মপুং ফানা শিংলবশিং—অনীমক অহিংবশিং অমসুং অশিবশিংগী মরমদা অরাবা অমত্তা লৈরোই। ভীষ্ম

অমত্তুং দ্রোণগী হকচাঙশিংজু কীন্থীগনি হায়দুনা নহাক্না কপ্পা, নক্না মখোয় অনীগী আত্মাতু মাঙহনখিনি হায়বগীরা ? হকচাঙশিং অত্তুগীদমক্তা নহাক্না হায়বরা ? করে। পি অত্তুম মত্তুমশিং সিগী করিগুম্বা কান্নবা লৈব্রা ? মখোয়না কান্নগদবা ওইরবদি, থাজৈশেংনা কান্নরবদি, মখোয়না মখোয়গী ওইবা মীশিংগী অশিবা-মশাশিং অত্তু অত্তুম থম্মগনি অদুগা মখোয়না তাগিদবথে হীক্লা হীক্লা কত্তুনা মখোয়বু হিংগৎহল্লমগনি। নত্তে, মত্তুদি ওইথোকপা থক য়ারোই। অমৃতগী পাত্রশিংদা হকচাঙ অত্তু লুপশিন্নু; মত্তু অমুকহিংগৎলকপা ঙম্নরোই। অত্তু ওইরগদি নহাক্না করিগী শোয়দনা খোক্লগদবা, নাম্থোকপা য়ারোইদবা অত্তুগীদমক্তা হীক্লা হীক্লা কপলিবা ?

"নহাক্না হায়রকপা য়াই মত্তুদি নহাক্না থব্নায়-মিগী ময়োল ওইবা আত্মাগীদমক্তা কপ্লিবনি হায়না। মত্তুনা অমুক হেন্না অপঙবা উৎলে। অশিবা হায়বসিনা কৈদৌমুংদসু আত্মাগী মনাক নকউবা ফাওবা ঙমদে। আত্মাদি অরোই-অথম নাইদবনি, মশানা মশাবু প্রমাণ ওইজবনি, মক্তবনি। নহাক অসি আত্মা-জ্ঞান শুক্লে লৈত্রে হায়বসি তশেং-তশেংলে।"

"অমুক্না, ক্ষেত্রিয়শিংগীদমক্তদি, লান শোক্তবা হায়বা অসি স্ব (মশাগী)-ধর্মনি। অতৈ করি-করা খন্থরুদনা, নহাকী নখোয় ভৌ। নহাক্না হংই, "লান্দা ঐনা করম ভীষ্মগী মৃত্যু ওইহনবা ঙমগদগে ?" মখোয় পূম্মক অসিদি লান্দা শিরুরগে অমসুং অঙম-অঙম্বা হাংলুরগে হায়না খোবক্তে; নহাক্না মখোয়বু ময়ুম-ময়ুমদা হাংলুগদৌবা নত্তে। থাজৈশেংনমক মখোয়বু মখোয়গী ময়ুম-ময়ুমদা হাংলুবা হায়বসিমদি অধর্মনি; অদুবু লানফমদদি, মত্তুনা ধর্মগী মায়য়োক্তা করম্না লৈগদৌরিবা ? অচুম-চুমদা খজিকসিকাওবসি নহাক্না খঙদবসি ঐ মুংঙাইতে।

"ওক্তে, হৌগৎলো অত্তুগা লানগীদমক শেম্‌শারো। কান্নবা

"ঐহাক" হায়বা রাখল ( অহংকার ) পুম্নমক অনিগী পোৎলুম্না লৌহনা করিগী লৈমায়দা লৈবগে ? ভগবান-না পুম্নমকী ময়মনি, মহাক্না মথে। খুদিঙমকপু লেঙহন্নিবা হেম্না রাংবা শক্তি অমা লৈ। মসি খঙঙু, অহুমা নহাক্কী অনীবেহ্ মতুংগী মথা পোল্লহল্লু।

"ভীষ্ম, দ্রোণ অমস্মুং অতোপ্পা লেমহৌরিবা মীওইশিং অসি লাল শোক্লনবা অশেঙবা লাম্মীশিংগুম্না অমস্মুং ক্ষেত্রিয়মচাশিংগুম্না চোংথোরিক্লে। মথোয়দি নঙদোনা কপতে। মহ্ খন্থো। মথোয়দি থক থরায়রায়রোই নত্রগা থক লাল থেংনবা তোক্লরোই। অর্জ্জুন! মসি নহাক্কী চপ-চাবা চাংয়েংগী মতমনি, নীংশীংউ। মসিমস্মু নঙোন্দা হায়গে। ঐনা লৈরমদবা মতম অমা থক লৈখিদ্রি। করিগীনো ? নহাক, নিংথৌশিং অমস্মুং নিংথৌমচাশিং পুম্নমক অসি ফাওবনা লৈরমদবা মতম থক লৈখিদ্রি। 'তৎ' হায়বসিনা পরমাত্মানি, 'ত্বম' হায়বসিনা জীবাত্মানি ; অহুগা অনীমকসি অম্না ওইখি. হৌজিকস্মু অম্না ওইরি, অহুগা অস্মুম ওইহনা তুংদস্মু অহুম লৈরগনি। চক্ষু লৈত্রিঙৈ মমাঙদা, ( চক্ষু লৈরক্লবা মতমদা ) চক্ষুদা অহুগা চক্ষু লৈত্রবা মতুংদা, লৈখোমদি লৈরম্মী, লৈ অমস্মুং লৈখিগনি।

ইলেক্ট্রিকা চিংবগুম পুম্নমকসিনা অর্জ্জুনবু জ্ঞান তাহল্লে অমস্মুং মীৎকপ থোকহল্লে। মহাক্না হায়রম্মী, ' নহাক ঈশ্বর ওইরম্না য়াই ; নহাক মাঙহনবা য়াদবা ওইরম্না য়াই। ঐনা নহাক্কীদমক্তা কপতে, অহুবু ঐখোয়গুম্না, ঙরাং লাকপা, ঙসি লৈরিবা, হয়েংদি লৈরোইদবশিং অসিগীদমক্তদি কপই। ঐখোয়দদি করিনো থোকইসিবো ? ঐবু জ্ঞান তাহনবিয়ু।

ব্রাকম অমদি মতাং অসিদা চোকশিন্না খঙজিনবা তাই। ঈশ্বরগী মশক অহ্ ওইবা 'তৎ' হায়বসি নিত্যনি, অরোই-অথম নাইদবনি ; মহ্ মী খুদিঙমক্না য়াই। অহুবু 'ত্বম', কনাগুম্না জীব অমখক্তুস্মু ঈশ্বরগী মশক্তি

( 'অসি'নি )। মহুবু অসুকী মতিক ঈশ্বায়-লায়ন। লাকশিনবা নত্রগা অসুকী মতিক থুনা থঙবা ভমত্রখস্তু, মহুস্থ অয়োই-অথম নাইদবনি। মসিবু কৃষ্ণনা মতৌ অসুম্না শব্দোক্কা ভাক্রম্মী অমসুং হায়রম্মী, "অর্জুন ! নহাকস্থ অসুপ্পা ব্রহ্ম ( পরমেশ্বর) গুম অয়োই-অথম নাইদবনি। ভমথৈ-নাইবা নাইবশিংদগী তোঙান্না য়েংলবদা, তোপ্তোপ্পা লৈরিবা অমথক্তু পূম্নমক্কী ওইবনি। সনাগী লৈতেং অহু শাত্রিভৈদা সনা হায়বা মচাক অহুদি অহুম লৈরম্লে ; লৈতেং অহু শাহুনা লৈরক্লবা মতমমতুগী মমুঙদস্থ সনাহু সনা অতুমক ওইনা মরৈ ; অহুগা লৈতেং অতুগী মমিং মওঙ অহু লৈথিত্রবা ভুংদা, সনা অহু অতুম লৈহৌই । আত্মানা মওঙ অতুম তৌনা হকচাঙ লৈরিভৈদস্থ নত্রগা হকচাঙ লৈত্রগস্থ অতুম লৈ।

"মসিনা (আত্মানা) হকচাঙগা সঙ্গ ওইমিন্নরবস্থ, আত্মাদি গুণশিংনা অমদি ধর্ম্মশিংনা শোক্কে; হায়বদি, মসিগী গুণ অমসুং থোইদোকপা মচৎ হায়বা অমা লৈতে। নহাক্কা নৌবিবা অঙাং-নরা ওইবম্বদগী নিপা মচা ওই-রকপদা, নিপামচা ওইরম্বদগী পাখঙ ফারকপদা, "পাখঙ ওইরম্বদগী মীয়াই-চনবা মী ওইরকপদা অতুগা অতুদগী হমুবা ওইরকপদা হকচাঙনা থেংনম্বিবা অওনবা মথাম অতুনা নহাকপু শোকহন্দে । পূম্নমক অসি ওইজরবস্থ, নহাক্তি অসুম অসুম লৈথরি। মসিদি হকচাঙনা মাঙখ্রবা মতমদা আত্মাদি অসুম লৈগনি হায়বগা অম্মানি। অতুনা অশিবা হায়না কৌবা অওনবা অতুগী রাখলদা অথোবনা পূক্লীং মুংঙাইতবা তৌরোইদবনি," কৃষ্ণন, মসি দোলাইহু নীকহনবমথৈ অসুকী মতিক কনসন্না হায়রম্মী ।

---

# তাঙ্কক ৪

অর্জুন হৌজিক ফাওবা চিংনবনা য়াচন-চন্দুনা থোরি। "হে প্রভু", মহাক্না য়া ঙাঙবা হৌরক্লমী, "ইবুংঙো নহাক্না হকচাঙগী অওনবশিং অসিদি তৃষ্ণদগী হৌগংপা, মঙ মঙবা অমসুং তৃষ্ণগী থাক অহুঙমনি হায়রনা হায়-বিখি। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না নিংথিনা তুমখুল হল্লম্বদগী হৌগংলকপা মতমদদি ঐখোয়না থেংনখিবশিংদু কাউদে। মাঙলমচংবী মপোকশিংগী থেংনখিবশিং অদুদি অশিবা কৌবা থৌদোক অদুনা নীংশিংবা থোকহন্দে।" কৃষ্ণনা পাউখুম পীরম্মী মদুদি থেংনখিবা পুম্নমকপু নীংশিংবদি ওইথোক্তে, অদুবু থরগীমখৈদি নীংশিংবদি ওইথোকই।

অদুদগীদি অর্জুনদো অতোপ্পা য়াকম অমদা লাকখ্রে; অর্জুনদা নত্তনা ময়াম্থুম্সু কোক-চিকহনবা য়াকমনি। মদুননি কৃষ্ণনা হায়রিবা, "ধীরস্তত্র ন মুহ্যতি;" ''ধীরবু মসিনা পঙথহন্দে।'' অর্জুনবু মসিনা পঙথহল্লোই হায়বদি মহাক্না হায়বা নত্তে। মহাক্না পুক্নীং লেপ্তবশিংদা তম্বীবা পাম্লম্মী। কৃষ্ণনা চিংনবা খুদিঙমক হেক হেক হৌরকপদা কোকহল্লি। ইবুংঙো মহাক্না হায়রম্মী, ''অর্জুন! থাক অহুম অদু লান্দুনা চংলকপদা বুদ্ধিনা য়েশা উপায় অমা তৌদুনা মসিগী খুৎপায়দা মক-ওইবা-শরুক থর থমহৌনবা খুজিল থৌরাঙ তৌই। অদুবু মদুসু অশিবনা হকচাঙদা য়ায়থুংলরবদা য়াঙগ্রে। খুৎয়ৈ অমুক্তা, পুম্নমক কাওথি। নীংশিংবা হায়রবা অসি বুদ্ধিগী থবক্নি, আত্মাগী থবক নত্তে।

"হৌজিক মসি থল্লুনে—চহি তরাগী মমাঙদা, অরেম্পা মুমিৎ অমদা, নহাক কদাইদা লৈরম্বগে হায়রবদু হৌজিক নহাক্না চপ-চানা হায়রবা ঙল্লোই,

ঙমখদরনে ? তৌইগুম্বসুং অকক্কবা হুমিত্তুদদি নহাক লৈরম্মী, চহি তরাগী মমাঙদা। মতুংগীদমক্তদি [illegible] চিংনবীংঙাই লৈতে। মতম অতুদা নহাক্না লৈরম্বহ খোনা হ্না লৈরম্মদে হায়বা ঙম্মোই। করম্না অমসুং কদায়দা লৈরম্বগে হায়রবহ নীংশিংবা খোক্রুবস্ নহাক্না লৈরম্বা অসিগী মমাঙ পূর্লী অতুগী খোঁদোক্কী চপচাবা কীভম অতুংগা মসিগা অম্মানি। অসিগুম্বা চিংনবশিং অসিনা অশিংবা মীশিংবুদি পঙথহনবা ( শুম্মাংপা ) ঙমদে, মপূক্কীং হুংঙাইহন্দবস্ ঙমদে।

"আত্মাদি শিদে ; হকচাঙদি তুং-কোইনা লৈতে। মখোয় শিররনি হায়দুনা নঙনা ৱারিব। অতুনা নঙগী লাম্বাশিংগী আত্মাবু হুংঙাইহনগনি খনব্রা ? মতুদি অঙাওবা ৱাখল্লি। আত্মাদি হুংঙাইবা নত্রগা অৱাবা ফংদে; খোকপু খোক্লবস্ নত্রগা খোকপু খোক্রুবস্। ইন্দ্রিয়শিং অতু মখোয় মখোয়গী মকমশিংদা লেঙহন্দনা লৈহনখরো ; কিনীংঙাই মরম লৈতে। হুংঙাইবা অমসুং অৱাবা হায়বা পূক্কীংবু ঈঙাও-ঙাওহল্লিবা ফাইবোক অসিবু পোকহল্লকপসি ইন্দ্রিয়শিংনা মচিঞ্জাকশিংগা শোক্ক-শম্নবা হৌরকপা মতমদতনি। কনাগুম্বা অমনা নহাকপু থীনা ঙাঙবা তাবা মতমদা, নহাক্না অশাঊবা অমসুং অৱাবা থম্মোয়দা ফাওই ; অম্বুবু ৱাহৈশিংসিবু নহাক্কী ননাদা হাপত্রবদি, অসিগুম্বা পূক্কীং-হুংঙাইহন্দবা মতৌ অমত্তা খোকপা ঙম্মোই। ইন্দ্রিয়শিংনা মচিঞ্জাক্তা তোংতুনা চৎপগী মতৌ অসিনা অৱাবা অমসুং মতুগী পোকমিন্নবা কাইবোক, হুংঙাইবগী মরম্নি।

"অসিদি অশাবা অমসুং অঙৈবা হায়দুনা লৈম্বিবা অতুগুম্বনি ; চহিগী অঙৈবা ঋতু লাকপদা নহাক্না কোঙ-কোঙ শাবা ( লুম্বা ) কম্না পাম্মী অতুগা চহিগী অশাবা অতুদনা-নহাক্না অঙৈবা কম্না পাম্মি। ইন্দ্রিয়গা মচাক্না শোক্ক-শম্ন তৌবতুগা মসিগা চপ হেক মাম্নে। সংসার অসিনা

নৈরিবমথৈদি ইন্দ্রিয়গী মচাকশিংগা শোক-শময়বা হায়বসিদগী নৈথোকপা ওয়রোই; হৌখিবা মপোকশিংগী পোংলূম পুরিমথেম্ব. পুক্নীংগী অবা-থুংঙাই লৈপকনরা মওংদগী-পাম্বদতনা লাপথোকপা ওয়রোই। অদুমকপু, মথোয়না তুংদগী নাম্মোকপগী নাংগা বাওইদনা মথোয়বু খাঙনবগী থিয়্যা, চংনবা অশুম্বহৌদি মপুংফানা খঙজন-হৈজনবা ওয়ই।

"ঈরুজনবগীদমক সমুদ্রদা চবুঙ-চবুঙ কুমথত্রিবৈ মমাংদা ঈথক্কা নেমথখিবা ফাওবা ওাইরুবগী করিদি কায়ে? ঈথকশিং অমদি থক লেপ্লরোই। অশিংবা মীদি কাবক্লিবা ঈথকী (ঈকাগী) শাকু অমসুং হৃত্থিবা ঈথকী ঈরুলদগী করম্বা নাম্তোকদগে হায়বগী লৌ অদু খঙই। অদুবু সমুদ্রদা ঈরুজবা হায়বা অমদি ইচঙ-চঙই। মী থরদি মতুংগী থবক অদুমক তৌদে মরমদি মথোয়না তনমনখিতনা হৈশিংবগী থবক ওয়দে, অর্জ্জুন। তিতিক্ষাগী, লিংজেলফবগী লানফি-ফুরিৎ লিংশিল্লো, অদুগা অমবা অমসুং ফত্তবা লাইবকী শাফুশিংনা নহাকপু মাঙহনবা থক ওয়রোই।

"তিতিক্ষা হায়বদি পুঙবা-নাইবশিংবু থৌনা ফনা থেংনতুনা, ওয়ু-তৈনবশিংগী মায়োক্তা পুক্নীং-লৈতাবা হায়বতনি। মসি অকনবশিংদা পীবা খুদোংচাবনি, থৌনাফবশিংগী লনগৈনি। অশোনবশিংদি মাহোং মসোং কাঙবগুম নীকনি; মথোয়দি মীৎকুপ অমফাওবা পোক্লেপকম্ব খঙদনা মতম পুম্বা পোত্থাকম খঙলোই। মথোয়দি পেনডলুম্বা হঙৎ-হন্দা হাইবগুম সোমদা অমুক হাই অসোমদা অমুক হাই তৌই; মুংঙাইবরোম্বদা অমুক, মথঙগী মীৎকুপতনা অরাবরোমদা।

"মতাং অসিদা খাকম অমদা ওাইহাকং মমক থদনা লেপ্পখিবা ভারে। লিম্বা নৈবা (লিংজেল ফবা) হায়বসি চৈনা খাঙব-কববদগী তোঙালি। তিতিক্ষাদি 'সহন'গা মান্নদে। 'সহন' হায়বসিদি, হেনকবা মরমদগী,

কন্ধিগুম্বা অমবু মায়মোক য়াবনি, মহুবু অপুম য়াবনি, মহুবু অম্ুম পুক-খাংবহুনি ; মহুবু খুহুম চনবগী পাকল লৈবহুনি, তৌবতবু, মহুবু য়াওই-রুদবহুনি ...... মহু ধর্মগী ওইবা হৈমকম থোকপা হৌন-মচংনি। পূক্লীংগী খল মায়বনে অতুগা পুক্লীংগী অঙাংবনে ( শান্তিনে ) অনীমক পুল্লগা অক-ফত্ত নাইবা মপাম্মোংগী তাইবংসিগী চৈনা খাওহৈনা থেংনবা— —মহু অকনবা কল পীবা 'সহন'গী মথল অহুনি।

( বিবেক হায়বসি অসিগুম্বা খেন্নবা উবা ওম্বা শক্তিগীদমক্তা শীজন্নব রাহৈনি। উবা ওম্বা পোংলম্বা শেম্বা তাইবং, হায়বদি, ''লাক্লমগা চংখিবা' ( লৈরম্নগা লৈখিদবা ) অমস্ুং তুংকোইদবা পোংলমশিংগী তাইবং অসিগী ''অ্যাগমপায়িন'' ওইবা লৈখোল হায়না কৌনবতুবু মশক খঙবগী শক্তিং মসিনা তাকই ।

''খ্বাইগী ওইনা, মীওইবনা হয়াও-মুংঙাইবখক্তবু থি, তৌদ-য়াদবা করিগুম্বা কীভম অমত্তগী মথাদা মহাক্তা অরা-অনঙ পায়োই । হয়াও-মুংঙাইববু মহাক্তা মহাক্কী খ্বাইদগী নক্নবা য়াইফহন্নীংবশিংগুম লৌই অতুগ অরা-অনঙবু মহাক্কী চপ-চাবা য়েক্লবশিংমক ওইনা লৌই। মসি অচৌব অয়ানবা অমনি। মুংঙাইয়বা মতমদা কনাগুম্বগী থরায়-য়ানবগী তাঞ্জ য়াম্বা চাউনা লৈ, মুংঙাইবহু মাঙখিগনি হায়বগী অকিবনা মী অহুদা তোয়না ওংকনি। অরাবনা খিজিল-হুমজিলহল্লি, অক-ফত্ত খঙহল্লি, মশাগী শক্তিগী পরিক্ষা লৌবগী রাখল পোকহল্লি অমস্ুং থোক্লকপা য়াবা হেন্না ফত্তবা পোংশিংবু কিহল্লি। মসিনা নহাকপু তগবা অমস্ুং নাপলদগী মীংকপ থোকহল্লি। মুংঙাইবনা কনাগুম্বা অমবু মীওইবা অমা ওইনা মশানা মশামক্তা তৌকম থোকপা মশাগী মথৌশিংহু কাওথোকহল্লি। মসিনা মীওইববু মশাগী নাপলদা অমস্ুং নাপল অহুনা লংজহল্লিবা পাপশিং অহুদা

লোয়নো লোয়নো চিংই। অয়াবনদি মীওইববু মীংশিং-মাশিংনা লৈহল্লি অমসুং মীংকূপ-নাহুম লেনহল্লি।

"মতৌ অসুম্না অরা-অনংবা হায়বসি অশেঙবা মরূপ অমনি; মুংঙাইবনা ইজংকী পূকৈ ময়েং তাহল্লি অতুগা চোপনিংঙাই ওইবা ঈথৌ-লাংবশিংবু থৌগৎলি। অতুনা মসি তশেংনমক য়েক্লবা অমনি। তশেংবমক ওইনা, অরাবা হায়বা অসি মী--পাংহনবা ঙম্বা অমনি; মসিনা রাখল চাওখৎপদা অমসুং মশা-চাওখৎহন্নবা থবক্তা মতেং পাংই। মসিনা অনৌবা অমদি মমল লৈবা শাথেংনরকপগী লৌশিং কয়াসু বাস্তনা হল্লি। মী অমবু থম্মোয় কনসিনহনবা অমসুং অরা-অনা খাঙবা ঙমহন্দুনা চেৎ-সিনহনবা লৌশিংবু মুংঙাইবনা মথক্তা মায়থুম থুমজিন্দুনা থম্মা। অতুনা, অরাবশিং অমসুং কন্না-হোংনবগী চৈনাশিংসি মরূপশিংগুম্বা লৌগদবনি; য়ামদ্রবদা, য়েক্লবশিং ওইনা লৌরোইদবনি। তৌবদদি, মুংঙাইবা অমসুং অরাবা, অনীমক ঈশ্বরগী খুদোন পোৎশিংগুম লৌবনা খ্বাইদগী ফবনি। মতুনা কনাগুম্বা অমগী মশামকী অরান-খুভম ফংনবগীদমক খ্বাইদগী লায়বা লম্বীনি।

"মসিবু খঙদবা হায়বা অসিনা অপঙবা পূম্বগী বূফম ওইবা মরু-ওইবা অপঙবনি। অসুম্না পঙলবা মীদি মমীৎ তাঙলে; থাজৈশেংনা, মুংঙাইবা অমসুং অরাবা হায়বসিদি মমীৎ উবা মী অমনা মতম পুম্বদা লোয়নগদবা মীৎতাঙবা মী অতুগুম্বনি। মীৎতাঙবা অতুবু তরাম-তরাম্না ওকপা মতমদা, নহাক্না মীৎ উরিবা মীশক অমুবুসু তঙাইফদনা তরাম-তরাম ওকপা তাই, মরমদি মহাক অসি মীৎতাঙবা অতুগী লেঙদ্রবা থাজবা মরূপনি। মতৌ অসুমসু, মুংঙাইবা অমসুং অরাবা অনী অসি খায়দোক্লবা য়াদে; নহাক্না অমথক্তা খনবা ঙম্মোই। অতুগীসু মথক্তা, অরাবনা মুংঙাইবগী মমল কাহল্লি। অবাবগা খল থা-নতুনা য়েংলগা,

মহাক্না মুংঙাইবা কাওরিবনি"। অশুম্না অনী অনী নাইবা পুম্বগী অর্থ কৈস্নু লৈতবা মতৌ অদু মঙোন্দা তাকপীবা ওইনা কৃষ্ণনা হায়রিকখী।

অদুদগীদি অর্জুন-না মাগী ৱাহং মথা চংথরকই, 'মাধব ! ইবুংঙো নহাক্কী পাউতাক ইল্লগা অমম্বুং তঙাইফদ্রবা তিতিক্ষা অদু পাউখোল্লগা, ওইজবা ( শেন্দোং ) অদু কম্নিনো ? ( মতুংগী ) অমথক্তা ঙাইবা ফলদি "থাওবা-কনবা" ওইরম্বা য়াই। খুদোংচাবা অমত্তা লৈতে, মদু নত্রনে ?" কৃষ্ণনা খুমখী, "হে কুন্তিগী মচানিপা। অকনবা মী (অথৌবা) হায়বদুদি; পুন্সীগী ঈপাকথক্তা হৌবা, লাও-খোংলিবা ঈথকশিংনা থোকহনবা পুন্সীগী অকা-অকুমশিংনা মচি থজিক্তফাওবা পুক্নীং লাওহনবা ঙমদবা ; মহাক্কী মচংকী শরুক ওইরক্লবা অচেৎপা খোঙফম অদু নাম্থোকহন্দবা ; পুক্নীং-চিংশিনবা নত্রগা চিংথোকথিবা খুদিঙমক্তা লাইনীং-লম্বীগী ওইবা হৌন মচংপু হৈনহন্নবগী য়াংথোক্লবা থৌরম পরেং অদু ঙাক্না চংপা ; থম্মোয়-ফাবা মীশক অদুনি। অশিংবা মী হায়বা অদুদি অঙইবা ওইনা চংনরিবা তাইবং অসিগী অকবা অমম্বুং কত্তবা হায়দুনা অদুম লৈবা পাবোং নাইবা মতৌসিনা হায়জিল্লুবা ঙমদবা কনাগুম্বা মহাক্নুনি। "ধীর" হায়না পন্নরিবা মীশকু মহাক্নি।"

"ধী" হায়বদি 'বুদ্ধি' হায়বনি ; মসি মী অমবু 'পুরুষ' নত্রগা মপূংফাবা মী অমা ওইহল্লিবা গুণ অদুনি। মসিদি 'নিপা'নি হায়না তাকইবা ফিজেৎ নত্রগা নাত্তোন শুমাংগী কোই অদু নত্তে। নিপা খোকপা থৌন্নাদি অনী-অনী-নাইবসি য়ারক্তে। কীভম অদু য়োবদা মতিক চাবা ওইনবা, মহাক্না মপানগী য়েক্লবশিংবু 'জয় তৌবা' তানগদবগী শরুক-পুদি মুং-গী য়েক্লবশিংবু 'জয় তৌবা' তানকম থোকই। মহাক্কী থৌনাফবা থবক্তী, মুংঙাইবা অমত্তুং অরাবা অনীগী য়েক্লবা কাইথোক অসিবু জয় তৌবনি।

"ফয়েং, মহাক অতোপ্পা চিংনবা অমসু লৈয়ম্বা য়াই। (মহাক্কী থম্মোয় অসিদি চিংনবশিংগী মহুম ওইরেনেসে!)। মহাক্না হৃৎলকখিবা য়াই, অদু ওইবগী তোংজবা করিনো? তোংজবা অহুদি অমর ওইবা হায়বহুনি, মতু শোয়রগে হায়বা উতুনা ঐ নঙোন্দা হায়গে। মালেমগী পোৎশিং অসিনা খ্বাইদগী নুংঙাইবগী ফীভম (আনন্দ) অহু পীবা ঙমদে। মখোয়না পীবা ওদ্রা পুম্নমক অহুদি মখোয়গা মরী লৈনবা ঙাক্তনি, ঙমখৈ-নাইদবা পুমখোই-খোইবা নুংঙাইবা (আনন্দ) অহু নত্তে। মহাক্না পূর্ণীং নুংঙাইবা অমসুং পূর্ণীং য়াম্না য়াবদগী লানখৎপবদি, মতুদা ফংইবা আনন্দ অহুদি ঙমখৈ নাইদ্রে, অতৈগী মথা পোন্দ্রে, মপুং ফারে। অর্জ্জুন! মহাক ঐ ময়াম অসিগী মরক্তা "মী" অমনি। অহুনা, মালেমগী ওইবা য়েরুবশিংবু ঙম্বগী করিগুম্বা য়াম্নদবা জয় অসিদি মহাক্কী দরকার লৈতে। মহাক্কী অমর ওইবগী আনন্দ অহু ফংবদা মতিক চাই"। অসুম্না হায়-রহুনা, আত্মা অমসুং অনাত্মা অনীগী বিজ্ঞান, হায়বদি অনীহুগী খেন্নববু কনাগুম্বা অমনা উৎপা ঙমগদবা মওঙ-নাইবা নিয়মশিং অর্থুগী মরমদা কৃষ্ণনা মঙোন্দা হায়বা হৌরকখি।

"আত্মা-জ্ঞানী অহুবুদি কর্ম্ম-ফলশিংনা পুন্দে, পুলহল্লিবদি আত্মাবু (মখোয় মখোয়না তৌরিবহুনা নত্রগা মথম্মোয়দা ফাওরিবহুনা নত্রগা খল্লিবহুনা শোকপা ঙমত্রবা মখোয়গী তশেংবা য়াইবীবু) খঙবা মতাহু য়াওদনা কর্ম্মদা নীংঙক-নীংঙকপদা তৌহুনা লৈরিবা মখোয়শিং অহুথঙনি। ঈরোইবা ঙম্নবা মীশক অমগুম, জ্ঞানী অহুনা সংসারগী থবক-ইনথাঙগী সমুদ্রদা খুদোংথীবা লৈতনা চবুক-চবুক কুমহুনা চংপা ঙমগনি। মহাক্না ঈরোইবা হৈত্রবদি, অহুবু সমুদ্রদা কুপ্পু কুমলুরবদি, ঈশিং ময়াম অহুনা মহাকপু য়োৎশিনখিগনি (লাকশিনখিগনি) অহুগা শিবা শোয়দ্রে।

কৃষ্ণনা করিগীদমক অর্জ্জুন-দা আত্মা-জ্ঞানগী মরুওইবা বিজ্ঞান অসি

তাকখিবনো হায়বদু মসিনা শন্দোক্রা তাকই। আত্মানা হাত্তে, অদুগা অদিনা ( আত্মানা ) শিন্দু শিদে। মসিনা হাংলি নত্রগা মসি শি হায়না থাজল্লিবা মখোয়শিং অদু মসিগী-মতা ( লৈখোল ) খঙত্রবনি। অর্জুনগী আত্মানা মী হাত্তে, ভীষ্ম নত্রগা দ্রোণগী আত্মাদু শিদে, কৃষ্ণগী আত্মানা থবক তৌনবা ঈনসন্দে। মখোয়শিং অসি 'মরম-ফল' হায়বা পাবোংশিগী মতাংশিং অদুখক্তনি। আত্মাদি করিগুম্বা কর্ম্ম অমা হেক্তগী মরম নত্রগা ফল ওইদে ; মসিদি নির্বিকার ওই, অওনবা থোকহনবা ঙমদে।

"থেন্নবা নত্রগা অহোংবগী মওঙ তরাক লৈঃ লৈবা হৌরকপা, লৈবা, চাওখৎলকপা, ওল্লকপা, পোল্লোই-তাশল্লকপা, কেমখিবা। মখোয়শিং অসি সদ-বিকারনি। লৈবা হৌরকপা নত্রগা 'জন্ম' হায়বসি "লৈরমদব।" অদুগা কোন্না "লৈবা" মতমদা ওই। মদুনা "লৈররবা" অদুগা "লৈরক্তবা" মতমদা, মদু 'মরণ' নত্রগা 'শিবা' কৌই। 'জন্ম' হায়বসি ইন্দ্রিয়-পান্দবা পোংশিং নত্তবা ইন্দ্রিয়-পানবা জীবশিংদা থোকই। কৌখগুম্বসুং আত্মাদি ইন্দ্রিয়শিং পান্দে, মসিদি 'নিরবয়' নি। আত্মাদি পোক্তে অদুগা মরম অদুনা করম মসিনা শিগনি? মসিনা কনাবু হাংলিবা? মসিদি পোক্তে, শিবা নাইদনা অদুম লৈবনি।

"মী অমনা অমনবা ফিজোলশিং লংশেকপা অদুগা অনৌবা ফিজোলশিং হোংদুনা শেৎপগুম, দেহীনা (হকচাঙদুংদা হকচাঙবু য়ুবওইনদুনা লৈরিবদুনা) হকচাঙ অমবু থাদোক্লগা অতোপ্পা অমবু ফিজেংনৈ। ফিজোলশিংনা হকচাঙদা ওইবদু হকচাঙনা দেহীদুদা ওই। নহাক্লা আত্মাগী তশেংবা মওঙ অদু খঙলবদি, অদুদগীদি নহাক অৱাবদা নোল্লরোই। নহাক্লা পায়দুনা শীজন্নরিবা লালগী খুৎলাইশিং অদুনা পোৎচাকী ওইবা হকচাঙখক্তবু মাঙহনবা ঙমই ; মখোয়দুনা হোংদোক-হোংজিন তৌবা

য়াত্রবা আত্মাবুদি মাঙহনবা ওবদে। মসি অচুম্বা ওইনা খঙও, অদুগা পুক্নীং-হম্বানবা অসি থাদোকউ।

"ক্ষেত্রীয় অমগী খ্বাইদগী হানবা মথৌদি ধর্ম্মগী মায়কৈদা লেপ্পা অমসুং অধর্ম্মবু মাঙহনব নি। নহাক্কী করবা লাইবক অচুগী মরমদা থল্লুদো! ভীষ্মগুম্বা নহাক্কী য়েক্কবা ওইবদা মতিক চাব্বা মীশিং অমসুং অতৈশিং লানফমসিদা নহাক্কা ফংজরে। হায়রিবা ভীষ্ম অসিমক, মরুওইনা মহাক্কী ক্ষত্রীয়গী মথৌ পাঙথোক্কবা, মহাকমকপু লালগী মহৈ-মশিং তম্বীরকপা ব্রাহ্মন, মতিক চাউবা পরশুরাম মশামক্কা মমাঙতৈদা লাল শোক্কখি। অদুগা হৌজিক, মীকিথী অমগুম, অসিগুম্বা তৌগে নীং খবদা হোংদবা মচীন-তোংবা অকনবা মীশিং অসিগী মায়য়োক্তা নহাক খুৎলাই পাব্বা কিরি। ক্ষত্রীয় অমনা, মরিং-মরাংবা মতাং ময়াম ওইজরবসু, ধর্ম্মগী মরম্মু শৌগৎপা মতমদা, মহাক্কী মথৌ অদু পাঙথোক্লে হায়না মনীং থুংজে। মদু ফগৎলকপগী (অচুম্বা চাওখৎপগী) লম্বীনি।

"ক্ষতম" হায়বদি "দু:খম", "অরাবা" হায়বনি, অদুগা ক্ষত্রীয় অমা হায়বসিদি মীওইবশিংবু অরাবদগী কনবা মহাক অদুনি। অধর্ম্মগী শক্তি-শিংগী মায়য়োক্তা ধর্ম্ম কন্নবা লাল অমা শোক্কবা অসিগুম্বা খুদোংচাবা তাঙ্গা অসি মীওইবদা তাঙনা লাকই (পঙনা থোক্তে)। ধর্ম্মযুদ্ধ অসিদা শত্রুক য়ানবা ক্ষেত্রীয় মচা অমা ওইনা নহাকপুদি আশীর্ব্বাদ তৌবিরে। নহাকপু হৌজিক তৌহনগদৌরিবা তাইবংপানবদা তৌবা সেবা অসিনা অরাঙবা গুণ কয়া য়াম্না ফংজবা হায়বদু নহাক্কা অমুক্তা ভাবনা শাদুনা য়েং-উনে। মালেমসিদা শান্তি অমসুং শৌখ্য (অঙৈংবা অমসুং মরাং কাইবা) তঙ-তানা লিংনবা শোক্করিবা লাল অদুবু ধর্ম্মযুদ্ধ ওইনা হায়রি, অদুগা মসি অচুম্বনা জয় ওইকম থোকপা অদুগুম্বা লাল অদুমক্তি।

"কৌরবশিংদি পাপ, চুমদবা অমসুং শাস্ত্রী-শাজং অমত্তা থিংবিদ্রে। মখোয়না থকী মীশিংবু ( অহল-লমনশিংবু ) ঊকাইবা পীথি, ধর্ম্ম লৈবা মীশিংদগী লাপথোকখি, সত্তি কায়দবা মীশিংবু মিংচৎ থীহনখি, অদুগা অকবা মীশিংগী মশাগী ইজ্জং য়েংনা চংচববুসু শোকহল্লম্মী। মশীগু থীগুমদে মখোয়গী কত্তবা থবকশিংদি ! হৌজিক, মত্তিকচাবা চৈরাক পীবগী মীংকুপ অতু লাক্লে ; মখোয়গী মরাল পূম্নমকী পাউথুম মখোয়না পীগদৌরে। অদুগা হৌজিক পুংকম অসিমত্তদা, নহাক্না মীকিথী ( অমম্বা মী ) অমা মান্না শাজং চংলবদি, নহাক্না নহাকী-পলেম-পম্বৌগী, নচিন ননাওশিংগী অমসুং থাঙ্গৈশেংনমক ক্ষত্রীয় শাগৈ-জাৎ পুম্নগী মিংচৎ-থীবা থোকহনগনি।

"লাল শোক্লবা হায়বা অসি পাপ অমনি হায়না নঙনা লৌই, মদু অচৌবা অয়ানবা অমনি। অমরোমদা, পাপ হায়বদুদি মবুক-কত্তবা মীশিংবু মাঙহনবগী তাঙ্গাবু পামদতুনা লৈথোকপা, ধর্ম্ম-লৈবা মীশিংনা থেংনরিবা অয়া-অনাবু অদুম শাংদোকহন্দুনা লৈহনবদা লৈ। হৌজিক নহাকী ধর্ম্মদু থাদোকলোনে ·· — ... অদুগা নহাক্তী গরক তারকপসু য়াবগী খুদোংথীবা অঁদুদা অদুম লৈয়েনে। মদুদা চেংনা য়াম্নৌ, অদুগা নহাক পাপ-না শোক্লোই। অয়েক্সা পূকচেল চেল্লু, তাইবংগী অক-কত্ত পূঙবা পূম্নমক অসিগী মনুঙদা অমা নত্রগা অমদা নোংলুহু।" তাঙ্কক অসিগী ৩১ শুবা শ্লোক্তগী হৌদুনা কৃষ্ণনা শ্লোক নীপান্দা 'স্বধর্ম্মনিষ্ঠা'গী মরমদা ৱারী-বাতাই তৌখ্রে।

অমুবা অমসুং কত্তবা লাইবকশিংগী মরক্তা লেঙদবা পূক্নীং অমগা লোয়ননা কনাগুম্বনা থবক-ইনথাঙ তৌদুনবা লৈগদবনি। ৩৭ শুবা শ্লোক্তা কৃষ্ণনা পাউতাকখিবদু মসিনি। ৩৯ শুবা অদুনা মওঙ অমদগী অমদা লাল্লকুবা শ্লোক অমনি, মরমদি "এষা তেহ-ভিহিতা সাংখ্য" ( ঐনা

মচাতান্না সাংখ্যগী ন্যায় ক্লোঙদোকখ্রে ) হায়বগী মতাংদা ওাঙ্গাবা মতুঙদা, কৃষ্ণনা মঙোন্দা যোগবুদ্ধি নত্রগা বুদ্ধিযোগ তম্বীবা চপ্লরমনি হায়না হায় অতুগা চ্যেকশিন্না মুন্না তাউ হায়।

থবক্কী মহৈঃ ফংগে হায়বগী অপাম্ববু বুদ্ধি-তানা থাদোক্লবা মতমদা, অতুদগীদি মহু কৃষ্ণনা ',বুদ্ধি যোগ'' হায়না কৌরিবা অতু ওইরকই। বুদ্ধিতু শেংদোকপা তাই অতুগা তম্বীবা তাই ; নত্রবদি, থবক্কী মহৈঃশিংদা স্নিতাবা থাদোকপা অমস্তুং থবকশিংবু ইথৌ নত্রগা কখোকপা ওইনা অহুম' তৌথবা ওইথোক্কে। অসিগুম্বা শেংদোক্লব. বুদ্ধি অহুবু "যোগ বুদ্ধি' হায়না মিংথোল্লি। মহু চাওথংনবা চ্যেকশিন্না ৱাখল অমদি মতমনচিংবা চঙহন্দুনা হোৎনৌ, অতুগা অহুদগীদি, মহুগী মতেংনা, নশামক কর্ম্মগী অফা-অপুন্দগী নীংতমহল্লু। তশেংনা হায়রবদা, নহাক, অশেঙবা অওইবা 'নঙ' অহু, কর্ম্মগী মথক্তা অমস্তুং ৱাংমদা লৈবনি।

থবক্কী মহৈঃশিং থাদোকপগী অরুবা নিয়ম অহুবু ঙাক্কদোবগী শব্দক-পুদি কর্ম্ম তৌবা ত্যেপ্লগে হায়না নহাক্লা হায়রকপা য়াই। অহুবু, মহু ওইথোক্কবনি। নত্তে, মহুদি নাম্ভোকপা য়াত্রবনি ; কনাগুম্বা অমনা করিগুম্বা কর্ম্ম অমা নত্রগা অতোপ্পা অমা তৌবা মশানা তাবনি, মীংকুপ অমফাওবা কনাগুম্বা অমত্তনা কর্ম্মদগী মশামক নাম্ভোকপা ঙম্লোই। "নহি কশ্চিৎ ক্ষণমপি'' হায়না গীতাগী ৩ শুবা তাঙ্কক্তা ( ৫ শুবা শ্লোক্তা) কৃষ্ণনা হায়।

"অর্জ্জুন ! কার্য ( থবক ) নত্রগা কর্ম্ম ( থৌরৈ ) খুদিঙমক অহৌবা অমস্তুং অয়োহৈবা লৈ। অহুবু নিষকাম কর্ম্মদি ( মহৈঃ পামশিল্লুবা তৌদনা শাঙথোকপা থবক্কী ) অসিগুম্বা মতৌপি লৈতে। অনীতুগী মরক্তা ক্লেশরিবহু অহুনি। কর্ম্মবু মহুদগী মহৈঃ ফংগে হায়বা ৱাখলগা লোয়ননা তৌবা মতমদা, কনাগুম্বা অমনা অস্রাঙবা, পুক্লীংগী চৈনা ( সুংঙাইতবা ),

অমত্তুং দণ্ডি ফংবা কাওবা নংবা তারকই। অদুবু নিষকাম কর্ম্মদি মথোয় পূম্নমক অশিন্দগী নহাকপু নীংখা-তমহল্লি।

"কর্ম্মগী মহৈঃ পাম্মু অদুগা নহাক, অপাম্বদুগী লাংদা থুদুনা, হন্না হন্না পোক্তুনা লৈগনি ; অপাম্বা অদু থাদোকউ, নহাক তত্তনা হোং-হোংদুনা হজিনবা অদুদগী লাম্থোকলে। অসিগুম্বা মথলগী মথাদোক অসিবু ঙাকপনা অফা-অপুনগী কীভম অদু থমহল্লি। মরুওইবা রাফমদি পশ্চুংকম অদুদা পূক্রীং চপ-মুংনা লৈবা হায়বনি। পশ্চুংকম অদুদি কর্ম্মনি, কর্ম্মফল নত্তে। ঐ হায়বীগে মতুদি কনাগুম্বা অমনা মানা তৌবা থবকশিংগী মহৈ'বু পাম্বা হায়বসি রজঃগুণনি তাকপনি, মসিদি নঙগা চুনদে। নহাক নোম লীক্তনা অদুম লৈবনা হেন্না পাম্নম্বা য়াই। ফরে, মদু তমঃ গুণনি তাকপনি। মসিনা রজঃ গুণদগী হেন্নমুক ফত্তে।" মপুনা য়াথং মরিখক তাওথরম্মী – অহানবদুনা "থবক তৌবা" হায়বা অমা অদুগা অতোপ্পা অদুম অদুনা "তৌফদবশিং" ; অহানবদুনা পাঙ্গল চাওথংনবা হোংনবদা কম্না থৌপংলি ; লেমহৌরিবশিংদুনা 'অশোনবা' থাদোক্লবা তৌবা থবক্তা দরকার ওইহল্লি।

থাঙ্গেশেংনমক, অসিগুম্বা পাউতাক অসি ফংখিবা অর্জ্জুনখক্তা নত্তে ; মীওইবা জাতি পূম্নমক্না মসিগী পাউতাক অসি দরকার ওই। অর্জ্জুনদি "মীওইবগী" মীহুৎ ওইবখক্তনি। গীতাগী ছাত্রশিংনা মসিগী পান্না অসি হান্না তমগদবনি ; মতুদি গীতা হায়বসি অহানবা মরু ওইবা অশেঙবা মঙালবু ফংগে হায়না থিরিবা মী খুদিঙমক্কীদমক্তনি।

খঙজিনগদবা অতোপ্পা রাফম অমদি অসিনি—গীতা অসি মীওইবদা হায়বনি ঊচেকশিং অমসুং শাশিংদা নত্তে নত্রগা খোইমুম লাইশিং নত্রগা দেবতাশিংদা নত্তে। মীওইবনা থবকশিংবু মথোয়দুগী মহৈঃ শিং পাক্না

থৌজন্দুনা পাঙথোকই ; থবক অদুনা মহৈ : য়াজ্রবদি, মহাক্না থবক অদু তঙ্কৌ তৌরোই। শেন্দোঙ কংবা, ওইবগী কংবা, মনা : কংবা, ফল লৈবা —মথোয়শিংসে, মীওইবনা থি। তৌইগুম্বসুং ভগবানগী পাউজেলগী অয়ুক্তবু থম্বা মখুত্তা গীতা পায়রিবা মথোয়শিং অদুদদি মসিগী নিয়ম অসিনা পানসিনবা ওমসে। অয়ুত অদু মী খুদিঙমক্তা থৌরাংগী পোক্তে ; অদুগা, নহাক্না থৌরাংলবদি, নহাক্না অরোই-অথম লৈতবা হুন্থোকইবা, অরোই-অথম লৈতবা নীংথা তম্বা ( মুক্তি ) অদুবু আপা থোই হায়বসি তশেংলে। অদু ওইরবদি নহাক্না থবক্কী মহৈ:গী, অপাকপা থাথোকপা হায়বা মমল অদু থীবা তাই, অদুগা ভগবানগী চরণদা খুদিঙমক কথোকপা তাই।

---

"জগৎ-সংসারনা হৌরকপদগী মীওইবনা লাৎনরিবা ঈশ্বরগী মূর্তিশিং অমদি সোমরিবা মিংলেন খুদিং ঐনি"।

বাবা

# তাঙ্কক ৫

নহাক্কী থবকশিংগী মহৈঃ শিংদা মীৎয়েং তাক্কনবদি, নহাকপু পুক্লোংগী অয়াবা, মুংনাওবা অমস্থুং পোথাকম খঙজবনা থোয়নাওহনবা শোয়দ্রবনি। য়াহং অহু লাকপা য়াই—থবক্কী মহৈঃ শিং অতু থাদোকপা তাক্নবদি, কয়ম্মা কনাগুম্বা অমনা হিংননবা শিল-লাংজবা ওমগনি ? অতুবু মসিগী থম্মোয় থুংশোন অমস্থুং থুক্কংপা মতৌ অসিদি কয়রিগী ? "যোগক্ষেমম বহাম্যেহম" বু শোয়হন্দবা ইবুংঙো মহাক্না মতুবু শোয়দনমক য়েংশিন-বিগনি। ইবুংঙো মহাক্না মরম অমগীদমক চঙগদবা শেল অমস্থুং উপায় অহু পীবিগনি। নহাক্না খন্থগদবমথৈদি মুংঙাইবা পুন্সী অমা হায়বা অসি মক ওইরিত্রা নত্রগা শিব-চঙবগী থোংলৈদগী নাম্থোকপনা হেন্না মক ওইরিত্রা হায়বসিনি। নুংঙাইনা হিংবগী মওঙ অসি অতেনবা মতম খজিক-খক্কগী ওইবনি; মুক্তিগী মুংঙাইবদি অয়োই-অথম নাইদবনি, লেঙবা ঙম-দবমথৈ লৈবনি।

মসিগী য়াকম অসিদা আলোচনা তৌবশিংনা মথোয়গী বুদ্ধি শীজয়ে অহুগা তোঙান-তোঙাম্বা মওঙদা ইগ্রে। অয়াম্বনা হায়রম্মী মহুদি থবক্কী ফল নত্রগা মহৈ: থাদোকপা হায়বসি দরকারনি মরমদি থবক-তৌরিবা মী অহুনা মহৈ: পাম্বগী হক নত্রগা মপু ওইবগী মতিক অমত্তা লৈতে।

মসি য়াম্না অচৌবা অশোয়বা অমনি। ভগবান-না গীতাদ হায়রি, "থবক্কী মহৈঃ লৌবা য়াক্নু' ( মা ফলেষু ), হায়বদিঃ তৌরিবা থবক অহুনা মহৈঃ পীবা হৌনশানি, অহুবু অতৌবা মী অহুনা ( থবক্কী ) ফল অহু

শাৎনলোইদবনি; মতমগা ফলগী য়েংদুনা মহা তৌরোইদবনি। কৃষ্ণগী অনীংবা অদু তৌরিবা মী অদুনা থবকী মহৈ: দা হক লৈতে হায়না হায়বা ওইরম্বদি "মহু মহৈ: রাক্রে (কাম্রে), "না ফলেষু" 'না,নাগী হায়বা) হায়না ইবুংঙো মহাক্না হায়বীরমগনি। মরম অদুনা মহাক্না কর্ম লেপ্লবদি ভগবানগী য়াথংবু চৈ কানবা তাগনি। মহু য়াম্না শাথীবা অশোয়বা অমা ওইগনি।

মীওইবনা কর্ম তৌবগী হক অমা লৈবা মতমদা মহাক্না (কর্মগী) মহৈ: ফংবগী হক অমসু লৈগনি; কনাগুম্বা অমত্তনা মক্সি য়াদবা ওয়োই অদুগা মহাক্কী হক লৈতে হায়বা ওয়োই। তৌইগুম্বসু থবক তৌরিবা মী অদুনা, মাগী মথুসি অমদি অনীংবদগী, থবকী ফলদুনা, কামবা, মতমগা কাময়দবা ওইরবসু, শোকহল্লোই হায়বা ওমই। গীতানা লম্বী অদু উৎলি: "থবক তৌ ... ...... অদুগা তারকপা ফলদি য়েংউসু।" মহাক্কী থবকী ফলবু পাম্বা হায়বসি রজ: গুণগী থূদম অমনি; থবকী মহৈ: না নংঙোম্বা কামবা পীবা ওয়োই হায়বা মরমনা থবক তৌদবা হায়বদুদি তম: গুণগী থূদম অমনি। মশামক কর্ম তৌদুনা লৈবা, ফলদি মশানা লাকচগনি থঙবা; অদুগা অদুম ওইনমক মহুদা মিতা-দি মিতারক্রবা মতমগা মদুগা মরী লৈনরক্রবা—মহু সত্ত্বগুণগী থূদমদুনি।

"ফলত্যাগ-কা পুল্লবা কর্মগী অথুপ্পা অসিবু থঙগ্রবা কর্মযোগী অদুনা সঙ্গ-বুদ্ধিদগী হেন্না সমবুদ্ধি লৈগদবনি। মরমদি সঙ্গবুদ্ধিনা মহাকপু পামসিল-নপ অমসুং অকা-অপুনগী থুরৌশিংদা চিংসল্লি। "মসিগী কর্মসি ঐগীনি; মদুগী ফলশিং অদু ঐগী হোৎনজমন্ননি। মদুবু ফংফম থোকইবা মীশক অদু ঐহাক্নি," অসিগুম্বা অসি থবক তৌরিবা মীশক অদুবু পুল্লিবা রাথল মতাশিং অদুনি। কনাগুম্বা অমনা সঙ্গবুদ্ধি অসিদগী রাংখৎনা কাগদবনি হায়না কৃষ্ণনা পাউত্তাকপী। 'সমত্ত্ম' হায়বসি অশেঙবা যোগদুনি হায়না ইবুংঙো মহাক্না ময়ামদা থঙনবা লাউ.থাকপীখি (সমত্ত্ম যোগমুচ্যতে)।

পনীতবা কাকতা, কৃষ্ণনা মকোক থোংবা ব্রাহ্মণ মচিনক খুইগী মতুংনা মচা-মায়না অজুনবিরম্মী : শরণাগতিগী নীতি, লোকগী পাউজ্রাক, মোপগী মওঙ অমসুং স্থিতপ্রজ্ঞগী কায়দা। ঐথোক্না অহানবা অক্সাছুদি ময়না খঙলে। হৌজিক মত্রিঙবা অছুগী ময়মদা :—

"অর্জুন-না হঞ্চজরক্লবদা কৃষ্ণনা মঙোন্দা স্থিতপ্রজ্ঞগী মওঙ অমসুং খোইদোকপা খুদমশিং তাকপীখি। অর্জুন-না হায়জরমী, "হে কেশব!" অদুগা মতুংগী বিজো অছু শীজয়রকখিবা মতমদা কৃষ্ণনা মোমোন নোক্লম্মী। অদুদি অর্জুন-না ইবুংঙো মহাক্কী চাংলেম্বা গুণ অছু খঙজ্রে হায়বা অসি ইবুংঙো মহাক্না অতমছুদা খঙলম্মী। কমদৌবগে তায়না নহাক্না হংত্রা? অরে, কেশব হায়বসি করি হায়রিবা? মহুনা তাকই, "ব্রহ্মা, বিষ্ণু, শিব-ত্রিমূর্ত্তি ওইবা মহাক অছু।" কৃষ্ণগী খৌজাদগী অর্জুন-না মহুম্না খঙবগী থাক অছু লৌখি।

কেশবদা স্থিতপ্রজ্ঞগী অশেঙবা মচংশিং ( গুণশিং ) অছু শোয়দনা তাকপীনবা অর্জুন-না নিজরবা মতমদা, ইবুংঙো মহাক্না পাউ-খুম্লম্মী, "পার্থ! মহাক অছুদি অপাম্বা পুমমক্কী নাম্থোক্লগদবনি। মহাক্না আত্মাগী আনদা অমসুং মহুথকবু খঙবদা কীজরা লেঙদনা লৈগনি।"

হৌজিক, মতুদা পয়ম অনী লৈ — পূক্লীংদা অপাম্বগী চায়োলশিংবু থাদোকপা হায়বসিনা ওইদ-মাদ্রিবা পয়ম্নি; পূক্লীংদা মুংঙাই-মপান থাবা, মতম-তুমগী মুংঙাইববু মপান থাবা অছুবুনা অওইবা মশক্নি। ওইদ-মাত্রিবা পয়মদি পূক্লীংদগী অরানবা অমসুং কত্তবা চারাশিং থন্দোকপনি; অওইবা মশক্না, অসুম্না নিংথিনা শেংদোক্লবা লৌকমদা ঈশ্বরদা পকশিন্নবগী অহৈং-অয়োঙ পাম্বী হৌহনবনি। নহাক্না দরকার ওইবা পাম্বী থাবা

হায়বসি-অওইবনি ; সাপী-সিংবী হাথেজবুনা ওইরপাগ্রিবগী ( লৌথোক-পগী) থাঙ্গি । মরাক্তা তাপ্পনা লেপ্পা তাইবংদগী ইন্দ্রিয়শিংনা চিংখিল্লক্লিবা ফুংঙাইবসিংদুদি সাপীগী মিৎম্মানি ; মটিহ : মরোগু গ্রানবা 'পাপী' অহুনা ইথরনা পকসিম্নবা হায়বনি । পুক্লীংদি আশাশিংগী পোৎয়োমনি ; অচুগা আশাশিংহু মরুফংনা কোম্নদোক্লবদি, মর্খগী ওইবা চাওখৎপগী লম্বীদা অচৌবা অপনবা অমা ওইরিবা পুক্লীং অচুবু মাঙহল্লে হায়বগী থাজবা লৈতে । ফি-দা য়াওরিবা লং অহু অমমম ওইনা অস্থুম লৌথোক্লবা মতমদা, ফি-চুগী করি লৈহৌরি ? করি অমত্তা লৈহৌদ্রে । পুক্লীং হায়বসি আশাগী লং-না মঙ্গুং অমস্তুং মকেল ওইহুনা শাবা ফি-নি । অচুগা পুক্লীংনা মাঙপ্র-বদা, স্থিতপ্রজ্ঞ ওইরে ।

মরম অহুনা জয় তৌগদবা অহানবা পোৎশক অচুদি অপাম্বগী হিংচাবা শক্তম লৌবা 'কাম' হায়বহুনি । মসিগীদমক্তা লাপ্পাও অমা শোক্লবা দরকার ওইদে । অপাম্বহু থেম-নৌহুনা মাঙহনখিনবা অপেনবা রাহৈ শীজন্নবস্থ দরকার ওইদে । অপাম্বশিং অসি অমবু কিবগী মরম্না নত্রগা অতোপ্লবু শৌগৎপগী মরম্না মাঙখিরোই । অপাম্বশিংসিদি পোৎ ওইনা লৈরিবশিংসিগী ওইবনি ; মখোয়দি "অউবশিংগী" কাঙলুপ্তা চল্লি । "ঐদি অয়েংবা অচুতা ওইবনি, য়েংগদবা পোত্তুদি নত্তে," হায়বসিদা চেৎনা থাজবগা লোয়ননা স্থিতপ্রজ্ঞনা মশামকপু অপাম-মিহৌগী অকা-অপুন্দগী থাদোক্লকই । মসিনা মহাক অপাম্ববু জয় তৌরে তাকই । পুক্লীংগী থবকপু মপানলোমদগী নহাক্লা কুপ্না সেন্নগঙ্গবনি ; মহুদা নহাকপু চেল্লহল্লো-ইদবনি । মহুনি পুক্লীং-খুতুম-চনবসিগী অর্থদি ।

পুক্লীংগী পাঙ্গলদি তাম্নাদা চৎলিবা বিজলীগী অকনবা ঊচেল অমগুম্বনি । মসি অরাপ্পা মকম অমদগী য়েক্সাবনি অচুগা শম্নরোইদবনি

মমাংবা শোকক্লোইদবনি। মচু-শোকউরবা, নহাক তাজোই ওয়েং মতৌ অসুম্বা, শমক্নবা অমসুং মরী লৈনক্নবা নহাকপু মাঙহনবা তাঙ্গা অচু পুক্নীংদা পী। মচুদম্বী নহাক্না হেক লাপথোক্লিবমখৈ, হেম্না করে। হৈ-শিংবা থবক মতৌশিংনা, নহাক নশামক্কী মুঙাই-য়াইফনবগীদমক্তা খ্বাইদগী নিংথিবা মওঙদা মচুবু শীজন্নবা তাই।

স্থিতপ্রজ্ঞনা লুপ্পিবা আনন্দ অচুদি মপানথোংগী ওইবা পোৎ-শকশিংদগী পোক্লকপা নত্তে; মহাক্না মখোয় অমত্তবু দরকার ওইদে। আনন্দ হায়বা অসি মী খুদিঙমক্তা মহাক্কী হৌনশামক্কী শরূক অমা ওইনা লৈ। মশানা জ্ঞান তশেংনা তাবা মখোয়শিং অচুনা মখোয় মশামক্কী অওইবা মশক, আত্মা অচুবু খঙজনুনা খ্বাইদগী অৱাংবা অয়োৎবী মুংঙাইবা হায়বচু ফংজৈ। মচুগী মুংঙাইবা অয়োৎবী (আনন্দ) অচু 'স্বসমপাদ্যম' হায়বচুনি (হায়বদি, ইশানা তাঙবা হায়বনি)। মসিদি মচুগী মীশক অচুনতা খঙজৈ; মশানা তাজবা য়াফমনি।

অর্জুন-না মচু-খঙডমদবনা, কৃষ্ণনা ৫৬ শুবা, ৫৭ শুবা অমসুং ৫৮ শুবা শ্লোকশিংদা ঈচম চম্বা ৱাহৈশিংনা মচু তশেং-তশেংনা তাকপা তারম্মী। পুক্নীং-মুংঙাইবা নত্রগা অৱাবা হায়বসি মওঙ অহুমদা থেংনবা ঙমই — অধ্যাত্মিক, আদি-ভৌতিক অমসুং আদি-দৈবিক। পাপশিংনা মতিক চাবা চৈরাক ওইনা তারাবা পুরকই অচুগা থাগৎনিঙাই ওইবা অফবা থবকশিংনা মনা: ওইনা মুংঙাইবা পুরকই হায়বসি ময়াম্না নিংথিনা খঙনৈ। মরম অসিনা পাপশিং তৌদনবা অচুগা মনা: পীবদা মতিক-চারবা থবকশিং পাঙথোক্নবা পাউতাক পীরি। অচুবু স্থিতপ্রজ্ঞদি অৱাবগী চৈথেং নত্রগা মুংঙাইবগী পুক্নীং তুজুংবসু খঙদে। মহাক্কী অমনসু ইন্দ্রোক্তে নত্রগা অতোপ্পচুনসু চিংশিন্দে। মহাক্কী অৱা-অনাগী মমাঙদা

ভুং-হল্লোই নত্রগা মুংঙাইবরোমদসু চেনশিল্লোই । আম্মাবু খঙলবা মখোয়শিংফুনতা মুংঙাইবা থেংনবা মতমদনা পুক্নীং য়াম্না বাংথংকনি অদুগা অন্নাবা থেংনবা মতমদনা পুক্নীং হুনগনি ।

স্থিতপ্রজ্ঞদি মতম পুম্বদা 'মনন'দা, নত্রগা ধ্যান-দা অমসুং রাখল-মুম্না তৌবদা লুপ্তুনা লৈগনি । মহাকপু মুনি কৌই । মহাক্কী বুদ্ধিদি লৈতাই মরমদি ইন্দ্রিয়শিংনা মহুবু মাঙ-তাকহন্দে । রাক্কম অমা মতাং অদিদা খঙজিনবা তাই । ইন্দ্রিয়শিংবু জয় তৌবা হায়বা অসি সাধনাগীদমক্তদি তঙাইফদ্রবনি ; অদুবু মহুতা নত্রি । মপাম্বোংগী পোংলম ময়ামগী ওইবা সংসার অসিনা পুক্নীংবু চিংশিল্লিবমথেদি, কনাগুম্বা অমনা মায় পুম্পাক পাক্লে হায়দুনা রাকৎপা ওল্লোই । কৃষ্ণনা "অর্জুন ! ইন্দ্রিয়শিংবু মপুং ফানা খুদুম চল্লু, অদুদগীদি নহাক কিনিংঙাই দরকার ওইদ্রে, মরমদি মখোয়শিংদু হুইয়া শক্তোক্লবা লিলশিং ওইরে," হায়রিবসি মহুননি । অদুবু মপাল্লোমদা নহাকপু চিংখোক্লিবা রাখলশিং অমসুং পুক্নীং-ঈথীলশিংদগী লাক্কদবা খুদোংথীবা অদুদি অদুম লৈরি । অপাম্বগী ওমথৈ লৈত্তে ; মসিবু পুমপেল পেলহনবা খক ওমদে ।

মতৌ অসুম্না ইন্দ্রিয়শিংবু মপুংফানা খুদুম চলবগা লোয়ননা কনা-গুম্বা অমনা পুক্নীং খুদুম চনবসু শোয়ঙামদনা শাগৎকদবনি । মহুনা স্থিতপ্রজ্ঞ অমগী, 'গতপ্রজ্ঞ' অমগী ( লৌশিং-লৈতবা মীশক অমগী ) নত্তবা, অমসুং বুদ্ধি-লৌশিং লৈতায়বা, তাপ্তোম্না মীশকুগী খুদমহুনি । 'গতপ্রজ্ঞ'না কদাইদা চৎলি ? আম্মাগী লৈথা-পুমতা-তাগদবা শরক্তা, অদুগা অত্তে কদায়দসু চত্তে ।

কাখৎনবা লম্বী অদু, হেন্না রাংবা থাক অদু — মহু স্থিতপ্রজ্ঞগী-দমক্তনি । মপুংফানা খুদুম-চনবা অনীসিগী মরক্তা, পুক্নীংদুবু লাকশিনবা

ওয়বন্নি, মহৎখজলা ওক্রে ; অহুমগীদি মপাঙ্হোংগী ওইবা ইন্দ্রিয়শিংগী অম তৌরুবগী দরকার লৈরে। পুক্নীংহুনা পোংশকশিংগা পন্ন-শন্নরবদি ইন্দ্রিয়শিংহুগী চাক্তানকম করি অমত্তা লৈরোই ; মখোয়না চাদ-থক্তনুমা মাওথি ; হুংশিবা অমসুং য়েংথীবা হায়না লৈরিবা মখোয় অনীমকসু চানিংঙাই লৈতহুনা শিরে। পোন্ন-চৈপী তাইবংগা পুম্নিমক লীপুরশিং অহু করকংলি, ককংনুবা অহুনা ইন্দ্রিয়শিংবু সোকহজরবনু। আত্মা মশক খঙজবগী থৌজাল ফংজরবা মহাক অহুগীদমক্তসি, কররমা তাইবংগী ওইবা করি ওইবা পোং অমনা অরাবা নত্রগা হুংঙাইবা পুরকপা ঙমগনি ?

হুমিংনা থোরকপা মতমদা থরামীচাকশিং মশক উথিদবগুম, অহুম হায়না, খঙবগী নত্রগা জ্ঞাণগী হুমিংনা থোক্লকপা মতমদা, অরাবা, পুক্নীং হুংঙাইতবা অমসুং খঙদবা ( অপঙবা ) মাঙথি।

মীওইবগী মরুওইবা থুংলাই অহুম—পুক্নীং, বুদ্ধি অমসুং ইন্দ্রিয়শিং। "হোংহুনতা লৈবশিংদা লুপ্না" নত্রগা "আত্মা-জ্ঞান্দা নীংতম্বা" অনীসিগী মরুওদা অমা ফংবা হায়বা অসি মখোয় অহুম অসিনা পুন্না থবক তৌমি-ররবা অমসুং অমগা অমগা মতেং পাংনরবা মতমদা ওই। "করম্বনা করম্বগা থবক চথরকপদা" করি থোক্লকনি হায়বহু খঙবদা অর্জুন চমররমগনি হায়বসি কৃষ্ণনা হায়না লৌরম্মী। অহুনা ইবুংঙো মহাক মশামক্তা পাউথুম পীবিরম্মী। "অর্জুন !" ইবুংঙো মহাক্না হায়রম্মী, "পুক্নীংনা ইন্দ্রিয়শিংগা লোয়ননা থবক তৌমিররবা মতমদা, সংসার হায়না কৌবা হোংহুনতা লৈবশিংদা নহাক চঙই ; পুক্নীংনা পুক্নীংমশামকপু বুদ্ধিগী মথা পোনহন্নরবা মতমদা, নহাক্না আত্মা জ্ঞান ফংলে। লম্বী অমনা 'সংসার-প্রপত্তি'দা পাংথি, অতোপ্পহুনা, 'আত্মা-প্রপত্তি'দা। বুদ্ধিনা রা লেপকনি ; পুক্নীংনা অম্বুমা লেপ্লবা রারেপ অহু পাঙথোকনি। মহুমা অচুম্বা থবক পোরমনি।

ইন্দ্রিয়শিং নত্রগা হকচাঙ কাযাংশিং অসি মপাংহোংবী ওইবা পোংশকশিংগা শম্নবী থবক শুক্তৌ ভৌহল্লোইদবনি। মতুনা স্থিতপ্রজ্ঞ অমগী মগুণ খঙনবা মার্কানি। অতুনা থবাম-পানবা পুম্নমক্কা অহিং থেংনরিবঙেদা ( তুম্মীবঙেদা ), স্থিতপ্রজ্ঞনা মশামক হৌগত্তুনা লৈগনি। থবাম-পানবা পুম্নমক্কা হৌগত্তুনা লৈবা মতমদনা, স্থিতপ্রজ্ঞনা তুমহুনা লৈগনি। মসিগী ময়েক্কী অতাবী অর্থদি কনাগুম্বা মশক অমহুক্নদমক্তা অহিং ওইবত্থ অতোপ্পা মশক অতুগীদমক্তদি অযুক-নুংথিলনি হায়বনি। তৌইগুম্বস্নুং মত্থ তাবদা নাতৈ-চাদবা রাথল অমা পোকহনগনি। মতুনা স্থিতপ্রজ্ঞদি অযুক-নুংথিলদা তুম্বা অতুগা অহিংদনা হৌগত্তুনা লৈবা মী অমনি হায়বনি।

রাহৈনা ফোঙদোক্লিবা অসিগী মমুওগী অর্থসিদি লৈনবদা মায়া দবকার লৈ। মচাক্কা শেম্বা তাইবং অসিদগী হোঁওগংলকইবা ইন্দ্রিয়শিং অসিগা মরী লৈনবা থৌরমশিংদা সাধারণ মীওইশিংনা 'মীংকূপ-নাহুম' শেম্নে। মথোয়গীদমক্তদি য়াকাইত্থুনা লৈবা হায়বা অসি, অপঙবা তাইবংগা ফংগে তাল্লিবশিং অতুদা মথোয়না শেম্নরুবা অত্থনি। অতুবু স্থিতপ্রজ্ঞ হায়বত্থদি হায়রিব শিংসিমকা মরী লৈনদে; মহাক অসি, হায়বা তায়বদা, তুমখুন হুন্দুনা লৈবনি। তুগা হায়বা অসিনা করিবু খঙনৈ? মত্থদি ইন্দ্রিয়শিংবু থবক-ইনখাঙ তৌহন্নবদগী পোক্লকপা মতুংগাই অতুবু খঙনৈ। অত্থগা মীংকূপ-নাহুম শেম্নবা হাংবত্থদি? মত্থদি ইন্দ্রিয়শিংদা নোম্লুবনি, অত্থগা মথোয়দা মচিঞ্জাক হুম্লুবনি। সাধারণ মীওইশিংনা ইন্দ্রিয়শিং অমসুং মথোয়গী অপাম্বা তাল্লক তাল্লকপশিং অতুগী থূত্থঙ ইনবা মতমদা ( মীংকপ-থোক্তুনা লৈব' মতমদা ), স্থিতপ্রজ্ঞদি থূত্থঙ ইন্দে ( তুমহুনা লৈ )। মসি অতোপ্পা রাহৈশিংদা ফোঙদোকপম্থ রাই— 'আত্মা-স্থিতি' কাওথোক্লো অত্থগা মহাক দেহস্থিতিদা অমুক হজিল্লে, আত্মা-খঙবগী-থাক্তগী মহাক্না হকচাঙ-খঙবগী-থাক্তা তাথরে।

মসিনি মীচমদা থোকইবসে ; মহাক্তী আঘাগী থাকদি তুমই. অদুগা দেহ-থাক্তনা হৌগংলি। স্থিতপ্রজ্ঞগী মওংদি তোঙাঅবনি। মহাক্তী দেহ খণ্ডবগী মওংদা তুমই, আত্মা-জ্ঞানদদি হৌগংলি। মহাক্তী, শোয়খি-ছুনবক্কাওবা, মীচন্না থন্নার-য়াওনা শেম্নরিবা সংসার, ইন্দ্রিয়গী ওইবা সংসারসিদা মীংকপ থোক্লোই। মসিনি মুং-গী অর্থদু। মসিদি বাহৈনা তাকইবা অর্থদুদগীদি লাপ্পা লৈ, মপাম্মোংগী অর্থসিবু অচুম্বা ওইনা লৌরবদি, স্থিতপ্রজ্ঞ হায়বা মিংথোল অসি হুরানবশিং, সন্ত্রিশিং অমসুং অতৈ অহিং-তুমদবশিংদা থোল্লমগদবনি, মরমদি মখোয় পুন্নমকশিং অসি অহিং-অহিংদা তুমদনা লৈ অদুগা অয়ুক-মুংথিলদনা তুমদুনা লৈ। অপাম্বগী পীথুনশিংবু থাদোকল্লবা অদুগা মহুগী চন্নরবা অচম্বা খুংলাইশিং ওইরবা মখোয়শিংদুতনা শান্তি ফংবা ওমই। "কামনা—ত্যাগ" অপাম্বা থাদোকপা হায়বা অসিদা হকচিন্না হায়বগা লোয়ননা স্থিতপ্রজ্ঞবু শিংথাবা কৃষ্ণনা লোয়শিল্লি।

পুক্নীগী লানকমদা পুক্নীং বাখ্রিবা, পুক্নীং চিংথোক-চিংসিনশিংনা চন্নহল্লবা অমসুং কদোম ওনগনি অদুগা কদোম চংকদগে খণ্ডবা ( করম্বা লম্বী চংকদগে খণ্ডবা) মীওইবদা, মাধবনা (শ্রী কৃষ্ণনা) মসিগী সাংখ্যয়োগ (অধ্যায় ২ অসি তম্বীরম্মী। অতোপ্পা অধ্যায়শিংদি অধ্যায় অসিগী মচুওংদা পীবিরীবা পাউতাক্তী মরমদা নৈনবা মোং মন্নামগুম্বনি। "অর্জুন! পুক্নীংদুবু থাদোক্নবগীদমক্তা, নহাক নশাগী আত্মাদা লুপসিন্দুনা নৈনবগী-দমক্তা নশামক শেমশারে। পুক্নীংদু শব্দ, স্পর্শ, রূপ, রস, গন্ধ,-পোৎলম মক্তা অদুদগী হন্দোকউ। অদুদগীদি নহাক স্থিতপ্রজ্ঞ অমা ওইরে," কৃষ্ণনা হায়রম্মী। অনীশুবা তাক্কসিদা ( ১১ শুবা শ্লোকনী ৩০ শুবা শ্লোক ফাওবদা ) ইবুংঙো মহাক্না আত্মা-তত্ত্ববু চম্না, লায়না খঙবা য়ারা মংঙদা পাক-চাওনা হায়বীরম্মী।

অহুদগীদি ৩৯ শুবা শ্লোক্তগীনা ৭৫ শুবা শ্লোক ফাওবদা, লাইগী ওইবা হৌনপা অহু কংনবগীদমক্তা চঙকম থোকপা মরুওইবা ধর্ম্ম-কর্ম্মগী মওঙ, মহুদি তৌ-কৈ হায়না হাগ্রনা পাউতাকপ্রবা সাধনা-বুদ্ধি অহুগী মহুও চনপ্রবা কর্ম্ম-যোগ হায়বহুমকুদা য়ুম্ফম ওইবা পূর্ব্বীংগী ফীভম মতা অমা ইবুংঙো মহাক্না তশীরম্মী।

---

"ধর্ম্ম তোঙান-তোঙাবা য়াই অহুবু লমথুংকমদি অমত্তনি। যথ মচু তোঙান তোঙাগ্গরবস্থু সঙ্গোমদি মচু অমত্তা ওই। লিক, লৈ মওং তোঙান তোঙান ওইরবস্থু শাগ্নিবা সনা অহুদি অমত্তনি—, সনানি।"

বাবা



শ্লোক ১৭ শী মমুতদা, ৫৬ শুবা শ্লোকশী ৭২ শুবা শ্লোক ফাওবদা, কৃষ্ণনা অনীশুবা অধ্যায়দা স্থিতপ্রজ্ঞশী থোইদোকপা মশুগশিং, অদুগা থাক অদুশী মগুণ হোনবা মতৌ অদুশী মরমদা ৱাহৈনা মশক তাক্লম্মী। অদুগীদি, মুক্তি ফংনবগী উপায়শিং ওইনা. সাংখ্যশিংগীদমক্তা জ্ঞান-যোগ অদুগা যোগীশিংগীদমক্তা কর্ম্ম-যোগবু ইবুংঙো মহাক মশামক্তা লিংখৎ পীরক্লে হায়রদুনা ইবুংঙো মহাক্না কর্ম্মগী কান্নবা পল্লগা ৱা তাঙলম্মী।

মী খুদিংমক প্রকৃতিনা তৌহল্লীংবা মওংদা লোনবা তাই অদুগা মশামকপু কর্ম্মদা পুনসিনবা তাই; মসি নাহোকপা য়াত্রবনি। মরম অদুনা কৃষ্ণনা হায়রম্মী, "নহাক্কী তঙাইফদ্রবা নথৌ ওইবা কর্ম্ম, কর্তব্য কর্ম্ম অদু তৌ। কর্ম্ম তৌদুনা থবক-চিন্না লৈবা হায়বা অসিনা অদুম্না থবক-চিন্দুনা লৈতবদগীদি হেন্না পান্থ তাই। নহাক্না থবক তৌবা লেপ্লবদি, হিংদুনা লৈবগী থবক অদু অরুবা ওইরকই, নত্তে, ওইথোক্লোই।

"তারকপা ফলনা পুন্নবা কর্ম্মশিং অদুদি যজ্ঞ হায়না পন্নরিবশিংদুনি। লেমহৌরিবা কর্ম্ম মথক্ল পুন্নমক অদুনা অফা-অপুন ( নীংথা তম্মদবা ) ওইহনবা ঙাক্তনি। মরম অদুনা, হে অর্জুন! মহৈংগী থোয়ল্লাওউবা পুন্নমক থাদোক্লো অদুগা থবকশিংদা, মথোয়শিংদু ঈশ্বরদা কথোক্তুনা পাওথোকপা ঈড়াং-থৌরম, যজ্ঞগুম তৌদুনা, মায়পুনব্লো।" কৃষ্ণনা অর্জুনদা থবক্তী হৌরকফমশিং, থবক তৌনীংবগী অকনবা আশাগী মরোল চোংলককম অমসুং হৌগৎলককম ওইরিবা মরুশিং অদু তাকপীরম্মী; ইবুংঙো মহাক্না মথোয়শিং অদুবু অমুক্কী মতিক ময়েক শেংনা তাকপীরম্মী মদুদি

অর্জুনগী থম্মোয়রু চান্নমক পেংখি অচুপা অচুম্বা মওঙদা হোংখি। "বেদশিংসি ঈশ্বরদগী ঈহোৱরকখি ; বেদশিংদগী কর্ম্মশিংনা চেম্বরকখি ; কর্ম্মদগী যজ্ঞ লৈবা হৌরকখি, যজ্ঞদগী নোং ; নোংদগী চীজাক ওইনরিবা পোংলমশিং হৌরকখি ; চীজাক ওইনরিবা পোংশিংদগী থরায়-পানবা পুম্নমক লাকখি। য়াকম থোকপা অমম্সুং য়াংনা ইকাই-খুম্নকম থোকপা মথং-মনাও কায়দনা লেংথরক্লিবা থৌদোকশিংগী পরেংতুদি অসিনি।

"মসি থম্মৌ, হে অর্জুন, ঐদি কর্ম্ম অমা অমা তৌবগী দরকার লৈতে ; নত্তে, মরোল অচুমসিদা করিগুম্বা মফম অমদ-কাওবা দরকার লৈতে। ঐদি থবক তৌদবা য়াদবা ফীভমদা লৈতে। অচুমকপু ঐদি মতম খুদিঙদা কর্ম্মদা চিন্দুনত্তা লৈ। মসিগী মরমদা রাখল তৌ। ঐনা থবক তৌবা লেপ্লবদি, তাইবংপানবা অসি লৈররোই। আত্মাদা অচেংপা থাজবা লৈয়ু ; অচুদগী নহাকী থবক পুম্বা ঐঙোন্দা কখোক্লো — থবকুগী মহৈ : পামলু-দনা, নশাগী ওইজবা তান্নীংবা অমম্সুং মপু ওইনীংবা রাখল য়াওদনা নক্রগা চাউথোকপা লৈত্তনা, লাল থেংনরো ( কর্ম্ম তৌরো )," কৃষ্ণনা হায়রম্মী।

সংসার লেম্বগী থবক অসিগী চাকা অসিনা শীং-নায়া চংপা তারবদি, থরায়-পানবা খুদিঙমক্না অম্সুম কর্ম্ম তৌথত্না লৈবা তাই। মহাক ওই-নীংবা মী মথল অমা ওইজসনু, মহাক্না তৌকম থোকপা মখৌ লৈয়থোকপা ওগ্নোই। খ্বাইদগী বাংবা জ্ঞান অচুবু কংগ্রবা মহাক অচু কাওবা মসিগী নিয়ম অসি ওাকপা তাই। চাবা অমম্সুং থকপা, সোর হোজিনবা অমম্সুং সোর হোন্দোকপা — মখোয়শিংসিনু কর্ম্মশিংনি। মসিগী থবকশিংসি য়াওদনা কনানা হিংবা ঙমই ?

নহাক্না তাইবংপানবা অসিদগী অমম্সুং মীওইবা খুন্নাই অসিদগী কায়বা কাই, অচুনা মশক্লাক ওইনা তৌবা থবক থরদগী মখোয়না কায়বা

কংকল্ল থোকই। ব্রহ্মাণ্ড অসি, বিশ্ব অসি, তশেংনা হায়রবদা য়াম্না চাউবা শিনশঙ অমনি; মীওইবা খুদিঙমকসি মসিগী শেমগং-শাগংপসিদা কান্নাং অমমমনি। কান্নাং অহুদা মহুগী শাওঙগী মতুঙ ইন্না চুনবা থবক পী অহুগা মচুনা অকক্নবা থবক অহু তৌবদা শোয়দনা নিংথিনা পাঙথোকনি। কনাগুম্বা অমদা মশক্লক ওইনা সিন্নবা থবক হেক মথৈ ঈশ্বরদা কংপা পোৎকং অমগুম তৌগদবনি। জগৎ অসিদা অচৌবা থবক অসি তৌবদা মশামক থবক পুদবা অমকাওবা লৈতে। পাম্বী অমসুং ভীন-কাঙ, হুং অমসুং উচুং, মুংশিং অমসুং নোং, অশাবা অমসুং অঙৈবা, — মথোয় মথোয়সিনা ঈশ্বরগী থৌশিলগী মতুঙ ইন্না থবক তৌত্রবদি, তাইবং অসি হিংবা ঙম্লোই। মুমিৎ অমসুং থা অনীসিনা মথোয়গী মহৌশাদগী তৌ-রক্লবা মথৌশিং কায়দনা চথরি; মুংশিং অমসুং নৈনা আপত্তি তৌদনা মথোয়গী মথৌশিং পাঙথোকপা তাই। পৃথিবী অমসুং মুমিৎ অনীসিনা মথোয়দা শিন্নরিবা মথৌশিং অহু তৌও য়াত্রবদি, সংসার অসিদা করি থোকপা তাবা? মরম অহুনা, কর্ম তৌদবা, হকচাঙনফাওবা তৌদবা, কনা অমত্তা লৈতে। কর্মগী কাংথোঙ অসিনা য়াংনা অমসুং জিরি-জিরি শীৎ নান্না ওল্লকদবসি মীপুম খুদিঙমক্না মা-মাগী থবকপু শোয়দনা অমসুং চোকশিন্না পাঙথোক্লবা মতমদুত্তদনি

জ্ঞানীশিংনা জ্ঞানী ওইরবা মতম ফাওবদা কর্ম করিগী তৌবা ভাবগে হায়বা অসিদা নহাক্না ঙকপা য়াই; নহাক্তা নত্তে, ফোঙদোক্লিবা য়াকম অহুদা অতোপ্পা মীয়াম্না পুক্নীং লাওভক্লবা য়াই। করে, মীয়াম্না হেন্না য়াংবা থাকশিংদা লৈবা মথোয়শিং অহুনা থম্বীবা ফিদম অহু মহৌশানা ইল্লি। মথোয়গী থবকশিং অহুনা পুন্নমক্কী ওইবা ধর্মগী সুক্ষম শেমই। জ্ঞানীশিংনা থৌ-পুত্রবদি, সাধারণ মীওইশিংসিদি করয়া মথোয় মশামকপু

কনজবা তাবগে ? মথোয়গী লমজিং লৈত্রে অমসুং মতৌ অসুম তৌহনা মথোয় মশামক ইন্দ্রিয়গী এইবা সুংতাইবগী অয়ায়বা লম্বীশিংদা চত্তুনা মাত্তজরে। অশিংবা মীশিংগী মথৌদি অচুম্ববু য়োকখৎপনি অহুগা মহুবু মী অতৈশিংগী মমাত্তদা, মীশিং অহুবুসু মথোয়গুম্না পেন্থোক্লীংবা অমসুং সুংতাইনীংবগী আশানা চিংহুনা মথোয়গী মতুঙ ইনহনবা য়ানবা, থবক ওইনা পাত্তথোকপহুনি। অশিংবশিংনা, মথোয়না থম্লম্বা থোঙ্লশিং অসি লৈহৌরিবশিংবুসু লীহনবা য়াহম্নবা, থবক তৌবা তাই অমসুং তৌরম্বা তাই, যেংবা তাই অমসুং উৎপা তাই।

"অর্জ্জুন! অচুম্বা য়াক্ষম অসিমথক্কংদদি পুক্লীং চঙউ। নহাক্কী হকচাঙ অসি হৌজিক কয়াদা শাররবনো ? মসি তিগ্রী ৯৮ রোম ওইরম্বা য়াই। মসি মতৌ করম্না ওইখ্রিবনো ? মরমদি, হুমিংনা অরাম্বা মফম অহুদা মসিদগী লাক্ষ লাক্ষ কয়ামুক হেনবা মৈশা পুরি, মহু নত্রবে ? হৌজিক হুমিংনা মৈরি-মৈশা পুম্নমক্কুবু পুরগা থাতহুনা লৈবা ওম্লরোই হায়না মপূক্লীংদা ফাওরক্লবদি অহুগা ঈংথপ্রবদি, মীওইবা জাতিদা করি থোক্কনি ? অহুগা অমুক, জগৎ অসিগী মম্লত-মপাল ফাওনা থবক তৌবগী পাক-চাউরবা বিশ্ব-কর্ম্ম, মসিগী কর্ম্মসি ঐনা তৌবা লেপ্লবাদ করি দসা ওইরক-দগে হায়বহু ভাবন৷ শাহুনা য়েংউ। অহুননি ঐনা কর্ম্ম তৌহুনতা লৈরি সি,— নীংশিংউ। করিগুম্বা ওইজবা অমা, নত্রগা অকবা অমা, নত্রগা মহৈ: অমা ঐনা ফংউবা নত্তে।

"মালেমদা লৈরিবা লেঙলি-পাল্লিবা খুদিঙ কর্ম্মগী নিয়ম্না পুল্লি। অহুবু মীশিংসি অশুক্কী মতিক খঙদবদা লূপত্রে মহুদি মথোয়না মথোয় মশামক্কী লীচং-নাইবগী নত্রগা বুদ্ধিগী থাক অহু খঙখিত্রে; অহুগা কর্ম্মগী অথুপ্লশিং খঙখিত্রে। অসিগুম্বা মতৌসি মগুণ চাউবা মীশিংগী

খুনরশিংন অবাংবা রাখল পোকহনবজনা কনবা ওমগনি। মরম অহুনথি জ্ঞানীশিংনা থৌ পুহুনতা লৈগদবনি হায়রিবসি ; মখোয়না সাধারণ মীশিংগী অজনবা অমসুং পঙথরবা মতৌ অহু মাঙহনবীবা তাই। অহুম্না পুম্নমক্না কর্ম্মগী নিয়মবু ইনগদবনি, থৈদোক্কপা করি অমত্তা তৌদন।"।

মখাগী মালেমসি শ্বায়থোক্কনা. এইরোপ্রেম্না ( শ্রী হাপ্পবা ) মথক্না খা·হুনা লৈত্রা ? মহু তোংহুনা কোয়নবগী হক ফংলরা মখোয়শিংহুনা মহু তম্না পাইথংলুবা ওমদে। মরম অহুনা, মখোয়বু মহুতদা তোংহন্নবা, হায়না তৈয়ারী তৌরহুনা মখোয়না পুন্নপ·পুম্না লৈরিবা মকমশিংহুনা মহুনা পাইথরকপা তাই, অহুগা মতুংদা অতিয়াদা মখোয়গা লোয়ননা রাংনা পাইথংগা তাই। মতৌ অসুম হায়না. জ্ঞানী অহুনা কর্ম্ম য়াম্না তৌনীং বগী অপাম্বা নত্রগা মৈ-চাকশিনবা আশা লৈত্রবসু, মহাকসু কর্ম্মনা কোনবা লমদমনা কুমথরকই অহুগা মখোয়গী থবক তৌবগী তোপ্তোপ্না মতিক মঙনশিংবু থৈরেঙনদনা চুম্না শীজম্নরাম্নাইদবা মখোয়শিংবু মতেঙ পাঙই। জগককুম্বা অচৌবা শক্লাইবা মীশকশিংনা কাওবা মীংয়েং (পান্দম) অসিগা লোয়ননা ধর্ম্ম-কম পাঙথোক্লম্মী ; অশ্বপতিন্নু এম্নুম্না তৌরম্মী, অতৈ লেমহৌরিবা মীয়ামু সর্ত্ত য়াওদবা অতনবা নত্রগা শাখীরদগী কনবিনবা।

অতুদগী, অর্জ্জুনগী অতোম্বা রাহংগী পাউথুম পীবা ওইনা, কৃষ্ণনা হায়রম্মী, "কাম হায়বসিনা কত্তবা পুম্বগী মরু ওইবা মরমনি," অহুগা ইবুংঙো মহাক্না মহুগী মওঙ, মরম অমসুং মহু কনবা লায়য়েং মচুত্তানা তাকপীরম্মী। দেহ-আত্মা-বুদ্ধিনা ( মহাক্কী হকচাঙসিমক্কি অতৈ অতোম্বা অমমুক নত্তে হায়বা অম্রানবা রাখলনা ) কা-পুন্নুনা থম্ব। মহাক অহুনা কর্ম্মবু কম্ন তৌগে হায়রহুনা আশা তৌবা থক ওক্লোই ; মায়-পাকপা লোয়দবিদা কংননবা কনাওবা অমনা ব্রহ্ম- আত্মা-বুদ্ধি (মহাক্কি ব্রহ্মমক্কি, অহুনগী করিগু তাদে হায়না থঙবা মওতহু, জ্ঞানজদবনি। থবক পুম্নমক

মপুদা ( ঈশ্বরদা ) কখোকপগী পুক্চেলদা পাঙথোক্লবনি। অদুগা অসি পোক্লেন-পোকপা, শাংলেন শাংপা, বিষ্ণুগী মওঙ অহুনি হায়না শজুম লাকনি।

মসিগী তাক্কক অসিদা।, মরুওইবা শীরম অহুমথক তশেং-তশেংনা তাক্লি - ( ১ ) মী খুদিঙমক কর্ম্ম তৌবা তাই মরমদি মসিবু তৌত্রবদি, সংসার অসি শূণ্যদা লাকনি । ( ২ ) মহাপুরুষশিংগী কর্ম্মনা অতৈ-অতোপ্পশিংনা মাঙনা থা-হনা থবগদবা ফিরমকম অহু ওই । ( ৩ ) মালেমসিদা লৈবিবা লোয়নমকলোমসি কর্ম্মগী লীপুন্না পুল্লি।

কৃষ্ণনা খ্বাইদগী হেনবা থৌজাল উত্তুনা অর্জ্জুনবু পারাশিং অসি মপূক্লিংদা চুপশিলহল্লম্মী। মসিনা পেন্দহনা, কৃষ্ণনা মতোন্দা হায়খিরম্মী মহুদি জ্ঞান-না কর্ম্মগীদি অয়োইবা পন্থংনি অহুগা তোংজবহুনি ; জ্ঞান হায়বসিদি পূক্লীংবু শেংদোক্লবা অমসুং ঈশ্বরগী থৌজালবু ফংজনবা মীওইবগী হোংনজমন্না ফংজবা হী-য়াইহুনি ; জ্ঞান হায়বসিনা আনন্দ পীবিবতা নত্তনা মশামকসি আনন্দগী মুন্ফম ওই। মতৌ অসুম্না ইবুংঙো মহাক্না মহাকপু জ্ঞানগী লম্বী, জ্ঞান মার্গদা লম-য়ানবিরম্মী ।

মসিগী নৈনবা ৱাফম ( বিষয় ) অসি মঙাঙবা তাক্কক ফাওবা চথরম্মী। জ্ঞান-যোগ হায়বসিনা ভগবদ গীতা-সাস্ত্রগী পাউতাকশিংগী মরক্তা মমল য়াম্বা মণি অমগুম ঙাল্লি। কৃষ্ণনা ৱাশক্লুনা হায়রম্মী, "ন হি জ্ঞানেন শদৃশং পবিত্রমিহ বিদ্যতে" ( জ্ঞানমুক শেংবা করি অমত্তা মফম অসিদা থঙনদে ) ! মথা-তাথন-ফাওবা, ৭ শুবা অধ্যায়দা, ইবুংঙো মহাক্না হায়রে, "জ্ঞানী ত্বাত্মৈব মে মতম্" ( ঐনা জ্ঞানীবু ঐ ইশামক্ন লৌই ); জ্ঞান যোগগী চঙথোনবা মগুণ অহুবু গীতাগী মনুঙদা অতোপ্পা মতাঙ মতাঙ অয়াম্বদসু অহুম হায়না ৱাংনা থাগৎলি ।

আত্মাগা মরী লৈনবা সাধনা পূন্নমক্তী মতুংদা জ্ঞান-যোগনা খ্বাইদগী মহৈঃ য়ানবা ওইনা থাজনরিবা করিগীনো হায়বছ মহুনি। সাত্র পূন্নমক্কা জ্ঞান-খক্তদা মখোয়গী অরোইবা পন্থু ফংই। "ধ্যান' হায়বদি কনাগুম্বা অমগী অওইবা শাগোন্নরকপা মতৌ জ্ঞানস্বরূপ অচুগী মরমদা রাখল মুম্বা তৌবা মতৌ অচুমক্কি। পূন্নমকসি নঙোন্দা লৈ, নহাক্কসি পূন্নমক্কা লৈ। কূম্বা লৈনবা, খল্লোকপা অমসুং বুদ্ধিনা ফংবগী পাম্বৈনা, মসিগী অচেৎপা মথাক্তা অলি নহাক্কী জ্ঞান্দা তুম্ভশিন হনবা তাই। ইন্দ্রিয়শিংগী, পূক্কীংগী, বুদ্ধিগী, অসিনচিংবগী তাঙৌবিবা মমি অচু জ্ঞান তুদগী খল্লোকপা অমসুং মুখংপা তাই। নহাক্কা অওইবা ওইনা ওইঙ্গিবা আত্মাতুগা মখোয়শিংসিগা তৌমিন্নমিনঙাই করিগু লৈতে। আত্মাদি কর্ত্তা নত্রগা কর্ম্মকারক অমত্তনা অশোক-অপন থোকহন্দে। ইন্দ্রিয়শিং, পূক্কীং, বুদ্ধিনচিংবন' থৌ পুত্রবক্কাওবদা মতুগী থৌ-পুদবচুনা আত্মাবু শোকহল্লোই। শোকহনবা ঙমত্রবা অমসুং করি অমত্তগা পকশিন্নরুদবা, অসিগুম্বা মশক অমা ওইনা আত্মাবু খঙবা হায়বা অসি জ্ঞানগী অথুপ্পনি।

নহাক্কা তৌবা থবক হেক খুদিঙমক জ্ঞান অসিগা লোয়ননা, মতুগী তারকপা মমি ওইহন্দুনা, পাঙথোক্কদবনি। মতুগী আত্মা মখঙ অচুনা 'প্রবৃত্তিমার্গ'-অমসুং নিবৃত্তি-মার্গ হায়বা চখোক-চঙশিন লম্বী অনী অচুদা চংপদা লমজি'বিগনি-মচুনা থবক তৌবগী লম্বীদা পান্দম অমসুং অর্থনা পীক-থলহনবা নত্তনা অথিংবা পীরোই; মচুনা ধর্ম্মবু থাজবা অচুগা লীচংচুম্বা পূক্কী শাগৎপীগনি; মচুন মীওইববু থবক্কী মহৈঃ থাদোকপা অচুগা থাক মগা-মক্তবুদি থাদোকপা নত্তবা, নিষ্কাম কর্ম্মগী লম্বীদা লাক্কুনা অকা-অপুন্নগী মনীং-মথা তন্নবা লমদমদা পুবিরকনি।

মুক্তি ফংনবগীদমক্তা, জ্ঞান হায়বসিনা তং-তাবা লম্বীনি। মরম অচুনা, মচুবু চাংদমঙাই লৈত্রনা অশেঙবা ওইনা মরাম্নদা খঙনবা লাউ-

থোক্লি। অদুগা, মহৌশানা, অপঙবা হায়বা অসি চিংনৌংঙাই ওই হায়বসি মশানা তারে। "লোয়নমকসি থোইদোক্লবা পুরুষ অদুগী মহক-চাওদা উ; থোইদোক্লবা পুরুষ অদুবু লোয়নমক্তা উ ; মদুনা জ্ঞানগী মচিনি-কৃষ্ণনা হায়খিরম্মী। "ক্ষেত্র ( হকচাও ) পূম্নমক্তা ক্ষেত্রজ্ঞ ( হকচাও মপাঙ অথঙবা ) অমখক্তবু মশক থঙই। অদুগা, মদুদি কনানো ? অর্জুনি, হায়বদি নঙ নশামক্তি, নশামক্তী য়াইবি থরায়নি। মসি থঙউ অদুগা নহাক জ্ঞানী অমা ওইয়ু। অসুম্না আত্মাসি পরমাত্মানি হায়না থঙউ ; মদু বিজ্ঞাননি।" পূম্নমকপু থঙবী উবীবা কৃষ্ণনা অর্জুন-দা মহাক্কী পুক্নীংদগী চিংনবা পূম্বা থাদোকখিনবা মসিগী যোগ অসি তম্বীবা হৌখি।

"অর্জুন ! ঐনা অশেঙবা জ্ঞান যোগ অসি সূর্য্যদা ( নুমিৎতা ) তম্বীখি ! অদুদগী মদু মীয়োল অমদগী অত্তোপ্তা অমদামথং মথং মনু অমসুং ইক্ষাকু ফাওবা থুম্বাঙ লান্না চথরকখি, অদুগা মথোয়দুদগী রাজর্ষিশিংনা মদু তম্লকখি। অদুদগীদি মীরমলেন অসিদা মদু মফম মরাং থঙখিদ্রে। লেঙদনা লৈরক্লবা যোগসিবু মালেমদা অমুক হঞ্জিনহনবা তারম্মী, অদুনা ঐহাক মালেমদা লাকপা তারম্মী।"

যোগ অদু লেঙদনা লৈরক্লি হায়না কোঙদোক্লিবদুগা অমসুং মদু মফম থঙখিদ্রে হায়রিবদুগা জবান অনীসিগী থৈনবা অদু নহাক্লা থঙদবা তৌরোইদবনি। থাক্লেশে'নমক, জবান অদু রাথল থম্বদনা পীখিবা নত্তে। মাঙহনবা যাদ্রবা অদুবু মতাং অসিদা মাঙহনখিবগুম হায়রি। মরম অনীদগী মদুবু মাঙহনবা ঙমদবনি নত্রগা 'অব্যয়'নি হায়না হায়বনি। মদুগী হৌরককমদি মরায চায়থবা নাইদ্রবা বেদনি। মদুগী ফলদি মোক্ষনি, মদুসু, লৈথা-তাবা নাইদে। যোগ অসি মতম্না অসুম অসুম পল্লমদনা লান্দুনা চৎখিবনা, থঙইবিদবনা অমসুং শীজলবিদবনা কাওথোকখিরম্মী। হায়বদি, মদু থুপচিনখ্রে, উদা ফংখিদ্রে, লৈথা তাখ্রে। জবান অদুনা অতৈ

অর্থ অমমুক পুদে। মহুবু অমুক হিংগংহল্লকপা হায়বসিনা, পুংহৌ-হৌহুনা অমুক শেমগৎপা নত্তনা, অমুক হন্না গীজম্নহন্নকপবু খণ্ডনৈ। "উবা ফংখিদবা" হায়বা অসি খ্বাইগী ওইনা "মাণ্ডগ্রে" হায়বা ৱাহৈহু গীজম্নহুনা তাক্লিবা অর্থহুনি। মহুনি নহাক্না মতৌ করম্না মহুবু অর্থ হন্দোকপগে হায়বদো, মরমদি ভগবান-না "মাণ্ড-তাকপা" নংগদবা পোৎ অমত্তা খক পুথোক্লোই।

সূর্য্যবু (নুমিৎপু) পন্দুনা হায়রিবসিহু থম্নবা মতিক চাই। ভারতকী মীশিংদি সূর্য্য-দেবগা য়াম্না নকসিন্না মরী লৈনৈ। ভারতকী অথৌবশিং, ক্ষত্রীয়শিংসে মীহৌরোলদগী হৌনা সূর্য্যগা নকসিন্নরকই; ঈচমচম্বা মুপা-মুপীশিংনকাওবা সূর্য্যবু অমুকী মতিক ৱাংনা অশেঙবনি হায়না লৌই মহুদি মহাকপু (সূর্য্যবু) অচৌবা গুরুগী থাক্তা থাম্নংখি। ভারতকী অশেঙবা ধর্ম্মগী লাইরিকশিং অমসুং থায়না মমাঙঙৈগী লীনরকপা ৱারিশিংনা মসিগা মান্নবা চীং-লেম্বগী থাক অসি কনা অমত্তদা শক্লক তমখিদে। সূর্য্যনা লৌরিবা থাক অসি তোমথিল ওইবা থাক অমনি। করি মরমগী, তাইবং পৃম্নমকী, নুমিৎ হায়বা অসি মীৎনা উবা ওন্না মপুগী উংলকপা মত্তৌনি (হায়রিবা)! অহুগা নুমিৎ হায়বা অসি মতমগী হৌরকফমনি (হায়রিবা)! সান্নবা তাকপা মতুং ইন্না, সূর্য্যসি মতমগী (কালগী) মপানি। খুদিঙমক্না হিংহুনা লৈরিবা চহিগী মশীঙ অহু নুমিৎনা ওমথৈ নাইহল্লি অমসুং নিয়ম নাইহল্লি; পূন্নী-খোয়রেনগী মচেৎ অমমমদি নোংমনোংমগী নুমিৎনা হন্থহল্লি। মতৌ অসুম্না নুমিৎ হায়বা অসি মীওইবগী পুন্নী নোংদম্বা, অথোইবা ৱারেপ মপুনি। কনাগুম্বনা তৌনীংবা নত্রগা তৌনীংদবা মাগী থবক খুদিঙমক মহাকী মথৌজাল মথাদা পাঙথোকই অমসুং মত্তোন্দা কথোকই।

পৃম্নমকসিগী মথক্তা, অইবংপানবসিদা নুমিৎনা মস্নামগীদমক তৌরিবা সেবাহুগী মরমদা ৱাখল খন্থো। মহু পৃম্নমক্না নুত্তিগী থেংনরিবনি; মহুদা

মী খুদিংনা সাক্ষী ওইরিবনি। হুমিংনা, মালেমসিদা, থরাম্ন-পানবা পুম্ন-মকী, পাম্বী পুম্নমকী অমসুং শা-ডা পুম্বগী হৌরককমচু ওই। মহাক্কী মঙাল-মশেক য়াওদনদি, মালেমসিথুম্বাক-লানশিন্নবা (মী তাবা য়াক্রবা=কান্নব্রবা) লম অমা ওইগনি। মহাক্না সমুদ্রশিংগী অমসুং পাংশিংগী ঈশিং অতিয়াদা চিংথংলি, অদুগা অতিয়াদা পাইবা নোং-মপৈ-মপৈশিংদগী মহাক্না মহৈ :- মরোঙশিংদা নোং হৈথে। মহাক্কী পুম্নমক্তা চপ-মান্ননা মাগী মঙালগী মশেকশিং যেনবিবা মতম পুম্বগী ওইবা ধর্ম্ম-দেবতানি।

সূর্য্যদি থাদোকপা ঙম্বদা মাগুম্বা লৈত্রবা অচৌবা ত্যাগীনি। অচৌবা যোগী হায়বদু মহাক্নী; মীৎকুপ অমগী মতম ফাওবা মাগী মতিক-ময়াই নত্রগা পোথাবগী থল্লুদনা মহাক্, মাগী মথোৌবু মনাংগী থল্লুদনা পাঙথোকই। মহাক থবক তৌবদা নোল্লুকই অমসুং তহাদে। মহাক্না তৌরিবা সেবা অদুদি অতৈ অমগুনা পাঙথোকপা ঙমদবা মশক্তি। মহাক্না ময়ামগীদমক্তা পীবিরিবা মুংঙাইবা অদুদি কনা অমত্তুনা পীবিবা ঙমদবা অদুগুম্বা মুংঙাই-বা ওই। অদুবু মহাক্কী চাওথোকল্লীংবা লৈতে। মহাক্কী তিঙ হান্নিবা সেবাগী থৌদা অদুগী ফলশিংগা মরী লৈনদনা মহাক্না কোরৌথক্না খোঙ দাদুনা লৈ।

তাইবংপানবগী অমসুং মীওইবা জাতিগী মরমগীদমক হুমিংনা থম-থেংবা মৈশা অপুম্বা খাঙহুনা লৈরিবা অদুগুম্বা খাঙহৈবগী পাঙ্গল অদু অমুক্তা ভাবনা শাদুনা য়েংউ। মহাক্কনি মীওইবগী হকচাঙবু লুমহন্নিবা (শাগংহল্লিবা) অমসুং মুংঙাইহন্নিবা। হকচাঙনা লৌশিল্লিবা হুমিংকী শক্তি অদুনা মবম ওইদুনা পোং-চাক্কী ওইবা হকচাঙ অসি অমুকী মতিক শক্তি অমদি বুদ্ধি মপুংফানা লৈ। মীৎকুপ অমত্তংবু হুমিংনা ভনলবদি, মালেমসি মৈবী থোক্না চাক্রুনা লোইশিনখিগনি। অদুগী মতুংদা, মহাক্না

মালেম্বু য়োকপীরি। মতু মঙোন্দা শিন্নরকপা থৌদাঙ্গুম, থৌরমগুম মহাক্না লৌই, অদুগা মাগী থবক্তুম লৌদে।

নঙগী নহৌশামক ওইবা কর্ম অহুমক্তদনিনঙনা থাজবা ওম্বগী পাঙ্গল লৈগদৌরিবা; নহৌশা নংস্থু নত্তবদা নহৌশাগী ওইবা নথৌনি হায়না তৌবা থবকমক ওইরবদি, পূর্ণীং মরা তাদবা অরাবশিং অমস্থুং নাওয়েক-নাওখিরচিংবগী চৈনাখোনশিং থেংনবদা লু-না থোকনি। শাজিন্নবা কর্মবু 'অ-সহজ' কর্ম, অদুগা মশাগী অশেঙবা হৌনশাবু কোঙদোকপ ওইবা কর্মবুনা 'সহজ' কর্ম কৌই। অদুনদি 'সহজ' কর্মদা য়াং-না পোত্থাগনি অদুগা 'অ-সহজ' কর্মদদি মতম চুপ্পদা শোংলুম অমা ওইগনি। 'অসহজ' কর্মনা অথোইবা নাপল কাবা, নত্রগা "ঐ থবক তৌবা মীনি" হায়বা রাথল পোকহনগনি; মতৌ অসুম্না মওনা পাঙ্গল কেমহল্লা তোকপা নত্রগা মরাই কাহনবা, থীবা ( পাম্লক্তবা ) নত্রগা পূংচাউবা চাউথোকপা তারকনি।

রাক্ষমসিমত্তং থন্দুনা য়েংউ — মী অমনা হকচাঙ ফরিঙৈদা মাগী হকচাঙফবত্তু কনানা হংলরোই। তৌইগুখসুং মহাক্না অনাবা নত্রগা অরাবনা অয়ো কংলবা মতমদদি মী খুদিঙমক্না করি মরমগীনো হংবিরগনি অদুগা খোয়রাংবা রাহং কয়া হংজিন্দুনা মঙোন্দা বোম থাদবিরগনি। করিগীনো মসিগী খোয়রাঙবসি? মীওইবসি মরুওইনা মুংঙাই অমসুং হকচাঙ ফৈ। মাগী লৈখোলদি হরাও-মুংঙাইবনি; মতু মহাক্কী সহজস্ব-ভাবনি। মরম অদুনা মহাক্না মুংঙাইবা অমসুং হকচাঙ-ফবা মতমদা কনা অমত্তনা ঙক্তে নত্রগা থরায় রাদে। তৌইগুম্বসুং অরা-অনাদি মানা শাগৎ চরিবা অদুদদি মরীঙ মরাঙই: মখোয়শিংসি মহাক্কী অওইবা হৌনশাবু নমশিনবিরিবা শেন্নাম্নবা থাজবা অমগী ফলনি। মরম অদুনা মীনা থরায় রাই অদুগা মহাক মওৌ করম্না অসুক রাথল লাম্না পুহনখিদনো হায়না খিবা হৌরকই।

মুমিংনা ঐখোয়দা তঙ্গীরি মচুদি কনাগুম্বা অমনা মশামক্তী অওইবা হৌনশাতুমক ওইবা মতমদা চোকথবা নঙ্গগা মখোইকাবা, চুক্কচবা নঙ্গগা নাপলম্মু লৈরোই। সূর্য্যগী থবক্তী মপান্দগী ইনসন্দুনা তৌহনবা অতুগা তৌদবা য়াদতুনা পাযথংপা করিগুম্বা অমত্তা নত্তে। মরম অতুননি থবক্তু, নিয়ম নাইনা অমস্তুং সিং-নান্না পাণ্ডথোকই হায়রিরবসি। মহাক্কা মীওইবা জাতিদা পুন্সী অসি মুংঙাইনা অমস্তুং য়ৈথাম্ন-থিনগায়বা লৈহনা হিংহুনা লৈননবগীচুথক্কা নত্তনা, মীওইবগী ওইবা নোংদমখোনহুবু মতিক চাহন্না, লৌচং-নাইবা অমদি থাক-রাংথংপা পুন্সী অমদা হিংহনা লৈননবগীদমক্তা মহাক্কা শেম্বীরিবা অমস্তুং শরুক তম্লিবা মতম অহু মপুংফানা অমদি মহৈ: য়ান্না শীজন্ননবা কন্না বারক-রাতেম্বম্মু তৌবিরি। হৌজিক নহাক্কা করিগী-দমক্তা গীতাবু ভগবাননা মুমিংতা শহানবা ওইনা তঙ্গীম্বিবনো হায়বহুগী মরম খঙবা ঙম্নগনি। মহাক্তী অংচৌবা কর্ম্ম-যোগীহুনি, অচৌবা নিষক্রাম কর্ম্ম-যোগীহুনি।

কৃষ্ণনা হৌজিক পুন্সী লম্লোংদা মীওইবগী মীহুং ওইরিবা অর্জ্জুনদা মাঙহনবা ঙমদ্রবা গীতা সাস্ত্র অসিবু তঙ্গীম্বি; অমস্তুং ইবুংঙো মহাক্কা মহাকপু (অর্জ্জুনবু) মীয়াম মরক্তগী অপাম্বা মীশক অমা ওইনা খনথি মরমদি মহাক থোইদোক-হেন্দোকপা অপাম্বা গুণশিংহুমক চেল্লি, মহু নত্রনে? মীংকূপ অমত্তং মহুদা রাখল তৌ। অর্জ্জুন-না অসিগুম্বা অক্কবা মগুণশিং চেনবা অমস্তুং মতিক লৈবা পাত্র অমা ওইরমদ্রবদি, কৃষ্ণনা মহাকপু গীতাগী অমৃত থকহনগদবা অমগুম শীজন্নগে হায়না লেপ্পল্লোই-দবনি। মতিক-চাদবশিংদা ভগবান-না খুদোলপোংশিং থক পীরোই। অর্জ্জুনদি পাউত্তাক অহু ফংনবগী চেনফম-থোক্লবা গুণশিং অহু লৈখি, অতুনা মহাকপু পূক্নীং তান খনখিবনি।

---

# তাঙ্কক ৭

“অপ্রমলিবা ধর্ম্মনা লৈথা তারকপা মতমদা, ঐনা ধর্ম্মবু অমুক হিংগংহল্লবগীদমক অমসুং মচুবু ঙাক-শেল্লবগীদমক ‘নিরাকার’ ওইনা লৈরম্বা কীকমদগী ‘নরাকার’ ওইনা অবতার তৌই.” কৃষ্ণনা হায়রম্মী। হৌজিক মসিগী রাকম অসিনা করিগুম্বা চিংনবা থর পোকহল্লম্বা য়াই। নহাক্না হংবা য়াই—লৈনরিবা মীচমশিংনা অতু ওইরবদি ধর্ম্মসি মরায়-চাইথরককম থোকপা অমদি মাঙথরককম থোকপা করিগুম্বা পোৎশক অমনি হায়না অরোইবদা লৌথিরোইদ্রা ? মখোয়না ধর্ম্মবু ‘নিত্য’সু নত্তে সত্যসু নত্তে হায়না নিন্দা তৌরোইদরনে ?

ফরে, নহাক্না ধর্ম্মগী হৌরকফম অমসুং মচুগী পান্দমগী লমদা খন্থর-বতদা, ধর্ম্মবু ঙাকশেনবগী থবক্কী কান্নবা অতু খঙগনি। ঈশ্বরনা জগৎ অসি ইবুংঙো মহাক মশামক্না থুমাঙ য়ান্দুনা শেমখি অচুগা মসিবু শেন্নন বগী অমসুং নিংথিনা চৎহনবা য়াননবগীদমক্তা ইবুংঙো মহাক্না অয়াম্বা চৎনব-পথাপ্লোনশিং শেমলম্মী। মী খুদিঙমক্কী অচুম্বা লমচৎকী নিয়মশিং লৈরম্মী। মখোয়শিং অসিনা ধর্ম্ম হায়বচু শেম্মী।

‘ধর্ম্ম’ হায়বা য়াহৈ অসি “পোষাক” ( ফিজেৎ ) ওইনা শীজন্নবা পোৎ ওইনা খঙনবা ‘ধৃ’ হায়বা ধাতু অচুদগী লাকপনি। ধর্ম্ম হায়বসি হকচাঙদা পক্লিবা পোষাক অচুবুনি। ঈশ্বরগী দেহ ( হকচাঙ ) ‘দেশ’ হায়বসিবু চৈরে-ফি ওইনা থোক্লিবা ধর্ম্ম অচুনা কন্দুনা থমই ; মচুনা হকচাঙ অচুদা ফজবা অমসুং মুংঙাইবা পী ; মচু ‘পীতাম্বর’ হায়বচুনি, ভারতকী দি অশেঙবা লাই-ফিগী মশক্নি। মচুনা সম্মান অমসুং মতিক-মগুণ-অনীমকপু

ডাক-শেল্লি, অঙীংবা কাওহন্দে অমস্থুং পুর্নীবু ঙাক-শেন্নবা কবচ ওই (হুংঙাইহল্লি)। ধর্ম্মনা লৈবাক অসিগী-মশাগী ইজ্জৎপু লীহনা থম্মই। ফিজোম্মা মখোয়বু শেংপা মীগী মতিক মগুণ ম্যাঙহন্দনা থম্মগম, মত্তৌ অসুম্মা ধর্ম্মনা জাতি অমগী মতিক মগুণ ওন্নবা থম্লি।

লৈবাক অসিদদা নত্তনা, মালেমসিগী লৈবিনা পোং হেক খুন্দিঙমকসি, মশা-মশামক্কী থোঙদোকপা ধর্ম্ম নত্রগা তোপ্তোপ্পা মথৌ অমস্থুং হৌনশা লৈ। খুন্দিঙমক্কা মশা মশাগী তোপ্তোপ্পা ফিজোলশিং লৈজে। ধর্ম্মনা কাঙলুপ অমস্থুং তোপ্তোপ্পা অমমম অহুবু শাসন তৌই। 'প্রপঞ্চ'বু শাগৎ-লক্লিবা শরাকশিং, পোচং মঙা (—মৈ, ঈশিং ; হুংশিং, লৈবাক অমস্থুং অতিয়া) অহু লৌহনা য়েংউ। মখোয়সিগী মরক্তা, ঈশিংদি মশাগী ধর্ম্ম ওইনা লেঙ-ওংপগী থবক তৌই অমস্থুং ঈংই, 'চাকথেকপা' অমস্থুং 'ঙানবা' হায়বশিং অসিনা মৈগী ধর্ম্মনি। মখোয় মঙামক মশা মশাগী তোঙান-তোঙনবা ধর্ম্ম (থৌ) লৈজে। মীওইবগীনা মীরমচং (থৌজাল হৈবা), শাশিংগীনা শারমচং, মখোয়সিনা মখোয়বু লৈখা তাথিগদবগী কন্নবা ঙাক-শেন্নি। মৈনা 'মৈ চাকপা' অমস্থুং 'মঙাল পীবা'গী শক্তি লৈত্রবদি মতৌ করম্না মৈনা মৈ ওইবা ঙমগনি? মহুন্না ধর্ম্মহু মহুমক্তি হায়না ফোঙগনি। মৈনা মহুগী ধর্ম্ম অহু লৈত্রবদা, মহু মৈতাল অশিবা মচেং অমা ওইরকই।

অম্মা ওইনা, মীওইবগীসু মহাক মহাক্কী থবায়-নিংশামক ওইবা মহৌশাগী মগুণশিং থব লৈজে। মখোয়বু শক্তিশিং নত্রগা তৌবা ঙম্বা মতিকশিং হায়নসু কৌই। অহুঙম্বা পাকলশিং অহু মখোয়দা লৈয়িঙৈ-থক্কদা মখোয়বু মীশিংনি হায়না মশক তাকপা ঙমগনি। মখোয়হু লৈত্রবদি, মখোয় "মী" হায়বহু ওইদ্রে। অসিগুম্বা গুণশিং অমস্থুং

মত্তিক-ময়াইশিংসিবু লীসন্দুনা থম্বা অমস্তুং য়োকথংনবা কারগুম্বা শাজং-পুচংকী মওঙশিং অমস্তুং রাখল পর্মীঙসিং য়াত্তুনা থম্মী। মখোয়শিং অসি ( আচারশিং অমস্তুং বিচারশিং ) য়োকথংলবদি ধর্ম্ম মরায়-চায়থরক্লোই। ধর্ম্ম হায়বা অসি মপানগী করিগুম্বা মকম অমদগী পুশিল্লকপা নত্তে, অদুগা মসিবু কোংথোক-লৌথোকখিবস্থ গুম্বা নত্তে। মচুদি নহাক নশামকী ওইবা তশেংবা নহৌশানি, নহাকী তোপ্তোপ্পা মতৌনি। মচু শা ওইগদবদগী মী ওইহল্লিবা পোত্তুনি। ধর্ম্মবু করম্না ঙাকনি? 'নশাগী লৈখোলচুমক' ('নশামক') ওইবনা। করিগুম্বা পোংশক অমনা মশাগী ধর্ম্মদগী হাই-দোরক্লবদি অদুগা থংলাক-থংচিং পূরক্লীংনা চিংব-চিংবগী মতুং ইন্না শাজং চংলমদি, তৌরবদি, অদুদগীদি মচু অ-ধর্ম্ম তৌরবনি।

মীওইবগী সহজধর্ম্ম অসি মতমগী খোঙলৈ মতুংইন্না নমসিনগ্নে; মচুদা শৌগংখিবা, মচুবু খৌগংখিবা অদুগ। মচুদগী মুংঙাইবা কংথিবা মখোয়শিং অচুদি মরায়-চায়থখি। মতৌ অস্থুম্না, মীয়াম্না ঙাওন-শক্লবা লোন্দাদা, মচু মাঙ তাকহনবা ঙমজ্রবা পোংশক অমা ওইজরবস্থ, 'মাঙ তাকহনগ্রে' হায়নখি। মসি মহেঃ মরোঙবু শয়োম-শাজিল্লকপানাপী-শীংনামকুম্বনি। অচুনা "ধর্ম্ম সিংবা" হায়বা অসি লৌবুক হাবেংব থকুদনি। হৌজিক য়োংকী যুগ নত্রগা কলি যুগ অসিদা ধর্ম্ম হায়বসি রাহৈচুতা ঙাইরবা পোংশক ওইরক্লে। ধর্ম্ম হায়বসি রাহৈগী ওইবা মিত্রংগী চলাক অচুমক নত্তে। মসি তশেংনা থঙগদবনি। ঙাওগদবদি অচুম্বনি; তৌগদবদি ধর্ম্মনি।

"সত্যম বদ, ধর্মম চর"—হায়বা অসি ভারতকী সংস্কৃতিগী মৈ-পূকৈশিংগী মশক ওইবা উপনিষদশিংনা খোংলকপা শেংলবা থবকী বেজল খোঞ্জেলনি। অসিগুম্বা লংলবা পাণ্ডিতাকশিং অসি ঙসিদি কাও খোক্রমে; থাজৈশেংনমক, মচু থক খা ওনখিচুনা ঈচাই-চাইদ্রে। "ধর্মম

"ধর্ম্ম বদ," ভাওউ" হায়বা অসিনা হৌজিক মতম্বগী মতৌ ওইরেক্লে! ভাওবথক্তনা থবক তৌবা শক্তবগী থাজনবী, থবক্তগী রাহৈদা কুমথরকপা মতৌ অসি, মসিনি "ধর্ম্ম" লৈখা তাবদা থাংজিল্লিবা অহানবা খোঙথাং হায়বমু। মসি অ-ধর্ম্মনি, থাজৈশেংনমক ।

অহুবু হৈনবী ওইক্লদবা অহুনা পাঙ্গল থোকপা ওয়োই! কুন্তীরগী মপাঙ্গল মহাক্না ঈশিংদা লৈবগী মথা পোল্লি; ধর্ম্মগী পাঙ্গলদি মহুবু চংপগী মথা পোল্লি। চংলুত্রবা অমম্মুং রাহৈগী লৈঙোই-সেক্তাদা লংশেকলবদা মহু মপাঙ্গল শোম্বরকই। সত্য হায়বসি ভাওবগী রাকম্নি, রা ভাওবদা মহুবু অভ্যাস তৌরবা মতমদা মপাঙ্গল কনথংলি; সত্যসি থবক্তা তারকপদা লুই (সত্যসি চংলকপদা লুই)। মতাং অসিদা "পাঙ্গল" হায়বসি রাপু অনী লৈ—শাগী (হকচাঙগী) পাঙ্গল অমম্মুং ধর্ম্মগী পাঙ্গল হায়রুনা। ভীমদি হকচাঙ পাঙ্গল কল্লি, অহুবু মাগী ময়াম্মুং অহল, ধর্ম্মরাজনা মাগী পক্কদা লৈবনা, ভীমগী হকচাঙ পাঙ্গল অহু ধর্ম্মগী ওইরকই। পাণ্ডবশিংনা ধর্ম্মগী পাঙ্গলদা নপ্পুবনা মায়থীহৌদেদো! মহু নংলমত্রবদি মখোয় অহানবমক্তদা মায়থীবা নংলমগনি। পাণ্ডবশিংসি, ধর্ম্মরাজ য়াওরমত্রবদি, মখোয়না ফনা য়াম্না হৈজ-শিংজরবম্ মখোয়গী লাম্বাশিংগী অরায়বা লাম্বা ওইরমগদবনি। মহুদা অমুক্তা থম্মৌ। কৌরব-শিং অসি মখোয়গী শাথীনা হেনগ্রবা উপায়-লাকপায় (পূকৈ-লৈঙ্গ) লৈজহুনম্মু, মতৌ করম্না তুমথিবনো? মখোয়দি ধর্ম্মগী পাঙ্গল লৈরমদে। মখোয়না হেক থাজবা থম্মুবা পূম্বদি স্বপ্নগী হকচাঙগী পাঙ্গলনি। ধর্ম্মরাজ অমম্মুং ভীম, ধর্ম্মগী পাঙ্গল লৈবা মখোয়শিং অসিনা, বনদা চংখিবা মুমিৎ অহুদা, অ-ধর্ম্মনা কৌরবগী লৈবাক্তা লীংসিনখি।

মতৌ অম্মুম্না হৌজিক উমংদা লোইথাগ্রবদৌনা থাগ্রবা ধর্ম্ম অহু মালেমসিদা মরাঙ-কাইবা, চাওখংপা অমম্মুং শান্তি থম্নবগীদমক্তা থুঙ্গংশিংদা

অমসুং সহরশিংদা অমুক হজিলহনবা তাই। অ-ধর্ম্মনা পাক্লকপদগী মীওইবশি ধর্ম্মগী যুগ অহুমা চঙবা তাখি। নহাক্লা মহৈ: ময়োম্ভবু হৌনবা হোংনবা মতমদা থোইদোক-হেন্দোক্লা থৌওইনা কম্না হোংনবা দরকার ওই; মাপী-শিংনা অমদি লম্নকী নাপীশিংবী হৌহনবদা, কম্না হোংনবা দরকার লৈতে। সহজ ধর্ম্মগী মমল য়াম্লবা মহৈ: ময়োম্ভ অহু চ্যেকশিনবা অমসুং পুক্নীং-চঙবা পুম্নমক্তা লোয়ননা থাবা তাই। ধর্ম্মবু থবক ওইনা চংনরকপা মতমদা, অ-ধর্ম্মদি মশানা অহুম লৈথা তাজরক্লনি। অহুবু চংনহন্দনবগীদমক থোইদোক্লা হোংনরুবা দরকার ওইদে। মরম অহুনা, 'ধর্ম্ম স্থাপননা' হায়রবসিনা হৌজিকী মতাং অসিদদি ধর্ম্মগী শাজেন চাওখং-হনববু খঙনৈ।

মীচমশিংনা "যুমিং তাস্রে" হায়নবা মতমদা মতুনা করি অর্থ খঙনবগে? "মহু ঐথোয়না মীংনা উবা ঙমদ্রে" হায়রবখক্তুন্দনি তাক্লিবা। মতৌ ওসুম্না মীশিংনা ধর্ম্ম লৈবা (চংপা) উদবখক্তগী-সু নহাক্না মহু মুংখ্রে হায়বা ঙম্মোয়। মতৌ করম্না মহুনা মুংখিবা ঙমগনি? মহুনা লৈখিদ্রবদি, মহু অচুম্বা নক্সগা ধর্ম্ম হায়বতু ওইবা ঙম্লোই। ধর্ম্মদি অচুম্বগা মরী-লৈনবনা, মাঙহনবা ঙমদে। লোক্তুনা লৈগ্রবা ধর্ম্মবু অমুক উহল্লকপা হায়বসি, মহু অশেঙবা ধর্ম্মস্থাপনানি। কৃষ্ণনা জোব্রিবদো মহুমক্লি।

অর্জ্জুনবু খুংলাই ওইনা শীজন্নহুনা (শিম্থোং ওইনহুনা), ইবুংঙো মহাক্না অহৌবমক্তদগী ধর্ম্ম ওইনা থারম্লবা অচুম-অরানগী চংন-লমদাংশিং অমসুং রাথলগী মওঙশিং অহু থঙনরকহল্লম্মী অমসুং অমুক হম্না চংনরক-হল্লম্মী। মসিবু 'ধর্ম্মদ্ধারণ' হায়না পনবনি। ইবুংঙো মহাক্না মাঙলুরবা করিগুম্বা পোংশক অমবু অমুক হজিনহল্লক্লি। মসিদি মীচমশিংনা পাঙ-থোকপা ঙম্বা থবক নত্তে। অহুনা, তাইবংগী হৌরককম, তাইবং-মপু মহাক

মশামক্তা থবক অহ্ পায়থংপা জাযনী। ইবুংঙো মহাক্তকনা [illegible] ওইবনি। অর্জ্জুনগী থুংথাদা ইবুংঙো মহাক্তা মালেমসিদা [illegible] পুন-মকপু আকপী-তমীরম্মী।

অর্জ্জুন-না অতোপ্পা মীওইশিংগুম্বা মীশক-অমা [illegible] মহাক্তা অচৌবা পাউতাক অসি কংবা মমসুং অতোপ্পা মীশিংদা-অমুক শন্দোকপা গুম্বা মীওই অহ্ ওইবা ওমলয়োইদবনি। অহুনা অর্জ্জুনসি অশংবয়ক রূপ চাউবা মীশক অমনি হায়না নথোয়না রাখল পুগদবনি। মহাক্তা মশানগী য়েক্লবশিং মায়থীবা পীথিবতা নত্তনা সুংগী য়েক্লবশিং [illegible] মায়থীবা পীথিবা অথৌবা অমনি। থম্মোয়- অশোনবশিংদি [illegible] লৌশিনবা ঙম্মোই অতুগা মহুবু থবক ওইনা পাঙথোকপা ঙম্মোই। কৃষ্ণনা অর্জ্জুনবু 'মুং অমসুং 'পান'গী য়েক্লবশিংবু থেংনবা খাড়ীগী মশক ওইনা থনগং-পিখিবা অমসুং ইবুংঙো মাগী থৌজাল থীকথখিবা অসি-মসিগী মপূক্কাবা জ্ঞান অমসুং অরাংবা পান্দম অসিগা লোয়নননি।

অমুকথক্তং, কৃষ্ণনা অর্জ্জুনগা তোপ্লো--থাদাননা মরী শানখীতেঙো, ইবুংঙো মহাক্না রাকম অসি হায়খি : ( কৃষ্ণনা উংখিবা য়াম্না মশাক্তল কলবা থৌজাল অসি মুম্না থওজল্লু ) ..... "অর্জ্জুন। নহাক অসি ঐগী খুৎইদগী নকুবা ভক্তনি ; অহুদসু নত্তনা, নহাক ঐগী খুৎইদগী চান্নবা মরূপনি। ঐগী-দি নওমুক চান্নবা মরূপ লৈতে। করিগীদমক্তা ঐনা নঙোন্দা মসিগী অথোইবা, অথূপ্পা পাউতাক অসি তম্বীখিবনো হায়বদুগী মরম অহ্ মরুমি।"

মসিদা মুম্না রাখল তৌ। মালেমদা লৈরিবা অরাম্বনা মশানা মশাবু ভক্তনি হায়বা ঙাক্তনি। ঈশ্বরনা-মথোয়বু ভক্ত ওইনা লৌদে। মিংথোল অহ্ ইবুংঙো মশামক্তগী ফংজবা হায়বা অসি য়াম্না কবা লাইবক অমনি অহুগা মহু খুৎইদগী রাংবা শকতাক-প্রমাণতুনি। অতুনা ভগবানগী থম্মোয়বু মহী চেলহনগদবনি অমসুং ইবুংঙো মঙোন্দগী ভক্তি মশক থঙবগী রাখোক্তহ

কংজগদবনি। কনাগুম্বা অমনা মিংথোল অহু মতোমন্তা শীজন্নবদি, নহুনা কৰিগু কান্নদবা পেলহনবা মতৌ অমা পী, তশেংবা চুংত্তাইবা নত্তবা —অন্নতৃপ্তি, আত্মাতৃপ্তি নত্তবা। ইবুংঙো মহাক মশামক্তগী মিংথোল অসি কংজখিবা মীশক্তি অর্জ্জুনখক্তনি। অহুনা নহাক্না অর্জ্জুন অসি কন্নাদা থশোয় শেংগ্রবনো, কয়াদা মতিক-চাগ্রবনো হায়বহু খত্তবা ত্তমগনি। নহাক্ন নশামক্তী মন্নমদা ৱাকম চামা-চামা হায়ন্নকপা য়াই; নহাক্না অহু-অদা ৱাকং থাঙ্গংলকপা য়াই; তৌইগুম্বসুং নহাক্না ঈশ্বন্নদগী শকথত্ত-চে অহু উংপা তাই। মহু য়াওদনা নহাক্না ভাঙজ-শাজবা পূন্নমক করিগু লৈত্তবা অহাত্তবা নাপলনি; ভক্তি হায়বসিদি মশা'না তাকচন্নবা হায়বা-ইমখনা কংগদবনি। অহুবু মহুতনা মতিকচাবা ওইত্রি। অহুননি কৃষ্ণ-না 'মিত্র' (মরূপ) হায়বা ৱাহৈহুস্থ শীজন্নৱিবা। 'মরূপ' হায়বা মতৌ-সিদদি অখিবা হায়বহু লৈতে; মহুনা মহাকপু হেন্না মপুংফাবা পাউতাক কংলিবা মী অমা ওইহল্লি।

হৌজিক ঐথোয় হায়গী পরীত্ত অহুদা অমুক মথা চথন্নসি অহুগা গীতাদা হজিল্লসি। কৃষ্ণগী ৱাহৈশিং অহু অর্জ্জুন-না পূক্নীং-চঙনা তাবা মত্তমদা, মত্তোন্দা চিংনবনা পীক-থল্লবা ন্নাথল অমা থোরক্নমই। মহাক মপূক্নীং লাঙতক্রন্নকথি, মহাক্তা নত্তে, মী পূন্নমক হৌজিক কালদা চিংন-বনা পূক্নীং ৱানৈ। অহুগীসু মথক্তা লাইগী মচংকা মরী লৈনবা চনৈনবা ধর্ম্মগী লমদা অমসুং জ্ঞানগী লমদা, ওইথোকপা য়াবা ৱাহন্দোক অনী লৈ—মপানগী হায়বা অমা অহুগা মুং-গী হায়বা অমা। সাধারণ মীশিংনা মপাম্বোংগীছু লৌই অহুগা মপু মহাক্তী লৌশিং থন্ন লৈজন্নবা মথোয়শিং অহুনা মুং-গী ওইবা অহুবু খত্তনবা থি।

হায়নবী ওইনা, 'মীক্তা চত্তবা উযুল, থোত্তউপ মঙ্গুত্তদা চত্তবা মুত্ত, খুঁয়াদা মুবা ভিজ্মত্ত, ইমূত্তদা মহী লাত্তবা' মথোয়শিংসিগী মতৌগুম 'মীওইবগী

থোঙনা মসিগী চিংনবা' অসিনি। মীওইবগী মীহুং ওইরিবা অর্জ্জুনবু চিংনবশিং অসিনা হুমধ্রবদা, চিংনবশিং অহু ঐখোয় মীওইবা জাতিমক্কীনি হায়বা খঙনৈ। মখোয় অহুবু মীওইবা জাতিগী রাংমদা অমস্থং মথক্তা লৈবা মাধবথক্কনা কোকহন্নবা পাদ্মে পুথোকপীগনি। মহুননি কৃষ্ণনা মঙোন্দা তোংহুনা করিগুম্বা চিংনবা অমা অমা কোকহন্নবগীদমক অহুগা থম্মোয়ন্থংদা হু'ঙাইবা পাম্বী থাবিনবগীদমক শেম-শাহুনা লৈরিবসি।

হৌজিক চিংনবা অহু চপ হেক চানা করিনা ওইরিবা? কৃষ্ণদি, দ্বাপর যুগ লোয়রকপদা পোকখিবনি; সূর্য্য অমস্থং মহুদি মহুগী মমাঙগী পুরুবশিংনি। মহু ওইরবদি মখোয় অনীসিনা করম্না কৃষ্ণবু থেংনরমগদৌরিবা? মহু মীওইপোক্কী হকচাঙগী-ওইবা-মরী ওইবা ঙম্মোই; মরমদি মখোয় অনীহুদগী কৃষ্ণবু মীরোল কয়ানা থল্লি। কৃষ্ণদি অর্জ্জুনগী মীরোলনি। যোগ অসি সূর্য্যদা মতৌ করম্না তম্বীখ্রিবা? থাজবা য়াদবা রাম্নীশিংবু তুমিন্না কমহুনা তাবসিমক বুদ্ধি রাংপগী খুদমনি। মীংকুপ খুদিঙমক্কী ওইনা, অর্জ্জুনগী পোথাকম খঙদবা মতৌ অহু অস্থুম অস্থুম চাংহেনগৎলকলম্মী। মফম খুদিঙমক্তা অমস্থং পোৎ খুদিঙমক্তা লৈবিরিবা কৃষ্ণনা মসিবু পূক্নীংদা খঙজিল্লম্মী। ইবুংঙো মহাক্না হায়রম্মী, "ঐনা নঙোন্দা উরিবা পোথাকম-খঙদবা মতৌ অহুগী মরম অহু করিনো? ঐঙোন্দা হায়য়ু," অহুগা মোমোন নোকপা মীনোক্না লোয়ননা মহাকপু কক-কক থৌরম্মী ' চক-চক থিনলম্মী।

অর্জ্জুন তাঙা অমা ফংলে হায়হুনা মথরায় হরাওরম্মী। "মাধব! নহাক্না হায়রিবা রাশিং অহু ঐহাক খঙবা ঙমদ্রে। রাশিং অহুনা ঐবু অস্থুকী মতিক চময়হল্লে মহুদি ঐনা ইবুংঙো নঙোন্দা থমজরম্বা থাজবা অহু থম্মদি মাঙপ্রে। অহুবু ঐনা নিজরি, মসি হঙচবগীদমক্তা ঐবু তাকপীয়ু, চানবীহুনা ঐগী চিংনবা অসি কোকহন্নবা পাদ্মে পুথোকপীয়ু। ঐ

মূর্খ, তুমিংপুস্থ লাইনি হায়না লৌবা তারে। অর্জুন খাক্তা চপ থাবা পুরুষ অনীনা মতৌ করম্না অমত্তা অমদা শাকপী-তরীবা ফাংলরোবিরা? ইবুংঙো নহাক্না তাকপীরগা মহাক্না তম্বদি, মহাক্কী ইবুংঙো মহাক্কী লেকক তারে, নত্রবে? অদু ওইরবদি, ইবুংঙো মহাকসি পুর্ণব্রহ্ম হেন্না হায়না লৌকন থোকই। অদুম ওইরে হাক্না লৌরদি। ইবুংঙো নহাক অসি শিদব-মপুনি, ঈশ্বর মহাক মশামক্কি হায়না লৌরে। মতুনা ঐগীদমক্তদি অহোয়নতুম খঙবদা বাধা ওইহল্লে। মরমদি ঈশ্বরবু পোকপা অমদি শিবা অদুগা তৌপদবা থবক্তা করিগী পুলমদোরিবনো? নহাক্না ফুট ৫ গী মীওই শক্তম লৌরবা মতমদা, ভমথৈ নাইরবদু ভমথৈ নাইহনবা নত্রব্রা? মপাল-চাংজো-নাইত্রবা তোংবানবগী শক্লোন থাদনী করিগী ঈশ্বরনা ভমথৈ অমা নাইরবা অককবা মশক ওইনা অবতার তৌবম থোকই? ঐনা কনা য়াম্না মওম-মওন থক্তবদু চিনবা অসি কোকহনবা ওমত্রে। ইবুংঙো নহাকী ঋশিং অসিদি ইবুংঙোথক্তদা অর্থ থোকই; ঐঙোন্দদি মখোয়সি অর্থ থোকহন্দে। ঐ কোকসি তাওরে; লমজিং থর পীনবিয়ু, ভাব তাহনবা ওত্থা পাণ্ডপুত্র থর পীনবিয়ু," অর্জুন্না হায়জরই।

চপ-চানা-চূনবা মীংকূপ অদু লাক্লে খঙলত্তুনা কৃষ্ণনা থম্মোয়নুংদা মোমোন নোক্লম্মী। ইবুংঙো মহাক্না হায়রম্মী, "অর্জুন। মখোয়না মমিং থোরক্লে অদুগা মমিং তাগ্রে হায়বা মতমদা মীচমশিংনা করি হেকমক্তি খঙনবগে? মত্তুদি মখোয়গী উব-ওম্বগী পাঙ্গলগা মরী লৈনবা অত্তুকাওবদনি, মদু থক্তনি, মদু নত্রবনে? মমিংনা কাথংলক্লে, মমিংনা তাথখিদে। ঐসু মত্তুঙম্বনি; ঐদি পোক্লে, অদুগা শিম্বু শিংদে। থোইদোকপা বুদ্ধি চেন্দবা মীওইশিংনদি ঐহাকসি কমারক হম্না হম্না পোকই অদুগা ঐনা মপৌক খুদিঙদা থবক কয়া কয়া তৌই হায়না লৌই। তাইবং অসি কীতম ফংহল্লবগী দরকার লৈরক-লৈরকপা মতমদা মমিং অমম্বুং মওঙ অমা

লৌহ্না ঐনা শাকোঙলকই, মহ্না লোইরে, মরম অহ্না ঐহাক্না ঐহাকী শক্রোন পূম্নমক, ঐনা শাকোঙথিবা পূম্নমক্তু থঙই। ঐদি চীংঙ্ পাঙলবনি, ঐদি সর্বজ্ঞাননি। ঐনা নত্তনা, নহাক ফাওবনা লোয়নমকপু থঙকম থোকই। তৌইগুম্বস্নুং নহাকী জ্ঞানশক্তিবুদি অ-জ্ঞাননা কুপশিনগ্রে। ঐহাকসি জ্ঞান অহুমক্তি অমসুং অহুনা মরম ওইহ্না ঐনা পূম্নমকপু থঙই। হুমিংপু শকয়েং-মিংসেল অমদা য়েংবা মতমদা মহাকী ফীভম নত্রগা মতিক-মগুণ মাঙবা তৌদে। মহাক্কী মওঙ মাঙদে — মহাকী মতিক-মগুণ হন্থবা নাইদে। অহুম হায়না ঐস্ প্রকৃতিদা থজোকুনা মম্বি তাই; অহুগা মহুনা ঐগী ইতিক-ইগুণ নত্রগা ফীভম করিগুম্বা অমত্তা হন্থদে। ঐদি মহৌশাগুম লেঙদনা চীংঙ্-পাঙ্গলবা ওইনা অহুগা সর্বজ্ঞান ওইনা অহুম লৈ। ঐদি পোক্কে, শিদে। মীওইবশিংদি হৌথিবা মপোকশিংগী অক-কত্ত ফল অমা ওইনা মপোক তমই। মসি অবতারশিংগীদমক্তস্নু চুমলম-গনি হায়না মহাক্না থল্লম্বা য়াই। চুমদে, নথোয়গীদি কর্মজন্মনি; ঐগীনা লিলাজন্মনি। ধর্ম্ম লৈবা মীশিংগী হায়জররকপশিংনা ঐগী জন্মগী মরম্নি। মবুক-কত্তবা মীশিংগী পাপ-চেনবা থবকশিংনস্নু মরম অহ্ ওই।

---

"কাংগুম ঈ চুপ্পগা লাইনা য়েনগন্থ হয়িংথোইগুম লৈহি চুম্লগা অমৃতা য়েল্লু"।

বাবা

# তাঙ্কক ৮

অবতার পুরুষশিং অসিগীদি, সাধারণ মীওইশিংগী মতৌগুম্না মখোয়না হন্দকী মপোক অসিদা মমল পীফম থোকপা মাঙলমচংকী মপোকশিংদা তুঙশিল্লম্বা পূণ্য নত্রগা পাপ অমা লৈতে। মখোয়গীদি লিলা অমনি, অতম্বনা পোকপা মপোক অমনি। অফবা মীশিংগী অফবা মগুণ ( ধর্ম্ম ) অমসুং ফত্তবা মীশিংগী মবূক-ফত্তবা মতৌনা ঈশ্বর মহাকী অবতার তৌরকপগী মরমশিং ওইহল্লি। খুদম ওইনা, নরসিংহগী অবতার অহু য়েংসি। প্রহ্লাদগী ধর্ম্ম ( অফবা মগুণ ) অমসুং হিরণ্যকশিপুগী মবুক-ফত্তবা মতৌ অনী অসি পুনশিল্লগা অবতার অহু ওইহনখি। ঈশ্বরনা অবতার তৌরকপগী ফল অমা ওইনা অফবা মীশিংনা মুংঙাইগনি অদুগা ফত্তবা মীশিংনা অরাবা নংগনি। অদুম ওইনমক, অবতারদি, মহুনা লৌরিবা হকচাঙ-মুঙহুদা য়োমশিন্দুনা থমথকাওবদা, মুংঙাইবা নত্রগা অরা-অনা অমত্তা লৈতে। অবতারদি পঞ্চভূংনা শাদে ; মহুদি চিন্ময়নি; মৃন্ময় নত্তে ; য়াইবী থবায়গী ওইবনি. হকচাঙগী ওইবা নত্তে ; মহুবু কৈদৌ-ঙৈদসু মশাগীতা ওইজনবা থনবা রাথলনা নত্রগা 'ঐগী' অমসুং 'নঙগী' হায়বা রাথলনা মহৌশাগী ফীভমদগী হোংহনবা ঙম্মোই ; থঙদবদগী পোকপা শুদ্ধাংপা (শেরাম্নমা থাজবা ) হায়বহুনসু মহুবু শোকপা ঙম্মোই। মীশিংনা অবতার অমবু চপ-চানা হেকমক মীওইবগুম ওইনা লাম্না লৌজরবসু, মহুনা হকচাঙনা ফিজেৎনরিবা অদুগী মওঙ অহুদা শোকহন্দে ; মহুনা তৌকম থোকপা থবক অমগীদমক্তা লাকপনি অমসুং মহুবু পাঙ-থোকপা তাবনি।

"ভৌগদবা থবক্তু করিনো হায়বহু ঐ নঙোন্দ্র হায়গে । মহুদি সাধুশিংবু খুদোংথীবশিংদগী কুনবিম্বি, মবুক্ত-কন্তরশিংবু চৈরাক পীখি অহুগা ধর্ম্মবু শোগংলি । সাধু হায়রগা, বাহৈহুনা ময়ামগী ওইনা থঙহল্লিবা লখোইবশিং অমসুং সন্ন্যাসীশিংবু ওইনা ঐনা অর্থ পুদে । মহুনা সাধু-গুণরু, অক্তুরগী গুণরু, পূকচেল-ত্তিংববু, অকবা লীচংপু তাকপনি । অহুগা মথোয়শিং অরিদি শত্রুশিং অমসুং তীন-কাঞশিং কাওবনা মথোয়গী মগুণ ওইনা, চৈরা, ওমই । তশেংনা হায়রবদা, সৎগুণবু চিংথংপা হায়বসি সাধুশিংবু য়োকথংপগী খ্রাইদগী হেন্না কবা উপায়নি । অবতার হায়বসিদি অশেংবা, গুণ অসিগী মূর্ত্তিনি ( শাবাল্লবা ফীভমহুনি ) অহুগা মরম অহুনা, মহুনা, গুণহুবু ফংবা ফংবা মকমদা, মহুবু য়োকথংলি ; তৌইগুমসুং, সন্ন্যাসীশিংনা মহুবু ফংনবা কন্না হোৎনবনা মথোয়বু সাধুশিং কৌনৈ অহুগা, ভগৱানগী চানবী-মীংয়েংনা থোই-হেন্না বর পীবিরবনি হায়না লৌনৈ ।

"তৌইগুমসুং মথোয়থক্তনা সাধুশিং নত্তে । সদাচারবু ইন্দুনা চংলিবা পূম্নমক সংশীল লৈরিবশিং ( চেলিবশিং ), সত্যদা চেংনা লৈজরিবশিং, সর্ব্বেশ্বরগী ( পূম্নমকী মপুগী ) 'সন্নিধি'বু (নাক্তা লেঙদনা লৈবিববু ) হুংশিনা আশা তৌজরিবশিং, সৎধর্ম্মবু ওাক্না চংলিবশিং, সর্ব জনবু ( পূম্নমকপু ) সমান (মান্নবা ) ওইনা লৌরিবশিং........ ; মথোয় পূম্নমক সাধুশিংনি । অসিগুম্না, থোইদোকপ্পা মগুণশিংঃ অসিদি শাশিং অমসুং তীন-কাঙশিং কাওবগী, মসুওন্নু ফংই । য়মায়ণদা, মসিগী গুণ অসিগী কল অমা ওইনা লটাহুবু কনবিখি । করিগীনমক্তা শমু অহুদা সেবা তৌবা কংজবগী তাঙ্গা অমা, পীবিখ্রিবনো অহুগা ইবুংঙো মহাকী থৌজল পীনবিখ্রিবনো হায়বগুম্না মহুনা মরমনি । মরম অহুমক্তা ভগৱানবু থৈরোইদা আশীর্বাদ পীহনখি । সাধু অমা হায়বা অসি মালাগী লীক মরী পায়বনা, নাপু

হাইবেহ মানবদগী লৈশিনবা কোমলা মচুগী কোম'কোম লাউবা ফুরিৎ-অচোনবা লীৎপনা অমসুং খুত্তা চৈত্ত অমা পায়বনা ওইদে'। কনাগুম্বা শেৎলিবা ফিজেৎলিংনা অমসুং লৈয়েংনা খৎলিবা লোল অহুনা কনাবু সাধু অমনি অহুগা সাধু অমা নত্তে হায়বা রা তুপ্তে; মহুবু লেপ্লিবদি গুণ অহুননি। শাশিং পুন্নমক অক্কবা ওইনমলবগী পাজল লৈ; মরম অহুনা পুন্নমক্তা লৈরিবা অকবগী গুণবু য়োকখৎপনা মালেমগী য়াইফববু শোয়-হন্দনা পুরক্লবগী থাইদগী ক্ষবা উপায়নি।

"মথংদা, মবুক-ফত্তবশিংগী দথি। শাশিংগী মথল নত্রগা কাগুলুপ খুদিঙমক্কীদমক্তা থম্মিবা হেন্দোকফদবা গুমখৈশিংবু য়াংমা লাম্না চৎলিবশিং, অ-কর্ম্ম, অর্ণ্যায় অমসুং অনাচারদা মুংঙাইহনা পুক্লীং লুপ্লীবশিং অমসুং অহংকারগী থৌবী কোঙ্গোই-লাংহুদা থুংহুনা অমদা অমুক চৎ অমদা অমুক চৎ তৌবশিংবু দথি তৌবা তাই; মশাদা রজঃ গুণ অমসুং তমঃ গুণবু মপাঙ্গল হেনহনথ্রবা, অহুগা সত্বগুণবুনা মাঙহনথ্রবা মখোয়শিং অমসুং অসুম্না দায়া, ধর্ম্ম অমসুং দানগী খুদম পুম্বা মাঙহনথ্রবশিং অহুদি দথি তৌগদবনি।

অহুমগুবা ওইনা, কৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা ধর্ম্মবু য়োকখৎপা হায়বা অসিবু মহাক্কী থবক্কি হায়না খঙহল্লম্মী। সাধু হায়বা য়াহৈ অহু মতাং অসিদা মক্ক ওইবা অতোপ্পা অর্থ অমা চেল্লি। সাধু অমা হায়বসিদি মহাক্কী মথৌ-দগী, মিহৌহনবা কয়া কয়া ওইহুনসু অহুগা খুদোংথীবা কয়া কয়া ওইহুনসু, লৈথোক্কবা মহাক অহুনি। পূক-ফত্তবা মীশিংদি অাসিগুম্বা অফবা মীশিং অসিগী মফমদা অয়াবা থোকহনবদা অমসুং সাত্রশিংনা পীবা অথিংবা য়াথংশিংগী ওন্ন-তৈনবা থবকশিং তৌবদা পুক্লীং লুপচহুনা মুংঙাইবা পোকই। অহু ওইরমদি ধর্ম্ম মপাল থাবা'হায়বসি করিনো ? মহুদি সাত্রদা

নিয়ম ওইনা শেম্নরিবা ধর্ম্ম অহুনী মতুংইন্না চেকশিন্না থবক পাঙথোক-পবুনি ; ধর্ম্মদা হিংবা পুন্সী অমসী মসোং-মঙাল অমসুং চীংলেম্বা অহুবু মীওইবশিংগী মরক্তা শন্দোকপবুনি ; বেদ অমসুং সাস্ত্রগী মায়কৈদা, ঈশ্বর অমসুং অবতার অহুগা পরমপুরুষশিংগী মায়কৈদা অহুগা পুন্সীগী রাংমদা লৈবা মুক্তি অমসুং ঈশ্বরগী মথোক্কাল ফংবরোমদা লমজিংলিবা সাধনাগী মায়কৈরোমদা ভক্তি ওইহনবহুবুনি । মহুবু ধর্ম্ম-সংস্থাপন, ধর্ম্ম-রক্ষণ নত্রগা ধর্ম্মোদ্ধারণ কৌই । "ঐনা হেক ভৌরিবমথৈ, মহু অরাংবা পান্দম অসিগীদমকী ঙাক্তনি ; ঐ ইশামকী চাওথংনবগীদমক্তা করিগু নত্তে । মসিগী অথুপ্পা অসি থঙইবা মথোয়শিং অত্তুনা পোকপা অমসুং শিবদগী নাম্বোকপা ঙমগনি," কৃষ্ণনা হায়রম্মী ।

ঈশ্বর লেঙথ্রে, তামথ্রে, নঙঙোন্দগী তোপথ্রে হায়না পুক্নীংদা ফাওবা হায়বা অসি — মহু পরোক্ষ জ্ঞান কৌই । জগৎ অসিগী মহুম-মুঙদা তুংহুনা লৈরিবা ঈশ্বর অহু আত্মা ওইনা নঙোন্দসু লৈ হায়না পুক্নীং-দা ফাওবহু - মহু অপরোক্ষ জ্ঞান-নি । থবক-ইনথাঙ পুম্নমক কথোকপগী পুকচেলদা চংহনলবদি, মীওইবগী 'চিত্ত'সি শেংহনবা ঙমগনি । লুরবা পুক্নীং-রাখলগী য়াকায়রোল লৈরবা মথোয় অহুথক্তনা ভগবানগী জন্ম অমসুং কর্ম্মগী লাইগী-ওইবা মহৌশা অহু মশক থঙবা ঙমগনি, কৃষ্ণনা হায়রম্মী । মী পুম্নমক্তা মতৌ অমুম মথোয়বু লাইগী ওইবগুম্বনি হায়না লৌবা ঙমদে । অহুবু, কনা অমত্তনা মীওইবগী হকচাঙ লৌহুনা লাকইবা ভগবানগা শম্নবা পারমদহুনা লৈথোকওইদবনি । নহাক্তা ঙম্মীমথৈ হোৎনৌ অহুগা অফংবা তাঙ্গা খুদিঙমক নিংথিনা শীজন্নৌ । নঙগী ওইনা শীজনহৌদহুনা নাম্বোক-খিবা অমত্তা লৈহল্লোইদবনি ।

মসিবু, ঈশ্বরবু ফংগে তাল্লিবা মতিক-চাবা মীওই, অধিকারি অহুগী খুদম-চাংদমশিং শীরিবা তাক্তক ( অধ্যায় ) অসিগী ১০ শুবা শ্লোক অহুদা,

অর্থ কনশিলনা তাকই। অর্জ্জুন! ঐগী জন্ম অমসুং কর্ম্মগী 'দিব্যৎ'বু পূম্নমক্না খঙবা ঙম্বা নত্তে। অপাম-মিহৌ, তুকচবা, অকিবা অমসুং অশাউবদগী নীঙথাতপ্নবা মখোয়শিংদুনতা; ভগবানগী মিংথৈ অমসুং মওঙ অদুদা লুপপ্নবা মখোয়শিং অদুনতা; ঐহাকপু নত্তনা অতোপ্পা শৌগৎ-য়োকথৎপীবা অমত্তা খঙদবশিং অদু, আত্মাগী জ্ঞান-না শেংদোক্লবশিং অদু; মখোয়শিং অসিনতা মদুবু খঙবা ঙমই। সত্য, ধর্ম্ম অমসুং প্রেমবু মগুণ ওইনা লৈজরগা লম্ফে চত্তনা ঐবু ফংনবা হোৎনন্নিবা মখোয়শিং অদুনা ঐগী নাক্তা য়ৌগনি। মসি পূমচুম চুম্মি, মদু ঐঙোন্দগী খঙলো। কন্নিগুম্বা নঙোন্দা লৈবা য়াবা চিংনবা অমা অমা থাদোক্লো।

"মীশিংনা পঙবদগী পোৎকী ওইবা মপান্থোংগী সংসার অসিদা লৈদুনা মুং-গী ওইবা পূক্নীং য়াথলশিং পূম্নমক শেংহল্লে। মখোয়না কন্নিগু কান্নদবা সব্দ, রস, রূপনচিংবদা পূক্নীং মুংঙাইজে। মখোয়না পোৎশকী ওইবা মুংঙাইবা ফংনবা হোৎনবদা, মুংঙাইবা পীন্নিবা পোৎশকশিং অদুবু ফংনবা মখোয়বু থৌজিল্লি; ফংনবা হোৎনবা অদুদা অরেম্বা তারগা, মখোয় পোথাক্নম খঙলক্তে; তুকচবা অমসুং অকিবা পোক্লকই। অকিবনা মীওই-বগী পূক্নীংগী পুক্কৈ-লনগৈ লুট তৌই। মদুনা ঈরায়-লায়না ঈংথহনবা ঙমত্রবা অশাউবা হায়বদু পোকহল্লি। মতৌ অসুম্না, অপাম্বা, অশাউবা অমসুং অকিবা মখোয়শিং অসি অমগী মথংদা অতোপ্পা অমা অসুম হোৎ-হল্লকই, অদুনা মখোয় অদুম অসি লৈহন্দবা তাই। অর্জ্জুন! অচুম্বা য়াফমশিং অসি নপূক্নীংদা উরু-রু লৈদুনা থল্লু অদুগা মদুগী মতুংদা থবক তৌ। বাথল-পরীঙ চুম্বা ওইয়ো। ঐগী য়াহৈশিং অসি থাজো।

পূম্নমকসি অর্জ্জুন-না তাজরম্মী অদুগা হঙৎচরম্মী, "নন্দকুমার! ধর্ম্মগী ওইবা অমসুং অরাংবা থাক অসি মী পূম্নমকী ওইনা নহাক্না ফংহনবা ঙমত্রিবা কন্নিগীনো? ইবুংঙো নহাক্না নশামকসি 'প্রেমস্বরূপ' অমসুং

'ব্রহ্মময়'নি হায়না লাউথোক্লে। অদু ওইরবদি, থরবুনা ফংঙনবা অদুগা থরবুনা ফংহন্দবা মীচং মীশায় নায়বা পুম্নমকসিদি করিগী? ঐনা মরুদি অচান-অমায় নাইবগী শাক্তংনি হায়না মীয়াম খঙনবা শোয়দনা লাউ থোকনি, মরমদি ইবুংঙো নহাক্কা মসিগী থাক অসি জ্ঞানীশিংদা লকনা হুল্লি অদুগা অজ্ঞানীশিংদদি পীদে। অচুম-অরান খঙজদবা পঙজবা মী, ফক্লাংগী অচৌবা ঘড়ীগী পেনড্যুলমখক্তম পোং অমদগী অতোপ্পা অমদা হল্লং-হল্লা কোয়হাই-হাইবা মীশক ওইবা অদুগুম্বা অজ্ঞানী অদুদি ইবুংঙো নহাক্কী থৌজাল কংবদা হেক্না মতিক চাই হায়না হায়বফাওবা ঐনা হায়জনীংই। জ্ঞানীদি খুদিংমক খঙই, মহাক্কী জগৎ অসি 'বিষ্ণুময়'নি হায়বা খঙই; অদু ওইরবদি করিগীদমক্তা মঙোন্দা মত্তব্ হেন্না ময়েক-শেংনা তাকফম থোকপগে? অসিগুম্বা মীশিংসিদি ঈশ্বরগী থৌজালগী দরকার অমুক লৈতে।

কৃষ্ণনা পাউখুম পীবিরম্মী, "হোয়। মীওইবশিংসি মঙোশানা অসিগুম্বা চিংনবশিংসিনা ঙাওহল্লি। নহাক্কা মীওইবা জাতিবু মহুৎ শিল্লিবনি অমসুং মরমছুনা নহাক্কী চিংনবা হায়বা অসি মীওইবা জাতিগী চিংনবনি। নহাক্কী চিংনবা শোংদোকপনা, ঐনা মীওইবা জাতিদা ঐগী লাইপাউ খঙহনবস্তু ঙমগনি। পূক্নীং চঙনা তারো। ঐবু কংজগে হোৎনরিবা মখোয়শিং অহু মথল মরি থোক্কা লৈ। অমদি হকচাঙবু মাঙহনবা ফত্তবশিংনা মতম পুম্বদা চাহৎলি, মহাক অদুনা 'আর্ত' হায়বদুনি। অতোপ্পা অমদুনা চাওখৎপা, শক্তি, মশাগী কান্নবা, সম্পত্তি, মচা-মক্ত-ণচিংবা ফংনবগীদমক্তা কন্না লাম্হেংনবদা পূক্নীং থাহল্লি। মহাক্কা 'অর্থ-আর্ত্তি' হায়বদুনি। অহুমগুবা অদুনা আত্মাবু খঙনবগীদমক্তা থোয়-রাংত্তি, ধর্ম্মগী লাইরিকশিং অমসুং মহুদগী থোইদোকপা রাম্নেং-মুংলেংশিং পাই, ধর্ম্মগী সাধকশিংগা লোয়ননা মতম পুম্বদা চংমিন্নে, মুনি-ঋষিশিংনা

'সদাচার' ওইনা শেপ্নীবা নীয়ম পর়োঙশিং অহুগী মতুংইন্না থবক ভৌই, অহুগা ভগবানগী 'সান্নিধ্য' য়ৌনীংবগী লাঙতক্লবা অহুনা মতম লৈ খিবিক্তা মহাকপু থৌগৎলি। মহাক অহুনা 'জিজ্ঞাসু' হায়রবহুনি। মশিংতবা অহুনা জ্ঞানী হায়রবহুনি। মহাক্তী ব্রহ্মতত্বদা লুপ্তুনা লৈ।

অহানবগী 'আর্ত' হায়বা অহুনা, মহাক্না থুদোংথীবদা তাবা অমস্তং অরাবা নত্রগা অনাবা নংলবথক্তদা ঐবু ঈড়াংলি। মহাক্না ঐঙোন্দা হায়জবা মতমদা, ঐন। মহু তাবি অহুগা হায়রি-হায়রিবা থুদোংথীবা, হায়রি-হায়রিবা অরাবা নত্রগা অনাবা অহুগা মরী লৈনবথক্তা ঐনা মনীং থুংহল্লি। অহুম হায়না, 'অর্থ আর্তিনা লল-থুম নত্রগা থুদোংচাবা ফীভম নত্রগা শক্তি নত্রগা সমাজগী অরাংবা থাক পীবিনবা হায়জরবা মতমদসু, ঐনা মুন্না ভাই অহুগা মানা য়াম্না কন্না ফংনীংঙিবা অকরুব পোৎ অহুথক্তং পীবি। 'জিজ্ঞাসু'দনা নিষকাম-কর্ম্ম ভৌনবগী তাক্লাশিং, লমজিং ওইনগাই মতিক-চাবা গুরু অমা, আত্মা অমস্ত্রং অনাত্মা অনীগী খেন্নবা খঙবা ঙম্না থৌরবা বুদ্ধি ফংজনবা বর পীনবি, অহুগা অস্থম্না পহ্‌ংহ য়েনবা তেঙবাংবি। ঐনা মহাকপু পূর্ক্লীং লক্ষ্যে চৎখিদনবা বর পীবি অহুগা মুক্তিগী অমতা ঙায়রবা নিসান্দুথক্তদা মপূর্ক্লীং চঙহন্নবা তেঙবাংবি।

"ঐদি কল্পতরুগুম্বনি। ঐগী ভৌগদবা থবক্তি থুদিঙমক্তা মানা মানা নিজবহু পীবিবনি। ঐদি থরুম ( মোলোম ) অমত্তা অমস্তং অচান-অরায় অমত্তা লৈতে। মুংশিবা খঙদবা লমচংকী মমিনকাওবা ঐঙোন্দা মনবা ঙম্লোই। সুমিংকী মসোং-মঙালশিংনা মখোয়গী লম্বীগী মরক্তা থত্তুনা লৈবা থুদিঙমক্তা চপ-মান্নবা তাই; অহুবু কন্নিগুম্বা পোৎ অমনা অতোপ্পা কন্নিগুম্বা পোৎ অমগী মতুংদা লৈরবদি, থুদম ওইনা, থিংজিন্নবা কা অমগী মন্থুঙদা, মতৌ করম্না সুমিংনা ঙালহনবা ঙমগনি? হেন্না য়াংবা

আশা তৌ অহুগা মহাক হেন্না রাংবা থাক অহু ফংউ। মরাল অহুদি লাইনীং ওইরিবা মী অমসুং মহাকী লাইনীং ওইরিবা মতৌ অহুদা লৈ, ভগবাননগী তৌথোরকপা কাইদাদা লৈতে।

"অর্জুন! মীওইবনা মহাকী আত্মাযক ওইবা ঐহাকপু ব্যবহার তৌনবে অমসুং থিনদে। মহাকসি কয়াদা পঙজপ্রবনো! মহাক্না ঐগী নাক্তা য়োগে হায়নথু থোয়বাওদে; ওয়বদা, মহাক্না মতম থরাতগীদা ওইনা মীজিম্নগদবা, চুথদবা, মীংকুপকী ওইবা হেন্না হন্থবা ফংব ওম্বশিংবু ফংগে হায়না তাম্নরি। ঐনা মসিগী অওকপা অমসুং অপঙবা লমচৎ অসিগী মরমদো নঙোন্দা হায়গে। 'ক্যর'পাসনা'না থুনা থুনা ফংবা ফলশিং পী; মীওইবনা পোৎশক নাইবা, হকচাঙগী ইন্দ্রিয়শিংনা পাইসিনবা ওয়া, অনকপা অমসুং হৌজিক হৌজিক ফংবা ওম্বা অহুথক্তবু থি। মীওইবনা, অয়াম্বগী ওইনা, থাজৈশেংনা লৈরবা অশেঙবা হায়বা পোৎশক্তু ফংবদা অসুক্কী মতিক লু-না থোকই; মবম অহুনা, ইন্দ্রিয়শিংগী শক্তিগী রাংমদা কাথতুনা ফংলকপা য়াবা মপুংফাবা মমুংতাই অহুদগী তাম-না মশেন-মবাংবা মুংতাইবশিংগী চিংসিনবগী পাঙ্গলনা মহাকপু পুহুনা চৎথি।

"জ্ঞান ফংবা হায়বা অসি মুং-গী ওইবা মায়পাকপা হায়রবহুনি; মসিদি কুইনা অমসুং য়ানা হোৎনরবা তুংদদা ফংবা ওমই। মহৌশানা মীশিংনা থাওকম থোকপা থাওবা-কনবা হায়বহু লৈনদে; অহোইনহুম, মথোইনা অপৌবা হকচাঙ, 'স্থূলদেহ' অহুমকপু হেন্না মরু ওইনা লৌই। হকচাঙদি ইন্দ্রিয়শিংনা মচিঞ্জাক হুন্নিবা পোৎশিংগদা লোয়নরগা মুংতাইবা ওমই অমসুং মতৌ-অসুম্না ইন্দ্রিয়শিংগী দরকার লৈতবা লম্বীশিংদা মথোয়বু চৎহনগদৌরিবা জ্ঞান অহুদি ফংনবা থিদে। মথোয়না কর্মসিদ্ধিবু মুংশিনা আশা তৌই, জ্ঞানসিদ্ধিবুদি আশা তৌরিদে। ইন্দ্রিয়শিংনা অমসুং মথোয়গী

লীচিঙ কয়ানা কা-পুনবা মশীঙদগী বুদ্ধিগী লীচিঙ কয়ানা কা-পুনবা মশীঙনা যামদে। ইন্দ্রিয়গী য়াথংদা মপূক্কীং লুয়া মীশিংদি মীৎনা উন্নবা, ইকোং-ফোংলবা ইন্দ্রিয়না লাম্বা কংবা অমসুং হকচাঙগী ওইবশিংনো চিংই। আত্মাগী য়াথংদা লুয়া থরদংহুনা তেংবানবগী মপু অমুয়া অহুদা তিনসিনখিবগী ইন্দ্রি-য়না লাম্বা কংত্রবা, মীৎনা উত্তমত্রবা মঙ্গংঙাই আনন্দ হায়বা অহুগীদমক্তা আশা তৌই। মখোয়গীহুদি অচুম্বা লম্বীনি। কর্মোপসনা হায়বা অসিনা অয়ানবা লম্বীনি। ঐগী তৌপদবা থবক্তী অফ-ফত্ত খনকম খোকপা খল্লবা মতুঙদা চৎকদবা ধর্ম্ম-কর্ম্মগী কান্নবা অহু পুন্নমক্তা ময়েক শেংনা খঙহনবনি।"

"অহুবু অর্জ্জুন, ঐনা লাকপগী শিন্থা, ধর্ম্মবু হল্লিনহনবগী থৌওঙ অমা নৈ। মহুদি মীশিংগী কর্ম্ম অমসুং গুণদা য়ুক্কম ওইহুনা বর্ণ মখোঙ মরিগী শঙলেন লিংবা, 'চাতুর্বর্ণম' হায়বহুনি। বর্ণগী পথাপ হায়বসি তাইবংগী থৌ পুবদা য়াম্না মরু ওই। মহু নৈবগী কান্নবা অহুদি খঙবদা লায়না থোক্তে। মহুনা পুক্কীং নৈতাহন্দে অমসুং মীশিংবু অমগা অমগা খেন্নহল্লি হায়না থাজবা অহুদা খরনা মখোয় মশা মশাবু লান্না লমজিংই। সমস্যা অহু খঙদোক্লবদি, অহুদগীদি অশেঙবা অচুম্বা অহু ময়েক লারকই। বর্ণ নাইবা হায়বা অসি কান্ননে হায়না লেপ্পনা অপঙবথক্তবু উথোকই। অসিগুম্বা য়ারেপ অসিনা চময়বা পোকহল্লি। মালেমগী, হায়বদি 'লোক-ক্ষেম'গী মুংঙাই-য়াইকবা চিংখৎনবগীদমক ঐনা বর্ণ শঙলেন অসি লিংখৎ-খি। বর্ণশিংনা মীওইববু মা মানা হৈনজবা থবকশিং পুহুনা নৈহন্নবা অহুপা মশাবু মনীং থুংহল্লনবা য়তেঙ পাংঙি। মহু য়াওদনা মীওইবনা মীৎকুপ অমকাওবা মুংঙাইবা ত্তান-কংবা ওয়োই।

"মহে: য়ানবা থবক ইনঙাঙগীদমক্তদি, বর্ণ হায়বসি থরায়-নিংলা-মক্লি। ব্রহ্মতত্ত্ব খঙবা; ধর্ম্ম নৈনা, লীচৎ-শাজৎ চুম্না অমসুং চাওখৎনা

ছিংবগী মহিগুবু য়োকথংপা, অতৈবু মথোয় মশাগী মতৌ-মওঙগী অশেঙবা মতৌবু পুথোক্তুনা য়েংলগা আনন্দ তানবদা তেংবাগুলিবা, সত্ত্বগুণ কান্তুনা চেন্‌বা মথোয়শিং অদু ব্রাহ্মণশিংনি। অকবা নৈবাক-থৌশিল, আইন অমসুং বিচার-চুম্বা, লৈবাকী মুংঙাই-য়াইফবা অমসুং চাওখংপসু য়াওনা, প্রজাশীদমক্তা য়াত্তুনা থক্লবা হৌন নিয়মসু য়েংলিবা অমসুং তাক-শেল্লিবা মথোয়শিং অদুগা মবুক-ফত্তবা অমসুং লীচং-চুমদবা মীশিংবু লাকসিন্দুনা থম্লীবা অদুগা অশোনবা অমসুং দশা তারবশিংগী উকল ওইরিবা মথোয়শিং অদু—হায়রিবশিংসি ক্ষত্রীয়শিংনি।

"হকচাঙ মুংঙাইনা ছিংনবগীদমক্তা চংদবা য়াদবা পোৎলমশিংবু পৈশিল্লিবা অদুগা মীয়াম হুপ্লগী মফমদা মচাঙ চুম্না হুল্লিবা মথোয় অদু বৈশ্যশিংনি। সেবাগী ওইবা পাক্কলগী থবক-ইনথাংশিং তৌদুনা মীওইবগী য়াইফনবগীদমক্তা য়ুক্তম থোল্লিবা অদুগা পাক্কল পীবিরিবা অমসুং নোম-লিকপা ফলহল্লিবা মথোয়শিং অদু শূদ্রশিংনি। মওঙ অসিদা বর্ণ মরি অসি ঐনা থম্লে। বর্ণশিং অসিনা মথোয় মথোয়দা শিন্নবা মথৌশিং অদু পাঙথোক্লবদি মীওইবা জাতি অসিনা মরম সুনা চাওখংপা হায়বদু ফংগনি। নিয়ম অসি লৈবগী ফল অমা ওইনা, থবক খায়দোকপগী মতৌ অমা লাকহনখি; মী মহাক মহাক্তুনা অরাবা নত্রগা অকিবা করি অমত্তা য়াওদনা, মুংঙাইবা লীতিন্নবা সমাজগী পুন্সী অমা লেপ্লি। বর্ণগী পথাপ অসি ভগবান-না ভারত-তা থুদোনপোৎ ওইনা পীবিবা মথৌজালগী থুদম অমনি।

"থবক খুঁদিঙমক ইবুংঙো মহাকী ময়াথং পাঙথোকপা অমসুং মহাকী থৌজাল ফংনবা লমজিংমক ওইনা মথোয়না য়েংবা মরমনা, ভারতকী মাশিং অসি থাজৈশেংনমক আশীর্বাদ ফংলমনি। রাকম অসি পুক্নীংদা মথি শাকহনবা তাই। মসি মরুওইবা নৈনগদবা রাকমি। করিগু লৈত্তবা

সুগ্যদা তাহল্লুবগী চীংঙু থৌতিকখোলছু (ময়াথং অছু) হৌজিক অচৌবা খুদোংঙীবদা লৈরে। অওম্বশিংগী নিয়মশিনো বর্ণ-পথাপ অসিগী মায়ওন হোংহল্লবদি, মালেমদা লৈরিবা মীশিং অসিনা মখোয়না কংগে হায়না কয়া হোৎনরিবা মুংঙাই-য়াইকবছু কংলোই। বর্ণ-পথাপ অসিগী মরমথক্তনা ভারতনা মুংঙাইতনীংঙাই কীভম অসিদা লাকখি হায়না মী অয়াম্বনা মরৈ য়েংলি অমস্তুং পারা ওইনা তগী। অছুবু কাওলুপশিং অসিনা মতম খজিক-তগদি তুমিল্লা কমথবা তাই। অছুগা য়াহংসিদা মুম্না য়াখল তৌবা তাই—, 'পথাপ অসি লৈবগী কল অথা ওইনা লৈবাক অসিনা হিংছুনা লৈরিব্রা? নত্রগা পথাপ অছুন। শোম্বথিবনা মরম ওইছুনা অরাবা কীভম অসিদা লাকখিব্রা?" মতম অছুদা মখোয়গী য়ারেপ্পা য়ুক্কম ওইছুনা, মখোয়না বর্ণশিংবু কায়দ্রে হায়ছুনা লংথোকখিনবা পাউতাক পীবা ওমই। অসিগুম্বা চুম্না কজরবা মুম্না খি-হুমজিনবগী মতৌ অসি য়াওদনা বর্ণ নাঃববু মীশিংনা হুম্লাল্লবা মতমদা, মখোয়গী মত অছু মমল নাইহনবা ওয়োই।

"থাঙ্গেশেংনমক, পথাপ অছু চৎকম থোকপা লম্বীছুদগী লৈয়থোকপ্রে অছুগা অরানবা মায়কৈরোমদা চওশিনপ্রে হায়বসি অচুম্বা য়াকম অমনি; মসিবু অথোইবা মী ময়াম্না খওজিল্লি। তৌইগুম্বস্তুং য়াকম অছুনা মছুবু শাথীবা মওওদা লংশেকখিনবগী মতিকচাবা মরমদি ওইবা-ওয়োই। খোঙনা খুৎকী থবক তৌদুনা লৈরে, অছুগা কোক্না খোঙশিংগী থৌপুছুনা লৈরে হায়বগীদমক্তা, খুৎশিং অমস্তুং খোঙশিং ককথৎপদি অশিংবা ওইরোই। পথাপ মশামক অছুবু মাওহন্দো শরুকপুদি হীরমশিংবু চুমথোক্লবা হোৎনব-শিংদি তৌবা তাই।

"পুক্নীং লাওতক্লবা (চময়বা) অমস্তুং পোন্ধাদবা মতৌ পুম্নমক অসিগী মরম অছু বর্ণ পথাপ্পা ওইদে। অশোয়বদি মছুনা শক্লোন হোংলক্লিবা থোক্ল থোক্লবা মত্তৌদুনা হেম্না লৈরে। মছুনা মী মথল পুম্নমকী মথুত্ত শাম্নপোং

অমা ওইরকই ; মরম অদুনা মতুংগী হায়রগী চুং-কিরাল চাবা অমসুং জুং চানবা মতৌ অদু মাঙলে। পথাপ অসি তঙাইফদবনি, ভারতথকীদা নত্রনা মালেম পুম্নমকীসু.নি। ভারতকী রাংমদা লৈবা লৈরাকশিংদা পথাপ অসি লৈতবা নত্তে। মমিংদি তোঙানবা য়াই ; থবক চংবা মওঙদি অদ্ধানি; মরম-দুদসু কাঙলুপ মরি অদুম মরৈ— শিক্ষক-বর্গ, রক্ষক-বর্গ, বণিগ-বর্গ অমসুং শ্রমিক-বর্গহায়না। অদুবু ভারত-তদি, বর্ণশিংসি মাগী মাগী হৌরককমগী (পোক্লকপগী) মতুংইন্না লেপ্লি ; মালেমগী অতোপ্পা শক্লকশিংদনা, মী অমমম্না তৌরিবা থবক, কর্মগী মতুংইন্না বর্ণ লেপ্পী। মহুনি থেম্রবদু।"

"লৌকিক অহানবগী কাঙলুপ অসিমক্তদা মসুও চনবদগী ব্যবহার তৌনরিবা ব্রাহ্মণশিংগী মরক্তা লক্লেন অসিবু থাদোক্রবা অদুগা হন্দবা (মুদবা) মওঙদা সেরান্নবা চংশ্রবা ময়াম অমসু কাই। অসুম্নসু, মশিঙবা বর্ণ, সুদ্রগী মসুঙদসু, লাইরমেনগী বাখন্দগী মপুংফারবা ফিদমশিংনা, ধর্মগী রাংলবা আশাশিংনা ফীভম হোংলবা, অদুগা পুক্লৌংগী অশেঙবা মতৌবু লায়বগী উপায় অমা ওইনা ফংনবা লাক্লরিবা মথোয় ময়াম অমা লৈবা থেংনৈ। ফীভমশিং অসি ওইথোকপা য়াই হায়রবথকীদমক্তা, মীওইবগী সমাজদা বর্ণ নাইবা হায়বনি কায়দে হায়না রায়োইবা হৌনরে।

---

"ফকির ওইগে হায়রবদি ফিকর-থাদোকউ।"

বাবা

# তাঙ্কক ৯

লাইনীং কোন্দা খুন্নাই অমস্তুং মী-মীগী ঙাকশেন্ননীংঙাইগীদমক্তা পূক্নীং-থেংবনা তাইকোক ওইরগম্মু, বর্ণগী থৌশিল্লোল হায়বসিভ য়াম্না মরু ওই। মসিবু কৈদৌগুংদস্থ করেম কথাইননা অশোয়বা পুথোক্লগা ঙাঙ-শকপনা নত্ত্রগা নিন্দা তৌবনা হুমদোকখিবা ঙল্লোই মরমদি য়াইফ-হুংঙাইবা হায়বা অসি পূমমকীদমক্তা চঙদ-য়াদবনি ; মরম অতুনা লৈবাক-ঙাকপশিং অমস্তুং মায়চৌশিংনা ( পণ্ডিতশিংনা অশাউবা অমস্তুং য়েং-থীনবগী পূকচেলশিং থাদোকদবনি অমস্তুং ঈংথনা অফ-ফত্ত থিজিল হুমজিনগদবনি অতুগা বর্ণ মখিগী থৌশিল্লোল অতুবু করিগুম্বা অফবা মতৌ অমদা পুরকদবনি । মতুনি তৌগদবা পোত্তি । অশিংবা মীশিং অমস্তুং বুদ্ধি লৈবা মায়চৌশিংনা কলক-চাউবা অমস্তুং অপঙবা মীশিংগী অর্থ য়াওদবা অফ ফত্ত নৈনবগী থবকশিংবু শৌগৎকনি হায়বসি হৌনদে । শাগৈ জাৎ ( নাইবা ) য়াদবা মথোয়দু শাগৈ-জাৎ অমা মথোয় মশামক্তা শেম্মে ; ধর্ম্মবু য়াদবা মথোয়শিং অতুনা অনৌবা ধর্ম্ম অমা মথোয় মশামক্তা শেমজরে । য়াম্না থঙলবা মথোয় অতু ফাওবা বর্ণদা নিংদোল পোম্নকই অতুগা মথোয়না অতৈ-অতোপ্পশিংতুমক্তা পঙবগুম্বা রা ঙাঙই । মতুনি অপঙবদি !

পোং খুদিংমকী শোয়দ্রবা পনখৈশিং লৈ ; পোং অতুনা পনখৈশিং অতুদগী লাম্থোক্লবদি নত্ত্রগা মথোয়দগী নমথাইত্নুনা ফাউদোক্লবদি মতু য়াঙলে । পোংশক অতু শেংই-শেংদে করিনা চাংয়েংনো ? পোং অতুগী মঙঙগা মচংকা অনীগী চৈনম্রিবা মরীতুনি । মঙঙদি লৈরগা মচং

য়াওরবদি. -অদু ওইরবদি মদু শেংত্রে, অওইবা নত্রে। মতৌ অদুম, কাওলুপ খুদিঙমকস্তু শক্লাইবা পনথৈশিং লৈরবদি, মদুবু কাওলুপ অমত্তম করম্না মশক খওনগনি ? মদু অমস্তু অমস্তু ওইররোই ; মওঙ-মরীন অসিনি খওদবা মপৈ, পুমতোং-তোংলবা কাওলুপ অমা তারে। বর্ণ হায়বসি ঈশ্বরগী ওইনা লেপথ্রবা থৌশিল্লোম্নি ; মরম অসিনা মসিবু অচৌবা মুনিশিং, ঋষিশিং অমস্তুং ইথক-থোংবশিংনা মীয়োল কয়া চুপ্প য়োকথং-নরম্মী অমস্তুং শাংথ-লেংথহল্লম্মী। অদুবু কলিগী য়োংকী যুগ অসিদদি থ্বাইদগী কোক-লৈবা মীনা মদুবু হুন্দোকথাক্লম হুন্দোকই।

লু-না থিজিল-হুমজিল তৌদনা, থেন্নবা পুথোকত্তনা, থৌশিল-লোল অসিবু মপান্দগী লম্নাই-লম্নাই মীংযেংদগী য়েংলবদি, করম্না মখোয়না অচুম্বা বারেপশিং তারকপা ঙমগনি ? মসিগী অশেংবা অমস্তুং কান্নবা অদুদি নওনা 'মুং-গী মীংযেং' অমস্তুং 'তাইবং-খোনবা মীংয়েং' ( বিশ্বগী মীংয়েং ) অমস্তুং থি-হুম্বগী পুক্লীং অদু লৈববদি মকা ফোংলক্কনি। শঙ্গোমদা যাওরিবা মাখোন অদু মাখোন চিংবগী পরীঙ-পথাপ অদু চথরগা ঈরায়-লায়না উহল্লকপগুম্না, মতৌ অসুম হায়না বর্ণগী মশক থোকপা কান্নবা অদুস্তু অক-ফত্ত নাইনা থি-হুমজিনবগী পরীঙ—পথাপ চথরবতদা ফন-চো-থোরক্কনি। অদুদগীদি অচুম্বা খওদ্রিঙৈদা হায়না ফত্তনা খন্দোকপা রাখলশিং মাঙখিগনি ; অশেঙবদু উৎল্লক্কনি।

বর্ণ মরি অসি হকচাঙ অদুমকী হকচাঙ-কায়াংশিংগুম্বনি। মখোয় ঈশ্বরগী সনা-হকচাঙ অদুমক্তদগী থোক্লকপনি — ব্রামিন ( ব্রাহ্মণ ) শিংনা মায়দগী ক্ষত্রীয়শিংনা খুৎশিংদগী, বৈশ্যশিংনা কৈগলশিংদগী অদুগা শূদ্রশিং-না খোঙশিংদগী। তৌবগীদি থাঙৈশেংনমক, রাইহৈ ওইনা কোওদোক্লিবশিং অসি হেম্না লুবা মুং-গী অর্থ অমা চেল্লি। গুরুগী মতৌগুম্না জ্ঞানগী নিয়মশিং তম্বীরিবা মখোয়শিং অদু খোজেলহুনি ; মখোয় ব্রামিনশিংহুনি

মীওইবগী য়াইফ-থুংঙাইবু পুথংনবা লাউতকরিবসি, "বর্ণগী পথাপ অসু মুথংপনা মীওইবগী য়াইফ-থুংঙাই পুরকনি" হায়না মরৈ য়েংলিবা মীশিং অমুথক্তবু ওইরবোই উইনে ! বর্ণ পথাপসু কায়বনি হায়না লৌরি-বশিংনা মীওইবা সমাজগী লৈথ। তানবা তশেংনমক খোইরাওনৈ হায়না মখোয়না থাজেনে ! থাজৈশেংরমক্তি অনীমক শেরায়রবনি। অমুবু মসিরাই কাওবদি চুম্মি—বর্ণশিংবু শৌগংলিবা মখোয়শিং অসুদি তশেং-নমক মীওইবগী য়াইফবা হেনগংহনবদা হেন্না থরায় য়াওই। অতোপ্পশিং অমুনা বর্ণ লৈত্রবদি, মখোয়না লৈবাক অসি কনগনি খল্লি। মসিদি শেরায়না থাজবনি। অকবা গুণ অমসুং দোষশিং থক্তবু চোকশন্না অমসুং মসিনি হায়না হান্না খল্লুবা রাথল য়াওদনা কুপ্না য়েংলবদি, তুকচনবা অমসুং সুংশিনদবা মতৌগী জ্ঞান য়াওদবা খোরাঙ-পরেংশিং অসি অরোইবা অমা লৈগনি। অমুদগীদি মীশিংগী লৈখোম্না অচৌবা অওনবা অমা বর্ণ পথাপকী মায়কৈয়োমদা লৈরকনি

য়েংথীনবনা হেনগংলক্লবদি, মতুনা কনা অমত্তবু কায়বা ঙমগলোই। "পুম্নমক চপ মান্নে" হায়বা ফিদম ফংগে তায়বা হায়বসি মশাগী খোরাংবা কোরবা, তরঙ-শক্তম (মায়া-মরিচিকা) ফাগে তায়বগুম্বনি। মতুনা পেন্দবা পোকহনবতা ওইগনি। লৈঙাক্লোইশিংনা হৌজিক্তি পুন্নপ-পুনশিনগদবনি অমুগা প্রজাগী মীহুৎশিংগা হায়বদি, পণ্ডিতশিং অমসুং খঙ-হৈরবা অহল-লমনশিংগা। য়া-ক্লানগদবনি অমুগা পুন্নাই থৌশি-ল্লোনগী লিরবা পথাপ অসিগী কায়বমু নৈনগদবনি। অমুগী মতুম্তা, মপানগী মওঙশিং অমসুং শক্তমশিংদা য়ুম্ফম ওইরগা পথাপসিদা হু খর লৈ হায়না হেক্তুমক লেপ্লবদি অমসুং মিপাই-থরাইরবদি মতুনা মখোয়গী অপঙবা উৎপেতমক উখোকপনি। লৈঙাক্লোইশিং অমসুং পণ্ডিতশিং অনীমকসে প্রজা মীয়ামগী থুংঙাইবা অমু থম্মোয়দদি লৈ (ফাওই)।

কৈনো অহুবুদি, পান্দম অহুমক মাঙওইনরগা বর্ণ পথাপ অসি হৌরকখি। মহুনা মত কয়া থোকহল্লে মরমদি অশিংবা মীশিংনা শীহুনতা লাক্লবা পাউতাকশিংদা য়ুক্কম ওইরগা মহুবু ইন্দুনা চংখিদ্রে।

অপীকপা থূদম অমা লৌহুনা খ্রেংউ—জাতি থরনা অমুক পোক-খায়বদা মী লাক্ক লাক্ক মরুফংনা মাঙহনবা ওয়া বোমশিং শাথ্রে। মসি ফত্তে হায়না মখোয়না খঙলবস্থু, লৈবাক-থৌ-পুবশিংহুনা মহুবু মখোয় মশাল্লক্লা থৌগংলি। মচিং-মসোল হেক লাকপগা বোমশিং অহু শীজন্ন-রবদি, পূম্নমকী মকমদা, মাঙ-তাকপা লাকনি। ঈরাং - হৌবনা কিহল্লবা মতমদা, মখোয়বু ঙাকশেনজনবগীদমক্ত ওইনা শীজন্নগদনি; পান্দম অহুদি মালেমবু মাঙ-তাকহনবহু নত্তে, তৌইগুম্বস্থুং কনাগুম্বা অমগী মরৈবাক অমস্থুং মনাংকী (সংস্কৃতিগী) মতিক মগুণশিং ঙাকশেন-জবা অহুনি। অস্তুম্না বর্ণ পথাপস্থু দেশ অমস্থুং সংস্কৃতি ঙাক-শেন্নবা মগুণ লৈরবা থুংলাইগুম লৌগদবনি। নিযম-তুয়োমশিং, অথিংবশিং অমস্থুং হায়রীবা রাশিং পূম্নমক মীশিংবু মাঙ-তাকথীগদবদগী কন্নবনি। মখোয় অহু মখোয়বু থম্নহা মওঙ অহুদা ঈকাই-থুম্নক্কম থোকপা অমস্থুং চুম্না ইনফম থোকপা লমচংকী নিয়মশিংনি। পুক্কীংগী মচিং-মসোন্না চিংলক-চিংলকপগী মতুংইন্না, থীন্দুনা তাক্লিবা অকোয়বা পলিশিং, পলি-হুনা কোনবা ওমথৈশিং অমস্থুং পলিকোরহুগী পরীওশিংবু থৌওইদনা, নিয়মশিংহুবু সেরান্নবা চংপা হায়বসি লৈবাক কাং-খোং চাইববু বার্ত্তণ তৌবনি।

মরম অহুনা, ইথক-থোংবশিং অমস্থুং লৈঙাকপশিং অহুগা পণ্ডিতশিং অমস্থুং থূনগী লুচিংবা মীশিংনা, লিংহুমা লৈরক্লবা পথাপ অসিবু ঙাক-শেলগী অমস্থুং- য়োকখংলগী অহুগা তেক্ত-কায়দনা লী-হুনা থম্নগী;

মথুম কনানা হুনখিবা তাই। মরম অহনা, খুদিঙমক্কা মাগী মাগী সমাজগী থৌ শক্তক অমু তৌগদবনি অহুপা শান্তি, চান্ন-চিন্নবা অমস্তুং হুংঙাইবা পুরকপা শোয়গল্লোইদবনি। মহুনা অশিংবা থৌওঙ পন্নীওনি, সমাজগী খ্বাইদগী ফবা থৌশিল্লোন্নি।

হৌজিক, তঙাইফদ্রবা শিক্ষাশিং অসিদা পুন্নীং-চঙবগী মহুত্তা মীশিংনা বর্ণশিংবু চাওখৎপগী লম্বীদা অচৌবা অপনবশিংমি হায়না কিন্ন-হুনা মহৈ মহৈ মশেল শিনিঙাই-ওইবা লান্দা থৌ-চিন্নহুনা লৈরি। মখোয়গী দেহবু খুত্থম চনবা ওমদবা মীশিংহুনদি মতৌ কয়ন্না দেশ (লৈবাক) অহুবু কা হেলহন্দনা থম্বা ওমগনি? অস্তুক কুইনা থায়নগী মীয়োলশিংনা য়োকখৎলক্লিবা বর্ণ পথাপ অসিবু য়োকখৎপসি খ্বাইদগী কান্নবা সেবা ওইবা (তৌগদবা) পোংনি হায়বসি খস্থৌ।

বর্ণ শংসি লিংখৎপদা ভগবান না করিগুম্বা মীচঙ-মীথায় নাইবা মওঙ অমত্তা উংখিদে। মঙোন্দা অসিগুম্বা মচৎ অমত্তা লৈতে। মীওই খরনা হংই, করিগী ভগবান-না অসিগুম্ব' খেন্নবশিং অসি থম্ফম থোকই? নত্তে, ইবুংঙো মহাক্কী হস্থবা নত্রগা হেনবগী রাখল অমত্তা লৈতে। চিনি মতুম অমগুম, মহাক্কী মশাপুম্বা ইথুমদা থুমই। মশক খেন্নবা অমস্তুং মগুণ খেন্নবা পুন্নমকসি আত্মাগী ওইবা অশেঙবা অমু খঙদবা জীবীশিংগী শগোন্নরিবা সম্পত্তিনি; খেন্ন-মুংনবশিং অহুদি মখোয় মখোয় মশামকপু আত্মা-নত্তবগা মান্নৈ হায়না লান্না শক তাক্লিবা জীবীশিংহুগী শুঙ্কংলাং-শিংহুনি।

খুদম অসিমা রাখল তৌ—মমা অমগী অঙাং মন্নি লৈ; তৌইগুম্বস্তুং মহাক্কা নাউগুমদা লৈরিবা অঙাং অহুদা পুন্নীং চঙলিবা অমস্তুং শোয়দ-ঙামদনবা চোংকশিনবা অহুক অংগোম্বা অহুম অহুদা তৌদে। অঙাং অহুবা মপুক লামহুনা কৌরক্রেবস্থ, মমা ওইবী মহাক অহুনা অঙাং অহুদা চাঙ্গাকং

পীনবা মতম পুন্নমক্তা, মীংকুপ নাহুম শেন্দুনা লৈ। অতোপ্পা অহুম অহুমদি মঙোন্দা ( মমাদা ) লাকপা তাই অহ্নগা চীঞ্জাক তান্দুনা অমসুং শান্নপোৎ, পীয়ু হায়দুনা মমা ওইবী মহাকপু য়েংলবা তাই। মসিবু য়েংলগা, নহাক্না মহাকপু কত্তবা নত্ত্রগা মীচঙ-মীথায় নাইবা মমা অমনি হায়বা ঙম্লোয়। মমা অহুনা মহাক্কী থবক ইনখাঙলিংং অহু অভাং অহুগী তৌবা ঙম্বা শক্তি অমসুং তৌবা ঙমগদবগীপাঙ্গল অহুগা চানহল্লি। অসুম্না, ভগবানসু জগৎ পুম্বসি ইবুংঙো মহাক্কী ওইজবসু, পুন্নমক অসি ইবুংঙো মহাক্কী মচাশিং ওাক্না ওইরবসু, সমাজগী থবক্কী দায়িত্বগী শরুক অমমমদি মখোয় খুদিঙমক্তা মহাক মহাক্কী মঙম অমসুং মতিক্কী মতুং ইন্না নল্লি। ওইজবা থা-ঝবা, পুকচেল শেংবা, ঈচম চম্নবা, য়াইফ থোইহুনতা লৈরবা অসিঙম্বা নোংদম্বা মপুগী মফমদা লোমশিং পীসনবা হায়বসি অমম্বু মুমিৎকী মগুণ ওইহনবগুম্বনি। অমম্বগা মুমিৎকী মসেক্তা পুন্না লৈমিন্নবা ঙম্লাই ; মহু ওইরবদি মুমিৎনা মতৌ কন্নমা অমম্বগী মকোন ( ময়ুম ) অহু ওইগদৌরিবা? মুমিৎতা অসুম্না তম্তনা মরাল পুথোক্নুনা হায়জনবা মীশিং অহু মুমিৎপু শুকখঙ খঙদ্রে। মসিদি পুংপঙ পঙবা ওইরবা, জ্ঞান শুকয়াঙ-য়াঙদ্রবা মশক্কি।

ইশেং শেংনা, অধ্যাত্মীকী মীৎয়েংদা, য়েংলগা বর্ণশিং অসি অতোপ্পা মঙঙ অমদসু মশক তাকপা ঙমই ব্রহ্মধ্যান্দা মরা-চেংনা লৈগ্রবা মখোয়শিং অহু ব্রাহ্মণশিংনি; চুমদববু মায়রোং য়াবা থিংবা ) -খোয়শিং অহু ক্ষত্রী-য়শিংনি ; নিয়ম নাইনা অচুম্বা অমসুং অরানবা অনীগী মরক্তা লৈবা খেন্নবহু উরঙম্বা মখোয়শিং অহু বৈশ্যশিংনি; মতম পুন্নমক্তা পাঙ্গলনা শু-নোম্বা অমসুং নিতিগী পুন্সীদা অচুম্ববু চৎলিবা মখোয়শিং অহুনা শূদ্রশিং নি। মীওইবা জাতিগী মুংঙাইবা হায়মহু বর্ণশিংনা মসুম্না থৌপাঙসগতা মতিক চপ-চানা মগুণ খঙবা ঙমগনি।

হৌজিক হায়রগী হীয়রছিন। হজিনসি – কৃষ্ণনা অর্জুনদা হায়রম্মী, “স্বর্গ মরি অছু ঐনা গুণ অমসুং কর্মদা যুক্ফম ওইরগী লৈমবে। মখোইগী ময়াম হেক পায়রিমখৈদি ঐনা থবক অতৌবা হায়রবছু ওইকনরবস্রু, ঐদি থবক তৌদবা মশক ওইনা অসুম লৈ। যুক্ফম ওইরিবা মীচং-পখাং অহুদা পূক্নীং থিংজন্নু অছুগা অহুদগীদি হৌরকফমগী ওইনা ‘জড়’ ওইবা নত্রগা মুং-গী রাখল য়াকাইদবা অমসুং মপাঙ্গোংগী ওইবা কর্ম হায়রবছিনা ‘চতন্য’ ওইরবা নত্রগা থজুও ও'নবা মঙাম্না পান ফাওবা ওাল্লবা অমুওবা আত্মা হায়বছুবু শোকহনবা ওমদে হায়বছু নহাক্না খঙলকনি। আত্মাদি মুং-দা লৈ-না লৈ'না করিওম্বা অমত্তগা পক্ক-শয়দে। আত্মানা মাগী শিন্দোং ওইবা পোশক নত্রগা মাগী মশামকী দরকার ওইবশিং নত্রগা মানা কায়দোওলুরিবা পোংশকশিংতুগী লৈখোল খওলুদে। মহাকীগি ‘ঐ’ নত্রগা ঐগী, হায়বা লৈতে ময়মদি মখোয়শিংসিদি অজ্ঞানগী থৃদমশিংনি। অ জ্ঞান-না তাহংলবা মখোয়শিংছুনত্তা “ঐ” হায়বা অহং নাপল নত্রগা “ঐগী” হায়বা রাথসদগী অবা-অনা নংগনি। ঈচম – চম্বা মীওয়মদি ঐসি থবক অতৌবা মশক ওইনা উজরবস্রু, ঐদি অতৌবা মশক অমদি নত্তে।

“মসিতনস্ত্র লোইদে। কর্ম্ম অছু হেক তৌবা লোয়বগা কর্মছুনা থুনমক অতৌবা মীছুবু ওৎপা তোক্তে। অচুম্বমক, মসিদি থক লোইদে। কর্ম্মনা মহৈ'শিং থোকহল্লি; কর্ম্মগী মহৈ:শিংনা মহৈ:শিংছুবু শান্দা পোকহল্লি; ঈথিলশিং অছুনা ভুংগী মপোকশিং থোকহল্লি। মতৌ অসুম্না, কর্ম্মনা পোকপা অমসুং শিবগী থৃৎকোয় অসিদা লমজিংই; মসিদি নত্তবু উরু-উরু লৈয়হনবা অছুগা কোয়থংদা লৈথা তাম্না লাকশিনবা য়েংথীচাউবা ঈরৈনি।

অর্জুন, অতোপ্পা রাকম অমগন্থ লিংখিনা পূক্নীং চঙনা তারো। কর্ম্ম হায়বসি অস্থুমদি ওইরগা পুন-মবগী শক্তিদি লৈতে; ‘তৌরিবাস

ঐনি' হায়বা নাপল অসিনি মিতাবা পোকহল্লিবা অহুগা কাজিন-পুনসিনহল্লিবসি ; অকা-অপুন ওইহল্লিবদি মহৈ: অহু ফংগে তাল্লুরিবা অপাম্বা অহুনি। খূদম ওইনা হায়রগা-ঙণ্য হায়বসি চৈশিং-কা ( অহুগী কন্দম ) অমগা লোইনজরবতদা মাগী কান্নবা লৈ। কর্ম্মদি শুন্যানি ; শিগ্গোং নত্রগা 'অভৌবা মী'তুগী পূক্লীংগা কর্ম্মগা মরী লৈনহল্লি ; অহুদগীদি মহুনা কাজিন পুনশিনবশিং থোকহল্লি। মরম অসিনা অর্জুন, 'ঐ'গী হায়বা রাখল থাদোকউ অহুগা নহাক্না তৌরিবা কর্ম্ম অহুনা নহাকপু কৈদৌঙৈদসু মাঙহনবা তৌরোই। কর্ম্মহুদগী লাকদবা মহৈ:শিং করিমতা পাম্বা লৈজনা তৌরিবা কর্ম্মনা পূক্লীং-ঈহৌশিং পোকহন্দে ; মহু হায়বা তারবদা, অমুক পোক্লবগী পূক্লীং—ঈথিল ফাওবা লৈরোই। থায়নগী যুগশিংগী লাইনীংলোইশিংনা অম্নাংবা ফিদম অসি মাঙওইনরগা কর্ম্ম পাঙথোক্লমী। মখোয়না থবক অমা হেক্তগী অতৌবা মীশিংনি নত্রগা মহুগী মহৈ: চাবশিংনি হায়না থক পূক্লীংদা কাওদে। ভগবান-না মহৈ: চাজবনি ··· মহুনা মখোয়গী অচেৎপা রাখল্লোমি। তাইবং পানবা অসি লৈ হায়বগী মগুণহুতনি ; মসিদি তশেংনা শুকলৈমক লৈতে ; মহুনা মখোয়গী লাইনীং থাজ ওইরম্মী। অর্জুন ! নহাকসু মথজা অহু নপূক্লীংদা য়োকখৎকদবনি অহুগা অচেৎপা থাজবহু ( রাখল্লোন্দু ) তানগদবনি। অসুন্না তৌ ; অহুদগীদি নহাকী নপূক্লীং অহু অমোং-অকায় য়াওরক্লোই অমসুং অশেঙবা ওইরক্লগনি।"

"কর্ম্ম, বিকর্ম্ম অমসুং অকর্ম্মগী মরক্তা খেন্নবা লৈরিবা অহু থওউ। ঐনা হৌজিক খেন্নবগী মরুওইবা রাকমশিং অহু নঙোন্দা হায়গনি। মুন্না তাসিল্লু। লাইনীংলোই অয়াম্বনা মসিগী মরমদা পূক্লীং চময়ে। পুন্নমক্না খেন্নবা অহু থওবা ভম্বা নত্তে। ব-ধর্ম্মনা কর্ম্মনি হায়না অহুগা ধর্ম্মগী ওইনা তৌরবদি নত্তবা, অহুমকপু আত্মা-জ্ঞান তান-নবগী মীৎয়েংগা

লোয়ননা তৌবিবা কর্ম্ম পুন্নমক অতুনা বিকর্ম্মশিংনি হায়না মখোয়না লৌইনে। কর্ম্ম অহু ওইনীংবা অমা হেক ওইবা য়াই, অতুবু অজ্ঞানগী অমম্বা অমসুং চমন্নবা মরক্তা মতুবু তৌন্নবদি, মহু তৌরিবৈদা নহাক্কী অমম্বা শক্তি কল্লেমথৈ পুথোক্কুনা শীজন্নরবসু, মতুগী ফলদি খোয়রাগুবা, অবাবা অমসুং লু-য়াং তেকপথকুমক পীবা ওমগনি। মতুনা কৈদৌঔদসু পুক্নীং-লৈতাবা পুক্নীং-অন্নম-অযাং-মান্নবা নত্রগা পুক্নীং ঙংবা ওইহনবা ওয়্যোই। মীওইবনা অকর্ম্মদা কর্ম্মবু অমসুং কর্ম্মগী মতেগুনা অকর্ম্মবু অয় তৌবা তাই···মহু অশিংবা মীশিংগী খঙনবী মার্কা হাযবহুনি।

"অকর্ম্ম হায়বা অসি মীওই থরগী মতুংইন্না থবক নোম লীক্কববু খঙনে। তৌইগুম্বসুং হেন্না লাইথোকপা লোন্দাদা মতুবু শন্দোক্লা হায়বা তাকবদা, হ্মকচাঙ কাযাংশিংগী, ইন্দ্রিয়শিংগী বুদ্ধিগী, পুক্নীংদা ফাওরকপ-শিংগী, পুক্নীং-মথুম-মন্নাং-হৌরকপশিংগী অমসু' পুক্নীংগী থবক-ইনখাংশিংগী থৌশিং অসি কর্ম্ম ওাক্তনি হায়বা অসি ভাব তাও। হৌজিক, অকর্ম্ম হায়বা অসি অতে রাহন্দোকশিংগী মরক্তা থৌ-পুদববুসু খঙনৈ।" হায়বদি, মহু আত্মাগী খঙগনি। মরম অসিনা অকর্ম্ম হাযব অসি আত্মা-স্থিতি, আত্মাগী মচৎ-মতৌবু খঙনৈ।" নঙনা বস নত্রগা ট্রেন মত্রগা হি .তাংহুনা কোয়বা মতমদা, অত্তোম্না নাকন্দা লৈবা উপালশিং অমসুং চীংশিংনা তুংলোমদা চেলহৌই হায়না লান-না উবা (মায়া) অমা পোকই অহুগা তোংলিবা মী অতুনা মহাক্কী লেঙদে হায়না ফাওই। তোংলিম্বা দোলাই অতুগী লেঙবা অতুনা চীং অমসুং উপালশিংনা লেঙবগী মতৌ অমা থোকহল্লি; অম্নুম্না, শাস্ত্রশিংনা মশক নাইনা থান্নবা নিয়মশিংবু খঙদবা মীশিংসু, দেহ অমসুং ইন্দ্রিয়শিংগী থৌ অপুম্বা আত্মানা তৌই হায়না খাজবা অতুদা রাখল লান্না পুহল্লি। অতুদি অনীসিগী মরক্তগী করহনা অশেঙবা অকর্ম্ম ..... থৌ-পুদবা মশক্নো! আত্মাগী ফীভমদি মপুংফাবা থৌ-পুদবা মতৌহুনি;

মহুনি নহাক্কী অশেঙবা মতৌসি ।নহাক্না মপানগী থবকশিং ইচম-চম্না তৌবা লেপ্লথকনদি মহু ওইবা য়ারোই । নহাক্না জাত্মাগী ওইবা মরুওইবা নিয়ম খণ্ডগদবনি, কর্ম্মবু থাদোকপমক্তি তৌরোইদবনি ; মরমদি থৌ-শুরেমক লৈতবা হায়বসি ওইথোক্কে

---



ধর্ম্ম অমতনি-মুংশিবগী ধর্ম্ম,
জাতি অমতনি-মীওইবগী জাতি,
লোল অমতনি-থম্মোয়গী লোল,
ঈশ্বর অমতনি—মহাক্তী মফম খুদিংদা লৈবনি ।

বাবা

# তাঙ্কক ১০

"অর্জুন ! কর্ম্ম অমসুং অকর্ম্ম অনীগী মরক্তা লৈরিবা খেন্নবা অদুবু ময়েক-লানা খঙগ্রবা মহাক অদুখক্তবু পণ্ডিত অমনি হায়না মীঙোলৈ। লাইরিকশিংদা য়াওরিবা মচাক অদু মানা মাগী মকোক্তা শীক-থন্না হাপ-চিনখীবখক্তনদি, মহাক পণ্ডিত অমা ওইদে। পণ্ডিত হায়বদুদি অচুম্ববু মমি লাক্না উবা ঙম্বা পাঙ্গল ... 'সম্যগ দর্শন' কংহনবা ঙম্বা বুদ্ধি লৈগদবনি। মদুগী মুং-গী উবা ঙম্বগী পাঙ্গল অদু কংলবা মতমদা, কর্ম্ম পূম্নমক মহী-মরায় চম্মে অদুগা মাঙ-তাকহন্নীংঙাই ওইরক্রে। জ্ঞানগী মৈ হাব্বদুদি কর্ম্মবু মৈমায়বা অমসুং চাকথেকপা ঙম্বগী শক্তি লৈ।

"মী খরনা হায় মদুদি জ্ঞানী অমনা 'প্রারব্ধ কর্ম্ম'গী তারকপা ফলশিং অদুগী চৈনা তঙাইফদনা খাঙগদবনি ; মহাক্না মদুদগী নাম্থোকপা ঙমদে। মসিদি অতৈ অতোপ্পা মীশিংনা তানব্রবা বাব্নোই অমনি ; জ্ঞানী মহাক মশাখক্তগী থেংনরকপা লৌশিং নত্তে। মহাকপু লেঙদনা য়েংলিবা মখোয় শিংদুদদি, মহাক হৌপ্রবা কর্ম্মগী মহৈ : চাবা ওইনা উবা য়াই, অদুবু মহাক্তী কর্ম্মগী মহৈ : না শুকশোকমক শোক্তে। মুংঙাইনবগীদমক পোং শিংগী মথা পোল্লি-পোল্লিবা নত্রগা ইন্দ্রিয়শিংগী ওইবা মুংঙাইবশিং তাল্লি-তাল্লিবা; পূক্নীং ঈখিলশিং অমসুং অপাম্বশিংনা হোইরি-হোইরিবামী মথৈ কর্ম্মনা পুল্লি। তৌইঙম্বসুং মখোয়শিং অসিদগী নাম্থোক্লবা মখোয় অদুদি মখোলগী, শোকপগী, মঙওগী, মহাউগী, মনবগী মিহ্রৌহনবশিংনা অমসুং অতৈ ইন্দ্রিয়শিংগী চিংননবগী পাঙ্গলশিংনা শোকহনবা ঙমদে। অসিগুম্বা

মীশকসিদি অচুম্বা সন্ন্যাসীনি। মহাকপুদি শোকহনবা ঙমদে। জ্ঞাদিনী অতোপ্পা পোৎশিংগী মথা পোনবগী মথৌ তাদনা ময়োমদোম অয়োবীদা খ্বাইদগী হেন্না মুংঙাইজে। মহাক অ-কর্ম্মদা কর্ম্ম ফংই অমসুং কর্ম্মদা অকর্ম্ম ফংই। মহাক কর্ম্মদা চিন্দুনা লৈবা য়াই অদুবু মহাক খজিক্তসু কর্ম্মদুনা শোকহনবা ঙমদে। মহাক্না থবক্তশিংগী মহৈ : দা মীৎনা য়েংদে।

"মহাক্না মতু তৌবা করম্না ঙমলিবনো হায়না নহাক্না হংবা য়াই। মুম্না তাউ : মহাক্কী মতম পুম্নমক্তা পেন্দুনতা লৈ। পেনবা হৈবা মীদি মনীং-মথা তম্মী, মহাক্কী অতোপ্পশিংগী মথা পোন্দে ; মহাক্কী মহাক্না থবক তৌই হায়বা নাখলনা শোকহন্দে। মঙোন্দা অফবা ওইগে ওইয়ু নত্রগা ফত্তবা ওইগে ওইয়ু থোক্লীংবহেকমথৈ থোক্লকপদা মহাক্কী পেন্দুনেতা লৈজে, মরমদি মপুগী অনীংবদি মহৌশানা অদুম থোকদবনি হায়বসিদা মহাক থাজগ্রে। মহাক্কী মপূক্লীংদি তথক-তথক্তে অমসুং লেঙদে ; মহাক্কী মতম পুম্নমক্তা হন্নাও-মথোই কাই। পেন্থোকপা য়াৎপা হায়বা অসি অজ্ঞানীগী খূদম অমনি। 'পুরুষার্থ' থাদোক্লবা অদুগা অতনবগী লম্বেলদা চৎলবা মথোয়শিং অছু, থোক্লক-থোক্লকপা থৌদোক্তা, মথোয়বু হুংঙাই-রবনি হায়না করম্না হায়বা ঙমগদগে ? অপেনবা হায়বা অসিদি জ্ঞানীনা তান-কংজবা হী-য়াইনি ; মতুদি ফংনীংবগী আশা অমগী মথক্তা অমা হাপচিনবা, অদুগা থৌরাঙ অমগী মথংদা তোপ্তোপ্পা থৌরাঙ অমমুক শাগৎপা, হুংনাংছুনতা (থরায়-য়াত্নুনতা) লৈবা, মশামকপু য়াহনজবা অমসুং মহাক্কী মথম্মোয়বু অপাম-মিহৌনা মৈচাকহল্লিবা অ-জ্ঞানী অছুনদি ফংবা ঙম্লোই।

"জ্ঞানীদি হুংঙাইবা অমসুং অৱাবা, য়ায়পাকপা অমসুং মায়থীবা, তোংবা অমসুং মাঙবগী পুংবাশিংনা মায়থীবা পীদে। মহাক্কী 'দ্বন্দ্বতীত' নি। মহাক্না য়েংথীবা হায়বদুবু তাথী অদুগা কৈদৌঙৈদসু মতুনা মহাকপু

শোকহন্দে। আত্মাদি কল্লি অমত্তুনা শোকহনবা ঙমদে হায়বা অসি আত্মাগী স্বরূপ' অমস্তুং 'স্বভাব' অনীমক্লা শোয়দবনি হায়তুনা তাকই। মসিদি 'অ সঙ্গ'নি। মসিদি আত্মা নত্তবা করিগুম্বা অমত্তুনা ঈথিল পীদে। মসিদি পোকপা নত্রগা শিবা নাইদে; অরাম্বা নত্রগা থৌরাঙবা, অরাবা অমস্তুং পঙ-থাজ্ঞ লৈতে। অরাম্বা অমস্তুং থৌরাংবা হায়বশিংসিদি প্রাণগী মগুণশিংনি; পোকপা অমস্তুং শিবা হায়বশিংসিনা হকচাঙগী লৈক্কনানি (মতৌ মরাংনি); অবাবা অমস্তু পঙ থাজ্ঞ (শেরাম্মনা থাজবা) হায়বশিংসিনা পূক্নীংগী লায়নাশিংনি। মরম অদুন, অর্জুন, মথোঘশিং অসিগীদমক করিগুম্বা মফম অমত্তা শরূক তম্মুনু; নশামকসি আত্মা ওইনা থঙউ; অরানবা পঙ-থাজ্ঞ পুম্নমক থাদোক্লো অদুগা করি-কবাগা পকশিল্লরুরনু। সংসারগী ফুমথী-হাংথীগী ওইবা পাংন্নুংদা শাংপা থম্বালগী লৈনাগুম ওইরো; নহাকী অকোয়বদা লৈরিবা লৈখো'ম অদু তৈহল্লনু। মদু অ-সঙ্গী থূদমনি: মন্নুংদা লৈনা লৈনা মপান্দা লৈবা হায়বদো। থম্বাল-লৈনাগী মতৌগুম (কল্লিমত্তা পক্তবা) ওইবো, শম্নরু-শম্নরুবা খুদিঙদা চুসিল্লকপা মথূল মরীক মরীক হোবা "মুকচাবী" গুম্লনু।

"আত্মলিঙ্গ অদুদা অভিষেক তৌ, নহাক নশামকী লূ-রবা চিত্তবৃত্তি, পূক্নীং-লীচিংগী লাইজ্ঞ ঈশিংগা লোয়ননা। 'চিত্ত'না মায়কৈ অমদা চং অদুগা ইন্দ্রিয়শিংনা মায়কৈ অমদা চং তৌরবদা মীশক অদু অনীফাংনা চময়রে। মরম অদুনা, নহাক্লা নপসিল্লুবা হায়বদু থাপ্পা থম্মো। অদুম তৌরবদা, নহাক্লা তৌবা তৌবা খুদিঙমক লাইদা কংপা থবক অমা, যজ্ঞ, অমা ওইরকই। নহাক্লা ভাঙথোক-ভাঙথোরকপা খুদিঙমক শেংলবা মন্ত্র অমা ওইরই; নহাক্লা খোঙদা-খোঙদাক্লবা মফম খুদিঙমক, মফম অদু অশেঙবা ওইহল্লি।

"অর্জ্জুন ! ঐনা যজ্ঞগী মরমদহু নঙোন্দা খর হায়গে। পুক্নীং-চুঙনা ঈংনা তাউ, পুক্নীংদা হৌবা ঈপোম পুন্নমক লাকশিল্লগা। মীশিংনা দ্রব্য-যজ্ঞ, তপোযজ্ঞ, যোগযজ্ঞনচিংবগী মরমদা ঙাওনৈ। কোম অমা তৌথোক্ল-বদি, খোক্তোরকপ লৈবাক অহুনা কোমহুগী নাকন্দা লৈপুং অমা ওইরকই। লৈপুং লৈত্রবদি কোম লৈতে; মফম অমদা লল থুম পৈরবা মতমদা, মহুপা চানবা দানহু লৈবা তাবনি। কনাগুম্বা অমগী লন থুমবু চুম্না শীজন্নবা হায়বা অসি দ্রব্যযজ্ঞ হায়বহুনি। নিংথিনা শীজন্নবা হায়বা অসি করিনো ? মণবিশিংগী, লমশিংগী, খুৎ - হৈবগী খুদোন দ্রব্যযজ্ঞগী মসুঙচল্লি। অমুক, পাঙ্গলগী থবক-ইনথাংশিং, পুক্নীংগী থবক-ইনথাং-শিং অমসুং ভাষণশিং ( ৱাঙাঙবা ) পুন্নমক সাধনাগীদমক্তা শীজন্নরবদা, অহুদগীদি মহু তপোযজ্ঞ ওইরকই। চাক-চারা অমা নাস্তোকপদগী শোস্থবনা মরম ওইহুনা হীগুনা লৈরবদি, মহু মতৌ করম্না তপস্যা ওইগনি ? কর্ম্মদি তৌবা অহুম ওইনমক, কর্ম্মনদি পুন্দনা লৈবা—মহু যোগযজ্ঞনি।

"অহুগা স্বাধ্যায় যজ্ঞনা করি ? মহুনা মুক্তি নপ্পগা মোক্ষদা নওবু লমজিংবা ধর্ম্মগী লাইরিকশিংবু নোল্লুকপা অমসুং অচেংপা ভক্তিগা লোয়নননা নৈনববু তাকই। নৈনবা অসিনা ধর্ম্মগী লাইরিকশিংবু পুন্না থম্মীরম্বা ঋষিশিংদা লমনশিংবগী পাম্বৈনি। মথঙগী অমহুনা জ্ঞান-যজ্ঞনি। মসিনা ভাকপদি উবঙম্বশিং অমসুং খঙঙম্বশিংগী জ্ঞান অহুবু নত্তে, উঙম-দবশিং অমসুং খঙঙমদবশিংগী জ্ঞান অহুবুনি ( অপরোক্ষ-জ্ঞান হায়বহু নত্তবা, পরোক্ষ-জ্ঞান হায়বহুনি )। জ্ঞানসিগা মরী লৈনবা শাস্ত্রশিংগী রাবু মুন্না তাউ, মখোয়বু নৈনৌ অহুগা নপুক্নীংদা পাউতাক অহু, অক্ষ-ক্ত থল ওন্দুনা, মুন্না রাখল তৌ — মসিবু জ্ঞান-যজ্ঞ কৌই। আত্মা-জ্ঞান লৈরবা মখোয়শিং অমসুং লাইনীংহলশিংগী মকমদগী হুঙজ খোংচ তৌহুনা

আত্মতত্ত্ববু ( আত্মাগী মুং-গী ওইবা মতৌবু ) খঙগে লাওতক্লরিবা অদুসু জ্ঞানবু খঙনৈ।

"অর্জুন ! নঙনা মসিগী কংন-উপায়গী মরমদা ইফমদা হংলকপা য়াই। মদুবু ফংনীংবনা লাওতক্লরবা মখোয়শিংদুনা লাইনীং-মশক-খঙলব-শিংগী নাক্তা চৎপা অদুগা মখোয়গী মথৌজাল ফংনবা হোৎনবা তাই অমসুং মখোয়গী পুক্লীংগী ফীভম অমসুং তৌথোরকপা মতৌশিং অদু নিংথিনা নৈনরগা তাকপীরক্লবা ( মতেং পীবিরক্লবা ) হায়জবগী তাক্তা অদু ওাইগদবনি। চিংনবশিং লৈবা হৌরক্লবদা, মখোয়না ঈংনা থৌনা ফনা মখোয়দা হায়জগদবনি। লাইরিক মপৈ-মপৈশিং পাক-নৈনরুবনা অমসুং পুংজা কয়া কয়া শাংবা ধর্ম্মগী বক্তৃতা পীবনা অদুগা নাপু: মানবা মচুদগী লৈসিনবা ফিজেৎ ( লগোই-ফি ) শেৎপনা মপুংফাবা-জ্ঞানী অমা ওইহনবা নত্তে। জ্ঞান হায়বা অসিদি অসুপ্পা ইবুংঙো মহাকপু ( ঈশ্বরবু ) খঙলবা অহল-লম্মণ,লাইগুরুশিংদগী অমসুং মখোয়গী মতেংখক্তদগী ফংজবা ওমগনি। নহাক্না মখোয়বু সেবা তৌবা তাই অদুগা মখোয়না মুংশিনহবা তাই। লাইরিকশিং নৈনরগা চিংনবশিং অদুবু মতৌ করম্না লোমহনবা ওমগদগে? মখোয়না পুক্লীংবু চমম্নহনগদব-খক্তনি।

"লাইরিকশিংনা ফনা ফজনা খঙহনবা ওমই; চপ চাবা প্রমাণ পীদুনা মখোয়না উংথোকপদি ওমদে। লাইনীং মশক খঙলবা মখোয়দুনতা চপ-চাবা প্রমাণ-পীদুনা খঙহনবা ওমগনি। মরম অদুনা মখোয়বু ফংনবা থিগদবনি অদুগা ভক্তি লৈনা সেবা তৌগদবনি। মদু তৌরগদা মমল য়াম্বা জ্ঞান অসি ফংবা ওমগনি। সমুদ্রগী ঈশিং কয়ানসু কনাগুম্বগী ( জ্ঞানগী ) থৌরাওবসি হম্বহনবা ওমদে; শাস্ত্র নৈনরুবা কয়ানসু চিংনবা অসি কোকহনবা ওমদে।

"অহুম্নীসু মথক্তা, জ্ঞানবু লাইনীং ওইজবিবা মীনা ভক্তি অমসুং শ্রদ্ধা লৈবতা নত্তনা মহাক ঈচমসু চমগদবনি অহুপা পুক্নীংস্ত্র শেংগদবনি। মহাক্কা থাওজদবা তৌরোইদবনি অমসুং গুরুবু থাগৌহল্লোইদবনি। হাথু-হাথুবনা থায়পাকপগী তাঞ্জাশিং মাঙহল্লি। গুরুনা তাকপীরিবথৈ ইন্দুনা ইত্তত্তনা ওৎবাইগদবনি অমসুং খওজিনগদবনি। নত্তনা তারকপা নত্রপা তম্মকপা পাউতাক্কী হীরম হেক্ক খুদিংমক, ওাইহাক-ওাইহাক্কী অপাম্বা মচিংনা থুহিম চপুনা সাধনা অহুবু অসুম্না হোংহল্লগা, জ্ঞানী খওওই ওইনীং-লকপদগী কাওবা, হৈপা-শাহুনা চাংয়েং তৌকরোই। অসুম্না তৌবনা, অ-জ্ঞানী পূমওই ওইরবা অমা ওইনা লোমহুনা তোকনি। কৈনো'বু, অ- জ্ঞানী অমা ওইনা লৈবনা করিগুম্বা হেন্না পায়ে; অহুনা অসিগুম্বা হৈপা-শাবা মীতাশিং অসি ওাওত্রং কৈত্রং লোমগল্লি। মরম অহুনা, কনাগুম্বনা য়াম্না চোকশিনবা তাই।

"মহাকী মরাথং ইন্দুনা অমসুং মহাকপু সুংশিন্না সেবা তৌহুনা নহাক্কা গুরুবু পেনহন্নবা অমসুং মহাক্কী মথৌজাল কংনবা লাক্কগনি। মহাকী য়াইফবা অমসুং সুংতাইবগী থাজা নত্তবা ঙৈত্তে পুন্নমক্কি থাদোকত্ত অহুপা মহাকী থৌজাল ফংগনৌ; অহুদগীদি, জ্ঞান হাপ্নবহু মহাক্কী ওইরে। মহুগী মহুত্তা, নহাক্কা নাপাল তৌহুনা অমসুং থাজবা থাভুনা গুরুনা হাঁয়বা ইহ্নবদি অহুপা মাগী মরাম্দা থিজুনা লৈরবদি, অচুম্বা মথক-পান্না উবা মতৌঙ্কু ফংলরোই; নহাক সুংতক-সুকজানবদা খওলাক-লাকদ্নরগনি।

"থনবীনা মচাবু উবা কাপ্পা মনাক্তা কৌশিনবত্তর, মতৌ অহুত্তা গুরুনা মাগী শিষ্যবু মকম দাংদা কৌশিনগনি অহুমা মতৌন্দা থৌজালগী থৌন্নাং ইনবিগনি। শিষ্য অহু লমচং-সনা ওইগদবনি; অহুদগীদি, শীং-নানবা কোহিলং কাপবা য়োং মচেং অমবু লোংচাবীনা হেকমক চিংশি-নবিগদবত্তরা, মহাক্কা উনবী থিজুবা থৌজাল অহু ফংবনি।

"গুরুহন্না চেঙ্গিবা মতিক মগুণ শিষ্যনা অচুম্বা খঙনবা থিজিন-হুমজিনবা ওম্মী ; থাঙ্গেৎলেংনমক, মহাক্না থিজিন-হুমজিনকন থোকই। মরমদি মহাক্না ( মতিক চাবা ) গুরু অমা হায়বহু দরকার ওই। অর্জুন ! ঐনা গুরু অমনা চেনগদবা থোইদোকপা মগুণশিং অহু রাহেনা থারককে। মহাক লাইরিকথকী জ্ঞানা নত্তনা হাকথেংনবা থৌদোক্কগী কংলকপা লৌশিংহু শোয়দনা চেনগদবনি। মহাক অহুগী মপুক্লীং-রাখল থাঙ্গেৎলেংনা অচুম্বা ওইবা মশক্তা য়ুম্ফম ওইগনি, হায়বদি, ব্রহ্মনিষ্ঠদা লৈগনি। চুমগী শাস্ত্রজ্ঞান থক্তনা মুক্তি ফংহনবা মতিক-মপা ওইদে ; মংনা ওম্মবদা ভুক্তি (জীবীকা ) তানবদদি তেঙবাংবা ওম্মি। কৈনো অহুবুদি, অনুভবজ্ঞানমক্না, শাস্ত্রজ্ঞান মরীক অমত্তা য়াওদনা, মুক্তি ফংখিবা কনা-কনাগুম্বা থর লৈ। অহুবু অসিগুম্বা মীশকশিং অসিনা চিংনবনা চাহৎলবা সেবকশিংবু কনবিবা ওয়োই ; মখোয়না মখোয়গী ( সেবকশিংগী ) খুদোংথীবশিংহু খঙবা ওমদে অহুগা মখোয়গী অরাবা উরগা রাবিবসু ওমদে।

"মমিংত্তদা গুরু ওইবা মীশকশিং মশীঙ লাক্ষ লাক্ষ লৈ। গেরুয়া শেৎপা মখোয় পুমমক্কো হৌজিক্তি 'গুরুশিং' ওইরে ; গঙ্গা থকপা মখোয়শিংহু কাওবা 'গুরুশিং' ওইরে ; ধর্মগী বক্তৃতা পীবদা হৈনরবা মখোয় পুমমক 'গুরুশিং' ওইরেনে ! লৈরাক থুংনা চৎপনা অমসুং মরৈ-য়েৎপা ওম্বনা, কনা অমত্তনা গুরু হায়বা মিংথোল অসি লৌরা ওয়োই। হকথেংনন্না খঙলক-উরকপা থোদোক্কগী মহাক্না শিষ্য অহুবু শাস্ত্রনা থাবা সাধনাগী লীক্রম অহুদা থাজংপীবা অমসুং থম্বীরা ওম্বগী শক্তি চেনগদবনি। মতৈ য়েৎপদা হৈশিংবুগী কামবা, করিনো ? মহাক্না হায়বা অমসুং তৌবা হেক মথৈ শাস্ত্রনা য়াবা ওইগদবনি ! লাইরিকশিংদগী পুক্লীংদা লৌশিল-কপা হীরমশিংবু ঈশিং উতোংদগী ঈশিং ক্রি ক্রি লাওনা কামথোকপগুম অভাবশিংবু থোয়রাক্কবগী ঈপোন মথং মথং হোৎনবা শাংলকা ভাবশিং

গীবনা গুরু অমা ওইহনবা য়াদে । মখোয়না বক্তৃতা গীবদা অখোবশিং ওইবা য়াই ; অদুবু মখোয়দি সাধনাদা অমসুং লাইনীংকোনগী হায়রম-খওদবা অথুপ্পদদি শুপাশিংনি। মখোয়না স্কুল ওজাশিং ওইবা ওমই, অদুবু মখোয়না ভক্তি গীবদি ওয়োই নত্রগা অরান খুভমগী লম্বী অদু তাকপা ওয়োই। অসিগুম্বা 'গুরুশিং' অসিনা অদুগুম্বা থাক অদুতমক ফংই অদুগা মখোয়দা খল্লিবা শিষ্যশিং অদুসু মদুমক ফংই। মখোয়দি মখোয়না ভাঙথোররকপা মচাকশিংদু য়াওবা লাইরিকশিং অদুগী মমলদুতা লৈ। চোংকশিনবা য়াংপা সাধক ময়াম্বু অসিগুম্বা মখোয় মন্তায়রে হায়না উচ্চরিবা গুরুশিংসিগী বাহৈগী মিত্রং অমসুং রাঙাঙগী শাক্তেল ময়াম্বা গুম্বী। মখোয়বু পাণ্ডিতশিং হায়না কৌবা য়াই ; মখোয়না বক্তৃতাশিং গীবা য়াই ; অদুবু, মসিখক্তনা মরম ওইদুনা, জ্ঞানগী থর ফংহল্লি হায়না মখোয়বু লৌবা য়ারোই। মদুদি তাইবং অসুপ্পবু খওলবা অবতারশিং, দেবাংশসম্ভূত অমসুং তত্ত্ববিদশিং খক্তনা তৌবা ঙম্মি। ( মীওইবগী শক্তম লৌদুনা লাকপা মপু, লাইগী গুণশিং অমসুং মসোং-মঙাংলশিংবু উৎপা মীওইশিং, অদুগা লাইনীংগী খ্বাইদগী য়াংবা অকবা অদু ফংপ্রবা অমসুং অখোইবা মুংঙাইববু ( আনন্দবু ) মহাউ তংপ্রবা জ্ঞানীশিংদনা মদু তৌবা ঙম্মি ) । অদু-অদাগী হাকথেংনবা লৌশিংগী শক্তক অমা ফংগে হায়না দাবী তৌবগী কায়বা লৈতে। লৌশিং ওইহৌরিবা থৌদোক্তু মপুংফাবা অদুগা মদুমকসু মপুংফাবা শোয়দনা ওইগদবনি । মচেৎ অমত্তং খওবা মখোয়দুনা নওবু করিগুম্বা অরাংবা মরেপ অমফাওবদদি পুখংকনি অদুগা মকম অদুদা নওবু থাদোকনি, খাওতপ্তা, কোয়ো অমসুং মালেম অনীগী মরক্তা লৈবা 'ত্রিশঙ্কু' গুম্বা ।"

গুরু অদুনা মহাকী লমজিং মীথিনবা হায়জরিবা মীশক অদুগী লীচং-শাক্তং অমসুং মগুণশিং নৈনগদবনি ; মহাকী লন-থুম, সমাজগী অমসুং

শিষ্যশিংনা মথোয়বু থাদোকুনা। চৎথিবহু গুরুশিংনা কি অহুগা মরম অহুনা 'মথোয়না শিষ্যশিংগী অপাম্বুশিং অমসুং থোয়দাবশিংদা মচীজাক হুনবা তাই। শিষ্যশিংহুনা গুরুপুত্রশিং ওইরবনি, আশ্রমবাসীশিং, সাধকশিং-নচিংবা ওইরবনি হায়না। মশাশিংবু হায়রজে, তৌইগুম্বসুং মথোয়গী পূন্নীদি আশ্রমগী মতৌথা, সাধনা নত্রগা সাধুগী গুণশিংগা শায়দে। মথোয়না গুরুদা অহানবা খীজমগী তৌথিমল খঙবা কাওবা উত্তে। মথোয়না কৃষ্ণার্পণমগুম্বা থোল্লাউ কয়া লাউই তৌইগুম্বসুং মথোয়গী থবকশিংনদি দেহার্পণমথক্তবু উৎলিবে। (হুকচাঙদা কৎপা, ঈশ্বরদা নত্তবা)।

অসিনসু নত্তনা, শিষ্যশিংনা সর্তশিং থম্লিনে! মথোয়গী পোত্থাবগী, কোম্না-ৱাদনা হিংবগী অমসুং মুংঙাইবগী অপাম্বা অহু গুরুহুনা ইকাই-খুম্নবিবা তাই। সাধনা অমা অমা তৌ হায়না তকসিন্দনা, নত্রগা অমাঙবা নত্রগা থরায়-ৱাবা অমা অমা থোকহন্দনা শিষ্যবু মুংঙাইহনবহু গুরু অহুনা শোয়হল্লোইদবনি। মোক্ষ ৱা মথোয়গী মতম্বাক্তা উইহে অমগুম হেকমক তাহল্লকদবনি। গুরু অহুনা পুন্নীগী অহকপা লমচৎ-শাজৎ নত্রগা নিয়ম অমত্তা ইল্লু হায়করোই। গুরুহুনা শিষ্যহুগী অনীংবশিং পুন্নমক ব্যবহার তৌগদবনি। মাগী অপাম্বহুগী মায়োক্তা গুরুহুনা চৎলবদি, গুরুহুবু থীন্দনমক হুন্দোকপী অমসুং নিন্দা তৌবী।

---

## তাঙ্কক ১১

অসিগুম্বা কেথোক্লবা মুংঙাই-পাম্বা মীশিংসিনা করম্না যোক্ক ফংবা ঙমগনি ? গুরু অমনা অসিগুম্বা শিষ্যশিং ফংবা ঙমগ্রগা, কর্রিগীদমক্তা মহাক্না মহাক্কী লাইরকপু অম্বাবগী মশক ওইরনি হায়না কোঙদোক্কদৌরিবনো ? অসিগুম্বা শিষ্যশিং অসি মখোয়রোমদা চিংসনবা ঙমজ্রবা মতমদা তেংথাবা গুরুশিং লৈরিবসি ঙকই ! কানি চাবশিং, গঞ্জা থকপশিংদি গুরুশিং ওইবদা মতিক চাদে। মখোয়দি নমথাক তৌবা মীশিংনি। মখোয়গী হিংননবগীদমক্তা দরকার ওইবশিং তানবদা মখোয়গী শক্তি পুম্নমক শীজন্নরিবা মখোয়শিং অদুনা মতৌ করম্না গুরুশিং ওইবা ঙমগদৌরিবনো ? ইন্দ্রিয় মুংঙাইবদমক থিবা, অপাম্বশিংবু ফংনবা হোৎনরিবা মখোয়শিং অদুনা মতৌ করম্না শিষ্যশিং ওইবা ঙমগদৌরিবনো ? মখোয়শিংসি ধন-গুরুশিংনি, মখোয়দুনা মদ-( চাউথোকপা ) সেবকশিংনি। অসিগুম্বা মীওইশিংবু গুরুশিং অমস্তুং শিষ্যশিং ওইনা লৌবা হায়বা অসি শেংলবা মিংথোলশিং অদুবু মিংচৎ-থীবগী উফুল্লক্তা সোরো সোরো চিংবনি।

অদু ওইরবদি, অশেংবা গুরু হায়বা অদু কনানো ? মোহ নজ্রগা পঙ-থাজববু (শেরাম্নমা থাজববু) মাঙহনবগী লম্বী তাকপীবা মহাক অদুনি। অদুগা অশেংবা শিষ্য নজ্রগা সেবক হায়বদুনা কনানো ? মপানলোমদা লাকঙম-ফাঙমদনা চথোক্লিবা পুক্নীংবু লাকশিন্নবা অমস্তুং জয় তৌনবা হোৎনরিবা মহাক অদুনি। লৌকিক মতমগী গুরুশিংনা মমাঙগী মুখিস্তা অহিং অথেঙবা ফাওবদা হোৎনদুনা মকোক্তা চিন-না হাপ্তিনখিবশিংদু নিতিগী রাঙাঙ-ফম্বাক্তগী লাওই।* মখোয়গী তৌথোরকপশিং অদুদি

য়োংলুরবা চীঙ্গাকপু অমুক ওখোয়কপগুপ্পনি, অহুগা অতৈ অহেনবা কয়িস্থ-মুক নত্তে। মখোয়না তেনবাশিংগুম চীনফা পুরকপশিংঙু ওপোক্তুনা ভাগুই।' অগুাংশিংনক্কাওবা মিহৌবা অমসুং অশাউবা হায়বশিংসি থুহুম-চনবা ভাই হায়বসি খগুই; অহুবু অসিগুম্বা মীওইশিং অসিদদি, মিহৌবা অমসুং অশাউবা, কল্লকপা অমসুং য়েংথীবা, অপাম্বা অমসুং নাপ্লনা, মখোয়না ভাগুখোয়কপা য়াহৈ খজিক-খজিক খুদিগুদা, মখোয়না তৌ-খোয়কপা থবক খজিক-খজিক খুদিগুদা, মখোয়গী ভুত মকোন ওইরবা মকোকশিংহুদা ফন ফন চোংথোয়কই। গুরুনি হায়জশারিবা মখোয়-শিংহুনা মখোয় মশা মশানা অসিগুম্বা হৌনশাগী হৈনজবশিং অসিবু থুহুম চল্লবদি, মখোয়বু খল্লিবা মরায়বক থীরবা শিষ্যশিংহুনা করম্না মহৈঃ য়ানবা ওমগনি ?

গুরু অহুনা হায়নীংঙাই লৈতনা মশাগী ওইজবা থাদোক্লবদি, মশাগী ওইজবা য়াওদবা সর্বজন-সমানগী মীনুংশিনা মশাবু পীক থলহল্লবদি, সত্যবু হিংহয়বা থিরবদি, মী পুম্নমকীদমক্তা অয়াবা য়াওদবা পুন্সীশিং শোয়দনা ফংহম্লবা লাক্কহুনা পাঙ্গল হাপ্না য়াথলশিংগা লোয়ননা মহাক্কী আত্মাহু পান কাওনা ভাল্লবদি, অফবা অমসুং অচুম্বা পুন্সী লেল্লবদি, অতোপ্পশিংগী মকমদা সম্মার্গ অমসুং সদ-গুণ উৎনবগী তাঙ্গাখত্তনা পেঞ্জরবদি—অহুদগী শিষ্য খজিকখক্তুংগাদি মহাক্কী অকোয়বদা তিল্লবা য়াই। মখোয়না মহাক্কী মিংচং থীহনগদবা মরালশিং মাগী মথক্তা খোক্তুৎপীগনি অমুগা মহাক্কী পুকচেল-শেংবা মতৌ অমসুং ক্তশেং-তশেংবা মতৌহুদা চিংনবা লংশিনবিয়গনিনে। অহুবু গুরু অহুনা পুক্লীং-ঈংবগী ঈংবা অহুম ঈংহুনা লৈগনি, মরমদি মহাক্তি করিগু অমাগুবা কংদে। অমাগুবা অহুদি চাক্টিরবা খুজদাংচাবা অহুবু নাম্থোকহনখিবা শিষ্য লোইনমক্কীমি।

মাকম অমগা থরকৌ। কনাগুম্বা মী অমা হায়রবনি ইকচাও অহুনি হায়না সেন্নারবা রাখলসি হেক লংখোক্ত্রিমখৈদি; ঈখয়বু মথক থৎবা ওগ্রোই; লায়েনদখৈ কনাগুম্বনা কোয়কয়বকচ্চ, গুরু মখীঙ কমায়নো হেক মখৈ থ্বাইদগী ককনি হায়না থিরুবকম্ অমসুং লেবা ভৌরুবকহ্ । সেন্নারবা রাখমহুন্দা নপসিন্নুনা লৈহ্, অহুপা ধ্যান পূম্নরকা, জপ পূম্নমকা, অমনা ঈক-লাইশেং ভৌরুবা পূণ্যগী তির্থ পূম্নমকী ঈশেং পূম্বনা, মতীনমক মায়লাকপা কংদবা ওগ্রোইনে। মহাকী হোৎনবা পূম্নক মকুৎ-মকুৎ হোনা চুক্তবা পাত্র ( পোলাং ) অমনা ঈশিংকে লাক্নবত্তম কায়রোই ।

মখোয় মখোয়গী মথৌশিং নিংথিনা পাঙথোক্লিব' মুম-পূর্ণশিংবুনা অসিগুম্বা সাধুশিং অসিদগীদি অচুম অহুম-ওইনমক হেন্না পায়ে; মখোয়না মখোয়গী আশ্রম-ধর্ম ইন্না চংলি অমসুং লেন্না লৈতনা তাইবং মপুমু নিংশিংহুনা অচুম্বা লম্বীদা মখোও থাই অহুপা মরম অহুদগী মুমুশিং অসিনা পম্থ্ংকম অহুবু কমনা থওই। লৌকিক মতমগী গুরুশিং অমসুং শিষ্যশিংগী মওঙ-মতৌ অসি থরুবা তায়রদি, লাইরিককশিং ( ওইনা কয়ামুক ) ইথোকপা ওরলনি; অহুবু মহুনা, মায়া মক ওইদবা থম-নৈনবদীদমক, মমল মাম্বা মতমবু শীজমবা ওইগনি। অহুনা ঐখোয় ঐখোয়গী মরুওইবা নৈনপদবা হীরম অতুনা হক্তিরসি।

মরমদি, লৌকিকী "গুরু" অমসুং "শিষ্য"গী মরীনা পুরিবা অচম্বা মাপু অহুমক্তা কৃষ্ণ-অর্জুনগী লৈনবা গুরু-শিষ্যগী লীপুনবু ওইনা লৌ-রুথক অশেঙবা পৌৎপু যাংথোকপা মথক ওইগনি। মখোয়দি তোমথিন্নি, চাংলমীংঙাই লৈতবনি, অথোইবা পুঙবানি, অতোপ্পা কনানা য়ৌ-ঙমদে। মখোয়বু লেবকশিং অমসুং গুরুশিং পূম্বনা কিলম্নকমতঙা লৌসদবনি। অর্জুন-না লোমুক্না খুরুমজরগী অহুপা গুরুনা তাক্লিবা লমচংকী নিয়ম-শিংহ্ থম্মোয় শেংনা পাঙথোক্লগী। অর্জুননা কাউমলেনা মথেক

ওইখিবময়থৈ কৃষ্ণনা য়োকথংখি ; মহাক্না অর্জ্জুনগী মিংচং, আত্মা-আনন্দ অমসুং ধর্ম্মবু তশেংনা চাওখংহনগদবদা মতেঙ পাংগদবময়থৈগীদমক মপুং-ফাবা রাথল তৌবিখি। মহাক্কী থরায়-নিংসামকুম ইবুংঙো মহাক্না অর্জ্জুনবু যন-শেনবগুম শেনবীরম্মী অমসুং খুদোংথীবদগী ঙাকথোকপীরম্মী। ভগবাননা মহাক্কীদমক ওইখিবা গুরুগী মথল অদু মহুনা ওইখি।

কৃষ্ণনা পরমাত্মানি, অর্জ্জুন-না জীবাত্মানি ; কৃষ্ণনা পুরুষোত্তমনি, অর্জ্জুন-না নরোত্তমনি। মখোয়না ক্ষিদয়কম ওইবা গুরু-শিষ্য ওইরিবদুগী মরম অদুনি। অতোপ্পশিংদি মমিংতদা গুরু-শিষ্য ওইজবনি। মশাগী ওইজবনা চিংসবা অমসুং শক্তিনা ঙাওরবা গুরুশিংনা থোরেমশিংদা মখোয়গী পূজীশিংগী মতমবু মাঙত মাঙহল্লি। কৃষ্ণদি প্রেমগী মহাসাগর অমনি ; মহাক্না অর্জ্জুনবু কনাগুম্বা অমনা মিং নত্রগা থম্মোয় শেন্নবগুম, শেন্নবী রম্মী। মহাক্না পাপ-চেন্দবা মহৌ অদু তম্বীরম্মী অদুগা পাপ-চেন্দবা মওঙ-মতৌদা হোংহল্লম্মী ; মহাক্না মুংশিরম্মী অদুগা মহাকপুসু চাংদমনীংঙাই লৈতময়থৈ মুংশিরম্মী। মহুনা গুরুত্বু তশেংবা গুরু অমা ওইহল্লম্মী। অদুগা অর্জ্জুনদিনা ? মহাকসু ঈচম-চম্বা মী অমা নত্তে। মহাক্কী ত্যাগ য়োবা ঙম্মোই। লুর-লুরবা রাফম খুদিঙ-খুদিঙদা, কৃষ্ণগী ময়াথংদা অমসুং মরাহৈদা মহাক পুন্দুনা লৈ ; খুদোংথীবা পূন্নমজগী মাবু ঙাকপীনবা তাইবং মপুবু খুংজু-খুংলাই চঙদবা ফুরিং ওইনহুনা, মহাক্না মহুগী পীবুরুংহুদা লৈবা হকচাঙ্গ্মক ওইনহুনা, মহাক্না য়োকথংকদবা, কনহলগদবা অমসুং শেন্নগদবা করিগুম্বা পোৎশক অমা ওইনহুনা, মহাক্না ভগবানগা থাজনবা মরূপ ওইবা মতৌহুবু ক্ষিজেৎনরম্মী ; য়াম্না অকনবা শক্তি অমা ওইরবসু, দরকার ওইবা মতমদা মহুবু করিগুম্বা ওইহন্দনবা মহাক্না থৌরাঙ তৌহুনা লৈরম্মী। মসিনি নত্তৌ করম্না গুরু অমসুং শিষ্য পুল্লপ-পুনসিন্নগদগে ছায়বদো।

প্রেমগী শকওঙ লৌস্নিবা তাইবং মপুনা শিবগী মপুক অশেঙবা মতৌ অদু থওখি অমসুং মহাকী থওজ-হৈজরকপশিং অদুবু চাউস্নাকপা হিসাব অমা তৌবিখি অদুগা মহুগী মতুঙদা আত্মা-জ্ঞানগী কান্নবশিং অমসুং মতিক-মঙালশিং মঙোন্দা শন্দোক্লা হায়রম্মী। "কুন্তীগী মচানিপা," ভগবান-না হায়রম্মী, "জ্ঞানগী মতেঙনা, নহাক্না নশামক্তা অমসুং ঐঙোন্দা পোক্‌ পুম্নমক উবা ঙমগনি; অদুদগীদি তাইবংগী অফ-ফত্তে নাইবা অমসুং মঙুনা মরম ওইরকপা অগ্নানববু অচুম্বনি হায়না লৌবদু হায়গংলক্লিবা অজ্ঞানবগী (মুমিংকী) মমাঙদা অমম্বনা তাকথিবগুম লৈগ্ররোই।

"অর্জুন, ঐনা নঙগী মাঙলমচং অমসুং নঙগী মপোক্তুগী মরমশিং নিংথিনা খঙই। নহাকীসি ঈচম-চম্বা মপোক নত্তে, নহাক্তী ঈশ্বরগী ওইবা মহৈ-মশিং অমসুং সম্পাত্তি লোয়ননা পোকপনি। ঐ খক্তনা মদু খঙই, কনা অমত্তনা খঙদে। মদু খঙদবনা নহাক্না নণামকপু মরী-মতা অমসুং মরূপ-মপাংশিং, গুরু-শিং অমসুং অহল-লম্মনশিং হাংপা পাপ-চেনবা মী অমগুম নিন্দা তৌজরি।

"নহাক্না পাপ লঙজপ্রফাওবদা, পাপ লঙজরবশিংসিবু খুদোংথীবা কীতমদগী কন্দবরনে? অগ্নানবা তৌখিবগী নীংঙমদবা অদুনা পাপপু অশেঙবা ওলহমবদা মতিক চাই। নীংঙমদবা ফোংদোকপা অদুবু তাইবং মপুনা থৌজাল হৈনা লৌই অদুগা ইবুংঙো মহাকী থৌজালশিং হৈথবি। লৌশিংনা ভাম্হোরকপা মীংকুপ অদু ফাওবা পাপকী থবক্তা থৌ-চিন্দুনেতা লৈখিবা রত্নাকরনা, মহাক্না অগ্নানবা তৌখিবশিংগী নীংঙমদবা ফোঙ-দোকপগী মপান্না, ঋষি অমা ওইখি। মহাক বাল্মিকি হায়বা মুনি অদু ওইখি? কনুনে? মহাক্কী বাল্মিদি নীংঙম্মক্তনা কান্নবগী প্রমাণনি। নহাক্না হংবা য়াই, কনাগুম্বা অমনা পাপকী ফলশিংদগী নাহোক্নবদি মহুনা চপ-চানা ওক্লত্রা? পুণ্যগী মহৈংশিংবুসু থাদোকলোইদ্রা? করিগীনো,

কনাগুম্বা অমনা পুণ্যগী অক-মহৈঃশিংবু থাদোকে হায়বগী নীং-তম্বহ্ লৈ, মহাক্না পাপকী কত্ত-মহৈঃশিং অহ্ থাদোক্কে হায়বগী চপ-মান্নবা নীং-তম্বহ্ লৈত্রগনু। উমংগী লাউ-খোংহূনা চাকপা মৈনা মমাঙদা লৈবা পোং খুদিঙমক উং ওইনা তুমহল্লি; অদুম হায়না জ্ঞানগী চাংথেকওম্বা খোম্না-চাকপা মৈজাউনম্ন পাপ পুন্নমক অমসুং পুণ্য পুন্নমক য়োংশিনগনি অদুগা তুমহন-মাঙহনগনি।

শেংলবা আধ্যাত্মীক জ্ঞান অসি ফংবা হায়বসিদা পোংশক অমা মরু ওইনা চঙই—শাস্ত্রশিং অমসুং গুরুশিংগী মফমদা অদুগা জ্ঞান তানসি-নবদা থম্বা অচেৎপা পরৈ, শ্রদ্ধা হায়বদো থাজবদগী পোকপা পুক্নীং-চঙবা হায়বহ্ য়াওদনা, থবক অমত্তা ফনা পীকচরবম্ন মীওইবনা পাঙ-থোকপা ঙমদে। মরম অদুনা, জ্ঞান তান্নবগীদমক্তা মহ্ কন্নাদা মরু ওইগ্রবনো হায়বহ্ নহাক নপামক্না থঙজবা ঙম্নগনি। শ্রদ্ধা হায়বসি ওন্নমক্না মিহৌনরিবা লল ওইবা সম, দম, উপরতি, তিতিক্ষা অমসুং সমাধান হায়বশিংসিবু থমজিন্নবা চাংদম্নিংঙাই লৈতবা তাবুনি (পোং-চৈ থন্নবা উপুনি)।

"শ্রদ্ধা হায়বসিনা অহানবা খোঙকাপ থকুনি। ঐনা নঙোন্দা পীরিবা পাউক্তাকশিং অহ্ চুরুপ-চুরুপ চুপসিনগে হায়না য়াম্না কন্না লাঙত-ক্নরমগনি। মসি য়াম্না দরকারনি। মসিগা লোয়ননা, নহাক্না মীৎকুপ-নাহুমসু শেনগদবনি; অতনবদা নঙক নোনগনু। অমুক হন্না, করোইদরা নত্রগা থৌগৎনীংঙাই ওইরোইদবা সঙ্গদা নহাক তাখিবা য়াই। অসিগুম্বা সঙ্গগী কত্তবা ঈথিলদগী নাম্থোক্নবা অমসুং মহুদগী পুংলৈ-লৈথোক্নপা ওন্নবা নপুক্নীং কললহন্নবা, ইন্দ্রিয়শিংবু মপুংফানা খুহ্নম চনবা দরকার ওই।

"নঙোন্দা চিংনবা চঙহনগনু (লৈহনগনু)। থাজবা নত্রগা পুক্নীং-মরা-চেৎপা রাৎপা হায়বসি চিংনবগী মহুমুক মাঙ-তাকনীংঙাই ওইদে।

মহুনা থবক তৌরকপা অমস্থং মহুগী মতুঙ তাবা ফলশিংদা মহু টিঃ বিঃ গী (বক্তারগী) মহীকুমই। মহুদি অ-জ্ঞান্দা পোকই অতুগা মহুনা মীগী থম্মোয়গী মমুঙদা থম্মোয় লাইয়ুম তাম্না ফাওজিল্লকই অমস্থং মকম অহুদা মচা পোকই। মহু অচৌবা অরাবগী মমা-মপাহুনি।

"মরম অতুনা মতুগী হিংচাবা অদু মশাবু থঙজবগী নত্রগা আত্মা-জ্ঞানগী থাংশাংনা ককথতুনা মাঙহল্লো। হৌগংলো (নপুক্লীং হৃজ্ঞানরম্ম), অর্জ্জুন! থৌগী লীপুনগুম্না থবক-ইনথাঙ তৌদুনা লৈয়ু, ঐগী রাহৈশিংসি মপূংফানা থাজ্জৌ. মহুদগী মহৈঃ ফংগনি হায়বা রাথল য়াঙদনা ঐনা নঙোন্দা তৌ হায়বহু তৌ। নিষকাম-কর্ম্ম তৌরিবা মীশক অমা ওইয়ু। মহুগী থাদোকপগী থবক অহুনা, নহাক জ্ঞান-দা তঙ-তানা লৈবা ফংবা ঙমগনি; নহাক্না অহোংবা নাইবদগী, পোকপা অমস্থং শিবদগী নাম্থোরকপা হায়বহু ফংগনি।

"নহাক থবক তৌরিবা মীহুনি অমস্থং কান্নবা ফংলিবা মীহুনি হায়বা রাথল অহু থাদোকউ। মসিদি নহাক্না থবক অমস্থং থবক্কী মহৈ: বু ঈশ্বরদা কথোক্লগা তৌবা ঙমগনি। মত্তদগীদি পাপ অমস্তনা নহাকপু শোকপা ঙম্মোই. মরমদি নহাক থবক তৌরিবা মীশক্তু নত্রে অতুগা থবক অহুনা তঙাইকদনা অশেঙবা ওইরে। লৈয়েংদা থাংবা তিল্লাংগুম, মীংম্লংদা হাপ্লা মহীক-মতাং-শিনবা হীদাক মহীগুম, ঈমাইথক্তা তাওরিবা থম্নাগুম্না থবক্তী নঙগা লোয়নহুনা (সম্নহুনা) লৈ, অহুবু মহু নঙগীদি নত্তে। নহাক্না তৌরুবা, নত্রগা তাবা নত্রগা উরুবা মথৌদা নহাকপু শোকহন্দনা, [illegible] শম্নহন্দনা, তারুবা নত্রগা উরুবগী দোষ লৈহন্দনা নহাক্না লৈর-গনি। মপানগী সংসারদগী লাকপা মুংঙাইবনা অরাবগী থোজালশিং হাংদোকই; মহুদি য়াংনা চেল্লি, অহুবু নহাক্কী অরেম্বনি, খ্বাইদগী হেন্না

মুংঙাইবা আনন্দ হায়বদুগী হৌরকফম অদুমক্তি, পূম্নমক অসিগী মথক্তা অমসুং রাংমদা, আত্মা স্বরূপ অদুমক্তি। মদুনা নহাক্কী তশেংবা নহৌশানি। থবক-থৌরমশিং হায়না কৌনরিবা থবক-ইনথাঙশিংসিগা অমসুং নহাক্না তশেংবা ওইনা হৌজিক লাম্না লৌরিবা থবক্কী ফলশিংসিগা নহাক্না মরী লৈনদে। নহাক থবক অতৌবা মীশক নত্তে, নহাক্তী সাক্ষী, অউবা মী ওইবথক্তনি। নহাক্কী চমম্নবা পূম্নমক অদু থবক তৌরিবা মীসি নহাক্তি হায়বা সেরাম্নবা রাখলদুদগী পোক্লকই, নহাক্কী নাপলদগী অমসুং "ঐগী" হায়বা রাখল অদুদগী পোক্লকই। ব্রহ্ম থঙউ; তৌফম থোকপা থবক পূম্বা পায়থৎলু, ভৌইগুম্বসুং ফলশিং অদুদি থাদোকউ; থবক্কী মহৈ: থাদোকপনা থবক অদুমকপু থাদোকপদগী য়াম্না হৈন্না ফৈ। কর্ম্ম-যোগনা কর্ম্ম-সন্ন্যাসতগী য়াম্না হেন্না ফৈ।

"ফরে, অনীমকসিদগী হেন্না ফবদি ধ্যানযোগনি। করিনো হায়বদু ঐ হায়গে। ধ্যান-যোগদি কর্ম্ম-যোগনা শোগৎপা দরকার ওই অদুগা মরম অদুনা নঙোন্দা কর্ম্ম-যোগনা অহানবা ওইনা তম্বীখিবনি। কর্ম্মদা কন্না থৌ-চিন্না লৈনা-লৈনা থবক্কী মহৈ: শিং থাদোক্লিবা মখোয়শিং অদু ঐগী য়াম্না অচানবনি; মখোয় অদু অচুম্বা সন্ন্যাসিশিংনি, তশেংনা মহৈ: থাদোক্লবশিংনি। ধর্ম্মগী থৌরমশিংদা থাম্বী-মৈ ঈড়াত্রবা অমসুং চাবা, তুম্বা নত্তনা থবক-ইনথাঙ অপূম্ববু তোকথোক্লিবা অদুগা ইন্দ্রিয়শিংগী ওইবা মুংঙাইবশিংবু য়াম্না কন্না আশা তৌরিবা অমসুং কুম্ভকর্ণগী মরী-মতাপুম তন্না অমসুং মখোয়গী মতম অরেম্বদা মাঙহন্না লীচং-শাজং চৎলিবা মখোয়শিং অদুগীদমক্তা ঐহাক মুংশিবা অমত্তা লৈতে। ঐদি কতনশিংদগী লাম্না লৈ। অপাম্বশিংবু ফংগে তাম্নবদু থাদোক্তবা মী মহাক অদু সাধনাদা মহাক্না থৌ-চিনগে-মথৈ চিঞ্জরবসু যোগী অমা থক ওইরক-পা ঙম্লোই। ইন্দ্রিয়শিংগী লাংদা থুদনবা চোকশিঞ্জরিবা অমসুং মহাক্কী

থবকশিংগী কলশিংদা পকশিন্নরুদবা মহাকথক্তনা সর্ব-সঙ্গ-পরিত্যাগী ( মিহৌবা পূম্বা থাদোক্লবা মীশক ) অমা ওইরকপা ঙমই।

"ধ্যান যোগ হায়বা অসি নিষকাম-কর্ম্ম অসিদা হুক্কম ওইরবত্রদা ওইথোকই। পূক্নীংবু খুতুম চন্দ্রবদি অতুগা হায়ন-তিক্লবা য়াত্রবদি, মতুনা কনাগুম্বা অমনী খ্বাইদগী চাউরবা যেক্লবা ওইরকপা ঙমই। মরম অতুনা, ইন্দ্রিয়শিংবু নহাক্না খুতুম-চনবা ওম্নবা অচিকপা মকমদা লৈয়ু। খুঙ্জী য়াওদবা শগোল, পোপ্প ফাদবা অমসুং' মশা-ওন্দবা কাওরেল অতুগা ইন্দ্রিয়শিংবু খুতুম চন্দনা সাধক — মখোয়শিংসি ঈশিং তুঙদবা তুরেল অমগুম্বনি। অসিগুম্বা সাধক অদুদি অশীৎপা লম অমনি।

"মরম অতুনা হৌগৎলো, অর্জ্জুন ! ধ্যানযোগ শাম্নবো। যোগ অসি শাম্নরগা ইন্দ্রিয়শিংবু খুতুম চনগে অতুগা মতু পূক্নীং লৈতানা, নিয়ম-নাইনা অমসুং চাং-নাইনা, অকক্লবা মতমদা অমসুং অকক্লবা মফমদা, নীংগুক-নীংগুকপদা মখোয়বু ওন্থোক-ওনশিন তৌদনা ইল্লগে হায়না পূক্নীং লেপ্লো। যোগ অসিগীদমক্তদি চাং-নাইবা পথাপ অমদি দরকার লৈ। মসিবু চ্যোকসন্না ভাক্না চংলু। পূক্নীংগী অপাম-অপাম্বগী মতুঙইন্না হোংগন্নু ; মতুনা শাগীরবা ফলশিং থোকহল্লক্কনি। কা-হেন্না চাশিনবা অতুগা মতুবু তুমহল্লগা হকচাওদা চুশিনহনবগী থবক্তা চোকথববা মখোয়শিং অতুগী-দমক্তদি, চাং য়াম্না হন্থনা চাবা অতুগা চোকথবদগী অরাবা নংলবা মখোয়শিংগীদমক্তদি, তুম্মনবা নত্রগা তুম্মন্দবা মখোয়শিংগীদমক্তদি, "খুদোংচাবা"গী মতুঙইন্না ধ্যানদা পূক্নীং লূপ্না মখোয়গীদমক্তদি ( হায়বদি, মখোয়গী থবক অতৈ লৈতে হায়তুনা নোংমদা পুংজা কয়া ধ্যান তৌবা, অতুগা থবক য়াম্না লৈ হায়তুনা মথওগী তুমিত্তনা চীই-লাউনা মম্নিংতা ওইনা ধ্যান তৌবা মখোয়শিংগীদমক্তদি ), সুং-গী যেক্লবা তত্ত্বক্তা ( কাম, ক্রোধ অমসুং লেমহৌরিবশিংতুদা ) অপন-অয়াক পীদনা খুঙ্জী থারবা

মখোয়শিংগীদমক্তদি, মমা-মপাশিংদা, অদুগা থোইদোক-হেন্দোক্লা মমাগী মকমদা, মুহঙাইবা পীত্রবা মখোয়শিং অদুগীদমক্তদি — পূম্নমক অসিদগী হেন্না অমুক, ঈশ্বরগী মকমদা নত্রগা মখোয়না অপান্বা ওইনা খল্লবা, অদুগা মখোয়গী খম্মোয়মুঙদা অভিসেক তৌরবা গুরুচুদা চিংনবা খন্বা অমসুং ইথা-পাজবা লৈতবা মখোয়শিং অদুগীদমক্তদি— ধ্যানগী মহৈ : শুকয়াল য়াল্লোই।

"যোগদা হৈ-শিংবা মীশক অদুগী মপূক্কীং অদু খোঙখোঙ-হোদবা, মুংশিং-চঙদবা কা মনুঙদা থানবা থাওমৈগী হাই-হুমদবা চুমদ্রিং চুন্না কাবা লেঙদবা মৈরাগুমগদবনি। পূকচেল-লেপ্তবগী অকায়বা খজিক্তংদা খোরকপদা, পূক্কীংবু লাকথনবা অদুগা মদুবু কোয়চং-চংহন্দনবা নহাক্লা লাক্লগদবনি। নহাক পূম্নমক্তা লৈ হায়বা পুক্কীং য়াওন অদু অদুগা নঙ-ঙোন্দা পূম্নমক লৈদুনা অমতা ওই হায়বগী পুক্কীং-ঈহুল অদু চাউখংহল্লু। অদুদগীদি, নহাক যোগ-গী থবক পায়খৎপা ঙম্মগনি অমসুং যোগ পূম্নমক্কা মহৈঃ য়ানগনি। অদুদগীদি নহাক 'ঐ' অমসুং 'অতোপ্পশিং' হায়বগুম্বা নত্রগা 'আত্মা অমসুং পরমাত্মা' হায়বগুম্বা খেন্নবশিং পুম্নমক্কী ননীং-নখা তম্নে। অতোপ্পশিংগী মুংঙাইবা অমসুং অরাব অদু মতুঙদদি চপ-মান্নবা নহাকী ওইরক্লগনি। অহৃদগীদি অতোপ্পশিংবু কৈদৌমুংদসু মাঙনবা তৌবা ঙম্লোই ; অদুদগীদি মখোয়সিবু সর্বেশ্বরনি হায়বা খঙদুনা পূম্নমকপু য়াম্না নুংশিনা অমসুং ঈকাইখুম্নবা নীংবা ঙম্মক্কনি।" শ্রী কৃষ্ণনা ময়াংমদা লাউখোক্লম্মী মদুদি অচুম্বা উবা ঙম্বা মীৎয়েং অসি ফংপ্রবা মখোয়শিংদু থাঙ্গৈশেংনা খ্বাইমক্তগী মকোক-থোংবা যোগীনি হায়না।

মরক্তসিদা, অর্জ্জুনদি চিংনবনা কোয়শিনপ্রে অদুগা মহাক্লা জ্ঞান তাবা ঙম্নবা লায়হনবা অমসুং শন্দোকপা মওঙ খর পীবিনবা হায়জরম্মী, "কৃষ্ণ!

নহাক্না ইফমদা তাকপীরিবা পূন্নমকসি নাকোংদদি য়ান্না মুংঙাইরে ( তাবদা য়ান্না মুংঙাইরে )। অদুগা মহৈঃ য়ানগ্রবা মখোয়শিংদুগী মফমদদি মহু আনন্দগী পোকফম অমা শোয়দনমক্কী ওইরমগনি হায়না পূক্নীংদা ফজনা মমি তাই। তৌইগুম্বসুং মহুদি অমুক লু-থ্রে, মীয়াম্না লাম্বা ফংবা ওম্বগী ঙাংমদনি। পোৎ খুদিঙনকপু চপ-মান্নে ( সমত্বনি ) হায়না খঙগদৌরিবা যোগ অদুদি চেনফম-থোকপা মচাক-পুম্বা চেন্নবা সাধককীদমক ফাওবা অপনবা ওইবা খুরৌশিংনা পীক থল্লি; অদু ওইরবদি, অচম্বা লাইনীংলোই ওইবা ঐগুম্বা মীশিংগী মরমদদি ঐনা করি হায়বা তাবগে ? মহুবু ঐখোয়-গীদমক্তদি ওইথোকপা য়ারিব্রা ? কৃষ্ণ! পূক্নীংসিবু অমুক্কী মতিক লায় না খুতুম চনবা য়ানব্রা ? অরাবনি! পূক্নীংনা তৌরিবা অম্ন্না শামু অমনফাওবা চিংবা ঙমদে; মহুদি লমহেনবা হায়বহুদি মক্কা হুনফমনি; মহুগী হায়ন-তানা য়াদবা অমসুং মঙক-কনবা মতৌমুসু য়ান্না মপাঙ্গল কল্লি; মহুদি কিনীংঙাই ওইরবী চিনগনবী মুপীগী মশক্কি। মহুবু থক ফাবা ঙম্লোই; মফম অমদা সূকলেপ লেপ্লোই। মহুদি মুংশিংপু ফাবগুম্বনি নত্রগা ঈশিংনা লৈথোনবগুম্বনি— পূক্নীংবু ফাগে অমসুং ভেহনগে লাক্নবা হায়বসিদি। অসিগুম্বা পূক্নীং অমগা লোয়নহুনা কনাগুম্বা অমনা মতৌ করম যোগদা চঙবা ঙমগনি ? অমসু অমতুগুম্না লাক্নবা রানা উই— পূক্নীংবু খুতুম চনবগী অমসুং যোগবু অভ্যাস তৌবগী থবক ফাইবোকসি। কৃষ্ণ! নহাক্না ওইরোইদবা থবক অমবু পাউতাক পীরি, কনাগুম্বা মশক অমনা হেক্তা তৌ-ঙম্বগী ঙাংমদা।”

ঙাহৈশিংসিবু তাগা ভগবান-না মোমোন নোকথোরকলম্মী। “অর্জুন! নহাক্না পূক্নীংগী মশক নিংথিনা ফোংদোকখ্রে অমসুং মহুগী মতৌমু য়ান্না নিংথিনা খঙখ্রে। অদুবু মহু ওইথোক্তবা থবক অমদি নত্তে, থবক অংনা অরুবা ওইজরবসু, পূক্নীংবু খুতুম চনবদি ঙমই। নিয়ম নাইনা ঙমবা

হোৎনবনা ( অভ্যাস তৌবনা ) অমস্তুং ত্তিংখত্তন। থিজিন্ন-হুমজিনবনা ( বিচায়না ) অমস্তুং মিহৌরুদবনা ( বৈরাগ্যনা ) – পুক্ষীংবু খুত্থুম চনবা ঙমই। চাং-নাইনা, নে না তানা ঙম্নবা হোৎনবনা পাঙথোকপা ঙমদবা থবক অমত্তা নৈতে। ঈশ্বরদা থাজবা থম্মু অত্থুগা নহাক শক্তি নৈয়বনি অমস্তুং থোজাল ফংলবনি হায়বা শোয়দবী মতৌ অত্থুগা লৌয়ননা ঙম্নবা ঊম্নাইয়ু অত্থুগা থবক খুদিঙমক লায়রকই।

“ময়ম অত্থুনা, মপোক কয়ারক পোক্কনা শেংদোক্লবা মীওইশিং অত্থথক্কী ওইনা ফংফম থোকপা অরোইবা পল্লেপফম (পম্ব্) অত্থু অচেংপা পুক্ষীংগা লোয়নবা সাধনা অশিদা চত্তই-চত্তইবা মীশিংনা ফংগনি। মিংশিংউ, যোগ পাঙথোকপা মীশক অত্থুনা ধর্ম্মগী হৌন-চৎনবী কর্ম্মগী মপু ওইবা মীশক অত্থদগী হেল্লি, ময়ম অত্থুনা কয়া হোৎনরো, হে অর্জ্জুন! যোগী অমা ওইনবা, অরাংবা অমস্তুং লাইগী ওইবা ফীভম অত্থু ফংনবা। অত্থুবুঁ নহাক্না তৌগদব-সি মসিদা নত্তে! মসিফাওবদগী হেন্নমুক য়াংবা ফীভম অমা লৈরি। অতৈ অত্তোম্না মথৈগী মফমদদি নত্তনা, মহাকী পুক্ষীং-য়াথল অপূম্বা ঐভোন্দা লেঙদনা থম্নিবা মী মথৈ, ঐভোন্দতা থরায়-য়াওনা লাইনীং-পয়ে থম্নিবা মী মথৈ, মহাক অত্থু পূম্নমক্কগী মথক থোংই, মহাক মহা-যোগী অমনি।

“ধ্যান যোগ অমস্তুং জ্ঞান যোগ অনীমক হুংগী ওইবা চৈয়াক্লোন-শিংনি, মখোয়শিং অসি সাধনা অমস্তুং ভক্তিদা য়ুম্ফম ওই। অনীসি য়াওদনা, মখোয় অনীমক ফংবা ঙমদে; হোৎনরিবা অত্থুমক অরেম্বা ওই-গনি। মখোয়হু য়াওদবা সাধক অত্থুদি উগী লাই-কদিবীগুম থরায় পান্দে, পম্ব্ ফমস্থু থঙদে। য়ুম্ফম ওইনগদবা মচাক্তি ঈশ্বরগী মফমদা মত্রা লু না তাপ্রবা প্রেম হায়বসিনি। মসিদি নহাক্না কয়ম্না ফংবা ঙমগনি? ভগবানগী ভক্তিক-মগুণ, চীং-লেম্বা মতৌ, মওঙ অমস্তুং থোইদোকপা

খুদম-ইবুংঙো মহাক্কী স্বভাব অমসুং স্বরূপ খঙলকপনা। মতুন্নি লৌকিক মখোয়শিং অসিগী মরমদা নঙোন্দা তাক্লিবসে। সুং-গী ওইবা অথঙবগী লৌশিংনা মপুংফানবা মেনথংলবা শাস্ত্রগী লৌশিং অতুবু ঐনা মঙোন্দা মপুংফানা তাক্লি। নঙগীদমক্তদি অমুক হেন্না খঙননবা করি অমত্তা লৈক্তে হায়রসি খঙউ। আশা তৌজরিবা মীওই লিশিং লিশিংগী মতুঙদগী, মসিগী জ্ঞান অসি ফংনবা হোৎনবদি মীওই খরতনি। অদুগা মখোয়শিংসিগী মরক্তগী কনাগুম্বা মীওই অমথক্তগুম্বনা মহৈঃ য়ানবা ঙমই। হোৎনরুবা মী লোয়নমক পাম্বুং অদু য়োদে।

"অর্জুন, তাইবংপান অসিদা ঐঙোন্দগী হেন্না রাংবা করি অমত্তা লৈক্তে হায়রসি খঙউ। পূম্নমক অসি লৈশিংনা লংসুংদা লেংতুনা লৈবগুম ঐঙোন্দা লেংতুনা ( পুন্দুনা ) লৈবনি। পোৎলম মঙা, মন, বুদ্ধি অমসুং অহংকার—অসিগুম্বা প্রকৃতিগী মখল-মথেল নিপাল অসিনা স্থূল-সূক্ষ্ম প্রপঞ্চ, অপোবা হকচাঙ অমসুং অকূপ্পা হকচাঙ থায়না লৈশেম্বদা পুথোক্লে। মসিবু 'অ-পরা প্রকৃতি কৌই। মসিদগী তোঙানবা অতোপ্পা প্রকৃতি অমা লৈরি। মতুবু 'পরা-প্রকৃতি' হায়না খঙনৈ। মতুদি 'স্থূল'সু নত্তে, সূক্ষ্মসু নত্তে, মতুদি চৈতন্যনি, জীবীগী মহুতদা লৈবনি। জগৎ অসিমক মতুগী কোঙদোক্লিবা অনীংবনি।

"তাইবুং মপুনা অহানবদা অপোবা মরোল ( খুৎ শেমশিং ) অদু শেম্বী-শাবীরিখি, অদুগা মতুঙদা জীব ওইনা, ইবুংঙো মহাক্না মতুদা চঙখি অদুগা ইবুংঙো মহাক্কী চৈতন্যনা মতুবু চিৎ ওইহনখি। মসি বেদশিংদা ময়েক ল্যানা কোঙদোক্লি। নহাক্না অ-পরা প্রকৃতিবু পরমেশ্বরগী স্বভাব ওইনা, অদুগা পরা-প্রকৃতিবু ইবুংঙো মহাক্কী স্বরূপ ওইনা লৌগদবনি। স্বভাব অমসুং স্বরূপ অনীগী অর্থদু খন্দুনা লৈয়ু অদুগা অর্থদু মুত্না খঙউ।

মপু থুংওই ওইবা, মনীং তম্রহুনতা লৈবা, সর্ব্বতন্ত্র ওইবা 'চৈতন্যগী হীক্কোককহেনবা' ময়াথংনা অপোবা হকচাঙবু পুল্লি।

"জীবী" হায়বদি প্রাণবু মশাদা চিংসিল্লিবা অহুবু খঙনৈ, জীবীনা মহাক্কী হৈ-শিংবা অমসুং বুদ্ধিগী মপান্না প্রাণ-দা য়াম্নৈ (তাংই)। মহাক্কু পোৎ থুদিঙমক্তা ফাওজিনবা অমসুং পোৎ খুদিঙমকপু হিংহনবা 'অন্ত-র্যামী' নি। মরম অহুনা পরা-প্রকৃতিদি পরমাত্মা হেক মশামক্তুনি। চৈতন্য অহুমক য়াওনা শক্লোন উল্লক্লিবা অপুন্বসি অমতনি হায়না লৌগনি।

"জড়, চৈতন্য অনীসি খুংশেম পুন্বগীদমক্তা চঙফম-থোকপশিংনি। মখোয় প্রকৃতি, পুরুষকা চপ মান্নৈ। চৈতন্য শক্তি অসি 'ভোগ'কী রাখল্লোন পুবা মতমদা শক্তি অসিমক্কী স্বকর্ম্মদগী ওইরকপা তাইবং অহুবু কোঙদোকই। 'জড়' না দেহগী শক্লোন লৌই। অনীমকসি ঐগী প্রকৃতিনি। মখোয় অনীগী খুৎথাংদা পোকহল্লিবা, হিংহল্লিবা অমসুং থম্বা-নাইহল্লিবা ঈশ্বর হায়বহু ঐহাকমক্লি, নিংশিংউ। ঐ নত্তবা অতৈ পোৎচাক অমত্তা লৈতে; ঐ নত্তবা অওইবা অমত্তা লৈতে। ঐনা অহানবা মরমনি, অহানবা মচাক্লি। ঐদি অমতনি; ঐসে ময়াম ওইরগসু—মতৌ অসুম্না ময়াম ময়াম অমা ওইনা পাকথোক-শন্দোরকপা, হায়বদি সৃষ্টি হায়বসিদা ঐহাকমক্লা রাখল পোরেপ্লুরে। মতুগী পোরেপ অহুনা মায়া শক্তিবু শীজনৈ অমসুং থবক্তা ইন্সল্লি অতুগা অসুম্না মহৎ-তত্ত্ব' হায়বহু পুথোকহল্লে। মতুনা প্রকৃতি-হৌরক্লোনগী অহানবা খোঙকাপ ওইরম্মী।

"মক্ক অমা লৈনুঙদা থারবদি অতুগা ঈশিং চাইরবদি নোংমা নত্রগা নীনিদা মতুনা ঈনিল অতু চূপশিনগনি অহুগা চাউথোরক্কনি। মতোন চোংবগী থবক্তি তৌদ্রি অহুবু অহানবা অহোংবা হায়বতুদি মসিনি।

মহৎ-তত্ত্ব হায়বসি মওঙসিগী মওঙদা থোকপা থৌওঙনি। মথওঙদা ভাইবং মপুগী অনীংবহুগী মতুংইন্না মঙ্গোন অমা চোংলে। মহুবু মহদহবকারম' কৌই। মহুদগী, মনা মঙানা মচাক মঙাগী থূপ্পবা থবক্তী অকুপ্পা পরম্রোন্দুদগী মপাল-লাংনা থোরকই। জগৎ পুরুসি, প্রকৃতি শক্তি, মহৎ-তত্ত্ব, অহংকার অমসুং পোৎচং মঙা নত্রগা পঞ্চভূত হায়বা মথোয় নিপাল-সিগী অপুনবা শোথোক্লি।"

—

"বনবী মচু তোঙাল তোঙাল্লবস্থ থোক্লকপা শঙ্গোম মচুদি চপ মান্নবনি। মী. জাৎ-পাৎ তিন্নদ্রবস্থু, খৃষ্টান, ইসলাম, বুধ, জেন, হিন্দু ধর্ম্ম তোঙাঙন্নবস্থ চেল্লিবা ঈ মচুদি অমত্তা ওইবনি ; মীওইবা শাগৈ-জাং অমত্তনি।"

বাবা

## তাঙ্কক ১২

"ঐশ্বর্যনা ভাগুলিবা অ পরা প্রকৃতি হায়বা অদু ঐগী শক্তি, ঐগী ইতিকপু কোগুদোকইবা মতৌ অমমক্তি, নিংশিংউ। অপোবা মীৎয়েং, স্থূল দৃষ্টি হায়বদুগা লোয়ননা পান্থা য়েংলগা তেংবানবা অসি ময়াম ওইনা উবা য়াই; তৌইগুম্বসুং মদুদি লাল্লি। ময়াম হায়বা সূকলৈ লৈতে। মুং-গী খণ্ডন-লৌশিং, অন্তঃ করণ হায়বদুগী খোয়রাঙবদুদি অমা হায়বদুগী মায়কৈরোমদনি; মদুনা অচুম্বা 'দৃষ্টি' নি। মুং-গী মীৎয়েং অদু জ্ঞান-না পূমলূপ-লুপ্পবা মতমদা, জগৎ নত্রগা তাইবং খুৎশেম পূম্বা অসি ব্রহ্ম ওইনা, অদুগা অতৈ অতোপ্পা অমা ওইদনা উগনি। মরম অদুনা মুং গী খণ্ডন-লৌশিংবু জ্ঞান-অদা মশামক্তু লৈহনবা তম্বীগদবনি।" জগৎ অসি 'জগৎ-ঈশা'না পূমচোৎ চোংহল্লি। তাইবং খুৎশেম অসি জগৎ অসিগী মওঙ লৌদুনা লৈল্লিবা অশেম্বা লাই অদু নত্তনা অতৈ নত্তে। 'ঈশাবস্যম ইদম সর্বম' (পূমমক অসি ঈশ্বরনি) হায়না হায়রৈ।

'অমত্তা' লৈরবস্থ, 'ময়াম' ওইনা উই। কৃষ্ণগী বাফম অসিদা মরী থমদুনা খুদম অমগী মতাঙদা ঐখোয় ইশানা ইশা-ইশাশিংবু নীংশিংহনসি। য়াচঙবগী য়াম্না মমসিনলকপা, পোৎ চৈশিংসিদি মুসি মুসি, মমি-সামি উমিঙৈদা, ঐখোয় খোঙনা চঙ্লি; খৌরি অমা লম্বেলদা মশক মশা খঙদনা তাদুনা লৈ; মদু অওইবদি খৌরী-লীশাঙমক ওইরবস্থ, মদুবু উরু-উরুবা মীদুনা মদু কমি ওইরমগদগে হায়বগী মহাক মশা-মশামকী পূক্নীংগী য়াখল লৈ। অমনা অদুবু লৈ-পরেঙ ওইনা লৌদুনা কাম্বোকই। অতোপ্পা অমনা মদুবু অচেনবা ঈশিংনা থল্লগা মরম (খুদম) ওইনা লৌই অদুগা মদুদা

নেৎলি। অহুমগুবা মী অমনা মহু অঙ্গুর মরী অমনি, উপাম্বীদগী থদং-লকপা লম্বেলদা তারিবা উরী অমনি হায়বা রাথল শারুই। অতোপ্পা থরনা মহু লিলনি হায়না খঙ্প্রেক থংই ( মহুনা কি থংহল্লি ), নত্রনে ?

মতৌ অহুম্না, অমতা ওইবা পরমব্রহ্ম অহুনা, মহুবু কায়হনবা অওনবা নত্রগা মওঙ হোংহনবা অমত্তা য়াওদনা, মতম পুম্বদা মহুবু অহুগা মহুতবু ওইরগা, মথল-মথ। অয়াম্বা মমিংশিং অমস্থং মওঙশিং মায়াগী অমম্বনা মরম ওইহুনা ময়াম-মানবা অপুম্বসিগী, প্রপঞ্চ অহু ওইনা মকা ফোঙলকই। থৌরি অহুনা পোৎশক ময়াম ওইনা উহল্লকপা য়াই ; মহুনা তোঙান-তোঙানবা মাশিংদা তোঙান-তোঙানবা রাথল অমস্থং মতুংইনবা কলশিং পোকহল্লম্বা য়াই ; মহুনা তোঙান-তোঙানবা মওঙগী যুম্ফম ওইরকই। অহুবু মহু 'ময়াম' অমা হায়বহুদা ওনখিদে ; মহু 'অমা' হায়বহু অহুম ওই। থৌরি অহু থৌরি অহুম ওই। মহু লৈ পরেং নত্রগা ঈশিং-ঈরীগী মমি নত্রগা উরী নত্রগা লিল অহু ওইরক্তে। ব্রহ্ম-বু মওঙ কয়া-মুক্তা সোয়না লৌকবা য়াই অহুবু মহুদি ব্রহ্মতা অহুম ওই। মরমদি তোঙান-তোঙানবা মওঙদা লৌনববস্থু ব্রহ্মদি 'অমতা' ওইবা অপেঙবা যুম্ফমহুনি। লৈ পরেংগী লংস্থংগুম্না, দলালগী যুম্ফমগুম্না, ব্রহ্ম হায়বসি জীবাশিংগী লীকলেং লেংলগা পুল্লপ কাজিনবা লংলা অহুনি, প্রকৃতি শাগৎ-নবগী যুম্ফমহুনি। মসি খঙজিল্লু। লেংলিবা লংস্থং অমস্থং শাগৎপগী উচন-মুচেন অহুদি মশক উদে ; লৈশিং অমস্থং দলাল অহুতমক ফোংনা লৈরে। মহুনা মথোয় লৈতে হায়বদি নত্তে। অওইবদি, মথোয়না লৈশিংবু অমস্থং দলালবু পুরি। করে, মথোয়না লৈবগী অমস্থং মথোয়গী মওঙ অহুগী মরমদা নগাক্লা থজিক্তুং হোংনহুনা খম্বগা খঙবা ওয়গনি। নহাক্লা মহুগী অরাবা অহু লৌপ্রবদি, নওনা মথোয়বু খঙহৌদনা নাম্থোক-খিগনি। বিচার তৌবা, পরিক্ষা তৌরো -অহুগা লৈশিংবু পুম্না লেং-

সিন্নিবা, লংস্নুং অমস্নুং নৈন্নুংদা ঊদনা নৈরিবা য়ুম্ফম অদু নৈ হায়রবা খঙগনি। আধেয় ( য়াওরিবা পোৎ, ফাজিন্দুনা থম্নিবা পোৎ ) অদুতনি হায়দুনা ফাজিনবা পোৎ, হাপ্পবা পাত্র, য়ুম্ফম, ভাক্লো ওইবা আধার হায়-বদু নৈত্তে হায়না স্নায়া নমজিংহনগদু। নঙনা মদু য়াত্রবদি, নহাক অচুম্বা অদু ফংগ্রে অদুগা 'সেয়ান্নবা থাজবা' অমদা য়ান্নদুনা লৈরে। চুমই-চুমদে খল্লো অমস্নুং খন্দোক-খঞ্জিল তৌরো; মতুংদা থাজয়ো অমস্নুং খঙহৌরো।

উরবা পোৎশক অদুগীদমক্তদি, উদবা য়ুম্ফম অমা লৈ; উদববু য়াথন্না লাকসিন্নবা খ্বাইদগী ফবা উপায়দি স্নুং-হুঞ্জিন্না য়েংশিনবনি; অদুগা খ্বাইদগী ফবা প্রমাণদি থবক ওইনা থেংনহৌবনি। খঙহৌ-থেংনহৌবা মীশিংগী-দমক্তদি, শন্দোক্লা হায়বা অমত্তা চঙদে।

মালা-মরু অমমমগী নৈখোল অমস্নুং মগুণশিং অদুদি মরু শুকওই ওইদে; মখোয়না ঐখোয়গী পূক্লীংবু চিংথোকহল্লোইদবনি। স্নুং-গী 'অওইবা মশক', মালা-মরু পূম্নমক্কী য়ুম্ফম ওইবা ব্রহ্ম-তুদনা হেন্না পূক্লীং ফাদোক্তনা লৈয়ু; মদুনি থাফত্রবা স্নুং-হুঞ্জিন্না থিজিনবা হায়বদু। নৈ-পরেং অমদা মখল ময়ামগী নৈশিং, কৈস্নু নৈতবা শীওথানদবা ( তামসিক জীব ) নত্রগা উচ্চনীংঙাই ওইবা ( রাজসিক জীব ) নত্রগা ফজবা অশেঙবা ( সাত্ত্বিক জীব ) ওইবা, কয়া অমা য়াওবা য়াই অদুবু লংস্নুং, য়ুম্ফম, পরমাত্মা অদুদি মখোয়পুম্বদগী মনীং তম্মা। মদুদি কায়দে ( শোক্তে ); মদুদি সত্য, নিত্য নির্মলনি।

নৈশিংনা লংস্নুং য়াওদনা পরেং ওইরকপা ঙমদে; অস্নুম্না, ব্রহ্মনা জীবী পুম্ববুস্নু অমতদা শিনহল্লি। নহাক্লা পোৎ অমস্নুং মচাক পূম্নমক্তা অনীসিবু শেক্তোকবা ওয়োই; ব্রহ্মনা পোৎ খুদিঙমক্কী মরুওদা নৈ।

পঞ্চভূতশিংদি মতুগী মপাল লাংবা শক্লোনশিংতনি । মতুদি পান-জতা য়েংবা মখোয়তুনা উদবা 'সুং-গী শাখৌবতুনি' । মতুদি 'অন্তর্যামীন'নি, য়াহৈ অময়োমদা হায়রগনা । মতুনমি কৃষ্ণনা, "ঐনা ঈশিংদা 'রস'নি, ঐনা নুমিৎ অমসুং থাদা মঙাল, 'প্রভা'নি ; ঐনা বেদশিংদা 'প্রণব' হায়বতু ওই; ঐনা আকাসতা মখোলনি ; ঐনা মীওইবদা 'পৌরুষ' ( অকল-অথৌগী শাজং, অক্কি-অখং-খঙদবা থৌনা অমসুং হেন্না হেন্না য়াংনীংবগী আশা ) হায়বতুনি," হায়না হায়রম্লিবসি ।

পনখ্রিবা 'প্রণব' হায়বতুগী হীরমদা ঐখোয় খন্নরসি । কৃষ্ণনা 'প্রণব' হায়বসি বেদশিংগী থবাক্সমক্তি হায়রম্মী, মসিবু চুমদব্রা ? বেদশিংসি শীংথাননা খঙনরিবা "অনাদি" নত্রগা "অহৌবা লৈতবা" হায়বতুনি । 'প্রণব' হায়বসি তেংবানবগী মতুংদা লৈরিবা মরীক অমসুং পোৎচাক খুদিঙমক্কী য়ুক্ষম ওইরিবা মওঙ', হায়নীংঙাই লৈতনা মতুপ-কূপথবা মচিতুনি হায়বসি য়াও ।

তেংবানবসিগী মতুংদা লৈরিবা পোৎচাক অমমম খুদিঙমক্তা শরূক অনী অনী লৈ—মমিং অমসুং মওঙ (মশক ), নাম অমসুং রূপ হায়না । অনী সি লৌথোকপ্রো অতুগা প্রপঞ্চ নত্রগা তেংবানবা হায়বতু লৈত্রে । মওঙ অতু প্রপঞ্চ নত্রগা তেংবানবা হায়বতু অমুক ওইত্রে । মওঙ হায়বতুদি মমিং হায়বতুনা পূক্লীংদা শাগংলি অমসুং খুতুম চল্লি । 'রূপ'না মিংগী মখা পোনবনি ; মরম অতুনা করম্বনা হেন্না তুং-কোইবগে হায়বতু নহাক্না খিদোক্লবদি, মমিং হায়বতুনা নিত্যনি অতুগা 'রূপ' হায়বতুনা 'অ-নিত্যনি' হায়বতু নহাক্না খঙগদবনি । মথল-মথলগী অকবা থবকশিং তৌথিবা, থাথংনীংঙাই থৌরৈশিং থৌয়াঙথিবা, লায়য়েং-শঙশিং নত্রগা মহৈ-তম্ফমশিং নত্রগা মন্দিরশিং নত্রগা পূজা-তৌফমশিং শায়থ। মীশিংগী য়াকম অতু থজু ;

হৌজিক, মখোয়গী মওঙ অদু মীওইবনা য়েংগে হায়বদা, তাইবংপান-বসিদগী লৈথিদ্রকাওবদস্থ, মিংচৎকা কোন্নবা মখোয়গী মমিংশিং অদুদি মীওইবগী নীংশিংবদা অদুম লৈহৌরি, মসি নত্রব্রনে? 'রূপ' হায়বদুদি তেন্নবা মতম অমখক্তীদা লৈবনি; তৌইগুম্বসুং 'নাম' হায়বদুদি অদুম লৈহৌই।

মমিং মমামাস মশাঙ থাঙমদে, অদুগা 'রূপ'স্থ মদুম তৌই। অদুবু মত্রাং অসিদা নহাক্না খন্ননবা লৌথংপা তাবা হীরম অমদি লৈ, মী পুন্নমক্তী, পণ্ডিত-ভগী চখরকপনা অপঙবা মী ফাওবগী, নিতিগী থেংনবশিংগী মমুঙ চনবা হীরম অমা — মদুদি অক্ষরশিং নত্রগা ময়েকশিং। তেলেগু লোন্দা ময়েক ৫২ লৈ; ইঙ্গ্রাজীদনা ২৬ খক লৈ। তেলেগু লোন্দ নত্রগা ইঙ্গ্রাজী লোন্দা লৈরিবা সাহিত্যগী লাইরিক ওন্নমক মরোল-মরোল পৈখৎলফাও-বদা অমসুং মপৈশিং অদুনা চীঙ য়েনা রাংখৎলক্লকাওবদস্থ ওন্নমক অদু তেলেগু ময়েক ৫২ নত্রগা ইঙ্গ্রাজী ময়েক ২৬ না ময়েক অমফাওবা হে-ন্দোক্তনা লেংবনি।

অদুম হায়না, মীওইবগী হকচাঙস্থংদা শিংলী-পুনফম তন্নক লৈ, ওন্নমক থম্বাল ( লৈ ) গী মওঙদা। থম্বাল-মওঙ তন্নকমক লৈকা খুদিঙ-মক্কা লীপক্লবা ময়েক নত্রগা খোজেল অমমম লৈ। হারমোনিয়ম যন্ত্রগী মখোল থোকহনবা ছুমদাংশিংগী মতৌওম্না, লৈকাশিংদু লেঙলুবদা, মখোয় অমমম্না খেন্ন-খেন্নবা মখোল অমমম থোকহল্লকই। রাক্ষম অসিবু বুজি চঙনা ..লৌরিবা মখোয়দুনা চিংনবা অমা পোকপা য়াই; লৈকাশিং অদু লেঙডি হায়রবদি, কনানা নত্রগা করিনা মখোয়বু লেঙহল্লিবগে? হোয়, মখোয়বু লেঙহল্লিবা পাঙ্গল অদুদি 'অনাহত ধ্বনি'নি, হোংনক্রদনা মবুক-থোক্তী অনীংবা নাইদনা থোরকইবা, মখোল পুন্নমক্তী হৌরকফম ওইবা

মখোল, ময়েক-মসোন নাইদবা, খারদোকতমদবা মখোলত্নি। মহু "প্রণব" হায়রীত্নি। লংসুংলা লেংলিবা লীক-মরাশিংগুম্না, মখোয়না মহুৎশিংনিবা ময়েকশিং অমস্থং মখোলশিং গুম্নমকলে 'প্রণব' অহুদা লেংসিনুলা লৈ। মহাক্না বেদ-শিংগী 'প্রণব'নি হায়রিবা রারোল অহুগী অর্থহু মহুনি। লেওলি-পান্নিবা পুন্নগী সুক্ষম ওইবা 'প্রণব' অহুদা নপুক্নীং অহু লুপশিন-গদবনি হায়বসিনি কৃষ্ণগী পাউতাক্তি।

পুক্নীং হায়বসিগী মহুনা শোক-শম্নরুবা খুদিঙমক্তা তিনসিনখিগদৌবগী শাগোম্নরকপা মতৌ অমা লৈ; মসিবু মহুনা য়াম্না কম্না পামই। মগুম অসিনা, মহুনা লাঙতক্লত্নুনা অমস্থং পোখাবম খঙদহুনা অতুম লৈ। অঁহুবু লগুনা হোংনহুনা অমস্থং তম্বীহুনা, মহুবু 'প্রণব' রোমদা পুসিন্নকপা ওমই অহুগা মহুগা তিন্নহন্নবা তম্বীবা ওমই। মহুবু মখোল লোমদস্থু মহৌশানা চিংসিল্লি। মহুবু লিল অমগা করিগী চাংদম্নরিবনো হায়বহুগী মন্নমহু মহুনি। লিল হায়বসিগী লেমজদবা মগুণ অনী লৈ—অমনা মহুগী খোয়ত্রিং-খোয়ত্রাংবা মচংনি অহুগা অনীগুবা অহুনা মহুগী লম্বেলদা খোংমবা খুদিঙমকপু চৌক্নীংগনবা মতৌহুনি। মতৌ অসিমক মীওইবগীস্থু মচংশিংনি। মহাকস্থু মহাক্না মীংল্লেং তাক্রুবা খুদিঙমক পান্নসিনগে অমস্থং মপু ওইগে লাক্লে। মহাকস্থু মপূকচেল খোয়না চংলি।

তৌইগুম্নস্থং লিল দা থাগংনীংঙাই ওইবা তোপ্তোম্না মগুণ অমা লৈ; মহাকী মতৌহু কম্না হু-চেন্নবস্থু অমস্থং শিনীংঙাই ওইন্নবস্থু, লিল-শাম্নবা মীগী জৈশৈগী শৈহেকশিংহু খো'লকপদা, মহুনা অতৈ-অতৈ পুন্নবু কাওথোক্নুনা মখৌ-মখা কন্দোরকই অমস্থং মখোলতুগী সুংশিবা মশকুদা মশাবক তিনসিংরখি। মতৌ অস্থুম্না মীওইবস্থু, অভ্যাসনা 'প্রণব' গী ভুংতাইবহুদা লুপশিজবা ওমই। মসিগী "শকোশাসনা" অসি "বেদাশিক

প্রুব’ ওইরা পরমাত্মা অহুবু খঙনবগী মক্রোক-মরু ওইবা উপায় অমনি। মহাক্কী শব্দ নত্তবা অতৈ অমা নত্তে। ইবুংঙো মহাক্কী “মীওইবগী পৌরুষ” অহুনি হায়না কনিগী হায়রিবনো হায়বহুগী মরমহু মহুনি। ‘পৌরুষ’ হায়বসি মীওইবগী প্রাণ, হিংনবগী ময়াই-পাকল অহুবুনি। মহু য়াওদনা, মীওইবগী নিপ্রা-খোকপা মতৌহ লৈতে। মমাংগী মপোকশিংগী লীচিংগী পাক্কলহু কনগেমথৈ কল্লবহু, মহু ‘পৌরুষ’দগী থোরকপা শির-শি চঙঙ-চঙ হায়রা অকনবা থৌনা অমস্থুং থৌ-পাঙবগী পাঙ্গল অহুগী মথা পোল্লি। কুমহুনা লৈরিবা ময়াই-পাঙ্গল অসিবু খঙদবনা, অপঙবা মীবু, মহাক্কী মরাম্মরকপু শাপ তৌহন্নবা ‘প্রারব্ধ’ ওইনা মহাক্না কিরিবা অহুগী “নাহোকচঙমদবা” ফলশিংবু শাপ তৌহন্নবা, লাম্না লমজিংই।

মী থুদিঙমক্না ‘পৌরুষ’বু মতিক লৈনা শীজন্নবা তাই, মরমদি মহু য়াওদনা হিংবসিমক ওইথোক্কে। হিংবা হায়বসি লাম্হৌংনবা, কন্না হোৎ-নবা, থৌ-পাঙবগী মশক্তি। ‘পৌরুষ’গী মতিক-মঙনবু মীওইবনা পায়বা য়ানরা অহুগা মায়পাকপা ফংবা য়ানবা ইশ্বরনা মীওইববু শেমপ্রে। ইবুংঙো মহাক্কী অনীংবা থৌরমদি মীওইববু চাদ-চাবা, মালেমদা পোৎলুম ওইনরবা, মশাগী ইন্দ্রিয়শিংগী মীনাই অমা ওইবা শা অমা ওইনবা শেম্বা নত্তে। থবক্র কন্না শুবদা ঈকায়রবা অমস্থুং নোয়খৎলক্কুনা য়াম্না চাউবা শাথীবা শাগী শাবানে ওইরকপা কতনশিং অমস্থুং ওন-ওন্দুনা লৈবা ময়াম-ময়াম শেমগে হায়না পান্দমদে। থঙবা অমস্থুং অফ-ফত্ত থন্দোকপগী পাঙ্গল অনীমকপু অরেম্বদা তাহন্দুনা মহাক্না চায়গা লুংঙাইরিবা থূদোল-পোৎলম পুম্ববু পীনবিবা ভাইবং মপুদা তৌরিমল মরীক অমত্তা উত্তনা কোরচং চত্তুনা, মহাক্না হিংলিঙৈদা, মহাকপু শেম্বীবা ভাইবং মপুগী ময়াখং হীক্রোকউনবা অহুগা আত্মাবু চুমদে হায়নরবা অমস্থুং শা-ঙাগী

কাণ্ডলুপকুম পণ্ডচন্ত-চংলুনবা বাখল লোয়নচুনা ইবুংঙো মহাক্না মীওইবব শেমচুনা পুথোক্কে।

"মসি ঐগীনি, ঐঙোন্দা তাংচুনা লৈরিবা মখোয়শিং অচুগী মপোৎ ওইনা লৈরিবা অচুম্ব ঐগীনি" অস্থমা হায়চুনা মরাম্মাই হেন্না থোইগৎ-হেনগৎনবগীদমক মচুবু শীজম্নথোকপা মখোয়শিংচুবু প্রকৃতিনম্ব চৈরাক পী। মহাক্না মহাক্কী চৎন-পরম্নোনবু থুগায়বা মখোয়শিংচুবু হক্না চৈরাক পী; কৃষ্ণনা অর্জুনগী মফমদা করিগী উপাসনা নত্রগা পূজাগী দস্থীচুবু য়াম্ন। কৃপা শন্দোক্না হায়খ্রিবনো হায়বচুগী মরমস্ত মচুনি মরমদি প্রকৃতিদগী থোচ-হেনগ্রবা তাইবং মপুচুবু ফংনব। 'উপসানা' হায়বসিনা প্রকৃতিবু শীজম্নরি।

"অর্জুন! ঐগী ইফমদা চৎেৎ-থোইয়েংনদনা ঈড়াৎ-পূজা বচ্চনীংবা মী মম্নাম্না সুক্নবা উমংম্নুংদা চঙসিল্লি। মচুদি রাখল যাওদবা খোঙথাংনি। ঐহাক উমংনতা লৈবদোমা উমং থিবগী কান্নবা লৈতে। ঐ লৈতবা মফম অমা লৈতে; ঐগী নত্তবা 'মওঙ' অমা লৈতে। ঐহাক পোৎচং মঙা (পঞ্চভূত) অচুনি— মালেম। লৈবাক, লাইজ (ঈশিং), থাস্থী (মৈ), মাঙ্গং (নুংশিং), কৌরৌ (অতিয়া) হায়বা মঙাসিনি। মখোয় মঙাসিগী মমুঙদগী অমা নত্রগা অমা য়াওদবা মফম অমা নহাক্না বদায়দা ফংবা ওম্বগে? ঐগী লৈফম অমস্থুং ইতিক ইয়াই খঙননবা থোইদোকপা মফম অমা লৈতে, মবমদি ঐদি খুদিঙমক্নী, মফম খুদিঙমক্কি, মতম খুদিঙ-মক্কি। মৈগী মৈ-হৌবা হৌনশা ঐহাকমক্কি। থরায়-মানবা খুদিঙদা ঐনা থরায়নি। ঐনা অকনবশিংগী পাঙ্গলনি (কল্লকপা অমস্থুং অপাম-মিহৌ পক্কবা পাঙ্গলদো), ঐগীদি ধর্মগী পোৎশিং অমস্থুং উপায়শিংবু পামহম্নবা মীওইশিংবু থৌজল্লিবা হৌনশাচুনি।

"হোয়, ঐনা 'পাঙ্গল' হায়রগা, বুদ্ধিগী পাঙ্গল, 'বুদ্ধিবল'বু খঙনৈ। মরমদি তাইবংপানবনা 'বল' মখল ময়াম অমবু খঙই--লল-থুমদগী পোকপা

'ধনবল' ; চঙখোনবা মহৈ-মশিংদগী পোকপা 'বিদ্যাবল' ; মহাকপু থনবা মী য়াম্না লৈ খণ্ডবদগী পোকপা 'জনবল' ; পুক্নীং চপ-মুংবদগী পোকপা 'মনোবল' ; শামা-পাঙ্গলমক ওইবা 'দেহবল', অসিনচিংবা। মখোয় পুম্নমকশিং অসি ঐশ্বনি হায়না লৌবা ভাই মরমদি ঐদি পরমেশ্বর হায়বহনি। তৌবতত্রু, পাঙ্গল মওঙ পুম্নমকসে কাম অমসুং রাগ, অপাম্বা অমসুং মিত্তাবা পক্কবা তাই। কাম অমসুং রাগ পক্কুনা লৈরবদি, অদুদগীদি মহু শা-গী পাঙ্গল, লাইগী নত্তবা, ওইরকই ; মহু 'পশুবল'নি, 'পশুপংতিবল' নত্তে।

"কাম হায়বসিনা পোৎ অমবু শোয়দনা ফংনবগী থুদোংচাবা তাঞ্জা অমত্তা লৈত্রক্কাওবদা মহুবু পুক্নীংনা য়াম্নহুনা লৈবা অদুকী মতিক কন্না পাম্বা অদুবু খঙনৈ। রাগ হায়বদি পোৎ অমবু মহু মমৈথংদদি মীৎয়েংদগী থুনা অসুম অসুম তামথিবনা কুইনা লৈররোই হায়বসি প্রমাণ ওইরক্কাওবদা মহাক্কী মপোৎ ওইগনি হায়না শাগৎলুবা পুক্নীং অদুবুনি। 'রঞ্জন' হায়বা অসি 'রাগ' হায়বা রাহৈদুগী হৌরকফমহুনি। 'রঞ্জন' হায়বনা হকচাওদা মুংঙাইবা পীবা উম্বহুবু খঙহল্লি। অনীসিগী মরক্তগী অমনা মোংহল্লবা পাঙ্গল মওঙ অমহেক্কনা ঈশ্বরগী মতিক-মগুণ ফংঙে হায়ঙম্লাই।

"বল মওঙ থরদি মপু-মপুনা শীজন্নফম লেপ্পা ফীভম অদুগী মতুংইন্না অকাবা অত্রগা অকুম্বা নাই। খুদম ওইনা, লল থুমশিংগী মতাংদা য়েংসি। মবুক-ফত্তবা মীদা 'লল থুম'শিংনা রায়থুংলবদি অরেম্বদা চাওথোকপা, লেম্নবা, মুংশি-হৈতবা অমসুং উশিং-থোওইদবা মখোয়না পোকহল্লি। মখোয়সিনা অফবা মীশিংগা লোয়নরবদি, দান অমসুং অফবা থবকশিংগী লম্বেললোমদা মখোয়বু লমজিংই। মবুক-ফত্তবা মীশিংনা অতোপ্পশিংবু শোকহন্নবা শামা-পাঙ্গল শীজন্নৈ। অদুগা অফবা মীশিংনদি মহুবু অতোপ্পশিংবু মাঙ-তাকহনবদগী কন্নবা শীজন্নৈ।

মখল অমত্তা লৈনদে, মহাক অচুগী মথক্তা অমসুং রাংমদা লৈ ছায়বা অচেৎপা থাজবা অচু চেপ্লিবা মহাক তশেংনমক সত্য-জীবী, তাইবংম্পিদা মতম খর লৈরম্বগী মংল লৈরবা মীওইনি।

রাইহেশিংদি অতুম ওইনমক কাম্নদে, "পোং পুম্নমক ঈশ্বরগীনি," "ঐদি হুংগী লাই-ফদিবী ওইবত্তনি," "ইবুংঙো মহাক্না খুজ্জী চিংডি অচুগা ঐনা ইবুংঙো মহাক্না নীংবগী মতুং ইন্না জগোয় শাই," 'কবি অমত্তা ঐগী নত্তে," "ঐদি ইবুংঙো মহাক্কী অনীংবখক্তুবু পাঙথোকপনি." অসিগুম্বা রাইহে-রাতা খর মতম শাংনা তম্বীরক্লবা তেনরা অমগুম্না মহাক্না হঞ্জিন-হঞ্জিন গাঙবা য়াই। তৌইগুম্বসুং নঙনা হৌনশা ওইনা করি করি তৌই ? থাগৎনীংঙাই ওইবা থবক অমা তৌবা মতমদা, মতু নহাক্কীনি হায়না নঙনা দাবী তৌই ; মিংচৎ থীনীংঙাই ওইবা থবক অমা তৌবা মতমদা, মতু নঙনা ঈশ্বরগী খোইনশিন্দা তৌবনি হায়না ইম্থোকইনে। সম্মান, মিংচৎ হেনগৎপা, মীয়াম্না রাংনা লৌনবা কীভম অমসুং থাক, অঙম-অথৌগী শক্তি অমসুং ফমথোল, কল-থুম অমসুং মাল চাং, মহৈ-মশিংগী থাক অমসুং পাঙথোক্লম্বা অকবশিং নশামক্কী হোৎনমম্না ফংবনি হায়না নখোনাও অতু কংবমখে রাঙাও-ফম্বাকশিংদগী লাওই ; অতুবু কত্ত-মিংচৎ অমসুং মায়থীবা, অমাঙবা অমসুং অৱানববু নঙনা শরুক য়ারুবগী লাক্লে হায়জরকপা মতমদদি নঙনা "ঐদি ইবুংঙো মহাক্কী মখুত্তা খুৎলাইতমক ( শিম্থোংতমক ) ওইজবনি, ইবুংঙো মহাক্না মপুনি, ঐদি খুজু · খুৎলাইতমক ওইজবনি," হায়না খুদোংচাবা লৌতুনা দায়ীত্ব অতুবু ঈশ্বরদা থগুদোকই। মসি ঙসিগী মীওই-বগী মচৎ ওইররে। নত্তে, মসি চৎনবী অমা ওইখৎলক্লে। মীশিং অসি ঘড়িগী পেনড্যুলমগী মতৌগুম্না "ঐ"দগী "মহাক"তা হাইরে। মসি ময়েক পুমশেং-শেংলবা নমথাক, মরীল হোবা ধর্মগী তাংনি।

পুক্রীং ময়ৈে অমস্তুং থবক—অহমসি লোয়নমক ইবুংঙো মহাক্কী লিলানি হায়না থাজবা অতুনা গীক-থলহনগদবনি ; মতুনা অশেঙবা লম্বেলনি। পোংশিংবু অকবা অমস্তুং ফজবা ওইনা খায়দোকপা হায়বসি মীওইবগী অশোনবা অমনি ; মসিবু ঈশ্বরদা তাইনবা হায়বসি ঈশ্বরবু মাং-থোকপনি। মতুগী অশোনবত্থু ঈশ্বরস্থু লৈ হায়না করিগুম্বা মতম থরদদি লাম্না উনরূকপা যাই, অতুবু মতুঙ্গি, ইবুংঙো মঙোন্দা পকপা দাগ-তি নজবা ইবুংঙো মহাক্কী মঙাল-মশোংবু খুমজিনবা অপাইবা লৈচিন অমা, লাম্থোক্লগা চংথিবা মতাং অমনি।

গুণশিংনা তাইবং মপু অতুদগী চেম্থোয়রুবস্থু, মথোয়না ইবুংঙো মহাকপু নক্সাংস্তে ; মৈথুনা মৈদগী কায়কই, অতুবু মৈবুদি নক্সাস্তে ; লৈচিনশিংনা অতিয়াদা থাংলকই অতুগা অতিয়াদা কোয়পাই পাই ; অহবু অতিয়াবুদি মথোয়না নক্সাস্তে। পূমমক ইবুংঙো মঙোন্দা পক্তুনা লৈ, মালা-মরূগুম্না ; অদুবু ইবুংঙো মহাক্কী নীং-তম্মী, শোকউদে। জগৎসি ইবুংঙো মঙোন্দা থোংহনা লৈ অদুবু ইবুংঙো মহাক্কী মাবু থোংহনা পুনবা তেংবানবা অসি দয়কায় ওইদে।

ফিগী থুক্মহ য়েংউ ; ফি হায়বসি লংলাদা য়ুক্কম ওই, মতুনা লংলাগী মথা পোল্লি ; অহবু লংলাদি ফিগী মথা পোন্দে, মহুদি মওঙ হোংদে, ফি-দা ভাংদে। চফুনা লৈথোমগী মথা পোল্লি অহবু লৈথোমদি মনীং তম্মী। অমুক ফি হায়বা অসি লংনি, চফু হায়বা অসি লৈথোমনি। লৈথোম্না ব্রহ্ম ওইরে ; চফুনা প্রকৃতি ওইরে। লংলা অহু ব্রহ্ম-নি, ফি-হু প্রকৃতিনি ('নাম-রূপ'কী জগৎ মথল-মথেল ময়ামগী অপুনবা শক্তমনি)। ফীভম, মওঙ অমস্তুং মমিং থওইরুহু—চফু অহু লৈথোম-মক্কি। ফিগী মওঙ অমস্তুং মমিং থওইরুহু— ফি অতুগী মস্তুঙ অমস্তুং মরক্তা লৈরিবা য়ুক্কম ওইরিবা

পোং অছু মুয়া খণ্ডউ. অতুদগীদি মছু লংখত্তা ওইরে নহাক্না খণ্ডগনি। লৈখোম য়াওদনা নঙনা চকু অমত্তা কংবা ঙম্লোই ; লং য়াওদনা কি অমত্তা লৈবা ঙম্লোই। মতৌ অসুম্মসু, ব্রহ্ম য়াওদনা প্রকৃতিসু লৈবা ঙম্লোই। "ব্রহ্ম পুম্নমক্কী-মহুৎদা-লৈ" হায়বদগীদি "পুম্নমক-অসি-ব্রহ্মনি" হায়বনা হেন্না চুমগনি। ব্রহ্মবু 'সর্ব আধার,' (পুম্নমক্কী য়ুম্ফম) ওইনা মশক য়েকপনা 'সর্বভূত-অন্তরাত্মা,' ( খরায়-পানবা পুম্বগী মুং-গী অওইবা মশক ) ওইনা শক্তম লাকপদগী হেন্না লম-ঙাল্লি। মতুনা অচুম্বনি।

---

"ঈশ্বর মশক্তি উদবা ( অখণ্ডবদদি উই ) অতুগা পুম্নমকপুদি ওইহল্লিবা 'মছু' মহাক্নি। ইলেক্ট্রিক করেন্ত উবদি খংদে অতুবু মচু কয়াগী বথ ঙানহল্লি, পংখা কয়া, মোতোর কয়া উংহনবুনা মখল মখা-কয়াগী থবক তৌহনবগুম—ঈশ্বরনা জগং সংসার পুম্নমকসি ওইহল্লি।"

বাবা

# তাঙ্কক ১৩

মসিগী জগৎ অপূম্বসিমক করিগুম্বা অমগী মথক্কী শাবা চাউপ্রবা মওঙ অমনি, য়ুম্ফম্মা পরমাত্মা, ঈশ্বরনা ওইবা ; মসিদি ( জগৎসিদি ) তরং তরংনা উই, অতোপ্পচুনা ( পরমাত্মানা ) অওইবা তশেংবচুনি । মীশিংনা য়ুম্ফম্বুদি লায়থোকই অচুগা মচুদা 'শাগৎলিবা মশক্তুবুদি' ময়াম্না কম্না আশা তৌনৈ । 'শাগৎলিবা মশক্তুনা' য়ুম্ফম য়াওদনা করম্না লৈবা ঙমলিবনো হায়না থিজিন-হুমজিনবা মথোয়না লেপ্লে ! মসিস্মু অরানবা মীৎয়েংগী খুদম অমনি । মসিগী 'দৃস্টির দোষ' অসি চুমথোক্লগা 'স্রস্টি-কর্তা' উবা ঙমগনি । মীৎয়েং অচুদা লৈরিবা অশোয়বা অচু লৈহন্দ্রগা, জগৎ অসিবু শেম্বীরিবা মহাক অচুবু খঙবা ঙমগনি ।

রাকম অসি অর্জ্জুন-না কৃষ্ণগী মমাঙদা পুখৎলম্মী মহাক্না হংলম্মী, । "অরানবা মীৎয়েং হায়বসি তশেংনা করিমক্নো ? শুগায়না ঐঙোন্দা তাকপীয়ু, হে কৃষ্ণ ।" অশোয়বা অচু মতৌ করম্না হৌরকই অমম্মুং চাওখৎলকই হায়বচুস্মু মহাক্না খঙগে তাল্লম্মী । হৌজিক অর্জ্জুন মীচম অম্রমক নত্রে । মঙোন্দা হায়রকপা খুদিঙমক য়ারে হায়চুনা মঙক নোম গদবা মীশক অমা নত্রে । পুক্নীংদা চিংনরকপা অমা ফাওরক্লবদি রাহৈ পরেং অমগী মরক থতুনা কৃষ্ণবু রা ভাঙবা লেপহনবা ঙম্বগী মতিক চাবা থৌনা মঙোন্দা লৈরম্মী । মহাক লৈফম থোকপা থৌনা অমম্মুং পুক্নীং-চেৎপা মতৌচু লৈরম্মী । মহাক্না কৃষ্ণদগী পাউখুম অমা, পাউখুম অচুদি থেংনর-কপনা শোয়দ্রে হায়বা য়াবা, শাস্ত্রশিংদা শেংনা য়াওবা লৌশিংচুগী মতুং

ইবা পাউথুম অমা, কংগ্রিকাওবা অহুম অনম কন্না হংহুনা লৈরম্মী। মরম অহুনা ভগবানস্থ মোমোন-নৈোঞ্জনগী লোয়মনা খুদক্তা পাউথুমশিংছ পীবিরম্মী।

য়াহংসিগীদমক্তা, অশোয়বা মীৎয়েংসিগী য়াকমদা, কৃষ্ণগী খুমীংঙাই পাউথুম লৈরম্মী। ইবুংঙো মহাক্না হায়রম্মী, "মুপ্পা ভাউ অর্জুন। ঐ অমম্বুং লৈঙলি-পাল্লিবশিংগী মরক্তা শুম্মংলাই কৌবী য়ায়ানা থবক তৌই। মায়াগী য়াংমদা উবা ওস্বা'হায়বা অসি মীওইবগীদমক্তদি-ওশেং-নমক'অরুবা থবক অম্বনি, মরমদি মায়াস্থ ঐগীনি'। মহু চপ-য়ায়বা মচাক্কী ওইবনি; মহুবু ঐঙোন্দগী তোওানবনি হায়না'মওবা লৌবা ওয়োই। মহু ঐগী খুৎশেমনি অমম্বুং ঐগী খুহুম-চনবা ওবা পাজলগী মখাদা লৈ। মহুনা মীশিংগী মরক্তগী খ্বাইদগী মতিক-লৈরবশিং ফাওবা মীৎকুপ্তা মমৈ-মকোক ওলহনগনি। মহুবু মায়থীবা পীথদা অশুক্বী মতিক লায়গ্রিবসি করিগীনো হায়বসিদা নহাক্না ওকপা য়াই। চুম্মী, মহু শুকলায়মক লায়দে। ঐঙোন্দা পুক্নীং অনী লোওদনা পকসিঙরিবা মখোয়শিংহুখক্তনা মসিবু. মায়াবু জয় তৌবা ওমগনি। অর্জুন। মায়াবু কদাই কদাইদগী কৃমথয়কপা করিগুম্বা অথীবা (পামদবা) পোৎশক অমনি হায়না লৌগনু; মহু পুক্নীংগী মহৌ-শাগী মগুণনি; মহুনা নঙবু অচুম্বা মশক অমম্বুং লোম্বা-নাইদ্রবা পরমাত্মা অহুবু তরাইথোকহল্লি অহুগা মহুগী মহুত্তা মমিং অমম্বুং মওঙগী মচং-নাইবা শেমহুনা পুথোক্লিবা মথল-মথেলময়াম-ময়ামহুবুনা মমল লৈহল্লি। মহুনা শাবানবা অহুগী মহুত্তা হকচাঙবু আত্মা ওইনা (দেহীগী মহুত্তা দেহবু) থাজহনবগী অয়ানবা অহু থোকহল্লি। মায়া হায়বসি লৈরম্নবা অহুগা লৈথিরোইদবা করিগুম্বা অমা নত্তে; নত্রগা মহু লৈরমদবা, অহুবু কোন্না চঙশিল্লকপা অহুগা লৈররবা করিগুম্বা অমম্থ নত্তে। মহু থক লৈরমদে, নত্রগা লৈতে, নত্রগা লৈরোই।

মায়া হায়বা অসি অগুইবা-ওইনা লৈতবা পোৎকী মখিং অমনি। অদুবু তশেংবা লৈতবা পোৎ অসি মীওদি উবকই। মসি মরুভূমিদা লৈবা মায়ামরীচিকা, খক লৈরমদবা নত্রগা লৈতবা ঈশিং ঈপাক অমগুম-নি। অশেংবা-মশক-খণ্ডইবা মীনদি মতুবু উদে ; মরুভূমিগী মতৌ-মশক খণ্ডদবা মখোয়ণ্ডবু মতুনা চিংতুনা পুই। মখোয়না মতু তম্না হোৎচিল্লি, অঙ্গা অরাবা, চোকথবা অমসুং নীংবা-কায়বা নংই। কা মমুগুদা কা অতুমকপু মশক লোৎসিন্না মমশকপা অময়গুম, ঈমায়থক্তা ঈশিং অতুমকপু উহল্লনা হৌখিবা ঈশভূগুম, মীৎমুগুদা থাংবা পোৎশক খণ্ডহল্লবা ভৌদোং-গুম. মায়ানসু মাবু পকহনবা মী-মীতুদা মশামক য়ুমদাংতুনা লৈ। মতুনা গুণ অতুমতুবু অমসুং দেবতা অতুমতুবু লাকহৎলি। হায়বদি, মখোয় মশা মশাবু অকরুরবা, মিংথোল্লবা, মওঙ-নাইরবা, মশক তোপ্পবশিংবুনি হায়না লৌরবা মখোয় ওমমক মখোয়না অকায়বা পী। 'জীব-ভ্রান্তি'না ( জীবনি হায়না লৌবনা) মতুবু থোকহল্লি; 'তত্ত্ব ভ্রান্তি'না (তৎ, ত্ব, মতু-মসি তশেংনা লৈরবা মশক্তি হায়না লৌবনা ) মতুবু কোকথোক-লৌথোকই। মতুনা 'তত্ত্ব' অতু লোৎশিল্লি ; মতুনা 'তত্ত্ব'বু অমুক্তংবু খণ্ডপ্রবা মখোয়শিংতুগী মথক্তা হাই-হুন্না পান্দে।

"অর্জুন, মতুনা লৈবা হৌয়কপা মফম অতুমকপু শীনথুংনা লৈরিবা অতুগা সেরান্নহল্লিবা মায়া হায়বসিনা মতুনা মপোক তমথিফম ঐবুদি মকহল্লব্রা হায়না ঐঙোন্দা নঙনা হংবা য়াই। অসিগুম্বা চিংনবা অমা হৌরকনি হায়বা অসি হৌনবীনি। তৌইগুম্বসুং মতু য়ুম্ফম য়াওদবা চিংনবা অমনি। মায়াদি জগৎ পুম্বসি লৈহনবগী মরম ওই অতুবু মতুনা ঈশ্বর লৈহনবগী মরমদি ওইদে। মায়াবু নিংথিনা পায়তুনা শীজন্নবা ওম্বা অওম্বা হায়বতু ঐনি। মায়াগী পোখোক ওইবা জগৎ অসিনা লেওল্লি-পাল্লি, অমসুং ঐগী অনীংবা মতুংইন্না চৎলি। মরম অতুনা ঐঙোন্দা পকসল্লখিবা

অহুগা ঐগী অনীংবা মতুংইদা থবক তৌজরিবা মী মখৈ মায়ানা মাঙহনবা ঙম্লোই। মখোয়না অঙম্বা ওইবা মতৌচুবুসু মায়ানা য়াজে। মায়াবু লাকসিন্নবা অমতা ঙাইবা পাম্বৈদি খ্বাই-পুন্নমকী-ওইবা-চপ-মান্নবা মশকুগী জ্ঞান ফংনবা হোৎনবা অহুগা নহাক নশাগী খ্বাই - পুন্নমক্তা-মান্নবা লৈখোন্দু অমুক পুখোকপহুনি। মরমদি, হিংবগী থম্বা নাইরকপহুবু নহাক্না লোম্বা-নাইদবা-মশকুগী মগুণ ওইহল্লি অহুগা মায়া পোকহনবগী মরম ওইহল্লিবসি মহুননি। অরাম্বা অমসুং খোরাংবা হায়রবা অসি পূন্নীগী হৌন-মচৎশিংনি। হরাও-তরাম্বা অমসুং অৱাবা, থম্মদমখৈ-থংতৌ-তৌনীংবা অমসুং কল্লনা, পোকপা অমসুং শিবা পুন্নমক অসি হকচাঙগী মচৎ-মতৌনি। মখোয় ঙম্নমক অনাম্ব, আত্মা-নত্তবনি। মখোয়দি পুন্নমক্তা-চপ-মান্নবা মশক, আত্মা হায়বহুগী মচৎ-মওঙ নত্তে।

"নহাক্না ওইরিবা খ্বাই-পুন্নমক্তা-মান্নবা লৈখোল অহুবু ঙমখৈ নাই অমসুং আত্মা-নত্তবা মচৎ-মওঙ পুন্নমকসিগী মখা পোল্লি হায়না থাজবা — মহু মায়ানি। তৌইগুম্বসুং নীংশিংউ, ঐঙোন্দা চঙজপ্রবা কনাগুম্বা অমদা মায়ানা থৌনাফনা মনাক নকশিনবা ঙম্লোই। মায়াদা মপুক্লীং খোয়দানা চপ-য়ুংনা লৈপ্রবা মখোয়শিংগীদমক্তদি, মহুনা মহাসাগরমুক পাক-চাউরবা অশ্নবা অমগুম্না থবক তৌহুনা লৈ। অহুবু ঈশ্বরদা মপুক্লীং লূপলিবা মখোয়শিংহুগীদমক্তদি, মায়ানা মশামক্লা মখোঙ-থোংনা লাকুনা মাধব (কৃষ্ণ) ওইনা শক-উৎপীরকনি। মায়াগী খুদোংথীবা অহু, ঙমখৈ লৈতবা ঈশ্বরগা অমতা ওইবগী রাথল নত্ত্রগা ঈশ্বরদা পুল্লপ-কথোকপগী রাথল চাওখৎহনবনা ল্যাঙ্গোকপা ঙমগনি। অহানবহুনা জ্ঞান-যোগ কৌই, অনীগুবহুনা ভক্তি-যোগ হায়না মিংথোল্লি।

"মী পুন্নমক্লা, মখোয়গী অরৈবা পূম্বা ঈশ্বরদা কথোকপনা, মায়াবু মায়থীবা পীনবা মুং-গী থোইনসিন অহু কংদে। মহুদি মমাঙচৎকী মপোক-

শিং মরামত্থুগী মমুণ্ডদা তুংশিল্লকখিবা অফবা অমস্তুং ফত্তবা গুণ অছুগী মখা পোল্লি। ফত্তবথক্তুং মখোয়গী তাঞ্জরকপা গুণ ওইনা লৈজবা মখোয়শিং অছুনা ইন্দ্রিয়শিংগী থুনা-য়াওনা চংখিগদবা মুংঙাইবা অছুবু ফংগে হায়না ভাম্নগনি। উচেকশিং অমস্তুং শাশিংগুম্না, মখোয়না চাবদা অমস্তুং শাম্নবদা হয়াও-ভয়াম্না য়ুরাংথুনা মতম লেল্লি ; মখোয়না চাবা অমস্তুং শাম্নবা অসিবু পুন্সীগী পান্দম ওইনা লৌই ; মখোয়না ঈশ্বরগী রাখলশিং অমত্তা পূক্নীংদা থমদে ; মখোয়না ধর্ম্ম লৈবা অমস্তুং অফবা মীশিংগা তিম্নবা পামদে ; মখোয়না অফবা থবকশিংদগী লষ্কে চংলি ; মখোয় ঈশ্বরগী লমদমদগী চম্নত্রবা মরাল-লৈরবা মীওইশিং ওইরকই ।

“মায়কৈ অমরোমদনা, পূণ্য তাঞ্জরকপা মখোয়ত্থুনা অচুম্বা লীচং শাজত্তা, থাঙ্গং-চিংখংপা রাথলশিংদা, ঈশ্বর লৈ হায়বগী রাখল-হীরীদা চাওথং-লক্নবা কম্না লাক্কে অছুগা ঈশ্বরবু মুংশিনা আশা তৌজে। মখোয়সিগুম্বা অফ-থিবশিংসি ঈশ্বরগী মফমদা অরা-অনাগী নত্রগা অরাং-অপাগী নত্রগা জ্ঞানবু থৌরাংবগী নত্রগা লৌশিং ফংনীংবগী অকনবা মতৌগী মতেংনা চিংশিনবা য়াই। তৌইগুম্বস্তুং অরাবা কোক্নবা ঈশ্বররোমদা মখোয়না মায়-লৈশিল্লি হায়বা রাকম অসিনদি মখোয়না মপোক কয়াগী মতেংনা হেম্না রাংখংপা লম্বেলদা চঙশিল্লি হায়বসি উংলি।”

গীতানা, কাম্নবা ফংলক্কনি হায়বা পান্দমগা লোয়ননা তৌবা থবক নত্রগা থবক্কুগী ফলনা অহানবা মরুওইবা পূক্নীংগী ঈথিল ওইত্থুনা তৌবা থবক, সকাম কর্ম্মশিংবু য়াদে। নহাকপু শুক্নংয়াইদগী নাঙ্খোকহনগদবদি, থবক তৌরুবদগী ফল ওইনা থোরকপা য়াবা খুদোংচাবা অছুগা মরী লৈনদনা তৌবা থবকশিং, নিষকাম কর্ম্মথক্তননি।

হৌজিক আর্তভক্ত হায়বা, মহাক্কী অরাববু কোক্নবা ঈশ্বরগী মফমদা মায়-লৈশিনবা মী অছুগী মমমদা চিংনবা অমা পোকপা য়াই। অসিগুম্বা

মীশক অমবু ভক্ত অমা কৌবা ঙমগদ্রা হায়বা রাহংন্থু হুংনকপা য়াই। অরাংপা অম্না নত্রগা অমা লৈতবা মী অমকাওবা মাসেমসিদা লৈচে। মী খুদিঙমক্না মহাক্কী অরাংপা অত্থু থুংনবা কনাগুম্না অমগী নত্রগা অত্তোম্না অমগী মথা পোইম্নে, তৌনদত্রনে? হৌজিক, পোং-চৈগা মরী লৈনবা অপাম্বশিং — অসিগুম্বা অপাম্বশিংবু ফংবা হায়বসিমক লাল্লি, অদুগা মখোয়বু ফংনবা মশামকুম্বা মীশক অমদা ঙাক্কবনা অমুক হেন্না লানবা ওইখ্রে। আর্তভক্তদি, মীওইবদদি ওনসিন্দে, মহাক্না থাজবা অমসুং ব্যবহার তৌবা ভগবান অন্থুতদা লৈশিল্লি। অপাম্বশিংন্থু থুংনবথকীদমক্তা মহাক্না ইবুংঙো মাঙোন্দা হায়জে। অপাম্না পাম্বা হৌহনবা হায়বসি লাল্লবস্থু, হেন্না মগুণ হম্থবা খুংলাইশিংদা (উপায়শিংদা) থাজবা থম্বগী হেন্না চাউবা অরানবত্থুদগীদি মহাক্না থৈদোকই। মরম অসিনা মহাক্না মগুণ হেল্লি, মসি নত্রনে? মক্ত ওইরিবদি মঙনা পাম্লিবন্থু নত্তে, অপাম্বন্থুবু থুংম্বগীদমক্তা নহাক্না হায়জরিবা মহাক্কুনি হায়বসি খঙলবা মতমদা, মহাক্কী মঙঙসিগী অহেনবা মগুণ অদু উবা ঙমগনি। পন্থুংদি ঈশ্বর অদুনি; পীনবীরিবন্থু ইবুংঙো মহাক্নি। ইবুংঙো মহাক্কী থৌজাল-থক্কনা বরশিং পীবিবা ঙমই; ...... থাজবা অসিবু চেংশিনহন্নবা মতমদা 'আর্ত ভক্ত' হায়বন্থু তশেংনা শিংথানীংঙাইনি হায়বসি শোম্নদ্রে হায়না নহাক্না লৌরা ঙম্নগনি।

গীতানা পল্লিবা ভক্ত কাওলূপশিংগী অহানবা মথল অদুম — আর্ত, অর্থার্থী অমসুং জিজ্ঞাসু — মখোয় পূম্নমক্না ঈশ্বরবু, পম্মোক্ত ওইনা, মক্না কোংদবা মওঙ অমদা পূজা তৌই। মখোয়না মখোয়গী অপাম্বশিং নত্রগা পন্থুংশিং ফংননবগীদমক উপায় অমা ওইনা ঈশ্বরবু ফংনবা থি। তশেংবল্লি, মখোয়না মতম থিবিক্তা ঈশ্বরবু লৈশি-লৈথোক্কবা অমসুং পূজা তৌজবগী পুক্নীং কীভমদা লৈগনি অদুগা মতম পুম্নমক্তা ঈশ্বরব নীংশিংগনি।

গীতাগী মমুক্তদা পল্লিবা মরিগুবা মথল ওইবা জ্ঞানী অদুদি একভক্তি নৈ, অদুগা অতৈশিংছদি অনেক-ভক্তি নৈ; হায়রিবা অতোপ্পশিংছদি মখোয়না পাল্লিবা পোং চৈশিংদা নত্রগা কীভমশিংদুদা মরী নৈনৈ অমসুং মখোয়দুগী মরম্মগীদমক ঈশ্বরদম্ম নপসিল্লি। মখোয়না ঈশ্বরবক্তদা পুক্নীং লুপ্পা নত্তে, তৌঠিগুম্বসুং পোংশকশিংগী ওইবা তাইবংদম্ম লুপ্পী। জ্ঞানীনা ঈশ্বর নত্তনা করিগুম্বা পোং অমদা মমিং হঙ্গংনা খ্রেংথংলোই। মহাক্না খ্রেংথংলবকাগুদম্ম মহাক্না মহাক্কী মমিং থম্মু-থম্মুবা মফমদা ঈশ্বরবু উই। জ্ঞানীবু ইবুংঙো মঙোন্দা থ্বাইদগী হেন্না মুংশিজবনি হায়না ভগবান-না করিগীদমক্তা মীযাম থগুনবা লাউথোকখ্রিবনে হায়বদুগী মরম অদুনি। তৌবগীদি. পুন্নমকসি ঈশ্বরগীদমক্তদি ইমান-মাঙ্গৈ; অদুবু ইবুংঙো মহাক্কী নৈকম খোরবা অমসুং মফমদুদা নৈরবা মখোয়দুগী মরক্তদি প্রেম হায়বসি মকা ফোংলে, প্রত্যক্ষ ওইখ্রে, হকথেংনরে, অপাম্বনা থগুবা অমসুং জ্ঞান ওইনবা য়ারে। মরম অসিনা, জ্ঞানীনা ঈশ্বরগা থ্বাইদগী নক্লে অমসুং অশুম্না থ্বাইদগী চাম্নে হায়না পুক্নীং-খ্বারেপ লৌবা ভমই।

অচুম্বমক্তি, ঈংবদগী নহাক্না থক-থক নীক্লবা মতমদা নহাকপু শাগংহনবা হায়বা অসি মৈগী নৈখোলনি। অদুবু নহাক্না মৈনাক্তা চঙ্গশিন্দদুনা থাপ্লোক্তুনা নৈরবদ্দি করম্না মৈনা নহাকপু শাগংহন্দুনা থম্বা ভমগনি। অম্মম্না সংসারগী লাইবকথীবশিংগী অঙৈংবা মতৌ অদু কোকহনগে হায়না চা-ননা মপুক্নীং লেপ্পবা মখোয়শিং অদুনা, ঈশ্বরগী থৌজালনা ফংগদবা জ্ঞানগী মৈ অদু থিবা তাই, অদুগা ঈশ্বরগা হকথেংননা নৈবা তাই।

সাধকশিংনা মখোয়না কম্না হোংনজিঙৈ মমুক্তদা ঈশ্বর হায়বসিবু ইবুংঙো মহাক্না অশেংনা ওইরিবদুদগী মগুন চম্না করিগুম্বদা তাকনা শাইক্লা। ঈশ্বরনা পাঙ্গীশিং অমসুং লাইনীংবশিং, অকবা অমসুং রূপবা,

জ্ঞানীশিং অমসুং অ-জ্ঞানীশিংগী মরক্তা খেন্নবা থম্বী হায়না মখোয়না পুক্নীংদা ফাওই। হায়রিবশিং অসিদি তাথরকপা চুমদবা বায়োই (বারেপ) শিংনি। ঈশ্বরনা মীশিংবু মতৌ অসুম থায়দে। ইবুংঙো মহাক্না অহনবা অওইবমকী তৌরবদি পাপ্পী অমত্তনা মালেমসিদা মিনিট অমফাওবা ঈশ্বরদা শাউবদা হিংবা ঙম্মোই। পুম্নমক্কা মালেমসিদা হিংলি, ঈশ্বরনা অসিগুম্বা খন্দোক-খঙ্গিল তৌবা খেন্নবা অসি থমদনা। মসিগী অচুম্বসি জ্ঞানীদনা খঙই। অতোপ্পশিংনা মসিবু খঙদে। ঈশ্বরসি করিগুম্বা মফম অমদা মখোয়দগী লাপ্পা-লাপ্পা দৈ হায়না লাম্না থাজবত্থগী মথা পোম্না মখোয়না রাজবা নংই।

জ্ঞানীদি মায়াদগী নাম্থোকই, মহাক্কী গুণশিং-রজঃ, তমঃ নত্রগা সত্ত্ব ফাওবনা শোক্তে। অচুম ওইনমক, জ্ঞানবু তাম্লিবা মীওই, 'জিজ্ঞাসু' হায়রবত্থদি তোঙাম্লি। মহাক্না মহাকী মতমবু, লাইগী ওইবা মরীদা অপনবা-য়াওনবা-বাথল-হীরীগীদমক্তা, ধর্মগী থবক-মুংলমদা অমসুং অশেঙবা বাথল-মুংথলদা শীজবে। অত্থগা অতোপ্পা অনীত্থদি, অর্থার্থী অমসুং আর্ত হায়বত্থদি, মখোয়না মশামক্না খেংনবদগী খঙলকপা থাজৎ-বাংহনবাই শক্তি চেনবা জ্ঞান পৈশিল্লি অত্থগা অওইবা অমসুং ওইদবগী মরমদা চিংথোক-চিংথোক্কুনা বাথল থল্লি, অত্থগা মখোয় মশামকশিংবু 'জিজ্ঞাসু' হায়বা, জ্ঞান-থিবা-মীশিং অত্থ ওইনা শেমদোকই। অত্থগা মমৈথংদা মখোয়না জ্ঞানীশিং ওইরকই অমসুং খুদোংথীবশিংদগী নাম্থোক-হৌই। পন্থ ংকম অত্থ অসুম্না থাংথাং-থাংথাং নাইনা য়ৌই। নহাক্না পন্থ ংকম অত্থ খুংচোং অমুক্তা থুংবা ঙম্মোই।

মসি খুদম অমা পীরগনা হেন্না ফজনা খঙবা ঙমগনি; জ্ঞান হায়বা অসি "পন্দনা আ-য়োবা ট্রেইম" অত্থগুম্বনি। হায়রবদি, যাত্রীক অত্থনা কুমহৌরগা লমথুংকদ য়েৌনবা অতোপ্পা ট্রেইন অমা তোংথৎপা দরকার

ওইদে। 'জিজ্ঞাসু' হায়বসিনা "আ-য়োগদবা ডাবাদা" তোংই ; মহাক্কসু কুমথহোৌরগা অনৌবা ট্রেইন অমমুক কাথংপা মথৌ তাদে. অদুবু ডাবা অদুদি লৌথোকহৌবা তাই অদুগা লম্বীহুদা লাকপা অতোপ্পা ট্রেইন অমদা মহু শমজিনখিবা তাই ; অদুগা মমৈদা মহাক্কা য়োনীংবা মকম অদু য়োৌই। 'আর্ত' হায়বদুদি অচম্বা ট্রেইন তোংলূই অদুগা মহাক্কা তোংলিবা ডাবা অদু "আ-য়োগদবা -ডাবা" সু ওইদবনা মতম্গা "আ-য়োগদবা ট্রেইন্দা" শম্বা অমসু ওইদবনা লম্বী মশাং অদুদা কয়ারক কুম্বা তাই অদুগা মথাং-মথাং তোংহুনা পৈসা অদু য়োনবা অতোপ্পা ট্রেইন অমা অমা লাক্রিক্কাও ডাইবা তাই। মসিদি অশাংবা অমসুং অরাবা থোঙচংনি। তৌইগুম্বসুং, খুদোংথীবশিং অসি লৈহুনসু, মহাক্কা অদুম য়ারবসু য়ানা পৈসা য়োনবা মথা তানা চথরবদি 'আর্ত' অদুনা মতুবু পাঙথোকপা ঙমই। পৈসাদি মী পুম্নমক্কা থুংই ; থবক্কী পরম অমসুং থোঙজেলহুতং থেন্নজবগী য়ানি। ভক্ত মখল মরি অসি "ঐ ইশামক্কী"নি হায়না ভগবান-না অমুক্তগী হেন্না মীয়াম খঙহন্নবা লাউথ্রিবসি অপঙবা নত্তে। করিগী ইবুংঙো মহাক্কা অসুম্না লাউথ্রিবনো ? মরমদি মখোয় ঙম্মক চপ-মান্নবা অৱাংবা পল্লেপকম (পৈসা) অদু থি।

"মরম অদুনা, য়াম্না পাক-চাউরবা, ওন-ওমদ্রবা মশক্কুগীদমক্তা মতম খিবিক্তা কন্না থোয়রাঙউ। নহাক্কী অপাম্বশিংদু অপীকপশিংদা ওমথৈহনগনু। মখোয়শিং অদু মমল-লৈতবা হস্থবা পোৎশিংবু য়াম্না কন্না আশা তৌজবা অরীকপা-মীশিংনি। ঈশ্বরবু আশা তৌজরিবা মখোয়শিং অদুদি পূকচেল-চাউনা পীনহৈবনি," কৃষ্ণনা হায়রম্মী।

জ্ঞানীগী ভক্তি নত্রগা অকনবা প্রেম হায়বসি হকথেংননা ঈশ্বরতদা তৌবা ভক্তি, 'সহজ ভক্তি' হায়না হায়নরিবছনি। অতোপ্পশিংগী ভক্তি অদুনা 'গৌণ ভক্তি' নত্রগা মশাদগী পোক্লক্তবা ভক্তি, মাকোইনবা ভক্তি, পূরু-য়াইরবা

ভক্তি হায়না কৌই। জ্ঞানীনা ঈশ্বরবু মহাক, মশামকী আত্মা ওইনা শক খঙই, মহাকী ভক্তিদি 'অনু রক্তি'নি, ঈশ্বরলোমদা নপাসিন্নবা নত্রগা ঈশ্বরবু চুংসিন্নবনি। 'পুজোস্বা মুরাগো ভক্তি,' মসি হায়নরি; পুজা তৌনরিব-শিংদা প্রেমিবা মুংশিবা অচ ভক্তিনি ; কৃষ্ণনা হায়রম্মী। মপোক মরাম্নদগী তুংনিঙ্গনরকপা অকরগী মল ওইনা জ্ঞানীনা মতৌ অসুম ওইরকই। মহু মতম মতম্নদী শুঙাইদন্দবচুগী মতুংইন্না হেক্তা ফংবা য়াবা থাক অমা নত্তে ; নত্রগা মহু মমল অমা নাইনা হান্নলা-অশাবা ওইনা চুকানশিংদা ফংদে। মহু কৈথেলদা য়োনবা-য়াবা পোৎচৈ নত্তে। মহু মপোক-কয়ারক্তা তৌরকপা ধর্ম্মগী ওইবা হোৎনমনগী রাংদগী রাংবা মতোল-তোমেম্রি। মীয়ামগী মফমদা সেবা তৌননবা ডোক্টরশিং পুথোক্নদবনি হায়বসি মরাম্না পাইম্রে। অদুবু চহি কয়ামুক চঙনা তম্লকপা অমসুং থেংনরকপবক্তনা অকবা ডোক্টরশিংদু শীবা ঙমগনি ; হৈতবশিংবু লায়রেং-শঙশিংদা ডোক্টরশিং ওইনা হাপ্লবদি অদুগা অনাবশিংদা থাগদবা হীদাকলাংথক্রচিং-গী মশক-মমিং শীবা অমদি থাঙ-থাবা হৌরক্লবদি, মথোয়না মী কমগদবা মফমদা মী হাৎপা তারকনি। অদুম হায়না তো, ঙসি মী অমনা জ্ঞানী অমা ওইরক্লবদি, অদুগুম্বা অরাংবা মরেপ অদু মহাক্কীদমক ওইনা ফংহন-খিবা সাধনা তৌবদা চঙশিব। চহি কয়া কয়া অদু নহাক্তা ভাবনা শাবা ঙমগনি। হৌখিবা মপোকশিংদগী ফংহৌবা ধর্ম্মগী ওইবা পুক্নীং-ঈথিলশিং অদুনসু মহাকী হোৎনবদা মতেং পাংই।

মীওই মথল পুম্নমক্তা হৌজিক্তি মথোয় মশামকপু জ্ঞানীশিংনি হায়না মিংথোকরে। জ্ঞানী অমা হায়বসিদি শোয়দ্রবা থোইদোকপা মচং-মতৌ-শিংনা মশক তাকই হায়বা অসি মথোয়বা খঙলমদবা মাই। মহাকপু শেংই হায়না প্রমাণ তৌরিবা শক্তাক খুদম অদুদি, অওইবমক্তি, তৌরবদগী কাংলকপা মশামকী জ্ঞান অদুনা য়ুম্ফম ওইদুনা "বাসুদেব সর্ব্বমিদম,"

"পূম্নমকসি বসুদেবনি" হায়না লাউথোরকপা বারোলছনি। মহুগী ফংলকপা লৌশিং অহুবু লিরি-লিরি মহুৎ-থীংনা চূপশিল্লকপা অহুনা জ্ঞানী অহুগী অচুম্বা থূদমনি। বসুদেব হায়রগা মতাং অসিদা হায়রিবদি বসুদেবগী মচাবু-নত্তে, লেঙলি-পাল্লিবা পূম্নমকপু ইবুংঙো মহাক্কী মরানয়ায়, ইবুংঙো মহাক্কী "নিবাস' ওইহল্লিবা ইবুংঙো মহাক অহুবুনি। তাইবং মপু মহাকপু লেঙলি-পাল্লিবা থূদিঙদা উবা ঙম্বা মীশক অমথক্কুদনি জ্ঞানী অমনি হায়না কৌবদা মতিক চাবদি। মহুগী মহুত্তা, অতোপ্পা মীশিংনা মখোয় মশা-মকপু জ্ঞানীশিংনি হায়না মিংথোঞ্জরবদি, মখোয়শিংহু মম্নিংথক্তদা মহুম ওইজবনি। মখোয় জ্ঞানগী ওইবা তশেংনা থেংনরক্লবা লৌশিং লৈতে। মহুগী জ্ঞান অহু তশেংনমক্তি করিনো? মহুদি পূম্নমকপু চপ মান্ননা নঙবু থঙহনবা ঙমহল্লিবা, অৎগা মহুগী মতুংইন্না নঙবু অতৈ-অতৈ জ্ঞানশিংবুদি খক্তাইবা (কান্নহন্দরা ঙমহল্লিবা অহুগী জ্ঞানহুবু লৈজবহুনি।

মসিনি জ্ঞানীনা য়ৌরিবা অরাংবা থাক অহু। অমরোমদা অমুক, কনা অমঙনা, শ্লোক থরা চীনফা পূবা তম্নগতা নত্রগা লাইরিক থরগী শরুক কান-কান্দূনা পাররগা নত্রগা অতোপ্পা তরাগা রাঙাঙ-কম্বাক কাখংলগা অহুগা অতনবা পোকপা রাহৈ পরেংশিং লংচাক চাকথোক্তুনা (মিত্রং-শান্নবা-মী অমসুং মহাক্কী লংহুমগুম) মানা হান্না হাঞ্জিনথিবশিংহু হৈয়-দোক্তুনা, মহাক্না হৈজবা মহৈবু মপুংফানা লেমহুনা পূংজা কয়া ভাষণ (বক্তৃতা) পীরগা জ্ঞানী অমা ওইরে হায়না দাবী তৌবা ঙম্নোই। কোয়চং চঙুনা লৈরবা অসিগুম্বা মশানা মশাবু জ্ঞানী কৌজবা জ্ঞানী য়াম্না ঐখোয়গী হৌজিক লৈরে। মখোয়গী ফিজোলদি হায়ইফেৎ শাপু মানবদগী কোম্না মচুদা লৈশিনবা মচুনি (লম্বোই মচুনি), অহুবু মখোয়গী থম্মোয়শিংদি মী-চাবা হিংচাবনি। ফবে, মত্তৌ করম্না নূংশিংনা মণি-মুক্তাশিংগুম লংবা ঙমগদগে? নূং পূম্বা মমল-য়াম্বা নূংশিং নত্তে। কনানা নূং অমবু মণি-মুক্তা

( মভাল-পুবা নুং ) অমগা মাগৈ হায়না লৌগমি? অপণ্ডবশিংখক্তবু অস্থুম্না লাম্না লমজিংগনি। মরমদি মখোয়না অমতুম্ থণ্ডদে অমুগা অতো-প্পমুম্ থণ্ডদে।

খোক্লকখিনি হায়বসি ইবুংঙো মহাক্না হান্না উগ্রবা অসিগুম্বা মতাং-তৌবা জ্ঞানীশিং অসি মায়থীবা পীনবমক, গীতাগী মমুঙদা মন্ত্র পুম্বগী নিংথৌ "বাসুদেব সর্বং" হায়বসি কৃষ্ণনা লাউথোকখি। মতুগী মন্ত্র অমথক্তুদনা মীওইবা জাতি পুম্ববু কনবদা মতিক চারে। মতু ইবুংঙো মহাক্না নাকোর-ননা পীবা থৃদোন-পোৎনি মতু অম্মুম হায়না খল্লু অতুগা মতুদা অমম্মুং মতুগী অর্থতুদা নপূক্লীং চঙউ। মতুনা খ্বাইদগী য়াইফবনি; মতুনা খ্বাইদগী রাংবা পম্থু্ংকমনি। মতুগী ময়েক তক্লক অতুখক্তনা মীওইবগী পুন্সীশিংবু হিং-বদা মতিক চাবা ওইহনগনি। রাহৈশিং অতুগী মুং-গী অতুম লৈরবা লৌশিং অতু য়াওদনা মখোয় মশা মশামকপু মহাত্মা, জগৎ-গুরু, ভগবান, পরমহংস, জ্ঞানী, ত্যাগী, আনন্দ, অসিনচিংবনি হায়তুনা মিংথোপ্লবা; অতুগা, শাজিম্নবা (জাল তৌবা) মীয়াম মরক্তা অশেঙবা ওইনা চৎনবা মী ময়াম অমা লৈরি, ওম্মোকপনি। কনা অমত্তনা মীংথোলশিং অসি মখোয়দা পীরদে, মিংথোল-শিংসি মখোয়না মশানা থক্কে অতুগা মতুবু কৌরিবা মপু-মপুনা থোক্কে ১ম্মুং মীনা য়েংলক্লবা উচেক-মতুগুম থেৎলি। মখোয়দি অশেঙবা নত্তে অতুগা মরম অতুনা ফজবা অতুম্ থুরেমখৈ মাঙশিল্লকই। মপানদি সন্ন্যাস ওই, অতুবু নুং-দি 'অত্যাস' (অপাম্বশিংনা থুম্বাৎপা) ওই। পানকী ওইনদি মওঙ অতু যোগনি, অতুবু মুং গী ওইনদি মখোয় 'রোগ'না ( লায়নানা ) নাই। মখোয়গী মমিং লোয়নমক আনন্দগী অর্থ ফোঙদোকই অতুবু মখোয় মশাদি থুরবা লম্বেলদা হন্দোক-হজিন চৎলি। মখোয়গী মরাহৈশিংদি থোইহৌনি, মখোয়গী থবকশিংদি চামচ তা ওল্লি, অতুগা অনম্বনা ভাওরি-কৈরি ওই। মহাক্কী পুন্সী মতাংগী নোংম-নোংমগী মথৌশিংদা পুক্নীং-লুপ্পা মুমুবা অমনা

ত্যাগ অমস্তুং যোগগী ফিজোল শেংলিবা তৌশিন্নবা মী তাণ্ডাশিং অসি-দগীদি ধর্ম্মগী ওইনা য়াম্না হেন্না কৈ।

ভারতকী সংস্কৃতি, মহাক্কী থাইনগী পূন্সী মওঙ অমস্তুং মহাক্কী ফজবা লমচংকী লিন্দা-চুম্বনা মন্নাম্ন-চায়থখিবগী মরু ওইবা মরমদি মসিনি—অসিগুম্বা নকলিশিং অসিনা থোকহনবা অমাঙবা অতুনি। চপ-মান্নবা মরমসিমক্তা ঈশ্বরদা থাজবতু হাইথক্লে। মখোয়না ত্যাগ তৌ হায়না পাউতাকই অতুগা 'ভোগ'বুদি কন্না পাম্মি, মখোয়না লীচৎ-চুম্ববু মগুণ থাজংলি অতুগা থবক্তি তুকচবা মরক্তা তৌই। মসিগী শাজংসিনা সন্ন্যাস-পাম্বীগী মরুমক্তদা ককই; মখোয়না অরাবা দশারোমদা নাম্বোকপা ঙমদনা হোৎচিল্লি রাহৈগা থবক্তা মন্নী লৈনজ্রবদা, অচুম্বগী খুনাম লৈতে। (ঙাঙথোকইবা অতুগা তৌথোরকপা থবক্তুগা মান্নজ্রবদি মতু অচুম্বগী মমি তাদে, ওইদে)।

করে, য়ুম্ন্‌বশিংনা অচুম্ববু চাং অমদা থবৎ-তংনা য়োংনা চু-পাম্নবগুম ম্নামৈ। হঙোয়রুবা লৈতবা, অশেঙবা মক্তবা থম্মোয় পানবশিং অতুগা লমচং ফজবা অমস্তুং লমচৎ-কায়দবগী লম্বেলদা খোঙথাংবশিং ময়াম অমা মখোয়গী মরক্তা লৈ। তৌইগুম্বস্তুং অসিগুম্বা পরেং লেংলিবা ত্যাগীশিং অমস্তুং যোগীশিং অসিদি ওইথোকপা য়াবা তুকচবা মখল পূম্নমক্তা অমস্তুং ফংনীংবা মতৌশিংনা (অপাম্বনা) পীক থন্দুনা লৈবা ঐখোয়না থেংনৈ। মখোয়বু লাং থাক্তুনা ফানবগীদমক কণ্ডবা লীচংশিংসিনা তৌবা কোম-অতুদা মখোয়না তাজৈ। ঐনা মহেক্লে হায়বা রাখল, কল্লক-মিহৌবা, মীঙোন্দা উচ্চনীংবা মতৌ·· ·· মখোয়শিং অসিনা সাধবতুগী কন্না হোৎম্বা মহোৎনা পূম্নমক মাঙহল্লি। মরম অতুনা, ঈশ্বরবু ফংজগে হোৎনরিবশিং অমস্তুং ভক্তশিংনা খুদোংথীবা থোক্তনবা মতম পূম্বদা শেন্নতুনা লৈগদবনি;

মখোয়না অসিগুম্বা তৌহন্নীংদবা শাজং-লাকচংশিং অসিদগী লাপথোক্না লৈগদবনি অহুগা ঈশ্বরগী মতিক-মগুণগী রাথল হীরীদা অহুগা অচুম্বা শাজং-লীচংকা অভ্যাসতা, মখোয়না, পম্বুং য়োৌবগী অশেঙবা মুংঙাইবা অয়োৌবী আনন্দ হায়বহু ফংগে হায়না খোরাংনা হোৎনহুনা, চাওখৎলকুবা লাক্লগদবনি। মসিগী মুংঙাইবা অয়োৌবী ( আনন্দ ) অসি অহুদগীদি তাইবংপানবা পুম্বা য়েন্নমিন্নবা তাই। মহুনা তাইবং-শাম্তি অমসুং তাইবং-মুংঙাই য়াইফগী অহোৌবা ওইহনগনি।

কৃষ্ণনা, তাইবংপানবা অসিনা জ্ঞানীশিংগী মপান্না চীও লেম্না ঙানগনি হায়বা অসি ইবুংঙো মহাক্না হায়বা মতমদা, অশেঙবা-শাজিন্নদবা অসিগুম্বা জ্ঞানীশিং অসিদা খৎনা থিন্দুনা তাকই। জ্ঞান য়াওদ্রবা মী অমা হায়বসি ইমুংদা মৈ থাদ্রবা য়ুম অমগুম্বনি।

---

রাংগে মখৈ রাংনা পাইখৎলুরবসু উচেক অহুনা ঙাইহাক মতুংদ দ উতোন্দ, সোয়দনা তোংলরখিগনি। মতৌ অহুগুম নাপল চাওরবা মহাক অহু নোংম নম্রগা নোংমদি শোয়দনা ঈশ্বরদা চংজররনি।

বাবা

# ভাঙ্কক ১৪

"নহি জ্ঞানেন সদৃশম," জ্ঞানগা মান্নগদবা করি অমত্তা লৈতে অহুদি জ্ঞান হায়বসি করিনো ? ঈথক-ঈপোম হৌবা ঈপাকসে, সংসারসে নহাকপু লাম্হোক্তুনা চংপা ঙমহনবা অহুনি। তশোংনমক, মহু মখল অনী শুই—অহানবা অহুনা শক্লাই-শক্লাইনা লৈবিবশিংগী জ্ঞাননি (বিষয়-জ্ঞান) অহুগা অনীশুবা অহুনা মচং-ওইবা জ্ঞান নত্ত্রগা অ-ভেদ জ্ঞান হায়বহুনি

অহানবা মখল অতুদি সংসারগী জ্ঞান নি ; অনীশুবা অহুনা অ-ভে হায়না খণ্ডনবা নত্ত্রগা থেন্নবা লৈহন্দ্রবা নত্ত্রগা মচি-মপুং ওইবা জ্ঞান, ব্রহ্ম অমসুং জীব অমমমগী আত্মাব মশক খণ্ডবগী জ্ঞান-হুনি। মসিগী জ্ঞা অসিদি সুংবুণ্ড-রাখলগী নত্ত্রগা বুদ্ধিগী থবক অমা নত্তে, মহুদি মহুগী রাংমব লৈবা করিগুম্বা অমগী শক্তম অমনি, বুদ্ধিমক্তী থবক ইনথাঙশিংবু উথ ওম্বা করিগুম্বা পোংশক অমনি। অওইবা অমা ওইনা লম্না জোরব অতংপা লৈতবা হোংদোক-হোংজিল অসিগী মরমদা সেম্মানা থাজবহুব মহুনা থুগায়হুনা মাণ্ডহল্লি ; মহুনা মীওইবগী থম্মোয়দগী অকিবহু লোথো কই ; মহাক অমসুং ওম্মকসিবু লোইনা ওইরিবা ব্রহ্মহুবু মহাকী মকমদা মহুনা মশক উংলকই। মরম অহুনা মহুবু অচুম্বা জ্ঞান নত্ত্রগা সম্যক জ্ঞান, সামীপ্য জ্ঞান নত্ত্রগা ঈশ্বরগা খ্বাইদগী হেন্না নকুবা জ্ঞান কৌই।

মীওইবনা অভেদ জ্ঞান অসি ফংনা চঙশিনবা ওমগদবা লম্বী অনী লৈ— সুং-গী অমসুং পান-গী হায়হুনা। পান-গী ওইবা সাধনাদি, ঈশ্বরগী মকমদা কখোকপা থবক-ইনথাঙশিং অহুগী কনদা মিতাক্না লৈতনা

অহুম থবক-ইনখাও তৌডুনা লৈবা ''নিষ্কাম কর্ম্ম'নি । মুং-গী ওইবা সাধনা হায়বহুনা ধ্যান অমসুং সমাধিনি। বেদগী রাহৈ কাওলোন্দা মসিবু নিদিধ্যাসন হায়না মিংথোল্লি। মুন্না তাশিল্লু অহুগা নহাক্না পুক্নীং-চঙনা তাপ্রিবশিংহুদা হৌরী কোম্লু— মসিগী থোঙথাং অনী অসি নিদিধ্যাসন নত্রগা মুং-দা পুক্নীং-লুপশিনবসিগী য়ুম্ফমশিংনি। মখোয়সি ম্নাওদনা, ধ্যান মপুং-ফাহনবা ওইথোক্কে ।

মসিদি ইন্দ্রিয়শিংবু থুহুম-চনবা, পানগী ওইবা ইন্দ্রিয়শিংগী জগৎসিদগী তোঙান-তাবা মতা, পান-গী জগৎ অসিদগী পুক্নীংবু চিংথোরকপবু থঙনবা 'আত্মা-সাম্য' কৌবহুগী অর্থহুনি। মসিনা পুন্সী-পুম্বগী পম্থুংনি ; পরমাত্মাবু থঙবনি, মুক্তিবু ফংবনি। মীওইবগীদমক অনীশুবা পান্দমফম অমা লৈবা য়ারোই। মীওইবদা লেঙডোইদবা পুন্সী পীবিরি ; য়ুম-বঙ্গলাশিং শাহনন-বগী, লৌ-ইথোলশিং ফংহননবগী লল-থুম পৈশিনহন্নবগী, চারোল-শুরোল হেনহংহন্নবগী, উপাধি তালহন্নবগী নত্রগা সমাজগী পুন্সীগী হেন্না রাংথৎপা কৈরাক-কৈরাদা কাথৎনবগী পান্থে ওইহন্নবা নত্তে। ইবুংঙো মহাকী মতিক-চাউবা মতৌদি মখোয়শিং অসিগী মথা পোন্দে। পুন্সিদা থ্বাইদগী মকোক ওইরিবা মায়পাকপদি মুংঙাইহনতা লৈবা আনন্দ হায়বহু ফংবা, অন্না-অনা অমসুং পুক্নীং-লাংতক্নবদগী তুং-কোইনা-নাম্নোক্লনতা লৈবহুদা লৈরে।

“শৃণ্বন্ত বিশ্বে অমৃতস্য পুত্রা:” হায়বসিনি কৌরিবদো। “তারো মুন্না, হে, শিব-নাইদবগী মশক ওইবা অঙাংশা, মালেম পুম্বদা লৈরিবা !.” মহুনি বার্ত্তোল্লুনা। অমরবু স্বত ওইনা ফংহৌবা হায়রহু মশক থঙগদবনি অমসুং থেংনহুনা লৌশিং ওইগদবনি ; মহু অমুক হঞ্জিন্না ফংগদবনি । মশিং অমসুং মওঙগী অকা-অপুনশিং থাদোকদবনি ; মখোয়দি মঙলান-পোৎশিংনা শেম্বা থুরৌশিংথক্তনি। মখোয়দি হোংবা নাই অমসুং

ঙাইহাক্তীনি। মখোয়দি জীবতুগী অওইবা হৌনশাগী মতৌশিং নত্তে। অশেঙবা লৌশিংদি মীওইবা হায়বসি তশেংবা মুংঙাইবা অয়োবী আক্নবী মশক্তি হায়না খঙবদা লৈ; মমাঙউৈদগী হৌজিক অমসুং তুং-দা অমুক্ত লৈথরগদবা মুংঙাইবা অয়োবীদো। মতম ঙাইহাক্তীদমক অন্না-অনাবসী নাম্থোকপা অমসুং অতেনবা মতম থরগীদমক মুংঙাইবা কংবা—মখোয়শিং অসিদি অওইবা নীং-তম্বগী থূদমশিং নত্তে। "আনন্দগী অচেৎপা, অশেঙবা অমসুং লুরবা ফীভম অসিবু নহাক্না খিরবদি, নহাক ঐঙোন্দা শোয়দনা তিনসিনগনি," কৃষ্ণনা হায়রম্মী।

"অর্জ্জুন! অহল ওইরকপা অমসুং পেং-চোইরকপদগী মশাবু নীং-তমহনগে নীংনা ঐঙোন্দা নপশিল্লবা তুংদা লাইনীং-শাজেল শান্নবা কনা-কনাগুম্বতুনা ব্রহ্ম, কর্ম্ম অমসুং আত্মাগী মরমদা খঙকম-থোকপা-পুম্নমক অদু খঙগনি। ঐনা অধিভূত, অধিদৈব অমসুং অধিযজ্ঞগী মপুনি অদুগা ঐবু অমুম ওইবা মতাসিদা পূজা তৌরবদি, পূজা তৌবা মীচুনা পুক্নীং-মোং-হাদবা মতৌ অমসুং পুক্নীংগী মচিং-মসোনবু খুচুম-চনবা মতৌচু চাওখৎলক্কনি। অহোয়নবা, অসিগুম্বা মীতা অমনা ঐবু কাওদনা মহাক্কী অরোইবা মীংকুপ কাওবদা ঐঙোন্দা লৈগনি। মচুনা মরম ওইচুনা, মহাক্না ঐবুমু ফংগনি। হায়বদি, মহাক ঐঙোন্দা তিনগনি।

"অর্জ্জুন! মী খুদিঙনা অহল ওইবা অমসুং শিবদগী নাম্থোক্লবা হায়চুনা পুক্নীং খোয়রাংই; অম্নুম্না পুক্নীং খোয়রাংনা পাম্বা হায়বসি মীওইবগী লৈখোলনি। অচুবু চুম্নগী খোয়রাংনা পাম্বা মপাম অচুনা করি কায়গনি? কনাগুম্বা অমগী থবক মতৌ অমসুং লমচৎ-শাজৎ অচু মশাগী অতম্মরিবা পাম্দমগী মতুং ইনগদবনি। কনাগুম্বা অমনা পুকচেল-শেংনা পাম্জরবদি অচুগা কনাগুম্বা অমনা মপুংফাবা থাজবা থম্নবদি অচুগা

থাজনা মশাবু ঈশ্বরদা কথোক্লবদি, অরাবগী লৈচিল অহু ইবুংঙো মহাক্কী থৌজালগী মর্ত্তালগী মলেক্লা মাঙ্গৈক তোঙান-তোঙান্না চথোকহনখিগনি। অৱয়োমদনা কনাগুম্বা অমনা মহাক্কী থাজবসি জগৎসিগী পোৎশিংদা থম্মদি, মহুদগী থোক্লকপা অরাবা অহুদি লোয়বা-খম্বা নাইরোই, নত্রগা অরাবশিংহুবু ঈশ্বরনা নত্তনা অতোপ্পা কনা অমনা লোইহনবা ঙম্লোই। মাক্লগী মপুন্থবু থৌগন্নু. মঙ-লৈবাকসিবু শেম্বীবা মপুন্থবু থল্লু— মঙ মশা-ফুমকপু থৌ-শরকপুদি। মায়াদা নত্তনা লৈবনা নীংবা-কারবা নত্তনা করি কারববু পীরকপা ঙমগনি? অসিগুম্বা মায়াবু কাগে ভাল্লবা অসিনা মতৌ করম্না মুংঙাইববু ফংবা ঙমগনি? মুংঙাইববু ফংদ্রবদি অতুগা অরাববু কোক্লবদি, করম্না নীং-তম্বা (মুক্তি) ফংবা ঙমগদগে?" কৃষ্ণনা হংলম্মী।

অর্জ্জুন-না মরক থংলম্মী, "কৃষ্ণ," মহাক্না হায়রম্মী, "অসিগুম্বা মীওই-শিংসিনা মহাকপু ফংবা ঙম্মোইদ্রনে? কনাগুম্বা অমনা ইবুংঙো নহাকপু ফংবা ঙমদ্রিঙৈদা অরাববু হান্না জয় তৌখিগদবনি হায়না ইবুংঙো নহাক্না তাকপীরি। ফরে. অরাবহুগী হৌরকফমহু করিনো? মহুবু মতৌ করম্না কোক্লবা হোৎনগদগে? মহু মতৌ করম্না ওইরকই? মহুগী হৌরকফম অমসুং চাওখংলকপগী পরীঙ অহুবু খঙদনা কনাগুম্বা অমনা মতৌ করম্না মহুবু নমহৎনবা হোৎনবা ঙমগনি? মতৌ করম্না অরাবা অসি মীওইবগী পুক্নীংদা হৌরকপগে হায়বহু তাকপীয়ু।"

"পুক্নীং-চঙনা তাঙ, অর্জ্জুন," কৃষ্ণনা পাউথুম পীবিরগে হায়না হৌইয়ারম্মী। "অরাবা মথল পুন্নমক্কী হৌরকফম অহু অপঙবা (খঙদবা) হায়বহুনি, অ-জ্ঞাননি। অ-জ্ঞানগী হৌরকফমহু করিনো হায়না নহাক্না ঐঙোন্দা হৌজিক হংনীংঙম্বা য়াই। ঐ নঙোন্দা হায়গে। মহুদি নহাক প্রসে হকচাঙহু নি হাথনা সেয়ান্না উবা,

হকচাঙচুগা মাম্নে হায়না শক্তাকপা অদুনি। মসিদি অচুম্বা জ্ঞান ফংলবতদা মাঙহনবা ঙমগনি। অমম্বা লৈহনস্নবা দরকার লৈরিবদি মঙালনি, নঙমা মতুবু কিহন্দুনা তাম্থোকখিবা ঙম্মোই, নত্রগা প্রার্থনা তৌতুনা নত্রগা শোল্লুক্না হায়জদুনা নত্রগা রাকংতুনস্থু মতুবু মঙক নোলহনবা ঙম্মোই। নহাক্না হোৎনবা য়াবা হেক মথৈ হোৎনজরবস্থু, মৈবু থানগত্রবদি এমম্বা মাঙখিরোই। অদুম হায়নস্থু, অ-জ্ঞানস্থু চুমগী মাঙহননীংবখক্রদি মাঙখিরোই। মসিগী চরিত্র, অ-জ্ঞান অসিগী লৈখোল অমস্থুং মতুদগী মশা-মরেং লোঙথোকখিবশিং অদু অমুক্তংবু খঙপ্রবদি, অচুম্বদু ইহাঙ-হাঙনা তাদুনা লৈরগনি অমস্থুং অরাবদু মাঙপ্রগনি।

"অ-জ্ঞাননা চৎপা মতমদা, অরাবস্থু চংলি। মরম অদুনা নশামক ঐবু থরায়-য়াওনা নীংউ অদুগা অচুম্বা জ্ঞানগী মঙাল অদু তাল্লু অদুগা অরাবানত্তবগী লম্বীদা চৎলু," কৃষ্ণনা হায়রম্মী।

থুনমক, অর্জ্জুন না খংহায়-হায়রম্মী, "কৃষ্ণ! ইবুংঙো নহাক্না হৌজিক ফাওবা ঐখোয়না ইবুংঙোবু ফংজবা ঙমগদবা শোয়দ্রবা লম্বীশিং তাকপীরি। হৌজিক পূম্নমক অসিগী লোইশিনলকপসিদা, তোপ-মক্ল অসি ইবুংঙো নহাক্না লংসিল্লক্লবদি, মতুগী অর্থদু ঐনা মতৌ করম্না লৌশিনবা ঙমগনি? শৈহৌ অমা ওইনা, ভাব তামবা পাঙ্গল থজিক্তং হাপ্নকাওবা হাপ্নীত্রি। চানবীদুনা, মরম অসিনা, ইবুংঙো নহাক্না হায়ম্বিবদু হেম্না নিংথিনা ঐনা অর্থ খঙবা ঙম্নবা অমস্থুং ইবুংঙোবু ফংজবা ঙম্নবা অমুক হেন্না মাচা তানা হীরম অসি শুগায়না হায়বীদুনা ঐবু মুংঙাইহনবীয়ু।"

কৃষ্ণনা পাউথুম পীখিরম্মী, "ঐগী মুংশিরবা ইনেগী মচা! মুম্না তাউ। ব্রহ্ম, অধ্যাত্মম, কর্ম্ম, অধিভূতম, অধিদৈবম অমস্থুং অধিযজ্ঞঃগী অর্থদু নঙোন্দা অমুক্তংবু মরেকলানা উবা ঙম্নবদা, মীওইবনা খঙবা ঙমদবা ঐগী অথুপ্না

অসি ভাব তাবা ঙমগনি। অহুগা মসিস্থ নঙোন্দা হায়গে। ঐগী অথুপ্পা অসি খঙলবা কনা-কনাগুম্বহুনা ঐবু ফংজৈ।"

"অতুদি, হে প্রভু, মখোয়শিংতুগী অহানবা, ব্রহ্ম হায়বতুগী মরমদা ঐঙোন্দা তাকপীয়ু," অর্জুন-না খংলাউ-লাউরম্মী।

"অর্জুন! 'অক্ষরম ব্রহ্ম পরমম' ... পরম ওইবা 'অক্ষর' হুনি হায়না ব্রহ্মবু পল্লি। 'অক্ষর' হায়বদি 'ক্ষর' নত্রগা মাঙ-তাকপা লৈতবা, মাঙ-তাকহনবা য়াদবা হায়বনি। ব্রহ্ম হায়বসি অচৌবা, য়াম্না পাক-চাউবা, অসিনচিংবা খঙনবা ৱাহৈগী মরুদগী ( মূলশব্দ, ধাতু অমদগী ) লাকপনি। কয়া য়াম্না পাক-চাউই হায়না নহাক্না হংবা য়াই। নহাক্না পাক-চাউরে হায়না কৌরি কৌরিবা হেক মখৈতুদগী হেন্না পাক চাউই, মতুনি পাউখুমদি। 'অক্ষর' হায়বা ৱাহৈ অতুগী অতোপ্পা অর্থ অমস্থ লৈ। ইথুং-থুংবা, মফম থুদিঙ পুমসল-সপ্লীববু খঙনৈ। ব্রহ্ম হায়বসি চুম্না 'অক্ষর' ওইবথক্না নত্তে.-নঙনা খঙগদবনি। মসিদি 'পরম অক্ষর'নি! মতুদি, করি হায়রিবা? মতুদি মতম অমস্থুং মফম অতুগা হৈ-শিংবনা য়োৌবা ঙম্বগী ৱাংমদা লৈবা 'অক্ষর' মথল অহুবুনি; মতুবু কনা অমত্তনা নত্রগা কাঙলুপ লোয়নমক্না খঙবা ঙমদে; মতুদি থক হুম্বদে-হাইথদে নত্রগা লোমদে; মতুদি 'পরম অক্ষর'নি; থ্বাইদগী ৱাংনা থুগায়-খোৎকায়বা ঙমদবা, শেংনা হায়ঙমদ্রবা অহুবুনি।

"মীওইবা কাঙলুপকী পম্ব্ং্দি ব্রহ্মতুবু ফংজবনি; অক্ষর অমস্থং ব্রহ্ম হায়বসিনা মান্নবা পম্ব্ংবু খঙহল্লি। মখোয়না অমতা ওইবা ( মান্নবা ) অচুম্বতুগী সগুণ অমস্থং নিগুর্ণ মতৌশিংতুবু তাকই। মরমদি 'অক্ষর' হায়বসি ব্রহ্মগী খঙন-থুদম অমা ওইরিবা "ওঁ" (অউম), "প্রণব" হায়বা ময়েক অহুবুস্থ খঙনৈ। মতুবু 'অক্ষর-পরব্রহ্ম যোগ' কৌরিবতু মরমহুননি। ব্রহ্মবু

মগুণ কোঙদোকপা য়াহে অনী লৈ, 'পরম' হায়বা অমনে অতুগা 'অক্ষরম' হায়বাঅমনে। 'অক্ষর'না 'প্রণব'বুস্থ নত্রগা মায়াবুস্থ খণ্ডহল্লি। মায়া বুস্থ 'প্রণব' না নিয়ম অমগী মথাদা কাণ্ডলুত্তুদা চলহনলি। অনীমকসি "মগুণ-নাইবা" ওইয়ে, শক্তাকপা ওইয়ে, সবিসেষ ওইয়ে। ব্রহ্মাদি, অতুম ওইনমক, মশানা অতুম নির্বিশেষ ওই, মশক নাইদে, গুণ লৈতে, শেংই, মশাগী ওইবা অতুদা মথন্তা লৈ। মসিবু খণ্ডবা মীদি ঐবু ফংই।

"হৌজিক অনীশুবা য়াকমসিগী ওইবা অমুক—হকচাঙ খুদিঙমক্কী মঙ্গুঙদা 'ঐ'গী মওঙদা লৈরি-লৈরিবতু ব্রহ্মনি। অওইবমক, হকচাঙ খুদিঙ-মক্কা "ঐ" কৌবা অয়েপ্পা মশক অসিদা কোয়য়োম-য়োমতুনা লৈ। হক-চাঙ শাগৎপদা য়াওরিবা হকচাঙগী শরুক অমস্তুং কায়াৎ খুদিঙমক্কা হক-চাঙস্তুংদা মরুওইবা থৌ অমমম পাঙথোকই। ইন্দ্রিয় খুদিঙমক্কা শোক্ল-শম্ন-রুই অতুগা পান-গী তাইবংদগী পোক্লকপা তোপ- তোপ্পা থম্মোয়দা পানবা মপালশিংগী পল্লীঙ অমগী মরমদা পাও-পী। অতুবু ইন্দ্রিয়শিংদা মরী থম্ন-বস্থ, মখোয় পূন্নমক্কী থক্তা অমস্তুং তুং-দা, "ঐ" কৌবা অমা হকচাঙস্তুঙদা ঙান্দুনা লৈ। মতুগী মরী অতু কায়রবদি, ঙমমক থবক-তৌবা-ঙমদবা পোৎচাক ওইরকই।

"ঐ" হায়বতুগী ময়াই-পাঙ্গল অতুনা ইন্দ্রিয়শিংদা চেল্লকপা মতমদা, মখোয়না মখোয়গী থৌ·শরুক অতু পাঙথোকপা ঙমই। পাঙ্গল অতু 'অধ্যা-ত্মম'নি; মতু যাম্না কন্না হোৎনরুবা য়াওদনা খণ্ডবা ঙম্মোই। খ্বাইদগী থৌবা খন্দোক-খঙ্গিনগী য়াথন্দু শীজম্নৌ অতুগা থঙ্গিক্তুংগী মান্দি নহাক্লা খঙগনি। ব্রহ্মাদি "তৎ" কী মশক্তি; 'অধ্যাত্মম'না 'ত্বম'গী মশক্তি। য়াকম অসি নঙোন্দা ময়েক হেন্না শেংননবা, মখোয় অনী অসি অমনা শক অতু-গা অমতুনা মরমচৎ, মওঙ অমস্তুং মচাকনি," হায়না লৌয়ো। ব্রহ্মাদি মওঙনি, 'অধ্যাত্মম'না মচাক্লি," কৃষ্ণনা হায়রম্মী।

হীরম অসিদা ঐখোয় থজিত্তুং পুক্লীং খিংজিনসি। শাস্ত্রশিংনা ব্রহ্মবু 'সৎ-চিৎ-আনন্দ'নি হায়না মশক তাকই। মসি, বেদান্তিক মাহৈরোল্দা, মহুবু খুদমনা খঙহনবগী মওঙ্নি। মহুবু 'অস্তি-ভাতি-প্রিয়ম' হায়নসু মশক তাকই। অনীমক অমা ওইবরা ? নত্রগা মখোয়সি তোঙান-তোঙা-বা মশক তাকপরা ? 'সৎ' হায়বদি হৌত্রবা, হৌজিক অহুমী মতুংগী মতম-দসু শাংথ—লেংথহনা লৈরবা অহুবু খঙহল্লি। 'অস্তি' হায়বা মাহৈ অহু-নসু মায়বা অর্থ অহু পুই। 'চিৎ হায়বদি খুদিঙমকপু শুপেংনা খঙবা অহুবু খঙহল্লি ; 'ভাতি' হায়বা মাহৈ অহুনসু অর্থ অহু পুই। 'আনন্দ' হায়বদি লোই-থবা নাইত্রবা মুংঙাইবগী হৌরককম অহুনি ; 'প্রিয়ম' হায়বা মাহৈনসু মায়বা অর্থ কোঙদোকই। মখোয় অহুমকসি মীওইবা খুদিঙমক্তা, কয়িগী মখোয়দদনো, শা অমসুং উচেক খুদিঙমক্তা ফংই।

মখোয়শিংসিগী মনুঙদা অহানবহু থম্মসি— সৎ' হায়বহু অহুগা মসি মাচা-প্রোপ-প্রোপ তারক্কনি। হকচাং অহুদি মাঙ-তাকপগী মথা পোল্লি, ওয়বু ওইরবসু নত্রগা থেংনবু ওইরবসু। মসি মী খুদিঙমক্তা খঙই ; কনা অমত্তনা মসিগী অহানবা ফীভমগী অচুম্বসি খঙদবা তৌদে। অহুমকপু, মী খুদিঙনা শিবা কিয়ে। কনা অমত্তনা শিবা হায়বহুবু তবাম তয়াম ওকপা তৌতে, নত্রগা মহুবু থেংনবসু পামদে। শিবা হায়বসিদি নাম্থোকপা য়াল্লবনি ; নঙোন্দা মহু থোক্লবা তাবনি, নহাক্না মহুবু তয়াম-তয়াম ওক্লবসু, নত্রগা মহুদগী নাম্থোককে হায়না হোংনববসু। মপোক তম্লকপা পুম্নমক কয়িগুম্বা মুমিৎ অমদদি শিবা তাবনি ; অহুফাওবদা, কনা অমত্তনা শিবা পামদে।

ময়াম্না থনবা তায়োম্লবা মাঙাঙ অসি খঙহন্নবহু কবিনো ? মসি খঙজিল্লু— শিববু তয়াম্না ওক্লবহুনা কয়িনো ? শিববু থেংনরিবহুনা কয়িনো ?

থাদোক্লম্লগা চংখিববা করিনো অতুগা অসুম লৈতৌবনা করিনো ? পাউ-খুম্নদি—খিরিবদি হকচাঙনি ; কীহরিবদি হকচাঙনি। শিলবদি আত্মানি। শিরিবসি আত্মা নত্রগা 'নঙ'নি হায়না নঙতনা থম্বুনা নহাক্না মশামকপু রাখল লায়রা পুহনবতনি। আত্মাদি শিবা নত্রগা পোকপগা তৌমিন্ননীংঙাই করিগু লৈতে। হকচাঙনা শিবা নংই ; নিত্য,সত্য অমসুং নির্মল-লেঙদবা, অচুম্বা অমসুং তরু তরুবা আত্মাদি শিদে। নঙদি শিবা পামদবা আত্মা অহুনি। হায়রবদি, নঙদি 'সৎ'নি ; নঙগী লৈখোলদি 'সৎ'নি। আত্মাদি "শিব-নাইদবগী মচানি," দেহ নত্রগা হকচাঙদি নত্তে। আত্মাদি 'সৎ'নি, হকচাঙদি নত্তে।

নঙদি 'সৎ' তুনি ; আত্মাহুনি ; শিবা লৈতবা লেঙদবা মশক্তুনি। হকচাঙ-পোলাং খুদিঙমক্তী মমুঙদা লৈরিবহু আত্মা অসিনি অহুপা মরমহুনা, থরায়-পানবা খুদিঙমক্না 'সৎ' অতুগী ময়াই-পাঙল, অহুবু হোংদনা অতুম লৈবগী মওঙদা পূক্নীংদা ফাওই। মসিদি শেংলে অমসুং শোয়নীংঙাই লৈতে।

হৌজিক অনীশুবা অতুদা পূক্নীং-চিংসল্লু- -'চিং' হায়বহু —খুদিঙমকপু থঙনবা নহাকপু কন্না তকসিল্লিবা শক্তি অহু। মী খুদিঙমক্না মা-মাগী পূক্নীং-রা থঙনবা পাঙ্গলদা উৎলকপা কৈনোমগী মরমদা থঙনীংবনা লাঙতক্লে, মহাক্না রাহংশিং অহু হংই—"মসি করিনো ? মসি মত্তৌ কয়রা থোকইরনো ?" পোৎ খুদিঙমকপু থঙবদা থাক্লেশেংনা মায়পাকখিবা মীগী মশীঙদি থয়তমক ওইবা য়াই। অতৈশিংহুদি লাঙতকুবতমক লৈরম্বা য়াই অতুগা অসুম হোৎননবা অমসুং জয়নবগী দরকার ওইবা অচেৎপা বুদ্ধিহুদি লৈব্রমদবা য়াই। মহুনা অহোংবা মশক অমত্তা পুথোক্তে। মরুওইবা অচুম্বা রাহুদি খোয়াংবা অহুনি, কন্না তকশিনবা অহুনি।

কৈথেলদা নত্রগা বাজারদা নত্রগা মেলা অমদা চৎপা মত্তমদা নওগা লোয়নবা অপীকপা নিপা-মচা অমা পুরো। অঙাং অহুনা নাকল অনীমক্তা নৈরিবা মখল-মখাগী পোৎশিং অত্থ য়েংলগা ঈচম-চম্না চঙে হায়বসি নহাক্লা খঙগনি। মথুৎ-শমত্থনা পুবীরিবা মীশক অত্থদা মসিনা করিনো অত্থগা মত্থনা করিনো হায়না অয়েক্লা লৈতনা মহাক্লা হৎহুনা লৈগনি। মত্থ মহাক্লা মরকায় ওইবা করিগুম্বা পোৎশক অমা ওইবা য়াই নত্রগা মহাক্লী খঙবা-ওমগী শক্তিগী য়াংমদা লৈবা করিগুম্বা পোৎশক অমা ওইবা য়াই ; অত্থম ওইরগন্থু, য়া হৎবগী ঈচেল অত্থদি কংলোই।

জ্ঞানবু খোরাংবা অসিগী মুং গী ওইবা অর্থত্থ অমুক্তং খঙ্গো। মত্থদি মশা মতোমতবু ফোঙদোকচরিবা চিৎ শক্তি অত্থনি। পোৎশিংবু খঙ্গোক্তুনা লংথোক্লম্বা হায়বসি মত্থগী মহৌশ নত্তে। জ্ঞান হেক কংদ্রিফাওবা মত্থনা পোখাত্থনা লৈঙমদে ; মরমত্থনা খোরাংবা হায়বত্থনা য়াহংগী ঈচেল অমা ওইনা চেঙ্খোরকই। চিৎ-শক্তি হায়বসি মদোম ওাঙ্গৈ ; মরম অসিনা মশাগী মঙাল লৈজদবা পোৎ কাওবা মত্থনা ওালহনবগী পাঙ্গল লৈ। গুণশিং অসিনা করিগী মীওইবদা ওাল্লিবনো অমস্থং পোৎশিংবু মঙোন্দা ময়েক শেংহল্লিবনো হায়বত্থ মত্থনি। মীওইবনা মশাদা বুদ্ধিগী মরুদ-মরু ওইবা মূলতত্ব নত্রগা চিৎ-শক্তি লৈ হায়বসি তশেংহনবদা মত্থনা মতিক চায়ে।

হৌজিক অত্থমগুবা অংগী মরমদা—আনন্দগী মরমদা (নৈনসি)। শাশিং অমস্থং উচেকশিং কাওবা অতোপ্পশিংদগী থৌজিল্লকপা নত্রগা থেম্নকপা অমত্তা য়াওদনা মুংঙাইববু কম্না আশা তৌই। মখোয়না মত্থ (মুংঙাইবত্থ) কংনবা অঙম্বমথৈ হোৎনৈ। মখোয়গী মরক্তগী কনা অমতনা অরাবা নত্রগা অনাববু আশা তৌরুদে ; মখোয়না অনাবা অমস্থং অরাবদগী

নাম্বোক্লবা অহুগা মথোয়হুনা ভগাইকরক্লবা মতমদা মথোয়হুবু লোইশিন-হনখিনবা অগুম্মথৈ হোংনৈ।

মীওইবগীদমক্তদি, অমুক হেক্সা মাচা থায়না হায়ক্লবগী দরকার ওইদে। মহাক্না মতম পুম্নমক্তা অমসুং থৌ পুম্নমক্তা অহুগা থবক ইনথাও পুম্নমক্তা মবক-লত্তবা মুংগাইববু ফংনবা হোংনৈ। মতম অমত্তদসু, মফম অমত্তদসু, পূর্ণগী খোঙথাং অমত্তদসু, মহাক্না অন্নাববু পামদে। মহাক্না তৌবা পূজা পূম্বদা, নত্রগা মহাক্না শক-শোনবা য়াওক্লবা ভজণ পুম্বদা, নত্রগা মহাক্না ভাক্লিবা রাশকশিং পূম্বদা, নত্রগা মহাক্না পাঙথোক্লিবা ধর্ম্ম-কর্ম্ম পূম্বদা, নত্রগা মহাক্না চৎপা তীর্থ-যাত্রা পুম্বদা নত্রগা মহাক্না পূণ্যগী ফল ফংনবগীদমক্তা তৌবা দানশিং পূম্বদা মহাক্না মহাক মশামকী অমসুং মহাকী মরী-মতাগী হরাওবা অমসুং মুংগাইবা অহু ফংনবা নিজৈ। করিগীনো? হকচাওনা করিগুম্বা লায়না অমদগী ওয়ক্লবা অহুগা ডাক্টরনা অনাবহু কোক্লবা অমসুং হকচাও ফনবা হীদাক অমা চাউ-থকউ হায়রকপা মতমদা, মীওইবনা হীদাকুক্তাওবা চাবদা অথুম্বা, অঙ্গংবা অমসুং মুংগাইবা ওইবা পাম্মীনে।

অপাম্বা অসিগী মরু হৌবকফম করিনো? মীওইবা হায়বসিদি মরুওইনা মুংগাই-পাম্বা-লৈখোল চেল্লি, 'সুখ-স্বভাব' ওই। আনন্দ হায়বসিনা মহাকী মী-ওইবগী থোইদোকপা শক্তম অহুমক্নি। মহাক্নি মহাক্না যুমচণ্ডহুনা লৈরিবা হকচাও অহুগী লৈখোলহুনা ওইবা নত্তে। মহাক্তী আত্মাহুনি। আত্মাহুগী লৈখোলহুদি মুংগাইবনি। মরম অহুননি নহাক্না মুংগাইবা মতমদা কনা অমত্তনা থুক্কৎত্রিবদো; মথোয়না নঙগী মুংগাইবহুগী মরমদা থঙনীংউদে, মরমদি মহু নঙোম্দা নহৌশা ওইবা করিগুম্বা অমনি। হান্না লৈরমদবা কবিগুম্বা অমা নহাক্না থেংনরকপা মতমথক্তদা থুক্কৎপা পোক্লকই। নহাক্না মুমিৎ থুদিঙগী উব্বিবা করি

করিনা মহাক্কী খওনীংগনবা অদু পোকহন্দে। মহোশাগী ওইনবা করি-গুম্বা অমা থোক্লবা নত্রগা উরবা মতম অদুখক্তদা মদু পোক্লকই।

খুদমসি য়েংউ। অঙাং অমা নাওশুমদা হীপ্লি। শরীরকী স্রিং-স্রিং লাওবা মখোলদা নত্রগা শায়পোং খরদা নত্রগা মদুবু মস্তিক-চানা মুংঙাইহনবা পুক্নীংগী রাখল খরদা ওইরবসু ম্রাই মদুনা ( অঙাংদুনা ) শায়-দুনা নোকই ; কনানসু অঙাংদুগী মতৌ পুম্বসিদা ওক্লদে নত্রগা পুক্নীং রারুদে। মসিগী ফল অমা ওইনা কনা অমত্তগী মাগী পুক্নীংগী শান্তি অদু মাওদে। হৌজিক, শায়রিবা অমসুং নোক্লিবা অঙাং অদু য়াক্লা লাউখোংবা অমসুং কপ্পা হৌরক্লে হায়রসি — তাবা ফংবগী লমদা লৈবা মী খুদিঙমক্লা নাওশুমলোমদা চেনশিনগনি অদুগা ফীভম অদুগী মরমদু খওনবা ফমুং অমসুং ফমুংগী ফিরোলশিংদুদা ইঙাও-ঙাওনা হুমদুনা কোয়থি-থিগনি। মসি অঙাং-শেম্বরিবা মী পুম্নমক্লা থেংনরবনি। অঙাংনা করিগী মুংঙাইরি-বনো হায়বগী মরমদুদি খওনবা কনা অমত্তনা রারুদে ; অদুবু মদুনা কপলকপা মতমদদি মরমদু থি। করিগীনো? মরমদি আনন্দ নত্রগা মুংঙাইবা হায়বদু অঙাংদুগী হৌনশানি ; অরাবদি হৌনশা নত্তে ; মাগী মুং-গী ( আত্মাগী ) মশাগী শওঙ-অওইবীগী ওয়তৈনবনি।

মসিনা মপুং ওইবা রাফম অদু নত্তে ; খরগসু হেন্না লৈরি। ঐখোয়না খওন-উনরবশিংদগী খুদম অমা লৌদুনা য়েংশি। নহাক্কী কনাগুম্বা মরূপ নত্রগা মরী-মতা অমনা মুংঙাইরবা অমসুং এনাক-খুল্লবা মতমদা কনা অমত্তনা মহাক্লা করিগী অদুমনা মুংঙাইরিবনো হায়না মঙোন্দগী খওগে হায়না রানরুদে ; মখোয়না মাবু থৌশারুদে অমসুং মঙোন্দা মশামক্কী মরমদা রাডংশিং হংদুনা নৈরুদে। অদুবু অরাবনা মাবু য়ৈরবা অমসুং মহা-ক্লা মুংঙাইত্রবা মতমদদি নহাক্লা মাব অমসুং নশামকপ পুক্নীং-রাইচিলহনবা

হৌরকই। করিগী? মুংঙাইবা হায়বসিদি মহৌশাগী ওইবনি, মহুম্বু ফংকম থোকই হায়না আশা তৌবা ডাই, মহুদি ঙক্নীংঙাই-থুককং-নীংঙাই করিগু ওইদে। মরমদি মহু আত্মাগী লৈখোলহুনি, মহু মী খুদিঙমক্কা ওইম্লিবনি। মহুনি কবাঙুম্বা অমনা করিগীদমক্তা মুংঙাইহুনতা লৈবা মঙ্গুংঙাই, আনন্দ হায়বহুবু খৌরাংলিবহুগী মরমসে।

মথক্কী অহুম, 'সৎ' 'চিৎ' অমসুং 'আনন্দ' হায়রিবসি, থরায়-পানবা খুদিঙমক্কী মফমদা মহাক্কী হিংনবমক্কী মরু-লেক্ষ্মক ওইনা, মহাক্কী অওইবা মশক্কুমক ওইনা ঐথোয়না উই। মরম অসিনা, মহু জীবগী শক্লোন লৌরিবা অহুগা লৌরিবা শক্লোন অহুদা মীশক অমগুম্না লিলা কুম্মিবা প্রভু মহাক মশামক্লি। ব্রহ্ম অমসুং 'অধ্যাত্ম'গী মরী অহু, হায়বদি ইবুংঙো মহাক্কা অনীমক্কা চপ-মান্নবা মতৌ অহু, অর্জ্জুননা ভাব তাবা ঙম্নবা কৃষ্ণনা শুগায়না তাকথিবদো মসিগী মুং-গী ওইবা অর্থ অসিনি।

মতুংদা অর্জ্জুন-না অহুমগুবা হীরম, কর্ম্মবু মপুংফানা মাগী মফমদা শুগায়না তাকপীনবা নিজরম্মী। মহাক্কা হায়জবা অহু য়াবিরগে হায়না কৃষ্ণনা চপ-চানা শেম-শারম্মী। ইবুংঙো মহাক্কা তাকপীবা হৌরক্লম্মী, "অর্জ্জুন! লৈরিবশিংবু শেম্বা, য়োকপা অমসুং লোইশিনবগী তঙাইফদনা ঙম্মথৈ নাইহনবা অহু কর্ম্ম হায়না কৌনরিবা অহুনি। অরেংবশিং অমসুং লেঙদবশিং, ঙম্মক লৈরবা ঙাক্তনি; করিনা হায়ববু, তাইবং-কুমহৈ ওইহনগে (তাইবং লৈশেমগে) হায়বগী রারেপ অহুগী থবকুমক কর্ম্মনি, অহানবমক্কুনি, মহুনা ঙম্মকপু মফম পুম্নমক্তা, তেংবানবা পুম্বসিদা, মথৌ-মঙম অহুম পাঙহুনা লৈহল্লি অহুগা মসিগী মঙুঙদা তৌরিবা লেঙথোক-লেঙসিন অমসুং চরাঙ খোয়রাঙনবা অহুগা থবক ইনথাঙশিং পুম্নমক অসি

অহানবা য়ুক্ষয় ওইরিবা কর্ম, ঐগী সক্ময়গী হকথেংনবা ফজহনি। ঐগী লৈশেম্বগী পুন্নীং-য়ারেপ্প। শাংনা হেক লৈরিমখৈদি কর্মগী ঈচেল অহু চেন্দুনা লৈগনি। ঐনা কংহল্লগে নীংজ্রিমখৈদি মহু থক কংথিরোই। নহাক্না তৌরিবা ওয়মক ঈচাউ অসিদা চিংসয়বনি; কন্নিগীনো হায়ববু, অকনবা ঈচেলসিদা নহাক্কি ঈরৈশিং ওইবথক্তনি, নত্রগা ঈথকশিং নত্রগা ঈপোমশিং ওইবথক্তনি। ঐগী অনীংবন' কর্ম পূম্ববু তৌহনবনি অমসুং মরম অহুনা ঐগী অনিংবগা চুননা তৌরিবা কর্ম অহু ঐনা তৌবা শক্লক ওইরকই।

---

"মুংশিবনা ঐগী শক্তমনি
অচুম্বনা ঐগী শ্বরনি
মুংঙাইবনা ঐগী চীঙ্গারি
ঐগী পুন্সি ঐগী পাওজেলনি
সন্দোকপা পাকথোকপনা ঐগী পুন্সিনি
মুংশিবগী মরম লৈতে
মুংশিবগী ঋতু লৈতে।"

বাবা

# তাঙ্খক ১৫

"কর্ম্মদি ঐগী ইহৌশাবু তাকপনি ; ঐনা ইশামকপু কর্ম্ম ওইনা উৎপনি," হায়না অর্জ্জুনগী অঙক-লৈখৈ ফংনা কৃষ্ণনা হায়রম্মী। কর্ম্ম ওয়মক লাইগী ওইবনি, ইবুংঙো মহাক্কী অওইবা মচং ওইবা শক্তি হায়বছু ইবুংঙো মহাক্কা ময়েক শেংহল্লম্মী। "পুম্নমক্কী আত্মা ওইবা ব্রহ্মনে, মী-মীনে অমম্তুং কর্ম্মনে অহুম্মকসি ঐঙোন্দ। লোইনা লৈ হায়বসি নঙনা খঙলবদি মহুনা ওক্লে ; মসিবু খঙবনা মুক্তি হায়বছু ফংহনগনি। অতৈ অতৈগী মরমদা নহাক য়াৱফম থোক্তে," হায়না কৃষ্ণনা মথা চখনা নৈনবা পামদবগুম্না হায়রম্মী। তশেংনা, কৃষ্ণনা দলাই অছু য়েক্নবা লান্নীগী পরেংশিংদা থৌজিনবা ঃতুগা লাল অছু হৌবা পাম্লম্মী, মরমদি মতমদি থুনা হৌজিনখি।

অছুবু, অর্জ্জুনদি নুঙশুম কনখিরম্মী, মহাক্কী মমামগা মান্নবা তোঙানবা ওইরম্মী। চুমগী ঈচম-চম্বা মীশিংনদি অসুক কুইনা কৃষ্ণগা য়ারেৎনরম্মোই। কৃষ্ণনা "লেমহৌরিবশিংছুগীদমক্তা লাঙতক্লরুরমু" হায়বা মতমদা কনাগুম্বা অমদি হেক্তা লাঙতক্নবা তোক্কনি। অছুবু অর্জ্জুনদি কৃষ্ণদা হঙংনা য়া ওঙবা অমদি হংবাগুম্বা চপ-চাবা মীওইছনি অছুগা কৃষ্ণনা অর্জ্জুনগীদমক্তা মতিক চপ-চাবা গুরুছনি, অওইবমক, মখোয়দি নর-নারায়ণনি, নত্রানে ? মরম অসিনা, চুনরেদনা, থরায় য়াওন তানীংঙেদনা অছুগা য়ারী-য়াতাই অসিগী মমলছু লৈরেদনা।

অর্জুনদি রাকয় অহু মতাং অহুদা থয়বা লেপথোকপদা পেল্লমদে ; মহাক্লা কৃষ্ণগী পোল্লম্রে হায়বা ৱা অহু লৌয়মত্রি। "লেমহৌরিবা অহুমহুগী ময়মদস্থ ঐঙোন্দা হায়বিয়ু, হে প্রভু," মহাক্লা থৱায়-য়াওনা হায়জরম্মী। "চিংনবগী থৌরীনা কোয়য়েং-য়েংলিবসিদগী ঐবু কনবিয়ু," মহাক্লা হজচ্চরম্মী। "অমম্বহু মাঙহনবীরো অহুগা ইবুংঙো নহাকী অচুম্বা অওইবহু ঐঙোন্দা উংশীয়ো," মহাক্লা কম্না তকশিল্লম্মী। মহুদা কৃষ্ণহু থম্মোয় খজিক্তং পেংলক্লে। ইবুংঙো মহাক্লা অর্জুনগী নজলদা মুংশিনা থুংনা তপ্পী-তপ্পী নানলম্মী অহুগা পাউথুম পীরম্মী, "রাকয় ; ঐনা নঙোন্দা লোইনা হায়রগনি। ঐনা হান্না পনখ্রবা অধিভুতম হায়বহুদি হন্দোকপদা হাবা অহুগুম্বা কোইয়েং-য়েংশন্নহুনা পুল্লবা অমদি নত্তে। মহুদি পূম্নমক্কী লাম্বা শুবগী মমুঙদা হেক্কমক লৈবা কয়িগুম্বা অমনি। অম্মুম অম্মুম মরায়-চায়থরকপা অমম্মুং শিবা-নাইরিবা থুদিঙমক, রূপ অমম্মুং নাম, মওঙ অমম্মুং মমিং লৈরিবা থুদিঙমক অধিভুতমগী মমুঙ চল্লি।

"অহুবু অতোপ্পা বাহৈশিংদা, হায়রবদা অধিভুতম হায়বসিদি অপরা-প্রকৃতিনি, নাকল শোমদা নঙ্গগা অশোয়দা অমম্মুং মকম থুদিঙমক্তা লৈরিবা শাবানবা পোংশিং পূম্নমকসি অধিভুতম ওাক্তনি। মসি ওইনমক, মখোয়দি ঐঙোন্দগী তোঙানবা নত্তে," কৃষ্ণনা ৱা ঙাঙবদা অর্থ লৈনা মরক্তা লেপকক তৌহুনা হায়রম্মী। মহাক্লা শুগায়না তাকপা অহু চথবা লেপল্লি।

ভগবানগী থৌওঙশিংদি ইবুংঙো মহাক্তনা খঙই। অদুক্তে অতোপ্পা কনানদি মখোয়গী অর্থ অমম্মুং থৌরম্মু খঙদোকপা ঙম্মদে। মখোয়বু মাচা তাহনগে ( খঙদোক্কে ) হোংনরক্নবদি মহৈ : য়ান্দ্রবা থবক্নি।

"মখোয়দি ঐঙোন্দগী তোঙানবা নত্তেনে।" বাহৈশিং অসিদা অর্জুন ওকপনা থুম্মাংখি। মহাকী মকোক চিংনবনা লুমথরম্মী। মহাক্কী বুদ্ধি

লৈটিন্না কূপখি। মহাক্না থাজরম্ব। অহু হন্দ্রহনখ্রে। চিংনবশিংনা মহাকী থোপতা পাখংনীংঙাই ওইবা মওঙদা মরাঁ মরী মশীঙ য়ামখৎলকখি। করিগী মহাক্না অন্থ্রা য়াথিবনো? পূক্নীং মথক-মথা ওলহনবা পূম্নমক অসিগী মরমহু করিনো?

"ঐদি সৎ-চিৎ-আনন্দনি, সত্য, নিত্য অরেম্বা মশকনি," "ঐদি শিবা, মম্বান্-চায়থবা নত্রগ। অমাঙ-অতানা শোকহনবা ঙমদে," হায়না হায়দোকখ্রবা মতুঙদা ইবুংঙো মহাক্তী ঙাইহাকী ওইবা, হোংব-নাইবা, মাঙবা-নাইবা দেহ-স্নুনি হায়না কৃষ্ণনা লৈখা-তাবা হোইয়াবীবা অসি তৌখিনে। মসিনা অর্জুনগী মাথাদা চমম্ববা পূম্বসিগী মরম ওইরম্মী। অসিগুম্বা চয়েংনবা য়ারোলশিং অসিদা মী অমা হেক্তবু চিংনবনা চমম্নহন-গনিদা। অর্জুনগী মওঙ অহু উকরগা কৃষ্ণনা নোক্লম্মী।

অহুমকপু, ইবুংঙো মহাক্না মতম থীন্থহন্নীংখিদ্রবনা অহুগা ইবুংঙো মহাক্না অর্জুনগী গুঙ অনীগী মরক্তা হা ওইবগী হৌরকফম অহু খণ্ডখিবনা, কৃষ্ণনা চিংনবহু খুদকী ওইনা কোক্লনবা হোৎনবা হৌরক্লম্মী। "অর্জুন! করিগী নহাক জ্ঞান মাঙলিবনো? অর্জুন নহাক বুদ্ধি চমম্নরে, মরমদি ঐ অসি মতম থরদা লৈগদবা দেহস্নুনি হায়না হায়খি, মহুরা? মসি তারগা মীচম ময়ামদি চমম্নগনি। মখোয়গী পূক্নীংদা কাওহন্নক্লদবদি য়াথল অসিবু য়াদবা ওইগনি, মরমদি য়ারোল অনী অসি চাসিন্নহনবদা লুই। ঙাইহাকী ওইবা, হোংবা নাইবা অহুগা তুং কোয়দবা দেহ অসি ঐগা মরী লৈনৈ, মরমদি মহুনা থোরকইবা থোরকফম (হৌকম) অহুদি ঐনি। ঐহাক য়াওদনা দেহ নত্রগা হকচাঙ কৈদৌঙৈদা ওইবা ঙম্লোই। মহুনা হৌওরক-পগী য়ারীহু তারগা মসি নঙোন্দা ভাব তাগনি। অথুপ্পা অহুবু শেংনা উংল্লিবা হকচাঙগী হৌরকফমশিংগী য়ারীহু মুম্না তারে। হকচাঙদি

মহুনা ওইরকপগীদমক্তা মপা-মমা ওইবশিংনা চারিবা চীঙ্গাক ( অন্ন ) অদুগী মকমদা অহানবদগী হৌনা লম্মণ তোল্লি, মহ্ নত্তব্রনে ? মহুগী 'অন্ন' অদু কদাইদগী লাকই ? লৈবাক-লৈশাগী-মচলদগীনি লৈবাকুতা হৌরিবা মন্ধ-মরাংশিং অমসুং অতৈ অতৈ অতোপ্পা মচাকশিংদো। অদুগা লৈবাক - লৈশাংদি ? পৃথিবীগী - মচলদো। মহ্ 'জলতত্ব', ঈশিংগী-মচলদগী মথও মথও ওইরকই। তুংলোম্নদগী মখোঙ-মরী লীরগা, ঐখোয়না 'জলতত্ব' হায়বা অসি 'অগ্নি' নত্রগা মৈগী মচাকশিংদগী, 'অগ্নি'না বায়ুদগী, বায়ুনা আকাশতগী অদুগা আকাশনা লাই – কোল্লেনগী মায়াদগী থোরকপা ঐখোয়না থেংনৈদো ! মায়া অদু ঐগী ফিজেৎ ওইনবথক্তনি।

"ঐনা শেংনীংবা অমসুং ঐনা ইকোয়-কোয়না শেংলিবা ঐগী পোষাক অসিনা আকাশ ওইরে, আকাশনা বায়ু পোক্লে, বায়ুদগী 'অগ্নি', 'অগ্নি'দগী জল, জলদগী পৃথিবী নত্রগা মালেম পোক্লে, মালেম্না চীঙ্গাকী মন্ধ-মরাঙ হৌহল্লে, চীঙ্গাক্না হকচাঙ ওইহল্লে। মরম অদুনা, শেংলেদনা, শেংদ্রিব্রা, দেহসু ঐহাকমক্তি হায়বহ্ ? মসি করিগী চিংনবগে ?

মরম অদুনা, ঐদি হান্না হাযখিবগুম, ব্রহ্ম, অধ্যাত্মম অমসুং কর্ম্ম ওইবা অদুগ, ঐহাক অধিভূতমসু ওই। মরম ( ওইহল্লিব ) দুগা ফল ( ওইহল্লিব ) দুগা চপ-মান্নে ; ঐনা অহৌবা মরমনি অদুগা মরম অদুনা ওম্মকসিগী ফলশিংসু ঐনা ওই। ঐনা পরমাত্মানি ; লেমহৌরিবা ওম্মক্তি অধিদৈবমনি। হকচাঙ-পোন খুদিওদা নত্রগা হকচাঙশিংদা 'হিরণ্যগর্ভ' কৌবা ঈশ্বরগী মিয়েল-শক্তম অদু তুওদুনা লৈ। মী অমবু মাগী ইন্দ্রিয়শিংনা চপ-চামা সেবা তৌবা মতৌগুম্না, হিরণ্যগর্ভ' অদুবু অধিদৈবশিংনা সেবা তৌই।

অধিদৈবশিংনা লৌরিবা থৌদাংশিং অসি করিনো হায়না নহাক্না

ঙকপা য়াই। মখোয়দি তাইবং মপুগী থৌরম্ থৌবাগুলিবা লাইশিংনি ; হায়বদি, মীৎপু সর্থ্যানা উহল্লি, নাকোঙবু নাকোঙদা তোংবা লাইশিংনা তাহল্লি, অতুগা ইন্দ্র দেবনা খুৎপু থবক তৌনীংবা পোকহল্লে ; মখোয়শিং অমসুং অতৈ অতৈ মপু ওইনা তোংলিবা লাইশিংসি হিরণ্যগর্ভগী ইন্দ্রিয়-শিংনি। সাধক অমা চাউগে মথৈ চাউসনু, পাথোয়-পুথোয়বা থাক অমা-অমা য়ৌসনু, মহাক্না হিরণ্যগর্ভগী মতেং খক্তনা খাইদগী অরাংবহু য়ৌবা ঙমই। হিরণ্যগর্ভ হায়বা অসি তশেংনমক লাই-কোক্লেমি ; অনীতুগী মরক্তা খেন্নবা লৈতে। মসি জ্ঞান তাররা, অর্জ্জুন? ঐহাক্না অধিভূতম ওইবা অতুপ অধিদৈবমসু ওই ; ঐহাক্না অনীমকসি ওইবা অতুপ ঐহাক্না ব্রহ্ম, অধ্যাত্মম অমসুং কর্ম্মসু ওই। মখোয় ঙমমক লাই পুমওই ওইবনি।

"হৌজিক মথংগী মশক অতুগী অমুক—অধিযজ্ঞঃগী। মতুসু ঐবুনি। মসিদি মখোয় মখোযনা তৌরুবা মথক-মথাগী কর্ম্মশিংতুগী ফল ওইবা মুং-ঙাইবা অমসুং অরাববু চারিবা মশক্তুনি। ঐনা শব্দ, স্পর্শ, রূপ, রস অমসুং গন্ধ ফংইবা মশক্লি— থরায়-পানবা পুন্নমক্তা লৈরিবা ইন্দ্রিয় মঙাগী মতেং-না, অধিযজ্ঞঃ গী মুলতত্ত্বনা! ঐদি কর্ম্মগীদমক দায়া ওইবা মশক কর্তা ওইবথক্তা নত্তনা, ভোক্তা হায়বা, মতুগীদমক্তা কর্ম্মতু লাঙ-লুরিবা, মহৈঃ চারিবা মশক অতুসু ঐনি ; ঐদি কায়বা গীনরিবতুসু অতুগা ফংলিবতুসুনি।

অঙইবমক্তি, কৃষ্ণনা অর্জ্জুনা মমীৎ পাঙহনবা অতুগা অচুম্বা অসিবু, ইবুংঙো মহাক্না অধিযজ্ঞঃ ওইবগী অচুম্বা রাকম অসিবু শেংনা খঙহনবা ঙম্মী। অতুবু, ঈচম চম্বা বুদ্ধি-লৈবা-মীশিংনদি মতুগী খঙহল্লিবশিংতুবু লাম্বা ঙমদবা য়াই। ঐখোয়না ঐখোয়গী পুন্সী মরেলদগী খুদম-চাংদম থর লৌতুনা য়েংলবদি মতু ঈরায়-লায়বা ওইগনি। নহাক্না লীরি-লীৎপা নুংশীং পাম্বা মতমদা, নহাক্না পঙ্খা থাই ; নহাক্না মৈঙাল

পাম্বা মতমদা, নহাক্না সুই কাপ্পগা থাউমৈ থাল্লি; নহাক্না চাকখোংবা পাম্বা মতমদা, নহাক্না ষ্টোব মৈ থাই নহাক্না চাউন্নবা সভা অমদা য়া ওাওবা পাম্নবদি, নহাক্না মাইক অমসুং লাউড-স্পিকর্নশিং পানথংদি অদুগা সুই থাই। নক্সগা নওবা পাম্বসি ছাপা নম্বা ওইন্নবদি, নহাক্না ছাপাগী কোল অদু সুই অমা নম্নগা চলাই। মখোয়শিংসি তোওান-তোওানবা থবকশিং ওইনা খল্লু অদুগা মখোয়শিংসি অমগা অমগা মরী লৈনদে হায়বসি নহাক্না খঙগনি। মৈওাল অমসুং মুংশীং, মৈশা অমসুং খোঞ্জেল অমগা অমগা মরী লৈনদে ; মখোয় লম খুদিঙ্গা তোওান-তোওাল্লি, অদুম্না ওইবগুম উগনি। অদুবু পুম্নমকসি ওইহনসু, পুম্নমক সিগী-দমক্তদি, ইন্দনলিবা মহাক, 'কর্তা' অদুদি মাম্নৈ, হায়বদি, তারাদা চংলিবা বিজলীগী ঈচেল অদু। ফোংদোকপগী মওওশিংদুদি, উখোকপগী মতৌশিংদুদি খেন্নবা য়াই ; অদুবু থবকী মুক্ষম, থৌজল্লিবা মশক, ফুমহনা লৈরিবা মতিক-ময়াই, হোৎকম অদুদি অজ্ঞানি।

বিজলী-ঈচেল অদুগুম্না লাই-কোক্লেমসু খুজু-খুংলাই পুম্নমকা মতেংনা থবক তৌরকই, অদুগা খুংলাইশিং পুম্বনা তৌরিবা থবক-ইথাওশিং পুম্বগী তুং-তাবা মহেৎ শিং অদু পীবি। ইবুংঙো মহাক্কী সর্ব-কর্ম-ফলগী দাতাদুনি। ঈচেল অদুগী মতৌগুম্না, ইবুংঙো মহাক্না থরায়-পানবশিং পুম্বগী মুং-গী ওইবা ইন্দনলিবা মশক, সর্ব-ভূতান্তর-আত্মা হায়বদুনি। ইবুংঙো মহাক্না কর্ম পুম্ববু তৌহনবা মশক ওইবনা, মহাকপু 'অধিযজ্ঞম' কৌই।

"তরেৎশুবা অদু 'প্রণব'নি, মদুনা, শিবগী মীৎকুপ অদুদা মদুবু শোজরবদি, অক্ষর-পরব্রহ্ম মশামক্তা তিন্নবা ফংহল্লি।" কৃষ্ণনা মসি হায়থিবা মতমদা, অর্জুন-না খুদক্তা হায়ম অদু, মদুবু মহাক্না তশেং-তশেংনা লৌশিনবা ওয়্নবগীদমক্তা, খজিক্তংগা শন্দোক্না তাকপীনবা ইবুংঙো মঙোন্দা

হায়জনস্বী। 'শিবগী মীংকুপ' হায়বা অহু 'করিগুম্বা তুংগী অকক্কবা মতম' অমবু হায়বা নত্তে। মহুনা 'হৌজিক হৌজিকমকসিবু' তাকই! মীংকুপ অমনা হেক্তা 'শিবগী মীংকুপ' ওন্থোয়কপা য়াই। ময়ম অহুনা মীংকুপ খুদিঙমক 'অয়োইবা' অহুনি। মীংকুপ খুদিঙমক 'প্রণব'না পীক থলহনগদবনি। শিয়বা মতুংদা ওইগদবা মীওইবগী লাইবক অহু শিবগী মীংকুপতা অথোই-শক্কক ওইনা লৈথিবা রাখল অহুনা শেম্মী। মহুগী রাখল অহু মথংগী মংগোক অমা শেম্বগী য়ুক্ষমহুনি। "মতম অহুদা ঐবু নিংশিংলিবা কনা কনাগুম্বনা ঐগী ইতিক-ইঙাল কংজে, তশেংনমক ঐগী নাক্তা য়োই." কৃষ্ণনা থগুহল্লি। ময়ম অহুনা, মীওইবগী কর্ম্ম খুদিঙমক, মহাকী হোংনবা খুদিঙমক, সাধনা খুদিঙমক, লাইবক লেপ্পগী মশক ওইবা মীংকুপ অহু শেংদোকপদা নিসান থাগদবনি; হিংবগী চহিশিং অহু শিবগী মীংকুপ অহুদা পরমাত্মা নত্রগা 'প্রণব'গী রাখল পোকহন্নবা পূক্নীং অমসুং লমচংপু থকশি-থাশি নাইবা তম্বীবদা শিয়থোকদবনি।

'কাম্নত্রবনি হায়না লংশেকদবদি দেহহুনি, হকচাঙ-পোলাঙহুনি; কংননবা তানগদবনা পরব্রহ্মনি. পুম্মকী অম্বুপ্পা মপুহুনি। দেহদা নহাকী লেঙদবা অওইবা মত্তৌ, নহাকী স্বরূপ, লংশেকপা য়াত্রবা, মাঙতাকহনবা য়াত্রবা, শিব-নাইদবা 'সত্য' অমসুং 'নিত্য' ওইবহু য়াওই। মহুগী অওইবা মশক্কুদি আত্মা কৌবা তশেংনা লৈয়বা মশক অহুনি। হায়বা নঙনা মহু ওইরুবনা, নঙনা মহুবু লংশেকপা ঙমদে। হকচাঙবু থাদোকপা অসি চহি থর লৈয়ম্বা য়ুমদগী অতোপ্পা অমদা হোংদোকখিবগী মত্তোগা মান্নে অহুগা মপোক অমা পোক্লকপা হায়বসিনা অনৌবা (য়ুম) অমদা নহাক্না চঙবনি। অনীমকসি হকচাঙগী ওইবা থবকশিংনি. আত্মাহুবুদি শোকহন্দনা। অর্জ্জুন! আম্বদি চঙশিনবম্ব তৌদে নত্রগা মহুনা থোকখি-

বম্নু তৌদে । দেহতত্বগী অরানবা লমদা পোখাদনা নোমলিবা মখোয়শিংদি আত্মা হায়বহ্ মখোয়দা মশক খঙহন্না লৈতে। দেহতত্বদি তঙাই-ফদনা মরায়-চায়থরকপা অমম্নুং শিবা তাই। মরম অদুনা ঐনা মাঙজোননা পনথ্রবা হাঁরম তরক্তুদগী হেন্দোক্না, অসিগুম্বা মুক্তি ফংবগী শক্তি চেনবা খুৎলাই ওইবা 'প্রণব' অদু ময়েক-শেংনা খঙপা তাবনি। পূন্নীগী শাংলবা চহিশিং পুম্বা অয়ৌবী ফীভমসিম্নীদমক্তা শীজম্নবা তাই—হকচাঙবু লংশেক্লমদাই মতমদা, 'প্রণব' তা পূক্নীংবু চেৎনা থম্ননবা। চাথিবা পোংকী মনম নহাক্না হোন্দোরকই ; নহাকী অয়োইবা (শিরমদাইগী) রাখলনা নঙবু নহাক্নমথে থাক্লকপা পূক্নীং-চীঞ্জাক অদু মশক তাকই।

"নহাকী 'সদগতি' নহাকী সাধনাগী মতুং ইল্লি ; সাধনাগী চাওখৎপা হায়বসিম্নু অভ্যাসকী মতুং ইল্লি। ( শিবা য়াবা মীংকুপশিংদগী ) হকচাঙনা নাম্থোকহৌবা মতমদা, অশেঙবা রাখলশিংদা পূক্নীং অদু লেঙদনা থম্নবগী দরকার অদু মতম চুম্নদা খঙহনা লৈম্নু। হায়বদি, নহাকী পূন্নাগী মীংকুপ খুদিঙদা নশামক অশেঙবা বাখলদা লুপ্তুনা লৈম্নু।

অর্জ্জুন-না রা-হংজরমী, "হে প্রভু ! কনাগুম্বা অমনা পূন্নীগী অরোইবা মীংকুপ্তা অশেঙবা রাখলশিং ফংগে নীংজরবদি, হৌজিক্তগী হৌনা মতুগীদমক্তা কনাগুম্বহৃনা হোৎনবা তাবরা ? অরোইবা মতম অদুমক্তদা ঐখোয়না রাখলশিংহবু ফংবা ঙমদবরা ?" ভগবান-না মহাকী চিংনবহ্ খঙলম্মী অদুগা পাউথুম পীরম্মী ' নহাকী নবুদ্ধিহ্ ফনা য়াম্না ফকচিনখি-বগুম তৌরে। মরমদি হৌজিক্তগী হৌনা অশেঙবা রাখলশিংবু চাওখৎ-হনবগী দরকার লৈ হায়বসি য়াও হায়বদা নঙনা নিংজিঙনরি। অর্জ্জুন ! পূক্নীংবু মতুগী হৈনবী অদুদা, অভ্যাস যোগ হায়না কৌবা তত্তনা হোৎনহুনা মশাবু লাকশিঞ্জবা ঙম্নবগী সিন্দম অদুগী মতেংনা, হৈন-বা ভয়ীবা তাই।

অতোপ্পা রাখলাশুং খল্লুদনবা অতৌগা ঈশ্বরথক্তনা চিংসন্নবা পুক্নীংবু তাকপী-তীকপীবা তাই। মহাক্না পরমপুরুষহু, অথোইবা আত্মাহু, অথোইবা থৱায়হু তাম্না নহাক্না য়োৱা ওমগনি। নঙনা মহাকবু নিয়ম নাইনা তাকপী য়-বদি অমসুং তম্বীজবদি, শিবগী মীংকুপ্তা নহাক্না পরমপুরুষ অহুবু মীংশিংলক্লোই।

"মরমহু নহাক্না ঐঙোন্দা হংলকপা য়াই। ফরে! নঙ নশাগী ফীভমগী মরমদা খল্লু। খোক্লরগদবা লাস অহুদা অতোপ্পশিংবু শোকহন্নবা অতৌগা ইশা ঙাকথোক্কবগী খুংলাইশিং অসি নহাক্না শীজন্নবা ঙম্লে মরমদি নহাক্না চহি কয়াদগী হৌনা মখোয়বু শীজন্নবগী মহৈহু নশামক্না তম্লক্নে, মহু নত্রনে? হান্না হোৎনহৌদনা, মীং-কুপকী নীংঙক-নীংঙকপদা, নহাক্না মখোয়হুবু পূক্নীং লুম-না শীজন্নবা ঙম্লমগদ্রনে? মহুবু মতম পুম্বদা ওইথোকপ্রা? ক্ষেত্রীয় হায়বসিদি কন্নিঙবা মুমিং অমদদি শোয়দনা খুংলাই পায়থং-হল্লকনি, মরম অসিনা পাইরক-পাইথুগীদমক্তা খুদক্তা শীজন্নবা ঙম্নবা অঙাং-ওইরিঙৈদগী মহাকপু মহৈহু তম্বীরকই।

"অহুঙম্না, কনাগুম্বা মী অমনা পুন্সীদা অতৈ অম্না অমা থেংনন্নদবা য়ান্নবসু, মহাক্না শিবা হায়বহুমদি থেংনবা শোয়দ্রবনি। মরম অহুনা মীওই খুদিঙবু মতম অহুদা মঙোন্দা থ্বাইদগী হেন্না কান্নবগাই ওইবা কাইদা-লাক্তা অমসুং রাখল অহু লৈহনবা ওম্নবগীদমক তাকপী-তীকপীগদব-নি। নত্রবদি, পুন্সী অসি মায়থীবা মশক অমা ওই, কান্নদবা অমা ওই। মসিগী মপুং ওইবা ফীভম অসিগীদমক্তা শেম-শাদ্রবা মী অমনা মঙোন্দা খোক্লরগদবা লাইবক অহু রানা থাঙবা তাই। মায়থীবা ফংনবগীদমক্তা কন অমত্তনা লানফম অমদা চঙদে। অহুম হায়না, কনা অমত্তনা মশাগী মরম্নাই ওইনা তাপ-কুমথরকপা মচেৎ অমত্তবু লৌনীংনা লৌদে; মহাক্না

চাওথং-হেনগৎলকপথক্তবু ফংনবা হোংনৈ। মরম অদুনা, নঙ মশামকী থ্বাইদগী হেন্না য়েংশিনফম থোকপগী মতুঙ চন্না নৈবা পোলোই অহূম্নমক্তা কন্না হোংনবসিবু অশিংবা ওইরোইব্রনে? মরমসিদগী, মী খুদিঙমক্না পূল্লীগী অয়োইবা মীৎকূপ্তা 'প্রণব' হায়বা তম্বেংগুবা হীরম অদুগী রাথল অদু শোয়দনা চেন্নবা থরায়-য়াওবা থোঙথাংশিং লৌথংকদবনি। মতুগী রাথলহুদা শিবা মী মথৈনা ঐবু ফংজৈ," কৃষ্ণনা হায়রম্মী।

গীতাগী মপুংওইবা ঈরাদি অসিনি। মরমদি মী পুম্নগী থবকশিংগী পন্থুংদি চাওথং-ফংলকপগী মতোন-তোন্নেন য়োবনি, মদু নঙ্গমে? মহাক মশামকপু প্রার্থনা তৌহল্লিবা, জপ অমসুং ধ্যান তৌহল্লিবা, 'অর্চনা' অমসুং তপস্যাশিং তৌহল্লবিহু মতুগী অপান্বনি। মথোয়শিং অসিদা থাজবা থমগ্রবা মথোয় পুম্বনা মরম পুন্নমক্তা পন্থুংফম অদুবু নিংশিংগদবনি।

ওম (অউম) নত্রগা 'প্রণব' হায়বা অসিবু শিবগী মীৎকূপ অদুদা নিংশিংবা তাবনি হায়না কৃষ্ণনা তাকপীরম্মী। মসিগী মরমদা শন্দোক্না তাকপদা দরকার ওইবা তশেংবা রাফমশিং থর নৈ, মরমদি 'প্রণব' হায়বা অদুবু মী থয়তনা হন্না হন্না থীবা ওমই অদুগা অতোম্না মীশিংদদি মতুগী হক পীবিদে হায়না মরৈ য়েংপা মী য়াম্না লৈ। মসি লাল্লি। মথোয়না অচুম্বহু থঙজবনা মসিগী অয়ানবা রায়োই অসিদা লাকখিবনি। মদু অয়ানবা থাজবদগী থোক্লকই।

গীতানা মসিগী কাঙলূপ নত্রগা মতুগী কাঙলূপ হায়না পন্দে। মশক-তাকপা রাতপ অমত্তা য়াওদনা, "কনানো অমা" হায়বা রাহৈথতুং, মতুবু থাক নত্রগা নিপা-মুপী কক্তনা, কৃষ্ণনা লাউরম্মী। "মতিক-চাবা-মী নত্রগা চাদবা-মী," "য়াথং-ফংলবা-মী নত্রগা য়াথং-ফংদবা মী," হায়না ইবুংঙো মহাক্না হায়বকাওবা হায়রমদে। 'প্রণব'দা ধ্যান তৌনবগীদমক্তা,

("পুক্নীংদা মহুবু নীংশিংবা" থক্তি কাগ্নদে ) অহানবা নিয়মশিং খরদি, ইন্দ্রিয়শিং থুহুম চনবগুম্বা, পুক্নীং-খিংজিনবগুম্বা, অসিনচিংবশিংসি, চংলক্‌-পা তাই হায়নাইবুংগো মহাক্না তাকপীখিবগনি।

মরমদি, পুক্নীংনা অপাম-তম্নগ অমদগী অমদা থুন্না থুন্না চোংবা মতমদা খোঞ্জেলগী কয়াংশিংনা ওম, ওম, ওম হায়বা খোঞ্জেল অমা থোকহনবনা করম্না করি কান্নবা ওইগদগে ? খোঞ্জেল অতুনা মুক্তি ফংবদা মতেং ওইনরোই। ইন্দ্রিয়শিংহু ফাজিনবা তাই, রাখলশিংহু অনী লোঞ্জ-দবা তাই, ঈশ্বরগী ওাহোয়না চীংলেম্বা মতৌ অহু খগুবা তাই। পোকপদগী শিবা ফাওবদা অচুম্ববু ফংনবা খিবদা মী অমনা থবক চিন্দুনা লৈগদবনি হায়না তাইবং মপুনা পাউতাকখিবহুগী মরম অহুনি। মহুগী মহুত্তা, নহাক্না সাধনাবু অরোইবা মীংকুপ লাক্তি-ফাওবা য়েথোক্লবদি, পরিক্ষা-শগুদা হেক চগুমদাইমক্তদা, ইহান-হানবা ওইনা মাগী তম্নীবা লাইরীকী লামায়শিং মথং মথং ফাকপা ছাত্রগুম নহাক ওইগনি। ছাত্র অহুনা মাগী হোংননবা চহি অমা পূরা লৈরি ( কোম্না পারবসু য়াই ) হায়না পুক্নীংদা ফাওরবদি, অহুগা মহাক্না ওজাদগী অমসুং ওজাশিংনা তাকপদগী ইশিলহৌবশিংদগী অহুগা লাইরিকশিংদগী থগুননবা হোংনবদা থৌশাক্লরবদি, করম্না মহাক্না পরিক্ষাগী অমুক অহুমক্তদা মহাকী লাইরিকী লামায়শিং হাংদোকপা মতমদা কম্নিদি মহাকী থোপতা চগুলকপা গুমগনি ? মহুনা মহাকী নীংবা কায়বা হেনগৎহনবত্তা ওইগনি। মহাকপু নিংগাই-মঙাইদবা মতৌ অহুখক্তদা হৈ-শিংবনি হায়না লাউথোক্তুনা কোঙদোকপা য়াই।

নহাকী মনীও-সুমাগুদা, নহাক্না পাম্বী চান্না হেক থাবা মীংকুপহুদা পাম্বী অমত্তনা মহৈ : য়াল্লোই। ( মহৈ : য়ানবা ) থাক অহু য়ৌনবা, নহাক্না মহু চোংকশিন্না মতম শাংন চংনা য়োকখৎপা তাই। মহু নক্তনে ? মতৌ অহুগুম্না, নহাক্না থিরি-থিরিবা মহৈ : পুম্নমক্তীদমক, নহাক্না

চোংকশিন্না, ময়ক্তা লেপ্প্ দনা, শৈহৌ ওইবা লমচৎ-নিয়মশিং ইনবা তাই। কনা অমত্তনা শেন্নবা অমসুং পুক্নীং-চেৎপা য়াওদনা মহৈ : ফংবা ঙমদে।

সাধকশিংনা মতম পুম্বদা মসিবু খঙগদবনি। অপাম্বা আশা অসিদি "করম্বা মওঙদা পোক্লু সিগে" হায়বদগী "করম্না শিসিগে" হায়বরোমদা লৈসিনহনগনি। মরমদি পোকপা হায়বা অসি করম্না শিরক্পগে হায়বত্নগী মখা পোল্লি। শিবনা হাল্লি, পোকপনা কোল্লি। মীওইবদি শি-নবা পোকপনি অত্নগা অমুক পোক্লক্লবা মখোয়না শি হায়না মী-খ্বাই-পুম্নমক্না থাজনৈ। মসি অয়ানবনি। অমুক হম্না পোক্লক্তনবগীদমক্তা নহাক্না পোক্ল-কপনি, অমুক হম্না শিদনবগীদমক্তা নহাক্না শিরিবনি। হায়বদি, শিরিবা মীত্নু অমুক হম্না পোক্লক্তনবা মওঙত্নদা শিগদবনি। অমুকুং নহাক্না শিবা মতমদা. নহাক্না 'শিবা' অতোপ্পা অমমুক থেংননবা পোকহল্লোইদবনি। নহাক্না পোক্লবদি, শিবা হায়বা অসি নাম্থোকপা য়াদ্রবনি; মরম অত্নুনা, "পোকপা" য়াক্লমু অমসুং ' শিবা" য়াক্লমু।

মরম অত্নুনা, সাধক অত্নুনা মপোক অফবা অমা আশা তৌরোই-দবনি ; মহাক্না য়াইফবা খুৎশি অমা ফংনবা হোৎনগদবনি। অফবা ইমুঙ অমদা নত্রগা ফনঙাই ওইবা কীভমশিংগা লোয়ননা নহাক্না মপোক ফনা পোক্লকপা য়াই ; অত্নুবু মতুং-তৌবা কর্ম্মনা য়াইফবা খুৎশি অমা শোয়দনা ফংহনবা ওইদবা য়াই। মরম অত্নুনা, য়াইফবা খুৎশি অমা ফংগে হায়না কম্না নীংলবদি, পোকপগী অমসুং অমুক হক্তিন্না শিবা তারকপগী অমাবা অত্নু কোকহনবা ঙমগনি।

পোক্লিবা মীওই খুদিঙমকসি শিবা হায়বত্নমদি মাঙদা অত্নম তাত্নুনা লৈগনি। মত্নগী অরোইবা অত্নু তশেংনা অফ-মহৈ : য়ানবা অমা ওইহন্ন-বগীদমক রাখল অমসুং থবকী অফবা হৈনবীশিংবু চাওখৎনবা হোৎনৌ। অসিগুম্বা অরোইবা অমা ফংবা হায়বা অসি ঈশ্বরগী থৌজালবু ফংবা ওম্বগী শোয়ফদ্রবা খুদম্নি।

# তাঙ্কক ১৬

সাধারণ মীওইশিংনা শিবগী অরোইবা মতমদা মাধবকা মকমদা পূক্নীংবু অস্নবী মতিক ঈলায় লায়না চেৎসিনহল্লুবা ওমদে। 'পূর্ব-সংস্কার' হায়না কৌবা, মতম শাংনা তম্বীরকপা, কম্নিগুম্বা খর কজনা থৌরৈ পাঙ-থোক্লমহুনা মাঙলমচত্তা ভানসিল্লম্ববু মহুনা খঙনহল্লি। রাম্রক-রাতেশ্বরী তশেংবা পরীঙ অমদি পূক্নীংনা চৎলকপা তাই; মহু যোগ য়াওবা 'যোগ যুক্ত' ওইগদবনি। মহুনা ফাওবদা চপচানা ওইদ্রি (ওক্রি)। পূক্নীংনা অতোপ্পা রাখল পূম্ববু হম্ববনি অমস্নুং মথা-তাথবনি, ধর্ম্মবু মাংবা ফাওবা মাংথোক্লবনি হায়না লংথোক্কদবনি। অতোপ্পা পোংশিং পূম্ববু য়েংনীংদবা হায়বা অসিগী পাঙলস্নু হেনগৎহনগদবনি। মখোয় অনী অসিবু তৌরবদা, মাধবকী রাখল অহু তশেংনমক চোংথোরক্কনি অতুগা অরোইবা মীৎকুপ-শিংদা ফীভম চেৎনা লেঙদনা লৈরগনি।

মরম অহুনা, নহাক্কী পূক্নীং অহু য়াম্না মকওইবা পোৎশক অমনি; পূক্নীংহুনা পথরবা মতমদা, পূম্নমকম্নু পথে। পুক্নীংনা পথরবা মতমদা, পূম্নমকম্নু পথে। পূক্নীংনা পুবা পুবা মায়কৈদা, মীওইবনা, মাগী পূক্নীংনা য়াংনা চৎপগুম, য়াংনা চৎলি। পূক্নীংবু তেহনবা অমস্নুং তম্বীবা তারবদা, অকবা হৈনবীশিং অমস্নুং থকশি-খাশিশিংদা চঙবা তাই। মরম অহুনা, কৃষ্ণনা সাধনাগী থাকশিংদা মতৌ করম্না পূক্নীংনা মপুগী শকফম লাকশিনবা তাবগে অহুগা করম্বা পূক্নীং-ঈরাংশিং অমস্নুং ঈথিললশিংগা লোয়ননা ইবুংঙো মহাক্কপুপূক্নীংদা লেঙদনা থমগদ:গ হায়বহু কৃষ্ণনা শুগায়না ভাকপা হৌরক্নী।

"অর্জ্জুন! মীশিংনা ঐবু তোঙান তোঙানবা লম অহুমদা মশক তাকই—(১) নির্গুণ-নিরাকার ওইনা, (২) সগুণ-নিরাকার' ওইনা অমসুং (৩) সগুণ-সাকার ওইনা। 'সগুণ-নিরাকার হায়বা অনীগুবা অহুংগী মরমদনা ইহান হান্না, অদুগা মসিগী শকওঙ-শক্তা অসিদা ঈশ্বরবু মতৌ করম্না পুক্নীংদা শক-লাকশিনবা তাবগে হায়বহুংগী মরমদসু ঐনা নঙোন্দা হায়গনি। মুন্না তারো, ইবুংঙো মহাকপু কবি ওইনা, পুরাণম ওইনা, অনুশাসিত ওইনা, কৃষ্ণদগীসু কৃপথরবা ওইনা, পুন্নমকী হিং-নবাংগুহি অমসুং যুক্ষম ওইনা, য়েকঙমদবা শকফম ওইনা, ঙমিংকী ফজবা মঙালবু ইবুংঙো মহাকী মঙাল ওইননা, খঙদবা অমসুং অমম্বগী লৌখুন পুন্নমকী ইরাংমদা লৈবগুম্না ফোঙদোকই।

মতাং অসিদা, অর্জ্জুন-না কৃষ্ণবু মরক খংলম্মী। মহাক্না হংলম্মী, "প্রভু! ইবুংঙো নহাক্না হায়বিখি, মপু মহাক্তী কবি (অছৈবা) অমনি! ঈচম-চম্বা মীশিংগী মরক্তসু কবি য়াম্না লৈ। অদুগা মতৌ করম্না নহাক্না তাইবং মপুবুসু কবি অমনি হায়না হায়বা অমসুং চোপহনবা ঙমগদৌরিবা? নত্রগা, ইবুংঙো মঙোন্দা কবি হায়না মিঙ্গৌনবদা তোপ তোপ্না করিগুম্বা অমা ওইনা খঙনবরা? মদুগী রাকম অসি খজিক্তং হেন্না মাচা তাহনবীয়ু।" কৃষ্ণনা হায়রম্মী, "কবি হায়বা অসিনা অছৈবতবু চম্না খঙনদে; মদুনা হৌখিববু খঙবা, হৌজিকপু খঙবা, অমসুং তুংগী লাকদবশিংবু খঙবা কনাগুম্বা অমবুসু খঙনৈ অদুগা মরম অদুনা মদুদি তাইবং মপুবু ছৈখাবগী মগুণ অমনি। ইবুংঙো মহাক্না লোয়নমক খঙই; ইবুংঙো মহাক্না লোয়নমক উই। মরমসিদগী, কবিগী হৌরকফম অদুদি "সর্বজ্ঞ ক্রান্ত-দর্শী,' 'তুংগী খোঙলৈ উবা ঙম্বা মহাক,' হায়না পন্দুনা হায়। মীওইবগী খঙ্গোয় খুদিঙদা য়াওন্দুনা লৈরিবা অদুগা থাক অমদগী থাক অমদা অহোংবা খোকহল্লিবা মহাক অদু ঈশ্বর অমনি। খুৎশেম পুন্নমক্তীমদক্তদি,

কর্ম্ম হায়বা অসিনা থোকহনগদৌরিবা মহাক্তনি, অহানবা য়ুক্তমছুনি। ইবুংঙো মহাক কর্ম্ম হায়বছুনি, ইবুংঙো মহাক্কী শৈরেংদি পুন্নমকসিনি।" অর্জুন-না অমুক হংজরম্মী, "প্রভু, অনীশুবদা, ইবুংঙো মহাক্কী পুরাণনি, অরিবনি হায়না "পুরাণা" হায়বা ৱাহৈ অসি শনবিথি; মতুংগী অর্থ করিনো ?" কৃষ্ণনা পাউথুম পীরম্মী, "অওইবনি, ঈশ্বরদি থ্বাইদগী অরিবনি, অদুবু ইবুংঙো মহাক্কী লিনা-লিনা অতুম নৌই। ইবুংঙো মহাক্কী 'সনাতন'নি, অহানবা লৈশেমজৈদগীনি, অহোবগী ৱাংমদা লৈবনি; মীংকুপ খুদিঙ নৌতুনতা লৈবা 'নতুন'মুনি। পুরাণা হায়বসিনা, 'পুরা নবমিতি,' হায়না নৌরবা, মমাওগী অমসুং হৌজিকী মিনিট খুদিঙমক নোবা অদুবু খঙনৈ।

" 'অনুশাসিত' হায়বা ৱাহৈদুগী মরমদনা করি ?"

"মনীং-তম্বা, থিংঙু-লেপহল্লুবা ওমদবা, তাইবং মপু ওইবদো। ইবুংঙো মহাক্না পুম্নমক্কী চংনলম শেম্বী। পোৎচং মঙা (পঞ্চভূত) অদুনা ইবুংঙো মহাক্কী ৱাথংশিং পাঙথোকই। ইবুংঙো মহাক্না থম্বীবা ওমথৈশিং অদু মথোয়না ৱাংমা লাগ্না চংপা ঙম্মোই। মীওইবগী আইন অমত্তনা ওমদবনা, ইবুংঙো মহাক্কী আইনশিংনা থৱায়-পানবা পুম্নমক্কী মুং-গী সংসারবুসু লাঃকই (শাসন তৌই)। ইবুংঙো মহাক্না পুক্নীংগী কোন্দা থবক তৌই।"

"ইবুংঙো মহাক্না শীজন্নখিবা মরিশুবা ৱাহৈ-ৱাতাদি, ইবুংঙো মহাক্কী 'অনোরনীয়ান'নি, কূপ্নদগীসু হেন্না কূপ্নী হায়বসিনি।'

"কূপই হায়বদুরা ... ... ? অকূপ্না পোৎপু চাউনা উহনবা যন্ত্র (মাইক্রোস্কোপ) গী মতেঙনা উবা য়াম্না পীকপ্নবা পোৎ মতুমবু খঙনৈ হায়না নঙনা খল্লব্রা য়াই। নত্তে, নত্তে। ''কূপ্নদগীসু হেন্না কূপ্না' হায়না কোওদোক্লিবা ৱাহৈসিনা, নির্গুণ, মতৌ-মরাং নাইদবা, মগুণ অসিমা চেনগনি হায়বা লৈতবা; মীৎ অমসুং নাকোঙ অমসুং অতৈ লেমহৌরিবা

ইন্দ্রিয়শিংগী মতেওনা লমওনজে ওইহনা ওনওমদবা ( খওবা ওমদবা ) করিগুম্বা অমবু খওনৈ। পোৎ অমা হায়বা অসি মাগী মতৌ-মরাং লৈরক-লৈরক্তুগা খওবদা হেন্না রারকই ; মতৌ-মরাং য়াম্না লৈরবদি খওবদা রাবহ্ রাংলি।

"শব্দ, স্পর্শ, রূপ, রস, গন্ধ— মখোয়শিংসি পোৎচং মওাগী— আকাশ ( অহাওবা ), বায়ু ( মালং=নুংশীৎ ), অগ্নী ( খাম্মী=মৈ ), জল ( ঈশিং—লাইজ ) অমসুং পৃথিবী ( মালেম—লৈপাক )— মতৌ-মরাং ( লৈক্কনা ) শিংনি। পৃথিবীদি লৈক্কনা মওাহ্ লোইনা চেল্লি ( লৈ ) ; জলনা মরিথক্তা লৈ ; অগ্নীনা অহুম লৈ—রূপ, স্পর্শ অমসুং শব্দ ; বায়ুনা স্পর্শ অমসুং শব্দ খক্তা লৈ ; আকাশনা শব্দ হায়বা অমথক্তুদা লৈ। হায়বদি, মখোয়শিং অসিগী মরক্তগী অমনা অতৈ লৈহৌরিবশিং অহুদগী হেন্না কুপই অহুগা আকাশ হায়বসিনা মখোয় পুম্নমক্তগী খ্বাইদগী ইকুপ কুপই।

"মসিদি মশানা অহুম তাকচরবনি। পৃথিবী নত্রগা মালেমদি লেওদব-থক্তনি; ঈশিং নত্রগা জলনা হেন্না কুপ্নী অহুগা মরম অহুনা মহুনা চেল্লি। অগ্নী নত্রগা মৈনা ঈশিংদগী হেন্না কুপই অহুগা মরম অহুনা মহুনা থক্তা হাইগৎলি। বায়ু নত্রগা নুংশীৎনা হেন্নমুক কুপ্পনা মায়কৈ খুদিওমক্তা শিংপা ওমই। আ-কাশতি শব্দ হায়বা লৈক্কনা অহুমথক্তং লৈ ; মহুদি থুংনা পায়বা-শোকপা য়াবা মতৌ নত্রগা মওও নত্রগা মহাউ নত্রগা মনম লৈতে ; পোৎচং মওা-সিগী রাংমদা লৈবা তাইবং মপু মহাক্তী মসিগী লৈক্কনাশিংসি লৈতে। ইবুংঙো মহাক্তী খ্বাইদগী কুপ্নবশিংহুদগী হেন্না কুপ্পনি। ইবুংঙো মহাক্তী পুম্নমক্তা শীন-থুংবিরি, পুম্নমক্তা লেওদনা তুওবিরি। পোৎ অমবু অরাম্বা (=য়াংদবা ) ওইহল্লিবসি লৈক্কনা অহুননি। ঈশ্বরদি অসিগুম্বা অরাম্বা লৈতে ; মরম অহুনা, ইবুংঙো মহাক্তী লৈরিবা পোৎ হেক খুদিওমক্তগী হেন্না কুপ্নী।

“মথংদা মঙাশুবা রাগৈ অহুগী মরমদা — ‘সর্বাধার’ হায়রহদো। কাওল্পূপ অনী লৈ— আধার অমসুং আধেয় হায়না। লৈরিবা, মীংনা উরিবা নত্রগা নাকোঙনা ভারিবা মথৈ (ক রি, খুংশেম অপূম্বা) ‘আধেয়’নি, ক'রগুম্বা পোৎশক অমগী মথক্তা থোঙ্গত্তুনা শাগৎপা পোত্তুনি, মখোয়হু পোৎচং মঙাহুনা লোয়না শাবনি। ফরে, পোৎচং মঙা অহু লোয়নমক ‘আধেয়’নি ; মরমদি মখোয় অহু ব্রহ্ম হায়বা য়ুক্ষম অহুগী মরক্তা থোঙ্গত্তুনা শাগংপনি। ব্রহ্মদি অমতা ঙাইবা য়ুক্ষমনি ; মহুদি ( ব্রহ্মদি ) অনীশুবা অমা লৈতবনিনা অতোপ-অতোপ্পা পোৎশক অমগী মথক্তা থোংহুনা শাগৎপা নত্তে। মরম অহুনা, ইবুংঙো মহাক্তী পূমমক্তী য়ুক্ষম ওইবা “সবধার” হায়বহুনি।

“তরুকশুবা অহুমু, ঐনা নঙোন্দা শেংদোক্লগে। রাগৈনা শুগায়না লীচনা তাকপা ঙমদবা নত্রগা ভাবনা শাবা ঙমদবা মওঙ অমা ওইবা, মীৎনা শকতম লাকঙমদবা মওঙ অমা লোয়নবা ‘অচিন্ত্যরূপম’ হায়বদো। মরমদি ইবুংঙো মহাক্তী পূক্নীংনা য়োবা ওম্বগী রাংমদা লে অহুগা মশক-লাকইব . শুগায়না তাকইবা নত্রগা ভাবনা শারিবদি পূক্নীংহুননি। মরম অহুনা ইবুংঙো মহাক্তী রূপ নত্রগা মওঙদি ‘অচিন্ত্য’নি নত্রগা পূক্নীংনা শাগৎপা ঙমদবহুনি। মাস নহাক্কা য়ানীংঙমদবা য়াই। অহবু পূক্নীংদি পোৎচাক্নি ; থবক তৌনবগা মশাগী পাঙ্গল লৈত্তে। মসিদি লৈরম্বদগী থুনা চৎখিবা ( লৈখিদবা ) নাই। তৌইগুম্বসুং ব্রহ্ম নত্রগা পরমাত্মাদি অশেংবা “শুদ্ধ চেতনা” হায়বা মশক্তুনি। মহৌদি মতম পুম্বগী ওইবনি ( নিত্যনি ), লোয়বা থম্বা নাইদবনি, মাঙবা-তুম্বা নাইদবনি। মহুগা অমসুং পূক্নীংগদি পূমওন-ওন্নবা লাংবোন্দা লৈনে ; মতম কুইদবা পোং অমসুং লেঙদবা পোং-মখোয়সে মপূংফানা মন্নী লৈনদে। পূক্নীংদি শি অতোপ্পহুমদি অহুম লেঙদনা লৈহৌই। থবক তৌবা ঙমদবা অমসুং তৌরিবা অনী অসি মন্নী লৈনদে।

"য়াহং অহুমা নপুক্লীংদা হৃংসকপা য়াষ্ট : অদু ওইবা ভাররদি, সাধকনা করি তৌবদ ভাবা হায়রদা ? ওহ. মঙোলকী লৈজরগা আশাদি লৌথোক্তে। মহাক্না পরম স্নাবু শক্তম-লাকপা ভমদবা ওইনা লৌসল্লু ( য়েকশল্লু ), মহুনা চপ-চান্না থক্রে। অসিগুম্বা রাখলসিদা অশুম লৈরে অদুগা মহৈ : হু নঙোম্বা পীবা য়া'বরকনি। সাধক অহুনা মাগী রাখলশিংনা জর জর চংকদবা পরমশিং অদু হান্না থগ্রদোকহবনি।"

"মসিদা, অর্জুন-না কৃষ্ণদা অশুম্না থরায় য়াওনা হংজরম্মী, "প্রভু, ঐখোয় মথা চঙ্গরসি; মতমদি মখোঙ য়াঙভি। ঐখোয় লানফম অমিদা ঐখোয় ঐখোয়গী দায়িত্ব লৌদনা নত্রগা রাবেপ অমত্তা ভাংনা লেঙদনা লৈথোকপা চুমদ্রে। ঐখোয়বু য়োংকদোগী অমসুং তকথায়গদোগী শেম-শাহুনা মথাক্লাং লাউন কাথোক্লগা লৈবা লাল অদু ঐখোয়না মায়থোকনরি। ইবুংঙো নহাক্না ঐভোম্বা পীবিনীংইবা য়াথং অদু ইঙগে হায়হুনা ঐহাক শেম-শাহুনা লৈরে; তৌবগদি থেংথবিরমু। মরমসিদগী, 'সগুণ-নিরাকার'গী ভারুংগুবা মগুণ অহুগী মরমদা ঐবু থুনা জ্ঞান তাহনবীরো।"

"হোয়, তরেংগুম্বা অদুদি অসিনি —সুমিংকী পুম্নমলংনা চাং-লেম্বা মতৌদু ইবুংঙো মহাক্কী কুচু ওইনবা 'আদিত্যবর্ণম' হায়বদো।" মসিনা তাকই, "ইবুংঙো মহাক্কী সুমিৎকুম্না মশানা লংনা ভাদ্বে; ইবুংঙো মহাক্কী নীংথা অম্মী; ইবুংঙো মহাক্কী মহাক্না ভাম্নরিবা মঙালদুগী হৌরকফমনি।" সুমিংকী লংম্না ভানবা মঙাল অদু ইবুংঙো মহাক্নি, ইবুংঙো মহাক্না সুমিৎপু ভালহল্লি। মরম অদুম্না ইবুংঙো মহাকপু 'আদিত্য' হায়না কৌই। নীপালগুবা অদুগী মরমদুসু ঐনা নংগোম্বা হায়গনি, খুদকসিদা। 'তমস : পরস্তাৎ'—"অমম্বগী মাংমা"—ইবুংঙো মহাক্কী অমম্ববু নত্রগা অজ্ঞানবু য়েংইবা মশক্তি। মরমদি 'পরা' হায়বসি মাবু য়েংবা নত্রবা, মানা

# গীতা বাখল্লী - ১৬

অয়াংবা ওইহনবু খঙনৈ, অশোক-অকায় ফংদনা কনাগুম্বা অমবু খঙনৈ ; অদুগা, অমম্বা অমত্তা অ-জ্ঞানমুক মমদে ; মদুদি অম্মুক্কী মত্তিক লুখ্রে অদুগা মরম অদুনা 'তমস ঃ পরস্তাৎ' হায়বসি 'মায়াগী রাংমা' হায়বনি।

"অর্জুন ! নমিংশিংদু মীংকূপ অমত্তা ভাইগাক্তা খুমজিল্লু। নহাক্কা খোমন্নিবদু করিনো ? পুম্নম-মম্বকুনি, মদু নত্রনে ? মদু অমম্বনি হায়বা অসি কময় হায়না খঙখি ? নহাক্কা অমম্বা উবা ঙমদে ; মদুদি মতৌ করম্না নহাক্না মদুদা অমম্বা লৈরে হায়দুনা হায়গ্রিবনো ? মদুদা খাঙ্গৈশেংনা লৈবা পোংশক অনী লৈ - অমম্বা অমস্তুং অমম্বদুবু উরিবা মহাক, মদু অদুম হায়না তৌদত্রা ? নহাক নশামক্তা অমম্বা ওইরবদি, নহাক্না মতৌ করম্না অমম্বা উবা ঙমগদৌরিবনো ? ঙম্মোয় ; নহাক্কী অউবা মীদুনি অদুগা মরম অদুনা নহাক অমম্বা নত্তে। উরিবদুনা অমম্বদুনি ; অউবা মী অদুনা নহাক্কী, নহাক্কা সাক্ষীনি।

"হৌজিক অতোপ্পা অচুম্বা রাকম অমা য়েংউ। মীওইবনা য়াম্না তোয়না মশামকপু খঙবা-ৱাংপা মী অমনি হায়না নিন্দা তৌই, অদুবু মহাক্না তশেংনমক খঙবা-ৱাংপা মী নত্রগা অপঙবা মী অমা ওইরবদি, মতৌ করম্না মহাক্না মহাক মশামক্কী অপঙবা মতৌ অদু খঙবা ঙমগদৌরিবনো ? মদুগী জ্ঞান অদু কদাইদগী মহাক্না ফংখি ? করম্বা মতমদা জ্ঞান অদু মহাক্না চঙখিবগে ? অদুগা মতৌ করম্না ?

"অ-জ্ঞান হায়বদি 'উরিবদুনি' ; জ্ঞান-না 'য়েংলিবা (অউবা) মীশকনি'। নহাক্কী অ-জ্ঞানগী দৃশ্য অদুবু য়েংলিবা জ্ঞান-ৱাংপা হায়বদুনি। মতৌ অসুম্না, মথক্তা পনখ্রিবা মশক-মতৌ নীপাল অদুগী মরমদা রাখল মুম্না তৌবা তাই। মদুনা তাইবং মপুগী শক্লোনগী মরমদা তৌবা অচুম্বা লাইনীংনি।

অর্জ্জুন-না হংজরম্মী, "কৃষ্ণ ! অসিগুম্বা লাইনীং অসিখক্তনা ওক্লবরা নক্লগা মহুদা অতৈ অমুক হেন্না হাপকৎপা তাব্রা ?"

"অওইবনি, লাইনীং অসি অভ্যাস তৌবা মতমদা, পোৎশক অহুমক্তদা পূক্লীং অহু তুওহুনা লৈরে হায়বসি থোক্লবা চোকশিন্না য়েংগদব-নি। অহুনা মখল-মখাগী পান্দমশিং ফংগে হায়না তান্নরোইদবনি। মহুমা অযোইবা অমতহুদা ( ঈশ্বরখক্তদা ), মুংশিবা অমস্তুং থরায়-য়াওনা নীংবা, প্রেম অমস্তুং ভক্তিগা য়োয়ননা মরী-লৈনহনগদবনি। মহৌশানা, মীওইবগী মুংশিবদি করিগু লৈতবা মতম থরগীতা ওইবা পোৎশিংদা ফাজন্দূনা লৈ অহুগা মরম অহুদগী মীওইববু থক খা ওনবশিং অমস্তুং অরাবশিংদা চিংশিল্লি। মরম অহুনা মুংশিবা অহু অসিগুম্বা পোৎশিং অসিদগী চিং-থোকপা তাই, অহুগা ঈশ্বরনা ময়োল ওইহুনা ঈশ্বরদা থম্বা তাই।

'ভক্তি হায়বসিদা করি য়াওব্রিবগে হায়বহু ঐ শম্না হায়গে, মুম্না তারো। ভক্তি হায়বসি, কনাগুম্বগী পূক্লীংগী থবক-ইনথাওশিং অসিগা পূক্লীংগী মরী অহুবু পকসিন্দুনা থম্লৃরিবা ফিদমহুগী থবক-ইনথাওশিংহুগা পুন্না অমতা ওইসনবা অহুবুনি।"

মতাং অসিদা অর্জ্জুন-না মরক-থৎলম্মী অহুগা হংজরম্মী, "মহুবু মতৌ করন্না মতম পুম্বনা ওইথোকদগে, হে প্রভু ?" "মহু ওইথোকই, অর্জ্জুন ! ইন্দ্রিয়শিংহুবু লাকশিল্লু, পূক্লীং অহু য়ারিবমথৈ শেংদোকউ অহুগা থম্মোয় অহু শেংহল্লু, থরায়-নিংসাশিং অহু 'শ্রীর্ঘ'গী খ্বাইদগী রাংবা মফমদা চিংথহুনা থম্মু, নশাগী নশা অহু আত্মাগী ওইবা অচুম্বা লৈখোল অহুদা তঙ-তাহল্লু, অহুগা প্রাণনা হকচাঙবু থাদোকপগী মাংকুপ অহুদা 'প্রণব'বু অমতা তায়বা পূক্লীং চঙনকম ওইহল্লু— অসিগুম্বা মীশক অমনা ঐগী নাক্তা লাকই অহুগা ঐগা তিন্নরে ; মহাকী পূক্লীংগী থবক-ইথ্বাওশিং ঐগীগা হামু-হামুবা ওইরক্লে," কৃষ্ণনা হায়রম্মী।

মসিদা, ভগবান-না অর্জ্জুন-দা হায়খিবশিংসিদা অপাবশিংনা মপুক্কীং অহু লেঙদনা থমগদবনি। ভগবান-না ইন্দ্রিয়শিংবু খুত্থম চনবগী মতাংদা তাক-পীখি, মখোয়বু মাঙহন তাকহনবগী মরমদা নত্তে। খুত্থম চনবা হায়বদি—মশাগী হায়বা-তীকপগী মখাদা থম্বা, অফবা অনীংবত্থুবু ইলহনবা হায়বনি। মাঙ-তাকহনবা হায়বদি -থবক-ইথ্রাঙ তৌবা য়াহনবা, থবক সুকতৌ তৌহন্দবা হায়বনি। ভগবান না ইন্দ্রিয় পুম্নমক্কী মরমদা হায়সু হায়বিখি-ইন্দ্রিয় অমা নত্রগা অনীথক্তবু হায়বা নত্তে। মীওইবনা ইন্দ্রিয় পুম্নমকসি মহাক্কী খুত্থম-চনবা-ওম্বা-পাঙলগী মখাদা থমগদবনি অত্থুগা মখোয়বু পাল্লুবা মরমখক্কীদমক্তা মখোয়বু থাদোক্কুনা শীজন্নরিবা থৌরমশিং অহু মহৈ: য়ালহন্নীংবা মতমদতা মখোয়বু শীজন্নগদবনি। কনাগুম্বা অমনা মখোযশিং অসি পাল্লি হায়বহেকমক্কীদমক্তা, মখোযবু চগোম-চগোম থাদোক্লোইদবনি। মখোয়বু তৌহনগে খল্লিবা থবকশিং অহু পীশল্লু, তৌবদদি, মখোয়না নহাক্কী মপু ওইহনগনু অমসুং নহাকপু মাঙ-তাকহনবা য়ারুনু। মখোয় নিয়ম্না লাকপা থৌরমশিংদা চ্যেকশিন্না থবক তৌসনু মতুনি তাইবং মপুগী অনীংবা রাখলত্থু।

অতোপ্পা রাকম অমসু লৈরি। নহাক নশামক্তা করিনা নওগী থম্মোয়বু থাঙ্গৈশেংনা মকা ফলহলগদগে অমসুং করিনা অ-শান্তি পোকহ-নগদগে হায়বত্থু খিদোক্কদবনি অমসুং পুথোক্কদবনি; মতুগী মতুওদা, অহানবগীগুদা চেংনা য়ান্নৌ অত্থুগা অকোনবগী অত্থুবুনা থাদোকউ। অহু নত্তহনা, অঙাওবা য়োং অমগুম্না খোয়স্রিং-খোয়স্রাঙবা লম্বেলদা কোরচেং-চংপনা, নহাক চমম্নত্থুনা মরৈ-মরৈ লৈথংলগনি অমসুং কোয়ডাও-ডাও-রগনি। হৌজিক মতমদা মীয়াম্না অরাবা অমসুং সুংঙাইতবা অপুম্বগী মথা পোল্লুরিবসিগী মরমত্থু করিনো? মত্থুদি মখোয়না ইন্দ্রিয়শিংবু শীজন্নরুবা অরানবা মসিজীন্নত্থুনি।

নহাক্কী য়ুমগী থোঙজিল খুদিঙদা চঙঙকপা য়াবা মতিক-চাবা মীশিংছু কনা কনানো হায়বছু নহাক্না লেপকদবনি অমসুং চেকশিন্না শেন্নগদবনি। থোঙ অমদা চঙখম থোকপা মখোয়ছুনা অতৈ থোঙ খরছু শীজন্নরোইদবনি ; মখোয়না মছুম তৌরবদি, অছুদগীদি য়ুম অছুদা পেন্দবা, চময়বা, কাংথোং চাইবতমক থোকনি। অয়ানবা থোঙদা মখোয়না চঙঙকপ্রবা মতুঙদা, কাওজিন্নকইবা মীশিংছুবু ওকথোক-ওকসিন তৌগদৌ-শক্লকপুদি, চঙ লক্তিরুঙৈদা অসিগুম্বা পুক্নীং-নাবা অসি থোক্তনবা হান্ননা চেকশিনহৌবনা হেন্না অশিংবনি। আইন-কায়না চঙশিল্লক্লিবা মীশিং অসিবু. অহানবগী-দমক্তদি নঙনা ভাকপীবা য়াই ; অছুবু শোয়দনয়কী, মছু অমুক হঞ্জিন্দ্রে হায়বছু থোক্কবা নহাক্না মতিক-চানা চেকশিনগদবনি। মছুনা হেন্না ফবা মওঙনি, খ্বাইদগী হেন্না ফবা নত্রবসু।

অমুক হন্না, অর্জ্জুন-না মঙোন্দা চিংনবা অমা পোক্লকপা কাওরম্মী : ইন্দ্রিয়শিং অসিবু কাজিল্লবদি, মতৌ করন্না 'ওম' ( অউম — ওঁ ) হায়বছুবু শোনবা ঙমগনি ? মসি কৃষ্ণনা খঙলম্মী ইবুংঙো মহাক মশামক্না রাকমছু হেক লৌখৎলম্মী। "অর্জ্জুন ! 'ওম' হায়বসিদি পুক্নীংদা শোনগদবনি, ইন্দ্রিয়গী ওইবা কায়াৎ অমা ওইনা চীন্না শোনগদবা নত্তে।" মথঙদা, অর্জ্জুন-না মশামকপু অতোপ্পা চিংনবা অমদগী কোকহনবা ঙম্নবা অতোপ্পা রাহং অমা থাঙৎলম্মী। "ইবুংঙো নহাক্না তাকপীখি, জপতো নাত্তি পীতকম, জপ তৌবা মহাক অছু পাপ চেন্দ্রে হায়না ; অছুবু 'জপ'না মী অমবু পাগুগী কল্লবদি, মুক্তি, মোক্ষগী মরমদদি করি থোকই ? ভশেংনমক, 'জপ'তি মছু পীবা ঙম্বগী শক্তি লৈতে; 'জপ'না কনাগুম্বা অমবু ঈশ্বর মপুং-ফাক্না খঙহনবা ঙম্লোই।

মসিগী চিংনবা অসি অর্জ্জুন-না ফোঙদোক্লকপা মতমদা ভগবান-না হুংঙাইরম্মী। "পার্থ ( অর্জ্জুন ) ! নহাকী রাহং অছু রাম্না মরু'ওই ;

অঁহবু ঐ নঙোন্দা হায়গে ; মোক্ষদি, অতৈ-অতৈ পান্দমশিংদগী তোপ্পা, তৌওাপ্পা কংননবা হোৎনগদবা নত্তে। 'ওম'বু শোল্লবদি নত্রগা 'ওম'গী অর্থ অহুদা, হায়থদি তাইবং মপুদা হীরী কোল্লবদি, অহুদগীদি তাইবং মপুবু নহাক্কা ফংজয়ে ; অংতোপ্পা বাহৈশিংদা হায়রগনা নহাক নীংথা-তম্লে (মুক্তি ফংলে)।" অর্জ্জুন-না মহাক্কী বাকম অহু কপ্পা তকশিল্লম্মী : মহাক্কা হংলম্মী, "প্রভু! ফল (মহৈ :) অনীমক 'জপ'না পুরকপা-মতম পুম্বদা ওইথোকপরনে ? মহৌশা-মহৌশাগী ওইনা, ইবুংঙো নহাক্কা অস্তুম হায়না তাকপীবদদি ঈরায়-লায়, অহুবু 'জপ' অমসুং 'ধ্যান'গী লম্বী ইল্লকপা মতমদদি অরাবা হৌরকই।

কৃষ্ণনা পাউথুম পীরম্মী, "মসিগী মরম অসিথক্রুগীদমক্তি ঐনা অহানবা হৌরকপদা হুম্না হুম্না থবক ওইনা পাঙথোক্তুনা হোৎনবগী নত্রগা অভ্যাসগী মত্তিকপু থঙ্গনরিবা অভ্যাস যোগ হায়বহুগী মরমদা পনগ্রিবদো। অভ্যাসনা, তহাদবা (ফীভম-চেৎপা) অভ্যাসনা ফল অনীমক নঙোন্দা ফংহনগনি, পাণ্ডুগী নীংতম্বমে অমসুং মুক্তিনে! অভ্যাসকী কান্নবা অহু নহাক্কা থঙ-লমদবা য়াই। হে অপঙবা অর্জ্জুন! মতৌ করম্না অভ্যাসনা শা অমবু অক্কবা থবকশিং তৌবা ওমহনবগে হায়বহু মকম অসিদা নহাক্কা উদবরা ? নহাক্কী দলাই-রথ অসিদা পোপ্প লাকলিবা শগোলশিংসিদা য়েংউ ; য়াথল থম্বগী মচাক অতৈদগী হেম্না চেল্লবা মীনকাওবা পীবা ওমদবা মতেং অহু মথোয়না লাম্ছেংনবদা পীরি। মসি মতৌ করম্না ওইথোকহনগ্রিবনো হায়বহু থম্মৌ। উমংদা লৈবা শামুশিংনা কদাইদা লাম্ছেংনবগী পোরম উগ্রিবনো ? মত্রগা লামকমদা লাল শোক্লবা অসি মথোয়গী মহৌশানি হায়না নহাক্কা খল্লব্রা ? মস্তে, মথোয়গী হৌজিক্কী হৈশিংবা অসিদি অভ্যাস হায়বা, ইম্না হুম্না হোৎনবগী কান্নবা অহুগী প্রমাণনি।

"অচুগুম্না, ইন্দ্রিয়দগী পূক্সীংবু চিংথোকপা ওম্নবা অভ্যাস্ তৌ, তহাদনা ; অতুদগীদি, মতুনা সংসারগী লাংদগী নহাকপু নাম্থোকহনগদবা হৈশিংবশিং অদু পুথোকপীরকনি। হায়রিবসিনি ঐনা নঙোন্দা, অয়োইবা স্বর হোনবগা ঈয়োইননা ঈশ্বরগী 'প্রণব' অদুবু হন্না হন্না শোঞ্জরিবা মথোয়শিং অতুনা তাইবং মপুবু লেপ্পমক ফংজে।" কৃষ্ণনা মসি অর্থ কন-শিলনা হায়রম্মী।

অতোপ্পা ঋি-ছুম্বগী রাহং অমা হংবগী থৌনা হাপথ্রে অর্জুন। "প্রভু! মথোয়গী অয়োইবা স্বরগা ঈয়োইননা 'প্রণব'বু হন্না হন্না শোল্লিবা মথোয় শিং অতুনা তাইবং মপুবু লেপ্পমক ফংজে হায়বা অসিদি য়াইফবনি। অদুবু শোন্দবশিং অতুগীদমক্তদি কমদৌবা? মথোয়গী মশীঙনা অওইবমক য়াম্না হেন্না য়াম্মী। মথোয়দি মুক্তি ফংবগী তাঞ্জা অমত্তা লৈত্রবরা? ঈশ্বরগী মরান-য়াইদা খরখক্তবু ফিদা পীতুনা ঈকাই-খুম্নবা তাবরা? ঐঙোন্দা তাক-পীয়ু, মথোয় কদাইদা চৎলি, কদাইদা মথোয়বু চঙহল্লি।"

"অর্জুন! নহাক অচৌবা অরানবা অমদা তাথরক্লি, চ্যেকশিল্লু। তাইবং মপুনা অশোনবশিং অমসুং অকনবশিং নক্সগা থাক-রাংনা লৈবশিং অমসুং থাক নেম্না লৈবশিংগী মরক্তা য়োংলৈ-মেল্লৈ-নাইদে। অসিগুম্বা পূকচেল (কায়দা) অমনা ইবুংঙো মহাক্কী চুম্না য়েংবা মীৎয়েংবু থক কারল চলহন্দে। পুম্নমক্তা ঈশ্বরগী থৌজাল ফংবগী হক পী; পুম্নমক্তা ইবুংঙো মহাক্কী দরবার হোলদা চঙবগী হক পী। মতুগী থোঙ খুদিঙমক হাংদোক্লু-নত্তা থম্মি। মকম অতুদা কনাগুম্বা অমনা চঙবদা থিংনবা সন্ত্রীশিং লৈত্তে। কনাগুম্বা অমবু চঙহন্দবসু তৌদে ; কনাগুম্বা অমবু লাকপীয়ু হায়জবসু তৌদে। চঙঙকপদা পুম্নমকপু তরাম তরাম ওক্লি। কনা-কনাগুম্বা মী খরনা থোঙ তম্না চঙলক্তগা কনানদি করি তৌবা ওমগনি? হকচাঙ

লুমহৎনবা পান্বা মখোয়শিং অহুনা ফুঙ্গানাক্তা য়াব্রিবমথৈ নক্লা চঙশিনবা তাই অহুগা মফম অহুদা ক্নমথবা তাই। লাপ্পা লেপ্তুনা লৈবা মখোয়শিং অহুদি ফুঙ্গা অহুদগী থোরকপা মঙাল অহু উবতমক উবা ঙমগনি। লাপ্পা লৈরগা, মৈহু শাদে হায়না হায়রীবা মী অহুগী মরমদা নহাক করি হায়গে? মহাক লেপ্পমক বুদ্ধি য়াওদ্রবনি।

ঈশ্বরগী মনাক নক্লীংবা মী পুম্নমক, ঈশ্বরগী দরবারদা চঙনীংবা মী পুম্নমক, অহুগা অপান্বা (অনীংবা) অহু মহৈ: য়ালহন্নবগী লম্বনা মপুক্লীংদা হোৎনব্রিবা পুম্নমক— পুম্নমক মফমতুদা চঙবা ফংই অমস্তুং লৈফম-চাফম ফংই। অরোইবা মীৎকুপ্তা প্রণব মন্ত্রবু হন্না হন্না শোনবা ঙম্বদি মী থুদিঙমক নত্তে; ঈশ্বরবু অতৎ-অথম লৈতনা নীংশিংববু, হন্দক্কী অমস্তুং হন্নেংমুক্কী মপোক্তা নুংঙাইবা, নহাক্কী 'যোগক্ষেম'গী পোৎলুম অহু পুবিনবা ঈশ্বরবু য়াহনবগী পাঙ্গল অহু লৈ হায়না করিগী হায়নব্রিবনো হায়বহু মহুনা মরমনি। অঙইবমক্তি, মসিমু মতম শাংনা অভ্যাস তৌবা তাই। সাধনানা থুদিঙমক ফংই, সাধনা, তহাদবা অমস্তুং অকনবা।

---

"ইথৌ তৌবসি ঈশ্বরবু পুজা তৌবনী

বাবা

# তাঙ্কক ১৭

"ঐগী রাখলশিং নত্তনা অতৈ অতোপ্পা রাখললিংদা থৌ-তৌনবা কনা-কনাগুম্বদো, ঐবু নীংশিং-নীংশিংদুনতা লৈরিবা কনা-কনাগুম্বদো, মহাক্না শোয়দনা লরায়-কোয়রেল-য়ায় ( লরায় লেম্ফু ) ফাওনা য়াগী অরোইবা নিংসা-ম্বরবু থাদোকনি ; মহাক্না ঐবু ফংগনি। মহাক্না ঐত্তোন্দা নকসিন্না ( চায়না ) লৈবগী মতিক ঐনস্নু মত্তোন্দা নকসিন্না ( চায়না ) লৈ। ঐগী মুংশিরবা অর্জুন ! ঐবু কৈদৌঙৈদা কাওত্রবা মহাক অহুবু ঐনা মতৌ করম্না কাওবা ওমগনি ? কাওথোকপা হায়বা অসি মীওইবগী অশোয়নবা মচং অমনি, ঈশ্বরগী মতৌ-মরাংদি মহু নত্তে, ঐনা নত্তোন্দা হায়রিগে। যোগ নত্রগা তপ, নত্রগা জ্ঞান ফাওবগী মথৌ তাদে ; শোনমনবদগী নত্রগা অমা অমদগী নহাক্না মখোয়শিং অসিবু থাদোকপা ওইত্রবস্নু নত্রগা পাঙ্গল লৈহুনস্নু, নত্তনা মখোয়শিংসিবু খত্তনবা হোৎনবগী অপাম্বা পোক্রবস্নু মহুগী রা থোইদোক্তে। ঐনা যোগ নত্রগা তপ তৌ হায়না হায়দে ; নহাকী পূক্নীং অহু ঐত্তোন্দা লেত্তদনা থম্মু হায়বথক্তনি ঐনা নত্তোন্দা হায়রিবা। নহাকী পূক্নীং অহু ঐত্তোন্দা থিংজনদু, মহু ঐত্তোন্দা কথোকউ, ঐনা হায়রিবদি মহুনা পূমস্নুপ স্নুপ্লে।

"সাধক অমনা ঈশ্বরদা কথোকপগী থবক অসিথক কাওবা তৌবা ওমদ্রবদি মহাক্কী সাধনা অহুনা করি তৌবা ওমগদৌরিবনো হায়বা অসিদা ঐ ওকই ! পুক্নীংগী পাঙ্গল অহু লৈতে হায়না নত্তনা কম্না হেক মরেংলবদি, নহাক্না হৌজিক হোত্রোং-হোবা ফিদমশিংদা, ইমুংগী মমানবগী কায়দবা

ৱাখলনা মঙলানশিংদা, লল-থুম অমসুং মিংচং-গা তৌবিবা অসুম্না নশামকপু ভিরেথাকপা ওমহল্লিবা নপাঙল অদু কদায়দগী লাকপনো। হায়না ঐনা হৌজি। পাঙল অসি নহাক্না অথোইবা কথোকপগী থবক অদুদা লৈশিনখিবনা ওপোইদ্রবনে ? মীওইবনা হু-চেম্বা সংসারগী (শক্নাইনা লৈরিবশিংগী) হুংঙাইবশিংদদি মাগী লৈজবা পুম্বা নীংঙাইদনা কথোকই, অদুবু মহাক্কী ৱাখলশিং, পুক্নীং-ইরাংশিং অমসুং থবকশিং ঈশ্বরদা কথোকপগী তৌদবা য়াদবা মতাং অমা লাকপা মতমদদি মহাক্কী মথক্তা চীংদুম অমনা নম্বক্কপগুম কীত্রিং-কীত্রিং চোংহনা নাম্থোকদবগী লাক্লে অমসুং য়াদে হায়না য়েংলি ( প্রতিবাদ তৌই )। অরান-পুভম হায়বসি মনা-মশীংগী কৈথেলদা য়োনবা ঈপাং-নাপীগুম্না ফংবদা মমল তোঙসু-হোঙবা অমসুং লায়সু-লায়বা ওইনা মাগী মমীংশিংদা উইনে ! মহাক্না মদুগী মতৌগুম ঈরায়-লায়না অকা-অপুন্নগী নাম্থোক্লবা হোংনৈ। মহাক্না য়াম্না কন্না নীংউদে ; তৌইগুম্বসুং ধর্ম্মগী লমদা মহাক্না য়াম্না তানবা পামই ! মহাক্কী তপ-তা লুপ্পদগীদি তমঃ দনা হেন্না লুপ্পী। অদুবু তপ তৌবতনা ফংহনবা ওম্বা মহৈ : শিং অদুগীদমক্তা মহাক্না আশা তৌই।

"মহৈঃ অদুগীদমক্তা চা-ননা পাম্বনা থৌজিল্লবা মখোয়শিংনা খোঙ লৌ-পল্লৌবশিং অমসুং মিহৌহনবশিং, চিংনবশিং অমসুং নীংবা কায়হন্নবা থৌরোকশিং পুম্নমকপু মায়থীবা পীগদবনি, অদুগা ঈশ্বরগী ৱাখলদা লৈগদবনি। অদুদগীদি ঈশ্বরনা তোথাইনা লৈররোই ; ইবুংঙো মহাক্না সাধক অদুদা 'অহং ব্রহ্মাস্মি' ( 'ঐসি নহাক্নী, নহাকসি ঐনি, ঐখোয় অমতনি'। ) হায়বা থৈথাবা অমতা ওইবগী কীভম অদু পীবিগনি। অদুগা সাধক অদুনা লাংপুম্ন ওইবা মতৌ অসিবু ৱাখল চোইদনা মুন্না থন্দুনা লৈগদবনি। মসিবু 'অনন্যভাব' ওইনা মরী উংলি।

অর্জুন-না হংলম্মী, "অনন্যভাব' অসি, অনন্য-ভক্তি অসি য়াম্না লায় অতুগা মতুপীদমক্তা য়াম্না হেন্না য়াকবগী করিমত্তা দরকার লৈতে হায়না ইবুংঙোনহাক্না তাকপী ; মতুবু ফংগ্রবা মথোয়শিংপীদমক্তদি ইবুংঙো নহাকপু ইরায়-লায়না ফংনবাই ওই হায়নসু ইবুংঙোনা খঙহনবিরে। কয়ে, ইবুংঙো নহাকপু ফংলগা কায়বা অহুমত্তি করিনো ?"

কৃষ্ণনা মোয়োন নোক্লম্মী অতুগা পাউথুম পীরম্মী, "অর্জুন! মতুদগী হেন্না কায়বা করিদি লৈ? ধর্মগী ওইবা মায়পাকপা হায়বদুনা শিবা নাইবা মীওইববু মহাত্মা ওইহল্লি। হৌজিকসু নহাক্না য়াহংসিনা হংজল্লকপা য়াই—মহাত্মা অমা ওইরকপা অদুনা করি কায়বগীনো হায়না ? মুন্না তারো। মহাত্মা ওইবা অদুনা ঈচম-চম্বা মীওই ওইবা অতুদগী য়াম্না হেল্লি। অকোনবগী অসিনা হকচাঙদা অমসুং জীবদা য়ুক্ষম ওই ; মহাক্না মশাবু হকচাঙ অদু ওইনা অমসুং স্বরূপ ওইনা, 'ঈশিং-ঈথক' হায়বা অকক্লবা অহু হেক ওইনা শক-লেপ্পী। ময়াম অসিনা মুংঙাইবা অমসুং অরাবনা মহাকপু ক্রে-ক্রে হাইহল্লি, থেংন থেংনবা খুদিঙগা লোয়নননা মহাক তাও-থংলি নত্রগা লুপথৈ। অঙৈংবা অমসুং নোং-মুংশীংকী চিংথোক-চিংসিন মরক্তা মহাক হুমদোক-হুমজিন ময়াম অমদা লংচাকয়া হুরু হুরু লৈ।

"মহাত্মাদি পাবোং-পাবোং নাইনা লৈবশিংবু মশাদা থেংনহুনা পানবা থৌদোক্তগী য়াই-শংই। মহাক্তী মতুদগী কাথংগ্রবনি অমসুং লাম্হোকগ্রবনি। মী- মীগী আত্মা তোঙান-তোঙান্না উবদগী মহাক্না মশাবু থাদোকচে ; মহাক্তী জগৎ পূম্বগী ওইবা, মতম পূম্বগী (নিত্য) ওইবা, হোংবা লৈতবা মশতুন্দা। জীবভাব নত্তবা ব্রহ্মভাবতা লৈ। আত্মা হায়বসি ওমথৈ নাইবা মশক অমা নত্তে হায়বা অসি মহাক্না খঙই, মসিদি ওমথৈ লোয়নমক্তগী লাম্হোকই হায়না পুক্নীংদা ফাওই ; তম : অমসুং রজঃগী দোষশিং পক্তে,

মহাক্কী বুদ্ধি ককচিনবস্থু তৌদে নত্রগা অপাম্বনা কোয়হুম হুমদে ; মহাক্কী পামহুনা নপশিল্লুবা নত্রগা ভুকচহুনা লাপথোকপনা চুহন্দবা পূক্নীং-রাখলগী অন্নবা জ্ঞান লৈ। অসুম্না মিংথোল্লবা মী মন্নাম অমা, হৌজিক মতমদা, মথোয়গী থম্মোয়সুংদা অশেঙবা মতৌ লৈত্রে ; মথোয়গী পূক্নীং-রাখল অহু অমোং-অকায়না যোংহল্লে। তৌইগুম্বসুং থম্মোয়-শেংবশিং অহুদি মথং অমুক পোক্কে অমসুং শিত্রে। মথোয় মালেমসিদা মশক অমুক উৎলুনবা অপুন-অন্নাক অমত্তগী মথাদা লৈতে। মহুগী থম্মোয়-শেংবা-মতাহু য়াওদনা, পোকপা অমসুং শিবগী খুৎকোয়দগী নহাক্না নাম্থোকপা ঙমদে, নঙগী মগুণ লৈবা থবকশিং অহু মশীঙ য়ামগেমথৈ য়ান্নবস্থু নঙগী লাইনীংগী-থাক অহু রাংগে মথৈ রাংলবস্থু, নঙনা লাম্বা কংবা স্বর্গহু মঙাল লৈগে মথৈ লৈরবস্থু! মতম চুপ্পগী ব্রহ্মাভাব অহুদা লৈপ্রবা মথোয়হু খক্কনা মতম লৈত্রিভৈদগী লৈরক্লবা ঐবু কংবা ঙমই, অহুগা ঐঙোন্দা তিল্লুক ওইশিন্দুনা য়োংহল্লিংদগী নাম্থোকহনবা ঙমই।

মসিদা অর্জ্জুন-না মঙোন্দা লাঙতক্কহনখিবা অতোপ্পা চিংনবা অমা ফোঙদোক্লম্মী। মহাক্না হংজরম্মী, "মহু মতৌ অহুম ওইরবদি, স্বর্গ, ব্রহ্মলোক য়ৌরবা মথোয়হুদি অমুক হন্না পোক্কপগী দরকার লৈত্তে হায়না উপনিষদশিংনা করিগী খঙহল্লিবনো ? পোকপা অমসুং শিবগী খুৎকোয়দগী নাম্থোক্লবা মথোয়শিং অহু কনা কনানা হেকমক্তি ওইবগে হায়বা অহু শন্দোক্না তাকপীয়ু।

"অর্জ্জুন ! উপনিষদশিংদা হায়রীবা মুক্তি হায়বহুগী মখল অনী লৈ — সদ্যমুক্তি অমসুং ক্রমমুক্তি হায়রবা। সদ্যমুক্তিবু কৈবল্যমুক্তি হায়নসু পাই। মসিবু তান্নবগীদমক্তা, কনা অমত্তনা করিগুম্বা স্বর্গ অমগীদমক য়াম্না কন্না পাম্মুবগী দরকার লৈতে' মসিদি মথোয়না খুদক্কা কংই, অহুগা

থাকি থাক নাইনা, তপ্পা তপ্পা ফংবা নত্তে। অপুন হায়বা ফংলকপা মুক্তি অহুদি মতম পুম্বগী ওইনা ফংলবা লল থুম অমনি। বৈকুণ্ঠলোকহুদি খোয়াই-কদনা হোংদোক-হোংজিল তৌই। তাঞ্জরকপা অকবা মমকী মতেং না চাবা লোইরবা মতমদা, স্বর্গ অহু থাদোকপা তাই, অহুপা মালেমদা পুন্নী ইনৌ-নৌনা হোই। অসিগুম্বা আত্মাশিং অসিনা ঈশ্বরদা অমত্তা ওইনা তিনশিনবহু খঙদে; 'কৈবল্য' ফংজরবা মখোয়শিংহু-খক্তনা ঈশ্বরদা তিনজে, অতুপ্পা নিত্য ওইবা, জগৎ পুম্বগী ওইবা মশকতুপ্পা অমত্তা ওইরকই।"

"হায়বদি," অর্জ্জুন-না মরক থৎলম্মী, "কৈবল্য' ফংলবা আত্মাশিং অহুদি তাকপ্রে, মহু নত্রনে? নত্রগা তিনশিনখিবা অমসুং মাঙ-তাকখিবা, 'লয়' অমসুং 'নাশ' হায়বা অনীসিগী মরক্তা করিগুম্বা খেন্নবা অমা লৈব্রা?"

"নত্তে, পার্থ! 'লয়' হায়বসি 'নাশ' নত্তে, তিনসিনখিবা হায়বা অসি মাঙ-তাকখিবা নত্তে। মহুনা উবা ঙমক্রবা মতমদা 'লয়' ওইরকই।"

"মহুদি পোৎ অমবু মাঙ-তাকহনপ্রবা মতমদা থোকইবহুনি; মহু উবা ফংবা ওইরক্লে, ঐখোয়না মহুবু অসুম উহুনা লৈবা ঙমদ্রে।"

"অহুবু, পোৎ অমবু ঐখোয়না উবা ঙম্বগী রাংমদা লৈপ্রে হায়বা মরমখক্তীদমক্তা, মতৌ করম্না নহাক্না মহুবু "মাঙ-তাকপ্রে" হায়না হায়বা ঙমগদগে? নত্তে, ঈশিংদা থাদবা চিনি মতুম অমা নত্রগা থুম মতুম অমা মশক উথিদ্রে। নহাক্না মহু শাংথনা উবা ঙমদ্রে; অহুবু নহাক্না মহুবু মাঙ-তাকপ্রে হায়বা ঙমগদ্রা? নত্রগা, নহাক্না মহু ঈশিংদা তিনসিনপ্রে হায়না হায়গদ্রা? মহু মফমহুদা লৈরি, মহাউহুনা মহু লাকই; মহুগী মওঙহুদি মাঙপ্রে, অহুবু মহুগী মতা ওইনা, মহুগী গুণ ওইনা মহু লৈরি। মসিগা মান্ননা জীবসু ব্রহ্মদা তিনশল্লি। মহুবু পুমমাঙ-মাঙহনবদি নত্তে। জীব অহুনা মসিগুম্না তিনশিন্দ্রবদা, স্বর্গদা মওম খর লৈখতমক মজিঙ

চাংল অহুগা ওয়াম-খুত্তম কংলত্তী মায়কৈয়োমদা মশা চথনা হোংনরকনবা মাঙ্গেমবা 'অমুক কুমহল ভৌহনা, মহনা কনবনা কোয়ৌ অমসুং মাসেগী মমতা কোয়চং-তঙণচমক ওমই।"

অর্জুন হৌজিক ফাওবা চিংনখনা মপূক্কীংদা অরাবা শান্তি। মহাক্না হংজরগী' "কৃষ্ণ। মহাক্না হায়বিরি মহুদি স্বর্গ অমমতনা, খ্বাইদগী য়াংলবা ব্রহ্মালোক অহু ফাওবনা, মীওইববু পোকপা অমসুং শিবগী পুংকোয় অহুলগী কনবা ওমদে হায়না ; অহু ওইরবদি, অরাম-খুত্তম য়োনবা সমা-লগী অহু কাম্লিমো ? স্বর্গসিং অহুবু য়োনবা কম্না হোংনম্লিবা মখোয়শিং অহুনা মহুথক্তনা অহুগা মহুলগী অমুক হৈমূদনা মখোয়মনা মশামকপু পেনহল্লবা তাই হায়দে হায়রিবা ?

কৃষ্ণনা পাউখুম পীরগী, "পার্থ। মরায়-চায়থবা থত্তদবা, স্বর্গ পূম্নমক অসিগী য়াংমদা লৈবা লৈপাক (ফীভম) অমা লৈ। মহুগী লৈপাক (ফীভম) অহু হোংনহুনা য়োবা ওমহনবা লগী য়াম্না লৈ। মসিগী লম্বীশিং অসি থত্তউদখনা নত্রগা ফীভম অহুগী মমুংডাইহু থত্তউদবনা, মীওইখনা অখোয়বা মত্রগা হকচাং-মুংডাইহনবা ওইবা অতোম্না লম্বীশিংদা চংলি। মহাক্না মতৌ কম্না অচুম্বা লম্বী অমসুং অয়ানবা লম্বী অনীসিবু ভোঙান-তোঙাম্না খঙোকদগে হায়বা থত্তদে।

"মীওইবনা হৌজিক শীজম্নরিবা লম্বী মম্নি লৈ হায়বসি ঐনা নঙোন্দা হায়বা য়াই: (১) কর্মগী য়াংমদা, কর্মনা পোকহন্দনা লৈবা কর্ম - অভীত, (২) থবক তৌরবগী মহৈ : পাম্বা য়াওদনা তৌবা কর্ম, মহুদগী লাকপা কর্ম অহুবু মিতাঙ্কবনা পোক্রবা কর্ম, নিষকাম-কর্ম ; (৩) থবক্কী মহৈ : বু পোক্কে অমসুং চাহুনা হুংডাইগে হায়বগী অপাম্বগা লোয়ননা তৌবা থবক, সকাম-কর্ম অমসুং (৪) কর্ম-ভ্রষ্ট হায়বা মশা কা-হেলহন্নমবা য়ায়কপা-য়ায়ক্তবা মত্রগা থুদুপ চনবা—চন্দবা হায়বা লৈত্রবা কর্ম।

''কর্ম্ম-অতীত শিংছুদি জীবন-মুক্তাশিংনি। মখোয়গী কর্ম পুম্নমক জ্ঞানগী মৈহ্না চাকথেকুনা উং ওলহনখি, থবক তৌনবা মখোয়গী পুক্নীং· ঈথিলশিং অছু মখোয়না কংলকপা লৌশিংনা চাকথেকুনা কাথেকহনখি। মখোয়দি ধর্ম্মগী অথিংবা অমসুং আইনগী অথিংবা ( বিধি অমসুং নিষেধ ) মথা তানা দরকার ওইদ্রে। মখোয়না দান ( মীনা মীবু সুংশিবগী থবক ), ধর্ম্ম ( লমচৎ-শাজৎ কজনা পুন্স চেন্না হিংবা ), তপ ( নিয়ম কনবা শারুং তপস্যা ) গুম্বা সাধনা দরকার ওইদে। মখোয়না তৌরিবা নত্রগা পুক্নীংদা কাওরিবা নত্রগা রাখলদা থম্লিবা পুম্নমক ঈশ্বরগী মরীদা ওইগদবনি, ঈশ্বরদা কংথোক্লবা অশেঙবা ওইগদবনি, পুন্স চেন্নবা ওইগদবনি, মীওইবা জাতিদা কান্নবগাই ওইগদবনি। মখোয়না মখোঙনা চৎলিবা মালেম অতুমক্তু শেংনা থম্নবা ওইগদবনি ; মখোয়না হায়দোরকপা রাহৈ খুদিঙমক ঈশ্বরগী রাহৈ ওইগদবনি ; মখোয়গী নিংসানা মখোয়বু, শিরবদা, স্বর্গগী ওইবা লমদমশিংদা পুনঙাই ওইদে ; মখোয়দি হকচাঙগী ওইবা ফিজোল অসি থাদোকপদা, পম্বা লৈতনা, ব্রহ্মদা তিনসিনখিনি। অসিগুম্বা জীবীশিংনি ঐনা হৌজিক কৈবল্য মুক্তি, ব্রহ্মপ্রাপ্তি নত্রগা সদ্য-মুক্তি লৈবনি হায়না রাহৈনা কোঙদোকখিবশিংদো।

"মথংদা, অনীশুবা কাঙলুপ, নিষকাম কর্ম্মদা হৈশিংবা মীশিং অছু। মখোয় অছুদি মুক্তিগী লম্বী চৎপদা মীৎ-না-শিংবা, মহুবু ফংগে হায়না পুক্নীং-লুপ্পবা মুমুক্ষুশিংছুনি। ঈশ্বরবু থঙনবা থাঙজিনবা খোঙকাপ অমগুম্না মখোয়না থবক খুদিঙ পাঙথোকই। মরম অদুনা মখোয়না ফত্তে হায়বা কন্নিগুম্বা অমত্তা কৈদৌনুংদা তৌবা ঙমদে ; মখোয়না থবক্কী ফলদা মাঙওইননা য়েংদে, মখোয়না মহুবু পীহনগে নত্রগা পীহল্লোই হায়বছু ঈশ্বরদা শিন্নথোকই। মখোয়বু তাইবং-লোনচৎকী পুক্নীং-ঈথিলশিংনা নত্রগা স্বর্গগী ওইবা হুংঙাইববু ফংবা পাম্বা কাওবনশু চাঁরোন তৌদে।

মখোয়গী পাম্বমদি মশিমক্নি : মপাঙ্থোংগী সংসারগী অফা-অপুন্বগী নাম্থোকপা। মখোয়গী থাজবা অমস্নুং অভ্যাসকী চেৎসিনবা চাং-চাংহুগী মতুং-ইন্না মখোয়না ঈশ্বরগী খৌজাল ফংঙৈ।

সকামকর্ম্মবু থাজবা অহৗমগুবা কাণ্ডলূপ অহুনা থবক পুন্নমক মহুদগী লাকদবা মহৈ : হু পাম্বা মতাদা পাণ্ডথোকই। মখোয়না মহৈ : অহু মায়পাক্না তানবদা মীৎয়েং থম্বনা, মখোয়না শাস্ত্রনা য়াবা থবকশিং অহু-থক্কা মখোয় মুশামকপু তৌহন্দুনা লৈগনি ; মখোয়না পাপ-চেনবা মন্ত্রগা তৌবা-য়াদে-হায়বা থবক অমত্তা তৌরোই। মখোয়দি থবক্না পীরকদবা অথোইবা মহৈ : হুগা, থবক অহুনা শোয়দনা ফংহনগদবা মুংঙাইবহুগা, মহুনা লাম্বা ফংহনগদবা স্বর্গহুগা, থবক খুদিঙমক অসিগা মায়হনগনি। অসিগুম্বা মীশিং অসিনা মালেম অসিদগী হনগ্রবা মতমদা, মখোয়না তাল্লক্লিবা অমস্নুং মহুগীদমক্তা থবক তৌরকইবা লোকশিং অহুদা চঙলকনি, অহুগা মফম অহুদা মখোয়গী থবকী অফ মহৈ : হুনা লৈহনবা য়াবমথে শাংনা মখোয়না লৈরম্লগা, মখোয় মালেমদা অমুক হন্তরকপা তাই।

মরিগুবা কাণ্ডলূপ অহুদি করিগুম্বা লমচৎ-শাজংকী নিয়ম অমত্তনা লমজিংদে। মখোয়গী চৎন-মচাং অমত্তা লৈতে, মখোয়না অফবা মচৎ অমস্নুং ফত্তবা মচৎ, অচুম্বা অমস্নুং অয়ানবা, যুগোৎ-চাবা অমস্নুং যুগোৎ-চাদবশিংগী খেন্নবা উবা ঙম্বগী পাঙ্গল লৈতে। মখোয়না ণয়কপু কি-ছুজুংবা লৈতে, স্বর্গগী য়াখল লৈতে, শয়তানবু কিবা লৈতে, ঈশ্বরবু ভক্তি তৌদে, শাস্ত্রশিংবু সম্মাণ তৌদে, ধর্ম্মবু উবগী শক্তি লৈতে। মখোয়বু মীওইবগী মশক লৌহুনা লৈবা শাগুম্না খ্বাইদগী হেন্না যুৎ চানা লৌনৈ। মীওইবশিংগী অয়াম্বা শন্নক্তী লাইবকথীবা কাণ্ডলূপ অসিগী মীওইশিংনি। খখোয়না ঙাইহাকী ওইবা অপেনবা, তুং-কোইদবা মুংঙাইবা, মতম থরদগী

অর্জুন-না হংজরম্মী, "কৃষ্ণ ! পোকপা অমসুং শিবগী কাংথোক্তসিদগী কনাগুম্বনা নাম্থোকচবা ওয়েবা, হকচাঙ অসিবু অশিবগী মফমদা করম্বা মতমদা কথোকপা তাবগে হায়বত্থ তাকপীয়ু ; করম্বা মতমবুনা কনাগুম্বা অমনা শিবদগী খৈদোককদগে হায়বত্থস্থ তাকপীয়ু ।" কৃষ্ণনা পাউখুম্নম্মী, "পার্থ ! মহাক্কী বাহং অসি য়াম্না মতাঙ চাই অমসুং হৌজিক হৌজিক পুক্লীং-চঙবা দরকার ওইবনি । মরক মরক্তা, নঙগী বুদ্ধি-লৌশিং অহুদা নঙনা ঐবু অমুক অমুক ঙকহল্লি অহুগা নঙনা ঐবু য়াম্না হুংঙাইহল্লি । অতোপ্পা মতমশিংদনা, নঙগী অপঙবা অহুদা ঐবু নোক্লুহল্লি । নঙগী নশাগীতা য়েংবা অমসুং হকচাঙগী রাখলদা চেংনা নপসিনবা অহুনা চম্নম্নবা অসি থোকহল্লি । মত্থ হৌগ্রসন্ন । নহাক্কী রাকম অতুদা ঐথোয় লাকঅসি ।

"নিষকাম কর্ম্ম তৌবা যোগীশিংনা তেজশিং লৈবা মতমদা, অমুক-মুংথিলদা, মঙাল-লৈবা মতমদা, পানথংলকপগী অঙানবা থা-খায়দা, অহুগা উত্তরায়ণগী থাবুম তরুক্কী মম্নুঙদা তাইবং থাই ( শি ) । মথোয়না অগ্নি নক্রগা মৈবু মথোয়গী অহানবা লময়ান-কীভম ওইনা লৈরে । মরমসিদগী মথোয়গী লম্বীদি 'দেবযান' হায়না খঙনৈ নক্রগা অগ্নিবু বেদশিংদা 'অর্চি' হায়নস্থ খঙনবনা মথোয়গী লম্বেল অহুবু অর্চিরাদি মার্গ হায়না খঙনৈ । অসিগুম্বা যোগীশিংনা 'প্রকাশ' দগী ( ফুদোঙবা মঙালদগী ) উবা য়ানা থোরকই অহুগা 'প্রকাশ'দা কোয়রগা 'প্রকাশ' মশামক্তা হুক্লিল্লি । মথোয়না ব্রহ্মাবু ফংজে অহুগা অমুক হন্না পোক্লক্রে ।

"সকাম কর্ম্ম তৌবা যোগীশিংনা অহিংদা 'ধুম্না' ( মৈখু ) লক্তা, থানা শিথরকপা অমম্বা থা-খায়দা ( কৃষ্ণ-পক্ষদা = নিন্দুংদা ) অহুগা দক্ষিণা-য়নগী লৈথরকপা থাবুম তরুক্কী মম্নুঙদা তাইবং থাই ( শি ) ; মথোয়না ধূমাদি-মার্গদা চংলি অহুগা স্বর্গ নক্রগা লাইরৈপাক্তা য়ৌই অহুগা মকম

অতুদা মখোয়না ফংগে হায়না খৌরাংজখিবা অমসুং মতুংদমক্তা থবক তৌজখিবা মুংঙাইবশিং অতুবু ফংজে ; অকবা মহে : অতু চাবা লোয়রবা মতমদা, মখোয় অমুক পোক্লকই।

"মীওই কাঙ্গলুপ অনীমকসি যোগী কৌই ; মখোয়সি অরাওবা পাম্বা অমসুং হোৎন-কনবা চাওখৎলক্লীবা মীওইশিংনা তাইবংসিদা হেক লৈরি-বমখৈ লৈগনি।

"মতাং অসিদা. চিংনবা অম্না মরম চানা পোক্লকপা য়াই : মতৌ কম্না অমম্বা থা-খায়না য়াইফনবগী (মঙ্গলগী) মশক ওইব্রগা অঙানবা থা-খায়না য়াইফনবগী মশক ওইরিব়না ? অতুদগী অমুক, অঙানবদসু নত্তবা অঙুগা অমম্বদসু নত্তবা. অযুক-মুংথিলসু নত্তবা অতুগা অহিংদসু নত্তবা মতমদা শিবা মখোয়শিংগী মকমদদি করি থোকপা ? মসি চিংনক্ষম থোকপা অমনি অতুগা মী থুদিঙমক্লা পাউখুম অতু খঙবগী হক অম্না লৈ।

"হৌজিক, মহাক্লা ইহান হানবদা 'শুক্লপক্ষ' নত্রগা অঙানবা থা-খায় হায়বসি করি হায়বনো খঙবা তাবনি। মতু থা-গী মঙালনা নোংম-নোংমগী অসুম হেনগৎলকপা থা-খায়তুনি। অতুবু থা-গী মঙালগা মী-ওইবা অমসুং মহাক্লা শিবগা লৈনরিবা মরী অতু করিনো ? থা হায়বা অসি মীওইবগী পুক্লীংগী মশক ওইবা খুদমনি। 'চন্দ্রমা মনসো জাতঃ ; থা-দগী 'মন' (পুক্লীং) পোক্লকখি।" মরম অতুনা থাজংকী অহানবা থা-খায় অতুনা. ধর্ম্মগা মরী লৈননা লাইগী ওইবা লীচৎ-শাজংতা পুক্লীংগী চাওখৎ-লকপবু খঙহল্লি : পূর্ণীমাগী থা-না মতুবু ফংবগী মপুংফাবতু তাকই। মতৌ অম্না অঙানবা থা-খায় অতু ধর্ম্মগী ওইবা চাওখৎপা হায়বতু ফংগদবা মতম্রি। 'হকচাওগী মশক্লা, মীংনা উবা থা-না ওইরে ; পুক্লীংগীনা, পুক্লীংদা তোংলিবা থা-বু খঙনবা লাই-না ওঁইরে। কনাগুম্বনা মশাদা য়াওরিবা

লাইগী ওইবা মতৌবু খঙবা হেনগৎলকপগী মতুং ইন্না পুক্নীংগী হেনগৎ-লকপা মঙাল-মশোঙবু 'শুক্লপক্ষ' হায়বা রাহৈহ্না খঙনরিবহ্নি।

"অদুগা উত্তরায়ণগীনা করি? মদুগী মতাঙ অ্হমস্থু চিংনবা লৈরগনু। ধর্ম্ম-কর্ম্ম খুদিঙগী অর্থ অদু খঙনা কৎলিবা পূজা, চঙশল্লিবা থবক খুদিঙগী মমুঙগী অর্থশিংবু খঙনা তৌরিবা সাধনা — মখোয়শিংসিনা থম্মোয় অদু হেন্না মহৈ : য়ান্না শেংদোকই, অদুগা চিংনবগী ফাজনবশিং অদু কোমহল্লি।

"উত্তরায়ণ হায়বসিনা পাল্লবা অতিয়া মকোয়সিবু নোংচুম অমত্তনা নল্লগা লৈচিন পীকক্র অমত্তনা মকহন্দবা অমসুং নুমিৎনা মাগী অরংবা মঙালদা পূমঙাল ঙানবা মতম তাক্কক অদুবুনি। মসিনা অপোবা অর্থহ্নি। তৌইগুম্বসুং অকূপ্পা অর্থ অমস্থু লৈ। থম্মোযনা নুং-গী ওইবা অতিয়ানি। মকম অদুদা, ঙাল্লিবা নুমিৎ অদুদি বুদ্ধিনি নল্লগা থুনা খঙন-লৌশিংনি। অপঙবগী মংলিবা নোংনা, নাপলগী (মশাগীদা য়েংবগী) অথাবা লৈচিন্না অমসুং মিহৌবগী মৈথুনা নুং-গী অতিয়াদা নৈসন্দুনা লৈবা মতমদা, খঙন-লৌশিংগী (বুদ্ধিগী) নুমিৎ অদু লোত্তুনা লৈ অদুগা পোৎশিংসি শুকমুক-মম্না উই অমসুং পোৎশক শেরান্ননা লৌই। পূম্নমক অসিদগী নুং-গী অতিয়ানা লুনা লৈচিন-নোংফাই-পক্কনা লৈরবা মতমদা, অদুগা নুমিৎ অদুনা মঙাল-মশোঙ মপুংফানা ঙাল্লবা মতমদা থম্মোয়গী উত্তরায়ণ ওই। মহাক্না লৌশিংগী নুমিৎ 'জ্ঞান ভাস্কর' হায়নবহু তারম্নগনি। নুমিৎ হায়বা অসি মতম পুম্বদা লৌশিং অমসুং বুদ্ধিগা লোয়নৈ। মীশক অমনা মাগী শেংলবা থম্মোয়মুংদা মঙাল পোকপা লৌশিং-নুমিৎকী মচাক অসিগা লোয়ননা শিরবা মতমদা, মহাক্না তশেংনমক অমুক নৌনা পোকপদগী নাম্থোকপা ঙমই। মচাক মৈ-গী (অগ্নিগী) লম্বেল, অর্চিরাদি লম্বেল হায়বা, হান্না পনগ্রবা অদুদা চৎলি, অমসুং ব্রহ্মদা িনিথি।

''চহিত্থুগী অতোপ্পা তথ্বায়, দক্ষিণায়ণ হায়বথুদা শিথিবা মথোয়শিং অথুনা ওয়বা লাইবক অথু ক্রংই; মতমথুদা থম্মোয় অথু মৈথু অমস্থুং লৈমায়গী. লৈচিন অমস্থুং নোংথক্তা পাইবা অমংবা নোংনা থাজিল্লি। মুমিংপু খুমজিল্লি অথুগা মাগী মণ্ডালথু অমুংবা য়াওদে। অথুগা থাজংকী অমম্বা তথ্বায় অথুদনা, ঈশ্বররোমদা মায়-লৈশিনবগী রাথলশিং শিথয়রকপবু খণ্ডমহন্দুনা থাজ-না শিথররকই। থাশি-গী অহিংদি পুন্মম-মম্বনা য়োমশিল্লি, ধর্ম্মগী ওইবা পুক্লীং-ঈত্থুলশিংনা মরায় লুকই। অ-জ্ঞানগী থারবা মৈথুনা পুক্লীংদা থানা থাজিল্লি। মসিনি 'কৃষ্ণপক্ষ' হায়বা য়াহৈত্থুগী অর্থত্থু। অসিগুম্বা য়াইথীবা ( মঙ্গল ওইদবা ) মতমদা শিবা মথোয়ত্থুনা য়াইকনগাই মশক ওইদবা ( য়াইথীবা ) মহৈ: লোকই।

---

"ঐবু উরুরে, ঐনা ঙাংবা তাক্লরে হায়ত্থুনা হান্না চংলম্বা লম্বা, ধর্ম্ম থাদোক্লগা ঐবু নিংবা দরকার ওইদে। নথোয়না হান্নদগী চংলক্লিবা লম্বী অথুদা অথুম থম্মোয় চেংনা চংলু, লাংলু ঐবু ক্রংগনি।"

বাবা

# তাঙ্কক ১৮

"উত্তরায়ণ মার্গদি জ্ঞানগী অশেঙবা পূন্নং-লংবা ময়াংচুনা ঙালহনবনা, মচুবু শুক্ল-মার্গ নত্রগা অঙান-লম্বী হায়না খাংনা থাজংনৈ। দক্ষিণায়ণ মার্গদি মখোয়, তম : গুণ অমসুং অ-জ্ঞাননা পীক থল্লি, মরম অসিনা মচুবু অমম-লম্বেল নত্রগা কৃষ্ণ-মার্গ হায়না কৌনৈ। হকচাঙবু লংশেন্নবা অচুগা উত্তরায়ণগী মতমগী মনুঙদা চংলিবা মখোয়শিং অচুদি অঙান-লম্বী অচুদা চংলি অচুগা পঙথবা লৈতবা, ব্রহ্মানন্দগী লৈকম অমসুং হৌরককম ওইবা, মচুদগী অমুক মিং অমসুং মওঙ নাইবশিংগী সংসার, শাবানবা জীবশিংগী কুন্মৈ শায়কম অসিদা হল্লক্লরোইদবা মুক্তিগী নত্রগা মোক্ষগী থাক অচুদা য়োই। দক্ষিণায়ণগী মতমগী মনুঙদা হকচাঙবু লংশেন্নবা অচুগা অমম-লম্বী পাংথ্রবা মখোয়শিং অচুনা দেহ হায়না কৌবা হকচাঙ পোলাং অসিবু, পোকপা অমসুং শিবগী মথা পোন্না, অমুক পুন্র-থাংলবা তাই।

"উত্তরায়ণ হায়বা অসি অচুক হাক্লা অকক্নবা মতমবু খঙনদে ; মচুদি পূক্নীংগী কীভমচুবুনি। আত্মা-জ্ঞানগী মঙালগা লোয়ননা হকচাঙবু লংশেন্নবা মখোয়শিং অচুনা উত্তরায়ণ মার্গদা অচুম চংলি অচুগা মখোয়গী আত্মাগী অওইবা মশক্তু খঙদনা শিন্নবা মখোয়শিং অচুনা পিতৃযান নত্রগা দক্ষিণায়ণ নত্রগা অমম্বা লম্বীদা অচুম চংলি।

"গুণশিংগী মনুঙদা, সত্ত্বগুণদি মক্তে অমসুং মঙাল নাই ; তম : গুণদি মম্বী অচুগা মতৌ অসুম্না মখোয়বু অঙৌবা অমসুং অমুবা হায়বা ওন্ন-তৈনবা মচুশিংনা তোঙান-তোঙান্না খন্নোক্নুনা মশক থাই। অমুক

'নাড়ী' মখল অনী লৈ, মখিংনা 'ইড়া' অমসুং 'পিঙ্গলা' কৌই, অকুপ্পা শিংলিশিংনি, 'ইড়া'না সুষুম্নাগী ওইথংবা অচুগা পিঙ্গলানা য়েং-থংবদনি। ইড়া-নাড়ীমার্গনা থা-গী লম্বেলদি অচুপা পিঙ্গলা নাড়ীমার্গনা নুমিৎকী লম্বেলনি। যোগীশিংনা নুমিৎকীদা অচুগা অতৈশিংনা থা-গী লম্বেললোমদা চঙশিল্লি। মসিদি মীয়ামগী খঙনদবা অথুপ্পশিংগী মরক্তা অতোপ্পা অমনি।

"পোক্কিবা খুদিঙমকী অরোইবদি শিবনি ; সংযোগনা বিয়োগ পাংই ; শাগৎ-খোকংলবা পোত্তি শাগৎ-খোকৎলুরিবা মশকুনা মাঙ-তাকপদা শোয়দনা থয়গনি। পোকপনা শিবদা লোয়বা অচুগা শিবনা অমুক পোকহল্লকপগী হায়বা অসি মহৌশাগী নিয়মনি। লাকপা অমসুং হনখিবা লৈতবা থাক অচুদি পুম্নমকী মশক ওইবা ব্রহ্ম অচুবু পুক্নীংদা শক্তম লাকশিন্দুনা উরবা মতমদা লৈবা থাক অচুনি, মরমদি ব্রহ্মনা পুম্নমক্তা পুমথুং-থুংনা লৈবনা, মচুদগী 'লাকপা' হায়বচু ওইরকদবা অদুগা মচুদা 'হনবা' (চৎপা) হায়বা থবক অচু পাঙথোকদবা অতোপ্পা মকম অচু কদায়দা লৈরগে ?

"অসিগুম্বা থাক অমবু পুম্নমকী লাম্বা ফংবগী মমুঙদা লৈরা, মায়পাকপা অসিবু পুম্নমক্তা ফংবা ঙমগদ্রা হায়না চিংনবগী দরকার লৈতে। করিগুম্বা অথয়বা মহোৎন, নত্রগা মাগীতা ওইবা অফবা নোংদম নত্রগা অথয়না থৌরাঙ তৌরবা থবক অমত্তা দরকার ওইদে। পুক্নীংনা মতম পুম্বদা পরমাত্মাদা লেঙদনা থমজরবদি, অতৎ-অথম লৈতনা তাইবং মপুদা হীরী-কোঙরবদি, মচুনা চপ-চানা ওক্রে! মচুনা থম্মোয়চুবু শেংদোকনি ; মচুবু খুরৌ চেলহল্লিবা সেরায়না থাজবা অচুসু মাঙখিগনি। মসিদি মশানা মোক্ষ শরুক ওইনা য়াওজরে, মরমদি মোহ-ক্ষয়, সেরায়না থাজবা রাখলবু মরায়-চায়থবা হায়বচু নত্তনা মোক্ষ হায়বসি করিনো ? মোহ-ক্ষয় অসিবু ফংপ্রবা মীওই অমনা মহাক্তা শিবা য়াবা মওঙ অম। অমদা শিরক্লবসু

ব্রহ্মত্ব, ব্রহ্মগী থাক অদু ফংগনি। অসিগুম্বা মীওই অমবু 'জ্ঞানী' হায়না কৌনৈ।

মসিদা অর্জুনন্না বাহং অমা পুশিল্লকই। মহাক্না হায়রম্মী, "কৃষ্ণ! নহাক্না জ্ঞান হায়না হায়রীবতুগী অর্থ কন্বিনো হায়বা ঐহাকপুং ফানা খঙদে। মতু শুরুদগী নাকোচনা তারগা তম্লকপা জ্ঞান অদুরা? নত্রগা শাস্ত্রশিংদগী অপাম্বা খঙংলকপা জ্ঞান অদুবা নত্রগা। তশেংনমক থেংনবদগী খঙবদা মপুংফাবা মথোয়দুনা পীবিবা জ্ঞান অদুবা? মথোয়শিং অসিগী মতুঙদা করম্বনা মীওইববু ফানবাই-পুন্নযাইদগী থাদোকপীবগে?

কৃষ্ণনা পাউথুম পীরম্মী, "নঙনা হৌজিক পনখ্রিবা জ্ঞানগী মথলশিং অদু কনাগুম্বা অমগী অধ্যাত্মা চাওখংলোনগী থাক অমা নত্রগা অতোপ্পা অমদা লোয়না কায়ে, তৌইগুম্বসুং মথোয়গী মরক্তগী অমত্তনম্ব পাম্বে ওইবগা নহাক্না পোকপা অমসুং শিবগী খোঙলৈদগী নাম্বোকপা ঙমওইয়ে! নহাকপু পুল্লম্বদগী থাদোকপীগদবা অদুদি অনুভব জ্ঞান, নশামক্না থেংনদুনা খঙলকপা জ্ঞান হায়না খঙনৈ; মতুখক্তনা নহাকপু মুক্তি ফংহনবদা মতেং পীবা ঙমগনি। শুকনা মতুগী থৌবৈ অতুদা খরমখৈ মতেং ওইবা ঙমগনি; অদুবু মহাক্না নহাক নশাগী ওইবা অশেঙবা আত্মাবুদি উংপা (উহনবা) ঙম্লোই। মতুদি নহাক নশামক্না মপুক্লীংদা মওঙ লাকশিনবা তাই; হায়রিবতুদা নত্তনা, মহাক্না কল্লক-মিহৌবগুম্বা লূদবা পূকচেলশিংসি থাদোকপা তাই। মতমতুখক্তদা, নহাকপু পূর্ণ-জ্ঞানী, মপুংফাবা জ্ঞান ফংলবা মী অমা হায়না কৌনবীবা য়াগনি। মসিগী জ্ঞান অসিদা থাজবা লৈরবা মতুবু ফংবদা থরায় লুপ্পবা অদুগা মতুবু তানগে হায়বগী খোয়রাঙবা মপুং-ফানা লৈরবা মহাক— অসিগুম্বা মীওইখক্তনা ঐবু খঙবা ঙমগনি।

"মহাক কল্লক-মিহৌবা লৈরোইদবনি; অদুগীসু মথক্তা, মহাক চাননা থরায়-য়াওগদবনি, শ্রদ্ধাদা লূপকদবনি! থরায়-য়াওবা হায়বা অসি

খ্বাইদগী পীকপা থবক অদু মীওইবনা পাঙথোক্লবগীদমক কাওবা চঙদবা য়াদে। মীওইবথক্তা নত্তে, অচুম্বগীসু হেন্দোকনা উচেক অমসুং শা, তীল অমসুং মহীক - পুন্নমক্তা মায় পাকে হায়রবদি থরায়-য়াওবা তাই। নহাক্না থবক অদুদা থরায় য়াওরবা নত্রগা শ্রদ্ধা লৈত্রবা মতমদা, নহাক্না থবকী মহৈ : অদু হেকপা ওগ্রোই।

"অর্জুন! ঐনা সাক্ষীনি ; ঐনা মরম ওইহৌনা, প্রকৃতি অসি, প্রপঞ্চ কোৌবা পঞ্চভূতকী চাকসিন-হায়সিন্নবা মতৌ অসি, অয়েঙবা অমসুং লেঙদ-বা পোৎ পুন্নমকসি শেম্মী। ঐবু মরম ওইনরগা প্রপঞ্চ অসিনা মওঙ-মওঙ নাইবা শাজং চংলি। ঐবু খ্বাইদগী য়াংবা য়ুক্ষম (নিয়ম) ওইনা অমসুং মচাক পুম্বগী মপু, মহাক্কী অনীংববু মথোয়না ইনগদবা অতুগুম্বা মপু অদু ওইনা খঙবা ওমদবা অপঙবশিংনা ঐবু মীদ-মী ওইনা লৌই। মতিক পুমচা চারবা মী থরনা ঐবু ব্রহ্ম ওইনা ভক্তি লৈনা হীরীকোল্লি ; অতোপ্প-শিংনা মথল-মথাগী মমিংশিংদা অদুগা মথল-মথাগী মওঙশিংদা ঐবু পুজা তৌই ; অতোপ্পা খরনা অমুক ঐবু জ্ঞান-যজ্ঞ অমসুং আত্মা-যজ্ঞ তৌহনা লাংলি।

"কৌনরিবা মিং মথৌ, তৌনরিবা পুজাগী মওঙ মথৌ, অয়োবা মশক অদু ঐনাক্নি, মরমদি ঐনা পুন্নমকী পম্বু ংহুনি। অমতা হায়বদু ঐনি ; অতোপ্পা হায়বদু লৈত্তে। ঐগী মিংলেন অমসুং শক্লোন ময়াম'দা ঈড়াংন-রিবা মশক্তো ঐহাকমক ভইরকই। মসিখক্তা নত্তে ; ঐনা থবক পুন্নমকী মহৈঃ হুনি, মহৈঃ হুবু পীনবিরিবহুনি, য়ুক্ষমহুনি, থবক তৌহল্লিবহুনি, পুন্নমকপু চিংখৎপীরিবহুনি। করিগী অমুক মশীঙ হন্না পারুথিনি অমসুং হজিন্না হায়খিগনি ? পোৎ খুদিঙমকী অমসুং থরায়-পানবা খুদিঙমকী পোকপা, হিংবা অমসুং শিবগী মরুমদা থুগুনা লৈরিবা শক্তি অদু ঐনি। ঐদি পোক্লাই-শিনাইদবা ময়মহুনি।

"অহানবা মরম হায়বতু ওইরিবা ঐবু খঙউ, মতু থাঙ্গৎশেংনমক য়োক্তনি। মহাক অসু অতুগুম্বা মোক্ষ অতুবু কংজরবা জীবন্মুক্ত ( হিংলিঙৈ মতমদ-কাওবা মুক্তি ফংলবা ) হায়বতু ওইরে। মবম অতুনা, অর্জুন, কনাগুম্বনা জীবন্মুক্ত অমা ওইগে হায়না, মোক্ষ ফংগে হায়না কন্না আশা তৌরবদি, মহাক্না মশাবু লাকশিনবা ওন্নবা ঈচম-চম্বা নিয়ম খবদি ঙাকপা তাই। হায়বদি, হকচাঙবু পামসনবা মতৌ অসু মপুংফানা মুত্থৎপা তাই।

মসি তারগা, অর্জুন-না মরক থৎলম্মী, "কৃষ্ণ! মপুং-ফাবা বৈরাগ্যগী সাধনাসিবু ঈচম-চম্বা নিয়ম অমা ওইনা নহাক্না হায়বরা? মসু থবক ওইনা উৎপদা অতুক য়াম্না লায়ব্রা? লীচং শাজৎ ঙাকপা ওন্নবা লাইনীংবশিং কাওবনা মসু য়ানা থোকই অতুগা নহাক্না ঐগুম্বা মীওইদা অম্বকী মতিক চৌনফেন ফনা ( অপন-অরাক-লৈতনা ) হায়বিরিয়ে! নহাক্না মতুবু য়াম্না ঈরায়-লায়বা থবক অমগুম্না তাকপীবি। তৌইগুম্বসুং মতুদি কিনীংঙাই ওইবা হোৎনবা মথল অমনি। নহাক্না অসিগুম্বা লৌহন্নীংবা য়াফমশিং অসি হায়জল্লগা ঐবু চাংয়েংলিবনি হায়না ঐনা পুক্নীংদা কাওই। মতুগী ফীভম অতুবু ঐনা ফংবা ঙম্মকখিগদ্রনে? ঐনা মুক্তি ফংবা ঙমগদ্রনে, ঐনা মোক্ষ ফংবা ঙমগদ্রনে? ঐগী আশা লৈতে," মহাক্না য়াফম অসি হায়রম্মী অতুগা নীংব-কায়না ফমথখি।

মহাক্না তপ্ন তপ্ন থৌনা হল্লকপা অসু কৃষ্ণনা কুপ্পা য়েংতুনা লৈরম্মী। ইবুংঙো মহাক্না মহাক্কী নাক্তা চঙশিল্লম্মী অতুগা চিংনবা কোকহন্নবগী থৌওঙদা মহাক্কী মনঙঙ্গদা খুবাক্না পোপ পোপ ফুবিরম্মী। ইবুংঙো মহাক্না হায়বিরম্মী, "অর্জুন! মসিখক্কীদমক পুক্নীং থুকৎপা অমসুং নীংব কায়বগী দরকার লৈতে। নত্তে, হায়রিবা অসি কনাগুম্বা অমনা হেক তাবগা থুনমক মহাক্না থাজবা পোকনি। অচুম-অরান খিনবা পাঙ্গলনা

খুৎলাই ওইহুনা কনাগুম্বা মী অমনা হন্দুনা থিগদবনি ; অহুদগীদি নিয়ম অসি ঙাকপদা অহুক্কী মতিক য়ারমগনি নীংলুবা অহুক য়ারমদ্রে হায়বসি থেংনরক্কনি। তাইবংগী মতৌ অসি পুমথা-থাদোরকপা তারবদা, শম-জটা-তাহন্না হৌহনবগী, গেরুরা মচুগী অচোনবা ফুরীৎশিং লিৎপগী অমস্তুং হুকচাঙবু উন্নাগা শরণগত ঙাইহন্দুনা ওৎ-নৈবগী মথৌ তাদে। অপান্বা করিমতা য়াওদনা, নহাক্না থবক পুম্নমক ঈশ্বরদা কথোকপা ওইনা তৌরবদি মহুনা য়ারে ( ওক্লে )। মসিনি মুক্তিগী অথুপ্পা হায়বহু।

মসিগী থৌওঙ অসিদা থবক-ইনথাঙ পুম্নমক পাঙথোকপা হায়বা অসি অরাবা নত্তে। তৌবতদি, কনাগুম্বা অমনা ঈশ্বরদা অচেৎপা থাজবা অমস্তুং পুক্নীং-চঙবা খক্তি লৈবা তাই। অওইবমক, মখোয়শিংসি থবক-ইনথাঙ খুদিঙমক্তা মরু-ওইনা চঙফম থোকই অহুগা মরম অসিনা, তশেং-নমক, মখোয় অসি ধর্ম্মগী ওইবা থবক-ইনথাঙগীদমক্তস্তু থাফত্রবনি হায়বা অসি নহাক্না খঙবা ঙমগনি।

"ভক্তশিংগী মরক্তা অতোপ্পা য়াখল খন্দনা থবক পুম্নমক ইফমদা কথোক্লিবা কনা-কনাগুম্বদো, ঐবু লাইনীং-হীরী কৌল্লিবা, ঐবু সেবা তৌরিবা, ঐবু পূজা তৌরিবা ঐবু নীংশিংলিবা কনা কনাগুম্বদো -- হন্দক্কী অমসুং মথংগী মপোক্তা মহাক্কীদমক্তা অফ খুংঙাই হুনবিহুনতা ঐনা মতম-চুপ্পদা মহাক্কা লৈমিন্নে হায়বসি খঙঙু। ঐনা মহাক্কী "যোগক্ষেম"গী পোৎলুম অহু পুবি। ঐনা হায়রিবসি নহাক তাব্রা?" য়াফমসি অমুক, অর্জুনবু মনঙলদা পোপ-পোপ ফুবিরহুনা অমসুং মাগী ভুকথরবা থম্মোয়-দা থৌনা হাপ্পীহুনা, কৃষ্ণনা হায়রম্মী।

ঈশ্বরনা লাইনীংলোইগী 'যোগক্ষেম'বু শোয়হন্দবগী মরমদা হায়রিবা য়াফম অসিদা ভাব লৌশিনবদা য়াবা ময়াম অমা পোকহল্লি। অখঙ-

অহৈ পণ্ডিতশিং ফাওবা, অতৈ অতৈগী ৱাদি পন্দ্রবদা, মতুগী অওইবা অর্থতু লাকশিনবা ঙমদে । গীতাগী ময়মদা মত পীরিবশিংনা লৈপাক মীয়ামদা লাউথোকপ্রবা ৱারোল অসিবু লম মযাম-ময়াম অমদা শন্দোকই ।

খ্বাইদগী হেন্না ককপা ঙমদ্রবা শেংলবা ৱাহৈ-পরেং অসি গীতাগী হৃকচাঙদদি খোয়দোগুম্বনি । বিষ্ণুগী খোয়দো অতু ব্রহ্মানা পোকখিবা মফম ওইখি ; শ্লোক অসি ব্রহ্ম-জ্ঞানগীদমক্তা ঈথৌ-লাংবশিংগীদমক্তদি মরু-ঈহুন তম্ফম নত্রগা খোয়দোনি । শ্লোক অসিবু থবক ওইনা চংলবদি, গীতা অপূম্বসি লৌশিনবা ঙমগনি ।

শ্লোক অসিগী মরমদা ময়াম্না লীনরীবা মুংঙাই-মুংঙাইরবা ৱারী কয়ামুক লৈ । ঐহাক খুদম অমা পীগে । মতম অমদা য়াম্না খঙ-হৈরবা পণ্ডিত অমনা মহারাজ অমগী স্না-মাঙদা গীতাগী মরমদা ৱারী-ৱাতায় তৌরম্মী । নোংমদি, শ্লোক অসিগী মতাঙ লাক্লম্মী :

অনন্যাশ্চিন্তয়ন্তো মাং
যে জনা : পর্য্যুপাসতে ।।
তেষাং নিত্যাভি যুক্তানাং
যোগক্ষেমং বহাম্যহম ।।

পণ্ডিত অতুনা শ্লোক অসিগী মখল-মথাগী ওইবা মমুঙগী অর্থশিং অতুবু থরায়-য়াওনা শুগায়না নৈনরম্মী, তৌইগুম্বমুং মহারাজ অতুনা য়ানীংদনা মাগী মকোক হাইরম্মী অতুগা হায়খিরম্মী, "অর্থ অসি চুমদে ।" পণ্ডিত অতুনা শুগায়না তাক্লিবশিং অতুগী মতাঙ খুদিঙমক অমমম ওইনা মহারা অশুম য়েতুনা লৈরম্মী । লাইবক-থীরবা পণ্ডিত অতু মহারাজ ময়াম অমগী কোম্লংশিংদদি থাগংনঙাই ওইবা কোক-লৈবগী অরাংবা সম্মাণশিং ফংগ্রবনি অতুগা মখোয় পুম্নমক্তা হেন্দোক-পাথোকপা চীংলেম্বা উপাধিশিং

পীত্তুনা মহাকপু ইকাই-খুম্নরম্মী। মহারাজ অত্তুনা রাজসভাগী অওম-অথৌ কাওলুপ পুম্নগী মমাওদা শ্লোক অসিগী মরমদা মানা ওগায়না তাক্লি-বত্তুবু 'লাল্লি' হায়না নিন্দা তৌরকপদা মহাকপু থাওনা হেক খিল্লবগুম মহাক্লা মপুক্লীংদা কাওরম্মী। ইকাইবা ফংবত্তুদা মহাক থঁমোয় য়াম্না শোক্লম্মী; অত্তুবু থৌনা খোমগত্তুনা, মহাক অমুক মহাকী থবক্তুদা ওন-শিনখিরম্মী, অত্তুগা মাগী হৈজ-শিংজবা পুম্নমকপু মতাও চানা-চানা কোখোক্তুনা "যোগ" অমসুং 'ক্ষেম' হায়বা ৱাহৈশিং অত্তুগী মখল মথাগী অর্থ অত্তুগী মত্তাওদা মহাক্লা মী-খোনবা ওম্বা ৱারী-ৱাতায় অমদা পুম্নলুপ লুপশিনখিরম্মী। মহারাজ অত্তুনা মসিফাওবদা য়াবীখিদে। মহাক্লা য়াথং পীরম্মী, "শ্লোক অসিগী অর্থত্তু খিরুচো অত্তুগা মত্তু নিংখিনা খওলগা ঐঙোন্দা হয়েং অমুক লাকউ।" মসি হায়রগা, মহারাজ অত্তু মহাকী তাওবলদগী ( সিংহাসনদগী ) হৌগংখি অত্তুগা মনুওথংবা কাশিংদা, চও-খিরম্মী।

পণ্ডিত অত্তু মঙোন্দা লৈহৌরিবা থৌনাগী মচাং মরীক থরত্তুফাওবা মাওখিরম্মী। মহাক চিন্তানা নম্বরম্মী; মহাক ইকাই-পোৎলুম্না তুরোই-ডাম্নোই চৎখি; মহাক মযুম য়োৎরম্মী অমসুং গীতা লাইরিক্তু নাকলদা থম্নগা মহাক্লা কমুং-কাংথক অত্তুদা দম লাওনা হীপথখি।

মসিদা ওক্লত্তুনা, পণ্ডিত অত্তুগী তালোম্নবা ( মুপীনা ) হংজরম্মী, "ওসিদি নিংথৌগী কোম্নুংদগী ইবুংঙো নহাক্লা অসিওম্বা অরাবা ফীভম অসিদা হনবীরক্লিবা অসিবু করিগীনো— ঐঙোন্দা তাকপীয়ু। করিমক্তী হেক চপ-চানা থোকখিবগে?" মঙোন্দা থোকখিবা থৌদোক পুম্নমক, মহাকী মকোক্তা পৈত্তুনা লৈরিবা ইকাইবশিং, মহারাজ অত্তুনা মাবু মযুমদা থারকপদা লোয়নরকপা য়াথং, অসিনচিংবশিং মঙোন্দা ওগায়না হায়দোক-হল্লকুবা থওনীংবনা খোরাংলবা ৱাহংশিং মহাক্লা মরী-মরী হংজিল্লম্মী।

তাঁলোয় অহুনা থোকখিবা থৌদোক অহুংগী পাউদম অহু পূক্নীং ঈংনা মুন্না তারম্মী অহুগা থৌদোক অহুগী মরমদা য়াম্না লুনা খল্লবা মতুঙদা, মহাক্না হায়রম্মী, "হোয় ; মহু চুম্মী। মহারাজ অহুনা হায়খিবহু চুম্মী। শ্লোক অহুগী মতাঙদা নহাক্না পীখিবা ব্যাখ্যাহু অচুম্বা অমা ওইদে। মহারাজ অহুনা মতৌ করম্না মহুবু য়াবীবা ঙম্লমগদৌরিবা ? মরাল অহুদি অদোমগীনি।" মসিদা পণ্ডিত অহুনা, মমৈদা খোঙপাক্না কম্না নেংলবা লিলথাওয়ৌ অমগী মতৌগুম্না শাউবনা কমুংহুদগী কাওখৎলক্ম্মী। "নঙনা করি খঙই, অপঙবী নঙ ? ঐবু নঙোন্দগী বুদ্ধি হস্থব্রা ? চাক থোংহুনা অমস্থং সেবা তৌহুনা লৈবা, মতম পুম্বদা চাকশঙদা নৈসিন্দুনতা লৈবা নহাকমস্থু ঐঙোন্দগী হেন্না খঙই হায়না নঙনা দাবী তৌব্রা ? খুমগম্থু (নটীপ্পু তাঙম্থু) অহুগা ঐনা লৈরিবা মফমসিদগী চৎথ্রো," মহাক্না ঙংলহুনা লাউনা হায়রম্মী।

অহুবু য়ুম্বুরেনবী অহুদি মহাক্বী ফিরেপ্পুদা লেপ্পুনা লৈরম্মী (হক্লমদে)। মহাক্না পাউথুমজরম্মী, "ইবুংঙো। খজিক্তুংদা চুম্বা রারোল অমা হায়জবদা ইবুংঙোনা অসিগুম্বা শাথীবা মশাউ অমদা পাইসিনবীরিবা করিগীনো ? শ্লোক অহু অমুক হন্না হন্না থীহুনা নশামক্না তাজৌ অহুগা অর্থ অহুদা লুনা খম্ববিয়ু। অহুদগীদি ইবুংঙো নশামক্না অচুম্বা পাউথুমদো থেংনবীগনি।" অস্থুম তৌরগা, মহাক্বী থোৎ মেংলবা রাহৈশিংগী পাম্বৈনা তালোয় অহুনা মহাক্বী মপুরোইবগী পূক্নীং ঈংথহল্লম্মী।

পণ্ডিত অহুনা শ্লোক অহুগী মমুঙদা য়াওরিবা রাহৈ রাহৈগী অর্থহুবু কুপ্না নৈনবা হৌরক্লম্মী। 'অনন্যা-শ্চিন্তয়ন্তো মাং"— মসিগী তোঙানতোঙানবা অর্থশিংহু মহাক্না, মুন্না অমস্থং তপ্না, খোন-থোক্না থীবা হৌরক্লম্মী। তালোয় অহুনা মরক থৎলম্মী অহুগা হায়রম্মী, "রাহৈশিং অহুগী

অর্থশিং অদু খণ্ডউবগী অমসুং শুগায়না তাকউবগী করি কান্নবনো ? মহারাজ অসিগী মফমদা হায়জ চণ্ডজখিবা মতমদা ইবুংঙো নহাক্কী অনীংবা করি ওইখিবগে হায়বদু ননাই ঐঙোন্দা অমুক্তা তাকপীয়ু। পান্দম অদু করিনো ?" মসিদা পণ্ডিত অদু শাউবনা ঙাওখ্রে। "ইমুংসি, য়ুমসি ঐনা চলাইররোইদ্রা (পুররোইদ্রা) ? নহাক অমসুং অতৈ লৈহৌরিবা পুন্নম-ক্কীদমক্তা চাব-থক্নবগী, ফিজেংশিংগী অমসুং অতৈ পোৎশিংগী মমলদু ঐনা করম্না পুবা তাবগে ? মখোয়শিংসিগীদমক্তনি ঐনা মঙোন্দা (মহারাজদা) চৎলুরিবসি, অওইবমক্কি, মদু নত্রবদবু, মহাক্না তৌমিন্ননবা করি থৌ-দি ঐনা লৈরুনি ?" হায়না খোঞ্জেল হৌনা মহাক্না লাওরম্মী ।

তালোয়ত্নুনা অদুদগী খুম্নক্লম্মী, "শ্লোক অসিদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা করি হায়খিবগে হায়বদু ইবুংঙো নহাক্না খংবিরম্নবদি মহারাজ অসিগী মফমদা য়াম্না চৎনীংবগী আশা অদু পোক্লমলোইই ! অতোপ্পা করিগুম্বা রাখল অমা য়াওদনা ইবুংঙো মহাকপু পূজা তৌরবদি, কনাগুম্বা অমনা ইবুংঙো মঙোন্দা চঙদ-চঙজরবদি, মতম পুম্নমক্তা পুক্নীংবু মঙোন্দা লেঙদনা থম্নবদি, অদুদগীদি ভক্ত অদুগীদমক্তা ইবুংঙো মহাক্না খুদিঙমক পীনবিগনি হায়না শ্লোক অসিদা ভগবান-না লাওখ্রে। রাফম অহুম অসি অদোমদি তৌদ্রি ; অদোম্না মহারাজগী মফমদা চঙবিরুই, মহাক্না খুদিঙমক পীবিগনি হায়না থাজত্নুনা ! মদুবাইদনি শ্লোকসিগী অর্থদুগী ওন্নবদা অদোম্না চৎপী-রুবিবদে। নহাক্কী শুগায়না তাক্লিবা রাফম অদুবু করিগী মহারাজনা য়াখিদ্রিবনো হায়বগী মরম অদু মদুনি।

মসি তারগা, ময়াম্না শকখঙলবা পণ্ডিত অদুনা মাগী মুপীনা হায়বা রাফমশিংদু খন্ন-খন্ন ঙাইহাক ফম্লম্মী ; অদুদগী মহাক মহাক্কী অরানবা খঙজরম্মী ; মহাক মথওগী মুমিত্তা মা-কোল্লুংদা চংখিদ্রে। মদুগী মতুঙা, মহাক ময়ুমদা কৃষ্ণ-পূজাদা লুপ্তুনা লৈখ্রে। করিগীদমক্তা পণ্ডিত অদুনা

কোন্নুংদা কারকথিত্রবনো হায়না নিংথৌনা রাবম হংলকখিবা মতমদা, রাজসভাগী অওম্বশিংনা মহাক্তী ময়ুমদা অদুম লৈখ্রে অদুগা মপান থোক-খিত্রে হায়না হায়রম্মী। নিংথৌ অদুনা পাখোল্লোয় ( রাজদূত ) অমা মহাকপু কৌরুনবা থারম্মী, তৌইগুম্বসুং পণ্ডিত অদুদি য়ুমদগী চথোরকউ হাখিত্রে। মহাক্না হায়খি, "ঐগীদমক্তদি কনাগুম্বা অমগী মফমদা চৎলুনবগী দরকার লৈত্রে, ঐগী কৃষ্ণনা খুদিঙমক ঐঙোন্দা রাক্তনা তুনবিরগনি। ইবুংঙো মহাক মশামক্না ঐগী 'যোগক্ষেম' পুবিগনি। ঐ ইকাইবা নঙলে, মরমদি ইকোক-কোকপা ( ঈচম-চম্বা ) রাইহেশিংগী হনবা য়াবা-য়াবা মখল-মখাগী অর্থশিং অদু খঙগে হায়না লাওতরুবনা মীৎ তাঙহনখিদুনা অসুক কুইবা অসি ঐনা মসিবু খঙলক্কে। ইবুংঙো মঙোন্দা কখোকচরগা, ইবুংঙো মহাকপু পূজা তৌবদা ঐহাক ইশাবু লত্তনা শীজন্নরবদি, ঐনা দরকার ওইবা পুম্বা ইবুংঙো মহাক্না ঐঙোন্দা মশামক্না তুনবিরক্কনি।"

পাখোল্লোয় অদুনা পাউ অদু নিংথৌগী কোন্নুংদা তল্লরবা মতমদা, মহারাজ অদুনা পণ্ডিত অদুগী লৈফম তান্না খোঙনা স্নাখোঙ.লঙখি; মহাক্না "ঙরাং নহাক্না শন্দোক্না হায়খিবা শ্লোক অদুগী অর্থ দু নহাক নশাক্না খঙজরক্তুনা ঙসিদি ইফমদা শন্দোক্না তাকপীবগীদমক্তা ঐনা নঙবু থাগচ্চরি." হায়রগা পণ্ডিত অদুগী মখোঙ পায়দুনা থুরুমখি। অসুন্না, হকথেংননা জ্ঞানগী কারহাইদগী ( কোনচাক শৌদে রুবা পাত্র অমা ) মহী ওইনা চেস্থোরক্তবা ধর্ম্মগী ওইবা রাফমশিংবু শন্দোকপা খুদিঙমক লংবতমক লংবনি অমসুং মপালতমক শাবনি হায়না নিংথৌ অদুনা পণ্ডিত অদুদা জ্ঞান তাকপীরম্মী। রাফম অসি নহাক লৌশিল্লব্রা ?

ঙসিফাওবদা, গীতাগী মরমদা তাক্ন তীক্নতীক্ননা অমসুং মদুগীদমক্তা শন্দোকপগী থবক-তৌ-তৌনা কোয়চৎ-চৎলিবা খঙ হৈরবা মী ময়াম অমনা মদুগী নিয়মশিং অদুবু থবক ওইনা ঙাক্তে; মখোয়না উইহেগী কান্নদ্রবা

অকনবা মকুহুগী, লাইরিক মশাগী ওইবা অর্থহুগী, রাহৈশিংগী রাপুত্রগী মরোল হায়হুনা শন্দোক্লা তাকপদমক তৌহুবা লৈ অহুগা অতৈ অহেনবদি তৌদে। গীতাবু থবক ওইনদি হোৎনদনা, মহুবু শন্দোকে লাক্লবসি, তৌরক্লিবা মরমহুবু মাঙহনবা অমসুং ধর্মগী লাইরিক অহুবু ইকাইবা পীবা শকই। গীতাবু মখোয়গী হিংনবগী স্বরমক ওইনা, ধর্মগী লাইরিক পুন্নমকী কোকথোল ( লুহুপ ) ওইনা অমসুং ভগবান মশামকী মচীথাঙ্গী থোরকপগুম্না মখোয়না বাংনা থাঙ্গৎলি।

মখোয়না লাইরিকুগীদমক্তা অসুকী মতিক ব্যবহার উৎলি মহুদি মহুগী মমিং পন্ন-পনবদা মখোয়গী মমীৎশিংহু পিরাংনা পাথোকই; মহুবু মখোয়গী মকোক্তা থাঙ্গৎলি; মমীত্তা লাইরিকুনা শোকহল্লি; মহুবু মখোয়না মখোয়গী মন্দিরশিংগী মমুত্তদা থমই অমসুং অশেঙবনি হায়না মশক তাকপগী য়াম্না কনবা মতাকা লোয়নননা মহুদা পূজা কৎলি। ব্যবহার পূম্বা, পূজা পূম্বা চে-হুথকীদমক্লি, লাইরিকুথকীদমক্লি।

থাঙ্গৎশেংনমক, মখোয়না ভগবানগী রাহৈশিংহুগীদমক্তা, লাইরিকুদা য়াওরিবশিং অহুগীদমক্তা ব্যবহার লৈজরবদি, মখোয়না মখোয়বু ( রাহৈশিংহুবু ) থবক ওইনা পাঙথোক্লবা কন্না হোৎনরমগদবনি, মহু নত্রনে? নত্তে, মখোয়দি হোৎনরমদে, মখোয়দি মশামক্লা থঙজবগী জ্ঞান খুজীলমুক্লবা মচাং অমত্তা লৈরমদে। হোৎনহুনা মশানা হকথেননা কংলকপা জ্ঞান অহু মখোয়না লৈজরবদি, মখোয় কনা অমত্তনা জ্ঞানহুবু শেলগা ওন্নহুনা শন্দোকনীংলম্লোই। মখোয় ঈশ্বরগী থৌজালথক্তবু পামনগনি।

গীতা-প্রচারকশিংগী মরক্তগী, গীতা শন্দোক্লবা থবক্তুগী মরমদা থন্ন-নৈনরিবা মখোয়শিংহুগী মরক্তগী মী লাক্ষ লাক্ষকী মমুত্তদা অমকাওবনা ওন্নিদি ঈশ্বরগী থৌজালবু কংনীংবা অহু লৈতে। লৈত্তে; মখোয়না অকনবা অপাম্বা অহু লৈখিরম্লবদি, মখোয়না চাগাগী ( রোজগারগী ) নত্রগা শেলগী রাথল লৈরম্লোই।

# তাঙ্কক ১৯

মৌজিক মতমদদি গীতা শন্দোক্নবা থোরকপা রাঙাঙলোইশিং ( বক্তাশিং ) অসি মশীঙ য়ামথোরক্লে অমসুং মতুগী ফল অমা ওইনা, অওইবা রাহম্পোক অতুদগী অয়াম্বনা য়াম্না থেন্নথ্রবা রাহম্পোক ময়াম ময়াম অমা অচুম্বা অর্থ অতু লৈচীন থাংজিলহন্দুনা থোরক্লে। রাহম্পোকশিং অসি হন্দোক্লিবা মী-মীতুগী মতৌ অমসুং মচৎ অতুগী মতুং ইল্লি। মত অমত্তং শাগৎপ্রবদা, মহাক্না মতুবু চুনবা রায়েৎ পীডুনা চুমহন্নবা অতুগা অতৈশিংবু লাল্লি হায়না প্রমাণ তৌনবা লাক্লে। অতুদগীদি মতু থোদোক খুদিঙদা তেনবাগুম হঞ্জিন-হঞ্জিন থী; গীতাবু অভ্যাস তৌনবা অমসুং মতুবু কনাগুম্বগী চানমক্কী পূন্সীগী শরুক অমা ওইনবা অমত্তা তৌদে। অসিগুম্বা মীশিংনা অচৌবা গীতা-প্রচারকশিং ওইশন্নে অতুগা অতোপ্পা মীশিংবু থাজহন্নবা ফৈ হায়না মশক তাকপা চে-শিং অতুগা উপাধিশিংগী পোৎলুম পুতুনা লুম্না কোয়চৎ চৎলি। মীনম-চাবসিনা মখোয়না মশামকপু মাঙহঞ্জে অতুগা গীতাদা থম্মরিবা থাজবা অতুবু হন্থহল্লি।

ঈশ্বরগী রাশিংসি, রা খুদিঙ খুদিঙমক, চানমক্কী পূন্সীদা থবক ওইনা ওননসিন্নবনি; মিংচৎ লোক্নবা মীগী মনাকোঙশিংদা শন্দোক্নবা নত্তে। অতুবু মতমসিগী য়াওনশিংসি অমুক্কী মত্তিক থোয়না-লান-না চৎখ্রে, মতুদি মখোয়বু ওসিদি মীয়ামগী শরু-শোন্নবা অমসুং থাগৎপা ফংনবগীদমক্তা লাক্না শীজন্নরে! প্রচারকশিংনা থা-তুনা ভাঙলিবশিং অতু ভারিবা মখোয়-তুনা মখোয়সি অওইবা ( মকুক শেংলবা ) হায়না থিগৎপা তনসু-তম্বনরে;

গীতাবু স্বর্গ য়েৌনা থাঙ্গৎলিবা মখোয়শিংতুনা মতুগী পাউতাকশিংগী অমৃতবু মচাও তংলত্রা খঙনবা মখোয়না রাওইরুদে। রাহৈ অমস্সুং থবক য়াম্না তায়্নে, মখোয়না মীওোন্দদি য়াম্না কন্না পাউতাক পী অদুবু পাউতাক কঙলিবা মখোয়তুনা শুকশিং মখোয় মশামকদি পাবাশিং অদুগী মতুংইন্না চত্তবা অদু থেংনৈ। চত্তে, লাক্ষ লাক্ষকী মনুষ্দা অমফাওবনা চত্তে।

লৈতোন্দা গীতা অপুম্বসি লৈরে ; তাঙ্কক অমস্সুং শ্লোক মশীঙ অদুত্তবু হায়রবদি, গীতাগী মনুঙদগী নঙনা তানীংবা শ্লোক অমা হেক্তা খুদক্তা থীদোকপা ঙম্মী নত্রগা নঙনা হাযবা রাহৈ নত্রগা রাহৈ লৈচল অমা হেক্তগী য়াওকম তাঙ্কক ( অধ্যায় ) অমস্সুং শ্লোক মশীঙ চীনকাদা হাযবা ঙম্মী হায়তুনা পোওজবা কনাগুম্বা মী থরা লৈ। অসিগুম্বগী অখঙ-অহৈ অসি উখোবকপা মতমদা ঐদি নোক্তুম নোক্নীংই। লাইবক থীবা লৈয়েং হায়ব-হুনি, মতুদি অস্সুক য়াম্বসিবু অওইবা পুন্সীদা অমফাওবা চুপশিনহন্দনা মতুনা মতুগী লৈতোন্দা ( মচীন্দা ) পুগ্নি হাযবসি। গ্রামোফোন রেকোর্ড অমনা হন্না হন্না থীবা ঙমই। শ্লোক অমবু অভ্যাস তৌবনা শ্লোক পুম্নমকপু চীনফা কাবা অমস্সুং মখোযবু নীংশিংতুনা থম্বদগীদি তশেংনমক হেন্না কান্নহল্লি। অর্জুন-না কৃষ্ণগী বাহৈ খুদিংমক, মহুবু থবক ওইনা উংলগা, অচুম্বনি হায-না প্রমাণ তৌখি। মহাক্কী পূকচেল শেংবা মতৌনা মহাকপু কৃষ্ণগী থৌজাল ফংবা ঙমহনখি।

মসি মিনুংশিনভাই ওইবা রাথল অমনি মতুদি হৌজিক মতমদা থম-থেংনা খঙ-হৈরবা পণ্ডিতশিং ফাওবনা গীতাগী রাহৈ অমথক্তংবু থবক ওইনা উৎপগী তিং-লাউবা অদু খঙত্রি। অদু ওইরবদি, ঐখোয়না করিগুম্বা খঙজত্রবশিং, অপঙবশিংগীদমক্তদি করি হায়বা তাব্রা? শন্না হায়রবদা গীতাবু শুগায়না তাক্লিবা মমিং চংলবা মী থয়নদি গীতাগী পাউতাকপু

লাল্লা শান্নরি, রা-পাউ অতুগী ওন্ন-তৈনবদা থবক চথরি। পণ্ডিত ওইবগী নমদা মহাক মহাক্কী তোপ-তোপ্পা অহোংবা নত্রগা খোয়দাবা পুক্নীং-ঈছল অদু উথোক্নবা মখোয় অমমম্না মশা মশাগী অপাল্লা খোল্লাং অমমম ঈশ্বরগী ঈশৈদা হাপচিল্লি। মখল অসিগী খুদম অমত্তং ঐখোয় খন্নসি। গীতাগী তরাকশুবা তাঙ্কক্কী তরাশুবা শ্লোক্তা হায়রি মদুদি "পরিগ্রহ" হায়বা অসি অচৌবা পাপ অমনি হায়না।

হৌজিক গীতানা হায়বনা অচুম্বনি হায়না লৌবা মখোয়শিং অদুনা "পরিগ্রহ" থাদোক্লগা গীতাগী বারোল মতুং ইন্না থবক তৌগদবনি, মসি নত্রনে? "পরিগ্রহ" হায়বসিনা হকচাঙবু তেক-কায়দনা থম্নবা অমসুং ধর্ম্মবু লৈখা তাহন্দন' থম্নবগীদমক ফাওবা "য়াবিবু" ফোঙদোকই! প্রচারকশিং অসিনা, অদুম ওইনমক, মখোয়গী চাদা ৯৯ দি য়াই। "পরিগ্রহ"বু নিন্দা তৌবসিদি মওঙ পুন্নমক্তা তৌনি; হোংদোকপা ফীভমশিং নত্রগা য়াওদবা (ব্যতিক্রম) অমত্তা লৈতে। অদুম ওইনমক, গীতাযজ্ঞগীদমক্তা, "আরতি"গী মতমদা লাইদা কংপা পোৎকংশিং ওইনা, গীতা প্রচারক সঙ্ঘশিংগী খরচশিংগীদমক ওইনা, গুরুশিংগীদমক্তা 'নজর' নত্রগা 'কন্নুকা' (প্রণামী) ওইনা শেল-খোম্বা অমসুং শেলথাংমিন্নবশিং হায়নৈ—তৌনৈনে; (ড্রামা অমসুং সিনেমাগুম্ব) কুন্মেশিংগীদমক্তা টিকেটশিং য়োনবগুম্না ভাষণশিংবু (বক্তৃতাশিংবু) টিকেট কক্নুনা য়োল্লি। মসিবু তৌবা মীশিংনা কৃষ্ণগী রাহৈশিংদা থাজবা অমত্তা লৈতে; মরমদি মখোয়না থাজবা লৈখিরম্নবদি, মখোয়না অসিগুম্বা ওন্ন তৈনবা মওঙশিংসিদা শাজৎ-মুংচৎ চৎলম্লোইদবনি। মসি লাল্লি হায়না মখোয়না ভাব তারম্নবদি, মখোযনা অদুম হায়না তৌবদা মথুম মরাং হৌরম্লোইদবনি। মখোয়না শ্লোক অদু শুপায়না তাকই অদুগা মখোয়না মখোয়গী মথৌ তৌরে হায়না

পূন্নীয়া কাওরম্মী ; মখোয়না পাউত্তাক অত্থগী মত্থংইন্না চৎপগী দরকার অত্থুবুদি মপূন্নীংদা কাওদে। মসিনি হৌজিকী তানফমশিংগী পুন্নীংগী ফীভমসি, মরম্মদি হৌজিক অসি তাংকী যুগনি। গীতা প্রচার মখল অসিবু মীৎয়েং তারিবা মীশিংনা অহানবদা প্রচারক্তা অত্থগা মতুংদা গীতা মশাবক্তা থাজবা মাঙলকই। মীয়ামদা খওহন্নবা তৌবা থক্তু কান্নদবা ঈরাঙ-তুন্নাঙদা অমসুং নাপলদা তুম-হুনা মাঙই।

গীতাগী পাউত্তাকশিং অত্থুনা গীতা-লাইরিক অত্থুনা ফংইবা সম্মাণ অত্থু ফংবা ঙমদে। মীওই লীশিং-লীশিংনা, মখোয়না ধর্ম্মগী ওইবা শেংনা লৈরবা লাইরিকশিং-গীতা, রামায়ণ, ভাগবত, মহাভারত, অসিনচিংবা,— উবা মতমদা, মকোকশিং নোল্লি, মখোয়বু মমীত্তা শোকহল্লি (মমীৎ শেংদোকপা ওইনা শোকহল্লি), মখোয়বু মখোয়গী মকোক মথক্তা থাঙত্থুনা থম্মী, মখোয়বু লাইশঙ মনুঙদা থওইনা শেম্বা ফিদা অমগী মথক্তা থম্মী অত্থগা ভক্তি লৈনা মখোয়গী মথক্তা লৈ খর থন্নগা, মমীৎ উইশিন্দুনা ফম্মী অত্থগা মখোয়গী মখজায়শিংদা পি-মরাক-মরীক-শীত্থরগা লাইরিকশিং অত্থগী মমাঙদা দণ্ডবৎ তৌত্থুনা খুরুমই অত্থগা মখোয় মশামক হায়নঙাই লৈতবমখৈ পেঙত্থুনা হৌগৎলকইনেসে! অচেৎপা ভক্তি পুন্নমক অত্থু চেগী মপৈ অত্থগীদমক্তনি, লাইরিকশিং অত্থুদা য়াওরিবশিং অত্থগীদমক্তা নত্তে, মখোয়না নৈনরিবা হীরমশিংগীদমক্তা নত্তে।

কোক্লা পুগদোরিবা অত্থুদি চেত্থুগী অরুপ্নগী পোৎলুম অত্থু নত্তে, মত্থুদা ইরিবা লাই-পাউ অত্থুতবুনি। লাইরিক অত্থুদা কান্নবা অত্থু থমগন্নু, বিষয় অত্থুতদা থম্মু ; লাইরিক-মপুম অত্থুদা ভক্তি তৌগন্নু, মত্থুদা শুগায়না তাক্লিবা মচাক অত্থুতদা ভক্তি তৌ। মত্থু পূজা-ফালদা থমগন্নু, থম্মোয়ন্নুংদত্তা থম্মু। মরম্মদি মত্থু অত্থুম হায়না ওইরবথক্তদা গীতাগী অচুম্বা শক্তি

অহুবু ফীভমচেংনা সম্মাণ তৌবা ওইগনি, মতম পূম্বদা। চীনক্ষা পুহুনা তম্বা, লাইশঙ-কা অমদা পূজা কংপা, কোক্তা থোঙ্গংপা, মীত্তা নানবা, অসি নচিংবা মপাম্বোংগী ভক্তি পুন্নমকসিনা, ঐনা-মহেল্লে-হায়বা-রাখল নত্রগা মতুগা মায়বা কত্তবশিংদগী পুক্লীংবু শেংদোকপা ওইরোই। লাই-পাউ মতু থম্মোয়মুত্তদা চঙহল্লু. মতু অভ্যাস তৌয়ো অতুগা মতুদগী লাকপা মুংঙাইবতু মহাও ভংও। মতুনা গীতাবু সম্মাণ তৌনবগী লম্বীনি।

খ্বাইদগী হাওবা মখেল হাপ্পা পুখম ( পাত্র ) অহুবু নহাক্লা নকোক্তা থোঙ্গংলগা নত্রগা মতু নমীত্তা নাল্লগা নত্রগা মতুগী মমাঙদা দণ্ডবৎ তৌরগা মতুনা নহাক্কী খোঁরাংবা অতু খক কোকপা ওল্লোই। গীতাসু অসিগা মায়ে। গীতা হায়বা লাইরিক অসি ভক্তি, জ্ঞান, বৈরাগ্যগী অথুম্বা ময়ান-মচলশিং মপুংফানা য়াওরবা পাত্র অমনি। মতু চাউ ; মতু থকউ। চখোম অমনা ওক্লে। মপুক লাম্বা মীনা অরোকপা মহৈ :-মরোং লোয়না চাথোকপগী মথৌ তাদে ; চাক খুবাম অমনা চপ চারে। ঈশিং খোঁরাংলবা মী অমনা গোডাবরী তুরেনবু কংনবা থকপগী দরকার তাদে ; ঈশিং গ্লাস অমনা ওক্লে।

ঈশ্বরবু খোঁরাংজবা মহাক অতুনা গীতা মপুং অতু চাসিনবগী দরকার ওইদে ; শ্লোক অম-ফাওবদং অভ্যাস তৌবনা খোঁরাংবতু কোকহনবা ঙম-গনি। মৈখেৎ উপু অমদা মৈখেৎ-মচৈ য়াম্না য়াওই ; নহাক্লা থাউমৈ অমা চুখৎপা পাম্লবদি, নহাক্লা মৈখেৎ-মরু অমখক্তং খেৎপা দরকারনি ; পীক্লবা মৈরী অতু নহাক্লা চাউরবা মৈবুল অমা ওইনবা চোকশিন্না অমসুং চনীং-ভানা কম্না হোংনবগা লোয়ননা শেমগৎপা ঙমই। মৈখেৎ উপু মপুমতুমা লোয়নমক খেৎলুবগী দরকার লৈতে। গীতাদা মচৈ (শ্লোক) ৭০০ য়াওই ; অমমম্না নহাক্লা জ্ঞানগী মৈরী চুখৎপা ঙম্বা মচৈনি। নগানা থবক ওইনা থগুবগী ( জ্ঞানগী ) মুঙদা মচৈ ( শ্লোক ) অমা খেৎলু, মতুনা ওক্লে।

গীতাবু আত্মা-মশক-খঙনবগীদমক্তা অস্নুম্না শীজন্নবা তাই ; মহুনি গীতাবু শীজন্নহনীংইবা অশেঙবা থবক্নী। লাম্না শীজন্নবা হায়বা অসি অচৌবা অরানবা অমনি ; মিংচৎ অমস্তুং লন-থুম ফংনবগীদমক্তা. উপাধিশিং ফংননবগী অমস্তুং মীয়াম মমাঙদা উৎননবগীদমক্তা মহুবু শীজন্নগে লাক্নবা পূম্বা অসি ইশাগীতা য়েংবা অচাউরম কার্নাংবগী লৈখোলশিং নত্তনা অতৈ নস্তে ; মখোয়দি অশেঙবা পোৎপু মাংথোকপগী থবকশিংনি। “গন্ধ” দি “গ্রন্থ” সিদগী চিংথোক্কদবনি ; মহুনি পণ্ডিত্য ওইবগী চাংয়েং অহু ; হুংশিবা মনম ( গন্ধ ) অহুদি লাইরিক ( গ্রন্থ ) অহুগী মচিহুনি। রাহৈ অমম্রোমদা, ‘মস্তক’পু ‘পুস্তক’ ওইনা, থোপ অহুবু লাইরিক অমা ওইনা ওস্থোকন্নু।

নূঙগী মন্নুঙদা ঈশ্ববু উও ; ঈশ্ববু নূঙ ওলহনগন্নু। মহু যাম্না পাম্নঙাই ওইবা উবগী শক্তিনি। নূঙ অহুবু, মহুনা লেপ্পমক ওইরিবা লাইশক অহুনা মন্নুঙদগী পান ফাওরক্তুনা শক্তম লাংলিবা লাই ওইনা শক্তম শাক্কনি। মসিগী উবগী শক্তি অসি ঈশ্ববনা লৈবাক অসিগী মীযামদা পীবিবিবা মমল য়াম্লবা থুদোনপোং অহুনি। সমুদ্র ঈপাক্কী ঈথকশিংগী মথক্তা মণিমুক্তাশিংনা কোয়তাও তাওদে, নঙনা মখোয়বু য়াম্না পামসন্না আশা তৌরবদি, ঈবোলন্নুংদা মথা-তোল্লেন্দা লৈবা মন্না-মনিল নাইদ্রবা লৈকুং-লৈখুলশিং তান্না লু-না লূপথহুনা মন্নুঙ-হুঞ্জিন্না থিউ। লমদম অসিগী মীয়ান্না চহি কযা চু:া মতৌ অসিদা ঈশ্বরবু থিরকই।

ধর্ম্মবু অভ্যাস তৌবনা হকচাঙহুননি, ঈশ্বরবু মশক খঙবনা হকচাঙহুগী থম্মোয়ননি , লমদম অসিগী মীশিংবু মাঙদা চঙশিনহন্নবা অহুগা মশামকপু কঞ্জহন্নবা তকসিল্লিবা অচুম্বা অহু মসিনি। মখোয়দি মপান্থোংগী অন্নং-অরাক্কী. মপান্তোংগী লৈথেং-লৈকোইগী, নত্রগা পোৎচাক্না পীবা হুংঙাইবগী মীনাই ওইদে। মখোয়না হুং-গী মীৎকী মতেংনা, সুক্ষম ওইবা আত্মাবু

থিজিল-হুমজিল্লি অমসুং বৈরাগ্যবু চাওখৎনবা হোৎনৈ। থুক-লাওবা মগুণ লৈবা মচৎ অসি চেনবা ভারতকী মীশিংসি ওসিদি, অতুমওইনমক, পোৎচাক্কী ওইবা চাওখৎপনা অমসুং মপান্থোংগী অকে- অমৌনা শুমথ্রেদো! মসিদি য়াম্না নিংদোল-পোমগদবা অরা-পোলোইনি।

পৈশা তানবগী পান্দমমতুগা লোয়ননা গীতাবু শন্দোক্লবা কোয়চৎ-চৎলিবা মখোয়শিংনা, মতুনা মরম ওইতুনা ঈশ্বরবু লাপ্না থম্মী। মখোয়না মখোয়গী লমচৎ-শাজৎ অতুগী মরমদা চুম্মি হায়বা মখল-মথাগী প্রমাণশিং পীবা য়াই, চিংননগাই ওইদে; অতুবু গীতাদা তশেংবা থাজবা থম্বা নত্রগা মতুগী পাউতাক্কী অশেঙবা থাগোল্লোই ওইবা কনা অমত্তনা মখোয়গী ব্যাখ্যাশিংবু য়াবা ঙম্লোই।

গীতা হায়বা অসি ধর্ম্মবু থোৌগৎনবগীদমক্তনি হায়নৈ, 'ধন'বু থোৌগৎনবা নত্তে; মতুনা অফববু (ধর্ম্মবু) পুথৎনবা থবক তৌই, পোচ্চৈ-মাল-চাং হেনগৎনবা তৌদে। কৃষ্ণগীদমক নত্রগা রামগীদমক শানবা লাইশঙ অমগী মিংদা পৈশা খোম্বা, নত্রগা গীতাগীদমক মন্দির অমা শাবগী মিংদা পৈশা খোম্বা হায়বা অসি ঈশ্বরদা থাজবা হন্থহনবগী অতোপ্পা উপাইশিংনি; মুং-শীলথুংলিবা অমসুং পান-সরাশল্লিবা তাইবং মপু মহাক্কীদমক য়ুম অমা শাবা হায়বা অসি নোক্লীংবা রাফমনি (চুমদবনি)। থম্মোয় হায়বসিনা কৃষ্ণবু নত্রগা গীতাবু থমগদবা মতিক-চপ-চাবা মন্দিরনি। অসুম লেঙদনা লৈহৌরগদবা তাইবং মপু, মাঙ-তাকহনবা ঙমদবা কোক্লেন-লাই অতুগী-দমক্তা, 'মতম'না শোয়দনা তাক-তুমহনখিগদবা খুৎশেমগী পোৎ অমবু শাগৎপা হায়বা অসি য়াম্না চুমখিদ্রে। অওইবমক, থাক অমা য়ৌদ্রিব-ফাওবদি, মখোয়শিংসি দরকার ওইরম্বা য়াই. অতুবু মতাং অতুদদি, হান্না লৈরম্বা থায়নগী অরিবা লাইশঙশিং অতু খ্বাইদগী নিংথিনা শীজন্নবনা হেন্না জ্ঞান লৈবা ওইগনি। অনৌবশিং শাগৎপা অতুগা অরিবশিংবু থুগাইতুনা

মা ওহনখিবা হায়বা অসি বণবী হাত্তোক্লগা মউন্নুদগী শারফপা খেত্তবী খোওউপশিং দান তৌবমুক পওলবনিদা ! মালেমগী য়াইফবা হায়বা অহু অরিবা লাইশওশিংবু মেরামত তৌত্না অনৌবগুম ওইহনবনা পুৎদপা ওমগনি অত্নুগা অনৌবা লাইশওশিং শাগৎপনদি ওইরোই । থাক্লগী মতমদদি লাইশওদা ঈশ্বর লেওশিনবগী থবক অসি শাস্ত্রনা তাকপা অহকপা থৌরমগী মভুং ইন্না তৌথি অমসুং অত্নুনা মরম ওইত্নুনা অরিবা লাইশওশিং অসিনা হেন্না শেংই । মখোয়দগী থকত্তোরকপা শক্তি অত্নুনা লমদম অসিদা মসিনা হৌজিক ফংহল্লিবা য়ামখিত্রবা নুংঙাই-য়াইফবা খুদিঙমক পীবিরি ।

মাওলমচংকী ঋষিশিংনা অমা-অনাশিং খাঙখি, মখোয় মশামকপু পানগী তাইবং অসিদগী শম্নদনা লৈহনখি অমসুং মীওইবগী অবান-খুভম অমসুং সমাজ থাক্লং-চিংখৎনবগী অথুম্বশিংবু থিজিন-হুমজিনবদা মখোয়গী হকচামবু শীদোকপা ফাওবা শীদোকখি । থবক ওইনা পাওথোকপা য়াবা অমসুং চন্নবা করি-কবিগুম্বা লমচং-শাজংকী পথাপলোনশিং অমসুং হিংবগী নিয়মশিং মথাং মথাং খুৎশিন্নবিরম্মী । মখোষশিংসি ফাওবা হৌজিকি য়াওইবিদ্রে নত্রগা লান্না লৌরে ; মমল য়াম্নবা নিয়মশিং অসি লূপখিনবা অনৌবা চৎন-পথাপ্লোনশিং অমসুং নিয়মশিং নজিল্লে ।

ইথক-থোংবশিং, গুরুশিং অমসুং পণ্ডিতশিংনা হুইয়া অনৌবা পানবা শাজং-মণ্ডশিং অসিবু য়ারবদা অমসুং ব্যবহার তৌববদা, ভারতনা মতৌ কবম্না ধর্ম্মক্ষেত্র, যোগক্ষেত্র অমসুং ত্যাগক্ষেত্র ওইত্নুনা লৈবা ওমগনি ? মহাক্কী মচাশিংবু কোন্ননা পীজবা ওম্না চাননমক অন্নপূর্ণা ওইবম্বা অত্নুগুম্বা লমদমত্নুনা করিগী ওসিদি চীপ্পাক্কীদদক তেংথারিবনো হায়বত্নু ফিদম লৈখা তাবা অসিনা শন্দোক্না তাকই । ধর্ম্মগা মরী লৈননা থেংনবা খোল্লাও— ' শিবোহম '' ঐ শিব-নি হায়বা বাহৈশিংসিনা চীঙগী ভম্পাক খুদিঙদগী, লোকু ং ( গুহা ) খুদিঙদগী, মন্দিব খুদিঙদগী অমসুং শেংলবা তোর্ব্বান

অমমমদগী খোম্বাং য়ৈরম্মী ; অহুবু হৌজিক্তি মহুগী খোল্লাও অহু 'শবোহম' 'শবোহম', ঐ শিরে শিরে হায়বসিনা ওইরে।

লৈবাক অসি মসিগী থাইনগী মুংঙাইবা অহু মাওপ্রে ; মসিদা লাওতরুবনা শৌহুনা লৈপ্রে ; মসি মশা মশাগী লন অমশুং শক্তি হেনগৎপা তান্নবগী মকোন ওইরে ; মসিনা করিশু লৈত্রবা অকে-অমৌ তান্নহুনা ( মন্নাং-কাইবা উৎপা-মউৎ তান্নহুনা ) লৈরে। মসিগী ইহুলশিং অসি থিংনবা, সাধনাগী মুংঙাইবা তশেংনমক থেংনরবা অহুগা মহুদা মুং-পান ফাওনা মায়পাক্লবা মীশিংনা আধ্যাত্মিক জ্ঞান শন্দোকপা হায়বা অসি য়াম্না তঙাইফদ্রবা ওইরক্লে। ঈচম-চম্বা লাইরিক হৈতবা মীদগীনা পরমহংস ফাওবদা লৈবা মী থুদিঙমক্লা মসিগী দরকার অসি খঙগদবনি। পুন্নমক্না গীতাদা থাজবা মউ লিংগদবনি। অহুগা মহুবু তাইবং মপুগী ( ভগবানগী ) তশেংবা রাহৈহুনি হায়না লৌগদবনি।

শোয়দ্রে হায়বা রা অহু ভগবান-না পীপ্রে - "যোগক্ষেমম্ বহাম্য-হম ....." "নহাক্কী মুংঙাই-য়াইফবগী পোৎলুম ঐনা পুগনি, হন্দক্কী মপোক্তা অমসুং মতুঙগী মপোক্তা।" ইবুংঙো মহাক্না মসিগী থবক অসি মরম্নাই ওইনা তৌগে হায়না য়াঞ্রবনি অহুবু মসিদগী মীওইবশিং অমসুং সাধকশিংনা কাম্নবা ফংনবগীদমক্তা, ঈশ্বরনা য়াথং তাওথবা মতুং ইন্না মখোয়না হিংবা তাই, ইরমশিবা রাহৈ পরেংশিং অহুদা ইনবা তাই। মখোয়না অহুক হায়্না মখোয়দা মতেং ওইদ্রে হায়না পুক্নীংদা ফাওরবা মতমদা, মখোয়না মখোয় মশা মশাগী পুন্সীশিংবু পরিক্ষা তৌবখক্তি তৌবা তাই অহুগা পুন্সীগী চৎকদবা নিয়মগী মরমদা ঈশ্বরগী ময়াথংশিংবু ফদাই-ফাওবা মখোয়না ঙাকথ্রবগে হায়বহু থিরগা পুথোকপা তাই। মখোয়না মসিবু পরিক্ষা লৌবা তৌদে। মখোয়না মাঙলমচৎ অমসুং তুংলমচৎকী মরমদা খন্দে ; হৌজিক-হৌজিক্কী রারিবহুগী মরমহুগীখক্তা মহু মমাংদা

চেকশিনহৌদবনা অমসুং তুংগী খণ্ডদবনা থোকহনবনি হায়বহৃ খণ্ডদহুনা, মখোয়না অরা-মুংশি য়ান্নবা তেংখা নাওই। মসিনা মখোয়গী অরা-অনাগী থোক্কফমহুনি।

শোয়ত্রে হায়বা রা অসি মুন্না রাখল তৌনা তৌনা, "অনন্যাশ্চিন্তয়ন্তো মাং যে জনাঃ পর্যুপাসতে" হায়বা শ্লোক অহুমক্তো য়াওব্রবা মমাওদা পনব্রবা ফীভম অহু নীংশিংহুনা লৈবা তাই। "যোগক্ষেমং বহাম্যহম" হায়বসিনা ফীভম অসিগী লূহুপ্নি, অবোইবা মহৈ হুনি। শোয়ত্রে হায়বা রা অহুনা কোক্নি; অহুবু কোক অমতনা হকচাং কায়াংশিং যাওদনা থৌ-পাওবা ওমদে। ওকশম অমসুং লেংজুম অহুগা হকচাওগী অতৈ অতৈ শরুকশিংদগী তোওান্না কোকখক্তদা চেৎনা পাজবা হাযবসিদি, য়োৎকী উপু অহু হুবানব্রবা তুংদা মথুক্তা লৈবিবা ছোইজ অহুবু থাজকবগুম্বনি। শেলগী উপু অহু শগুল তৌব্রবা তুংদা, ছোজৈগী কান্নবা করিনো?

শোয়ত্রে হায়বা রাকম অহু ওইহন্নবগী ফীভমশিংদি মখোয়শিংসিনি—'অনন্যচিন্তা' অমসুং 'উপাসনা', অতোপ্পা রাখল কবি অমত্তনা পলহন্দনা ঈশ্বরদা হীবী কোনবা অমসুং ফীভম-চেংপা ঈড়াৎ-পূজা। রাখল চোইদবা লাইনীং য়াওদ্রবদি, সর্ত য়াওদনা কথোকপগা লোয়নননা ঈড়াৎ-পূজা কৎত্রবদা, ইবুংঙো মহাক্না পোৎলুম পুবিত্রে হায়না পাওহোস্বগী করিদি চুম্লীংঙাই লৈবগে?

নহাক্না অতোপ্পশিংগী মকমদা নশা কথোকই; নহাক্না অতোপ্পশিংহুবু থাগৎনি অমসুং থম্লায়-য়াওনা ল্লাংনা থাজৎলি; নহাক্না অতোপ্পা রাখলশিংদা লূপ্তুনা লৈ। অহু ওইরবদি মতৌ করম্না ইবুংঙো মহাক্না পোৎলুম অহু পুবগী থবক অহু লৌবা ওমগদৌব্বিবা? মহাক্না অতোপ্পশিংবু সেবা তৌই; অহুগা ঈশ্বরদা মনাঃপীদমক্তা (-রামলগীদমক্তা) কন্না

ভকসল্লিয়ে । মসিনা মতৌ কয়ম্না 'অনন্য চিন্তা.' মচোই-মচোই তাদনা ভক্তি ওইবা ভমগদৌরিবনো ? মী অমনা নিংথৌগী মীনাই ওইরবদি, মহাক্না মহাকপু ( নিংথৌবু ) থরায়-যাওনা সেবা তৌগদবনি ; ঈচম-চম্না সেবানা নিংথৌবু তৌবগা অদুগা মুংশিবনা মাগী ইমুঙগী অঙাং-মুবীশিংবু মুংশিববদি, মদু নীংহন্দবা বাজ-ভক্তিনি হাযনা হাযবা য়ারোই । নহাক্না মুংশিরিবা মহাক অদু সেবা তৌ, নহাক্না সেবা তৌরিবা মহাক অদু মুংশিবু । মদুনি 'শরণাগতি', মশা কথে কপগী অথুপ্পা রাবম হায়বা অদু । ব্যাসনা কজববা লৈ-পানে অনা লেংলম্মা, মসিগী শ্লোক অসিনা লৈ পরেং অদুগী মধ্যমণিনি । মদুনা মুক্তাগী লীক্লা -পবেংগী ময়াযদা য়াওরিবা মণি-মতুম-রত্ননি ।

ভগবান ইপুংঙোনা শীজন্নরিবা "যোগ" অমমুং "ক্ষেম" হায়বা রাৈশিং অদুনা মঙাং অসিদা অশুন্ন অর্থ তাকই— "যোগ" হায়বনা কবিগুম্বা পায়ভাই ওহবা পোং ফংববু ; অদুগা "ক্ষেম" হায়বনা অম্মুম্না ফংওরিবা অদুবু মাঙগদৌবদগী ঙাক-শেনবা মতৌবু । নওনা মদুবু মাঙগদৌবদগী ঙাক-শেন্দুনা থম্বা ঙমহনগদবা নিয়ম অদুদি অসিনি : 'অনন্যচিন্তা', অতৈ অতে খ.ত্তাক্লগা মপুংফানা ঈশ্বরতবু ধ্যান তৌদুনা নীংবনি । মদুনা পূর্ণাং অদু শংদোকনি , মদুনা নহাকপু ভক্ত অমা ওইহনগনি । ভক্ত হাযব মহুদি মখোয়শিং অসিনা খঙনগনি ; মহাক্না ঈশ্বরগী মবমদা বারী শাই ; মহাক্না ঈশ্বরগী মবমদা ঈশৈ শকই । মহাক্না ঈশ্বরথক্তবু উই , মহাক্না ঈশ্বরগা লোয়ননা থবক তৌই অমসুং অশংবা মতম লেপ্লি ।

অসিগুম্বা মীশিং অসিদি 'যজ্ঞ' নত্রগ 'যাগ' পাঙথোকপগী দরকার লৈত্রে , মখোয়দি দান তৌবগী পুণ্য-চেনবা থবকশিং তৌদুনা মখোয়-মশা মশামকপু থবক চিনহনবগী দরকার ওইদ্রে ; মখোয়না তীর্থ অমদগী

অমদা চৎপগী দরকার লৈত্রে। পোৎশিং অসি মখোয়না ফংত্রগা করিগী মখোয়না য়াগদৌরিবনো নত্রগা মখোয়শিং অসিবু ফংনবগীদমক তাঙ্গা নত্রগা দরকার ওইবা শেল অদু ঈশ্বরনা মখোয়দা পীবিখিদে হায়দুনা করিগী মখোয়না পাওহোমগদৌরিবনো ? মখোয়শিং অসিবু ফংনবা মহাক্লা কন্না তকসন্দুনা তান্দে নত্রগা মখোয়শিং অসিগীদমক্তা মহাক্লা য়াম্না পাম্না হায়জ-নিজবম্ তৌদে। সাধনানা শেংহল্লবা পুক্লীংদা ঈহৌরকপা রাখল মখৈ কখোক্লো ; ইবুংঙো মহাক্লা পূন্নমক হরাউ-হরাউনা লৌই। নশানা নশাবু "অকবা" হায়না খণ্ডনরিবা থবকশিংদা শীজন্নখিবা য়াই অদুবু পুক্লীং অদুনা শেংত্রবদি, হাপ্লবা পাত্র অদুবু ঈশ্বরগী রাখলনা রং ওইনা থাত্রবদি, মখোয় লোয়না হু ওন্দুনা শেংহন্দে। ইবুংঙো মহাক্তি রা-পেৎকনলি মদুদি হাপ্লবা পাত্র অদু লুহনগদবনি।

শেংলবা পুক্লীং অমগা লোয়ননা কুচেলানা ভগবান-দা কৎখিবা চগং খুয়া অমনা ইবুংঙো মহাকপু মতৌ করম্না পেলহনখিবগে হায়বদু খঙজিল্লু। মহাকাব্যশিং ( মহাভারত ) অমসুং পুরাণশিংগী মনুঙদা বিদুর অমসুং দ্রৌপদীনা থেংনখিবশিং অদু পুক্লীংনা ব্যাখ্যা তৌ। মখোয়না ঈশ্বরদা করি কৎলি ? মহী তরাঙ-তরাঙবা ক্ষির ( ক্যান ) কপ অমা বিদুরনা কৎলি ; দ্রৌপদীদি উনা মচেৎ অপীকপা অমখক্তং কৎনবা লৈরম্মী। মদু মপাম্থোংদা য়েংবদা, মখোয় অদু মমল য়াওদে, মমল ওইনা পৈশা-মখায় অমফাওবগা চিংনা মমল য়াওদে। অদুবু ভগবান-না কয়া য়াম্না খুৎলং হল্লকপা হায়বদু খম্থোদো ! ইবুংঙো মহাক্লা পোৎশিংগী মতিক মপা চাবা মমলদুবু চাং তমদে, থবক অদুবু তৌনীংহল্লিবা পুক্লীং-ঈহৌদুবু চাংদম্মী। মরমদুনা পুক্লীং অদু ইবুংঙো মহাক্তী য়াইফ-থৌজাল ফংনবা শেংহল্লু।

## তাঙ্কক ২০

মানস-সরোবর, পৃথিবীগী ঈমুং-ফাওনা উবা ঈপাক্তা শাংলিবা অমোং-অকাই পক্তবা হৃদয়-পুষ্প ( থম্মোয়-থম্বাল ) অমুতংদি ঈশ্বরদা কংপা মতিক-মপা চাই হায়বসি গীতানা লাওরি। কৃষ্ণনা অর্জ্জুনগী মফমদা "ঐগী মুংশিরবা ইনেগী মচা, নহাক্না পৃথিবীং থিংজন্না তৌরিবা থবক-ইনথাঙ হেক মখৈ, নহাক্না পীরিবা দান হেক মখৈ, নহাক্না চারিবা চীঙ্গাক হেক মখৈ, মদু ঐঙোন্দা কথোক্লবা খূৎকৎ অমা ওইনা তৌ ; ঈশ্বরদা ইকাই-খুম্মনা কংপা পোৎ অমা ওইনা পোৎ খুদিঙমক কথোকপগী পূকচেলদা কংলু, মরমদি অসিগুম্বা থবকশিংথক্তনা ঐঙোন্দা য়োই। ঐদি করিগুম্বা শক্তাইবা মিং অমথক্তগীদমক থোইদোক হেন্দোকপা অপাম্বা লৈতে। ঐঙোন্দদি মরূপ নত্রগা য়েক্লবা হায়বা লৈতে। ঐহাক্তী তৌশন্নদবা সাক্ষীনি। ঐদি ঐবু সেবা তৌরিবা অতুগা সেবা অতুদগী মুংঙাইবা ফংইবা মথোয়-তুগা লোয়ননা লৈ" হায়না করিগী হায়থ্রিবনো হায়বতুগী মরমদু অতুনি।

মসিনা অর্জুনগী পৃথীংদা চিংনবা থর পোকহনখি। মহাক্না হংজরম্মী, "কৃষ্ণ! নহাক্না করিগুম্বা অমত্তা তোখায়-তোখায়না থন্দোক্তুনা খেন্নবা থম্বগী থবক ভৌদে, নহাক্তীদি মরূপ নত্রগা য়েক্লবা মী হায়বা অমত্তা লৈতে হায়না তাকপীরি ; অদু ওইরবদি, থর অমনা মুংঙাইরিবা অতুগা থর অমনা মুংঙাই-ত্রিবা, থর অমনা হকচাঙ অমসুং পৃথীং মনুঙ-শেংনা কন্না লৈরিবা, থর অমনা শোম্না অমসুং শিরুম নারুম্না লৈরিবা ; থর অমনা লাইরবা ওইরিবা অতুগা থরনা ঈনাকখুনবা ওইরিবা অসি মতৌ করম্না থোকইবনো ? পূম্নমক অসিগী মতুংদা ফোংদবা ওইনা লৈরিবা মরম অদু

করিনো? ইবুংঙো নহাক্না অসিগুম্বা মথলগী খেন্নবশিং পুন্নমক্কী থক্তা লৈবিরগা, করিগীদমক পুন্নমকপু ইবুংঙো নহাক্না পুম্মান মান্নবা ফীভমদা থম্বা ঙমবি দ্রিবনো? মখোয়না ওইরি-ওইন্নিবা অওইঅওবশিংছু য়েংলগা, ইবুংঙো নহাক্না পুন্নমকপু মীচং-মীখায় করিগুম্বা অমত্তা লৈতনা য়েংই হায়বা অসি থাজবদা লুনা থোকই।"

অর্জ্জুনবু লাঙতক্নহল্লিবা "চিংনবা" অসিবু কৃষ্ণনা নোক্নরম্মী। "ঐদি অচুম-অচুম্বতবু ঙাঙথোকপনি। নহাক্কী য়ানীংবা নত্রগা য়ানীংদবা য়েং-যেংতুনা ঐদি শেম শাতুনা ঙাঙদে; নহাক্না য়ারগা ঐহাক হন্নাও-মখোই কাগদবা নত্তে; নত্রগা নহাক্না য়াখিদ্রগনা নীংবা কায়গদবা নত্তে। ফীভম পুন্নমক্তা ঐদি হামু-হামুনি। অতুবু পুন্নমকসিদি ঐঙোন্দা পুম্মান·মান্নবা ওইদে। নহাক্না উরে মতুদি নিংথমশথাশিংদা খুঙ্গাশিংনা অহিংদা মৈগী অকোয়বদা ফমই (মৈ-তিকই); তৌইগুম্বসুং মৈনাক্তা ফল্লিবা মখোয়-শিংহুখক্তনা (মৈশা অতুনা শাগৎহন্দুনা) মতু—মমান খিণ্ডই। লাপ্পা নিঙগাং-ফল্লিবা মখোয়শিং অতুদি অমম্বদা য়ানা খাঙবস্তু তাই। মীয়াম্না মৈশাদগী লাপ্পা লৈরবদি অতুগা মখোয়না মৈশা অতু ফংদে অমসুং মখোয় মম্না লেনবা তারে হায়না য়াকৎলবদি, নঙনা মতু মৈগী মীচং·মীখায় নাইবনি হায়না থঙজিনবা ঙমগত্রা? মৈনা তোঙান-তোঙানবা মীশিংবু তোঙান-তোঙান্না লৌই হায়বা অসিদগী মরম পীতুনা মরৈ য়েংপা হায়বা অসি অর্থ-য়াওদবনি।

"লাইগী ওইবা মীৎয়েং হায়বতুগী মিংথিবা অরাবা মত্তৌতুদি মসিগা মরী লৈনৈ নঙনা মতুবু ফংগে ঙাল্লবদি, মতুগী মনাক নক্না নহাক্না চঙশিনবা তাই অতুগা মনাক্তুদা লেঙজনা লৈবা তাই। মী খুদিঙমক্কী অমুম্না তৌনবগী অতুগা মৈ অতু ঙালহন্নবা অমসুং হেন্নতুম লুম-হন্নবা

শীঙ-য়াত্তনা হুন্নবগী চপ-মান্নবা অধিকার লৈ। মৈদি অচান-অরায় নাইদে-ময়ুদগী বৈশ। কংবগী থবক অমসুং অহুবু হেন্না হেন্না মৈচাক ফগৎহন্নবগী থবক্তুদি মায়দক্না মতৌশিং লৈ। ঐদি অরাবা মৈহুনি; ঐদি অচান-অরায় শুকলৈ লৈতে। ঐবু মশানা শাথেংনজনবা অমসুং ঐঙোন্দগী মতম পুম্নগী ওইনা মুংঙাইবা অযৌবী (আনন্দ) ফংজনবা পুম্নমক্কী মান্নবা তাঙ্গা, খুদোংচান্না অমসুং অধিকার লৈ। খেন্নবশিং অমসুং মান্নদবশিং-সিদি সাধকশিংগী অশোয়বশিংতুগী ফল অমা ওইনা থোরকপনি। মখোয়শিং অহুদি ঐঙোন্দা চেনবা দোষশিং নত্তে।”

কৃষ্ণগী মুংশিহৈবা রাহৈশিং অহু নহাক খঙঙ্গবরা? ইবুংঙো মহাক্কী য়াইফ থৌজাল হৈথবা অহুবো? ইবুংঙো মহাক্কী রাহৈশিং অহু কয়াদা চুমগ্রবনো! তশেংবমক্তি, মীশিংনা মখোয় মখোয়দা লৈরিবা মরালশিং অহুদি খঙদে; অতোপ্পশিংদা লৈরিবা মরালশিং অহুদি মখোয়না থি। ঈশ্বরগী মরালশিং লৈরবদি, তাইবংপানবা অসি করম্না লৈবা নত্রগা পানবা ঙমগনি? ঈশ্বরনা পুম্নমকপু মান্ননা উই; ইবুংঙো মহাক্কী থম্মোয়না পুম্নমকপু মুংশিনা কোনসল্লি; করিগী তাইবংপানবা অসিনা য়ামদ্রবদা শান্তি অমসুং চাওখৎপা খজিক্তুংসি ফংজরিবনো হায়বগী এরমহু মহুনি। অনাবা মীহুবু খেমজন্নবগীথক্তা ডাক্তরনা অনাবা মীহু লাইহৌ লৈত্রে হায়না লাউথোকপা য়াই; অহুবু ঠার্মোমিটর অহুনদি মীনম্বা ঙাঙবা ঙয়োই। মুং-গী পুক্নীংহু ঈশ্বরনা খঙক্ট অমসুং মতুগী মতুং-ইন্না থরক তৌরকই, মপাম্মোংগী শকফম অহুদা তৌরক্তে; ইবুংঙো মহাক্না কৈদৌমুং-দা লান্না চংপা ঙমদে, নত্রগা ইবুংঙো মহাকপু মীনম্বসু ঙমদে। তাইবংপানবা অসিনা মপাম্মোংগী শকফম অহুতবু খন্নে; মসিবু মতুতনা লমজিংই। তুরেন্দা কুম্নগা চংলু; অহু তৌরবতদা নহাক্না ঈশিংহুগী অরুবা খঙবা ঙমগনি। চাউ, নহাক্না মহাওহু খঙনীংলগনা। মীশিংনা ঈশিংদা চবুক-

চবুক চত্তনা নত্রগা পোৎকী মহাও তংদনা ( ঈশিংগী ) অরুবা নত্রগা ( পোৎকী ) মহাওঙুগী মরমদা মতশিং পীবা মতমদা, মখোয়না কোঙদোক্লি-বশিং অহুবু মতৌ কয়ম্না অচুম্বনি হায়না লৌবা ওমগদৌরিবনো ? ভগবান মহাক মশামক্লা মীচং-মীথায় নাইনা চৎপা ওইরম্লবদি, মতৌ করম্না ইবুংঙো মহাক্লা বৃন্দাবণগী গোপীশিংদা 'সাযুজ্য'গী আনন্দ অহু পীবিরমগদগে ? শবরীনা মচেৎ খর চারগা মহাও তংগ্রবা উহৈশিংবু ইবুংঙো মহাক্লা হায়মগদ্রা ? জনকনা ব্রহ্মজ্ঞানী অমা ওইবা ঙমমগদ্রা ? নন্দ-নারীনা ঈশ্বরগী পাক-চাউরবা মীৎয়েং অহু ফংবা ঙমলমগদ্রা ? প্রহ্লাদ অমসুং বিভীষণনা ভগবানদা চঙজবা ঙমমগদ্রা ? হনুমানবু রামগী পাখোল্লোয় ওইনা লৌবিরমগদ্রা ? বাল্মীকিনা রামায়ণ হাযবা মহাকাব্য অহু ইবা ঙম্মগদ্রা ? মখোয়শিং অসিনা ঈশ্বরগী লৈচন্দা অচান-অরায় নাইবা মতৌ অমতবু কোঙদোকইব্রা ? নত্রগা ইবুংঙো মহাক্কী অসিগুম্বা মগুণশিংসি লৈতে হায়না মখোয়হনা প্রমাণ তৌব্রা ? মখোয়শিং অসি তাইবং মপুগী প্রেম, ইবুংঙো মহাক্কী পুম্নমক্তা লৈবা চপ-মান্নবা থৌজাল অহুগী খুদমশিংনি।

"মন্মনা ভব মদ্‌ভক্তো, মদ্‌যাজী, মমা নমস্কুরু"—ভগবানগী য়াথং অসিনা মসিমক অর্থ তাকই : মহাক্কী মপুক্নীং ঐঙোন্দা লেঙদনা থম্মু, ঐঙোন্দা অওইবা ওইনা থবায়-লুপ্প, মহাক্কী রাখলশিং, রাহৈশিং অমসুং থবকশিং পুম্নমক কখোক্লগা ঐগী মাঙদা দণ্ডবৎ তৌ, ঐবু চেংনা মুংশিয়ু—ইবুংঙো মহাক্লা য়াথং পীগ্রে। য়াইফবা ইবুংঙো মহাক্লা মঙোন্দা খ্বাইদগী হেন্না পান্না চেলহন্নীংবদি 'অশেঙবা পুক্নীং' হায়বা অমগা অমসুং 'মক্তবা মুংশিবা' হায়বহুগনি হায়না ইবুংঙো মহাক্লা অহুন্না থিন্দুনা তাকখ্রে।"

মানব-তত্ত্বদা ( মীওইবগী মতৌদা ) লুপ্তুনা লৈরগা মহাক্লা মাধব-তত্ত্ব ( মাধবকী মতৌ ) অহু ফংঙম্লোই। মাধব-তত্ত্ব ( মাধব-জীভম ) ফংন্নবা

নহাক মাধব-তত্ত্ব য়োরকপা তাই। অমন্থবু থিরগনা, নহাক অমন্থতবু কংগনি ; অজ্ঞানবু থিরগনা, নহাক মঙাল ফংগনি ( মঙালবু উগে হোৎনরগনা, নওোম্মা মঙাল কংগনি )। বুদ্ধিবু খঙগে হোৎনরগনা নহাক বুদ্ধি লৈবা ওইগদবনি। মীওইবগী পোৎলমশিংগী মরমদা নহাক্না থরায়-য়াওনা লম্ভনা মায়পুনরগা, লাইগী মতিক-ময়াই করম্না মশক খঙবা ঙমগনি ? লাইগী মতিক-ময়াই চেন-নবা নহাক লাইবু মীংচুনা লৈগনি, লাইগী মওঙদা থবক তৌগনি, লাইগুম্না মীচং চংকনি। লৈইরিবা কীভম, অকোয়বদা লৈরিবশিং অমসুং পূক্নীংদা পোক্লকইবশিং– পুম্নমকসি পাম্দম অমত্তুনীদমক্তা মরী-মতাং ইশম-শম্নহনগদবনি। মতুতদা মুক্ষম ওইবা অচুম্বচু লাকশিনবা ঙমগনি।

অচুম্বা অসিগী মুক্ষমদনি কৃষ্ণনা অসুম্না মথা চথনা হায়খিবসি— "অর্জুন ! মীওইবশিংদগী মখোয়না অমুক মথক থোংপ্রবা খোইমুম-লাই শিংমক্তগী ফাওবা জ্ঞানীশিংনা মথক খোংই ; অদুবু জ্ঞানীশিং অসিনসু ঈশ্বরগী মপুংফাবা তাৎপর্য ( তশেংবা মতৌ ) অদু লাম্বা ফংদে। মদু ওইরবদি, মতৌ করম্না নহাকুম্বা চুম্নগী ঈচম-চম্বা মীশিংনদি মদুবু খঙ্ঙ্-লাকউবা ঙম্ গনি ?" মচেক্না য়ৈবা রাঙাঙ ( ইকাইবা পীবা রাঙাঙ ) অসিদা, অর্জুন ইকাইবনা মরু-লুকথরম্মী। মহাক্না হায়রম্মী, "হোই, ঐ য়াজরে, কৃষ্ণ, নহাক অসি কনাগুম্বা অমনা খঙবা ঙম্বগী রাংমদা লৈ, মহাক ফনা বুদ্ধি-লৈবা ওইজরকাওবদসু। নহাক্কী ঙমখৈ-নাইদবা মরোং-মরোং লোঙবা হায়বত্তুগী মশক ওইরে, ঐ ভাব তাজরে। ইবুংঙো নহাক্কী ভেংবানবা-মপুং-পূমওই-ওইবনি ( অসুপ্পনি ), ঐ খঙলে।

"নহাক্না জগৎ অপুম্বসি শেমই হায়বসে অত্তুগা নহাক্না মত্তুবু য়োক্নি অমসুং মরোলশিং অসিনা মথং মথং ওইরকপা অত্তুগা পুল্লপ-তাসিন-

য়েচছন্নবা থবক অনীমক্তা মীৎয়েং চঙলি হায়বসে, নহাক্না 'সৃষ্টি', 'স্থিতি', অমসুং 'লয়' গী মপুনি হায়বসে ঐহাক্না থাজে। মসি নহাক নশামক্ত ইকমদা হায়বিগ্রে। মসিগীদমক্তা ঐহাক্না মতম পুম্বদা থাগচ্চরি অমসুং ঐবু মতিক চারবনি হায়না লৌবিখিবসিদা ঐহাক মুংঙাইজে।

"অহুবু মতৌ করম্না, করম করম্বা মওঙশিংদা, ইবুংঙো নহাক্না শেমবীহুনা ওইহনবিরক্লিবা জগৎ অসিদা ইবুংঙোনা শীন-থুংনা মহুও লুপ্তুনা লৈবিরিবা? ঐনা মহু ইবুংঙোদগী তাজবা অহুগা ঐ ইশামকসি হেন্না মতিক-চানা হিংজবা য়াম্না পামজে," অর্জ্জুন না হায়রম্মী। "অহুগা লৈরিবা অথল-মথাগী মওঙশিং অসিগী মহুওদা কবম্বদা ঐনা হীরী কোঞ্জগদগে? ঐঙোন্দা তাকপীয়ু, মওঙ অহুদা ঐনা হীবী কোঞ্জবা ঙম্নবা অহুগা ইশা-মকপু কঞ্জহৌবা ঙম্নবা," মহাক্না থরায় য়াওনা হায়জরম্মী।

"করিশু-লৈতবা ব্রাহং মচা অমা মহুবো!" কৃষ্ণনা মোমোন নোকপা মনোক অমগা লোয়ননা হায়রম্মী। "মতা চারবদি, নহাক্না পাউখুম অহু ঈরায়-লায়না খঙবা ঙমগনি হায়না নহাক্না নপূক্লীংদা ফাওরম্বা য়াই, পাউখুম অহু পীরবদি! চুম্মী। ব্রাহং অহু হংলবনিনা, য়ামদি য়ামদনা থজিক্তুং ঐনা কাওথোক্লগে অহুগা পাউখুম অহু পীরগে। চ্যেকশিন্না মুন্না তাশিল্লু। থরায়-পানবা অমমম খুদিঙগী থম্মোয়-থম্বাল-লকান্নুংদা লৈরিবা মুং-গী আত্মা অহু ঐনি। মরম অহুনা, নহাক্না থাজরবদি অহুগা নহাকী পুন্সী অহু, থরায়-পানবা খুদিঙদা মহুওদ-মহুও-ওইনা-লৈবা আত্মা অহু ঐগী পরমাত্মনি হায়না থাজবহুগী য়ুম্ফমদা পথাপ নাইনা চৎহন্লবদি, মহুনা নহাক্কীমমক চপ-চানা ওক্লবা ধ্যাননি। মসিগী থাজবা অসি শোন্থদ্রবরা নত্রগা থুগায়দ্রবরা হায়বহু য়েংউ; মহুদা লেঙদনা পুক্নীং থিংজিল্লু, মহুগী থাজবা অহু অভ্যাস তৌ, মহু নহাকী থবকশিংদা, ব্রাহৈ-

শিংদা অমসুং রাখলশিংদা শীজন্নৌ। অতুদগীদি অমতা-ওইবা-মতৌগী, নহাক্না ঐহাক ওইবগী অমসুং ঐনা নহাক ওইবগী থবক ওইনা খঙঙকপা (আত্মা-অনুভূতি) অদু ফংবা ঙমগনি।

"মরুওইবা পোৎচং মঙা (পঞ্চভূত),— লৈবাক, ঈশিং, মৈ, নুংশিৎ অমসুং অতিয়াসু ঐগী মওঙশিংনি। নুমিৎ, থা অমসুং থরাম্মীচাকশিংদা লৈরিবা থবক্কী মওন অদু ঐনি। মহাপ্রলয়না লাকপা মতমদা, মাঙ-তাকহনবগী শক্তি অদু ঐহাক্কি অদুগা অমুক হন্না শেমগৎ-শাগৎনবা শক্তি অদুসু ঐহাক্কি। য়াওয়া পীকথ্রবশিংদগী য়াম্না চাউথ্রবশিং ফাওবদা লৈরিবা পোৎ খুদিঙমক ঐহাক্কি; হৌথ্রবা মতম, হৌজিক অমসুং লাক্কদবা মতম ঐহাক্কি। লোক (মবোল) অহুম অদুগা মী অমসুং প্রকৃতিবু মওঙ তাহল্লিবা গুণ অহুমদু ঐনি। ঐ নত্তবা পোৎ অমত্তা লৈতে; ঐগী মিং নত্তবা অমত্তা লৈতে। করিগুম্বা হকচাঙগী শরূক (মফম) অমদগী লৌথোরকপা ঈ-গা অতোপ্পা মফম অমদগী লৌথোরকপদুগা অক্কাগী অক্কা ওই; তো অদুম হায়না, ঈশ্বরগী মতৌ অদু মফম খুদিঙমক্তা অক্কাগী অক্কানি।

অর্জুন-না মহাক্কী খুবাক অনা লোম্নরম্মী অদুগা থাঙ্গৎলবা মথুৎ-শিংগা লোয়ননা মহাক্না হংজরম্মী, "কৃষ্ণ! অপুনবা থুংশেম অসি নহাক্কী নওঙনি, মদু নত্রনে? জ্ঞান লন-থুম, তৌওম্বা শক্তি, পাঙ্গল, ফুদোকইবা মওন অমসুং চীংলেম্বা অরাবা মতৌ-পুন্নমক অসি ইবুংঙো নহাক্কী নতিক-মগুণশিংবু থাবা ঙাক্তনি, মখোয়দু নত্রনে? করে, নহাকপু থুংশেম-নুংশেম লোয়নমকসি ওইনা, থুংশেম-নুংশেম মশামকসিগী মওঙ অদুগী বিশ্বরূপ ওইনা খঙজনাংইবা, ঐগী পূন্সীগী অপাম্বা অসিবু থুংজনবা মীওইবনা ফংঙমদরা ধর্ম্মগা মরী লৈনবা তাঙ্গা অদু ইবুংঙো নহাক্না পীনবিররোইদ্রা? ঐহাক্না নফমদা কন্না হঙ্জচবি। নখূররাখাদা নিজবি।"

মাগী থম্মোয়গী মৈচাক অহু খঙলহুমা কৃষ্ণনা পাউথুম পীরম্মী, "অর্জুন। ঐনা নহাকপু শোয়দনমক নীংবা থুংহনগনি। ভৌইভমক্সুং নহাকী তাইবংগী মীৎশিং অতুনদি অতুগুম্বা ভাম্বোইনা চীংলেম্বা শকফম অহু উবা ঙম্মোই। প্রকৃতি অসিখক্তবু উবা অমস্তুং খঙবা ঙম্বা অকক্লবা মীৎয়েং পাঙল অতুনদি বিশ্বরূপ অহু উবা ঙম্মোই। মমম অহুনা ঐনা নঙোন্দা মহৌশা লাইয়েম্বীনা পীবিবসিদগী শক্তি হেনবা মীৎ অহু পীগনি। হৌজিক য়েংঙোদো।" ইবুংঙো মহাক্না হায়রম্মী অহুগা ইবুংঙো মশামক অসি থুংশেম-মুংশেম পুম্বগী অপূনবা শক্তম ওইনা অমস্তুং মহুদগী হেন্দোক্লা মহাকী মমাঙদা তশেংনা উৎপীরম্মী। কয়াদা মতিক চাউথ্রবা কৃপানো! কয়াদা লম য়োথ্রবা থৌওঙনো!

মতাং অসিরাইদা, খঙগে তাল্লিবশিংনা খঙজিনগদবা কুপমনবদগী খঙবদা লুমবা হীরম অমা লৈরি। পণ্ডিতশিং, ঋষিশিং অমস্তুং অসিগুম্বা হীরমশিং অসিগী মরমদা রা ভাঙবগী হক লৈরবা অতৈ অতৈ অতোপ্পা ময়ামশিংদনস্তু নত্তনা বেদশিং, সাস্ত্রশিং অমস্তুং পুরাণশিংনা ঈশ্বরবু সর্ব্বব্যাপী অমস্তুং সর্ব-ভূতান্তরাত্মানি, হায়বদি, মফম খুদিঙদা লৈবা অমস্তুং থরায়-পানবা খুদিঙমক্তা লৈবা মুং-গী তশেংবা অওইবা মশক অহুনি হায়না মশক তাক্লি। মসিনা মুক্ষম ওইরগা, মী খরনা মরৈ য়েংলি, "ইবুংঙো মহাক্না অস্তুমা মফম খুদিঙদা অমস্তুং খুদিঙমকী মনুঙদা লৈবিরবদি, ইবুংঙো মহাকপু মীপুম খুদিঙনা করিগীদমক্তা উত্রিবনো?" অতুগুম্বা রাহংশিং অহুগীদমক্তা পাউথুম অহুদি অসিনি পোচাক মঙানা পুক্লগা শাবা তাইবংগী মীৎ অহুনা মঙাহুগী রাংমদা কয়মা উবা ঙমগনি?

মঙাল কুদোক্লবা পোৎ অমবু করিগুম্বা পোৎশক অমত্তনা ঙালহনবা ঙমদে; অহুবু মৈরী অমনা মশামকপু ঙালহনৈ অহুগা অকোয়বা

মকম পুন্নমক্তা মঙাল ভাহল্লি। ঈশ্বরদি মশা মদোম ভাঙ্গৈ; ইবুংঙো মহাক্লা পুন্নমকপু ভালহল্লি, ইবুংঙো মহাক্তী ইবুংঙো মহাক্তী মতিক-মগুণবু কোঙদোকপতমক ওইবা প্রকৃতিগী বাংমদা লৈ। মরম অদুনা ইবুংঙো মহাকপু, ইবুংঙোগী কৃপাথক্তনা ফংবা ঙম্বা মীৎ, লৌশিংগী মীৎ অদুথক্তনা উবা ঙমগনি। মরমসিদগী, ঈশ্বরবু পূজা তৌবা হায়বা অসি সাধনাগী মরুওইবা শরুক অমনি; মশামকপু উবা ঙমদ্রবা মহাক অদুনা অতোপ্পশিংবু উবা, মহাক্তী মপান্মা লৈবা পোৎ অমা উবা কৈদৌঙৈদম্মু ঙম্মোই। ঈশ্বরগী থৌজাল ফংগদবা সাধনাদা নশামক শীজন্নৌ; মদুগী থৌজাল অদুনা জ্ঞাননেত্র, লৌশিংগী মীৎ অদু পীবিগনি! ভক্তিগী লম্বীদুদা চৎলগা ইবুংঙো মহাকপু ঈরায়-লায়না ফংই। জগৎ-অপুম্বা অসিদা ঈশ্বরগী মশকপু অদুগা ঈশ্বরবু জগৎ-অপুম্বা অদু ওইনা য়েং-না য়েং-না অর্জুন-না হুংঙাইবগী পিরাং শিন্থরম্মী। "ওঃ শক্তি পুন্নমক লৈরবা নতিকপু খাঙমদবা ঈশ্বরও, খোইমুম-লাইশিং পুন্নমক, লৈশেম-মুংশেম্বা ব্রহ্মা, মুনি-শিং অমসুং ঋষিশিং পুন্নমক, লেঙদবা মখল-মখাগী থরায়-পানবশিং অমসুং পোৎচৈশিং পুন্নমক... .. ওঃ, ঐনা মখোয় থুদিঙমক উই। ঐ লোয়না উরে ..... ওঃ, নহাক্তী অকি-শক্লোন উৎপা মায়থোংদগী লাৱবা মৈরীশিং থোয়কই অদুগা খ্বাইদগী তামবা অথাপ্পা মফমশিংদা শন্দোকই। বিনীং-ঙাই ওইবা মশক অসিগী অর্থ অমসুং করি ওইহন্নীংবা হায়বদু ঙন্থোক্লা খঙজনীংঙ্গেদা," অর্জুন-না ইঙক-ঙক্লা হায়রম্মী।

"নহাক উথিবরা, অর্জুন? মসিনা, ঐহাকসে থবক ইনথাঙ পুন্নমকপু অদুগা থরায়-পানবশিং অমসুং পোৎশিং পুন্নমকপু শেম্বা, য়োকথৎপা অমসুং মাঙ-তাকহনবা অদুনি হায়বা নহাক্লা খঙলবরা? নহাক্লা লানকম অসিদা কনা অমত্তবু কনবা ঙায়াই নত্রগা কনা অমত্তবু হাৎপগনু ঙম্লোই হায়বা খঙলব্রা? নহাক্লা হাৎপগী শক্তি লৈতে নত্রগা মখোয় মশানা কয়া

কন্না হোৎনজহুনা শিজগে হায়বগী শক্তিগস্থ লৈতে। হিংবা অমসুং শিবা অনীমক ঐগী অনীংবনা পথাপ নাইনা চৎহল্লি। ঐনা মালেমগী পোৎলুম পুই; ঐনা পোৎলুম অহু শেন্মী; ঐনা মহু শ্যেলহল্লি (কোকহল্লি)," অর্জ্জুনগী মনঙ্গলদা ন্নুংশিনা খুবাক্লা পোপ পোপ ফুরহুনা অমসুং মহাক্কী মঙ-হাগুম হায়ফম-খঙদবা লাঙতক্কবা অহু হন্থহন্নবা থোৎনা-মেঙনা ডাঙ-লহুনা কৃষ্ণনা হায়রম্মী।

থোদো অসি, মতৌ করম্না ভক্তিগী অশেঙবা মওঙনা ঈশ্বরবু পুনবগে অহুগা মতৌ করম্না ইবুংঙো মহাক্কী ভক্তশিংগী পুক্নীং থেমজিন্নবা অমসুং থোগৎপীনবা ইবুংঙোনা পুক্নীং ওন্সনবিবগে হায়বহু তাক্কবগী ফজরবা খুদম অমনি। ভাব-না অমুক্তা শা-ও। সাধারণ তাইবং-অশি-মচা অমগী মশকুম্না, মীৎ-তরঙ ওইনা উহনখিবা মশক অহু উদ্রিবৈ ফাওবদা, অমুক্কী মতিক নীংজীংনরম্বা অমসুং তুকথরম্বা অর্জ্জুন-না মতৌ করম্না মতিক-মগুণ চেন্নবা পাঙ্গল কনবা অথোবশিংবু অমসুং ভীষ্ম, দ্রোণ অমসুং কর্ণগুম্বা মহে পুম্নমক খঙ-হৈরবশিংবু মায়য়োক্নবা অমসুং মায়থীবা পীবা ওন্মমগনি? মখোয়বু ইবুংঙো মহাক্কী অনীংবনা জয় তৌখি।

অর্জ্জুন-না মহাক্কী মমীৎশিংদগী পি-মরীকশিং অহু তৈথোক্লম্মী; মহাক্লা প্রার্থনা তৌনা মখুৎশিং লোন্নরম্মী "হে ভগবান! ঐহাক্লা কৈদৌ-ঙৈদস্থ মমাঙদা উখিদ্রিবা নত্রগা মহুগী মরমদা তাখিদ্রিবা নত্রগা পুক্নীংন-ফাওবা লায়্দ্রবা বিশ্বরূপ অহু ঐনা উজরে। মসি চা-ননা চুম্নবা অচুম্বনি হায়বহু ঐহাক খঙলে। মীৎ থক্তাই ওইবা পুম্নং লংবা অকিবগী মশক ওইবা মৈরীশিংনা ঐবু কাহৎহনথ্রে, ঐগী হকচাঙ অসি মতিক মঙলহুগী শাফুহুনা প্রোক প্রোক ভৌরে। অমুক হন্না, ইবুংঙো মহাক্কী থোয়থুম্নবা মোমোন-নোকপা শক্তম অহু লোয়নহুনা ঐগী মাঙদা নশামক পুথোকপীয়ো

(উংপীরো); ঐহাক মসিগী শক্তম অসিদি য়েংবা ঙমলক্রে। তাইবং-পানগী মপাও! ইবুংঙো নহাক্কী হায়গী শক্তম অদু হঞ্জনবিরো, মসিবু ঐনা য়েংহুনা লৈবা ঙম্লক্রে." অর্জ্জুন-না কন্না হায়জরম্মী।

ইবুংঙো মহাক্কী দয়ানা মরম ওইহুনা (রাফমহু) ইবুংঙোনা মাবিরম্মী (বিশ্বরূপ থাদোক্তুনা শুমাংপা শক্তমদা হঞ্জিনলম্মী)। ইবুংঙো মহাক্না হায়রম্মী, "অর্জ্জুন! বেদগী ওইবা থোইদোক্লবা মহৈ মশিং, নত্রগা ধর্ম্মগী ওইবা অকনবা চাকহেন-ঙাহেন, লাইনীং নত্রগা তপস্যাগী খম-থেংবা মতৌ অমত্তনা উবা ফংগনি থাজদ্রবা মীং-ভরঙগী শকফম ওইবা ঐগী জগৎ পুম্বগী অপুনবা ইশক অসি নহাক্না মীৎকুপমুক্কী মাংদা লেপ্লমক উখ্রেদো। মসিদি ঐগী ইফমদা অনন্যা-ভক্তি, খজিক্ত-কাওবা চোইথোকপা য়াদবা ভক্তিগা লোয়ননা কথোক্লবা ভক্ত মহাক্তুদনা উবা ফংই। অসিগুম্বা ভক্তশিং অসিনা ঈশ্বরখক্তবু উই; মখোয়না তৌরিবা হেক মথৈ, মখোয়না ঈশ্বর পুজা তৌজবনি হায়না তৌই। মখোয়গী মমীংশিংগী মমাংদা অতোপ্পা মওঙ (রূপ) অমত্তা লৈতে (মখোয়গী মমীত্তা অতোপ্পা রূপ অমত্তা উদে), মখোয়গী মপুক্নীংশিংদা অতোপ্পা রাখল অমত্তা লৈতে; মখোয়গী মখুৎশিংনা তৌনীংঙাই অতোপ্পা থবক অমত্তা লৈতে। মতম অমসুং মফম পুম্নমক্তা, মখোয়না ঐগী রূপতমক উই, মখোয়না ঐগী নামতমক শোঞ্জে; মখোয়না ঐগী মরমদতমক খল্লি; মখোয়না ঐগীদমক নত্রগা ঐগী মরমগীদতমক মপুক্নীংশিংদা ফাওই; মখোয়না ঐগী মরমগীখক্তা মায়পুনৈ। ওঃ অর্জ্জুন! অসিগুম্বা মীওইসিননি শক্তম অসিবু উবগী শক্তি ফংলিবসি। ঐনা মসি-গীদমক্তা হায়সু-হায়রি: 'অনন্যা ভক্তি'গীদমক্তা।"

অর্জ্জুন-না মোমোন মীনোক অহুগা লোয়ননা অমসুং চীম্বান হায়ফেৎ নীক্পা হংজরম্মী, "প্রভু! নহাক্না লম্ফে-চত্তবা মচিন-অমতা-নাইবা ভক্তিবু

পেনবী হায়বসি ঐহাক ভাব ভাজরে। অদুবু ইবুংঙো নহাকপু মণ্ড-লাক্লা পূজা তৌজরগা নত্রগা মণ্ড-লাক্না পূজা তৌজরগা ইবুংঙোনা পেনবিব্রা ? ইবুংঙো নহাক্লা 'সাকার উপাসনা'না নত্রগা 'নিরাকার উপাসনা'না হেন্না পাম্লীবরা ? করম্বনা হেন্না ইবুংঙোগী থম্মোয় খোংহনবগে অদুগা ইবুংঙোগী আশীর্ব্বাদশিং ফংবদা হেন্না মায়পাকহল্লকপগে ? সাধকী-দমক্তা করম্বনা লায়বনো অমসুং ইবুংঙোনা হেন্না হরাও-হরাও ওকপনো ? ঐঙোন্দা হায়বিয়ু।

মসিগী রাহং অসি হংলকপদা কৃষ্ণ মুংঙাইরম্মী। ইবুংঙো মহাক্লা হায়রম্মী, "অর্জ্জুন! ঐনা অনীদুগী মরক্তা খেন্নবা কয়ি অমত্তা থমদে। পুক্লীংদু ঐঙোন্দা লুপ্লবদি অদুগা থবক, রাহৈ অমসুং রাখল খুদিঙমক্তা ঈশ্বরদা অচেৎপা থাজবা লৈরবদি, লাংনীং-লাংনীংবা মণ্ডদা ঐবু লাংপদা ঐনা পেল্লি।" অর্জ্জুন-না খঙনীংবা রাহং অমগা লোয়ননা মরক থংলম্মী, "কৃষ্ণ! চুম্নগী থম্মোয়গী অশেঙবা মতৌ অমসুং অচেৎপা থাজবা মতৌ অদুথক্তনা ওক্লবরা? নিপা নত্রগা মুপী ওইবনা নত্রগা শাগৈ-জাংনা লেপ্পা অফ-ফত্ত থাক নত্রগা পুক্সীগী অনেম-অরাংগী থাক-নদি মায়পাকপদা অপনবশিং ওইদব্রা?" কৃষ্ণনা অর্জ্জুনবু চৈরম্মী অদুগা পাউখুম পীরম্মী, "পুম্নমকসি তাবমথে তারগা অসিগুম্বা রাহংশিং অসি হংগনি হায়বসি ঐ ওকই। ঈশ্বরদা মথোয়গী মপুক্লীংশিংবু চেৎনা থমগ্রবা, অচুম্বা হায়বদুনা মশক পান্না লেপ্লিবা, লেঙদ্রবা অমসুং মক্তবা ঐঙোন্দা থাজববু কায়দোং-হল্লিবা মথোয়শিং অদুগীদমক্তদি 'দেহবু আত্মা ওইনা লৌবা' (দেহ-ভ্রান্তি) হায়বদুগী মরীক অমফাওবা লৈরোই হায়বসি নহাক খঙলবরা?......... মথোয়না নিপা-মুপী নত্রগা শাগৈ-জাং নত্রগা পুক্সীগী থাক্তা শাগোন্নবা নাপল, তোম্ববা, অসিনচিংবগী রাখলদু অমুম মলৈরবদি, মদুনা মথোয় মথোয়গী পুক্লীংশিং অদু ঈশ্বরদা কথোক্তে হায়বা অদুতা মতাকই।

হকচাঙগী ওইবা রাখল্দা থাগোম্নবা মতৌদগী নাঙ্হোক্রবা মখোয়শিংগী-দমক্তদি, শাগৈ-জাৎ, কম-হুংবচিংবশিংনা পূক্নীং চিংথোকখিবা মতৌদু লৈয়রোই ।

“তৌইগুম্বস্তুং আশ্রম-ধর্ম্ম অমস্তুং বর্ণ-ধর্ম্মনা ( শাগৈজাৎকীদমক অহুগা ছাত্র, গৃহী, সংসারত্যাগী অমস্তুং সন্ন্যাসী কৌবা পূন্সীগী থাক মরিদা লৈরিবা মখোয়গীদমক থা-হুনা লৈরবা চৎন-লমদাংগী পথাপশিংনা ) কন্নিগুম্বা মওঙ অমত্তদা পূক্নীংবু ঈশ্বরদা চেৎনা থম্বগী নত্রগা ফত্তবশিংদগী পূক্নীংবু শেংদোকপগী নত্রগা মহাক্কী থবকশিং, রাঙাঙশিং অমস্তুং রাখলশিং পূন্নমক্তা ঈশ্বরবু পূজা তৌবগী হৌন মচৎ অহুবু য়ৈখায়দে । নিপা-হুপীগী নত্রগা শাগৈ-জাৎকী নত্রগা কম-হুংগী নত্রগা পূন্সীগী থাক্কী খেন্নবা-নাইব-শিংনা হকচাঙবু অওইবা মশক ( আত্মা ) অহুনি হায়না খঙলগা হিংলিবা মখোয়শিং অমস্তুং মীৎনা উরিবা তাইবং অসিনা পূমথোই-থোইনা মপুং-পুংফা-ফারবগুম অমস্তুং লেঙদনা অচুম লৈরবগুম থবক তৌরিবা মখোয়শিং অহুথক্তবু শোকহল্লি ।

মসিদা অর্জ্জুন-না হায়রম্মী, “কৃষ্ণ ! মওঙ-নাইদবা, তাংদাংবা মতৌ-মন্নাং লৈতবা ‘নির্গুণ-নিরাকার’ অহুবু নীংবসি য়াম্না লুই, মসি নত্তরা, ‘দেহভ্রান্তি’ নত্রগা দেহবু ( হকচাঙবু ) আত্মাহুনি হায়না লৌবা মখোয়গী-দমক্তদি ? সাধারণ মীচম্না তৌবা ঙম্বগী মমুঙদা লৈবা ঈশ্বরগী মওঙ-মরিল পূমনাই-নাইবা মওঙবু ঈড়াংপা হায়বা অসিনা পূক্নীংগী অশেঙবা মতৌবু, অশেংনা খঙবগী মুং-গী ওইবা থুংলাইশিংহুগী মত্তবা মতৌবু মহৈং ওইনা থোকহনবা ঙমগদ্রা ? চানবীহুনা ঐহাকপু জ্ঞান তাহনবিয়ু ।

---

# ভাষ্যক ২১

"অর্জুন ! ঈশ্বরবু মগুঙ অমস্তুং শকখঙ খুদম লাক্না লাংপা অসিনা অচুম্বমক চপ-চানা ওক্লে হায়না মীচম ময়াম্না খল্লি । মসিগী লীচৎ-হুংচৎ নাইহনবা অসিনা মতেং খয়গী মথৈদি ওইগনি ; মসিনা মীওই অহুবু লম্বী পল্লীওতুদা মতম খরদংখক্কীদমক লমজিংবনি । ময়মদি মসিখক্তনদি ঈশ্বরনা হেক্তা মুক্তি অহু পীবিনীংলোই । ময়মদি মুক্তি ফংগে তাল্লিবা মহাক্না অহানবদা হকচাঙগী ওইবা ৱাথন্দা থাগোন্নবা মতৌবু শোয়দনা থাদোক-দবনি । মহু তৌদনা, আত্মাগা মরী লৈনবা থাক অহু ফংবা ঙম্লোই । আত্মাবু হকচাঙগা মান্নহনবা হায়বতুদি অপঙবা মপান থোকপনি । আত্মাবু প্রকৃতিদগী তোঙানবা ওইনা খঙনগদবনি ।

প্রকৃতিদা পকসিন্দুনা লৈবা শেংদ ওইদবা মকান্না অহুদা য়ুম্ফম ওইবা পোৎ-চৈনা পীবা হুংঙাইবগীদমক হক্না পামসনবা অহুবু ধ্যান অমস্তুং তপস্যানা লৈহন্দবা তাই । মহুগী খোয়রাঙনা পামসনবা অহু মাঙথ্রবা মতমদা মীশক অহু য়ুবিগী তুম্বা মন্নুঙদা লৈবা, মপানগী কুয়োম ( তুম্বা ) অমস্তুং মশিং ( মকু ) গা নপ্পরক্রুবা অমস্তুং হোপ-হোপ লাঙরক্লবা অকংবা মতোং-মতুম অহুগুমলকই ; মহুদি অমুক হন্না মতোলৈ নত্রগা ময়োল চোংত্রে : মহুদি হৌরম্লগা অমুক শিবা হায়বহু নাইদনা মতম চুপ্পদা লৈরগনি । মীশক অহু অমুক হন্না পোকপা অমস্তুং পোক্লবনিনা শিবা হায়বহু লৈররোই । হায়বদি, মহাক নীং-তম্লগনি ('মুক্তি ফংলগনি ) । কুয়োমগী মন্নুঙদা লৈবা অকংবা মতোং মতুমগুম ওইরকপা হায়বসি জীব-ন্মুক্তি কৌবা হিংনা হিংনা মুক্তি ফংবগী থাক অহুনি ।

"জীবন্মুক্তি ফংনবগীদমক্তা লাই-কোক্লেনবু "শকথঙ-খুদমপোংশিংগী থক্তা অমম্ভুং রাংমদা" লৈবনি হায়না নীংবা তঙায়ফদে। মত্থু অরাবা ওইনা অমম্ভুং নতিক-নপাগী রাংমদা লৈবা ওইনা থোক্লবদি, মহাক্না অতোপ্পা অমদি তৌবা ঙমগনি। ঈড়াং পূজা পুম্নমক, ভক্তি পুম্নমক, বেদগা মরী লৈনবা ধর্ম্ম-কর্ম্ম পুম্নমক অমম্ভুং অতৈ-অতৈ সংকল্পশিং অমম্ভুং চোকশিনফম থোকপশিংবু ফংফম থোকপা মহৈঃ শিংগা কোন্ননা ঐঙোন্দা কখোকউ। ঐবু অরোয়বা পন্থুংফমতু ওইনা, থবক পুম্নমকপু লাইখুরুম্বগী থবক (ঈড়াং-পূজা) ওস্নোকংনবা অরোয়বী পান্দমতু ওইনা লৌ; নহাক্না নপুক্লীংতু ঐঙোন্দা লেঙদনা থম্মু ঐঙোন্দা হীরী কোল্লু; অতুদগীদি ঐনা ঐগী থোজাল খীকথরকনি অতুগা নহাকপু অওনবগী, সংসারগী মহাসাগর লান্না পুবিগনি; নহাক্না ফংনবা হোৎনরিবা পন্থুংফম অতু ঐনা ফংহনগনি। অর্জ্জুন! নহাক্না নপুক্লীংতু ঐঙোন্দা লেঙদনা থম্বা হায়বা অসি অরায়বা থবক অমদি নত্তে। মী খুদিঙমক্না মসিদা মায়-পাকপা ঙমদে। অভ্যাস য়াম্না শাংনা-কুইনা তৌজরবস্তু, পুক্লীং অতু অতোপ্পা পোংশিং নত্রগা রাখল-মতাশিংদগী থৈদোকপা য়াওদনা পুক্লীংবু ঐঙোন্দা থম্বা হায়বা অসি রানঙাই ওই।

"মরম অতুনা নহাক্না হংলকপা য়াই, "ঐখোয়গী অতোপ্পা উপায় (পাম্বৈ) অমত্তা লৈত্রব্রা?" ঐগী পাউখুমদি অসিনি, 'হোই; লৈ।' ঐবু পেনহনবা ঙম্বা থবকশিংদা মখোয় মশা মশামকপু শীজন্নবা পাম্বা মখোয়শিং অতু কাওবা আত্মা-জ্ঞান্দা মউ-লিংতুনা লৈজবা অমম্ভুং মুক্তি ফংবা ঙমই। প্রার্থনা ঈশ্বরগী নাম শোনবা, ঈশ্বরগী মতিক মগুণতুবু লৈশি-লৈখোনবা, পুজা তৌবা, অসিনচিংবগী মতেঙনা মাঙলমচংকী পাপশিং অতু মাঙহনখিবা ঙম্মি, সুংবুঙশাখল অতুবু খন্থদবমথৈ থংতৌ তৌনীংবশিং

অমসুং অপাম্বশিংদগী নিয়ম নাইনা শেংদোকপা ওন্মি ; অতুদগীদি লৌশিংগী মঙাল অতুনা অমম্বদগী মুক্তি পাংতুনা ঙাল্লকনি।"

রাফম অসিবু মুন্না খন্থনবা পাঠকশিংগীদমক্তা দরকার য়াম্না লৈ, মরমদি মমল য়াম্নবা রারেপশিং লৌরিবসি অফবা অমসুং ফত্তবশিং তুলা তম্বা (খল ওনবা) অতুদনি। মুন্না খল্লু, খুদম ওইনা, মীয়াম্না শীজনবা মওঙদা ফোঙদোক্লিবা ভক্তিতুগা অমসুং ঈশ্বরনা লাউথোক্নুনা খঙহল্লিবা ভক্তিতুগা, ভক্তি অনীতুগী মরক্তা খেন্নবদো। মীয়ামগী ওইনদি, ভক্তি হায়বসি ঈশ্বরবু শেবান্নদনা নীংবা থরায়-য়াওবা মনীং ওইনা ফোংদোকই। অতুবু মতুদি মসিদগী য়াম্না হেন্না খঙনহল্লি।

ঈশ্বরগী মফমদা থল্লিবা অচেৎপা নীংজবা হায়বসিদি পম্বুং য়ৌনবা লীচৎ-মুংচৎকী মওঙ অমা ওইবতনি। পম্বুং তাল্লিবা মীতুনা থরায়-য়াওনা চেৎনা নীংবা ওয়ক-ওয়ক্লগা লেপথোক-লোইদবনি ; ঈশ্বরগী মরীদা মহাক্কী লৈরিবা ভক্তি নত্রগা মুংশিবা অতুদা মহাক্না অতুক হায়া পুক্নীং চঙকরোই, অতুবু ঈশ্বরনা মঙোন্দা শীনবিরিবা মুংশিবা নত্রগা থৌজাল অতুদদি পুক্নীং চংগনি। মহাক্কী করম্বা লমচৎ-শাজৎনা, মহাক্কী করি থবকশিংনা আনন্দ হায়বতু লোয়নতুনা লৈরবা ঈশ্বরগী মফমদা পেন্নীংঙাই ওইগদগে হায়বতু খঙনবা মহাক্না মতম চুপ্পদা লাঙতক্নতুনা লৈগনি। মতুগী মরমদা থিজিল্লু, মতুগীদমক লাঙতক্লৌ, পান্দম অতুবু শোয়হল্লোইদোবা হীরমশিং (থবকশিং) অতু তৌতুনা লৈযু,— মতুনা অওইবা (অচুম্বা) ভক্তিনি।

অতুবু মাচম মরাম্না মহৌশানা ভক্তিগী ফিদম অসিবু ইন্নে, অতুপা ফিদম অতুনা খঙহল্লিবশিং অতুগী মরমদা খল্লুবম্ব তৌদে। ভক্ত অমুনা ঈশ্বরদা লৈরিবা মুংশিবা অতুথক্তদা মখোয়না পুক্নীং চঙই ; অতুপা থৌদো মতা অতুদা মখোয়না ঈশ্বরনা য়াবা নত্রগা শীংথাবা ধর্ম্ম অমসুং

কর্ম্ম অতুদদি পুক্লীং চঙদে। মরম অসিননি কৃষ্ণনা, "ঈশ্বরবু পেলহনবা কর্ম্মনা ভক্ত অতুশী খৌরাঙবা কোকহনবা কর্ম্ম অত্তুদশী হেন্না ফৈ," হায়খ্রিবসি। ভক্ততুনা তৌবা নত্রগা খনবা নত্রগা খৌরাং তৌবা নত্রগা ওাক্লা চৎলিবা হেক খুদিঙমক, মখোয়তুনা ঈশ্বরগী চীংলেম্বা মগুণবু চিং-থুগনি। মখোয়না মখোয় মশাগী অনীংবগী মখা পোললোইদবনি; মখোয়না ঈশ্বর মহাক্কী অনাংবা তুংইন্না লৈগদবনি। ঈশ্বরগী লাউথোকখ্রবা অপাম্বশিং অহুনা অশেং-শেংদ (খাতু) চাংয়েংনবা মুঙ (খূৎলাই) ওই-তুনা রাখল অমসুং পুক্লীং ওয়মক ভক্ত অতুনা শোয়দনা চাংয়েং তৌগনি।

গীতানা খঙহল্লি মতুদি মী অমনা ঈশ্বরদা অচেৎপা ভক্তি লৈজরবসু, মহাক্লা ঈশ্বরগী থৌতিক্লোনশিং, হায়বদি, ইবুংঙো মহাক্কী ময়াথংশিং য়াও-রবা শাস্ত্রশিং অতুদা ইতুনা থম্নবা, ঋষিশিং অমসুং মুনিশিংদা খঙহনখ্রবা ধর্ম্ম অতু, ইন্দনা হিংলবদি মহাক অতু ভক্ত অমনি হায়না কৌবা য়ারোই। "ভক্তিমান য স মে প্রিয়" হায়বসি গীতাগী মমুঙদা ইবুংঙো মহাক্লা মীয়ামদা খঙহনখিবা মতমদা 'ভক্তিমান' হায়বা রাহৈসি শীজন্নখ্রিবসি মসিগী অর্থসিনি।

অমুক হন্না হায়রবদা ভক্ত অমনা তৌবা থবক হেক খুদিঙমক, মতু 'মর-কর্ম্ম' নত্রগা "ঐগী কর্ম্ম" নি হায়না মহাক্লা পুক্লীংদা ফাওরোইদবনি; মতু "ঈশ্বরগীদমক্তা ঈশ্বরনা তৌবা কর্ম্ম" "ঈশ্বরীয় কর্ম্ম"গুম খনগদবনি হায়না কৃষ্ণনা হায়বীরম্মী। মহৌশাগী ওইনা মীচমশিংনা থবক খরনা "মখোয়গীনি" অতুগা অতোম্বাশিংতুনা "ঈশ্বরগীনি" হায়না পুক্লীংদা পোকই। মসি অতুর ভক্ত অমগী খুদমতু নত্তে। থবক পুম্নমক ঈশ্বরগীগুম পুক্লীংদা ফাওরব-দি, ইশাগীদা য়েংবা নত্রগা 'ঐগী' হায়বা মচুনা মখোয়তু চুররোই।

ভক্তি হায়বসি মশাগীদা য়েংবা অমসুং "ঐনা" অমসুং "ঐগী" হায়বা চাং-কক্পশিং অহুবু লোথোক্লিখা হৌন-লমচৎ অতুগা অমতনি

হায়না লৌবা তাই। অখণ্ডবা মীশিংনা ভক্তবু ঈশ্বরগা 'অবিভক্ত' ওইবা, ঈশ্বরদগী "শেৎনবা-নত্তবা" অমা ওইনা করিগী মশক তাক্লিবনো হায়বহ্ মতুনা মরমনি। মতম পূন্নমক্তা অমসুং কীভম পূন্নমক্তা, কনাগুম্বা অমগী থবকশিং অমসুং পোক্লকপা পুক্নীংশিং ঈশ্বরদগী হেন্দোক্লমা থম্গদবনি। মতুংগী মহুত্তা, অরা-অনা, থরায়-রাবা অমসুং অমাঙ-অতানা লাকহৎলবা মতমদা, "হে ঈশ্বর! ঐবু শ্রেখায়-থিনখায়হনবিগনু, মখোয়শিং অসিদগী ঐবু কনবিয়ু" হায়না প্রার্থনা তৌরবদি, অতুগা মখোয়শিংহুনা হৌপ্র-লোইগ্রবা মতমদা, তাইবংপানগী পান্দমশিংনা মীনাই ওইহল্লবা তাইবংগী থবক-থনাশিংদা নহাক্না অমুক হন্না চোংথরবদি, অসিগুম্বা মচৎ অসিদি নিন্দা তৌনীংঙাই ওই।

মসি গীতাগী পাউত্তাকনি। নহাক্না খুদক-খুদকী থবক পোরম অমা ওইনা ঈশ্বরবু পুজা তৌরোইদবনি। লৈয়েংনা বেরা তৌরবদা অতুগা চীঞ্জাকী মহাও খঙঙ্গবদা, মীশিংনা মোরোক অচার চাগে হায়; তো অতুম হায়না, অরাবনা তাহৎলবা মতমদা, মীয়াম্না ঈশ্বর থিদো! মীওন্দা উৎনবা তৌবা লাই-মনীং মথল অসি হৌজিকী মতমদা থিংঙমদবা ওইরে, যুগ অসিগী মরু তাথ্রবা তৌসিন্ন-তাৎ অতুংগী শহুম্না ওইবা য়াই। কনাগুম্বা অমনা ঈশ্বরদা নপসিনবগী অকনবগী চাংহু মীয়ামদা উথোকে থিরিবা ওইদবা ভক্তি অসি লাইবক থীবদগী 'অচৌবা' সাধকশিংগী অমসুং মখোয়গীদি 'ওমমক্তি' হায়না থল্লবা ইবুংঙো মহাক্তুগী মরমগী মমক্তা 'খুদিঙমক' থাদোক্ল-বা মীশিংগী মরক্তা কাওবা উবা ফংলে। মী অয়াম্বগী ওইবদি, ভক্তি হায়বা অসি তীর্থ চৎপা মতমদা নপ্রগা-অহল-চমনশিংগী মনাক্তা চঙবা মতমদা নপ্রগা লাইশঙশিংদা চৎপা মতমদা লিংপা মুর্খ। অমনি, কোকথুম-কি (অপাবা কিগী মায়থুম) অমনি। মখোয়না মমদা অমুক হল্লকপা মতমদা।

মখোয়না মায়থৃম অদু লংথোকই মদুগা অদুগা ঈরোইমনা, ঈশ্বরগীদময়ক লৈনদা ভক্তিগী রাথলশিং অমসুং পুক্নীংদা ফাওরম্বশিং পুম্নমক লংথোকখি।

হায়রিবশিং অসিদি উচ্চনীংতুনা পণ্ডউৎ-উৎপা মতৌখক্তি। অদুম ওইনমক, ভক্তিদি লেঙদবা অমসুং মপুংফাবা ওইগদবনি; মসিদি ফীভম পুম্নমক্তা, মতম পুম্নমক্তা, ঈশ্বরদা পুক্নীং লিংতুনা থম্বা হায়বতুনি। মখোয় মখোয়গী থবকশিং পুম্নমক দেবদা (ঈশ্বরদা) কথোকই হায়না মীয়াম্না অওইবা ওইনা হায় অদুবু মখোয়না তৌথোরকপা কাইদানদি মখোয়না থবকশিংতু দেহথক্তদা (হকচাঙখক্তদা) কথোক্লি হায়বা অদু উৎলি। মখোয়বু ঈশ্বরদা কৎসিনবগী মহুত্তা, মখোয়না মখোয়তুবু মখোয় মশামক্তা, পঙবদগী মখোয় মশামক্লি লৌরিবা হকচাঙ অদুদা কৎসিল্লি। মখোয়না অওইবা ওইনা হায়, “মসি ঐনা কৃষ্ণদা কৎলে,” অদুবু তশেংনমক্তি, মসি মখোয়গী পুত্রদা (মচাদা) পীবা পোৎকৎ অমনি। “মসি রামদা কচ্চবা পোৎকৎ অমনি,” মখোয়না লাউথোকই; অদুবু মখোয়না কৎলিবা অদুদি মখোয়গী “রাগ” দা (শাগৎলুবা রাথল, অপাম-রাথলদা) কৎপা পোৎকৎ অমনি হায়বসি মখোয়গী অপাম ঈথিলতুনা উৎলি। অসিগুম্বা থবকশিং অসিবু মতৌ করম্না ‘কথোকপা’ নত্রগা ‘কৎপা’ হায়বা রাইনা রাংনা থাংগৎপা ঙমগনি?

‘কথোকপা’ হায়বতুনা হকচাঙ, পুক্নীং অমসুং রাঙাঙবু থৌগৎলি। নহাক্না ঙাঙলিবা রাঙাঙতু পুক্নীংনা য়াদ্রবদি, পুক্নীংদা ফাওরিবতু থরায়-য়াওনা থবক ওইনা পাঙথোক্রবদি, অদুদগীদি মতু তশেং-তশেংবা তাত্তা-তাং ওইরকই। থবক তৌরিবা মী, তৌরিবা থবক অমসুং থবক-তৌবা হায়বা পুম্নমক্তু ইবুংঙো মহাক্তি হায়বসি ভাব তাও; ইবুংঙো মঙোন্দা থরায় লুক্ক, লন্দথুম, মুপী-অঙাংশিংদগী হেন্না পায়া।

নহাক্কী পুক্লীংনা পুক্লীং মশামক্তুবু কায়দোংহনুবা মকমদা, মহৈদা নহাক্কী ভক্তিস্নু লৈ। - ভক্তিদি গঙ্গা তুরেলগী ঈশিংগুম্বা শেংই, কর্ম্মদি যমুনা তুরেলগী ঈশিংগুম্বনি। অদুগা, জ্ঞান-দি লৈরোম্ নুংদা কনা খঙদনা অমস্নুং থুপ্পা চেল্লিবা অদুগা মশামকপু অতৈ তুরেল অনীদুগা তিন্নরগা শেংহল্লিবা সরস্বতী-তুরেলগুম্বনি। ত্রিবেনী কৌরিবদু অদুম অসিনা ঈতিন্নবদুবুনি। পুক্লীংগী লাকণ্ডম-ফাওমদবা মতৌদু মশক উৎকিবা, অদুম অদু "অমতা-ওইবকপা" অপুনবা অদুবু মদুনা খঙবৈ; মসিনা 'ঐ মঙাইরে' হায়বা রাখলদু মাঙহল্লকই।

অদুম ওইনমক, য়ুক্ষম ওইবা রাকমশিং অসিবু খঙদবা মী মরাম অমস্নু লৈ। মখোয়না নোংমদা অনীরক চাইথৈ (ঈরুজৈ) অদুগা অমুক, নুমিৎ মুংবা অমস্নুং সন্ধ্যা-য়াচংবগী ধর্ম্মগী হৌন-চৎনবীশিং পাঙথোকই, য়ুম-লাইশিং পুজা তৌই, মরায়বকশিংদা, পাম্বোমশিংদা অমস্নুং মথবাক-শিংদা উং নত্রগা অগর অথিৎপনা চন্দন থিল্লি, মুসরি মচুগী মরীক-মরীক-শিং মমায়শিংদা নপসল্লি অদুগা মঙকশম অকোয়বদা মালাগী লীক-মত্ত পরেংশিং অমস্নুং মালা-খাওশিং য়ানশিল্লি অদুগা মন্দির অমদগী অমদা নত্রগা ধর্ম্ম-গুরু অমদগী অমদা কোয়চৎ চৎলি। মখোয়না লাইগী মন্দিরশিংদা গাড়ী কোয়থৌ থৌদুনা থুংনবা চৎলি। মখোয়না ধর্ম্মগী রারী-রাতাই শাবশিং, পুরাণ-থীবশিং অমস্নুং ধর্ম্ম-লাইরিকশিং পাবশিং ময়াম অমদা য়াওই। অসিগুম্বা মীতাশিং অসিগী মরমদা ঐখোয়না ফজরেমখৈ হায়বা ওম্বা হায়ববু মখোয় অকবা থবক-ইনথাওশিং তৌদুনতা লৈ হায়বসিনি, ঐখোয়না মখোয়বু ভক্তশিংনি হায়বদি ওমদে।

ভক্তিদি ফিজেৎ অমস্নুং রাঙাওগা মরী অমত্তা লৈনদে। চুম্নী ফিজোল অমস্নুং রা-ঙাওথোকপদা ধর্ম্ম-লৈবা মতৌদা য়ুক্ষম ওইরগা, ঐখোয়না মীওই অমবু "ঈশ্বরগী ভক্ত অমা" কৌবা ওমদে। ভক্তি হায়বসি

পানগী শাজং নত্রগা লমচত্তগী হেন্নহুম মুংবুঙ ৱাখলগী, পুক্লীংদা পোক্লকপগী ওইবা হীন্নম অমনি। মৈথু লৈবা মফমদা, মহুদা মৈ শোয়দনা লৈরমগনি হায়না নঙনা লৌবা ওমই। অহুবু, মৈদগী থোরক্কবা মৈখু অমত্তা লৈত্রবস্থু, মৈখু কানবা মৈ মথল জাত্তা থর লৈ। পুক্লীংদা পোক্লকপা য়াওদনা থবকশিং পাঙথোকপা য়াবগী ওইথোকপা অমা লৈ; তৌইগুম্বস্থুং পুক্লীংদা পোক্লকপা পুন্নমকসি মপাল-লাংদা উৎথোক্তুনা শোয়দনা ফোংদোকদবনি হায়বলিদি নহাক্লা হায়বা ওমদে। য়াম্না চাং-লেম্না উৎপা মউৎ অমস্থুং মীমাঙদা উৎথোকপা য়াওত্রফাওবদা অশেঙবা পুক্লীং লৈবদি ওইথোক্কই। পুক্লীংদা শেংনা ফাওন্নিবা অহুনা মরুওইবা পোত্তুনি। কনাগুম্বা অমনা অচুম্বা চাওখৎপহুমক্তা য়াম্না কন্না পান্নবদি স্বপ্নগী খজিক্তুং ওইবা মপানগী ঈথক-ঈন্নাঙগী খৌদৌ অহুনা অচুম্বা চাওখৎপা হায়বহুদা শোয়দনমক অমাঙবা থোকহল্লি।

অর্জ্জুন-না হঙখিবা ৱাহং অহুনা মখাতাবা পাউখুম অসি খুমহল্লম্মী—তশেংনমক, ভক্তশিংগী ভোঙান-তোঙানবা মথল অনী লৈঃ সগুণ ভক্ত অমস্থুং নির্গুণ ভক্ত, মওঙ-নাইবা লাই অমদা থন্নায় কৎলবা ভক্ত অমস্থুং মওঙ-লাক্তবদা থন্নায় কৎলবা ভক্ত। ভক্তশিংগী লক্তা, আর্ত (অৱাবা তারবশিং), অর্থার্থী (লাইৱবশিং) অমস্থুং জিজ্ঞাসু (থিজ্জল্লিবশিং) লোয়নমক্না ঈশ্বরগী মিংনাইবা অমস্থুং শক্লাইবা মতাশিং অহুগী মরমদা খোয়রাওই। অফবা থবক খুদিঙমক্কীদমক্তা য়েৎ-থঙবা খোঙ হান্না থাংবা হেকমক্কুম্না য়েৎথংবা খোঙ নির্গুণ ভক্তি অহু মুক্তি ফংনবগীদমক্তা শীজন্নগদবনি। মহুনা "পুমফককরবা" হায়বহুনি। হায়বদি, মওঙ-নাইদবা অথোইবা ঈশ্বরহুগী সাধনা থক্তনা ডালহনবগী পরীঙ পী। য়েংলিবা মীৎয়েং অনীমক কান্নবা লৈ অমস্থুং হুন্দোক্লঙাই ওইদে। কনাগুম্বা অমনা কৱম্না খোঙ (-পাক) নামনা মন্নুঙদা অহুগা অতোপ্পহুনা মপান্দা কয়াম কুইনা থম্বা ঙমগদগে? মৱম

অহুনা সগুণ ভক্তিবু সাধনা ওইহনগনি অহুগা নির্গুণ ভক্তিবনা য়োগদো-রিবা পম্বংতু ওইনগনি ।

জগৎ অপূনবা অসি ঈশ্বর ওইনা. বিশ্ব পুম্বসি বিশ্বেশ্বর ওইনা নহাক্না উগেস্লু ওমই, নত্রগা নহাক্না বিশ্ব অনস্লুং বিশ্বেশ্বর অনীসি তোঙান-তোঙানব-নি অমস্লুং খেন্নবনি হায়না উগেস্লু ওমই । তৌইগুম্বস্লুং অনীমকসি অক্কানি । নহাক্না ফি অদু অনাইবা লংলা ওইনা উবা য়াই নত্রগা নহাক্না অনাইবা অমস্লুং ফি অনী অসি তোঙান-তোঙানবা পোৎশকশিংনি হায়না উবা য়াই । অদুবু, মদু নহাক্না খণ্ডববু ওইরবস্লু নত্রগা খণ্ডদববু ওইরবস্লু, অনাইবা লংলা ফিনি ; ফি অনাইবা লংলানি ।

অনাইবা লংলা অমস্লুং ফবু খেন্নবনি হায়না উবা অসিদি সগুণ উপাসনা, ঈশ্বরবু মচৎ ( খুদম ) অমা নাইংন্দুনা লাৎপা হায়বা অদুনি । অনাইবা লংলা ফিদা য়াওরে অদুগা ফি হায়বদুনা অনাইবা লংলা মম্রাম পুনশিনবনি অমস্লুং অনী অহ চপ মান্নে হায়না উবা অদুনা নির্গুণগী মশকপু লাৎপা হায়বা অদুনি ।

হায়রীবা ভক্তি অসিদি কবিগুম্বা মফম অমদগী পুশিল্লকপা ওম্বা করিগুম্বা পোৎশক অমা নত্তে ; মসিদি কনাগুম্বা অমনা পীবিগদবা করিগুম্বা পোৎশক অমা নত্তে । মসিদি লৈপাক্তগী তৌরক্তে নত্রগা নোংদোন-অতিয়াদগী তারকপা নত্তে । মদু কনাগুম্বা অমগী মশামক্তগী ঈযুৎ কাপথৎলকপনি, মদু ঈশ্বরগী মফমদা ওইজব থাদুনা য়ান্নবনি । য়ান্নবদু, মীওইবদা ভুঙদুনা লৈরিবা মুংশিনদু, অফাংবা খোংলমশিংদা ইঙাও-ঙাওনা চেলহল্লোইদবনি ; মদুদি ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা পলহন্দবমখৈ চেনগদবনি, মদুদগীদি মদু ভক্তি ওইরে । মসিগী মুংশিবা অসি থৱায়-পানবা খুদিঙমক্তা

লৈ ; উচেকশিং অমসুং শাশিং, তীন-কাঙশিং অমসুং তীম্ন্রোকনচিংবশিং ......ঙম্নমক, মখোয় খুদিঙমক্কা চুনজবা লমদু য়োনা মখোয়বু পুক্লীং রাখল পোক্লবা থোৌজনবা অমসুং মখোয়বু মুংঙাই-পেলহনবা মুংশিবা হায়বদু লৈ। শম্না হায়রবদা, পুন্সী হায়বা অসি মুংশিবনি; মুংশিবা হায়বা অসি পুন্সীনি।

হিংলিবা কাওলূপ পুম্নমক্কী শাখা অমমম্ন মচা-মশুগী, মমা-মপাগী, হকচাঙদা মুংঙাইবশিংগী অমসুং খুদোংথীবা ঙাক্লবশিংগী, শাখা অতুগী চান থক্লবগী, মতুগী হবাও তয়াম অমসুং শিলা-ফলাশিংগী কাদা মথল-মথেঙ নাইবা মুংশিবা ( অপাম্বা ) লৈনৈ। মুংশিবা নত্রগা পামসনবা মথলশিং অসিগী অমমম্না মতুবু পোৎচৈশিংদা ফাজিন-পুনশিনবগী চা-নবা তশেংবা মমিং অমমম লৈ। মতু মচা-মশুশিংগ কা-রোমদা ওইরগনা মচা-মশু মুংশিবা কোই ; মবাম্নবক ইফৎ-ফঙবা মীশিংগী মায়কৈরোমদা ওইরগনা মতু রাবিযা কৌই ; মরেং-মমাম্নবশিংগী মায়কৈরোমদা চৎলগনা লোয়ন-তিন্নবা কৌই ; থাংদোক-থাংজিন য়াবা মাল-চাং নত্রগা মফমশিংদা লাক্লগনা অপাম্বা কৌই ; ফীভম খরদনা শুম্মাংয়াহ ওই, অতৈশিংদনা মরূপ-মপাং ওইবগী মশো কৌই। মতুবু অহল-নাম্মনশিং অমসুং ওজা-গুরুশিং অতুগা ইমা-ইপাশিংগী কা রোমদা পাংনগনা য়াম্না কিনা অমসুং লুনা নীংবা, নোাকপা অসিনচিংবা কৌয়ফই।

ভৌইগুম্বসুং ভক্তি হায়বসিদি ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা মায়ওনশিনবা মুংশিবগা মরী লৈনবথক্তদা শীজন্নবা রাতৈ অমনি। মসিগী মুংশিবা অসি মায়কৈ কযা অমসুং থুংকম কযা পাংনা চেনবা ঈখায় মচা ময়াম অমদা থাইতুনা চেলহনগ্রবা মতমদা, মতুনা অৱাবথক্তা থোকহল্লি, মরমদি মতুনা মীৎকুপ অতুগী ঙাইহাক্তং লৈরম্বা পোৎশিংদা নপ্লুই।

মতুগী মহুত্তা. মুংশিবা অতু ঈশ্বরগী থৌজালগী মহাসাগরদা চুমত্রিং অতম্না চেলহল্লু— মসিনি ভক্তি হায়না কৌনবা সাধনা অমু। করিগী সংসারগী থুমহি চেনবা পাথী-কোমথীদা পূল্লীবু মাঙহল্লিবা ? থৌজালগী পাক-চাউরবা মহাসাগর অতুদা তারুনবা হেন্নতুম কন্না হোংনৌ। মকমতুদা নহাক্লা নহাক নশামকপু তশেংনা খঙগনি ; নহাক্লা সং-চিং-আনন্দ কংগনি। মতুগী অয়োবী মতৌতু কয়াদা মগুণ লৈগ্রবা ; আনন্দ হায়বা মুংঙাইবা অয়োবীতুনা কয়াগী মতিক থনগ্রবা !

গোপীকাশিংনা কন্না হোংনখি অতুগা সাধনা অসিদা মায়-পাকখি। গোপীকাশিংতুগী মীংকৃপ খুদিঙ, ফীভম খুদিঙমক্তা, রাখল, রাহৈ অমমুং থবক খুদিঙ শ্রী কৃষ্ণগী খুয়া-থম্বালদা কখোকখি। মরম অতুননি গোপীকাশিংবু যোগীশিংনি হায়না মিঙ্গৌনরিবসি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণ মশামক্তা গোপীশিংবু যোগীশিং হায়না মিঙ্গৌনবা মতমদা, মখোয়না কংগ্রিবা লাইনীং-সাধনা অতুগী অয়াংবা অতু নহাক্লা ওন্দুনা চাওতম্বা ওমগনি।

---

"ঈশ্বরবু মতম অমদি মফম খুদিংদা নিংশিংউ। তৌরিবা থবক খুদিং ঈশ্বরদা কংথোকউ। ঙাংথোরকৃইবা, তৌথোরকপা খুদিং ঈশ্বরগী ওইহল্লু।"

বাবা

# তাঙ্কক ২২

কৃষ্ণনা পাউখুমশিংদা য়ুক্ষম ওইরগা, অর্জুন-না রাহং মখা হংখরম্মী। "ইবুংঙো নহাক্না ঈশ্বরগী সগুণ মতৌদা থরায়-কৎলবা ভক্ত অমুগী মচং-মরাংশিংবু শুগায়না মশক তাকপীখি। অসিগুম্বা লৈক্ষনাশিং চেনবা মীশিংদি যোগীশিংনি হায়না ইবুংঙো নহাক্না তাকপীখি। পূম্নমক অসি ঐনা খঙজনকপসি ঐহাক থাঙ্গৎশেংনমক মুংঙাইজে। অদুবু সগুণদা থরায়-লুপ্পশিংগী ওইবা তোপ-তোপ্পা মচং-মওঙশিং লৈবগুম্না, মশাগী-চেন্নরকপা-মওঙ-নাইদবা ঈশ্বরগী, নির্গুণগী ফীভম অদুগী মরমদা থরায়-লুপ্পশিং—মখোয়শিংসু মখোয়বু খঙহনবা ওম্বা তোপ-তোপ্পা মচং-মওঙশিং শোয়দনা লৈগনি, মদু নত্তরা? মখোয়দুগী মরমদা চানবীদুনা ঐঙোন্দা তাকপীয়ু; ঐনা খঙজনীংই।"

মসিদা, মুংশি-শক্তম পুবা নন্দকুমারনা পাউখুম পীরম্মী, "অর্জুন। নির্গুণ শক্লোন্দা থরায়-কৎলবা ভক্তশিংনা মখোয়গী ইন্দ্রিয়শিংবু মপূংফানা লাকশিনবা ওম্বা আনগদবনি। মথংদা, মখোয়বু থোক্লক থোক্লকপা ফীভম মতাংশিংনা শোকহল্লোইদবনি। অদুমগুম্না, মখোয়না অরাবা-তাবা অভোম্বা মীশিংগী সেবাদা লৈগদবনি। অসিগুম্বা মতৌশিং অসিনা মাঙ-তাকপা নাইদবা মশক, 'অ ক্ষর' হায়বদুগী উপাসকশিংগী লৈখোল অদু ওইগদবনি।

মরম অদুনা, পাঠকশিংনা (লাইব্রিক পাবা মীশিংনা) ঈশ্বরগী সগুণ অমসুং নির্গুণ নত্রগা অ-ক্ষর শক্লোন্দা থরায়-কৎলবা ভক্তশিংদুগী লৈক্ষনা-শিংদু লোয়না চপ-মান্নে হায়না লেপ্পা য়াই। কৃষ্ণগী পাউখুম অসিদা

অর্জ্জুন হয়াওবনা থুন্দ্মাংলম্মী। মহাক্না মুংঙাইবনা খংলাউ লাউরম্মী, "ঐহাক হৌজিক য়াকম অসি ময়েক শেংনা খঙলে। অদুবু মতৌ করম্না ঐনা পরীঙ নাইনা থবক মখা চথবা তাবগে, মতৌ করম্না ঈশ্বরগী থৌজাল ফংনবগীদমক ঐনা থবক তৌবা তাবগে হায়বদু ইবুংঙোনা ঐঙোন্দা তাকপীবা পামজে।" অদুগা কৃষ্ণগী খোঙদা তুরম্মী। নারায়ণনা মহাক্বু (অর্জ্জুনবু) হৌগৎপীরম্মী অদুগা মঙোন্দা মসি হায়রম্মী, "অর্জ্জুন। নহাক হৌজিক মখোয়সিগী মরক্তগী অমগী লৈঙ্কনাশিং ফংলুবগী দরকার লৈতে। মখোয় অসি তরাইনা ফংবা য়াবগী মগুঙদা লৈতে। অনাসিদগী হেন্না লায়বা লম্বী অমা ঐ নঙোন্দা হায়গে। মদুগী লম্বী অদুনা ঐগী থৌজাল নঙোন্দা শোয়দনমক ফংহনগনি।

"মসিনি মদুগী লম্বী অদু: নহাক্কী পুক্নীং অমসুং বুদ্ধি ঐঙোন্দা কীভম চেংনা থম্মু। নহাক্না মসি পাঙথোকপা ঙমদ্রবদি অদুগা মদু লুনা থোক্লবদি, নহাক্কী অহঙ্কার থাদোকউ অদুগা লীৎ ফজবা অমসুং পুণ্য-চেনবা থবক-ইনখাঙশিং তৌথো। মসিফাওবা লুমল্লবদি, নহাক্কী থবক পুম্নমক্কী ফলশিং ভাদুদা পামসনরা থাদোকউ; মখোয়শিং অদু 'কৃষ্ণ-অর্পনম' ওইনা ঐঙোন্দা কথোকউ। নহাক্কী থবকশিং ঐঙোন্দা কথোকপা হায়বা অসি চীন্দদা কথোকপা অমা ওইরোইদবনি। য়াঙাঙনা, থবক্না অমসুং য়াখন্না, মখোয়না হায়নরিবা 'মন বাক-কর্ম্ম' হায়বদু ওইনা কৎপদু শোয়দনবা চেকশিল্লু।

"মসিফাওবা নহাক্না ঙম্বগী য়াংমদা লৈ হায়না নহাক্না থম্মোয়দা ফাওরবরা? অদু ওইরবদি নহাকপু মতুংদা ওইরকদবা মুংঙাইতবা ফল অদু খঙহনগে।" মসিমখৈ হায়রম্লগা মতুংদা কৃষ্ণনা ঙাইহাক্তং তুমিন্না ফমথখি।

মসি খণ্ডজিল্ল। ঈশ্বরগী মথৌজালবু য়াম্না পামজবা মী অদুনা মহাক্কী পুক্নীংগী মাওদা থবক অদু থমগদবনি অদুগা মদুগী ফলদুদি, কান্নগদবা নত্রগা কান্নরোইদবা ওইরবস্ু, পুক্নীংগী মাওদা থম্লাই। জ্ঞান-না অভ্যাসতগী মথক থোংই, ধ্যান-না জ্ঞান-দগী মথক থোংই, অদুগা নহাক্কী থবকশিংগী মহৈ ঃ শিংদা য়ান্নবা থাদোকপনা ধ্যানদগী মথক থোংই হায়না গোপালনা কব্রিগী হায়রম্লিবনো হায়বত্ত মতনি। অসিগুম্বা থবকশিংগী মহৈ ঃ য়ান্নদবা অসিনা শান্তি পীগনি হায়বসি কৃষ্ণনা হায়রম্মী।

"ভক্তি অমসুং 'দ্বেষ' হায়বা অনী অসি মৈ অমসুং ঈশিংগুম্বনি, ভক্তি ( মুংশিবা ) অমসুং তুক্কচবা পুন্না লৈমিন্নবা ঙম্লোই। এরাবা অমসুং মুঙাইবা, মুংশিবা অমসুং য়েংনীংদবা ( পামদবা ), অকবা অমসুং ফত্তবা অনী অনী অসিগী মরক্তা খেন্নবা অমত্তা লৈতে হায়না থম্মোয়দা ফাওব্রিবা মখোয়শিং অদু এৈনা মুংশি। তুক্কচবা হায়বা অসিনা, ওইনীংবা মঙঙ ওইজরবস্ু, মদুগী চাং অদু ফনমক হন্থরবস্ু, থম্মোয়মুংদা তুংদুনা লৈরবদি, মদুগী মী অদু ভক্ত ওইবা ঙম্লোই। পুম্নমকসি বসুদেবনি, 'বাসুদেব সর্বম ইদম' হায়বসি ভক্ততুবু ভাব তাহনগদবনি। হায়বদি, কনাগুম্বা অমগী মশামক্কী আত্মাদি মফম খুদিংমক্তা পোৎ খুদিঙমক্কী মনুঙদা লৈ; মসিগী অচুম্বা অসি ময়েক-শেংনা খঙগদবনি, মদুদ থবক তৌগদবনি অদুগা মশামক্তা থেংনদুনা খঙগদবনি। অতোপ্পা কনাগুম্বা অমবু তুক্কচবা হায়বা অসি মশামকপু তুক্কচজবনি; অতোপ্পবু উচ্ছিৎ-থওদ্দবা হায়বা অসি মশামকপু উচ্ছিৎ-থওইজদবা নত্তনা অতৈ অমা নত্তে; অতোপ্পগী মরাল থিনা হায়বা অসি মশামক্কী মরাল থিজবনি," হায়না কৃষ্ণনা মথা তারম্মী।

রাফম অসিদা অপাবা মীশিংবু (পাঠকশিংবু) চিংনবা অমনা ব ইংচিলহনবা য়াই। অতোপ্পবু তুক্কচবা নত্রগা উসিত্তবা হায়বদু য়াওদবথক্তনা কনাগুম্বা

অমবু "বসুদেব সর্বম্মিদম" হায়বসি চুপ্মি হায়বত্নগী মপুংওইবা জ্ঞান অমু য়াংহন্দবা ওমত্র। ? নত্তে, । তুকচবনচিংবা য়াওদবথক্তনা 'মুং-দা লৈবা মশক্তুবু' খঙহনবা, অমসুং মহাকপু খঙবগী আনন্দ অত্থুবু সোয়হন্দবা ওমদে। মত্থুনা ভগবানগী কৃপাত্থবু কংহল্লোই।

মহৈঃ মরোংগী ইংথোল কোইরিবা ভারতকী লৌউবা অত্থুগী থবক অত্থুনা মসিগী মতিক-চাবা খুদম অমনি ; নহাক্না মসিদা পুক্নীং চঙলবদি, অচুম্বত্থু খঙগনি অত্থুগা চিংনবশিং মাঙখিগনি। ইংথোল ( লৌকম ) অমদা পাম্বী মক হুন্দ্রিডৈগী মমাঙদা, ভারতকী লৌউবা মী অত্থুনা থারুদনা পঙহো হৌরম্বা নাপী-শিংবী, মোংশোং, চাউজন-থীবা অপীকপা পাম্বী, অতোম্বা অপীকপা অহোবা পোৎশিং লৌথোকই। অত্থুবু মত্থুথক্নদি লৌরোক অত্থু ভাল্লিবা পান্দম য়োনবগী চপ-চানা মতিক ওইত্রি। থাকম অত্থু খোইদোকপা অমসুং ফৈদোম নাইহনবা তাই, ঈশিং পীখিবা অমসুং মক্ক হুনবা মাহমবা তাই ; অত্থুগা মত্থুদগীদি হৌবা হৌরক্লিবশিং অত্থু য়োকথৎপা তাই অমসুং মহৈমরোং অত্থুনা মুন্দ্রিফাওবা অত্থুগা লোকপা অমসুং পুক্কৈদা পৈশিনবা য়াদ্রিফাওবা মপুংৎমরৈ ফানবা শেমত্থুনা শঙবা তাই।

অত্থুগা মাম্বনা, সুংশি-চানবা, তুকচবা, কল্লকপা, চাউখোকপা অশিন চিংবগী তিংথং-পানবা মোংশোংশিং অত্থু থম্মোয়-কোন্দগী মক্ক কংনা মাঙহনখিবা তাই, অত্থুগা "অফবা থবকশিং"গী পাম্বেনা লৌকম অত্থু খোইদোকপা তাই। মত্থুদগী আনন্দগী চারাশিং অত্থু মমুত্থুদা থাবা তাই ; হৌরক্লিবা মহৈ : মরোং অত্থুবু থরায়-য়াওনা থকশিখাশি অমসুং 'শ্রদ্ধা' না য়োকথৎপা তাই ; মমৈথংদদি, হোৎনবা পূম্নমক অসিগী ফল অমা ওইনা, আনন্দগী চাথোক অত্থুনা কনাগুম্বা অমগী পূক্কৈবু থলহনগনি।

থম্মোয়ত্থুদগী তুকচবা হায়বা অত্থুবু লৌথোকখিবথক্না আনন্দবু শোক্তনা কংহনবা হায়বত্থু ওইরোই। সুংশিবা হায়বত্থুসু হৌনবা থাবা তাই।

হায়বদি, তুক্কচবা হাবেংঙু, অদুগা মুংশিবা লিংঙু। তুক্কচবা লৈতবনা ভক্তিবু শোয়দনা ফংহল্লবদি, চীং-মচা অমসুং ককচেং মহুমগী পুং, উ-পাম্বী অমসুং অনৌবা পাম্বীগী ময়োল লৈখোম অমসুং অরাংবা-চীং—মখোয়শিং অসিনা করিবু/কনাবু তুক্কচবগে? মখোয়দা তুক্কচবশিং লৈতে। মরমদুখক্তী-দমক, ঐখোয়না মখোয় পুম্নমক্তা ভক্তিবু মমিং ওইনা হেক থোনজনগদ্রা? ঐখোয়না থোনজন্দে মরমদি মতুংদা নে কুমাই ওইগনি। ভক্তনা অহানবদা তুক্কচন্দগী নীংতমগদবনি অদুগা মুংশিন্দনা পীক থনগদবনি। হায়রিবদুদা নত্তনা, মহাক্কী মুংশিবা অসিমক অর এনা নংলবা মীশিং অমসুং থরায়-রায়বশিংগী সেবা ওইনা ফোংদোকদবনি,—গোপালনা লাউথোক্লম্মী।

অর্জুননা পুম্নমকসি য়াম্না পুক্নীং চঙবগা লোয়ননা ভারম্মী। অদুদগীদি মহাক্না হংজরম্মী, "কৃষ্ণ! মখোয় অহুমসিনা চপ-চানা ওক্লব্রা? নত্রগা অতোপ্পা হেন্নমুক ইনগদবা অমসুং অভ্যাস ভৌগদবা লৈরিব্রা? চানবীদুনা ঐঙোন্দা হায়বিয়ু।" কৃষ্ণনা পাউথুনা পীরম্মী, "চুম্নগী পাম্বী-চারাশিং থাবথক্লদি ওক্তি, লৌবুক অদু ঈশিং পীশনবা তাই অমসুং হার হাপ্তুনা লৈহাও চেলহনবা তাই। তুক্কচবা লৈন্দ্রবা অদুগা মুংশিবা পাম্বী থাজনবা হায়বদুনা অহানবা থাক্তুখক্তা পাঙথোকই (য়ৌই)। পাম্বীগী অনৌবা ময়োলশিং হেক চোংথৎপা উরকপগা 'নির্মমকার' মপু ওইবগী মতৌ লৈতবা। অমসুং 'নিরহঙ্কার' (ঐ মপাইগী হায়বা রাখল=অহংকার লৈতবা) হায়বা থবক্তী পরীঙ অনীদু ইনবা তাই। মখোয়দু ঈশিং পীশনবা অমসুং হার হাপ্তুনা লৈবাক লৈহাও চেলহনবগুম্বনি। মখোয় অনীসি আনন্দবু মায়পাক্না লোক্লবগীদমক্তদি মরু ওই।

"হায়বদি, নহাক্না 'ঐগী' অমসুং 'ঐ' হায়বদুগী পুক্নীং-ঈরাংশিংদগী নশামকপু নাম্থোকহনবা তাবনি। মখোয়দি খেন্নবা নত্তে, অহানবদুনা অনীশুবদুদগী চোংথৎলকই অদুগা অনীমক য়াম্না মরু ওইরিবা অচুম্বদু

খঙদবা হায়বা অ-জ্ঞানদগী পোক্লকপনি। মরমদি, অ-জ্ঞানদগী অমুক্তং নাম্থোকখিবদা, 'ঐ' অমসুং 'ঐগী' হায়বা রাখল অদুনা অরাবা পীরক্লোই, মঙোন্দা মখোয়গী মফম অমত্তা লৈতে। মরমসিদগী ভক্তিবু কন্না পামজরিবা মীশক অদুনা 'সততম সমতুষ্টি', মতম পুম্বদা পেন্নাইবা হায়বদু ওইগদবনি হায়না নিয়ম ওইনা থম্লম্মী। মসিনা করি তাক্লিবা? মসিনা, হকচাঙ ফবা নত্রগা হকচাঙ ঙমদব', মাঙবা নত্রগা অতোংবা, অরাবা নত্রগা মুংঙাইবা, ফীভমশিং পুম্নমক্তা পেন্নাইববু খঙহল্লি। কনাগুম্বা অমগী নীংবা থুংগে থুংউ নত্রগা থুংলোই তোকউ, পুক্নীং অদুদি পুক্নীং-লৈতাবা অমসুং খল-চানা লৈবা-মতৌ মাঙফদে।

"পুক্নীংনা মশাগীদমক্তা শেমজক্লিবা লম্বী অদুদা অপনবা খজিক্তংদং থোক্লকপদা খল মাঙই। মসি অসুক্কী মতিক চেংখিদ্রে। করিগী, কোফি-কপ অদু মতম চানা পীরক্লবদি, চয়োল অমদা ফিল্ম অনী-অনী য়েংহৌদ্রবদি, অযুক অমসুং নুমিদাং অনীমক্তা মতম শাংনা-শাংনা রেডিও মমাঙদা লৈতানা ফম্বা ঙমহৌদ্রবদি (রেডিও তাহৌদ্রবদি), অসিগুম্বা করিশু-লৈতবশিং অসিবু ফংহৌদ্রবদি নত্রগা ফংবদা অপনবা পীখ্রবদি, নহাক পেন্দবনা নুংশুক মুংজানবা পোকই। 'সমতুষ্টি' হাযবসি অনীংবা অমা ফংবা নত্রগা ফংদবনা, থৌদো অমা থোকপনা নত্রগা থোক্তবনা কায়হন্দবা পুক্নীংগী ফীভম অদুবুনি ; পুক্নীং অদু লাঙদবা ওইগদবনি, খোয়রাঙবা নত্রগা নীংবা কাযবা য়াওরোইদবনি।

অর্জ্জুন-না অদুগী তুংদা হংজরম্মী, "হে পুম্নমক্কী মপু ইবুংঙো নহাক্না তোয়না প্রকৃতি অমসুং পুরুষ হায়না পন্দুনা ঙাঙই। ঐনা প্রকৃতি হায়বসি চপ-চানা করিনো, মদুগী মচং-মরাংনা করিনো, মদুগী লৈখোন্না চপ-চানা করিনো হায়বদু খঙনীংবনা লাঙতক্লে।" মসিগী রাহং অসিদা কৃষ্ণনা অচম্বা লায়না-থঙবা য়াবা মওঙ অমদা পাউখুম পীবিরম্মী, "অর্জ্জুন! প্রকৃতিগী

অতোপ্পা মগিং অমসু লৈ। মতুবু ক্ষেত্রসু কৌই। প্রকৃতি হায়বসিনা 'প্রপঞ্চ' হায়বা পঞ্চভূতনা তাত্নবা শাবা মশক অসিবু খঙনৈ। প্রপঞ্চ নত্রগা 'মহৌশা'দা তোপ-তোপ্পা মশক অনী লৈঃ অমনা থবক তৌদে অতুগা অতোপ্পা অতুনা থবক তৌই (জড় অমসুং চৈতন্য); হায়বদি, অমনা উরিবা মশক্কুনি, অতোপ্পা অমতুনা অয়েংবতুনি; অখঙবা অতুনা 'অহম'নি, খঙলিবা মশক অতুনা 'ইদম'নি, 'ঐ' অমসুং 'মসি' হায়বতুনি।

প্রকৃতি নত্রগা মহৌশা হায়বা অসিদি পোত্তা যাওই হায়বা গুণশিং নত্রগা মতৌ মবাংশিং তিন্সয়বগী অথোকপা ফল অতুনি। গুণশিং অতু, তমঃ (সেবান্না থাজবা), রজঃ (মবাবা) অমসুং সত্ত্ব (মুংঙাইবা) হায়বশিংসি প্রকৃতিদা যাওবি হায়বা গুণশিং অতুনি। মহৌশা হায়বা অসিদি গুণশিং অসিগী ওথোক-ওনসিন তৌতুনা শীন্দোকপা অমসুং পুনসিলহনবা হায়বা অতুখওনি। অসুম্না থবক তৌরিবা মী অমসুং মহৈঃ চাবা ম, 'কর্তৃত্ব' অমসুং 'ভোক্তৃত্ব'গী গুণশিংসু ওই।

অর্জুন-না মহাক্কী বাহংশিং মথা চখগে হায়না নীংই। মরম অতুনা কৃষ্ণনা হায়বম্মী, "ঐগী ৱাংশিববা ইনেতোনগী মচা। নহাক্কা অমুক হন্না ৱাহং হংনীংবনা লাওতক্লরি?" খুদোংচাবা তাপ্পা অতু লৌরগা, অর্জুন-না মহাক্কী ৱাহং পুশন্নকখি, "কৃষ্ণ! নংনা প্রকৃতি-তত্ত্ব নত্রগা প্রকৃতিগী ৱারম মুংনম শুগায়না তাকখ্রে। চৌজিক, পুরুষ হায়বা অসিনা করি হায়বীবনো হায়বতু ঐনা যাম্না খঙনীংই - মতুগী মতৌ মবাংনা করিনো, মতুগী লৈখোলনা করি না?"

অর্জুন!" কৃষ্ণনা হায়বম্মী, 'নহাক্কা মতু পুরুষ নত্রগা ক্ষেত্রজ্ঞ নত্রগা জ্ঞেয় কৌবু কৌরবসু, মতু অম্মা ওই। ক্ষেত্রজ্ঞ হায়বা অসি ক্ষেত্র নত্রগা লৌবুকপু খঙইবা অতুনি জ্ঞেয়দি খঙগবা অতুমনি। পুরুষনা জীবতুনি অতুগা প্রকৃতিনা দেহ নত্রগা হকচাঙতুনি। হকচাঙনা ফিজেংনবা অতু পুরুষ হায়বা

হকচাঙবু খঙলিবা মশক্তুনি। দেহ নত্রগ হকচাঙগী মমিং মশীঙ কয়ামুক লৈ, খুদিঙমক মরুওইবা অর্থ অমমম লৈবা। মতু 'শরীর' কৌই, মরমদি মতু মৈনা তুম-না চাকথোকপা নাই। জীব হায়বতু হকচাঙবু থৌরিবা ( থবক তৌহল্লিবা ) অমসুং হকচাঙগী লোম্বা নাইবশিংবু খঙলকইবা অতুবুনি।"

অর্জুনদো পাউথুম অসিদা 'চংনা'না লেপ্পা নাইদবমথৈ অসুম নৈরম্মী অতুগা মরম অসিনা অতৈ রাক্ক পাবে অমা মহাক্না হৌরক্লম্মী "কৃষ্ণ, মতৌ করম্না তুমবা অমসুং মাঙখিবা নাইদ হকচাঙ অসিবু ক্ষেত্র নত্রগা লৌবুক হায়না কৌখ্রিবনো ?" অর্জুনদি থাঙ্গৈশেংনমক হৈশিংবা অতাবা মী অমনি। কৃষ্ণনা ফনা য়াম্না খাঙবকনবা অমগা লোয়ননা মঙোন্দা পাউথুম পীরম্মী।

কৃষ্ণনা পাউথুম্বীরম্মী, "মখল-মখাগী কান্নবা থবক ইনখাঙশিংবু নোম-লীক্নুনা অফবা মহৈঃ ফংব ওম্মীবসি হকচাঙ অসিগী মপাননি ; হকচাঙ অতুনা জ্ঞান নত্রগা বিশ্বগী ওইবা মীৎয়েং তান-নবগী রথনি ; নহাকপু মুক্তিমক্কী মাযকৈদা লমজিংলিবা অতু হকচাঙননি। মতু অসিগুম্বা অৱাংবা পুক্নীং চাউখৎলোনগী গোদামনি মতুগা মরমতুনা মতুবু ক্ষেত্র হায়না কৌই। ক্ষেত্র হাযবা অসি লানগী হক্কন-যবীং অনবু খঙনৈ, মরমদি মতুনা জীবী অতুবু অশোক- অপনদনা ঙাকথোকই অমসুং কল্লি। রাহৈসিগী অতোপ্পা অর্থ, খম্বনঙাই রাফম্না পীক থল্লবা অর্থ অমদি 'লৌবুক' হায়বনি। লৌবুক্তা হুল্লি হুল্লিবা মক খুদিঙমক নত্রগা লিংলিবা চান্না খুদিঙমকসে, মতুগী মহৈ: লোকপদি হুল্লিবা মক নত্রগা লিংলিবা চাবা অতুগী মওঙ অমসুং অফ-ফত্ত মগুণগী মখা পোল্লি। হকচাঙ হায়বতুনা লৌবুক হায়ব-হুনি ; জীবী হায়বতুনা লৌবুকপু অমসুং মহৈ: মবোং অতুবু ঙাক-শেন্নবগী

মশক ওইবা 'ক্ষেত্রপালক' হায়বনি। অক-মহৈ:-চেনবা থবকশিংগী মরম হুল্লগনা, কনাগুম্বা অমনা হরাওবা অমসুং নুংঙাইবগী মহৈ: লোকই। পাপকী মরমশিং হুল্লগা, কনাগুম্বা অমনা অরা-অনা অমসুং খোয়রাওবগী লৌরোক লোকই। জ্ঞানগী মরমশিং হুল্লগা, কনাগুম্বা অমনা মোক্ষগী নত্রগা পোকপা অমসুং শিবগী য়োহিংদগী নাম্বোকপা হায়বদুগী মহৈ: মরোং পুকৈদা পৈশল্লি।

"ভারতকী লৌমীনা মাগী লৌবুক্কুগী লৈখোল অমসুং কায়দাশিং খঙবা অদুগুম্না, ক্ষেত্রজ্ঞ নত্রগা জীবী অদুনা মহাকী হকচাঙগী লৈখোল অমসুং মগুণশিং অদু শোয়দনা খঙকম থোকই। ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ অনীগী মরক্তা খেন্নবা হায়বতবু 'জ্ঞ' হায়বা খোল্লৈ-খোম্থোক অদুনি। মদুনা, খঙইবা মহাক, অখঙবা মহাক্কুবু খঙনৈ। মরম অদুনা লৌবুক্কুবু নত্রগা হকচাঙবু, মদুগী অকবশিং অমসুং অরাংপশিংবু খঙলিবা মহাক, মহাক ক্ষেত্রজ্ঞ হায়বনি। অসিগুম্বা জ্ঞান চেন্নবা অদুদি, উতুপকুম লেঙখোংনীংদবা তাদুনা লৈবা পোংচাক ওইবা পোংশক অদুনি— মদু ক্ষেত্র হায়বনি।"

"কৃষ্ণ!" অর্জ্জুন-না হংজরম্মী, "অসিগুম্বা থাঙ্গৈশেংনা লৈবা পোংশক অনী: ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ অসিবু করি করি খুদোংচাবা কংনবগী খঙউগদৌরিবনো?" কৃষ্ণনা নোক্লম্মী। ইবুংঙো মহাক্না হায়রম্মী, "হংবদা কয়াদা পঙবা রাহং অমা ওইরিবা? ক্ষেত্রজ্ঞগী লৈখোল খঙনবা থিজিন-হুমজিল্লগা অমসুং খঙলগা, কনাগুম্বা অমগী অরাবা কোকই। ক্ষেত্রজ্ঞগী লৈখোল খঙলগা, আনন্দ নত্রগা মতম পুম্বগী ওইবা নুংঙাইবা অয়েৌবী হায়বদু কংই। আনন্দ অসিবু মোক্ষ হায়নসু মিংথোল্লি।

অদুগী তুংদা কৃষ্ণ তুমিল্লা হঞ্জিনখি। ভৌইগুম্বসুং খোইগংপা অমসুং তাথবা পুক্নীং-লীচিং অনীগী মরক্তা থেংনরিবা লানকম্মদুদা মী ওইবা ঙম্নমক্তা

মীহুৎ শক্লিবা অর্জ্জুন-না ইবুংঙো মহাক্পু কক-কক থিন্দুনা মখা হংখরম্মী। "কৃষ্ণ! 'অরাবনা মাঙতাকপা' অমসুং 'আনন্দ ফংবা' হায়বা অনী অসি কনান। থেংনবনো? মতু জীবী অতুরা নত্রগা দেহ (হকচাঙ) অতুরা? চানবীত্তুনা মচা খায়বিয়ু।"

কৃষ্ণনা পাউখুম্বীরম্মী, "অর্জ্জুন! ক্ষেত্র নত্রগা হকচাঙদি তমঃ, রজঃ অমসুং সত্ব হায়বা গুণশিং নত্রগা মতুগা লোয়নবা খঙন-খুদমশিংগা লোয়নৈ; মতৌ অতুম্না জীবী অতুনা, মতুনা হকচাঙগা পকসিন্নরকপা মতমদা অতুগা মশামক্তু হকচাঙতু ওইনা তাক্লকপা মতমদা গুণশিং অতুগী ফল ওইরিবা অরাবা অমসুং নুংঙাইবতু চাই (ফংই) হায়না লৌই। পুরুষ নত্রগা ক্ষেত্রজ্ঞদি গুণশিংগা মরী অমত্তা লৈনদে; মহাক্তী সাক্ষী অমা ওইবখক্তনি। যোৎনা মৈগা শম্নবা মতমদা, অতুদগীদি মতুনা (য়োৎনা) পোকহনবগী শক্তি লৈরকই; তৌইগুম্নসুং পোকহল্লিবতু য়োৎনা নত্তে, মতু মৈ অতুননি। প্রকৃতিগা শোক-শম্নরগা, পুরুষনা অতৌবা মী নত্রগা চারিবা মী (ভোক্তা) ওইনা মশক উৎলকই।

"মরম অতুনা, গুণশিংগী গাড়ী (রথ) ওইবা হকচাঙ অতুবু জীবী অতুনা কাঙদোংঙুবগী রাকম অতুমক্না, মতুনা (জীবীনা) অরাবা অমসুং নুংঙাইবা ফংলিবনি হায়না লৌরকপদি চুমদে। লৈপাক্লা মরূবু চঙহল্লি অমসুং উপাল অমা ওইনা হৌহল্লি নত্রগা মরায়-চাইথহল্লি। অনীসিবু ওইহল্লিবতু লৈপাক্কী গুণ অতুনি। অতুমনমক, 'জীবতত্ত্ব'গী মরূ অতুসু, লৈপাক্কী মচৎ ওইবা হকচাঙগী মনুঙদা হৌরকই অমসুং 'ব্রহ্মতত্ত্ব' ওইনা লৈশাৎ তম্নকই। পাম্বীবু মপাল শাহন্নবগী অমসুং মহৈ: য়ালহন্নবগীদমক হার অমসুং ঈশিং চঙফম থোকপগুম, মীওইবগী থরায়সু আত্মাগী লৌশিং মপাল শাহন্নবগীদমক, 'সত্য', 'শান্ত', 'সম' অমসুং 'দম' চঙফম থোকই।

প্রকৃতিগী লোয়নবা মচংশিং নজগা গুণশিংনা মহুৰু মথল-মথেলগী শক্লোন লৌহল্লি !

"রাফম অসিমগী মতাংদা খল্লু. অহুদগীদি সমস্যা পুম্বা মহু শেংনা উবা ঙমগনি। মতম অমদা মীওইবনা মুংঙাই, অতোপ্পা মতম অমদনা য়াম্না মুংঙাইতবা ওই ; মীংকুপ অমদা মহাক কি অহুগা অতোপ্পা মীংকুপগুনা থোনা কৈ। করিগীনো ? গুণশিংনা মহাকপু অহুম হায়না ওইহনবননি। নত্তে হায়ব্রা, নঙ ? অহু ওইরবদি নহাক্না মতৌ করম্না অওনবশিং ময়ামসি শুগায়না তাকনি ? মথোয়তনা মীওইববু অসিগুম্না মতা অমদগী অতোপ্পা মতা অমদা হোংহনবা ঙমই।

"সত্ত্ব, রজ : অমসুং তম : হায়বা গুণ অহুম অহুবু চপ-মান্নবা খল চানা থম্লবদি, অহুদগীদি মঙোন্দা অওনবা অমত্তা লৈরম্লোই। মসি খক থোক্কে ; মহু হৌজ-খুদিঙদা খল কায়রকই। অমনা হেনগৎলক্লবা অহুগা অতৈশিং অহুনা অহুম ফুদোরক্কনা লৈরবা মতমদা, অহুদগীদি প্রকৃতিনা মহাকপু শক্তম ময়াম লৌহল্লি। গুণ অহুম অহুনা মীওইবা-হৌনশাগী ফীভম অহুমহু শকই। রজ : গুণ হায়বা অসিদি পেন্নাইদবা অপাম্বশিং থোকহনবা অমসুং মীৎনা 'উরিবা' শক্লাইবা পানগী তাইবংগী মুংঙাইবা ফংনীংবগী লাঙতক্লবা পোকহনবা উনপ-লীপুন অহুনি ; মহুনা হকচাঙগী ( মালেমগী ) অমসুং স্বর্গগী ওইবা মুংঙাইববু পাম্বা পোকহল্লি। তম : গুণদি অচুম্বা অওইবা অহু খঙবা ঙমদে, মরম অহুনা মহুনা ঈরায়-লায়না অর্থলান্না লৌই অহুগা অরানববু অচুম্বা ওইনা লৌই। মহুনা মীশিংবু থোওইদবা অমসুং অরানবদা (অশোয়বদা) পুথরকই। মহুনা. থাদোকপগী মহুত্তা, পুল্লি। সত্ত্বগুণনা থবায়-য়াম্না মুংঙাইতবা অমসুং অবাবা থোক-হনবগী মরম অহুবু খুহুম চল্লি ; মীশিংবু অচুম্বা মুংঙাইবা অমসুং হরাওবগী

লম্বী অছু ছুং-ইয়বা থৌগৎলি। ময়ম অহুনা, পুক্লীং কাংদবা অমম্ুং অছুমছুগী মরক্তগী অমতনা শোকহন-পলহন্দবা হায়বসিনা পাপ-হুং-চেন্দবা অশেঙবা মত্তৌ অমম্ুং পুক্লীং-ময়া-চেংপা মতৌগীদমক্তা য়ুক্ষম ওই।

থাওমৈগী মিংসেল উতোং ( চিম্নি) অছু লূ-না লৈহল্লু; মছুগী মঙালছু লংনা ঙানগনি। ময়াং-ময়াংবা মিংসেল হাপ্লু; মছুগী মঙালছু মুসি-মুসিগনি। অময়োমদা, থাওমৈ অছু লৈবাক্কী চক্ু মনুঙদা থাল্লবদি, হায়া থাওমৈ য়াওত্রিনৈদা মরুম্বগুম মময়গনি। থাওমৈ অছুদি মশা অমতনি অছুবু হাপ্লিবা পাত্র অহুনা থাওমৈনা ঙানগদবা অছু কায়হল্লি। সত্বগুণ হায়বসি অঙৌবা মিংসেল চিম্নি ফাওদোক্লুনা শেংনা ঙাল্লিবা থাওমৈ অছুনি; রজঃগুণ হায়বনা মৈঙালবু মমহনবা অমম্ুং ফোঙ-ঙানবা য়াংহনবা ময়াং-ময়াংবা য়াস চিম্নি অছুনি; অছুগা তমঃগুণ হায়বনা মনুঙদগী থাওমৈ অছুবু শুকঙাল-ঙালথোকপা ঙমহন্দবা লৈবাক্কী চক্ুছুনি।

সত্বগুণদি আত্মা-জ্ঞান-নি; রজঃগুণদি, মৈথুনা চিম্নিবু কালি কাহনবগুম অমম্ুং মঙালবু মুসি-মুসিহনবগুম, অছুগা মছুনা থাওমৈছুগী মৈরী অছুবু চুমত্রিং-চুম্না অমম্ুং হাই-হুমদনা কাহনবা য়াদনা ফুৎ-ফুৎম্ু তৌহনবগুম, থরগীমথৈদি কালি কাই। তমঃগুণনা মৈঙালবু নক্রগা মীওইবগী হৌনশামক ওইরিবা জ্ঞানবু নমহৎপা ( মমহনবা ) মওঙছুনি।

---

মখোয়তুদি খণ্ডদবগী ( অপণ্ডবগী ) অমম্বনা লাকথুবি অত্থগা মরম অত্থনা মখোয়না, অচুম্বা হায়বত্থুন্না করিনো অমম্লুং ম্নরানবা হায়বত্থনা করিনো খণ্ডদনা, অমম্বদা কোয়মা মাই ।

মীশক অমবু অফা-অপুন্দগী থাদোক্লিবা ( মুক্তি কংহল্লিবা ) অমম্লুং মহাকপু বিশ্বদা অমতা ওইনা লূপসিনহল্লিবা খ্বাইদগী য়োৌশল্লবা তশেংবা অওইবা অত্থ, গুণ অহুমসিগী মরক্তগী অমনা হেক্তা মীশক অত্থবু খণ্ডহনবগী মতিক চাহন্দে । মী-মশা অত্থনা প্রকৃতিদা য়ুংশন্দুনা লৈবনা, প্রকৃতিবু শেম্বীবা গুণশিং অত্থবু হকথেংনতুনা খণ্ডলবা ওইনা, মহাক্না মশামকপু য়াম্না তবং-তবংনা থাজজে । তৌইগুম্বম্লুং মসিদি মায়াগী মশক অমনি । মায়া অসিবু মাওহম্নবা, ক্ষেত্র নত্রগা প্রকৃতিগী হৌনবী লৈখোল অমম্লুং মতৌ-মম্নাংশিং অত্থবু থি-হুম্বা তণ্ডাইফদ্রবা ওইরকই । তমখৎলকইবা মীশক, সাধক অত্থগীদমক্তদি, জ্ঞান অমম্লুং খণ্ডলিবা মশক্তদা থি-হুম্বা মরু ওই ; তৌইগুম্বম্লুং জ্ঞানী অত্থদি গুণশিং অসিদনা হেম্না পূক্নীং চিংশনবা তাই । খণ্ডলিবা মশক্তুদি তশেংনা ওইরবা অচুম্বা মশক্তুনি, পূম্নমক্কী লাইগী ওইবা মূক্ষমত্থগী মরমদা হকথেংননা খণ্ডলকপা অত্থবুনি ।

অর্জ্জুন-না পূম্নমক অসি পূক্নীং-চঙনা তাব্নম্মী অত্থগা অরোইবদা মানা হংজয়ম্মী, "হে প্রভু ! জ্ঞানী অমনা চেনগদবা হৌন-লমচৎ অফবশিং অত্থ করি করিনো ?" কৃষ্ণনা পাউখূম্নম্মী, "পার্থ ! মহাক্না অফবা গুণ কুন অত্থ মরাং-কাইবা মচাংদা লৈবা তাই । মখোয়শিং অত্থ করি করিনো হায়না নহাক্না হংলকপা য়াই । মখোয়গী মরমদা ঐনা নঙোন্দা হায়গনি । পূক্নীং-চঙনা তা-নবা হোৎনৌ । অত্থবু নহাক্না মখোয়শিং ( অফবা গুণশিং ) অত্থ চেন্নবা মতমদা পম্থং অত্থ য়োৌবা ওমগনি হায়না হেক্তা ৱারেপশনগন্থ । পম্থং অত্থদি অমর ওইবগী ফীভমনি — 'অমৃতত্বম' নি । মত্থদি ব্রহ্মাবু

'সর্বং খল্বিদম ব্রহ্মম' ওইনা খঙলবা 'ব্রহ্মসাক্ষাৎকার' খঙনা য়ৌবা ঙমগনি। খঙবা ( জ্ঞান ) মপুং ফারবা মতমদা, খঙইবা-মী অদু খঙলিবা-মশক অদু ওইরকই।

"মসিগী অয়োবী ফীভম অসিগীদমক্তা, কনাগুম্বা অমবু হৌন-লমচৎ অফবশিংনা শেংদোকপা ত্তাই। অদুদগীদি খঙলিবা-জ্ঞান ওইবা মশক্তু থেংনরকপা ঙম্লকই অদুগা মুয়েক-শেংনা খঙবা য়ায়বদু য়ৌরকই। মরম অদুনা, মসিগী মরমদা হান্না ঐনা নঙোন্দা হায়গনি। হৌন-লমচৎ অফবনা হান্না, মায়পাকপনা কোন্না। কয়াদা ফজবা লম্বী অমনোদো! অহানবদা পুণ্যচেনবা অমসুং ধর্ম্ম চেনবা পুন্সী অমা য়াওদনা ব্রহ্মবু ফংনবা হোংনবা হায়বা অসিদি থাওমৈ, দোশী, থাও য়াওদনা মৈরী পামজবগুম্বনি। মথোয় অহুম্মক লোয়না শেম-শাদুনা থম্লে, অদুদগীদি নহাক্তা মদুদা মৈ চুখৎলো অদুগা মঙাল ফংলো। মরম অদুনা মদু ব্রহ্মজ্ঞানগী মঙালগা, নত্রগা ব্রহ্ম খঙবগা লোয়নবনি।

সাধকশিংনা চোকসন্না খঙজনগদবা ব্রাফম অমা মতাং অসিদা লৈ। থাওমৈ, দোশী অমসুং থাও মখোয় অহুম অদু মতিক-মপা ( নাতৈ ) চানগদবনি। দোশী অদুনা থাওমৈগা য়েংনবদা চাউমল্লবদি নত্রগা পীকমল্লব-দি, থাওনা দোশী অদুগা য়েংনবদা য়াম্মল্লবদি নত্রগা য়াম্মল্লবদি, থাওমৈ অদুনা থাও নত্রগা দোশীগা য়েংনবদা পীকমল্লবদি নত্রগা চাউমল্লবদি মৈরী অদু লংত্রিক লংনা কারোই অমসুং মঙাল পীরোইগা। অহুম অদু লোয়না যুং চানরবা মতমখক্তদা শেংনা উবা ঙম্বা লেঙদবা মঙাল অদু ফংবা ঙমগনি। গুণ অহুম অদুসু, মুক্তিগী মহৈ:, অয়োবী কল অদু থোকহল্লবা, খল মাল্লবা মতৌদা লৈগদবনি। গুণ অহুম অদুদি থৌরী-কোঙ্গোয়শিংনি; খুমাঙশিং চেৎনা পুন্সল্লবা, খুদুঙশিংসু পুন্সল্লগা অদুগা মহাক্কী মঙকশম অমসুং মচী-শিংবু অহুমগুবা কোঙ্গোয় অমনা পুন্সল্লবা যথ অমগুম, মীওইববু শুম্লি।

"হৌজিক অনীশুবা অহুম্নীদমক—'অদাম্বিত্যম্', পোড়জ·লাকচদবা মতৌ। মসি মীওইবদা চেনগদবা য়াম্না মরুওইবা গুণ অমনি। মতুনা তৌশিন্নদবা, অকে-অমৌ থাংদবা (পোওথোক-চাওথোকপা তৌদবা), চাওস্নু চাওদনা চাওবা শাদবা, শক্তি লৈস্নু লৈতনা লৈ হায়না অতুগা হায়বা ইলহন্নবগী অসিগুম্বা অধিকার লৈস্নু লৈতনা লৈ হায়না দাবী তৌদববু খণ্ডনৈ।" মতাং অসিদা লাইরিক পারিবা মীশিংনা রাফম অমা য়েংশিন-বিগনি। হৌজিক্কী মতমদা তাইবং অসি অসিগুম্বা ওইদনা-অওই-শাবা অসিনা, অফবা মালহনবা তাং অসিনা পীক থল্লে। নহাক্না য়েংলু-য়েংলুবা থবক-ইনথাওগী লম: খুদিঙদা, নহাক্না কুপসন্না য়েংলু·য়েংলুবা মী খুদিঙ-মক্তা, নহাক্না অকিবগী মশক ওইরবা অশোয়বা অসি উগনি। জাতিশিংগী শাসনশিং অসি শক্তি লৈবা, মঙম লৈবা অমস্নুং তৌবা ঙম্বা শাজন্নবা মীশিংগী মথুক্তা লৈ। করিগুম্বা খওদবা মখোয়শিং অতুনা খুদিঙমক খঙই হায়না দাবী তৌই। য়ুম্নদা মখোয়বু মতেং পাংবিনবা কাওবা কনা অমত্তা লৈজত্রবা মখোয়শিং অতুনা মখোয়গী তুংইনবা য়াম্না লৈ হায়না দাবী তৌই।

"তৌগদবা থবক খুদিঙদা মসিগী তাং অসিনা অহানবা খোঙথাং অতুমক ওই। মসিনা মহৈ 'মরোঙ মাঙহনবা তীনগুম, মীওইববু থবক্কী লমঃ খুদিঙদা মাঙহল্লি। মসিবু তকথোকপ্রবদি, মীওইবা পুম্নমক চাওরবা লাইবক-থীবদগী কনবা ঙমগনি। তৌশন্নবা হায়বতুনা নহাকপু হুজক্কী অমস্নুং মথংগী মপোকপু' মাঙহনগনি (পোকপগী কান্নহলোই)। মসিদি মঙম অমস্নুং মকম পুম্নমক্তা মাঙ-তাক্লবগী মশক ওই। অতুনা মীচমশিংবু পেলহন্দে; অহনদি মতুনা মতৌ করম্না সাধক অতুদদি কান্নবগাই ওইবা ঙমগদগে?

"অহুমগুবা গুণ অহুদি অহিংসানি। মসিস্থ মরুওইবা গুণ অমনি। হিংসা ( তমথীবা শাক্তং ) হায়বসি হকচাঙখক্তগী ওইবা নত্তে; মহুদগীস্থ হেন্না মহুনা খঙনৈ—মীওোন্দা পোকহল্লুবা পুক্নীংগী চৈনা, নহাক্কী থবকশিং অমস্থং রাহৈশিংনা অতোপ্পদা থোকহনবা খোয়রাঙবা অমস্থং থরায় মুংঙাই-তববুস্থ খঙনৈ। নহাক্না অতোপ্পা থরায়-পানবশিংদা হকচাংগী ওইবা চৈনা পীবা তোকথোক্লগা, নহাক্না অহিংসা হায়বা অফ-লীচৎ ( গুণ ) অহু চংলে ( চেল্লে ) হায়না দাবী তৌবা য়ারোই। নহাক্কী থবক ইনখাঙশিংনা কনাদা চৈনা পীরোইদবনি, নশাগী ওইজবা থিদবা ওইগদবনি; নহাক্কী রাখলশিং, রাহৈশিং অমস্থং থবকশিং লোয়নমক অসিগুম্বা মুংঙাইতবা চৈনা অসি থোকহন্নীংবগী পুক্নীং করি অমত্তা লেহল্লোইদবনি।

"অহুদগীদি ঐখোয় হৌজিক 'ক্ষমা' হায়বা অসিনা মরিগুবহু ওইনা লৈরে। মসিবু 'ক্ষান্তি'স্থ অহুগা 'সহন'স্থ কৌই। অতোপ্পশিংনা নঙগী নক্ষমদা তৌবা ফত্তবা অহু, তৌরকপশিং অহুদগী, নঙনা নংলিবা অমাঙবা অহু, নঙঙোল্লোমদা মখোয়না উৎলিবা তুক্কচবা অহু অওইবা ওইনা নহাক্না খল্লোইদবনি হায়বসি মহুনা খঙহল্লি। নঙনা লৈকংলাগী মীৎতরং ( মরীচিকা ) অমবু লৌবগুম মখোয়শিংবু লৌ। হায়বদি, খাঙবা-কনবা নত্রগা লিন্দা কবগী চাং অহু নহাক্না শোয়দনা হেনগৎহনগদবনি। মসিদি অতে মীশিংনা নঙঙোন্দা তৌরকপা ফত্তবা অহুদা নহাক্না মহুবু লম্মণ খুম্নবা শক্তি লৈতবা মরমদগী পাম্বে লৈতবা মখাও অহু নত্তে। মসিদি থম্মোয়মুংদা মনীং-তম্না পাল্লিবা শান্তি অহুবু ফোঙদোকপহুবুনি, মসিগী মপাম্হোংগী শাক্তং নত্রগা 'ক্ষান্তি' অসি। চুম্মি, মী অয়াম্বনা মখোয়না হকচাঙগী, শেল-থুমগী নত্রগা মীয়ামগী শোগ্নৎপা রাৎপা মরমদগী অতোপ্পা মীশিংনা থোকহল্লকপা অশোকপহু খাঙই; মখোয়না রানা খাঙইবা অহু অশেঙবা 'ক্ষমা' ওইনা সন্মাণ তৌবদি ঙম্লোই।

“মথংদা, ঐখোয় মওঙাগুবহু খন্নরসি ; ‘ঋজুত্ব’-অতিংবা পুক্‌চেল, অশেঙবা থম্মোয়, মপূক-শেংবা হায়বদো। মতুনা থবক, ৱাঙাঙ অমসুং রাখল চাসিন্নবহু খঙনৈ ; মসি তাইবংপানগী অমসুং আত্মাগী ওইবা থবক-ইনথাঙশিংদা চৗম্নে। মসি মরিগুবা গুণ ‘অদাম্ভিকত্ব’ হায়বহুগী মমায় অমনি।

“তরুকগুবা অহুদি ‘আচার্যোপাসনা’ নি - ধর্ম্ম-গুরুগী মফমদা পীবা ভক্তি-সেবাদো। মসিনা ছাত্র ( শিষ্য ) অহুবু মুংশিবা হেনগৎহল্লি অহুগা হায়রিবা মওঙহুদা মহাক্না কান্নবা য়াম্না ফংগনি। অহুবু পম্থ্‌ংফম লৈতবা গুরু অহুদি শিষ্যবু ণবক্না লান্না লমজিংবখক্তা ওইগনি। গুরু অহুনা শিষ্যদা যণবীনা যণনাওদা নীংতম্না অমসুং মশাগী মবুকথোক্রুগী মখোম পীথকপগুম থোৗজালগী ঈরীক খীকথবিগদবনি। গুরুগী পাউভাক অহুনা ঈশ্বরগী নাক্তা য়োৗনবগীদমক অমসুং মোক্ষ ফংনবগীদমক হৌরককম মক অমসুং মচি ওই।

“তরেৎগুবা গুণ অহুদি ‘শৌচ’ নত্রগা লুহেনবা হায়বহুনি — মপান্থোংগী লুহেনবখক্তবু নত্তবা মুং-গী লুহেনববুসু ওইবা। অহুগা মুং-গী লুহেনবা হায়বা অহু করিনো ? অপাম-মুংশি অমসুং তুরুচবা লৈতবা, পেন্নাইদনা পাম্বা অমসুং পেন্দবা লৈতবা, অপাম মিহৌ অমসুং অশাউবা লৈতবা ; অহুগা ‘দৈবী’ ( অফব হায়বদি লাইগী ওইবা ) গুণশিং লৈবা। ঈশিংনা হকচাঙবু শেংদোকই, অচুম্বনা পুক্নীংবু শেংদোকই ; জ্ঞান না অচুম-অরান খঙবগী পাঙ্গলবু শেংদোকই ; মীশক অমবুনা প্রায়শ্চিত্ত তৌবনা অমসুং হৌন-মচৎ নাইবনা শেংদোকই।

“নীপালগুবা গুণ অহুদি ‘স্থৈর্য’ কৌই — পুক্নীং-চেৎপা, ধর্ম্ম চেৎপা, ( ধর্ম্মদা থাজবগী লেঙদবা মতৌ ), পুক্নীং তয়াং-তশোয়বা লৈতবা নত্রগা

মচীং-মসোল-নাইদবা হায়বদো। সাধক অহনা মহাক্কী লাইমীং চাওথং-ক্লোন্দা কান্নবা ওইনা মহাক্কা অমুক্তং মাপী থাজববু চেংনা থম্মশিবা মশক্কুদা মহাক্কা চেংনা য়ানগনি। মহাক্কা ক্বিদম অমদগী অতোপ্পা অমদা, মুম্বিং মুম্বিংকী অতম্নবা আশাগী পম্বুংফম ওন-ওন্দুনা, থুনা থুনা হোৎহনা চংকদবা নত্তে। মসিবু 'দীক্ষা' ওইনা মরী উত্তুনা তাকস্থ-তাক্লবনি। পূকচেল-লেপ্পবা হায়বা অসিদি থজিক্তা ফাওবা লৈহল্লোইদবা পূকচেল-শোনবা মতৌ অমা ওইবা, অশোনবগী পোখোক অহনি।

"মমিং-পরেংতুগী মাপনগুবা অতু 'ইন্দ্রিয়নিগ্রহ'নি— ইন্দ্রিয়শিংতু থুতুম চনবা হায়বনি। ইন্দ্রিয়শিংবু নহাক্কী খ্বাইদগী ফবা কান্নবশিং অতুগী মায়কৈদা মতেং ওইহনগনি, নহাক্কা ইন্দ্রিয়শিংবু কান্নহন্নবা মতেং ওইরোই-দবনি হায়বসি নপুক্লীংদা থময়। ইন্দ্রিয়শিংগী মনাই ওইগনু; মখোয়বু নহাক্কী ননাইশিংতুম ওইহল্লু।

"মথংদা, তরাগুবা গুণ, বৈরাগ্য—তাইবংগী অপাম্বশিংগা শম্নরুদবা, থাদোকপা, খোঞ্জেল (শব্দ), শোক্নবা (স্পর্শ), মওঙ (রূপ), মহাও (রস), মনম (গন্ধ) অসিনচিংবগীদমক খোৈরাঙবা পোক্তবা হায়বতু। ইন্দ্রিয়শিংনা পোৎশিং অসিবু ফংগে তান্নৈ, মরমদি মখোয়শিং অসিনা নুংঙাইবা মথুম-মরাং হোৌহল্লি অতুগা মখোয়দা ঙাইহাক্কী নুংঙাইবা পী। অতুবু ইন্দ্রিয়শিংদি থোইগৎ-হেনগৎপা মওঙ জাত্তাগী ধর্ম্ম-অর্থ-কাম-মোক্ষ হায়বা অতুদা হৈনদে। আত্মা অতুদি থোইগৎ-হেনগৎপা মশক অতুবু তান্নবথক্তনা পুথোকপা ঙমই।

"তরামাথোইগুবা গুণ অতুদি 'অনহঙ্কার' নি, অহংকার লৈতবা হায়বতুনি। অহংকার হায়বা অসি লূদবা মচৎশিং অমস্থং মরাল (দোষ) পুম্নমক্কী পোক্নফমনি। ঐনা মহেল্লে থনবা মীশক অমনা অচুম্বা অমস্থং

অয়ানববু. অফবা অমসুং ফত্তবদ ধর্ম্ম চেনবা নত্রগা লমচং নাইদববু খৌশাবিদে ; মহাক্না মখোয়গীদমক্তা খনবীদে, ঙ্কুগা ম.খায়গী মরমদা খঙস্নু খঙদে। মহাক্না ধর্ম্ম অমসুং ফজবা লমচং লীচৎপু মপূং-মরৈ ফানা খঙজদে। মহাক্না অচূম্বা নিয়ম মতুংইন্না চংপা ঙম্লোই। হু-চেল্লবা গুণ অসি পকহন্দবা হায়বা অসি অনহঙ্কার হায়বদু অতুম চেন্দুনা লৈহনবনি। অহংকার হায়বসি মরূপ অমনি শাগ্রান লৌববা লৈরুবা মনি।

"মথংগী গুণ অদুনা 'জন্ম-মৃত্যু জরা ব্যাধি দুঃখ-দোষানুদর্শন' কৌই, মদুনা মসিনবু খঙহল্লি যোবপা অমসুং শিবগী নাটক খঙনবা খুৎকোয়বু, অহল-ওইবগী পেং-চোইরকপা শুগ না তীন্নাব, অরা ঙনা অমসুং ফবাবু কাতুগা খুৎশেমগী ঙ ইবং গী পাই ঙক্কুং লৈবন্ধা মতৌ, অদুগা মসিদা হি জনা লৈরম্বক্সী অতৈ অতৈ থৃদমশিংবু খঙবদু। মাশিংনা ফীভমশিং অসি মখোযদস্ত চগা অতোপ্পশিংদসু খোবপা উরবসু, মখোয়শিংসিগী মরম অমসুং মখোয়দগী নাম্ভোক্লবা উপায়শিং অদু জিল্লুদে। মদু খ্নাইদগী চাউব মীওইবনা খঙউ-লাকউবা ঙমদব অমম্বনি অওকপনি।

'সগসা অংগী মকদা নহাক্না খন্দ-খন্তববনি, অতৈ অম-অমদগী নহাক্না নাম্ভোরকপা য়ারবসু, নহাক্না শিবা' হায়বতুমদি থেংনদবা ঙমদে হায়বসি নঙনা খঙলক্কনি। মীওইবনা হৌজিক নুংঙাইবনি হায়না খঞ্জরিবা হায়বদুদি, অচূম্বা ওইনদি, নুংঙাইবা শাক্লোন লৌবিবা থৌনা রাবখক্কুনি। মরম অদুনা ফীভমশিং অসিগী অচুম্বদু খঙজিল্লু, নহাকপু রাখল লান্না পুহল্লিবা রাখল পরাও অদুদা লৈরিবা অহোবশিং অদুদা মুন্ন রাখল তৌ। অদু-দগীদি, ফল অমা ওইনা, বৈরাগ্যবু কনখংহনগনি অদুগা মতুনা মরম ওইদুনা নহাক্না জ্ঞান ফংই। মরম অদুনা, হে অর্জুন! নহাক নশামকপু জন্ম (পোকপা), মৃত্যু (শিবা), জরা (অহল ওইবগী শোম্বা, পেং-চোইবা), ব্যাধি (লায়নানা নাবা) অমসুং দুঃখ (অরাবা) শিংদগী

নীংতমহন্নু। অর্জ্জুনবু রারক রাতেম্বীতুনা য়াম্না নুংশিবগা লোম্নননা কৃষ্ণনা অশুম্না হায়খি।

অত্থগী মতুংদা ইবুংঙো মহাক্না 'আসক্তি' অমসুং 'অনাসক্তি'গী মরমদা রারী শারম্মীঃ পোৎশিংগী অপাম্বা থাদোকপা, অমসুং যাম্না পামসনব। তৌ-দবা হায়বত্থগী মরমদা। নহাক্না উম্বিবা পোৎশিংগী মপু ওইনীংবগী মিহৌবা অত্থ অহংকারনা পোকহনবনি। "ঐনা মসি শোয়দনা ফংগদবনি," "ঐনা মমল য়াম্বা পোৎ অসিগী চাওথোকচবা মপু অত্থ ওইগদবনি," মসিনি মঙৌ করম্না অহংকারনা কনাগুম্বা অমবু থবক অমা তৌনীংবগী রাখল পোকহনবগে হায়বদো। মসিদি নহাকপু ভাইবংগী পোৎশিংদা কন্না পুনসিনবা অকনবা থৌরী অমনি। পৃক্রীং অত্থ লৈয়থোকউ অত্থগা পুম্নমক্কুবু ঈশ্বরগী মতিক মযাই উৎথোকপশিং ওইনা লৌ! ইবুংঙো মহাক্কী মতিক-ময়াই ফোংদোকপা ওইনা পোৎ পুম্নমকপু নুংশিয়ু, অত্থবু মখোয়শিং অত্থগী মপু ওইবনা নহাকপু নুংঙাইহনগনি হায়না। থাজবম্নোমদা নশামকপু রাখল লান্না পুহনগন্থ। মত্থ মায়া অমনি। মখোয়ত্থগীদমক্তা নহাক্কী পুন্সী কখোকন্থ; মখোয়ত্থবু নহাক্কী দরকারশিংগীদমক শীজন্নৌ, দরকার হেক ওই-রক-ওইরকপা মতমদা—— মত্থনা লোয়রে। নঙবু ভাইবং-পোৎলমগী থবক তৌহল্লিবা পৃক্রীং-ঈহুল মখল অত্থনা নওনা মুক্তিরোমদা চঙশিল্লকপদা চাউর-বা অপম্বা অমা ওইগনি। নহাক্না লন-থুম (সম্পত্তি) ওইনা ফংবা য়াবা হেক মথৈ নোংমদি থাদোকপা তাই। নহাক্না অরোইবা খোঙচৎ অত্থদা নাপীগী মকা অমা নম্রগা উফুল মরীক অমা ফাওবা পুত্থনা চৎপা ঙম্লোই। মতম পুম্বদা মসিগী অচুম্বা রা অসি পৃক্রীংগী মীৎ মমাঙদা থম্মু অত্থগা মত্থগী মতুংদদি নহাক্না অচুম্বা অওইবত্থ খঙবা ঙমগনি।

কনাগুম্বা অমনা পোক্তিভৈদা, মহাক্না ভাইবং অসিগা অমসুং মত্থগী মচাক-মথুম ওইবা পোৎশকশিংগা মরী লৈনবা অমত্তা লৈতে। শিরবা

তুংদা, মখোয় পোৎশকশিংসিনে অমম্তুং মন্নী-মতা অমদি পরিবারে পূম্নমক মাঙখি। ভাইহাক হিংলম্বসি পোকপা অমম্তুং শিবগী মরক্তা শাম্নম্বা শাম্ন-কুমহৈ অমমক্লি। হুম্নীগী মেলা ( পোক্লকপা, হিংলম্বা অমম্তুং শিথিবগী তাইবং কুমহৈ ) অসিনা শুদ্ধাংপা হায়বা অসিদি ইপওমক হেক পঙলবনি। পেন্নাইদবা অপাম্বনা পূক্নীংবু মকশিনহল্লি অদুগা মীওইববু হেন্না বাংবা ফংগে-তান্নবা-থবকশিংগীদমক্তা মতিক চাহন্দে। অফা-অপুন লৈতবা অমম্তুং পূন্সী-মহৈ-য়ানবা থিন্নিবা সাধকশিনা পেন্নাইদবা অপাম্বদগী মখোয় মশামকশিংবু নাম্থোকহনগদবনি, মন্নমদি, গ্রীসগুম্না ( অনানবা গাড়ী থাওগুম্না ) মতুনা পক্লকই অদুগা মদু অমুক্তংবু তৈথ্রবদা ( পকথ্রবদা) কোকহনবা রাই।

মসিগী তুংদা, অত্তোপ্পা গুণ 'সমত্ব স্থিতি' হায়বা অদুদসু পূক্নীং-চঙবা তাই—পূক্নীং লৈতাবগী, হরাওবা অমম্তুং থরায়-রাবা, লন-থুম চাওখৎপা অমম্তুং লাইবক থীবা, নুংঙাইবা অমম্তুং য়োৌনা রানা লেনবা মন্নুঙদা পূক্নীংগী অঙাংবা কায়দবগী ফীভম হায়বদুদা। মসিনা জ্ঞানী অমগী তন্নামঙাগুবা গুণনি। মায়পাকপা অমম্তুং মায়থীবা, অতোংব অমম্তুং অমাঙবা, ইকাই-খুন্নবা অমম্তুং ইকাইথুম্নদনা হাযবশিংসিনা থাঙতুনা নুংঙাইহনবা নত্রগা নীংবা-কায়হনবা হায়বা অসি কান্নদনা থৌদো অমনি। পূন্নমক অদু ঈশ্বরগী থৌজালদগী, ইবুংঙো মহাক্কী প্রসাদতগী য়েল্লকপগুম্না চপ-মান্ননা লৌ। তিংখং লৈবা মফমশিংদা থোঙনা চৎনবগীদমক্তা নহাক্না থোঙউপ উপ্পগুম্ন নত্রগা নোং চোত্তনবা ছাটিন অমা পায়বগুম্না, নত্রগা কাঙখল মন্নুঙদা তান কাওগী মমুশিংদগী চৈনা ফংদনবা তুম্বগুম্না, তো মদুমনমক, ঈশ্বরগী থৌজালবু থাজবা লেঙদবা পূক্নীং অমনা খুৎলাই ওইদুনা মশামকপু কম্নৌ অদুগা থাগংপা নত্রগা নিন্দা তৌনা ( হুনবা ), মায়থীবা নত্রগা মায়পাকপা, নুংঙাইবা নত্রগা নুংঙাইতবা চৈনাবু অরূম-অয়াং লৈতবা

পুক্নীংগা লোয়ননা খাঙহ্‌নু । থৌনা ফনা পুন্সী চুপ্পা হিংননবগীদমক্তা, 'সম-চিত্ত' হায়বা অসি থাদোকপা য়াম্রবনি হায়না খঙহল্লি ।

মথংদি অদোম্বগী রাখল নত্রগা পূর্ক্নাং-ঈরাং অমত্তা লৈতবা ভক্তি, 'অনন্যভক্তি' হায়বনি । থরায-য়াম্না রাবশা নওন্দা খংলাক লাকশিন-শ্রবা মতমদা । নহাক্তা ঈশ্বরদা চেনসল্লি । সঙ্কটনা লাকখুববা মতমদা, ভেঙ্কটগী মগা ' নহাক্তা চঙজফম ( লৈই । স্তু ওাইবনা হঙল্লকপা মতমদা, নহাক্তা ইবুংঙো মাকপু ঈশ্বরবু ) কান্নবে হায়না লংথোকই । নহাক্তা অকম-লাই হৌনা কুল্লবা খুদুগ চবা মহাও খঙত্রবা অমসুং নহাক্তী লৈয়েংনা ( চীন্না ) খাবরা মতমদা, নহাক্তা অশাবা অশিনবা মহী হাপ্তুনা থম্বা অচাপোৎ খর যাম্না কন্না পান্মি , অদুগ অকম লাইহৌ অতন হংবরা মতমদদি, নহাক্তা অশিনবা মহা হাপ্তুনা থম্বা অচাপোৎ অদুমক য়াম্না পামলক্লে । ভক্তি হায়বা অসিদি মতম খরদগী ওইবা ঈংহন্নবা মোলোম অমা নত্তে । মসিদি অতোপ্পা মবক থংবা রাখল নত্রগা পুক্নাং-ঈরাং য়াওদনা ঈশ্বরবু মবক-লত্তনা নাংজবা অদুনি ।

থবক-ইনথাও তৌবা নত্রগা রানা মবক পোম্মুরগা অরা পোকথোকপা নত্রগা রার্রি। রাওাই হেক খুদিঙমক, মদু ঈশ্বরবু নুংশিব না পূমলূপা-লূপহন-গদবনি। মদু অনন্যভক্তিনি। মদুগী তুংদ এক স্তুবাস, চীক্লা লৈবা যবদু থোরকই । কনাগুম্বা মহাক অদু মথন্ত চীক্লা লৈবা শোয়দনা য়াম্না পামগনি । মসিনা মী-চীকপা কবিগুন্না মফম অমদা, মীশিংনা তোম্না খোঙদোয়নবা মফমশিংদগী যাম্না লাপ্না, মচা ডুবু লৈহনবা থুবু খঙহন্দে । পুক্নীংদা শাচীকপা অমসুং শিলখোংদবা শোযদনা লৈগদবনি ; মদুদা লৈরম্বা পুম্নমকপু নমদুনা নত্রগা থেমদনা চংহনখিগদবনি । পুক্নীং অদু করি অমত্তা হাপ্তবা, পানগী তাইবংসিদগী মায়-লৈয়থোক্রবা 'নির্বিষয' হায়বদু ওইগদবনি ।

জ্ঞানবু চাওখৎপদা মতেং পাংবা তরানীপালগুবা গুণ অদুদি মীরক্তা লৈবগী হৈনীংবা লৈতবা অদু ওইনা পল্লি : হায়বদি শরুক্তাইনা লেরিবা তাইবংগা মরী লৈনবা থবক-থনাশিংদা পুক্নীং পুংলুপ-লুপ্পবা মীশিংগা তোংন-তিন্নদুনা লৈবগী অপাম্বা লৈতবা হায়বদুনি। কনাগুম্বা অমনা লমলক্কী শাশিংগী মরক্তফাওবা পুক্নীং লৈতাবা হাযবা অদু ফংবা ওমই ; তৌইগুম্মুং তাইবং-রাখলদা-লুপ্লাপা মীশিংগী মরক্তা লৈনা লৈনা মদুবু ফংবা রানা থোকই। সাধনাবু কনাগুম্বা অমনা তিন্নরিবা সঙ্গ গদুনা অকায়বা পী। অফবা মীশিংনা নহাকপু ফহল্লি, ফত্তবা মীশিংনা নহাকপু ফত্তবদা শোগবা শোরা পাক্তুনা চিংসিল্লি।

তৌবগীদি মশাগী অতাবী ওইনা, কনা কনানা অফবশিংনো অদুগা কনা কনানা ফত্তবশিংনো পুথোকপা মদুগা মতুং তারবপদা অফবা মীশিংগী মরক্তা লেঙদনা লেবা হায়বা অদু মুই। মরম অদুন মীশিংবু তিন্নদবা অদুগা সাধনাদা পুক্নীং নপণিনবা হায়বসি তাকুঙাই ( ফৈ হায়নীংঙাই ) ওইবনি। মীওইবগী পুক্নীংদি য়োংকুথনি; মদুনা লৈখোমদা তাদুনা লৈরবদি, মদু চোহল্লিং কাই অমমুং মচেৎ মচেং তারকই ; মদুনা মেদা তাদুনা মৈ-ইক্লবদি. ম গী যোংথী মাঙখি অদুগা য়োংশেং ওইরকই। মরম অদুনা কনাগুম্বা অমনা জ্ঞানীশিংগা সঙ্গ তৌজরবদি মদুনা মী-পোং-লোয়নমীন্নদবা ফীভমদা ( অচীকপা মফমদা ) লৈকবদগী হেন্না ফৈ। মতৌ করম্না মানই-মুনী অমগী মচানিপা ওইরম্না নারদ-না অফবা মীশিংগী সঙ্গদা তিল্লুবা মরম্না ঋষি অমা ওইরকখিবগে ; মুংশি হৈভবা শাদানবা অমা ওইরম্না বন্নাকরনা ঋষি তরেংকী সঙ্গ ফংখিবগে অদুগা মবম অদুনা কবিলক্তগী অহানবা কবি, আদি কবি ওন্থোকখিবগে হায়বদু পুক্নীংদা থওভিল্লু। ফত্তবা সঙ্গদি য়াম্না অমাঙবগী মশক ওইবনি। ঙাওশং-ঙাওনা মৈ ঈক্লবা য়োত্তুম অমনা মৈগী মৈরী অমদগী হেম্না অমাঙ-অত

থোকহনবা ভক্তী; পাপ মশামকপু থৈদোকপদগীদি পাপ চেনবা মীশকপুনা হেন্না থৈদোকদবনি। সাধকশিংনা মখোয় মখোয়গী থৌরিবা সন্দী মরমদা খুদোং-থীবা থোক্তনবা মীৎকুপ-নাহুম শেনগদবনি।

তরামাপনগুবা গুণ অদুদি "আত্মা অমসুং অনাত্মগী খেন্নবা অদু মুন্না খঙবা" হায়নদুনি। মতম পুম্বদা নহাক্কী রাখনশিং অমসুং পুক্কীং ঈথীলশিং অদু আত্মাগী ওইবা অদুম্বা-অওইবা অদুদা থম্মু অদুগা হকচাঙ অমসুং ইন্দ্রিয়শিংবু অওইবা নত্তে অমসুং তুংকোইদবনি হায়না লংশেকউ। আত্মাদি নিত্যহনি (মতম পুম্বগী ওইবদুনি); মরম অদুনা নশামক মদুখক্তদা তঙ-তাহল্লু অদুগা তুং কোযদবা আত্মাগী ওইবা নত্তবা মায়াশিংদা নত্রগা তাইবং পোৎলমশিংদা তঙ-তাহল্লুম্নু। পুন্সী হায়বা অসিদি তোয়না তোয়না খোঙদাদুনা লৈরিবা যাত্রা অদুবু জয় তৌবা ফংনবা অকনবা লাল অমনি। *ঐদি নঙোন্দা অমসুং পুম্নমক্তা লৈবা অরোই-অখম লৈতবা আত্মা অদুনি।* মরম অদুনা পুক্কীং অদু ঐঙোন্দা লেঙদনা থম্মু অদুগা, জয় ওইগনি হায়বা থাজনা, নশামকপু পুন্সীগী লান্থেংনবা থবক অদুদা লান্থেংনহল্লু।

মী অমনা তানগদবা কুনথুবা অমসুং ইকোন-কোনবা চেনফম-থোক্লবা মতিক চাবা গুণ অদুদি—পুম্নমক্কী ওইনা ইচা-চানবা যুক্ষম, অকক্লবা পোৎ-শিংদি মদুগী মমি ওইতমক ওইবা, 'তৎ' হায়বদুগী অশেঙবা লৈখোলদুবু মুং-গী মীৎনা য়েংবা (উবা) "তত্ত্বজ্ঞান দর্শন"নি। সাধক অদুনা পুম্নমক্তা ইচা-চানবা মশক অদুবু মুং গী মীৎনা উবগী অচেংপা অপাম্বা অমা লৈগদবনি হায়বসি মসিনা তাকই।

মথক্তা পনখ্রিবা কুনথুগী মমুঙদা অনীদং নত্রগা অহুমদং কংনবা থম্মোয়-শেংবা খুৎহোংনশিং হোংনরবদি, অতৈ লেমহৌরিবশিং অদুদি সাধক অদুদা মঙ্গোশানা অদুম ময়াই লাকচগদবনি। মখোয়বু কংনবা তানবদা থোই-

দোক-হেন্দোকপা হোৎনবা অমা চঙদে। লম্বেলছুদা অমুম চঙশিল-চঙশিল্লগা, মী অমনা কুন-ছুতা নত্তনা অক-গুণ য়াম্মেমথৈ কংলকপা ওমই। কুন অদুবু মতাং অসিদা পল্লুই মরমদি মখোয়দু অতৈদগী থোইদোক্লবা শাক্তি, মদুনা ইস্নুপ-স্নুপ্লে। অক-গুণশিংদা য়ুক্ষম ওইবা সাধানানা মী অমবু পন্থুং তাম্না ঈরায়-লায়না পুই। মদুনি কৃষ্ণনা মখোয়শিং অসিবু কনশিন-চেংশিন্না কব্রিগী হায়রম্লিবনো হায়বদু।

মখোয়শিংবু শাগোম্নদুনা, মী অমনা মশাগী আত্মাবু শকখঙবা ওম্মী; মদুদা চিংনবা অমত্তা চঙদে মরমদি মখোয়দুনা, হকচাঙ, ইন্দ্রিয়শিং, বুদ্ধি, মুং-গী চেতনা—ওম্নমক প্রকৃতিগী শক্লোন্দা তোপশিল্লুবনি হায়বা জ্ঞান অদুদা লমজিংই। অদুগা পূম্নমকসিদগী তোঙানবা ইবুংঙো মহাক অদুদি পুরুষ হায়বদুনি। পুরুষ হায়বা অদুদি ক্ষেত্রবু খঙইবা অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ ওইবা ইবুংঙো মহাক অদুবুনি। কনাগুম্বা অমনা পুরুষ অমসুং প্রকৃতি অনীগী মরক্তা নত্রগা চপ মান্নবা পোত্তা হায়রগা, ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ অনীগী মরক্তা, খেন্নবা খন্দোকপা ওমলবা মতমদা, মহাক সাক্ষী হায়বদু ওইরকই অদুগা নৈতবা পোৎপু পাম্বা নত্রগা কংনীংবা হায়বদুনা শোক্লবা লাম্মকপা পুম্বদগী রাই শংঙি।

---

"চেৎনা পাইসিল্লিবদু থাদোক্লো, পুল্লিবদু; পুনহনলিবদু থাদোক্লো।"

বাবা

## ভাক্কক ২৪

পূম্নমক্কী উহৌবা সাক্ষী অতুথক্কা ওইনা কনাগুম্বা অমগী খণ্ডজবা মতা অতু মশানা মশাবু খণ্ডজবগী থুপ্লবা মশক্কুনি। মশানা মশাবু খণ্ডজবা হায়বসিদি "ঐন ঐহাক অচুম্বা-মশক অতুনি," নত্রগা "ঐনা ঐহাক ইশা-মকপু খঙলে," নত্রগা পূম্নমক আত্মা অমতনি" নত্রগা 'তোপ্পোপ্পা অম-খক্কুগা অমদি ময়াম অপুম্বা পূম্নমকসিগা খেন্নদে হায়বাস ঐহাক খেংনয়না খঙলে."হায়বা জ্ঞান অতুনি। মী খুদিঙমক্কা মশা-মশাগীদমক্কা থিদোক্কুনা পুখোক্কদবহু মসিবুনি ; মাসি খাওদবা অকনবা তপস্যা খক্কুদি মতম অমম্তুং হকচাঙগী ভিঙবু সুপ্পগী মাঙহনবনি। মীওইবদি বরিশু লৈত্তবা শা অমা হায়বহু নত্তে। মহাক্কী মঙোন্দা লাই ওইবা পোংশক্কী মৈরীক অমা য়াওই অতুগা মতুবু মহাক্কা পুংমুং-মুংহনখিরোইদবনি।

করিগী, ইন্দ্রিশিংদুনা থবক তৌরবা কাওবদা আত্মা লৈদনা থবক তৌনীংবা পোকহল্লি। মুমিংনা খোরকপা মসমদা, উচেক্কশিংনা মাশা থপ্লকই, লৈশাংশিংনা লৈশাং তম্লকই. মীওইবা কাঙলুপ্পা মখোয়গী মখল-মথেল-নাইবা তৌগদবা থবক- ইংখাওশিং তৌবা হৌরকই। মুমিংনা থবকশিংসিগী মম্নুঙদগী অমফাংবদা অপাম্ননা থবক তৌবা য়াওদে ; মতুনা থবক থোগৎপতনি, মতুনা লোয়বে। মুমিংনা মরম অতু ওইদে ; মহাক্কী থবক তৌবা ঙমহনবা, সাক্ষী ওইবা, য়েংইবা ভাবোক্কুমক্কি মহাক্কী পূম্নমকসিগী মথক্কা অমস্তুং রাংমদা লৈ। মহাক্কী ফাজিন-পুনসন্দে নত্রগা মীদা নত্রগা শাদা নত্রগা উচেক্কা নত্রগা লৈদা যুম্ফম ওইদে।

উচেকশিংনা অতিয়াদা পাই অদুবু মখোয়না পাইখিবা লম্বেল অদুদা পাইখিবগী খুনাম অমত্তা থম্মদে। তো অদুম হায়না, ইন্দ্রিয়গী ওইবা পুক্নীং-ৱাখল ময়াম্না থম্মোয়মংগী অতিয়াবু ফাউদোকুনা পাইরবস্তু, মমি অমত্তা মদুদা তাহলহৌবোইদবনি। থম্মোয়দা মখোয়না ফাউদোক্লুনা পাইখিবা অদুনা ফল অমা ওইনা থম্মোয় শোকহল্লোই।

তৌইগুম্বস্নুং মীওইবনা মথক্তা শাগৎলিবা য়ুমগী শরুক অদুখক্তা উই, য়ুম্ফম অদুদি উদে। লৈ-পবেং অদুদা, কনা অমত্তনা লৈশিংবু পুল্লপ লেংসিন্দুনা থম্লীবা লংগুং অদুবু মুন্না য়েংশিল্লুদে, লংগুং অদু লৈ হায়বদুদি মরম মুন্না থিজিন-খোৎচিল্লবখক্তনা খঙবা ওমগনি। য়ুম্ফম অদুনা লংগুং-দুনি, লৈশিংদু মদুগী মখা পোল্লি অদুগা মদু লৈবা মরমদগী, লৈ পরেং অমা ওইনা, পুল্লপ লেংদুনা লৈ।

মসিবু হেন্না নিংথিনা খঙননবা, অতোপ্পা খুদম অমা য়েংউ। চফু-চনাইশিং, কম্বীশিং, প্লেটশিং অমস্নুং পেলা (পাত্র) পুন্নমক লৈখোম্না শাবা ঙাক্লি ; অদুবু মখোয় পুন্নমক অসিদা লৈখোম্না মচাক ওইনা লৈজরবস্তু, লৈখোমদি লৈখোমদা লৈখোম ওইদুনা লৈ। মদু চফু-চনাই, কম্বী, প্লেট নত্রগা মনা পানবা চফু নত্তে। অদুম হায়নস্তু, য়ুম্ফম ওইরিবা আত্মাদা চফু-চনাই, কম্বী, প্লেট নত্রগা মনা পানবা চফুগী মতৌগুম্না গুণশিং (নত্রগা মতৌ মরাংশিং) লৈতে ; অদুবু আত্মানা গুণশিংদা 'গুণ স্বরূপ' ওইনা লৈ। গুণশিং ওইরবোই লাম্না লৌকরিবা অদু আত্মা অদুনি, মরমদি মদুবু অকরুবা ওইনা অদুগা মমিং অমস্নুং মওঙগা লোয়নবা ওইনা পুক্নীংদা খল্লুই। আত্মা হায়বসি, চফু-চনাই পুন্নমক্তা মচাকমক ওইরিবা লৈখোম অদুগী মতৌগুম্না, মমিং অমস্নুং মওঙ পুন্নমক্তা ইরৈতা-লৈরবা অশেঙবা অওইবদুমক্লি। থি-হুম্বা মখল অসিনা, পোৎ খুদিঙমক্কী

য়ুক্কম অমসুং মচাকুদি আম্মানি নত্রগা ক্ষেত্রজ্ঞনি নত্রগা পরব্রহ্মানি হায়না থাজবা অদু চেৎশিনহল্লকই।

মদুগী মতুংদা অর্জ্জুন-না কৃষ্ণদা হংজরম্মী, অসুম্না, "মরু ওইবা আম্মা অদু, পোৎ পুম্নমক্কী মুং-গী অশেংবা অওইবা অদু, থাঙ্গৈশেংনমক খঙবদা য়াম্না লুনা থোকই। মহাক্কী মফম পুম্নমক্কা লৈ তৌইগুম্বসুং মহাকপু করিগুম্বা মকম অমত্তদসু উদেদে! মহাক্কী পুম্নমক্কী মুং-গী ময়োলদুনি অদুবু মহাক্কী করিমতা কাওবা পুম্নমক্কা শম্নবগী ফীভমদা লৈবা ঙমদেদো। হায়কম খঙদবা অথুপ্পা অসিগী মরম করিনো?"

কৃষ্ণনা পাউথুম পীবিরম্মী, "অর্জ্জুন! নহাক্না হৌজিক কাওনা খঙদ্রি। আম্মা হায়বা অসিদি থ্বাইদগী কুপ্লেন-কুপ্পা অদুদগীসু হেন্না কুপ্পনি অদুগা মরম অদুদগী মদুবু উবা ঙানা থোকই। নহাক্না পোচং মচল মঙা (পঞ্চভুত) অদু খঙলে, নহাক খঙদ্রনে,— লৈপাক, ঈশিং, মৈ মুংশিং অমসুং অতিয়াদো? মখোয়শিংগী মনুঙদা মতুং থংবা-থংবা মচলগুনা মমাং থংব থংবশিংদুদগী হেন্না কুপই। লৈপাক্কী মগুণ মঙা লৈ— খোঞ্জেল, শোকপা খঙবা, মওঙ, মহাও অমসুং মনম; ঈশিংনা মনম নত্তনা অতৈ পুম্নমকশিংদু লৈ; মৈনা অদুমখক্তা লৈ – খোঞ্জেল, শোকপা-খঙবা অমসুং মওঙ; মুংশিংনা মগুণ অনীখক্তা লৈ – খোঞ্জেল অমসুং শোকপা-খঙবা; অদুগা অতিয়া হায়বা অয়োইবা অমদুদি খোঞ্জেলতমক লৈ। মখোয় অমময়া মমাং থংলি-থংলিবা মচলদুদগী হেন্না কুপথরকই অদুগা হেন্নসু পাক্না শন্দোরকই হায়রুবগী মবমদু মদুনি। অতিয়াদি মফম খুদিঙমক্তা লৈ, পুম্নমক্তা চঙশিন্দুনা অমসুং ফাউদোক্তুনা, মরমদি মসিগী মগুণ অমতমক লৈ। গুণশিং নত্রগা মতৌ- মরাংশিং লৈতবা আম্মা অদুদি কয়াদা য়াম্না হেন্না কুপ্পমগবা অমসুং কোয়থুং-থুংলমগবা হায়বদু ভাবনা

শাওদো ! পানগী ৱাখল চেনবা মীশিংনদি থেওঙ অসি লাকশিনবা ওয়োই ; মুং-গী ৱাখল চেনবা মীশিংখক্তনা খঙদোকপা ওমগনি।

"থাজবা অসি পোৎশিংগী মৰম পরীঙ-চুম্না থিদোকপা ওস্না মখোয়তু-তদা পোক্লকই। ৱাফম অসি ঈশ্বরবু তাইবং মীৎনা শুকউ উবা ওমদবা মরম্না ইবুংঙো মহাকপু পোৎ খুদিওমক্কী মমুঙদা তুওহনা লৈতে হায়না মতম পুম্বদা মখৌ-পোঙনা খোংলিবা মখোয়তুগী মফমদদি শিনঙাই খুংথিল অমদি ওই। ঈশ্বরদি ইবুংঙো মহাকপু মচাও-মরাক তম্নবা থিরিবা করিগুশু লৈতবা গুণশিং অতুগী মথক্কি অমম্মুং ৱাংমনি হায়বসে মখোয়না থাজদে। মসিদি থাঙ্গৈশেংনমক মুংশিনঙাই ওইবা ৱাফম অমনি। মখোয়সি মখোয়গী ৱাখলনা নেম্বমুক নেমদৌ মাল্লি। মতু নোপথদ্রবা নিয়মনি। ঈশ্বরদি মঙোন্দা নঙনা নকশিনবা অতুক নঙোন্দা নক্না লৈ ; নহাক্না লাপথোক্লবদি, মহাকস্মু লাপথোক্না লৈ।"

পুরাণশিংদা অচুম্বা অসিগী ফজবা খুদমশিং খর লৈ। হিরণ্যকশিপুনা পোৎ পুম্নমক্না ঈশ্বরবু ফংনবা থিখি অতুগা ঈশ্বর মহাক্কী করিগুম্বা মফমদস্ন লৈতে হায়বা ৱারোই অতুদা লাকখি। প্রহ্লাদদি, মতুগী ওন্নবদা, ঈশ্বর থিরু-থিরুবা মফমদা ইবুংঙো মহাকপু ফংবা ওমগনি হায়না থাজরম্মী অতুগা মরম অতুনা থিনগাইবা ওমদবা কল্লবা য়োংকী য়ুম্বীমক্তদগী চোং-থোক্তুনা ইবুংঙো মহাক্না শক উৎলম্মী। প্রহলাদি ঈশ্বরগা নক্লনা লৈরম্মী অতুগা মরম অতুনা ঈশ্বরস্মু মহাক্না নক্লনা লৈরম্মী।

মন্বীনা ধরায় হিংহম্নবা কথোক্তুনা থম্নবা খোম্লাং মাগী মখোম মমুঙদা পুই ; অতুবু, মতু খঙউদনা, চেংহীবু তান্নৈদো ! অতুমনমক মীওইবনা মাগী হকচাওমুঙদা মহাক মশামক্কী আত্মা ওইনা লৈরিবা মাধবপু খঙউদে, মহাক মশামক্কী অওইবা শরূক ওইরিবা ইবুংঙো মহাকপু থিতুনা পুথোক্লবা

হোৎনবা অমস্তু তৌরুদে। মহাক্সা মহাক্কী শোয়রবা অমসুং ঙাওহল্লিবা ইন্দ্রিয়শিংগা লোয়ননা তুং-কোইদবা পোৎ-চৈশিংদগী ফংবা য়াবা য়াম্নমক হন্থবা মুংঙাইবশিংবু তানৈ। কয়াদা চাউথ্রবা অপঙবা মতৌনো!

তাইবংগী মশীঙয়াম্বা মতাদা হয়াও-য়ুরাংবা অতুদি অপঙবা মতৌনি; পূম্নমকপু পূনসিন্না উবা অতুদি লৌশিংগী, জ্ঞানগী খূদম্নি। 'শবম' নত্রগা 'অওইবা মশকপু শিরেমথৈ য়াদবা মখোয়' অতুনতা মসিবু "ময়াম" ওইনা উই। "শিবম" নত্রগা লাইগুম্নবা অতুনা "ময়াম"গুম অপঙবশিংনা উরিবা অতুবু 'অমা' খক্তা ওইনা উই। 'জ্ঞেয়ম', আত্মা, ক্ষেত্রজ্ঞ অমসুং পরব্রহ্ম হায়না কৌনরিবতু "অমা" খক্তা ওইবতুনি। মসিবু অর্জ্জুনগী মফমদা মসিগী অয়োবী মুংঙাইবা আনন্দ হায়বতু মশানা ফংজবা য়ানবা তাকপীরম্মী।

লাইরিকপাবশিংও। তুরেলশিংনা সমুদ্রবু মখোয়গী পন্থুং ওইনা লৈবগুম, জীবশিংনা ব্রহ্মবু মখোয়গী পন্থুং ওইনা লৈ। মতম পূম্বগী ওইবা মুংঙাইবা হায়বতুবু "খঙবগী পাঙ্গল লৈবা" জীবনা "পোৎচাক ওইবা" পোৎচৈশিংদগী কৈদৌঙৈদসু ফংবা ঙম্লোই। মোক্ষ হায়বতুদি মতম পূম্বগী ওইবা মুংঙাইবা ফংবা হায়বতুনি; মতুবু ব্রহ্ম ফংবা হায়নসু কৌই। ঈশ্বরগী মফমদা অচেৎপা, অসিমতনা লোয়রে হায়বা ভক্তিদি "তাইবংপানবা" হায়না কৌবা, মমিং অমসুং মওও ময়ামগী মফম-মরাঙ-খঙদবা, হোংদ্রনতা লৈবা মমিং পরেং ময়ামসিদা য়ান্নরুবা লৈতবা মখোয়তুদা থুংউবা ঙম্মি। মতুতনা আত্মা-জ্ঞান ফংবা ঙমগনি। তাইবংপানবা অসিদি তাইবং মহৈ থাদোকপা ঙমহন্নবা খুজু-খুৎলাই অতুনি; মসিনা করিগীদমক্তা অমুক্কী মতিক মথুম-মরাঙ হৌহল্লিবা অতুগা অমুক্কী মতিক লৌনম চাউরিবা হায়বতুগী মরমতু মতুনা ওই। তাইবংপানববু মতুগী থৌরী-লীকোলদগী নাস্তোক্রবগীদমক্তা খুজু-খুৎলাই অমা ওইনা উরিবা মহাক অওইবা (অচুম্বা) বৈদান্তিক অতুনি।

মহৌশানা, 'ঊর্ধ্ব' হায়বা বাহৈ অদু 'মথক্তা' "অৱাংবদা," অসিন-চিংববু অর্থ পুবা ওইনা লৌনৈ। অদুবু নহাক্না তাইবংপানবা অসিবু উ-পাম্বী অমা ওইনা লৌরবদি, অদুদগীদি মদুগী থোরকফম মরূ অদু ব্রহ্মদা লৈরে; হায়বদি, মরু-মরানা থক্তা লৈ অদুগা মশা-মরেঙনা খাদা লৈ। মসিবু অসুম হায়না অর্জুননা কৃষ্ণনা তম্বীরম্মী, "সংসার নত্রগা পূর্ণৌগী পাম্বী অদুদি য়াম্না অঙকপা অমনি। মহুদি মালেমগী উপাম্বীশিংদগী য়াম্না তোঙাল্লি। মালেমসিদা নহাক্না উরিবা উ-পাম্বীশিং অদুদি থক্লোমদা মশা-মরেঙ লৈ অদুগা উরু-উরানা খারোমদা লৈ। অদুম ওইনমক, সংসারগী 'অশ্বত্থ' পাম্বীদি উরু-উরানা থক্লোমদা অদুগা মশা-মরেঙনা খা-রোমদা লৈ। মসিদি থক-খা ওন্নবা পাম্বীনি।

অর্জুন-না বাহং অমনা মরক থৎলম্মী, "পাম্বী অদুনা মতৌ করম্না 'অশ্বত্থ' হায়বা মিংথোল অদু ফংখ্রিবনো? মহুদি খোংনাংবট (বটবৃক্ষ) পাম্বীনি হায়না খঙনৈ; খঙনত্রনে? করিগী পূর্ণৌগী পাম্বীদুবু অদুম্না কৌখ্রিবনো? করিগী মহুবু করিগুম্বা অতোপ্পা মমিং অমা কৌখিদ্রিবনো? অঙকপা পাম্বী অমগীদমক্তা অমকপা মমিং অমা! কৃষ্ণনা পাউখুম পীরম্মী, "মুম্না তাউ। 'অশ্বত্থ' হায়বদি 'অনিত্য,' তুংকোইদবা, মতম খরতগী ওইবা হায়বনি; মহুনা "খোংনাংবট পাম্বী" বুস্নু হায়বনি। মহুগী মপালশিং অমসুং মহৈ: শিং অদুদি মনম নম্নবগীদমক নত্রগা চানবগীদমক অনীমক্তা চন্নদে। অদুম ওইনমক, মহুগী উনাশিং অদুদি মুংশিত্তা অরেপ্পা লৈতনা ফ্র-ফ্র হুমহুনা-হাইহুনা লৈগনি। মরম অদুনা মহুবু "ছলদল" 'ফ্র-ফ্র হুম্বা (হাইবা) উনাশিং' হায়নসু কৌই। তাইবং পোৎশিংসু মতম পুম্বদা তাইবংগী মুংশিত্তা ফেরে-ফেরে হাই-হুম্মী, মরা চেত্তে, মতম পুম্বদা মকম হোংদোক-হোংজিল তৌই। মসিগী অচুম্বা অসি মীশিংবু

খঙহন্নবগীদমক্তা অদুগা মহুবু জয় তৌবা ঙম্নবা হোৎনহন্নবগীদমক্তা, পাম্বী অদুবু 'অশ্বথ' কৌই ।

'হীরমসিদা শাংনা, শন্দোক্লা ঙাঙলিবা অসি মীওইববু রাংখৎপা মীৎয়েং চাওখৎহন্নবা অদুগা ব্রহ্মদা অচেৎপা থাজবা থম্বা পামহন্নবনি । পোৎ-চৈশিংগী তাইবং অসি পরিক্ষা মখল অনীখক্তনা চুম্না খঙবা ঙমই : পানগী ওইবা পরিক্ষা অমা অদুগা মুং-গী ওইবা পরিক্ষা অমা । ফাজিন পুনশিনহনবা রাখল পোরেপ ( বিচার ) অমা অদুগা অফা-অপুন্দগী থাদোকহনবা অচুম্বা রাখল পোরেপ অমা লৈ । তাইবংপানবা অসিবু তাইবং ওইনা উরিবা মহাক অদুনা লান্না উহ ; মদুবু পরমাত্মা ওইনা উরিবা মহাক অদুনা চুম্না উই । তাইবংপানবা অসিদি ওইরকইবা ফলদুনি ; ফলদু ওইরকহনবা মরম অমা লৈ, মদুনা মরমদুদগী খেন্নবা ঙমদে । ফলগী মশক ওইবা তাইবংপানবা অদু, মদুবু শেম্মীবা ব্রহ্মগী ওস্তোরকপা মশক অমমক্তি । জীব লাক্ষ লাক্ষশিংনা উপালগী মশা-মরেঙশিং, শোইনৌশিং অমসুং মনাশিংনি ; উ-পাম্বী পুম্বদু মওঙ মুনা পুল্লপ সূপচিন্না অমসুং শীকসন্না য়াওরিবা মরূদু ব্রহ্মনি । মসিবু খঙলবা মহাক অদু বেদশিং খঙলে ।'

---

"ঐখোয়না ধর্ম্ম ঙাক্না চৎলবদি ধর্ম্মনা ঐখোয়বু সোইদনা ঙাকপি-সেম্বীগনি ।"

বাবা

# তাক্ষক ২৫

"কৃষ্ণ! তাইবংবু করিগু লৈতবা ঈচম চম্বা তাইবংগুম শক-খঙলিবা মখোয়শিং অতুনা বেদবু খঙই হায়না দাবী তানবা ওম্লোই; মখোয়না মতুবু ঈশ্বরগুম, পরমাত্মাগুম শক-খঙগদবনি হায়না ইবুংঙো নহাক্কা তাকপীরি। তাইবংদি ওইরকপা ফল অমনি; মরম অতুনা মতু হৌরকফম মরম অতুদগী খেন্নবা য়ারোই। মসি মতৌ করম্না ওইথোকই? ঐখোয়না উরিবা তাইবং অসিদি চাওখৎপা অমসুং মরায়-চায়থবগী মথা পোল্লি। অমরোম-দনা, ঈশ্বর নত্রগা পরমাত্মাদি নিত্যনি (মতম পুম্বগী ওইবনি), অচুম্বনি, অওনবনা শোকপা ওমদবনি। ঈশিংগা অমসুং মৈগা অনীসি শক-মান্নবা ওমদে, মতু নত্রনে? মতৌ করম্না মখোয় অনী অসি অমা ওইবা ওমগদৌ-রিবনো? ঐঙোন্দা তাকপীয়ু; অদোম্না তাকপীবতু তাঙবদা ঐহাক খ্বাইদগী মচাং হেন্না মুংঙাইজগনি," অর্জ্জুন-না হায়রম্মী।

"ফরে, অর্জ্জুন! শঙন-উনবা ওম্বা তাইবংসিদা, পোং অমমম খুদিঙমক্কা মা-মাগী মচৎ ওইবা গুণশিং অতু উথোকই। গুণ হায়বসি মতুগী মপু, মতুবু চেল্লিবা মীশক নত্রগা পোৎশক অতুগী মখা পোল্লি। তাইবংপানবদা লৈরিবা পোৎ খুদিঙমক্কা অমসুং থরায় পানবা খুদিঙমক্কা চেল্লি-চেল্লিবা মচৎ-মরাঙ অতুগীদমক্কা য়ুম্ফম অমা, আধার অমা লৈ। আধার অতুদি আত্মাতুনি। নহাকী পুক্লীং-চঙবা মতো অতু হোংদবা য়ুম্ফম অতুদা চেৎনা থম্মু—হোংদোক-হোংজিল নাইনা উৎলিবা শক্লোনশিংতুদদি থম্মুনু। অতু নত্রবদি, ঈচেল অতুদা য়ানা অমুক তাওখৎ অমুক লূপসিন তৌনি। উপাল অমগী মউ,

মশা-কারোওশিং, উসাশিং, অনৌবা উসা-সোইরৌশিং অমসুং মপালশিং-গীদমক্তা মরূনা য়ুম্ফম ওইবগুম্না, প্রকৃতি নত্রগা প্রপঞ্চ নত্রগা তাইবং অসি, মরূ ওইবা আত্মা অতুদগী হৌরকপা উপালহুনি, প্রপঞ্চ হায়বসি য়ুম্ফম ওইবা আত্মাদা লৈরিবা পঞ্চভূত অতুবু শীন্দোক-শীজিন অমসুং পুন্থোক-পুনসিন তৌবা মশক্তুনি। আত্মা হায়বা, য়ুম্ফম ওইরিবা অতু, চঙদবা য়াদবনি খল্লু; মরমদি তাইবংপানবা অসিবু ফোঙদোরকইবা অসি মতুগী মশক উথোরকপগুম্বনি। অচেৎপা লৌচৎলোনগী মতেঙনা অচুম্বা অসিবু খঙপ্রবা মহাক্তি, বেদবিদ, বেদ মপুংফানা হৈরবা মী হায়না কৌবদা মতিক চারে।

"অতুবু মস্থুঙ-হুপ্তিন্না থিজিন-হুমজিনবগী থবক-তৌদনা তশেংবা অমসুং তশেংদবা অনীগী মরক্তা খেন্নবা লৈবা খঙদনা, কনাগুম্বা অমনা অউবশিংহুতমক কুইনা লৈথগদবনি হায়না লাম্না লৌরবদি অতুগা অতুম্না মরম পীডুনা মরৈ য়েংলবদি, মহাক লম্বাঙনজরে। মতৌ করম্না মহাক্না পম্থুং অতু য়োবা ঙমগনি? মতৌ করম্না মহাক্না অওইবা মশক অতুবু কংবা ঙমগনি? অওইবা মশক অসিবু খঙগে হায়বা পূর্ণ্ণীংগী লাঙতক্তবতু 'দৈবী সম্পৎ'তগী, ঈশ্বর-মায়কৈরোমগী ওইবা গুণশিংদগী লাকই। 'আসুরী সম্পৎ' হায়বতুদি ওন্নবা ঈহুললনি, মতুনা মী অমবু মহাক্না খঙদি খঙদনা খঙ্গে হায়না মরৈ য়েংহল্লি, মতুনা মহাকপু খঙগে হায়না হোৎনবা পুন্নমক্তগী থাংদোকই, মতুনা মহাকপু চুমদববু অচুম্বা ওইনা রাখল শাগৎনবা ইনসল্লি।

ভগবান-না মসি হায়বা হেক লোয়বদা, অর্জ্জুন-না ওক্তুনা মাগী মকোক থাঙ্গৎলম্মী অতুগা হায়রম্মী, "গোপাল! নহাক্না আত্মা হায়বা অসি মতৌ-মরাং পুন্নমক্তী অমসুং জীব পুন্নমক্তী য়ুম্ফমতুনি হায়বা ফাওবদি রাহৈনা খঙহল্লি; হায়বদি, ইবুংঙো নহাক্না য়ুম্ফম অতুনি হায়না ইবুংঙোনা

ভাকপীখি। চৈরক অসিদা, ইবুং.ঙা নহাক্না তোঙান-তোঙানবা মতৌ-মওঙণ অনীথক্কী মরমদা ভাওবা হৌবিখ্রে – দৈবী সম্পৎ অমসুং আসুরী সম্পৎ অনীগী মরমদা! ঐহাক বুদ্ধি চোইরে। করম্বনা য়াগদগে করম্বনা য়ারোইদগে লেপ্পদা ঐহাক্কী চময়রে।"

"অর্জুন! নহাক্কী রাহং অসিদি হেন্নহুম ভকখ্রে। ঐনা কৈদৌনুংদা অর্থ লৈতবা রাহৈ অমত্তা ভাঙদে অমসুং অর্থ লেতবা থবক অমত্তা তৌদে হায়না নহাক্না হায়; অতুম ওইনমক ঐনা হায়খিবশিংতুগী মনুঙদা নহাক্না য়াবা তাবা অতুগা য়াদবা তাবা সমস্যাশিং অতুদা নহাক্না রারিনে! মসিদি অর্থ-য়াওদবা লাঙতক্লবা অমসু চিংনবনি। ঐগী সুংশিরবা ইনেপ্পী মচা, দেবশিং অমসুং আসুরশিং অসি শেম্ভোক-খাইদোক্লবা তোঙাল-তাবা কাঙলুপ অনী নত্তে; মখোয়দি মতৌ-ময়াংদা খেন্নবা লৈবা অতুগী য়ুক্ষমদা অতুম্মা খাইদোকখিবনি। ফরে, গুণশিংগী মতৌ-ময়াং অসিদি খুৎশেমগী ওইবনি (শেংদবনি); মখোয় অতুদি এনা নঙোন্দা হান্নগা হায়গ্রবা খঙবদা মচি ওইবা পোত্তুগী মচং-ময়াংশিংগী মরমদদি নত্তে। চক্ষু শাবা মীনা চক্ষু, ইরান অমসুং কম্বীশিং শাই। অকোনবগী পোৎশিং অসিদি মখোয়বু মওঙতুদা শেম্নকইবা লৈখোম হায়বতুগী 'শব্দকশিং' তঙাইফদনা ওইদে। চক্ষু, কম্বী অমসুং প্লেট অতু লৈখোম্মা শাবা খুৎশেমগী ওইবা মওঙশিংনি। মমিংশিং অতুম্মু খুৎশেমগী ওইবনি; মসিগী মমিংশিং অমসুং মওঙশিং অসি গুণশিংতুনি নত্রগা মতৌ-ময়াংশিংতুনি। মচাক নত্রগা 'আধার' নত্রগা য়ুক্ষম অতুদি লৈখোমনি। মওঙশিং-মমিংশিং-শওঙশিং, উখোক্লিবশিং, ফোঙদোক্লিবশিং অতু চক্ষু, ইরান অমসুং কম্বী-শিংনি। লৈখোমদি মশাগী অওইবীনি; চক্ষু, ইরান অমসুং কম্বীশিংদি খুৎশেমগীনি। লৈখোম, য়ুক্ষম, সহজ অতু ঐগী স্বরূপনি হায়না লৌ। মশক-মমিংশিং, উখোক্লবা মওঙশিং, চক্ষুশিং, অসিনচিংবা ওইনা ঐঙোন্দা

লৈতে ; অদুবু ঐদি মখোয়শিং অদুগী মনুঙদা লৈ। ঐদি গুণশিং চেন্দে অদুবু ঐহাক গুণশিংদুগী মনুঙদা লৈ, মসি খঙজনু। মরম অদুনা, লৈখোম অমস্তুং চকুশিংবু তোঙান-তোঙানবা পোৎশক অনী ওইনা থমগে লৌগে হোৎনগনু। মদু চুম্লোই। মদু ওইস্নু ওইথোক্লোই।

"কৃষ্ণ! নহাক্কী স্বভাব (অওইবা মতৌ, অচুম্বা) অমস্তুং স্বরূপ, প্রকৃতি, পোৎচৈগা মরী লৈনবা তাইবংগী মরক্তা লৈনম্নিবা মরী অদু কয়িনো?"

"লৈপাক, ঈশিং, মৈ, নুংশিং অমস্তুং অতিয়া-- পোৎচং মঙা অসি ঐগী স্বভাবনি, ঐগী খুদম-পোৎশিংনি হায়না নঙোন্দা হান্না হায়খ্রে। পোৎচং মঙা অসি তিন্সন্নবা নত্তনা শক্লাইবা তাইবং অসি কয়িনো? অতোপ্পা কয়িনী হায়না নহাক্না কৌবদি ঙম্মী?"

"কৃষ্ণ! মঙাদু য়াওদনা, তাইবংসিদা কয়িগুম্বা পোৎ অমত্তা লৈবা ঙম্লোই, মদু নত্রনে? মদু ওইরবদি, মতৌ কয়ম্না ঐনা মখোয়বু ওইদবনি হায়বা ঙমগদৌরিবনো? মশক অমা নাইনা লৈবা হায়বা অসি মখোয়গা লৈপুন ওইবা তাই।"

"নহাক্না পঞ্চভূতকী রাফমবু য়াবা মতমদা পোৎলম অমমম্না মঙা মঙা থোক্না লোঙথোরকপা, ঙম্নমক্না তত্ত্ব নত্রগা মরুদ-মরু ওইবা অচুম্বা (মূলতত্ত্ব) ২৫ শুরকপা অদু য়াবা তাই। পোৎলম মরিখক্তি— লৈপাক, ঈশিং, মৈ অমস্তুং নুংশিং মখোয়সিখক্তংদি লৈ হায়না তাক্লকই অমস্তুং ইন্দ্রিয়না লাম্বা (খঙবা) ঙমই; তৌইগুম্বস্তুং নোংথৌ নত্রগা অতিয়াদি মখোয় পূম্নমক্কী য়ুম্ফমনি। অদুমওইনমক, মন, বুদ্ধি, চিত্ত, অহংকার মরিসি লোইনা থেংনরকপগী জ্ঞান-না খঙই ; অদুবু 'অন্তঃ করণ' হায়বা মখোয়গী থাংখাঙ অদুদি রাখন্না পোরেম্লতমক ঙমই। ঐখোয়না মুন্না খঙবা পোৎ পূম্নমক ঐখোয়না মুম্না খঙদবা পোৎ অমগী মশক উথোরকপতনি।

মখোয়না মখোয়গী মপাঙ্গল অমসুং ভাক্লো শকউদবতুদগী লৌই। মহাক্না মুন্না খওভ্রিবা মশক-উদবা যূক্ষম অতু ঐহাক ইশামক্তি, আত্মা অতুনি। লোইনমক ইথক্তা থোংবনি।

"শাগতুনা লৈরবা পোত্তুদি হোংদোক-হোংজিনগী মখা পোল্লি ; চাওখৎলকপা, শিথরকপা অমসুং মওও হোংলকপা নাই। অতুবু যুক্ষম নত্রগা আধার অতুদি, মরম অতুনা, অহোংবগী মখা পোল্লি হায়না লৌরোইদবনি। খুদম ওইনা, থাজ অমসুং মতুগী ঈশিংদা তাবা মমি অতু খন্দুনা য়েংউ। ঈশিং মনুঙদা তারিয়া থাগী মান্নবা মশক অতু লেঙদনা লৈতে ; মতু নীকই অমসুং হাই। হাইরিবা অমসুং নীকইবা অতুদি ঈশিংতুনি, মথক্তা থোক্লিবা থাজতু নত্তে। অপঙবা মীশিংনা, অঙাংমচাগী মতৌগুম্বা মখোয়তুনা থাজ মশামক নীকই হায়না য়াখল পোরেপই। 'আধেয়'গী মতৌ-মরাংশিংবু 'আধারা'দা পুশিল্লকপসি ওইফম থোক্লবা আসুরগী ওইবা গুণনি। 'আধেয়'গী মনুঙদা ফাওবা 'আধার' হায়বতুগী মতম পুম্বগী ওইবা লেঙদবা মতৌ অমসুং অচুম্বা মশক অতু লৈ হায়না খঙবা— মতু অশেঙবা দৈবীসম্পং, ঈশ্বরদা লৈসিনবা লৈখোলতুনি।

অর্জুন-না পুম্নমক অসিবু থরায়-য়াওনা অমসুং অচেৎপা পুক্নীং-চঙবগা লোয়নননা মুন্না তারম্মী। মতুগী তুংদা মহাক্না হংজরম্মী, "মাধব! অনী অসিবু খেন্নহল্লিবসি মচত্তা য়াওরিবা মহৌশাগী গুণ অতুনি হায়না ইবুংঙোনা হায়বিখি। করম করম্বা গুণশিংন, আসুরগী অতুগা করম করম্বনা দৈবীগী মচৎ-মতৌশিং শেম্বগে ? চানবীতুনা শেংদোকপিযু।

কৃষ্ণনা খুম্নম্মী, "অর্জুন! ময়েক শেংনা তাকুবা ঐ মতম থুদিঙদা নীংতুনতা লৈ ! থম্মোয়চেৎপা অমসুং থরায়-য়াওবা অতাবা মীশিংবু ঐনা দরকারথক্তা ওই। হাই-তুমদবা পুক্নীং-চঙবগা লোয়নননা মসিবু তারো —

( ১ ) অকিবা পোক্তবা, ( ২ ) পুক্নীং-মথুম-মরাং-হৌদবা, ( ৩ ) খুৎশেম পুম্নমক্কী অমতা ওইবা মতৌত্থবু খঙবা, ( ৪ ) দান, ( ৫ ) ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিনবা, ( ৬ ) কথোকপা ( ৭ ) জ্ঞান ফংনা নৈনবা, ( ৮ ) অকনবা তপস্যা, ( ৯ ) পূকচেল ইতিং তিংবা, ( ১০ ) অহিংসা, ( ১১ ) পুকচেল-শেংবা, ( ১২ ) পুক্নীং-লৈতাবা, অশাউবা নত্রগা কন্না শাউনীংলুবা লৈতবা, ( ১৩ ) বৈরাগ্য, ( ১৪ ) নুং-গী শান্তি, ( ১৫ ) মীৱা-ভাওবা অমসুং অতোপ্প-শিংগী ফত্তনবা ভাওবা তোকপা, ( ১৬ ) মীনুংশি লৈবা ( অৱা-নুংঙাই য়ামিন্নবা ), ( ১৭ ) মিহৌবা পোক্তবা, ( ১৮ ) ৱাভাও-শঙাঙ নুংশিবা অমসুং মেওবা মতৌ, ( ১৯ ) ধর্ম্ম-কায়বা থবকশিংবু কিবা, ( ২০ ) পুক্নীংদা অকা-অকুম লৈতবা, ( ২১ ) খুদোংথীবা নংলিঙৈ ( অৱা-অনা নংলিঙৈ ) মমুঙদা থৌনা লৈবা, অখাঙকনবা, অৱাবা খাঙবগী লিংজেল লৈবা, ( ২২ ) পুক্নীং-হাদবা, ( ২৩ ) তরু-তহেনবা, ( ২৪ ) মাঙ-তাক্নীংঙাই ওইদবা মতৌ, ( ২৫ ) নোল্লুকপা— শেংলবা লাইগী ওইবা গুণ কুনমঙা অসি দৈবী সম্পৎ, লাইনা চেনফম থোকপশিং অত্থগী মরমদা থারকপা শাজং-লাকচৎশিংত্থনি।

"চাওথোকপা, মরাং-কাইবা মউৎ, মশক-মতৌ অমসুং মভিক-মগুণগী নাপল, শাউবা, শাথীবা অমসুং অথৌবা বুদ্ধি চেন্দবা— মখোয়-শিংসি মীওইবদা পকপা আসুরগী আউন মচংকী মচাকশিংনি। মসিগী গুণশিং অসি চেনবা মীশিংদি আসুরগী ওইবা শাজংনা হৈজল্লবনি। মপাম্থোংগী শকফম পুম্নমক অত্থগীদমক্তদি, মখোয় মীশিং ওইজরবসু, মখোয়না মী হায়বা মিং অত্থ ফংবদা মতিক-মপা চাদে। মমাংদা পনখ্রবা গুণ কুনমঙা অত্থ চেনবা মখোয়শিং অত্থদি ঈশ্বরগী শরুকশিং য়াওরবা মীশিংনি হায়না খঙনৈ; আসুরগী ওইবা গুণশিং চেনবা মখোয়শিং অত্থদি 'দানব-মানব' নি, ভূতকুম্বা মীশিংনি হায়না খঙনৈ।

"মী খরনা মখোয় মশা-মশামকপু লাইগী গুণ চেল্লবগুম্না রাংনা খঙ্গে অহুবু মখোয়বু মশক পাম্না খঙনগদৌরিবা গুণ পুন্নমকশিংছু মখোয়না চেল্লব্রা ; নত্রগা মখোয়বু য়ামদ্রবদা দয়া ( মীনুংশি ), ধর্ম্ম ( অচুম্বা লীচং-শাজং ), পরোপকার ( অতোপ্পশিংগী সেবা তৌগম্বা মতৌ ) অমসুং শান্তভাব ( পুক্নীংগী-নৈংবা মতৌ ) লৈরব্রা ? মখোয়শিং অসি য়ামদ্রবদা খজিক্কুং ফাওবদং লৈজরবদি, মখোয় লাইনি হায়না লৌবা য়ারে। মহুগী মহুত্তা, আসুর ওইবা খুংলাইগী অথনবা বেটরী ( আসুর ওইবা মচংকী চপ-চাবা মাগুহনমীংঙাই ওইবা চৈফু ) অহু মখোয়দা তরং তরং লৈরবদি, মখোয়না লাউজবিবা অহু মপান্তোংগী মগুণদা য়েংলগা করম্না চুম্মি হায়না লৌবা ঙমগনি ? অহুম তৌশিন্নবা নত্রগা অসিগুম ওইফম থোকই হায়জবা অসিদি মপুংফাবা তরঙ-নাপলনি। তরঙ-নাপল অমসুং অথোই-অচাউরম উংপবু ঈশ্বরগী ওইনা কৈ.দৌমুংদসু চিংবা য়ারোই ; মখোয়দি য়েংনঙাই লৈতবা হিংচা-য়াইতম্বগী মতৌ ওই।

"মী-মী খুদিঙমক্তা ঈরায়-লায়না মশা-মশাগী গুণশিংবু মাচা খায়না খায়না য়েংবা অহুগা মহাক করম্বা কাঙলুপ্তা চনবগে লেপথোকপা ঙমই। কাঙলুপ অহুদি হকচাঙগী শক্তি, মাল-চাং সম্পত্তি, সামাজগী থাক নত্রগা মচীন-মরা চংপনা লেপ্তে। খুদম ওইনা, রাবণগী মরমদা খল্লু। মহাক মীওইবগী হকচাঙগী মওঙ অহু লৈরম্মী, মহাক নিংথৌরেল অমা ওইরম্মী, মহাক লনগী মপু. কুবেরদগী হেন্না মতিক-মগুণ লৈরম্মী ; অহুবু মরমশিং অসিনা মরম ওইরগা মহাকপু লাইগী গুণ চেল্লি হায়না লৌবা ঙমগদরা ? ঙম্মোয়। মহাক্না চেল্লিবা গুণশিং অহুদা য়ুম্ফম ওইরগা মহাকপু হিংচাবা অমনি হায়না খঙহল্লি।

'গুণ অহুম্না আসুরগী নত্রগা হিংচাবগী মচং পুন্নমক্তা মরু ওইবা য়ুম্ফম অহুবু শেম্মী। মখোয় অহুদি কাম, ক্রোধ অমসুং লোভ ( অপাম-

মরাণ্ড, অশাউবা অমসুং মিহৌবা ) হায়বশিংসিনি । মখোয়সিনা মী মশামকপু মাঙহল্লি অতুগা মীওইবদা লৈবা হিংচা-য়াইতম্বা লমচংপু য়োকখৎলি । মখোয়বু বৈরাগ্য, শান্ত অমসুং ত্যাগ ( সংসারগী মতৌবু থাবা, পুক্লীং-অক্লম-অয়াং—মান্নবা অমসুং থবক্কী মহৈ থাদোকপা ) গী লাইগী গুণশিংনা খঙমাঙ-মাঙহনখিবা অমসুং খুতুম চনবা তাই । মখোয়শিং অসি শারমচংকা থেংনবা লান্দা মতেঙ লৌগদবা থাজবা লাম্মিশিংনি । মখোয় লাম্মিশিং অসি য়োকখৎলু অতুগা মখোয়না, মীৎনা কৃষ্ণগী মন্নুঙদা, হিংচাবগী শহুম পীরিবা য়েক্লবা লাম্মিশিং অতুবু তকথোকখিগনি । কাম, ক্রোধ অমসুং লোভ হায়রিবা য়েক্লবশিংসিগী করিগুম্বা মফম অমদা মুথগুনা লৈহৌবা খোঙ্গুল অমহেক্তনা মপাঙ্গল লৈবা খুদোংথীবা অমা ওই ; মরম অতুনা মখোয়বু ঊং ওন্নহনগদবনি । পন্থংগীদমক থেংনরিবা লাল অতুদা মতুনা অশেঙবা মায়পাকপরোমদা লমজিংই ।

অপাম্বশিং অমসুং অপাম-মুংশি-মরী লৈনরুবশিংসি পূন্সী পামেলগী মফমদদি উরাশিংগুম্বনি । উপালগী উরাশিং অতু শিংকূপ তানা ককথৎলবা মতমদা, উপাল অহৌ শি ; শিথরকপগী খোঙলৈ অতু ককথৎপা অতুগী খূৎলৈ থুবা অমসুং নিংথিনা পাঙথোকপগী মথা পোল্লি । মরু-মরা অমতং ফাওবা ককহৌদনা লৈহৌরবদি, মতুনা ময়োল চোংতুনা লৈগনি । মতু কংলরোই নত্রগা শিররোই । মরা হেক খুদিঙমক লৌখোকউ ; মতু ওইরবদি উপাল অতু শিথখি অতুগা উকং ওইরকই । মরা পুম্নমক ককথৎলে হায়না মীশিংনা নাপম্নবা অতু অরেম্বনি, উপাল অতুনা শং-তুনা অমসুং হৌতুনা লৈরবদি ! অতুমনমক, অপাম্বা, মীওইববু ফাজিন-পুনসিল্লিবা অপাম্বা অতুবু কুকতংপা অতুগী চাংদা জীবীবু মপোৎ-মরল ওইরম্লিবা ( জীবীবু খুতুম চম্লম্লিবা ) মায়া হায়বতু তাকখি-তুমখিনি ।

মীওই থরনা অকনবা আশা অমসুং অপাম্বা থরদং থরগী মথৈ হন্থহল্লবা মতুঙদা ধ্যান-দা মশানা লুপশিন্দুনা লৈ। মথোয়না মপুংফাবা পুক্নীং-থিংজিনবা হায়বহু ফংদে। নত্রগা খুদ্ধম চস্রবা পুক্নীংগী থোন্নরাওব-শিংনসু মথোয়বু ক্রে-ক্রে হাই-হুমহন্দে। মথোয় মরক্তী ফীভম (থাক) অমদা পন্দুনা লৈ। থোওঙ অসিগী মরম করিনো? মপুংফাবা পুক্নীং-চঙবা হায়বসি অপাম্ববু মপুংফানা লাকশিনবা থক্কদগী থোরকই। মরম-সিদগী, কাম, ক্রোধ অমসুং লোভ - মথোয়শিংসি মীওইববু ওৎ-নৈরিবা হিংচাবশিং, অকিবা অমসুং অথীবা শকওঙ-শাদাশিং পুবা হিংচাবশিংনি হায়না মীয়ামদা লাউথোক্লি।

তৌইগুম্বসুং অথীবা মায়থোঙ পানবা নত্রগা অকিবা শঙওঙ শদাশিং পুবা হায়বসি অয়োবী অমাঙ-অতা অমদি নত্তে। ফত্রে হায়রবদা, মহাক অহু য়েংনীংদবা (চঙহন্নীংদবা) মীশক অমদি কৌবা য়াই, মহুনা লোইরে। অয়োবী অমাঙ-অতা এইহল্লিবদি পান্নদবা মরমচৎ, অথীবা মচৎ-মতৌ অহুনি। মীশক অমা মশক-মতৌদা শুন্দ্ধংনঙাই ওইবা য়াই, মহাক তেনরাগী তেৎ-তেৎ কুম্বা খোঞ্জেল চেনবা য়াই - মহু শাকোংনা তাবদা মুংশি; অহুবু মরমশিং অসিগীদমক্তা, মহাক অহু লাইগী মগুণ য়াওরক্লবা লাইগী শরুকশিংগা লোয়ননা পোক্লবা 'দৈব অংশ' হায়না লৌনবা য়াদে। হিংচাবগী মচৎ-মতৌনা মথোয়দা প্রুক-প্রুক শৌহুনা লৈরবদি, হকচাঙগী ফজবা অমসুং খোঞ্জেলগী মুংশিবা অহুনা মথোয় লাই-ওইবা মতৌহু ফংগে হায়বা ঙম্লোই। মথোয়না ঙাঙথোরকপা ৱাহৈশিং অহু মুঙথংনা থাবা অমসুং থাংজোনা য়ানবা ওইনা চাওখত্তে। মতৌ অসুম্না, আসুরী-সম্পৎ অমসুং দৈবী-সম্পৎ হায়বশিং অসি মী-মী অহুগী মচৎ অমসুং শাজংপু শাগৎলিবা মগুণশিং অহুগা মরী লৈনৈ, অহুগা হকচাঙগী মওঙ অমসুং শকফমগা মরী লৈনদে।

---

# তাঙ্কক ২৬

"কৃষ্ণ! ইবুংঙো নহাক্না মীওইবগী দৈব অমসুং আসুরগী ওইবা লৈখোলশিং অদুদি মী-মীচুদা মমাঙগী মপোক্তা মমি তাখিবা থবকশিংগী অমসুং পূর্ক্লীংদা পোকখিবশিংগী ফলশিংনি হায়বসি হায়বিগে। অসিগুম্বা মমিশিং অসি তাহল্লোই হায়বসি ওইথোক্কবনা, পোৎলুম অসিবু থাংচুনা চৎপদা কেল্লবা মখোয়শিংচুগী মরায়বক অদুদি করিনো? মসিবু থৈদোক-হনবা ওস্বা উপায় অমা লৈব্রা? নত্রগনা মখোয়গী ফলশিংচুবু হন্দহন্বা ওস্রা? অসিগুম্বা উপায়শিং লৈরবদি, মখোয়শিং অদু ঐঙোন্দা, মখোয়চুগী মপান্না ঐনা ইশামকপু কপ্পবা ওম্নবগীদমক্তা, চানবীচুনা হায়বিয়ু।" অসুম্না অর্জুন-না ভগবানগী মফমদগী মীওইবা পুম্নমক্কীদমক্তা মরাল কোক্কবা পাম্বৈশিং অদু খঙদোক্কবা হংজরম্মী।

কৃষ্ণনা খুদক্কী পাউখুম অমা পীরম্মী, "পাম্বৈ রাংপা লৈতে। পূর্ক্লীং-চঙনা তারো। গুণ মখল অহুম লৈ; সত্ত্বগী ওইবা, রজঃগী ওইবা অমসুং তমঃগী ওইবা হায়না। মখোয় অদু অন্তঃকরণ, মুং-গী চেতনাদা য়ুম্ফম ওই। মতুম্ন চীঙ্গাক চাশিল্লিবচুগী মখা পোল্লি। নহাক্কী নহাক্না চারিবচুনা ওই, নহাক্কী থবক-ইনখাঙশিংনা নহাক্কী লৈখোলবু মওঙ নাইহল্লি। মরম অদুনা য়ামদ্রবদা মপোক অসিদা চীঙ্গাক অমসুং থবক-ইনখাঙবু (আহার অমসুং বিহারবু) নিয়মনা লাকসিলহল্লগা, মীওইবনা মঙোন্দা ফজল্লকপা আসুরগী ওইবা ঈহুলশিং অদুবু লাকথুবা ঙমগনি। মহাক্না সত্ত্বগী ওইবা ঈহুলশিং অদু, হায়রনা নিংথিনা শীন্দোক্কবা মশানা হোৎনজবগী মপান্না,

কাখৎহনবা ভস্মী।" মসিগী পাউ-শাক অসিবু ভগবাননা খোবাংনা থিজ ল্লিবা মীওই অর্জ্জুনদা মু শিনা পীবিরম্মী।

অর্জ্জুনদো মীওইবন মশাবু কঞ্জনবা উপাযশিং লৈ হাযবসি তাববা মতমদা মুংঙাইবনা শাংলম্মী, মহাক্না মশাবু মখা তাথনা খবগা অমুক হেন্না খঙহন্নীংলম্মী। কৃষ্ণনা ইবুঙো মহাক্কী শুম্মৎপ মঁনে ক্না থৌজাল খীক্ত-বিরম্মী অমসুং পাউখুমবীরগ হ যনা য়াবিবম্মী। "অর্জ্জুন। চৌঙ্গাক হাযবসি মীওঙ শেম্নবা মরুপ্ৰৈবা শক্তিনি। মোংলবা পূরুী ন লীচৎ-শাজৎ য়াম্না কঙ্গবগী অরঙবা মশবপু মকশিংলইল্লি. চৈনাও পাবা পাৎ অমনা মতৌ করম্না তক তকনা মঙান ভান্দাবনপা ভস্বগে? লাইগী শইবা মশক্তুদি ফত্তবা নত্রগা মহু-চেনবা লূদব পূরুীং; ঈমাযগী মমি তাহল্লকপা ভমদে। চৌঙ্গাক্না মীওইববু হকচাঙগী পাঙ্গল কলহল্লি; হকচাও অসি পূরুীংগা হকচিন্না শন্নে। পূরুীংগী পাঙ্গনা হকচাঙগী পাঙ্গলগীসু মখা পোল্লি। হৌন-লীচৎ, অকবা হৈনবীশিং. ধর্ম্মগী ওইবা মহোৎন ভম্নমক চৌঙ্গাক হায়বহুগী মগুণগী মখা পোল্লি; হকচাও নাবা পূরুীংগী অশোনবা, ধর্ম্মদা তগোম-তগোম্বা (থৌশা - রাশাদবা ভন্নমক অবানবা চৌঙ্গাক্না থোকহল্লি।" অর্জ্জুন-না হঙ্গচ্চবম্মী, 'কৃষ্ণ। সত্ত্বগী ওইবা, রজ. গী ওইবা অমসুং তম: গী ওইবা চৌঙ্গাক্কী মচলশিং অও ঐঙোন্দা হাযবিযু হাযনা নিজবি।"

"অর্জ্জুন! সত্ত্বগী গুণ চেনবা শাবা চৌঙ্গাক্তি পূরুীংবুসু হকচাঙবুসু কনখৎহনবা ভমগদবনি। মত্থু থুম যাকমল্লোইদবনি, মোবোক শামল্লোই-দবনি, থামল্লোইদব ন, থুম্মললোইদবনি নত্রগা শীনমল্লোইদবনি। মনিল ফোং-ক্ষোং কানা শারিভৈদা চাবোইদবনি। ঈথৌলাংবগী মৈরীশিংবু হুমাই হুমহুনা ফগৎহনবা চৌঙ্গাক চাবোইদবনি। মীয়াম্না ভাক্করিবা নিয়মদি

পনখৈ অমা, হেন্দোকহনবা অমা নৈগদবনি হায়বসিনি। ঈশিংদা থোংবা চীঞ্জাক্তি মথংগী মুমিত্তা চায়োইদবনি ; মদু মাঙ-তাক্লবগী মশক ওইরে। থাওদা তাউরবা অচাপোৎশিং ফাওবা মখোয়ন মনম নমথীরক্লিনৈ মমাংদা চাথোকহোগদবনি।

"রজঃগী ওইবা চীঞ্জাক্তী সত্ত্বগী ওইবদুগী ওন্ন-নৈনবদুনি। মদুদি থুম-য়াকমল্লি, থুম্মল্লি, শামল্লি—-শীনমল্লি, মনম মুংশিমল্লি। অসিগুম্বং চীঞ্জাক অসিনা ময়াই-কাহল্লি অমসুং ভাংহল্লি।"

"প্রভু, থৌগল্লোন কায়বা তারগদ্রা ঐবু ভাবপীয়ু ; খঙনীংবা অপাম্বা অমগা লোয়ননা হংজবনি মদুতনি। চীঞ্জাক্তী হৈনবীদা চুম্নগী ওনবখক্লা লমচৎ অসি গুণ অমদগী অতোপ্পা অমদ ওনবা ঙমগদ্রা? নত্রগা, লমচৎ শেংদোক্লবা থবক পরীঙদুগী অরাংপা মেনখৎনবা তৌগদবা করিগুম্বা খরমুক হেন্না নৈরিব্রা? ঐঙোন্দা হায়বিয়ু, অতোপ্পা খরমুক হেন্ন হায়নীং-ঙাই নৈরবদি।"

"ঐগী মুংশিরবা ইনেগী মচা! লমচৎ ওস্থাক-ওনসিন অসি অস্মকী মতিক লায়রবদি, দানব নৈখোল চেনবশিংগী অস্মকী মতিক হৌনবী মতৌ-মরাং ওইরবা, শাথীবা মতৌ অমসুং ওস্তব শাজক্তা হৈনবা হায়বদু মালেমগী নৈমায়দগী মীৎকুপ্তা তকপোক-নাস্থোকখিবা ঙম্নমগদবনি। অওইবমক, তৌগদবা খবমুক হেন্না নৈ। পুক্লীং-চঙনা তাও। মুম্না য়েংশিনগদবা "অশেঙবা" অহুম নৈ - থৌরাঙলিবা চান-থক্লবা পোৎশিং অদুগী অশেঙবা ; চীঞ্জাক থোং-থাক্লিবা পাত্রশিংগী অশেঙবা ; অদুগা খোংলবা চাঞ্জাক অদুবু য়েনগদৌরিবা মীশিং অদুগী অশেঙবা।"

"চাননবা থৌরাঙ তৌরিবা পোৎশিং অদু শেংঙে অমসুং অফবা মগুণশিং চেল্লে হায়নদুনদি চপ চানা ওক্তি (য়াত্রি)। মখোয়দু অফবা

( অচুম্বা ' পাম্বৈশিংনা ফংহল্লক্কদবনি ; ফগুনা, চুমদনা, শেংদনা তাল্লকপা পোৎচৈ অমতা কনাগুম্বা অমগী যোক শাক্লবগীদমক শীজন্নরোইদবনি। মখোযশিং অসিদি ফংলকক্ষমমক্তদা মোৎলে। ফংফমস্থ, ফংলক্লবা থবকী মথং-মনাওন্ অতুগা ফংলকপদ্মস্থ লোইনমক শেংমিন্নগদবনি পাত্রত্থু তরু-তহেনগনি মমোৎ অকায় পকহল্লোই। যল্লিবা শীশক অত্থু মফি-ময়োল লু-নানবতা তুপা মশা মী নবী, লমচং অমস্থং শাজত্তস্থ লু-নানগদবনি। তুক্কচবা অশাউব, পূক্লীং ব্লাবা অমস্থং ব্লারোইদবা মওঙ অচা-অথক যেল্লিতৈঙদা মঙোন্দা লৈবে, দবনি ; মহাক হবাও-এক। লামগদবনি অমস্থং খীং খাং লাউগদবনি। মহাক নোল্লুক্কদবনি অমস্থ' নুংশিবা মপূংফানা চেনগদবনি। চারিবা মীশিংবু সেং তৌন-তৌনা মহাক্লা মহাক্লী মপুক্লীংথু শাথীবা নত্রগা নত্তবা শাজংকী মাচহন্নীংঙাই ওইবা বাখলশিংদা লৈবা যাগল্লোইদবনি। হকচাংগী ওইবা লু-নানবা অমস্থং শুদ্ধংপা মতৌথক্লা ফত্তবা ব্লাখলশিং অমসুং হৈনবীশিং কোকহনবা ঙাবা পাৎ মমত্তা ওইদে। পূক্লীং চঙবা কায়হল্লোইদবা সাধকশিংথুনা যাদে-হায়রিবশিংসিগী মরমদা চোকশিনবা তাই। শত্থু নত্রবদি ধ্যানগী মতমদা পুজাবী অমস্থং অয়েনবা মীশিংথুগী ফত্রবা বাখলশিংগী খঙবদা লৈবা শাস্তমশিংনা সাধক অত্থুদা তোয়না তোয়না খে ডন্দাম্লগানে। ধন্দ হৈব মীশিংতমক অকোয়বদা লৈনবা চোকশিনগদবনি। মপানগী শুদ্ধাংপা শিনফমগী নিংথিনা মগুণ হস্থবা অচামস — মখোয়শিং অসিনা খুদাংথীনিঙাই ওইববা পূজাবীশিং অমস্থং থোগল্লোইশিংগী মীচঙদা লৈগে হায়না নঙবু মনুক্লা খলহল্লোইদবনি। মখোয়গী হৈনবীশিং অমস্থং শাজংশিংবু চোকশিন্না পরিক্ষা লৌ। নচনা চারিবা চীঙ্গাক অত্থুদি লাইনীং লমদ, নঙনা লাম্থেংমিন্নগদবা হকচাঙগী অমস্থং পূক্লীংগী পোৎচাক্তুগী মরুওইব, অহ্গুম্বা মচন অমনি। পূক্লাংগী আশেঙবা মতৌ অত্থু হকচাঙগী অন্ধবা অহুগা হকচাঙথুনা তৌবা মরুওইবা

থবক, য়াঙাঙ লূবনস্থ মেনখৎপা ওন্মি অমস্তুং মেনখৎহনবা তাই। মতুনা অশেঙবা তপস্যানি হকচাঙগী, পুক্নীংগী অমস্তুং খোন্থোক্কী।

"পুক্নীংদা লাঙতক্নবা অমস্তুং খোয়রাঙবা, তুক্কচবা অমস্তুং অকিবা মিহৌবা অমস্তুং চাওথোকপা হায়বশিংসি লৈরোইদবনি। মতু থরায়-পানবা পুন্নমকপু মুংশিবনা পীক থনগদবনি। মতুনা ঈশ্বরদা লৈবা তাবনি। পানগী (তাইবংগী) মুংঙাইবশিংবু ফংনবা হোৎনবদগী তোকপা (ফংনবা হোৎনবতু থিংবা) তাই। হেন্না হন্থবা রাখল অমত্তা চঙহল্লোইদবনি; রাখল পুন্নমক মাওই অতুবু হেন্না রাংবা থাকশিংদা পুখৎনবা মায়কৈদা পাংগদবনি। মসি ন পুক্নীং নত্রগা 'মন'গী অচুথ। তপস্যা হায়না অতু।

'হৌজিক হকচাঙগী তপস্যাগী মতাংদা। হকচাঙ অমস্তুং মতুগী পাঙ্গল অতুগা মুডমশিংবু অতাপ্পা মীশিংগী সেবাগীদমক, ঈশ্বরবু ঈড়াৎ-নবগীদমক, ইবুংঙো মহাক্কী মতিক-মগুণবু শক-শোন্নবগীদমক, ইবুংঙো মহাক্কী মিংলেন কোলোয়নবা তীর্থস্থানশিংদা কোয়নবগীদমক, স্বর সাধণ তৌতুনা নিয়মা লাংকপা পূক্নীং-হকচাঙ ফানবগী শাজেল শান্নবগীদমক, ইন্দ্রিয়শিংবু মাঙনীংঙাই ওইব। লম্বীশিংদগী ফাতুনা থম্নবগীদমক অতুগা ঈশ্বরগী লম্বেলদা খোঙ-থানবগীদমক শীচন্নৌ। অনাবশিং অমস্তুং দসা তারবশিংবু সেবা তৌবনা, লীচৎ-শাজুং ঙাক্লরোল ইনবনা অতুগা অসিগুম্বা থৌজাল-হৈবগী থবকশীংনা হকচাঙগী তপস্যাবু ধর্ম্মগীনি হায়না মাংথোক-হৈদবা (শেংনা থম্নবা) ওইহনগদবনি।

"খোন্থোক্কী তপস্যাস্থ শীজন্নবা তাই। রা য়াম্না কাহেন্না ঙাঙবা তৌগম্থ; মীনম্বা রা হায়বা তোকথোকউ; মীবু তুংদা হুনবদা অমস্তুং মীরা ঙাঙনবদা মুংঙাইথোকম্থ; কৈদৌম্থংদা কন্থা-কপ্পাওননা রা ঙাঙগম্থ; থোৎনা-নৌনা অমস্তুং খোইথুম্না রা ঙাঙউ, মতম পূন্নমক্তা পুক্নীং লৈখৈদা মাধব-বু থম্না (নিংশিংতুনা) রা ঙাঙউ।

"হকচাঙগী তপস্যা, পূক্নীংগী তপস্যা অমসুং খোস্বোক্কী তপস্যা — মখোয় অহুমসিগী লক্তা, অমা হাংপকাওবদা, আত্মাগী তরং-তরং ভানবা মতৌনা ( আত্মজ্যোতিনা ) মঙাল ফুদোকপা ঙমদে। থাওমৈ, থাওমৈগী দোশী অমসুং থাও — মখোয় লোয়নমক মঙাল অমা ঙালহন্নবগী দমক্তা তঙাইফদ্রবা মরুওইবা মচল্লশিংনি ; হকচাঙনা থাওমৈনি, পূক্নীংনা থাওনি অমুগা লৈয়েংনা দোশীনি। অহুম অসি লোয়নমক নিংথিনা ফীভম চানা ( মওঙ-তানা ) লৈগদবনি।

"ধর্ম্মদা-মায় ওন্সনবা মা খবনা দান তৌবগী থবকশিংস্ত হকচাঙগী তপস্যানি হায়না খল্লি। মখোয়না অহুম্না খল্লিবত্থ ফৈ। তৌইগুম্বসুং দান তৌবা মতমদা, কনাগুম্বা অমনা মফম মতম অমসুং আরৌবা মীত্থগী পুকচেল ( মতৌ-মগুণ ) অহু মুন্না খল্লবা মতুংদা দান তৌবা তাই। খুদম ওইনা হায়রবদা, স্কুলশিং কংপগী দ'নশিং অসি কংকদৌরিবা মফমত্থদা মতম অদুফাওবদা স্কুলশিং লৈরমত্রিতৈদা তৌগদবনি ; লাইনাশিং থিংবা ঙমদবমথৈ থোরক্লবা মফমশিংদা অনাশওশিং লিংখৎপা তাই ; ঈশিং-ঈচাউশিংনা নত্রগা ঈকংশিংনা চাকতাঙ-ফীভমশিং থোকহল্লবা মফমশিংদা মীশিংগী অরাম-খৌরাম কোকহনবা তাই। ধর্ম্ম অমসুং ব্রহ্মবিদ্যাগী অথুপ্পা রাত্থ তম্বীবা মতমদা, অহুগা তোঙাল-তোঙাল্লবা মখলশিংগী সেবা তৌবা মতমদা, ফংলিবা মী অত্থগী পূকচেল ( মতৌ-মগুণ ) অমসুং ফীভমশিং অহু মুন্না খনবা তাই। মীশক অমগী মহাক্কী ( লাইনীং ) চাওখৎপদা থ্বাইদগী হেন্না মাঙনীংঙাই ওইবা অরাংপত্থবু কোকহল্লিবা দানগী মশক ওইবা থবক অহুবু সত্বগী ওইবা হায়না কৌনৈ।

"কৃষ্ণ !" অর্জ্জুন-না মরক থংলম্মী, "মতাং অসিদা ঐনা রাহং অমা হংজবা য়াগদ্রা ? দান হায়বসি, তৌবু তৌখ্রবদি, দাননি. মত্থ নত্রনে ?

করিগীদমক ইবুংঙো নহাক্না সত্ত্বগী ওইবা, রজঃগী ওইবা অমসুং তমঃগী ওইবা হায়না তোঙান তোঙান খন্দোক্লিবনো ? অদুগুম্বা করি-করিনো লৈবরনে ?

কৃষ্ণনা খুম্লম্মী, "অওইবমক্কি, লৈনে। দানশিংগীদমক কৎলিবা মখোয়শিং অদুগী মরক্তা. অয়াম্বনা মিং অমসুং মিংচৎ ফংনবা লাওতক্কে ; মদুনা থবক্তুগী তৌনীংবগী মরমনি ( ইহুন্নি )। মখোয়না কৎলুবা অদুগী দমক মহুং ওইনা করিগুম্বা খর ফংগে তাম্নে মী খরতনা ঈশ্বরগী থৌজালবু ফংনীংই অমসুং অতোপ্পবুদি ফংনীংদে। তাইবং মপুগী থৌজাল-হুবু ফংনবা, মদুগী পান্দম অদুবু মীৎমাওদা থমদুনা, পীরিবা খুদোলশিং অদু সত্ত্বগী ওইরে। মিংচৎ অমসুং শক্ক-শোন্নবগুম্বা, ব্যবহার অমসুং শক্তিগুম্বা করিগুম্বা খর মহুং-মরেং ওইনা ফংগনি খল্দুনা পীরিবা খুদোলশিং, নত্রগা খোয়দৌ-সীকপা মতৌদা নত্রগা কন্না হায়মনবদগী য়ানীং-য়ানীংদনা পীখিবা খুদোলশিং— পুম্নমকসি রজঃ গুণগী ওইনা চনবা তারে।

"দান হায়বা অদুদি ভক্তি অমসুং থাজবা হায়বদুগা লোয়ননা পীগদবনি। মদু কংলবা মীদুগী মমায়দা হেক্তা লাক্তুনা লংসিনগদবা নত্তে। নত্রগা মদুবু মতিক-চাদবা মী অমদা পীগদবা নত্তে। চীঙাক হায়বা অসি হেল্লন্না চারবশিংগীদমক্তদি পোৎলুম অমনি, বর অমা নত্তে। চঙবা য়াদবা মফমশিংদা লিংখৎলুবা অনা-লায়য়েং-শঙশিংদি মওঙ-চুমদনা পীবা দান-না কত্তবগুম কত্তে। অসিগুম্বা কান্নবা তৌদবা অমসুং অরেম্বদা চাদিং তৌবা দান অসিদি তমঃ গুণগী ওইবা কৌই।

"দান নত্রগা তেঙবাঙবা হায়বসি তৌরিভৈদা. কনাগুম্বা অমনা য়াম্না মীৎকূপ-নাহুমশিংবা তাই। দান অদুবু পীয়ু-পীয়ু হায়রীবা খুদিঙদা চাই-চাইদুনা য়েল্লোইদবনি ; নত্রগা মফম মথল মথলদা মদুবু হৈথরোই-দবনি। ঐনা পনখিবা মথল অহুম অদুবু নিংশিংবদুমদি খোয়রাঙউ (পাম্মু)

অদুগা মতুংদুদা, খ্বাইদগী চুম্মে খনবগী মতুংইন্না তৌ। মহাক্না পীরিবা খুদোল অদু মিং নত্রগা মিংচৎকীদমক পীরোইদবনি, মদুদা অহোং-অচাওগী ( মরাং-কায়বা-মউংকী ) নত্রগা ময়ামদা খঙহন্নবা থবক্কী মমি অমত্তা তাহল্লোইদবনি- মদু কান্নহনগে নীংনা তৌবা অমসুং কান্নহনবা ওই-গদবনি। থবক পুন্নমক্তা, সত্ত্বগী ওইবা মতৌনা খ্বাইদগী হেন্না কৈ। মতৌ অসিনা উরিবা, তারিবা অমসুং ঙাঙলিবা পুন্নমক্তা শীন-থুংনা য়াওগদবনি।

ভগবানগী মায়থোঙ থম্বাঙ্গদা চেল্লিবা অথুম্বা লৈহী অদু থকচিন্দুনা, মকোক নোন্দুনা অদুগা য়াম্না মপুক্কীং-চঙবগা লোয়ননা পুন্নমক অসিদা মুন্না তাদুনা লৈরিবা অর্জ্জুন-না ইবুংঙো মঙোন্দা মতৌ অসুম্না হংজরম্মী, "অশেঙবা তাবা অমসুং অশেঙবা উবা হায়বসি কবি করি হেকমক্তি ওইবগে— চানবীদুনা খব শুগায়না তাকপীয়ু মতুংদুদগীদি ঐনা নয়াথং অদু ইনবা ঙমগনি।" ভগবান না মঙোন্দা থৌজালবীদুনা মোমোন নোকপীবক্লে হায়বগী অদুগুম্বা থরায়-য়াওনা হায়জবা খোম্থাঙ অমদা মহাক্না কৃষ্ণদা হঙ্গচরম্মী।

কৃষ্ণনা অর্জ্জুনবু মনমগন্দা খুনাক্না পোপ পোপ ফুরম্মী। ইবুংঙো মহাক্না হাররম্মী, "সত্ত্বগী ওইবা তাব' থবক হায়বসিদি ঈশ্বর মশক খঙগে হোৎনখিবা অদুগা ইবুংঙো মহাকপু খঙখিবা জ্ঞানীশিং অমসুং ঋষিশিংগী রারীশিংদ, থেংনখিবশিংদা অমসুং চেম্থোকইবা লাই-পাউশিংগী রারীশিংদা পুক্লীং-চঙনা তাবা অদুনি। সত্ত্বগী ওইবা উবগী থবক হায়বদুনা ঈশ্বরবু পুজা তৌরিবশিং অদুবু উবা ( য়েংবা ), মন্দিরশিংদা পাঙথোকপা ধর্ম্মগী থৌরমশিংদা থোগল চঙলিবা ঋষিশিং অমসুং জ্ঞানীশিংগী চিত্রশিং ( অয়েকপা লাইশিং ) অসিনচিংববু য়েংবা অদুনি। রজঃগী ওইবা য়েংবা হায়বনা অকে-অমোগী দৃশ্যশিং, ইন্দ্রিয় - মরাঙ হোনা - মুংঙাইবগী অয়েকপা লাইশিং, কুম্মৈগী-মশক-ওইবা হোংনা-মুংঙাইবগী অয়েকপা

লাইশিং, কুম্মৈগী মশক-ওইবা হোংনা-চাওনা মীয়ামদা মীৎকী কুম্মৈ ওইনা উৎনবগী অয়েকপা লাইশিং, পাঙ্গল-শক্তি চাওবা অমসুং থাক য়াংবা উৎপগী অয়েকপা লাইশিং অদুগা হায়বা ইলহন্নবগী শক্তি উৎপগী অয়েকপা লাইশিংবু য়েংববুনি। মরাঙ-হৌবা দৃশ্যশিং অমসুং থৌদৌশিং শৈথারকপদা, শক্তি লৈবা অমসুং মচীন-মরা-চৎপা উত্তুনা তাক্লকপদা, অকল-অথৌ অমসুং থৌনাফবগী মরমদা হায়বকপদা সুংঙাইবা পোকপা—মখোয়শিং অসি রজঃ গুণগী ওইবা তাবগী থবক্তা চিংগনি। অতোপ্পা মীশিংনা অঙকপা অকন-অথৌগী থবকশিংগী, মবুক-ফত্তবা হিংচাবশিংগী অমসুং পাপকী মশক ওইবা থবকশিংগী য়ারীশিং মুন্না তাবদা সুংঙাইজবা পোকই। অসিগুম্বশিং অসি তমঃ গুণগী ওইবা মীওইশিংনি। সুংশি-হৈত্তবা মতৌ অমসুং অকিবা পোকপা লৌনম হানমশিংবু মখোয়না লুনা-য়াংনা থল্লি অদুগা অসিগুম্বগী লাইশিংবু মমাঙদা থম্বদা সুংঙাইজবা পোকই। মখোয়না হিংচা-ম্মাইতম্বা ঈবু ঈথৌ লাংবা লাইশিংবু পূজা তৌই অদুগা ভূতশিং অমসুং ফত্তবা লম-লাইশিংগী য়ারীশিংবুলদা মখে-লাংজৈ (য়ুরাংজৈ)।

সুংশিরবা পাঠকশিংও! মসিনা ভগবদগীতাগী পাউতাকী মচিনি (ময়োল্লি)। দেহ অমসুং মতুদা হিংবা মতা অদু চীঞ্জাক্তা য়ুম্ফম ওই অমসুং চীঞ্জাক, 'অন্না' হায়বতুনা হিংহন্দুনা থম্মী। মরম অদুনা কাথৎপগী থাক অদু, য়াংবা নক্রগা নেম্বা ওইরবসু, চীঞ্জাক্লা লেপ্পী। হৌজিক অসিদদি, চীঞ্জাক্তা (নাস্তাদা) মরী থম্বা তৌদনা লমচৎ-ব্যবহার অমসুং শাজৎ-ভাকপদা (নিষ্ঠাদা) চেংসিনবা থম্মী। মীশক অমনা ফনা ফনা অথোইবা ওইরবসু অমসুং খঙ হৈরবসু, বেদান্তগী পাউতাকশিংবু শন্দোকপদা ফনা চোকশিল্লবসু দেহ অমসুং মতুগী থবকশিংগী য়ুম্ফমক ওইরিবা চীঞ্জাক অদুগীদমক্তা ইতুনা থল্লিবা অচেৎপা নিয়ম-সিংবুল অদুবু

তরাইথোক্লবদি, অহাক্না মায়পাকপা ওয়ে়াই। চীঙাকশিংগী পুজারীগী অদুগা থোং-থাক্লবা পোৎশিংবু য়েম্লিবশিংগী মোত্তবা মতৌশিং অদুদদি পূক্নীং চঙলে। মখোয়গী চাকথাউ থল্লদুনা অয়াম্বা কোক্লবা মতমদা মখোয়না অপেনবা পোকই। ইমুং-ঙানবা মতমদা মখোয়না অহানবা কোয়রুবা মন্দিরদি 'ইড্লি' অমসুং 'সম্বর'বু আত্মারামদা কৎনরম, অচা-অথক কৎকম 'রেষ্টুরেণ্ট' অদুনি। অসিগুম্বা থীবোঙলাউবশিং অসিনা করম্না পূক্নীং-চঙবা ওমগনি? মোত্তনা থোংবা, য়ানসিন্দবা, অশেঙবা (ঈচম-চম্বা, পাপ-মুং-চেন্দবা) চীঙাকশিং অমসুং অরুবা সেবা— মখোয়শিং অসি অচা-অথক তৌকমশিংদা লৈ হায়বসি শোয়দ্রে হায়বা ঙম্রা? হায়রিবশিং অসিদা কনানা পূক্নীং চঙবগে? মসিদি তৌদনা, মীশিংনা পূক্নীং-চঙবগী থবক্তা মখোয় মায়পাকপা কংবা ওমদ্রে অদুগা য়াম্না হেন্না চময়বা নংঙে হাযদুনা মীয়াম তানবা ব্রাকংলিনে। থোক্লক্কদবা ফল অদু অচাবা (অচুম্বা) মরমশিংনা নিংথিনা থবক তৌরবা মতমদুতদা শোয়ঙামহন্দবা ওমগনি। অথাবা পোৎশিং থোংলবা মতমদা, মতৌ করম্না থোংলকপা লোয়রবা ত্রঙ্গাং-মথেল অদু থুম-বা ওমগনি?

আহার অমসুং বিহার (চীঙাক অমসুং অরা-পোকথোকপা) অনীমক য়াম্না চেকশিন্না গীতাগী মতুংইন্না চাশন্নহল্লি, অদুবু মসিগী পাউত্তাক্তদি পূক্নীং ঈচঙ-চঙদে। মদুবু অসুক মরু ওই হায়বসু খন্দে। গীতা পন্দুনা রাশকপা, পুঙ কয়া চুপ্না মদুবু শন্দোক্না তাকপা অদুগা মদুবু প্রচার তৌবা মীশিং মকম থুদিঙদা লৈ . .. অদুবু মী থরতনা মদুগী পাউত্তাকশিংবু থবক ওইনা তৌই। মকোকশিংদু শ্লোকশিংনা পীক থল্লি অদুবু পূক্নীং-ঈশোম হৌদবা দর্শনগী হরাওবগা লোয়ননা পূর্ণীগী মাৰথীবশিং অদু থেম্নরবা পাজল চেন্দে। আনন্দ অমসুং শান্তি হায়রবসি চীঙাক অমসুং অরা-পোকথোকপবু শেংদোক্লবা অমসুং নুংঙাইরবা মতমদতা শোয়হন্দবা ঙমী।

অমদগী অমসুং অজ্ঞানবা অনীমক পুন্না লৈমিন্নবা ওমদে; কাম অমসুং রাগ অনীমক মফম অমতদা পুন্না লৈবা ওমদে; মখোয় মৈ অমসুং ঈশিংগী পাংথক্কি। গীতাবু খুং নামদা পায়রগা অতুগা অশাবা চা নত্রগা কোফি নত্রগা মৈ চুন্নবা চুরুট নত্রগা বিড়ি নত্রগা নাতোল ফুল্লগা চিংথৎনবা মকুপ খর অতোপ্পা খুৎ নামদা পায়রগা মতৌ করম্না মী অমনা কত্তবা ফলদগী নাম্থোকপা ওমগনি? মী খন্নবা চারিবা পোৎ মখৈ, চারু-চারুবা মওংদা চারবস্ত্র, মফম অমদা হেক্তা চারবস্ত্র, মখোয়দা লৈরিবা জ্ঞানগী মৈচাক কনবা মৈ অতুগী মপাম্না পোৎ অতু শেংহল্লি অমসুং অকায়বা ওইহন্দে হায়না শন্দোক্নুনা মখোয়গী নিয়ম নাইদবা পূন্নীশিংবু চুম্মী হায়না প্রমাণ তৌবফাওবা তৌই।

অখাবা উহৈ অমবু মতু অশেংবা তুরেলশিংদা মথং মথং লুপ্নবফাওবদা মতৌ কনম্না অথুম্বা অমা ওইনা ওন্থোকপা ওমগনি? গীতাগী মরমদা চীন্না ঈচম-চম্না ওাংলিবা মীশিংনা গীতানা চেল্লিবা পাউজেল অতুগী অমৃতদা মতৌ কয়ম্না পুম্মুপ-লুপ্পা ওমগনি? তশেংনা করি হেক থোক্লক্লবগে হায়ববু, অসিগুম্বা হৌদোং-লম্বোই-ভাংশিংসিদা পুক্নীং-চংবা তারুবা মখোয়শিং অতু ঐখোয়গী ধর্ম্মগী লাইরিকশিংদা মখোয়গী লৈজরম্বা থাজবা খরদংতু-ফাওবা মাওলে অতুগা থম্মোয়-কনবা লাই-থাজদবশিং ওইরক্লে।

মহাক্কী চীজাক্কী হৈনবীশিংবু থিংবা অমসুং নিয়ম ওাকপদা পাম্বে লৈতবা মীওই অমবু মহাক্কী ইন্দ্রিয়শিংবু থিংবা অমসুং কায়হন্দবা ওন্মে হায়না কয়ম্না থাজবা ওমগনি? মহাক্কী চাকচা-যুথকপু চাং-হেলহন্দবা অমসুং খুত্থম-চনবা ওমদ্রবদি, মহাক্না মতৌ কয়ম্না মাপ্পী ইন্দ্রিয়শিংবু ওমখৈ-নাইহনবা অমসুং লাকশিনবা ওমগনি? লোক্না মহী চেন্নবা নাতোন অতুনা হাকশী খন্দবা ওত্রা? সিংড়ি কাথৎপা ওমদবমখৈ শোল্লবা কনাগুম্বা মহাক

অহুনা স্বর্গগী মরেপ য়োনা ৱাংনা কাখংপা মভৌ কর়ম্ন। ঙমগনি ? স্বী অমনা কোফী নত্রগা চুরুট নত্রগা হীদাক-মনা মকুপ্তা উপায় লৈতমখৈ লায়চুরবা মী অমা ওইরবা মতমদা, মসিদগী হেন্না মপাঙ্গল লৈরবা অশাউবা, অপাম্বা অমস্থং মিহোৌবা হায়বা য়েক্লবশিং অসিবু মতৌ কর়ম্না জয় তৌনবা পাঙ্গল অমস্থং থৌনা খোমজিনবা ঙমগনি ? মহাক্না অমোৎপবু থাদোকপা ঙমদ্রবা মতমদা, মহাক্না মতৌ কর়ম্না পেন্নাইদনা পাম্ববু থাদোকপা ঙমগনি ? লৈয়েংগী মপু ওইরকউ অহুগা মতুংদদি কামবু থুহুম চনবা ঙমগনি। মখোয় অসি মীৎশিংগা খোঙশিংগা নক্না মরী লৈনবগুম চেৎনা অমগা অমগা মরী লৈনৈ।

---

"গজেন্দ্র, ধ্রুব, কুব্জা অমদি প্রহলাদবু কর্মীখিবা, থৌজানবীখিবা শ্রীনাম, লোকনাথ অমস্থং আনন্তা নাথ ঐনি।"

বাবা

তাং ২৩। ১১। ৬৪

# ভাষক ২৭

হকচাওগী কন-লংথংপা দীপ্ত-তেজবু হকচাওহুবু কুপসিল্লিবা ফিজেংনা মীৎয়েংদগী থমজীনবগুম্না, অহংকারনা নত্রগা নাপম্না মকশিলহল্লবা মীওই অমগী 'আত্মা অহুনা, মহুগী পৈসন্দুনা থম্লবা মরল ওইরিবা ব্রহ্মতত্ত্ব অহুগী নিংথিবা মশক অহুবু উথোরকপা ঙমদে। মরমদি অহংকার অসি কত্তবা পুম্বগী, অশোয়বা পুম্বগী, অরাৎপা পুম্বগী মরুদা লৈ। মহু অপাম্বদা নত্রগা কামদা পোকই। অহংকারদগীসু নাম্হোকউ।

অপাম্বা পোক্তবা ফীভম অহু তশেংনা অহঙ্কার য়াওদবা ফীভমনি। অহুগা অহঙ্কারদা পুনসিন্দুনা থম্বদগী নাম্হোকপা নত্তনা মোক্ষ নত্রগা মুক্তি হায়বহু করিনো? অপাম্বগী লীপুন্দগী নহাক্না থদত্তুনা লাক্লবা মতমদা নহাক মুক্তি ফংবগী মতিক চায়ে।

মীশিংনা মথোয় মশামকশিংবু, অয়াম্বনা, তোরুবা থবকী ফলশিংদগী কায়বা ফংনীংবা অপাম্বখক্তনা ইন্সল্লবা থবক-ইনথাওশিংদা তৌহন্দুনা লৈ। কায়বা ফংলোইদবা থবকশিংদগী মথোয়না হন্দোকই। অহুবু গীতানদি কায়দা অনীমকসিবু নিন্দা তৌই। মরমদি ফবা নত্রগা কত্তবা ফলশিং থোক্লকপা নত্রগা থোক্লক্তবা, থবক তৌহুনা লৈফম থোকপা মথৌবু ফনা-গুম্বা অমনা নাম্হোকবা ঙমদে। অহু ওইরবদি মীওইবনা মশাবু মতৌ কররম্না মহৈ:গী (ফলগী) চয়েৎনবদা থুহন্দবা ঙমগনি? গীতানা পান্দম অসিগীদমক্তা কর্ম্ম-ফল-ত্যাগপু (থবকী মহৈঃ য়াম্নরুববু পুমথা-থাদোকপবু) মওঙ-লাক্তুনা থম্নবা খ্বাইদগী চাউরবা সাধনা ওইনা ভবীরি।

পাপপুন্যবসু মতমগী কারনফমনি (পানফমনি) হায়না লংশেন্নবসু, অসুমা তৌরবসু মতমগা তৌকম্রকসু, থবক খুদিংমকদা, খুদক্তা নত্রবসু য়ামত্রবগা মতম থবগী মতুংদদি, করিগুম্বা ফল অমা থোকুন্না থমই। মসিগী মাহোৎকপা য়াত্রফমনি। থোরকপা ফল অছু ফবা মত্রগা কত্তবা ওইবা য়াই; অছুনু থবক অছু তাইবং মপুগী মফমদা কখোক্লবদি, অফবা নত্রগা কত্তবা মহৈ অমতনা অত্তোবা মীছুবু শোকহল্লোই। কখোকপগী শেং-দোকপা-থৌ (সংস্কার) অছুনা, থবক অছুবু হেন্না য়াম্থংপা থাক অমদা মগুণ হোংহল্লি অছুগা লাইগী ওইহল্লি, পুণ্য চেলহল্লি, অশেংবা ওইহল্লি। অমরোমদা, অহংকারগী থোইনসিন্না ইমসিন্দুনা পাংথোকপা থবকশিংদি কাজিন-পুনসিনবনা পীক থবগনি।

ঈশ্বরবু থগংগে, ইবুংঙো মহাকপু কংগে হায়দুনা থরাম্ন-য়াওনা থিরিবা মথোয়তুনা অশাম্বগী অচুবা দাগ অছুদগী কোকপা তাই। মমাকারশন্ত, "ঐ" অমসুং "ঐগী" হায়বা পূক্নীং-ঈরাং নৈহন্নবা মরমনা, অছুদগীদি নহাক্না 'মোক্ষ', অয়ান-থূভম কংই। মছুনা পুন্দীগী পন্থং ফংবা মশক্নি। মছুগী থাতুনা মুংঙাইবা নত্রগা অয়াবা অমগুম থগদে; মছুদি মথোয় অনীমক্ৎসিগী মথক্তনি অমসুং য়াংমদনি। কৃষ্ণনা মহাক্কী মরূপ অমসুং ভক্ত অর্জুন-না মছুগী থাক-অছু য়োরকপত্তু পাম্নখী অছুগা মরম অতুনা, ইবুংঙো মহাক্না মতম্বী কম্নাবুক্তা মহাকপু উপায়-লাকপায়শিং তাকপীদুনা মহাকপু কনবীনবা লাক্নমখী। হায়ম্লিবা অছুদগী হেক্নোক্না, মীওইবা অাঙ্গিগী কনবগীদমক্তা তাঙ্কলবা থূদোল অম্নি কংহৌনবা ভগবান-না অর্জুনবু থূংলাই অমগুম্না পীজম্নরম্মী।

ধর্মগী খেংলবা পাউতাক অসি পীবা লোইশিন্নিরৈংদা, কৃষ্ণনা অর্জুনগী মফমদা য়াঙাগুলম্মী অছুগা হায়রম্মী, "ধর্ম পুম্নমক থাদোকউ অছুগা ঐগী ইফমদা চংলো। ঐনা পাপ পুমদগী লানথিগনি। হায়বদি, ঐ হায়বা

মতৌনা অমসুং মাল-চাংবা নাপনবা অদুগা 'ঐ' অমসুং 'ঐগী' হায়না পোকইবা পুক্নীং-ইরাংশিং, অহঙ্কার অমসুং মমাকার হায়বদু থাদোকউ। আত্মাবু মদুগী লৈনবা পোন নত্রগা কৈশুমশঙদুতমক ওইবা হকচাঙ অদু ওইনা লৌবগী থবক অদু মাঙ-তাকহনগ্রো ; পুন্নমক অসি পরমাত্মানি অমসুং অতৈ করিমত্তা নত্তে হায়না থাজবা অদুদা চেৎসল্লু। মরম অসিনা, ইবুংঙো মহাক্কী অনীংবদা নোনবা অমসুং ইবুংঙো মহাক্কী খুজিল থৌরাঙদা চঙজবা নত্তনা তৌগদবা অতৈ অতোপ্পা করিগু লৈতে। হাবী-জাবী, সঙ্কল্প, অমসুং বিকল্প, অমুক লেপ্পা অমসুং অমুক য়াদবা অনী-চাবী থবক-ইনথাঙ শিং অদু মীওইবনা থাদোকপা তাই। মহাক্কা ভগবানগী ময়াথংশিং ইনবা তাই ; মহাক্কা ইবুংঙো মহাক্কী অনীংবা য়াবা তাই ; ইবুংঙো মহাক্কা মহাকপু থগী-থগীবা মফমদুদা, ইবুংঙো মহাক্কা মহাকপু ওইহল-ওইহল্লিবা মতৌদুদা মুংঙাইবা তাই। মহাক্কা মশামকপু মহাক্কী থবকশিং অদু চুনব্রা নত্রগা চুনদব্রা হায়না খি-হুম্বগী থবক্তুগী থাপ্পা থমগদবনি, তৌইশুমসুং মখোয়শিংদু ঈশ্বরগী মফমদা তৌবা পূজাগী থবকশিং, মখোয়দুগীদমক্তা মনা : অমত্তা নীংলুদবা থবকশিং ওইনা তৌ। মদুনা মহাক্কী মথৌগী অস্পপ্পা মশক্কি।

মালা পরেংনা লৈতেংবা কংলবা মগুণ য়াঙদবা বৈদান্তিক খরনা ধর্ম পুন্নমক থাদোক্লবা কৃষ্ণগী পাউত্তাক অসিগী খুদোংচাবা লৌই অদুগা ইবুংঙো মহাক্কা মখোয়বু পাপ পুন্নমক্তুগী লানবীগনি হায়বা সোয়দবা রাকম অসি লোয়নদুনা অরেপ্পদা তম্বা মখোয়গী মখোঙশিং তিংথোকই অদুগা মমীৎ উইশিন্দুনা আলেজালে তৌদুনা লৈ। মখোয়না তৌকম থোক্লবা মথৌশিং থাদোকই অদুগা মখোয়না পাম্লিবমথৈ নত্রগা ঙম্লিমথৈ চাই, তুম্মী অমসুং কোয়চং চৎলি। মখোয়না অকবা অমসুং কত্তবগী মরক্তা থেন্নবা উদে ; মখোয়গী অশোয়বা ঙাকথোক্লবা হায়ববু ধর্মবু চিংথংনবা ঈশ্বরনা মখোয়দা থবক পীরথোক্লে হায়বসিনি। হীরমসিদা খঙহৈরবা লাইনীংহলশিংনা নত্রগা

থেংনরকপা থবক্তগী জ্ঞান কংলক্লবা লাইনীংলোয়শিংনা মখোযগী লীচং-শাজংপু চিংনছনা ছংলকপা মতমদা, মখোয় অমমম্না খুন্মি, "নখোয়স্ম অহুম্না শাথীনা ইপং-পংনা চংপসিদি অরাবনি! ভগবান-না গীতাদা হায় খিবছুবু নখোয় খঙব্রা? ইবুংঙো মহাক্কী ময়াথং, "সর্বধর্মান পরিত্যজ্য" হায়বছ্ ঐগী লীচংশাজংকী য়ুম্ফম ওইনা যাহনা লোবে। হম্বা মচীন-মরা-চংপা মীওইশিংগী পাউতাক লোবা ঐগী দরকার লৈতে।" মখোয়না মখোয়গী ভক্তি অমস্থং ধর্মগী চংনবীদা চেংনা থাজবগী য়াম্না চাওথোকচবা পুক্লীংদা কাওই। অসিগুম্বা মীশকশিং অসিনা ভগবান-না ওাঙবা রাহৈ-শিংদগী মখোয়গী পুক্লীংগী অপাম্বা অহু শোগংপা (কনখংপা) শক্লক-শিংহুতবু খনগংলি। মমাঙ থাবা অমস্থং মতুং থংবা রাহৈশিং অহু, মখোয়শিং অহুনা অবানবা তৌবা থিংনবা ঈশ্বরগী চপ-মান্নবা বাহৈশিংহুমক্কী শেত্তোক্লবা য়াদবা শক্লকশিং ওইজরবস্থ, মখোয়হু স্নংঙাইতবা (হৈনীংদবা) মরম্না, খুদোংচাবা য়েংহুনা খত্তোকই। মখোয় গীতাদা চপ-য়ুংনা থরায় কখোক্লবশিংনি হায়না দাবী তৌজরবস্থ, মখোয়না ভগবানগী ময়াথংগী ময়োল ওইবা শক্লক অহুবুদি রাওইদে।

ধর্ম পুম্নমক থাদোক্নুনা, "মামেকং শরণং ব্রজ" ভগবান-না হায়। মহুদি "ঐঙোন্দতদা চঙজো" হায়বনি। মখোয় মতৌ অহুম্না চঙজরব্রা? চঙজদে। মখোয় মুক্তিগীদমক্তা অকনবা খোৱাংবহু কাওবদং লৈবব্রা? লৈতে, মবমদি মখোয়না মহু লৈরবদি, মখোয়না মখোযগী তৌক্ষম থোক্লবা মথৌশিংবু রাওইদবা তৌনীংলোই। চীপ্পাক অমস্থং 'তুম্বা'না তাল্লকপশিং অহুদা শারাক অমা ওইরম্লোই। অসিগুম্বা মীতাশিং অসি রারেম-রাচোই ঙাঙবতদা কাওরবা ওই (মমিং নাইবা ওই); মখোয মপান-লাংবতদা অচৌবা ওই। মখোয়না ঈশ্বরগী য়াথংবু থবকমক ওইনা ওত্থোক্তে।

মথোৎ জনমলবনা প্রভুন তৌরে। মথোয়দা ধর্ম্মগী অইবা হোৎনবগী কৃপেন-কৃপা শরুক অমসুং চেন্দে।

অওইবা কাইনীংলোয়শিংদি (সাধকশিংদি) ভগবান-না তাওখিবা লাইনী অইবা য়াতৈশিংদা য়াওবা মথম লৈবা অনুকশিংবু থম্বক লোৎনা উবা য়ানী :

"সর্বধর্মান পরিত্যজ্য
মামেকং শরণং ব্রজ :
অহং ত্বাং সর্বপাপেভ্যো
মোক্ষয়িস্যামি মা শুচ : ॥"

প্রভুনা "সর্বকর্মান পরিত্যজ্য," হাযদতুনা "সর্বধর্মান পরিত্যজ্য" হায়রম্ব-সি খঙজিনু। অদু ওইরবদি হায়রিবসিগী অর্থদি করিনো ? মদুগী অর্থদি, "ধর্ম্ম অমসুং অধর্ম্মগী মরমদা নৈনবশিংদা য়াওশিল্লুদনা অমসুং মতুদা জ্ঞান মাঙলুদনা তাইবং মপুনা থুংঙাইবা থবক পুম্নমক, নত্রগা ইবুংঙো মহাক্কী মতিক মগুণবু খাঙদংপা থবক পুম্নমক পাঙথোকউ" হায়বনি।

নহাক্না ঈশ্বরদা পুমথা-থাজবা থম্বা মরমদগী অমসুং প্রভুগী মফমদা নশাদু কৎলবা পোৎকং অমমক ওইনা হিংবগী মরমদগী নহাক্কীদমক তানসিননীংঙাই কন্নিসু লৈত্রে হায়না নহাক্না খুঙলবসু, অদুম ওইনমক, জনক অমসুং অতৈশিংগী মতৌগুম্না, নহাক্না তাইবংপানবগী থুংঙাই-য়াইকবা, 'লোক-সংগ্রহ'গীদমক্তা থবক-ইনথাঙ নোমতুনতা লৈবা তাই। 'সর্বভূত—অন্তরাত্ম' হায়বদি, থরাম-পানবা খুদিঙদা চঙতুনা লৈরিবা-আত্মা অদু নঙোন্দা চঙতুনা লৈরিবা আত্মা নত্রগা থরাম-মিরেল অতুদগী থেয়দে। মরম অদুনা, সর্বভূতে-হিতে রত ওইয়ু, হায়বদি, থরাম পানবা খুদিঙমক্কী য়াইফবা অদুবু পুখৎকে হায়না পাম্‌সনু। মরমসিনীদমক, য়াম্নশিংনা

অমসুং ধর্ম্মগী লাইরিকশিংনা তৌ-হায়না থারম্বা থবক পূম্নমক, কথোকপগী পূকচেলদা, মখোয়শিংতুগী মহৈঃশিংদা মীৎ য়েংউদনা থৌপাগুউ। মসিনা অচুম্বা নিষ্কাম-কর্ম্মনি।

গীতাবু মুন্না খণ্ডউ, অদুগা মতুগী য়াথংশিংবু ঙাক্না চত্তুনা, নিষকাম-কর্ম্মগী ফীভম-লুংকমতুদা নশামক মরা-তানা লৈয়ু। নথৌ পূম্নমক পূজাগী থবক ওইনা, হরি-প্রসাদ ওইনা তৌ। মতুনা তোমথিল ওইবা থৌনি। অতৈ অতৈদি ইবুংঙো মঙোন্দা শিন্নৌঃ মহৈঃ, তুং-তাবা ফীভম, ফল। অতুগী তুংদদি, নহাক্না হরিগী থৌজাল ফংঙে অতুগা নহাক্কী তাইবং পূন্সী অতু শেংদোক্লে অমসুং হিংলম্বগী মমল লৈরে।

ধর্ম্মগী লম্বী খুতুং ইন্না চংলিবা মখোয়তুগী দমক্তদি, মখোয়বু লম্বী পলহনবা য়াবা মথল-মথাগী খুদোংথীবশিংনা অতুম থুগায়রফাওবদা, পোলোইদা মঙ্গল ওইবা শোয়দবনি। ধর্ম্মগী লম্বেলদগী লৈফে-চংথোকপ্রবা মখোয়তু মতম শাংনা লল অমসুং মুংঙাইবা লৈবা য়াই, তৌইগুম্বসুং মখোয়তু কাইনথংদা ইখণ্ড-খণ্ডহৌদবা অচৌবা লাইবক-থীবা হায়বতুনা লাকথুগনি। কৌরব অমসুং পাণ্ডবশিংনা অচুম্বা অসিগী খ্বাইদগী লংলবা সাক্ষীশিংনি।

অধর্ম্মদা লূপ্লবা কৌরবশিং অতু অন্সূপকী মতিক নাপন্না মমীৎ তাণ্ড-হনখিরম্মী মতুদি মখোয়না ধর্ম্ম লৈবা পাণ্ডবশিংবু ওৎনৈবা মথল কান্নাদা নমসিল্লম্মী ; অতুবু মখোয় পুম্মাণ্ড-মাঙতাকপা ফংখি। মখোয়না কাঙলূপ খুদিঙমক্কী শোগৎপা ফংলম্মী অতুবু ঈশ্বরগী থৌজালগী অকনবা পাঙ্গল অতু তাক্লমদবনা, নোংদমখোম্না মখোয়বু লংশেকপীখি অতুগা শেমগৎপা (হৌগৎপা) য়াদনা মাঙহল্লম্মী। মহাভারতনা ভারতকী মী খুদিঙমক্তা পান্না অসি তম্বীঃ করিগুম্বা অমত্তনা ঈশ্বরগী থৌজালতুগা মান্নবা ওমদে, খুৎজু-

খুৎলায়শিংবু খ্রাইষ্টগী কিনীংঙাই ওইবা মওঙদা শিল-লাংবনকাঙবা ঙমদে। মতুনা কোল্লিব। খ্রাইষ্টগী মমল য়াম্বা পাউজেল অদু মসিনি।

গীতাভবন ( গীতাগী শঙলেন ) অসি তাইবং পানবগী খুদোং চানবগী-দমক্তা ভারতকী লৈমায়থক্তা শাগৎপা সত্য অমসুং ধর্ম্মগী শঙলেন্নি। মসিবু থাজবা অমসুং ভক্তিগা লোয়ননা নৈনৌ। থবক্ত-থবক ওইনা মসিগী পাউতাকী ফগৎহনবা অমসুং হান্নগী ফীভমদা হঙৎহনবা ঙম্বা কলশিং অদু হকথেংনৌ। মবমদি, আত্মারাম ( অমৃত অমসুং আনন্দগী ঈফুৎনা পীক থনবা আত্মা ) অদু অশেঙবা মশক ওইনা অতুম লৈগদবনি। ঈশ্বরনা মঙোন্দা ইবুংঙো মহাক্কী থৌজালশিংবু খুদক্তা হৈথবিগনি। ইবুংঙো মঙোন্দা মরোল তরামন্নমক লৈবা ভগবানগী মফমদা নিজৌ হায়জৌ অদুগা মালেমসিদা মুংঙাইবা পীবা, পান্নরবা পোত্তা নিপাল অদুগী মপু নহাক্না শোয়দনমক্কী ওইরকপা ঙমগনি, অদুগা হেন্না অমুক পান্নরিবা ( নিত্যানন্দগী, নিত্য-সত্যগী অমসুং মিথ্যা-জ্ঞানগী ওইবা ) কৈবল্যগী মপু ওইরকপা ঙমগনি।

নঙোন্দা মাখন লোয়নদুনা লৈরগা করিগী নঙনা ঘীগীদমক কোয়চৎ-চৎলুগনি? ইবুংঙো মহাক্না য়াত্তুনা থম্লবা পুন্সীগী নিয়মশিংবু মকা-ফোংদনা তুমিন্না হায়বা ইনবন। মাখন অদুবু, হায়বদি, ঈশ্বরগী থৌজাল অদুবু ফংজৌ। থৌজাল অদুবু ফংলবা মতমদা, কনাগুম্বা অমনা মোক্ষ নত্রগা মুক্তিগীদমক্তা তোপ্পা নিজনীংঙাই দরকার লৈতে। নহাক্না করি ফংগদবা অমসুং করম্বা মতমদা মদু ফংগদবা হায়বদু ইবুংঙো মহাক্না হেন্না ফজনা খঙই। নহাক্না ফংবদা মতিক চাবা অদুগা কান্নবগাই ওইবা অদু ইবুংঙো মহাক্না পীবিগনি। ইবুংঙো মহাক্কীদমক খৌরাংউ, ইবুংঙো মহাক্কীদমক পুক্নীংগী চৈনা খাঙজ্; অদুদগীদি মোক্ষগীদমক খৌরাংলুবগী দরকার

মৈত্রে। মহুবু অমুক খস্তকবা মৈতনা তৌরবদি, ইবুংঙো মহাক্না পাপ পুন্নমক মাঙহনবীগনি। ইবুংঙো মঙোন্দা চেৎনা য়াল্লু ; ইবুংঙো মহাক্না নহাকপু, অর্জ্জুনগুম্না, অমম্ব ওইহনবা ঙমগনি। পোকপা অমস্তুং শিবগী চক্র অসিদগী নাম্থোকে থিরিবা মথোয় অহুনা গীতাগী মস্তুঙদা ইতুনা থম্লিবা প্রভুগী য়াথং অহুবু শোয়দনা ইনগদবনি অহুগা ইবুংঙো মহাকী মফমদা চঙজগদবনি। অহুগী মতুংদদি, তৌরকপা থবক খুদিঙমক্তা মথোয়বু মায়পাকপগী লুহুপ উপ্নীগনি।




"ঐ নুংদম্ব-পান্দম্ব নৈ ; মাগনু, নুংঙাইয়ু।

বাবা

# "চুমথোকচৱা"

| লম্'য | পরেং | অরাম্বা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| (ii) | ১১ | ঐখোরবু | ঐখোয়বু |
| ২ | ১২ | পৃক্রীংগী | পুক্নিংগী |
| ৫ | ৮ | মায়পাকপ | মায়পাকপা |
| ৫ | ২২ | করিগীনো | করিগী |
| ৭ | ৩ | শ্রীমগুগবদ | শ্রীমদ্ভগবদ |
| ৭ | ১৮ | সন্ন্যসনা | সন্ন্যাসনা |
| ৮ | ২১ | কোঙ্গ্রোয় | কোঙ্গোয় |
| ৯ | ১৪ | ফাগৎলক্লবা | ফাগৎলক্লবা |
| ৯ | ২ | খ্বইদনী | খ্বাইদগী |
| ৯ | ১৯ | গইন' | গহণ' |
| ১০ | ৮ | ৬৫ | ৬৬ |
| ১২ | ১১ | নুংস্বাইবা | নুংঙাইবা |
| ১২ | ১৪ | ধর্ম্ম | ধর্ম্ম |
| ১২ | ১৮ | লৈবসি | লৈবনি |
| ১৪ | ১৪ | ব্রাংলম্মী | ব্রাংলম্মী |
| ১৫ | ৪ | ভগবানমক্ক | ভগবানমক্কা |
| ১৫ | ২৫ | নারায়ন্নো | নারায়ণো |
| ১৬ | ২ | ন্যারায়ন-ন্যা | নারায়ণ-না |
| ১৭ | ৬ | শেম-শান্দ্বনা | শেম-শাহ্নবা |
| ১৮ | ৯ | নীকুপ | মীৎকুপ |
| ২১ | ১৪ | লোয়নন | লোয়ননা |
| ২৭ | ১০ | ফীভন | ফীভম |
| ২৮ | ৩ | অথাকপ | অথাকপা |
| ৩১ | ৯ | অমস্না | অমসুং |
| ৩২ | ৩ | নহাক্ক | নহাক্কা |
| ৩৫ | ২১ | ইশ্বরগী | ঈশ্বরগী |
| ৪১ | ৬ | মী | মীং |
| ৪৪ | ১৪ | ভোৎগুমসুং | ভোইগুমসুং |
| ৫১ | ১৪ | কক্ষ | কক্ষ' |
| ৫১ | ১৮ | নপ | নপসিল্লুবা |
| ৫১ | ২৪ | লাউথাকপীধি | লাউথোকপীধি |
| ৬৪ | ১৫ | কক্ষ | কক্ষ' |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৬৬ | ২০ | মত্তুন | মত্তুনা |
| ৬৮ | ২১ | বারেল | বান্নেল |
| ৬৯ | ২৩ | মৈবী | মৈবী |
| ৭০ | ৯ | শোংমুম | পোংলুম |
| ৭১ | ২৩ | তান | তানা |
| ৭২ | ১৫ | ফিজেল | ফিজোল |
| ৭২ | ১৭ | অহ্বুবি | অহ্বুনি |
| ৭৪ | ১০ | চংলমদি | চংলবদি |
| ৮২ | ১৩ | মহাক্না | নুহাক্না |
| ৮৮ | ৪ | ইবু·ম্বো | ইবুংঙো |
| ৮৯ | ২ | লৈ | লৈব- |
| ৯১ | ৬ | কমোপুসনা | কমে‘াপুসা |
| ৯১ | ১৬ | কান্নেে | কান্নদে |
| ৯১ | ২২ | ইনঙ্গাঙগী | ইনখাঙগী |
| ৯৩ | ২৪ | মতোহ্নুনা | মতোহ্নুদা |
| ৯৯ | ৯ | ——বগীদমক্ত | ——গীদমক্ত |
| ৯৯ | ১৪ | কম্নবনি | কন্নবনি |
| ১০১ | ৯ | চাবা | চানা |
| ১০১ | ২১ | শিম্নক্ষ | শিনকম |
| ১০১ | ২১ | পুম্ননক | পুম্নমক |
| ১০১ | ২২ | শিনক্ষ | শিনক্ষম |
| ১০৬ | ৪ | অমম্বা | অঙম্বা |
| ১০৯ | ১ | জ্ঞ্যামিনী | জ্ঞ্যানিদি |
| ১১০ | ৮ | অহ্নুন | অহ্নুনা |
| ১১০ | ২২ | ওইরই | ওইরকই |
| ১১১ | ১ | মরমদছ্ | মরমদসু |
| ১২১ | ২৩ | নতৌ | মতৌ |
| ১২৮ | ৫ | থুদিংনকপু | থুদিংমকপু |
| ১২৮ | ১১ | হান্নবহ্নদি | হান্নবহ্নপী |
| ১৩২ | ৬ | শোথোক্নি | পোংথোক্নি |
| ১৪২ | ১৯ | অহ্বু | মহ্বু |
| ১৪৪ | ২২ | মম্লৈক | মম্লেক |
| ১৫৩ | ৯ | ——ম্রিবহেন | ——ম্রিকলো |
| ১৫৫ | ১২ | পুম্ননক | পুম্নমক |
| ১৫৮ | ১৪ | | ওইরবসু |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১৬৫ | ২ | লৈহনন্দবা | লৈহন্দনবা |
| ১৬৮ | ৩ | অস্ত্রী | অস্তি |
| ১৬৮ | ৫ | অঢ়গী | অঢ়পা |
| ১৬৮ | ৬ | অস্ত্রী | অস্তি |
| ১৬৮ | ১৭০ | ভৌতে | ভৌদে |
| ১৬৯ | ১৫ | চিং | চিং |
| ১৯৩ | ১২ | নহাক্রী | নহাক্রী |
| ১৯৩ | ২১ | মথক্কা | মথক্কা |
| ২১৫ | ৫ | নাকোচনা | নাকোঙনা |
| ২১৬ | ১৭ | ঐনাক্তি | ঐহাক্তি |
| ২১৬ | ১৯ | ভইরকই | ওইরকই |
| ২১৭ | ২ | জীবন্মুত | জীবন্মুক্ত |
| ২৩২ | ৬ | মভুং | মত্তুং |
| ২৩২ | ১২ | হকচামবু | হকচাঙবু |
| ২৩৫ | ১১ | অমমূং | অমসুং |
| ২৪৩ | ১৩ | অক্ষাগী | অম্মাগী |
| ২৪৩ | ১৫ | অনা | অনী |
| ২৪৫ | ১৭ | বিনীং | কিনীং |
| ২৫৯ | ২১ | চেলহনব্রবা | চেলহনব্রবং |
| ২৭৬ | ১৮ | স্নাওদবা | স্নাওদনা |
| ২৭৬ | ২০ | স্নামবা | স্নামদবা |
| ২৭৭ | ২২ | অহনদি | অহুনদি |
| ২৮৩ | ২২ | মশামকপু | নশামকপু |
| ২৮৪ | ১৫ | ইনথাঙ | ইনখাঙ |
| ২৮৮ | ৮ | ভিঙবু | তিঙবু |
| ২৯১ | ১ | থেওঙ | থোওঙ |
| ২৯১ | ১৮ | প্রহলাদি | প্রহলাদদি |
| ২৯৩ | ১৫ | অমকপা | অঙকপা |
| ২৯৫ | ১৭ | মভো | মত্তো |
| ৩০৫ | ৫ | ওম্মংপ | শুম্মংপা |
| ৩১৬ | ১১ | শ্রীনাম | শ্রীনাথ |

